# ওঁ শগম লোংদম





মোইবাংথেম বাজেন্দ্র সিংহ

# ꯅꯣꯡꯗꯝ
# নোংদম

মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ



মণিপুর সাহিত্য সমিতি
থৌবাল, মণিপুর।

# নোংদম

# NONGDAM

*by M. Rajendra Singh*

*Published by : Manipur Sahitya Samiti*
*Thoubal - 795138, Manipur*
*First Edition : Dec., 2008*
*Price : Rs. 350/-*





লাইরিক : নোংদম
অইবা : মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ
অফোঙবা : মোইরাংথেম বিদ্যানন্দ সিংহনা
মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবাল, মণিপুরগীদমক।
মখুম : নোংদম অমদগী অইবগী যুমদা অহিং য়াবেল্লুবা অতিথিশিং
অহানবা ফোঙবা : দিসেম্বর, ২০০৮ ইং
কোপী মশীং : ৫০০
মমল : ৩৫০/

নম্ফম : সিরোই ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবাল।
অমসুং
এম বি কম্প্যুটেক, তেন্থা।

## সেক্রেটরিগী ৱারোল

মণিপর সাহিত্য সমিতি, থৌবাল ওসি ফাওবা মীরক তিনবা ওমজরিবসি চহী য়াল্লবা অইবা-অইবী থরগী মপালদগীনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। মখোয়শিং অদুগী মরক্তা সমিতি অসিগী হান্নগী প্রসিদেন্ট ওইবীরম্বা গুরুদেব শ্রীমোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহসু অমনি। মতম পুম্নমক্তা গুরুদেবনা সংস্থান অসিবু করিদা শোয়খিগদগে, করম তৌরগা সাহিত্যকাবশিংগী সেবা তৌবা ফংজগদগে হায়দুনা কৃপশেন শেম্নবিরিবনি অমম-অঙান অনীমক্তা। নোংমক্তা মহাক্লা হান্না থুংবিরমদবা মীফম অমত্তসু য়াওখিদ্রি হায়জনীংই। অদুগী মথক্তা গুরুদেবনা সমিতি অসিদা অচৌবা শেনফম অমা কংশিদুনা চহী খুদিংগী *শ্রীমৎ পরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিবি*-গী মপোক নুমিৎ মেগী তাং ২৩ খুদিংগী স্বামীদা অঙম্বা শ্রদ্ধাঞ্জলী পাঙথোক্কুনা লাক্লি। হন্দক পুথোক্লিবা লাইরিক অসি থারগা গুরুদেবনা সমিতিগীদমক ইবিবা লাইরিক মরি শুবনি। 'নোংদম' অপীকপা বুকলেট তরানা পুল্লিনলগা মিংথোলবা লাইরিক্লি। লাইরিক অসি কবিরাজগী পুন্সি মহিং অমসুং থবক খুতৌ ময়ামদগী ইতোপ-তোল্লী অচম্বা অমসুং অচুম্বা মায়কৈরোমদা ওনশিনবদগী মীয়াম্না অঙাওবনি হায়না ফাওবা লক্লরিবনি। ইশম-শম্না হায়রবদা লাইরিক অসিদা গুরুদেব অসি ইচম-চম্না তেম্বাদা পোকই— অহানবদা স্কুলগী ওঝা ওইনা ওইনা নুমিদাংগী কলেজদা তমদুনা মহৈগী থাক মথং-মথং লোইশিল্লবা মতুংদা থৌবাল কলেজদা ইকোনোমিক্সকী ওঝা ওই। শ্রীমোইরাংথেম বাজেন্দ্র সিংহ কনানো? লাইরিক অসিদা সোসিএল ৱার্কর, ইনভাইরনমেন্টেলিষ্ট অমসুং ইকোলিজিষ্ট, সাহিত্যকার শ্রীমোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহগী মবমদা মনুং-হংনা খঙবা ওল্লগদবা লাইরিক্লি 'নোংদম'। লাইরিক অসি মীয়ামগী মফমদা পাবিনবা অমসুং নৈনবিনবা নোম্লক্লা শিন্নজরি।

তাং ১২/১২/২০০৮
থৌবাল, মণিপুর।

ডঃ নিংঙোম্বম শরৎচন্দ্র
সেক্রেটরি, মণিপুর সাহিত্য সমিতি
থৌবাল, মণিপুর

# অইবগী ৱারোল

হান্নগী ফোঙপ্রবা বুকলেট খরা পুস্তিকাগা খৃঃ কুম ২০০৩ দা 'পাউদম' হায়না মিংথোনবা লাইরিক অমা পুথোকচক্লে। মতুংদা অমুক খৃঃ ২০০৫ দা বুকলেট অহুম পুস্তিকাগা 'অনৌবা মণিপুরগী লময়ানবা অহুম' হায়না মিংথোনবা লাইরিক অমসু পুথোকচক্লে। হন্দক অমুক হান্নগী ফোঙলবা লাইরিক মচা খরগা বুকলেট খরগা পুস্তিকারগা 'নোংদম' হায়না মিংথোঙবা লাইরিক অসি পুথোকচরি। নোংদম্বগী নোংদম্মা সুম থোকউ তমখিবনা ঐঙোন্দা থৌদোক কয়া থোকক্লে। থোকখিবা থৌদোক কয়া লাইগী নোংদমদগীবু ওইরবসু হোৎনজমনগী মহয়বু ওইরবসু নোংদম্মি হায়না লৌজে। মতম অমদা ঐগী য়ুমদা শেম্বাং লিশিং মরি হেন্না অহিং য়ারেক্কম্বা নোংদমনি হায়জনীংই। ঐহাক্না থোইদোকপা খল্লুবা তৌদ্রিঙৈদা করিগুম্বা ৱারেং খরা করিগুম্বা থৌইনশিন খরদগী ইজখিবা অদুসু নোংদমনি হায়জনীংই। ঐহাক্কী পুন্সি মহিং, পোকফম লৈফম, পাঙথোকখিবা থবক কয়া অসিসু নোংদমনি হায়জনীংই। মরমময়াম অসিদগী লাইরিক অসি নোংদম হায়না মিংথোঙবনি। হোৎনফম থোকপা হোৎনগনি, মহয়দি লাইগী নোংদম্মি হায়বা ৱাখল্লোন অসিদা লৈজবনি। হান্না ফোঙপ্রবা লাইরিক মচা খরা পুস্তিকাগা 'নোংদম' হায়না মিংথোঙবা লাইরিক অমা সমিতিগী ওইনা পুথোকচগে হায়জবদা হরাও হরাও য়াবিবকপা মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবালগী থৌপুবশিংবু থাগৎচরি। লাইরিক অসি পাবীনবা খ্বাইগী মফমদা শিন্নজরি।

(signature)

মোইবাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ

দিসেম্বর ১২, ২০০৮ ইং,

তেন্থা।

# য়াওরিবশিং

## অহানবা শরুক



## অনীশুবা শরুক

# সঙ্কোর্ণ ৎঁঋৈ৺

# ইমাগী শোরাং

## শ্রীশ্রী গৌরচন্দ্রায় নমঃ

শ্রীযুক্ত/যুক্তা ------------------------------------------------

সাং ------------------------------------------------ দা

**লৈবগী মফমদা নোল্লুক্না নীংশিংজরি।**

পূর্বাশ্রমদা ঐখোয় খ্বাইবু নাওকোনবীবম্বী শ্রীমতী মোইরাংথেম ওংবী ৺কুমতি দেবী-না ইমুং-মনুং অমদি মরূপ-মপাং খ্বাই পূম্নমকপু থাদোক্লগা হৌখিবা তাং ১০/০২/২০০৮ ইং, ফাইবেনগী ৪ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিত্তা শ্রীগুরুগী কৃপাদগী বেষ ওল্লগা কুঞ্জদাসী হায়বা নাম ফংজদুনা বৃন্দাবন প্রাপ্তি ওইখ্রে।

লাক্লিবা তাং ১৫/০২/২০০৮ ইং, ফাইবেনগী ৯ নি পানবা ইবাই নুমিত্তা অস্থি-সঞ্চয় লৌখৎচবগা, লাক্লিবা তাং ২৩/০২/২০০৮ ইং, ফাইবেনগী ১৭ নি পানবা থাংজ নুমিত্তা শ্রাদ্ধ-দিন থোক্লে। নুমিৎ অসিদা লৈখিদ্রবীগী আত্মা শান্তিগীদমক ওমজবা বষ্টু খবদং হরি সংকীর্তনগা লোয়ননা শ্রীশ্রীগৌবচন্দ্র মহাপ্রভুগী চরণদা কচ্চগদৌবি।

উপলক্ষ অসিদা ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব, অহল-লমন, মরূপ-মপাং, ইমা-ইবেল অমদি ইচে-ইচল খ্বাই খিবিক্লা মতম চানা লেঙবীরক্লুনা নাম শ্রবণ ফংবিবনবা পত্রনা নিমন্ত্রণ কচ্চবি।

পত্রনা নিমন্ত্রন কচ্চবগী অপরাধ খিবিক ঙাকপীগনি।

| |
|---|
| নীংশিংজবাঃ- পোৎয়েং পীবীদনবা অমসুং শেল থাবীদনবা লেঙবীবক্লিবা খ্বাই পুম্বগী মফমদা নোল্লুকচরি। |

**বিনিতগণঃ**

১/ শ্রীমোইরাংথেম বাজেন্দ্র সিংহ (মচানুপা অহল)

২/ শ্রীমোইরাংথেম রাজন্দ্রো সিংহ (মচানুপা অতোম্বা)

তেম্বা খুঙ্গাও ময়ায় লৈকায়।

**ইমাগী শোরাৎ বার্তনঃ**

মথক্কী অসি লৈখিদ্রবী ইমাগী শোরাৎ বার্তনগী ৱারোলনি। বার্তনগী ৱারোল অমসুং বিনিতকী মিংশিং অসি ঐখোয় ইমুং-মনুং, মরী-মতা খরা তানরগা ইবনি। মসি পারগা/উরগা কনাগুম্বনা করিগুম্বা খরা খল্লম্বা য়াই খল্লি। বার্তনগী ৱারোল নৈনম্রিবঁদা ঐখোয়বু পোকপী ইমা কুমতিগী ৱাফম খরা থমজরি।

**ঐগী ইমা কুমতিঃ**

কুমতি ইমাগী মিংনি। খণ্ডদে কনানা থোনবিবা মিং ওইরিগবা! ইমা পোকপা ইবুবোক্লা থোনবা ওইরিগদ্রা নৎত্রগা ইমা পোকপী ইবোক্লা থোনবা ওইরিগদ্রা নৎত্রগা কনাগুম্বা কনাগুম্বী অমনা থোনবা মিং ওইরিগদ্রা? করিগুম্বা অমগা মরী লৈননা থোনবা মিং ওইরম্বা য়াই অনীংবা অমসুং অপাম্বগা লোয়ননা। করি হায়রিবনো হায়বগী ৱাহন্থোক খণ্ডনা নৎত্রগা খণ্ডদনা থোল্লম্বসু য়াই। মমিং চৎলবা শক্লাইরবা বাংলা উপন্যাসকার বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপধ্যায়গী উপন্যাস "কৃষ্ণকান্তগী উইল" পাবা মীওইশিংনদি কুমতি করিনো খণ্ডলমগনি খল্লি। কুমতি সুমতিগী মতাঙ উপন্যাস অদুদা য়াওরি। কুমতি অসি সুমতিগী ওন্ন-তৈনবনি। কুমতি সুমতিগী ৱাহন্থোক ফজনা খণ্ডলবা মীশিংনদি কনাগুম্বী অমগী মিং কুমতি কৌবসি পাল্লম্লোই। মীগী মিংগা মীগী গুণগা য়াম্না মরী লৈনবা য়াওরি। কুচু ঙৌবা মীদা অঙৌ, অঙৌবা কৌবা য়াম্না লৈ। মিংগা তৌথোরকপা থবক্তা মতীক মগুণগা মশাগী ফিভমগা চানবা য়াম্না য়াওরি। চানদবসু য়াওরি। পিশক কৌবা অনোয়বা চাউ-শাংবা মীসু মরৈ, অচৌ কৌরগা পীকপা মীসু মরৈ। কুমতি হায়রিবা মিং অসি ইমাগী গুণগা চানরবাজাৎলা চানদবা জাৎলা? চানরম্বা য়াই, চানরমদবা য়াই। অদুবু ঐঙোন্দদি কুমতি নত্তে সুমতিনি। ফাগী তৌদুনা নুংশিদুনা লক্লবিদুনা অথীবা মিং কৌবিবসু য়াওরি। ইমাগী মিং অসি অসুম্না থোল্লম্বসু য়াই। অদুবু থাজবদি ৱাৎলি। মতম অদুদা ইমানা অঙাং নাৱা ওইরিবঁদা ইমাগী পোক্লফম লমদম তেম্বাদা কুমতিগী অর্থ মুন্না খণ্ডলমগদবা মীওই লৈরম্লোই নীংই। করিগুম্বা অতোপ্পা ৱাখল অমরোমদগী ওইরম্বা য়াই। কুমতি কৌবী নুপী থোইনা লৈতে, ইমাতনি হায়বমক য়াই। সুমতি কৌবীদি খরা লৈ। মীগী মমা মশক ফজবী ইমানি হায়রুবা য়াদে, মশক থীবী ইমা ইমা নত্তে হায়বা য়ারোই। ফত্ববসু ইমা, ফৎত্রবসু ইমা, ফজরবসু ইমা, ফজদ্রবসু ইমা, পোকপু পোকপিরবদি। পোকপিবনি হায়দুনসু ফত্তবা মমাবু ফৈ, অথীব্বা মমাবু ফজে হায়রুরবদি মীনা করি

অমুক হায়বক্কনি? ফবু ফরবদি কৈ ফংপু ফংত্রবদি ফত্তে। ঐগী ইম্মা কুমত্তিবু ইম্মা সুমত্তিনি হায়বা য়াগত্রা? য়াফম থোক্তে। অদুবু ঐঙোন্দদি কুমত্তি নত্তে, সুমত্তিনি কুমত্তি কৌজরবসু। কুমত্তি ঐগী ইমানি।

**কুমত্তি অমসুং সুমত্তিগী য়াহন্থোকঃ**

ফবে অদুদি কুমতি করিনো, সুমতি করিনো? হিন্দীদা কুমতিবু অপঙবী অদুগা সুমতিবুনা অশিংবী নংত্রগা অফবা পূক্নিংবু খঙনৈ (সু-অফবা; মতি-জ্ঞান, বুদ্ধি, মত, অপাম্বা, অনীংবা, পাউতাক)। বাংলা লোলদা য়েংবা তাববদি কুমতিবু ফত্তবা পূকচেল, ফত্তবা ৱাখল, ফত্তবা থৌবাংনচিংববু খঙনৈ (কু-ফত্তবা, তুক্কচনীংঙাই ওইবা, মাঙ তাক্লবা)। অদুগা সুমতিবুনা অফবা গুণ, অফবা পূকচেল, অফবদা পূক্নিং লৃপশিনববুনি। শম্মা হায়বা তাবগনা সুমতিনা অফবনি, কুমতিনা ফত্তবনি।

**মীগী মিং অমসুং মতীক মগুণঃ**

মিংগী মতাঙসি য়াম্না লুই হায়বা য়াই, অমরোমদা কনাগুম্বা খবনদি থোইদোক্তে হায়না খল্লম্বা য়াই। মী খুদিংমক্কী মিং অমমম থোল্লি। মবম কযামকমদগী মিং থোল্লি। মানা মানা তৌবা থবক্কী, মশা মশাগী মতীক মগুণগী মতুংইন্না মিং থোনবা কৌনবা কয়া য়াওবি, পামজবদগী থোনবসু য়াওবি। ইনাক খুন্নীংবদগী (খুনহন্নীংবদগী) ইনাকখুনবা কৌকবগা (থোল্লুবগা) থোনবিববা মহাক অদু ইনাক খুনবসু য়াই খুন্দবসু য়াই। নুংশিদুনা শকহেনবা থোল্লুবগা শকহেনবা ওইবা য়াই, য়াশি লৈতবা ওইবসু য়াই। নুংশিদুনা ফাগীওই কবি ওই শকথী কৌকবগা য়াম্না ফজবী ওইখিবী নুপীসু থেংনপ্রে। য়াহন্থোক খঙদনা মীনা কৌনৈ হায়দুনা মিং হেক্তা থোনবা য়াওদবসু নত্তে। মীনা সুম হায়বকপদগী কৌবীবকপদগী হোংদোকপা ঙমদদুনা অদুম মিং ওইনা চৎনখিবা মী কয়াসু লৈবিবনি। ইমাগী মিং অসি ইমাগী মতীক মগুণ, পূকচেল অমদি থবক্তা মবী লৈননা থোনবা ওইবমগনি থাজদে। পাঞ্জিনা পীবা মিংসু ওইবল্লোই। মীনা কৌনৈ হায়দুনা হেক্তা থোনজিনখিবা ওইবমগনি হায়বসু থাজদে। মবমদি কুমতি মীনা কৌনদবা মিংনি, মতম অদুদা কুমতি কৌবা মী ইবৈ লৈতে। সুমতি কৌবল্লবদি অর্থ খঙদ্রবসু মীসু কৌনৈ হায়না থোনখিবা ওইবন্দসু য়াই হায়বা যাই মবমদি সুমতি কৌরী মী খরদি লৈ। অমবু ওইবে অমবু ওইবে মীগী মিংগা মী মীগী মতীক মগুণগা নক্লবা মবী লৈনবা কয়া য়াওবি।

**ইমা কুমতিদী অশেংবা মিংঃ**

অশেংবদি ইমাগী মিং "গুণমতি" হায়বনি। কুঠি ইবদা পাঞ্জিনা পীবা মিংনি। গুণমতি গুণমতি হায়বদগী গুমতি গুমতি হায়খিবনি। অদুদগী অমুক গুমতি গুমতিদগী কুমতি কুমতি হায়খিবনি। কুমতিগী অর্থ খঙনা কৌখিবা নত্তে, মীগী মিং কুমতি কৌনৈ হায়দুনা মতৌ তমদুনা কৌবসু নত্তে মরমদি মতমদুদা হৌজিকসু তেম্বাদা কুমতি কৌবা কনা অমত্তা লৈতে। কুমতি হায়না পাঞ্জিনা পীবা মিং নত্তে। গুমতিগী লোইহ্নি। কনাগুম্বনদি গুমতি অদুম কৌনখি।

**কুমতি দেবীগী শন্নখ্রা পুন্সি ৱারীঃ**

মোইরাংথেম ওংবী কুমতি দেবী অন্ত্রো ক্ষেত্রগী কুম শক ১৮৩৬ (খৃঃ কুম ১৯১৪) কালেনগী পানথৎলকপা ৬ নি চনবা ইরাই নুমিৎতা তেম্বা খোংবান্দা পোকই। অপোকপগী মিংনা শ্রীনাওরেম নুংনাংখোম্বা সিংহ অদুগা অপোকপীগী মিংনা লাইমুজম নীংঙোন অমুবী দেবী কৌই। পোকমীন্নবা মচীন মনাও মবুং মৌপ্পা মরিনি, অনীনা নুপা অনীনা নুপী। মবুংনা তোলেঞ্জাও, মৌপ্পানা তোম্বা (বীরমণি) অদুগা মনাওনুপীনা তোম্বী কৌই। মতম অদুদা তেম্বাদা নুপীদি লায়রদনা নুপা ফাওবা নিংথীনা লাইরিক-লাইশু তম্নখিদে। কুমতিসু অসি মওয়। লাইরিক তম্বগী খুদোংচাবা কয়া লৈখিদে। মশাগী চহী তরানিপালরোম শুরকপদা শ্রীমোইরাংথেম ইবোতোম্বা সিংহ, তেম্বা খুঞ্জাওদা লৈবদা লুহোংদুনা যৃম্বালবগী লম্বীদা খোঙদাখি। মচানুপী তরুক, মচানুপা মরি পোকই। মচানুপা অনী অমদি মচানুপী অমা নৌনা শিখি। হিংননবগী লানফমদা ৱাবা য়াবা কয়া ৱারকই, খুদোংথীবা থেংনবা য়াবা কয়া থেংনরকখি। পুন্সিগী মরুওইবা শিনফমদি লৌউবা, ফি শাবা অমসুং ঙা ফবনি। লোং খোন্দুনা ঙা ফাবা, লৌবুক অমসুং পাৎতা ঈল চিংবা, মপুরোইবনা খোই থাদুনা ঙা ফাবগী থবক্কীদমক খোইঙা ওইনবা খোই চোপ্পা অসি পুন্সিগী মরুওইবা শিম্বা ওইখি। খরুংপাৎ, ঈকোপ, লৌশি পাৎকী কাওরেল ওম্বানচিংবা মফমদা ঙা ফাবগী থবক তৌখি। নুমিদাংৱাইরম কিলোমিটর তরেৎলোম লাপ্পা ৱাংজিং কৈথেল তান্না খোঙনা চৎলগা ঙা য়োনবা, থেঙনা কুন্নকপা মসি থানবা য়াদ্রবা শিনফম অমসু ওইরকই। মতম অদুদা ৱাংজিং কৈথেল য়াচঙবগী কৈথেল ওইরম্মী। করিগুম্বা মতমদনা ৱাংজিং কৈথেল ফাওবা খোঙনা চত্তুনা অয়ুক্তা কোক্তা ঙারুবাক পুরক্লগা ৱাংজিংদগী বসতা শীংজমৈদা ঙা য়োনবগী থবকসু তৌখি। খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা ঙা

য়োনবা হৈনদে হায়দুনা শীংজমৈদা হেক হেক য়োল্লি। করিগুম্বা মতমদনা কিলোমিটর তরানিথোইয়োম লাপ্পা থৌবাল কৈথেল কাদুনা ঙা য়োল্লি। অসুম্না য়াম্না য়াম্না পুক্সি লেনখি। অঙাং ওইরিবা মচানুপানা খোংজোম্নদগী লাইরিক তম্না হল্লকপা কিলোমিটর অহল্লোম খোঙনা চত্তুনা লম্বীদা ঙাইদুনা ওকই। ঈল চিংলগা, লোং খোল্লগা মচাবু লাইরিক তমহনবদা য়ায় কৌবদা হায়খিদবনি। মতম অদুদা য়াংজিংদগী তেম্বা তাবা লম্বী হায়নীংঙাই লৈতনা ফংলমদে। নোংজু নুংশা থিদনা কবিগুম্বদনা নোংম্না পুমচোং চোংনা, করিগুম্বদনা নুংশাগী শারবা মৈশানা য়েহত্তুনা, করিগুম্বদনা ঈংলবা নিংথম্নথাগী নুংশিং মায়োক্লদুনা কৈথেল কাবগী থবক তৌবনি। অরাপ্পা মফমদা কোক্তা পোৎলুম পুদুনা খোঙনা কৈথেল কাবসি ওম্বোক্লা অরাবগী মশক ওইখিবনি। অসিগুম্বা কয়া থেংনা থেংনদুনা পুক্সি হিংলকখিবনি, মচাশিং য়োকখিবনি, মচা মহৈ-মশিং তমহনখিবনি। অসিগুম্বা অরাবসি শীংথারুদুনা লোইবা ঙম্বা নত্তে। লু য়াঙ, শরু-শয়াং তেকপমখৈ হোৎনদুনা হিংনবগী লানফমদা চোংশিন্দুনা শকক য়াখিবীনি। করি করিগুম্বদনা মনাক-নকপা চীংদা পাম য়ান্দুনা লৌ উদুনা, পান মাইরেন থাদুনা হিংলকখিবনি, মচাশিং থাক্লকখিবনি। তেম্বা মায়কৈদা নিশা বন্দগী ঈহৌসু শাগৎলম্মী। অসুম্না য়াম্না লাইরনা পুক্সি লেনলম্নগা মশাগী চহী ৯৪ শুবা মতমদা খৃঃ ২০০৮ গী ফেব্রুয়াবী ১০, ফাইরেনগী ৪ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা তাইবঙ পুক্সি থাদোকখি।

**ইমাগী শোরাৎ বার্তনগী চেরোলঃ**

হৌজিক ইমাগী শোরাৎ বার্তনগী চেবোল অসিগী মতাঙদা রাফম খবদং থমজবি। অহানবদা "নীংশিংজবা" হায়বা অমা য়াওবিবা অসিনি। ইমাগী শোরাৎ অসিদা ঙমজবা খরদংদা কংকে খঞ্জখি, মীওোন্দা অরা-পোৎলুম অমা ননশিল্লগা শোনবা শোরাৎ অদু পামজখিদে। অদুনা মাঙজৌননা খঙহঞ্জবনি— "*পোৎয়েং পীবীদনবা অমসুং শেল থাবীদনবা লেঙবীরক্লিবা খ্বাই পুম্নমক্কী মফমদা নোল্লুকচরি।*" নিমন্ত্রণ ফংদুনা লেঙবীবক্লিবা কয়াগী মফমদা অসুম্না নীংশিংজবা অসিগী হেন্না কৃপ্পা বারোল কোন্না পীজরক্কে। অনীশুবদা "বিনিতগণ" অসিগী মতাঙদনি। মসিদা ঐখোয় ইচীন-ইনাও অনীগী মিং য়াওরি। হাইফেৎ মান্নবা মিংনি। অমনা রাজেন্দ্র অদুপ্পা অমনা বাজন্দ্রো। থাংগেশেংবা ঐগী অঙাং ওইরিঙেগী মিংদি মোইরাংথৌ কৌই। হৌজিকসু অদুম মোইরাংথৌ হায়রগা খঙনবসু য়াওরি। ইনাওগী মিংন্না

রাচন্দ্রো হায়বনি, থৈথরক্তুনা রাজন্দ্রো হায়বনি। মোইরাংথোঁনা ম্ভুলদা রাজেন (রাজেন্দ্র) হায়না ওনবা অদুগা রাচন্দ্রোনা মীনা রাজন্দ্রো হায়না কৌনবদগী ইচীন-ইনাও অনীগী মিং হাইফেং মান্নবনি। মিংগী মতাঙ অসি অসিন্নাইদা অসুম তেনশীপ্পরগে। থমজনীংলিবা ম্নাফমদি বার্তন অসিদা মী অনীগীতা বিনিত হান্না অসিনি। ইচলনুপী সখীনা হায়— "*তাজৌ! বার্তনদা ঐ মচানুপা, ঐ মচানুপী, ঐ মশু... হায়দুনা মিং ময়াম অমা ভারীদা হাপ্পদু তৌবীগনু, ঐগীগা হাপ্পীগনু, তাজৌগা তাতোনগা হাপ্পগা লোইরে, তাজৌগা তাতোনগনা শোনগদবা শোরাংতা ময়াম অমা হাপচিল্লগা করি কান্নবনো ?*" মাগী ম্না তাবদা ইচলনুপী অতোপ্পী খমলৈনা হায়— "*ময়াম অমা হাপচিল্লগা মীনা তৌজনীংবা মানগনি, বার্তনদবু চংপা ঙমদ্রিবা অঙাং ফাওবা হাপচিন্দুনা ৩০/৪০ শুবা য়াওবা য়াওই*"। ইচলনুপী মায়পাকপী অমসুং ইচে অহল কুঞ্জবতিনসু নীংঙোলমখৈ হাপ্পদুনা করিবু কান্নবনো, মীগীদি বিনিতনা পূমথন থনবা য়াওই মদু পামজদে হায়রকই। মখা তানা খমলৈনা হায়— "*তাজৌগা তাতোনগা, ইনম্মা অনীগা হাপ্পগা লোইবে। (ইচলনুপীনা হায়রিবা অসি মনম্মা অনী য়াওদ্রবদি ম্নারৌখিবা য়াই খনবদগী ওইরম্বা য়াই হায়না ঐনা খল্লি)। ম্নাফম অসি লোইনবীগী মফমদা কাঙথোক্লবদা বার্তন্দবু ঐখোয় ইমুংদা মী অসুক য়াম্না চারি খঙহল্লগা করি তৌদৌরিবা, মায় তাজৌগা মচীন মনাও অনী হাপ্পগা লোইরে।*" অসুম্না মত অমত্তা ওইনা য়ানদুনা বিনিততা ইচীন-ইনাও অনীগীতা মহাপ্লে। মীনা তৌনবগুম হাপকে হায়না হাপ্পবদি ৩০ বোমদি হাপনীংঙাই লৈ। বার্তন্দা ঐখোয়না হায়জখিবা মরুওইবা ম্নাফমদি "*নাম শ্রবণ ফংবীরনবা পত্রনা নিমন্ত্রণ কচ্চরি*" হায়বসিনি।

**ইমাগী শোরাংতা মীবু ম্নাহন্নীংদবাঃ**

ইমানা লৈখিদবসি ফাইরেল থাদনি। ফাইরেল-লমদা থা অসিদা লুহোং খোংদোংবা অসি অসুক্কী মতীক য়ামগ্রে হায়বা খ্বাইনা খঙনরিবনি। নোংমদা (অফবা নুমিৎতা) ইমুং অমদা লুহোংবগী বার্তন ৭/৮ ফংবা ফাওবা য়াওনরিবনি। পোৎপাংগী, পোৎয়েংগী, পালাদা শেল থাননবগী অম্নাবা চৈথেং ফংনরিবনি। অসুম্না শেল থুমগী লমদা লেপত্রে হাইবগুম হাইনরিঙৈদা (ম্নানরিঙৈদা) ইমাগী শোরাংকী মতম লাকখিবনি, ইমা থারগা হায়রিবা ফাইরেল থা অদুগী মনুংদা তেম্বাদা ঐখোয়গী লৈকায়দা অমসুং থংনবা লৈকায়দা হুলুবী মরি লৈখিদে। নোংমদা পূম্না

শিববুদি নত্তে, নুমিৎ খজিক খজিক কান্নে। লুহোংবগী বার্তনগী মথক্তা শোরাৎ মরিগী বার্তনগা অমুক্তা নোংশিল্লবদি বার্তন ফংলিবা ইমুংদুনা করি খল্লমগনি? মখোয়না ইমা নুংশিরুবদি লায়বদনা পুবা থাংবা ওমদ্রে বার্তন ময়ামসে, খীংসু য়াম্মনগ্রে, তোয়মনগ্রে হায়গদৌরিবনি। নিমন্ত্রণ ফংবশিং অৱাবা অমা ওইগদৌরিবনি। লাইরবদি লায়রদনা ইনাক খুনবনা ফাওবা য়াম্মন-লাকমনগ্রে হায়গদৌরিবনি। খুদম অমত্তং পঞ্জগে ঐগী মৌগী মৌপ্পা নুপামচা অমনা লৈকায অমগী বার্তন তৌবা চৎলি। মথং মথং তৌরগা যুম অমদা চঙলুবদা কনা অমত্তা মপালদা লৈবমদে হায়— কনা কনা লৈবগে, বার্তন অমত্তা থমজরমগে হায়রুবদা ইমুংদগী নুপী অমা থোরক্লগা “অমসু অমুক য়ৌরক্লত্রা” হায়না খোযরাং খোয়শাউননা হায়বকই হায়। “ও সিদি ৱাবোইদবা বার্তননে” হায়বগা বার্তনগী চেবোলদু নুপামচাদুনা পাবদা নুপী অদু তৃমিন্না লৈখি হায়না পাউদম্লে। হাযবিবা নুপী অদুগী থম্মোযদা ফংলিবা বার্তনগী চৈথেং অসি অতৈ কয়াদসুনি। অদুনা ইমাগী শোবাংতা ঐহাক্লা মীবু ৱাহন্নীংখিদে।

**শোরাংকী দশাহগী লাইরিক তাবাঃ**

অয়ুক্তনি ইমানা লৈখিদবা। নুংথিলদা বামন্না লাইবিক তৌগদৌরি, দশাহগীনি। নুংথিলনি, বামন যৌবক্লে, সংকীর্তনগী নাম শোনবীগদবা পুং যৈবা ঈশৈ শকপসু থুংলবে। মখোয় মরিনি— বামননে, পুং য়ৈবনে, ঈশৈ শকপা অনীনে। থৌরম হৌবে। মখোয মরিদা লুপা চাম্মা চাম্মা কৎলি। মীবু শেল থাহন্দে। ইমাগী মাঙদা হনুবী অমা লৈখিদে। মাগীদদি লাইবিক তাবদা লুপা চামঙাগী মথক্তা তাই হায়না মখোয়না ঙাঙনবদগী তাবা ফংখি। অদুনা ঐগীদনা লুপা চামদমক ফংবা অদুগা অহল-লমন অমদি অতৈবু শেল থাহন্দবা অদুদা বামন অমসুং নাম শোনবশিং অদু মথ্বায নুংঙাইবমগনি হায়বা কয়া থাজফাংতে। শেল থাহনবা তাববদি লুপা চামরী/চামঙাদি য়াম্না লাইনা তারমগনি। ওসাই মখোয়না ঙাঙনবা অতোপ্পা অমগীদা লুপা চামঙা হেন্না তাবকই, হাযবিবদো মীবু শেল থাহল্লগা তাবনি। থৌবুনা লোইনা থাবা নত্তে, মী অতৈনা থাবকপনি। অদুবু হায়রিবদুদি নোংমতমক পাওথোক্লল্লগা মখা তাবকপদি অস্থি-সঞ্চযদা অদুম পুনশিনগ্রে। মতুংগীনা বার্তন হৌবদা। ইমাগীদি মখা তানা অদুম ঐহাক্লা ওমজবা থাক্তা লেপ্পা লৈতনা শোবাৎ ফাওবা চঞ্চজে।

**অস্থি-সঞ্চয় অমসুং শোরাৎ নুমিৎঃ**

অস্থি-সঞ্চয় লৌখৎপা নুমিৎকী ওইনদি সংকীর্ত্তনগী শৈশকপশিং, লাইরিক তৌবা বামন অমসুং লাইদা লুপা চামরি/চামরিদং কৎচৈ, মী অতৈমু শেল থাহন্দে, লৈদি কৎহল্লি। অদুগা শোরাৎ নুমিৎতনা সংকীর্ত্তনগী পালাশিং, মান্দোব মপু, মোইবুং খোংবা অমদি বৈত্যদা লুপা চাতরেৎ/চাতরেৎকী চাংদা থাক্ষ থোকপা ফিরোলগা থাননবা থৌরাংজে। ঈশৈ শকপা অমদি পুং য়েবশিংগী ইন্টরেষ্টকীদমক মতাঙ চানা অমুক অমুক্তা লুপা চামা/চামা অরাংফম্বু থাহল্লি, করিগুম্বদনা ফি ওইনা চঙহল্লি। নিমন্ত্রণ কৎচখিবদা বার্তনগী চেরোলদা য়াওখিবগুম শেল থাহঞ্জখিদে, পোৎয়েংসু লৌজখিদে। লেঙবীরক্লিবা খ্বাই পুন্নমকী মফমদা ঙমজবা লুপা মঙা/মঙাদং দক্ষিনা কৎচৈ, তরা য়ৌহনবা ঙমজখিদে। শেল থাবীগনু, পোৎয়েং লৌজরোই হায়বা চে থেৎতুনা মীয়াম্বু খঙহল্লি।

**শোরাৎতা নাম শ্রবণ ফংবীরনবগী রারোলঃ**

বার্তনগী চেরোন্দা পঞ্জখিবসি "নাম শ্রবণ ফংবীরনবা পত্রনা নিমন্ত্রণ কচ্চরি" হায়র্বাসিনি। রারোল অসিমক পাঙথোকচগে খঞ্জখি। লেঙবীরক্লিবা খ্বাই খিবিক্রসু মসিমক পাঙথোকপিখি। লাক্লিবশিংনা মুন্না নাম শ্রবণ ফংননবা হোৎনৈ, লাঙবা নিন খোংবা তৌদে। হৌবদগী লোইবা ফাওবা অদুম নাম শ্রবণ ফংই। লোইদ্রিঙৈদা হন্নদে (কনাগুম্বা থবক চিনবা অমদি অরাপ্পদগী লাকপা খবা নত্তনা)। মদুদা ঐহাক্কী পেঞ্জবা ওইখি। লৈখিদ্রবী ইমাগী আত্মানসু পেনবীরমগনি খল্লি। অসুম্না ঈংনা-তপ্পা মোং-হাদনা নাম শ্রবণ লেঙবীরক্লিবা খ্বাইগী মফমদা ফংহঞ্জবা ঙমজখি।

**শোরাৎকী পালা, পোৎয়েং অমসুং পালাদা কচ্চবাঃ**

ইমাগী শোরাৎতা পালা অমমম্না ফংনখিবসি লুপা চাতরেৎ/চাতরেৎকা ফিরোলগনি। বোরি ফি অমসুং নম-লেংগী মথক্তা মরক্তা ফিজং মঙারক চঙবনি। য়াম্না চম্না শোনবা শোরাৎনি। অরাপ্পদগী পুং য়েবা, ঈশৈ শকপা কৌরুদে। ঐখোয়গীদা লৈবা অহৈবা, চৎনবা য়াবা খরবু সেবা ফংহঞ্জে। মখোয়সু ইহৈ হৈতবা, চৎনবা য়াদবা নাম শোনবা মীশকমক্তি নত্তে। মখোয়দুনি ইমানা শোঞ্জিল্লতুনা ঙল্লক্লবা মতমদা ইমাগী সেবা তৌখিবা। মখোয়বু নত্তনা কনাবু সেবা ফংহনগনি শোরাৎতা। মীগী শোরাৎতদি পালা অমমম্না ফি থাদনা লুপা লিশিং অমা চ্রামঙা ফংনৈ, লুপা লশিং

অনী য়ৌহ্কা হায়নৈ। ঐসু মুন্না খণ্ডই উরবা কৌবনিনা। য়াল্লবা শেলফম অদু থৌবুনা লোইমা থাবা নত্তে, নিমন্ত্রণ ফংদুনা লাক্লিবা কয়ানা শেল থারিবনি। পোৎয়েংসু থৌবুদা পীনরিবনি। পোৎয়েংদা লুপা লিশিং য়াম্খ্রে তাই, লাক্ক য়ৌই হায়নবা কয়া য়াওই। অচৌ-অশাং, ইনাক খুনবা কয়াগীদি পোৎয়েংদা লাক্ক অসুক তাই হায়না লাক্কনা যুনিং ওইরগা হায়নবসু য়াওই। শোরাংতা চঙখিবা শেলফমদগী লেমহৌবনা অসুক্কি হায়নবসু য়াওরি। অসুম্না কনাগুম্বা খরদি শোরাংতা তোংবা য়াওনরি। অসুম্না শোরাংতা তোংবা অসিমক্তি ঐগী থম্মোয়না থোইনা মিতারুদে। অগুম্বা খরদং মীবু ব্রাহ্মনা কচ্চবা অসিনি ঐহাক্না পামজবা। দশা তারক্লবদা অমুক অমুক মতেং পাংনবা ব্রাখল্লোন অদুবুদি লাল্লি হায়নীংদে। ঐগী হায়ববু মী ব্রাহনবা তারবদি লৈখিদ্রবগী আত্মানা পেনবা ব্রাংলমগত্রা খঞ্জবা অমসুং ঐগী থম্মোয়না ভমজবা খরদমক কচ্চবা অসিনি।

**ঐহাক্না থেংনরুবা শোরাং খরাঃ**

ঐহাক্না শোরাং খরা থেংনখিঃ মীনদি য়াম্না থাগৎনবা, ঐহাক্নদি কয়া পামজদবা। শোরাংশিং অদুদা ঈশৈ শক্লম্বশিং, পুং য়ৈরম্বশিং অফাওবা ঙাক্তনি, মীয়াম্না লৈবাক্না শকখঙনরবা। ঈশৈ অমুকমুক শক্লকপদা, পুং খুৎয়ৈ অমুকমুক য়ৈরকপদা হোৎচিন হোৎচিন শেল থাবদো ওহ্মোক্না য়ামথ্রে। পোৎয়েং পীবদা ক্যুদা লেপ্পবা, ক্যু থুগায়নবা, মীনা কৃক কৃক ইন্নবনি। লাক্লিবা মীদু ওহ্মোক্না য়ামথ্রে, ফমফম কোন্নদদুনা হান্না ফম্লম্বশিং মাগী মাগী মথৌ লোইশিন্নরম্লগা চৎনখি। অনৌবা লাকপশিংনা ফমফম মহুৎ শিল্লি। মখোয়সু কুইদে হৌগৎতুনা চৎনখি মথৌ লোইশিন্নরম্লগা। চৎখিবগা লাকপগা ফমফমগী পুম্লিল নিল্লি। খরা নত্তনা কনা অমত্তনা নাম শ্রবণগী ব্রাখল লৈনদে। মাণ্ডব/মন্দির ময়ায়দনা করি তৌরি— পুং য়ৈ য়ৈফম খণ্ডদে, ঈশৈ শকই তাফম খণ্ডদে, থৌবুনা উহৌগদবা মতাঙ য়েংদুনা শেল পংথাদা থানৈ। পোৎয়েং পীবা মীগী মিংসু ইশিল্লি, শেল থাবা মীগী মিংসু ইশিল্লি, কনা কনানো মিং হংবসু য়াওরি, অদুনি অদুনি খুল্লি, ইশিল্লি। খণ্ডদুনা ইশিনবা তোকপসু য়াওখি। থৌবুদু সংকীর্তনদা মায় ওন্সিনবা ভমদে, পোৎয়েং পীরবা মীদা পুক্লিং চঙই। ওহ্মোকপা মখলগী শোরাংনি। লৈখিদ্রবগী আত্মানবু পেল্লমগত্রা খণ্ডদে। শোরাং লোইদ্রিঙৈ, মেন থাদ্রিঙৈ শাংহন্দা হন্নখি, পংলাক্তা লাকই, করি ঈশৈ শক্লিবগে ভাব মেন তানদে। লম পীকপা মফমদা শোনবা শোরাংসু য়াওরি, বার্তন্না ভারিদা

তৌবা। অসুম্না থেংনখিবসি হান্নসুনি, কোন্না ইমাগী শোরাং মতুংদসুনি। মসিদগীনি থিংবা শুমদ্রবা খন্মোন্নদগী খোরকপা বারোল খরা ঐগী কলমনা ইখিবা, মখাগী অসুম্না—

*রাজেনগী শোরাং শোনফম*

*শোরাং শোনফম্নি*
*মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহগী*
*ফমফমগী কেপাসিটিনা চহুম*
*বার্তন মশীংনা লীশিং অমা চামণ্ডা*
*পেন্দদুনা অমুকসু খবরদা*
*কাচিন কোয়া থুংনা,*
*বার্তনগী চেরোলনাঃ*
*নাম শ্রবণ ফংবীরনবা শ্রীহরি সংকীর্ত্তনগী,*

*লাক্তবা চামা*
*অরাকপা লীশিং অমা চামরি*
*ফম্ফমগী মরাং মবাং*
*হনখিবগা লাকপগা পূমনিন নিন*
*নাম শ্রবণ সর্বনাশ*

*রাজেন্না পামজবনাঃ*
*থুনা হন্নখিবা অরাকপা অয়াম্বা*
*লোইশিন্নরল্লগা মাগী মাগী মথৌ।*

অসুম্না ঐহাক্না থেংনখিবা শোরাং খরদা লাকখিবা মীশিং অদু ওন্থোক্না য়ামগ্রে। পালা অমমমদা শেল ফনা য়াম্না তারমগনি, পোৎয়েংসু ফনা য়াম্না তারমগনি। অদুবু অদুক য়াম্বা মীয়াম অদু করম তৌগ্রবা জাৎনো খণ্ডদে, করি রাখলদগীনো সংকীর্ত্তন মেন থারবা মতুংদদি তংখায় ফাওবা লৈরমদ্রে, ফনা য়াম্না হন্নগ্রে। নাম শ্রবণ মপুং

মানা ফংগ্রবজাংলা খঙদে। অসিমক্তি থোকখিদে ইমাগী শোরাংতা। শোরাং মরুম অমদদি লম শীকমনখিবনা য়াম্দপ ময়োম্দা ফম্বা খরা নত্তুনা অতৈদি মী য়ায়া য়ৌশিল্লক্কে হায়দুনা কৃক কৃক হৌগৎতুনা চৎনখি। নাম শ্রবণ ফংগে (তাগে খন্দুনা) চৎলুবা ঐহাক কুইনা ফম্বা ইকায়গে তৌরকই। ফমদুনা লৈ ফম্ফম কল্লি হায়দুনা থৌবুনা শাউদুম শাউরমগদবা মাল্লি।

**লাইরবগী শোরাংতা খোয়দাজরুবাঃ**

ইনাক খুনবা, মন্ত্রী, ওফিসার, ঠিকাদার অমসুং অতৈ খরগী শোরাং চৎলুবদা থেংনরুবা দৃশ্য অদু উরুবদা খনখি— "তৌরিবসিবু শোরাংলা, লীলারা, কুমহৈরো, অচাউরম কাবা উৎলিবরা, সঙ্গ লৈ তাক্লিবরা, ইজ্জৎকী য়াফম্লি খঙহল্লিবরা।" অদুবু লাইরবা খরগী শোরাং চৎলুবদদি শোরাংতা শোরাং হায়বদু ওইরম্মী খনখি। মী পংয়াম য়াম্লমদে, পালাদা শেল থাবা কৃক কৃক ইম্নখিদে, পোৎয়েং লীবদসু ঈংনা-তপ্পা লীনৈ, ফম্ফমগী মরাং-মরাং করিসু তৌদে। ভাবক অয়াম্বা ফজনা সংকীর্ত্তনগী নাম শ্রবণ ফংনবরা খল্লি। পূং য়ৈবনা পূংয়ৈবগী খুদোংচাবা লৈখি। ঈশৈ শক্লিবশিংসু ফজনা ঈশৈ শকপা ওমখি। খরা অমা খরা ওন্না হন্নগ্রবসু ভাবক অয়াম্বা সংকীর্ত্তন লোইহ্রিবা ফাওবা থৌরম য়াওই। মদু উরুরগা হন্নকপদো শোরাং হায়বদু মসিনিদনা খনখি। ইমাগী শোরাং অদু করম্বা মখলগী শোরাং ওইরমগবা খনখি। কুমহৈ য়েংগে খল্লগনা ইনাক খুনবগী শোরাং চৎপা, নাম শ্রাবণ ফংগে খল্লগনা লাইববগী শোবাং চৎপা হায়না ঐহাক্না খনবা হৌখি। শোরাং অনীসিগী মনুংদা ঐহাক্না খোয়দাজবদি লাইরবগী শোরাংনি।

**মীগী শেলনা শোরাং শোম্নীংদবাঃ**

কনা কনাগুম্বগী শোবাংতদি পোৎয়েংনা য়াম্মনখিবনা শোরাংতা চঙখিবা শেলদগী ফনা য়াম্না লেম্বা য়াওনৈ। পোৎয়েংদা লুপা ১,০০,০০০ য়ৌই। লুপা ৫০,০০০ চঙনা শোম্নবদা লুপা ৫০,০০০ অমা অমুক লেম্মী হায়নবা য়াওই। লেমহৌবা লুপা ৫০,০০০ অদু বেক্কতা থমজিল্লগা মদুনা ফিরোইদা অমুক শীজিন্নে। মসিনা তাকপদি মমাগী নৎত্রগা মপাগী নৎত্রগা ইমুংদুগী কনাগুম্বা অমগী অশি-অনাগী থবক্তা মশানা তিংদ্রে, মীনা শোনবীরে হায়বা য়ারবনি। তৌবগীবুদি মসি খুল্লাং লমম্নি হায়বসু য়াই। মীঙোম্দা পোৎয়েং লীরুবদগী অমুক মাগীদা

হৃঞ্জিল্লকপনি। অদুবু ঐহাক্তি মীগীদা পোৎয়েং পীখি হায়দুনা মীগী পোৎয়েংনা ইমাগী শোরাংকী, ফিরোইগী চঙগদবা শেলফম মদুনা শীজিন্নগনি হায়বগী থাফম থম্মোয়দা মম্নি তাহঞ্জনীংদে। শম্না হায়রবদা মীগী শেলনা শোরাং শোনবা পামজদে। অরৈবা/ অঙম্বা খরদং কংচবা অদুনি ঐনা পামজবা।

**দেলিগেৎ ফীঃ**

হৌজিক মৈতৈ খুন্নাইদা চৎনবী অমা ওইনা শোরাংতা, লুহোংবদা, যুম শঙ্গাবদা অমদি অতৈ থৌরম খরদা পান্দনা থারোল অমা ইরগা নুংদনা দেলিগেৎ ফীগীদমক বার্তন তৌনবা অসি খ্বাইনা খঙনরবনি। মসিমক্না লোইনমক হেক্তা চুন্নবনি হায়ববুদি য়াদে। বার্তন তৌদবা য়াদবা কয়া লৈ, তৌগদবদি। বার্তন তৌনদ্রবদি পূন্না লৈমিন্নবা হিংমিন্নবা খুন্নাই ওইবা য়াবা হৌনদে। তৌবদবু হেনমনবগী থানি। হিংমিন্নবা নুংঙাইমিন্নবা থাদোকপা য়াবা নত্তে, ইতোমতা লৈবা য়াবা নত্তে। অদুবু খুন্নাইগী চৎনবীদা শেল য়াম্না তিংনবা, মী থানবা অসিগী মতাঙদনি কবিগুম্বা থাফম খবা থমজবা, মীবু হুমদুনা পুবদি ইতীক-ইপা নত্তবনা, মদুগী গুণ থাংপনা ফরক তারবসু তানা, মীনা ঙাওই হায়রসু হায়জসনু খন্দুনা ইশাগী ফিবেপ অমা লৌজবনি। হৌজিক হৌজিক তৌনরিবা, চৎনরিবা, ইনরিবা বার্তনগী চেরোল খরা পাক্ররগা উরুরগা ইজবনি মখাগী শৈরেং অসি—

*ইরক্তবসু দেলিগেৎ ফী*

*শোরাংকী বার্তননি*
*ইরিঃ*
*... নাম শ্রবণ ফংবীরনবা*
*পত্রনা নিমন্ত্রণ কচ্চরি...*
*ইরক্তবসু য়াওরে*
*দেলিগেৎ ফী নাম শ্রবণদা*
*কয়াদা মগুণ লৈগ্রবা নাম শ্রবণদা.*

*লুহোংবগী বার্তননি*

*ইরিঃ*

*...বর কন্যা অনীবু*

*মঙ্গলাশির্বাদ পীবীরনবা*

*পত্রনা নিমন্ত্রণ কচ্চরি...*

*ইরক্তুবসু য়াওরে*

*দেলিগেৎ ফী মঙ্গলাশির্বাদতা*

*কয়াদা মগুণ লৈগ্রবা মঙ্গলাশির্বাদ!*

*য়ুম শঙ্গাবগী বার্তননি*

*ইরিঃ*

*...য়াইফ-মঙ্গল পীবীবনবা*

*অমদি প্রসাদী সেবা ফংবীরনবা*

*চেনা পাউজেল পীজরি...*

*ইরক্তুবসু য়াওরে*

*দেলিগেৎ ফী য়াইফ-মঙ্গলদা*

*কয়াদা মগুণ লৈগ্রবা য়াইফ-মঙ্গল!*

*লোয়নবগুম মৈদা মৈশা, উলদা অঙৈংবা*

*য়াওরে নাম শ্রবণ অমদি আশির্বাদতা*

*ইরক্তুবসু দেলিগেৎ ফী।*

**ঐনা শোরাৎকী পোৎয়েং পীক্লা পীবদাঃ**

য়ুম শঙ্গাবদা, ইচা-ইশুগী চুড়া করণদা, ইচে য়াইমা অমসুং ইমাগী শোরাৎতা পোৎয়েং লৌখিদ্রবসু, সঙ্কীর্তনগী পালাদা শেল থাহনখিদ্রবসু মীগী শোরাৎতদি অঙল্লা পোৎয়েং খরা খরা অদুম বার্তনবু তৌরক্লবদি পীজে। ওমদ্রগা চত্তবসু য়াওখি। অয়াম্বা মতমদা পোৎয়েং য়াম্না পীক্লা ঐনা ওমজবা অদুতা পীজে। শেল থাদবা য়াদবা মতাঙদসু পালাদা অদুম থাজে। অদুবু করিগুম্বদা শোরাৎতা ঐহাক্লা পোৎয়েং পীক্লা পীবা মীনদি চাউনা পীবা অদুদা থৌবুনা চাউনা পীবা মীদুবু চাউনা উবা কয়া অমসু থেংনখি। ঐহাক্কীদি ওমজবা খরদং কৎচবনি, নাম শ্রবণ ফংবা চৎচবনি, মদুদা থৌবুনা য়াংনা

লৌখীরম্বসু য়াওবগুম তৌই। মীনা লুপা চামা/চনী/চামগু/লিশিং পোৎয়েং পীনরগা ঐহাক্না য়াখ্খে পীরুবা অদুদবুদি করিবুদি য়াংনা লৌদনি, য়াংনা লৌফম খোকপনি। "মানা য়াখ্খে পোৎয়েং পীরিবসিদি য়াম্মু য়াম্মল্লবনি মাদি মচেগীদা মমাগীদা লৌখিদবনি" হায়বসি কনাগী থম্মোয়দা মমি তাদবগুম তৌই। মদুদা ঐহাক খোইদোকপা বারৌদে, নুংঙাইতবা তৌদে, ঐনা ঐগী খোকপা হায়বসিদা অদুম লৈজে।

**শোরাংতা লৈখিদ্রবগী ফোটো থম্বাঃ**

শোরাং অমদা ঐনা অমুক উখি দৃশ্য অমা। লৈখিদ্রবা অদুগী ফোটো অমা শেল থাবা চণ্ডফম ময়াদা থম্মী। মান্দপকী চিথেক্তনি, থৌবুনা ফল্লিবা মনাক্তনি। মীনা খুরুম্নবা, ভক্তি কৎনবা থম্বা ওইরম্বসু য়াই। নৎত্রগা মহাকসু নাম শ্রবণ ফংলি, সংকীর্ত্তন ঈশৈ তারি হায়বগী শরণীদা ওইরম্বসু য়াই। অদুবু অণ্ডকপদি শেল থাবা চণ্ডখিবশিং অদুনা ফোটোদুদসু শেল কৎখি। ফোটোদুগী মাগুদা পৈখৎলকপা তরা চৎপীগী মপৈ অদু ফনা য়াম্না ব্রাংই। নুমিৎতুগী শোরাংতা পালা অমমম্না ফংনখিবসি লুপা লীশিং অনীরোম য়ৌখি। ফোটোদুদা কৎপদু অদুমক য়ৌদ্রবসু লুপা লীশিং অমা চামগুারোমদি য়ৌরম্বা য়াই মরমদি মীওই খরা নত্তনা অতৈদি লোইনা ফোটোদুদা লুপা তরা/তরা কৎপা ঐনা উখি। ঐনা খল্লি "থৌবুদুনা মনাক্তা ফল্লিবনিনা ফোটোদুদা শেল কৎলমদ্রবদি থৌবুদু কবিগুম্বা অমা খনখিবা য়াই হায়না শেল থাবা চণ্ডলিবদু খল্লম্বা য়াই"। মসিনা মীবু অমুক্তা হেন্না ব্রাহনবা ওইগদ্রা খল্লি। ফোটোদা শেল কৎতবদা কনানসু চিথবা অমা য়াওবে হায়গদববুদি নত্তে। ঐহাক্না পঞ্জরিবা অসি করিগুম্বা শোরাং অমগী ব্রাফম্নি। অতৈ শোরাংতসু করি করিগুম্বদা কনা কনাগুম্বনা ফোটো থম্বা অদুম য়াওনৈ। শোরাংতা ফোটো থম্লগা শেল তানবা অসি ওম্থোক্না পামজদে।

**শোরাংকী বার্তন মশীং অকক্নবা তৌবা অমসুং মদুগী মরমঃ**

ইমাগী শোরাংতা ঐহাক্না বার্তন তৌবা অসি পাক শন্না তৌজখিদে অকক্নবা খরতনি। ঐগী য়ুমগী মাঙোল, শুমাঙ অমদি শঙোয়দা ফম্বা চনগদবা মশীং চাউরাকপা য়েংলগা তৌজে। নাম শ্রবণ ফংহঞ্জনীংবা মখোয়গী ফম্নম লৈত্রগদি ঐঙোন্দা অপরাধ অমা লৈবা য়াই খঞ্জদুনা মখোয়গী ফম্ফম লীঙ্গবনি। মরম অদুনা ফম্ফম কোম্লনবা চন্নবা মীশীং খরতবু বার্তন তৌজে। খণ্ডন-চায়বা স্বরূপ মপাং, তিম্নরুবা সঙ্গ ফনা

য়াম্না লৈ হায়দুনা মখোয়বু বার্তন তৌরুরগা মখোয়না নাম শ্রবণ ফংবা লেগুবীরকপদা ফম্ফম পীবা গুমদ্রবদি পাপ অমা লগুশিন্নবা তারগনি কিজবদগী মী খরতমক বার্তন তৌজে। পোৎয়েং পীরম্লগা, পালাদা শেল থারম্লগা ফং-ফং হুম্নখিবা অদুসু ঐহাক্না পামজদে। ঐহাক্না পামজবদি সংকীর্তন হৌবদগী লোইবা ফাওবা য়াওবীদুনা লৈবীবা অদুনি। মখোয়দা ফম্ফম পীরগা নাম শ্রবণ ফংহনবা অদুমখৈনি ঐহাক্না হোৎনজবা। মখোয়দগী পোৎয়েং পামখিদে, মখোয়না পালাদা শেল থাবসু তৌহঞ্জনীংখিদে। অদুনা পোৎয়েং লৌখিদবনি, শেল থাহনখিদবনি। অরাপ্পদা লৈবা মরূপ-মপাং কয়া অমসু বার্তন তৌজখিদে। মদুগী মরমদি মখোয়না লাকপিরগা শোরাৎ লোইরগা থেগুনা হনখিবদো পামজখিদে। শোরাৎ লোইদনা হনখিবসু পামজদে। শোরাৎকী সংকীর্তন ঈশৈ অসিদি মতম শাংনা চণ্ডই, পাক হেক লোইশিনবা য়াবা নত্তে, অদুগী মথক্তা ঐগী লৈফমদি তেম্থানিদো, মনুং হঞ্জিনবা লমনি, গাড়ীগী সার্বিস মতীক চাবা মফম নত্তে, মখোয়না লাকপিবদা-হনখিবদা অৱাবা খুদোংথীবা কয়া নংগদৌবিবনি। অদুননি অবাপ্পদা লৈবা মরূপ-মপাং কয়া বার্তন তৌজখিদবা। থৌবম ফাংজিন্নদুনা অমদসু অমদসু চৎনীংবা কনাগুম্বনা ঙাইহাক য়ৌরম্লগা হনখিবা নৎত্রগা শংদদুনা লাক্তবা কয়া ঐহাক্না ৱারৌবা তৌখিদে।

**পোৎয়েং লুপা য়াম্খেদা মীনা ঐবু নোক্লবীবাঃ**

নোংমা ঐহাক্কী খুঙ্গংদা লৈবা হোতেল অমদা চা থক্নুনা লৈরম্বা মীওই খবনা ৱারী শানবম্বা ঐহাক্না তারুই। ঐহাক্না হোতেলদুদা চগুফাত্তিগুদা ৱারী শানবম্বনি। মখোয়না ঐবু উদে। মখোয়গী ৱাবীদুদা ঐহাক হোতেলদুদা পাক হেক চগুদে, নাকলদা থৈদোকই অদুগা মখোয়না শানবা ৱারীদু তাই। ঐহাক্না লোন্না তাবগী মবমদি মখোয়না হায়নবদা মখোয়গী মরক্তগী অমনা ঐহাক্কী মিং পনখিবা তাহৌবদগী করি হাযনবগে তানীংবদগীনি। মখোয়গী মরক্তগী অমনা হায়– "গুসিসি শোরাৎকী বার্তন অনীনি, লুহোংবা অমসু লৈরিবনি, চামগু/চামগুনি তিংগদৌবিবসি"। অমনা অমুক হায় "শেঞ্জংসু অমুক য়াওদ্রবদি ফজরোইদৌরিবনি, হৌজিক্তি য়াম্খেসু চৎনদে পীক্লবদা চামা নৎত্রবদি য়াদ্রে"। য়াম্খে পল্লকপদুদনি মখোয়না ঐগী মিং পন্নরকখিবা। ঐগী মিং পল্লিবদু ঐহাক্না নোংমা শোরাৎ অমদা লুপা য়াম্খে পোৎয়েং পীবা মদুগী মতাগুদনি মখোয়না ৱারী শানবদু। হাইফেৎ তারবা মতুংদা ঐসু হোতেলদুদা চগুই। ময়াম তূমিন তূমিন লৈনৈ। অচীকপদু থুগায়দুনা ঐহাক্না হায়– "গুসিসি শোরাৎ বার্তন অনী লৈ,

লুহোংবা অমসু নাক্তা লৈ; শোরাং অমনা ঐনা চংলগা অমনা নুপী অমবু চংহল্লগে অদুগা ঐনা কোন্না অমুক লুহোংবা য়াওরগে, মফম অনীদি য়াৱ্খে/য়াৱ্খেনা য়াগনি অমদি চামা নংত্রবদি নুংঙাইরোইদৌরি, চনীদি তিংবা তারে"। ঐহাক্কী ব্রা তাবদা হান্না ফন্নস্বা কলেজগী ওজা অমনা হায়রকই— "হৌজিকপু য়াৱ্খে চামা চংনরিব্রা, ইকায়দ্রা"। মহাক ঐহাক্কা কোইনদবনি, হায়নীংবা শং-শং হায়দোক্লবা মীশক্লি, অদুননি মহাক্কা হায়রক্লিবদু। খুল্মী ঐহাক্কা খৃদক্তা— "য়াম্বু য়ামমল্লবনি য়াৱ্খে হায়রিবসি, ফজদে নুংঙাইতে হায়দুনা পোংয়েং পীগদৌরিবনি, ইচেগীদসু ইমাগীদসু শোরাংতা মখোয়দগী পোংয়েং লৌখিদ্রবনি, লুহোংবদুগীদি চামা পীরগে খল্লি, শোরাংতা মীনা পোংয়েং ৫০০/৫০০ নংত্রগা ১০০০/১০০০ পীনরিবসি কখোকপা নত্তে, অমুক হল্লক্লবনি, ঐগী য়াৱ্খে অসিদি কখোক্লবনি, অমুক হল্লক্লবা নত্তে, মতুং তাবদা ঐগীদা অমুক থোক্লকপদসু পোংয়েং লৌরোইদৌরিবনি। শেলসু থাহল্লোইদৌরিবনি। ময়াম তৃমিন তৃমিন লৈনখি।

**বার্তন তৌরক্তে ব্রাকংলকপাঃ**

ইমা লৈখিদ্রে, শোরাং শোনব্রে লোইদ্রে হায়বসি মরূপ-মপাং ফনা য়াম্না তানবা জাংনি। হায়রকপা য়াওরকই— "করিনো বার্তনগা অমত্তা তৌরক্রেনা"। খুল্মী ঐনা— "য়াম্না পীকশিন্না হোংনরে, পাক শন্না বার্তনগা অমত্তা তৌদ্রে, তগায় ফদবা অনকপা খরা তৌরগা অদুম লোইশিল্লে, মতুং চামরক লৈরি"। করিগুম্বদনা কনাগুম্বনা হংলকপদা খুল্মী— "ময়ামগী সেবা সেবীদা নীংবা থুংলোইদ্র খনবদগী অগুম্বা খরা কংলগা লোইশিল্লে"। অসুম্না মীনা হংলকপা (ব্রাকংলকপা) কয়া থোকউ-থোকউবা পাউখুম পীখি। কনাগুম্বনা হায়রকপসু য়াওই— "হন্দক্কী মতাঙসিদা ওজাগী যূমদা লাক্লীংলম্বনি অদুবু হেক য়াখিদেদা"। চংনীংবদগী, শোরাং য়াওনীংবদগী তশেং তশেংনা হায়রকপা কয়া য়াওখি, হায়দবা য়াদবদগী হায়রকপা খরসু য়াওব্রা খল্লি।

**শোরাং লাক্তবগী মরম পীরকপা খরাঃ**

লমসু পংলাপ লাপ্নদবা লাক্কদ্রা খল্লুরগা লাকখিদবা খরসু অদুম ময়াওই। মতুংদা উনবদা নোংমদি ইমান্নবা অমনা হায়রকই— "বার্তন ফংজে, লাকসিরা তৌরম্বনি, ফি শেত্তুনা লাকসু লাক্লবনি, লম্নীদা মহাক্কা কোক হেক থেংনরে (মমিং পঙদ্রে),

মানা হায়– "পোৎয়েংসু লৌরোই হায়, শেলসু থাবীগনু হায় চৎলুদুনা করিবু কান্নগনি, দক্ষিনা পান্না তাগনি"। "হোয়নহে মদুনবু চুন্নগদ্রা, কোন্না উনরগা ব্রারী শানরবা হায়দুনি" হায়নদুনা অদুম লাক্তবনি ব্রারৌবীবা য়াদে। মখা তানা মহাক্না হায়– "ঐখোয়না পামজবদি পুং নুংঙাইনা য়েরকপা, ঈশৈ ফজনা শক্লকপদা শেঙ্গং অমুক্তং চঙজবা মদুদা প্রেম পোকচবা, শেলসু থাহল্লবনিনা অদুম..."। মহাক্না হায়বা লৌফাৎত্রিঙৈদা ঐহাক্না "করিসু কায়দেদা, পাংনা-শানবা অদুম লোইশিনগ্রে" হায়রগা ব্রাবী লোইশিল্লি। অদুবু ঐনা খল্লি, শেল থাহন্দবা, পোৎয়েং লৌদবনা মরম ওইদুনা মীনা শোবাৎ লাকনীংদ্রবা জাৎলা, ইমাগী শোরাৎপু য়াংনা লৌববা জাৎলা। মাগা ঐগা কায়নবমদাইদা হায়রকই– "কাউনবা য়াদে মতুংদা বার্তন-নুংদোন অদুম তৌনসি"। ঐনসু খুমখি– "কাউজরোই কাউজরোই"। হায়বিবা মরূপ অদুগী মচা লুহোংগদৌবা অমা অথুবা মতমদা লৈরে হায়বা হান্না তাববনি। খুদক্তা নীংশিংলকই ঐহাক্না হান্না ইখিবা শৈবেং অমা "ফনি ফনি কাউজবোই কাউজরোই" মিংথোনবা–

*ফনি ফনি কাউজরোই কাউজরোই*

*নোংচীং অমদি অতৈ খবনা মরম ওই*
*মী থোইনা লাকখিদ্দে*
*রাজেনগী মচাগী লুহোংবদা*
*তৌরবসু বার্তন পাক চাউনা*
*চৎচরবসু রাজেন্না মীগীদা চিখদনা*
*বার্তনবু তৌরক্লবদি*
*খুদোংচাদবা কয়া লৈর'ফাওবদা,*
*কাউবা লৈতে রাজেন্না মাগীদা লাকখিদবদু;*
*মচা লুহোংগদবা কুইদ্রবা*
*ময়ুম শঙ্গাবা নকশীল্লক্লবা*
*অহল-লমন শোঙ্গিল্লক্লবা*
*শোয়াৎ অমা শোল্লগদবা*
*চুড়া করণ তৌগে খঞ্জরিবা*

*রাজেনগীদদি লাকহৌরবা খরনা*
*মতুং নোংমা উনবদা হায় রাজেন্দাঃ*
*— লাকপা ওমখিদ্রে ঝারৌবা য়াদে*
*তোপিঙ্গরে লমন অমা*
*নোংচীংগী কীবম্না য়াদদুনা তৌবনি*
*মফাং মফাং ফাংজিন্নদুনা তৌবনি*
*কিবম্না য়াদদুনা তৌবনি*
*কাউনবা য়াদে মতুংদা*
*তংনবা য়াদে মরূপ-মপাং*
*চিথননুসি বার্তন নুংদোন*
*চৎনসি লুহোং-খোঙদোং, দেব-কর্ম*
*খুম্মী রাজেন্না মদুদাঃ*
*— ফনি ফনি কাউজরোই কাউজরোই।*

ফনবু নুংঙাই হায়রিবা মরূপ অসিগী মচানুপা অমা মতম খরগী তুংদা লুহোংবা তাখি। নোংমা মরূপসিগা উনবদা হায়রকখি— "লুহোংবা অমমুক লিংখৎপা তারে, কুইদ্রে ইচানুপাগীনি, বার্তন তৌজরক্কনি"। ঐনা খুমখি— "ফনি ফনি"। মহাক্না কায়নরবা তুংদা ঐহাক্না নীংশিংখি ঐগী শৈরেং— "ফনি ফনি কাউজরাই কাউজরোই"। মসিগা মান্নবা মওংদা মমাঙদা থোকখিবা থৌদোক অমসু লৈপ্রে; মহাক্না ঐগীদা লাকখিদবা, নোংমা উনবদা মহাক্না লাকখিদবগী মরম পীবা অদুগা মচানুপীগী লুহোংবদা বার্তন তৌরকপা। ইমাগী শোরাংতা ঐহাক্না নিমন্ত্রণ কচ্চখিবশিংগী মনুংদা কনাগুম্বনা লাকখিদবদা ঐহাক্না পূকলৌ-ঝারৌবা করিসু তৌজখিদে। মথৌ চিনবনি খঙদে, মশা ওমদবনি খঙদে করিগুম্বা মরম অমদগীনি খঙদে ঐহাক্কীদা লাকখিদবশিং অদুনা মশাগী থৌদোক থোরকপদা বার্তনবু তৌরক্কবদি ওম্মীবমখৈ চৎকনি, ওমদ্রগা ওমদ্রে খন্দুনা লৈজবনি। ঐহাক্না বার্তন তৌখিদবা কনাগুম্বনসু মশাগী থৌদোক থোক্লকপদা বার্তনবু তৌরক্কবদি মথক্কী অসুম্না তৌগনি হায়বসি ঐহাক্কী ফিরেপ্নি। কনাগুম্বনা লাকখিদবদা মতুংদা উনবদা ইকায়খিবা য়াই খন্দুনা শোরাংকী ঝাফম করিমত্তা হৌদোক্তে। অদুবু মরক মরক্তা ঐগীদা লাকখিদবা কনাগুম্বনা য়াম্না হৈ-শিংনা মশা ঙাকথোক্লবা হোৎনজবগা [illegible]য়ননা মশাগীদদি

লাকহন্নীংবগী ইঙ্গিৎ উৎপা কয়াসু থেংনখি। মসুদা ঐনা নীংশিংই ঐগী শৈরেং অমা। শৈরেংদুদা য়াওবা "লুহোংবা" হায়বা ৱাহৈ অমা "শোরাৎ" না অদুগা "মচানুপীগী" হায়বা অদুনা "মমাগী" হায়না শিল্পগা শৈরেংদুগী ৱারোল মখাগী অসুম্না নীংশিংই—

*অতাং লুহোংগদবা কুইন্দ্রখরা*

*লোইখ্রে "শোরাৎ"*
*রাজেনগী "মমাগী"*
*লাকখিদে মরূপ-মপাং খরা*
*করিগুম্বা মরম খবদগী*
*চংচরবসু বাজেন্না মখোয়গীদা তত্তনা,*

*নোংমা উনৈ মরূপ অমা*
*রাজেনগী মমাগী শোরাৎতা লাকখিদবা*
*মচা পাখং লৈশাবী ফারবা*

*উবদা রাজেনবু*
*হায়রকই মরূপুনাঃ*
*— উনবা ইকায়জদুনা লৈজববনি*
*উদি উনজনীংবা*
*শেংদোকচনবা ৱাফম অমা*
*ফংজে বার্তনদি*
*লাকপদি ওমখিদ্রে*
*খুদোংচাদবা খরা লৈবদগী*
*ওন্থোকপা দশানি।*
*অদুবু ৱারৌনরোইসি*
*বার্তন অদুম তৌনসি*
*মতুংদসু লুহোং-খোংদোংবা, দেব-কর্মদা,*

*খুম্মী রাজেন্না খুদক্তাঃ*
*— অঙাং লুহোংগদবা কুইদ্রবরা?*

তশেংনা থৌরম ফাংজিন্নবদগী ওাইহাক যৌরক্কল্লগা হনখিবা, থেঙনা লাকপা, লাকপা শূকওম ওমখিদবা, বন্দ ব্লোকেডনচিংবা লৈবদগী লাকপা য়াখিদবা, করিগুম্বা লুরবা মতাও অমদগী লাক্লীং লাক্লীং লাকপা ওমখিদবা কয়া য়াওবা জাৎনি। অসিগুম্বা অসিদা ঐহাক করি অমত্তা বারৌবা তৌখিদে। মসি নত্তবীদা মীগীদা থোইনা চৎকন্দবা, উনবদা মরম অমা নৎত্রগা অমা হেক্তা হায়জীনবা অদুগা মশা মশাগীদনা লাকহন্নীংবা অদুনি ঐনা বারৌজবা, নুংঙাইজদবা। শেল থাহন্দবনি, পোৎয়েং লৌদবনি চৎলুদুনা করি কান্নগনি হায়বগী থম্মোয় চেনবা, নাম শ্রবণগী বাফম থৌশাবীদবা অদুবুদি ঐহাক্লা বারৌজে।

**শোরাৎতা ইজ্জৎ লৌনীংদবাঃ**

কনা কনাগুম্বগী শোবাৎতা ঐহাক্লা থেংনজবদা ইজ্জৎ লৌনীংবা মানবা কযা থেংনজখি। ওইরমদববুদি য়াই, মানবগী বানি। “মাগী শোরাৎতো মী ওম্মোক্লা য়ামগ্রে, পালাদা তাবা শেলদো ওম্মোক্লা য়ামগ্রে, ফিনা ফি য়াম্মিবা, পোৎয়েংবু খজিক খরাক্কী বা নত্তে, চৎখিবগা লাকপগা মীনা চীক্লা-চায়না ওমদে, অচৌ-অশাংনা পীক হেক থল্লি, সন্দেশসু ওম্মোক্লা ফজগ্রে, মাগী সঙ্গসে হাইফেৎতি চাউবা জাৎনি” অসিনচিংবা কয়া হায়নবদা নুংঙাইজবা কয়া য়াওরি। মসিনি ঐহাক্লা পামজদবা, শোরাৎতবু কবি ইজ্জৎ লৌনীংঙাই লৈবগে? অদুননি ঐহাক্লা ইমাগী শোবাৎতা য়াম্না পীক্লা হোৎনজখিবা। ধূম-ধামদা চাউনা লাওবসু ইতীক ইপা নত্তে ঐনা ওমগদবসু নত্তে, ওম্বা তারবসু সূকপাম পামজদে। চাউনা লাওবা শোরাৎ কয়া ওম্মোক্লা লাওগ্রে, শোরাৎ মান্দে হরাও-কুমহৈ মাল্লি। শোরাৎপু হবাও-কুমহৈ ওম্মোকপা, নাম শ্রবণগী মিংদা পোৎয়েং য়াম্না ফংনবা হোৎনবা অসিনচিংবা মওংদা চৎখিগদ্রা পাখৎচবদগী য়ারিবমখৈ পীক্লবা হোৎনখিবনি ইমাগী শোরাৎ। বার্তন তৌরক্তে হায়না কনাগুম্বনা হায়রক্কনি হায়বা খঙনা খঙনা বার্তন তৌখিদবা ওম্মোক্লা য়ামগ্রে। বারৌবা য়াওবম্বসু য়াই। পুম্নমক নাথৈরগা মী বাদনবা, পীকশিন্নবা হোৎনবা, ওমজবা খবদং থম্মোয় শেংনা কচ্চবা মীৎয়েংদা ইমাগী শোরাৎ শোনখিবনি।

**শোরাংতা অচৌ-অশাং বার্তন তৌদবাঃ**

ইমাগী শোরাংতা বার্তন তৌবসি নাম শ্রবণ পামজবা কয়াবু মরুওইনা খনগংলগা তৌজে। অচৌ-অশাং, অফিসারশিং, মন্ত্রী এম. এল. এ. শিং থোইনা তৌজদে। কনাগুম্বা খরদি মাগী শোরাংতা মন্ত্রী অদু অদু লাক্লম্মী, এম. এল. এ. অদু অদুসু য়াওই, অদুগী দিরেক্টর অদাগী সেক্রেটরী লাকই হায়নবদা নুংঙাইজে। মদু ঐহাক্কী মতাঙদদি পূমতোন তোঙাম্লে। মী খরগী শোরাংতা ঐহাক্না উজবদা লাক্লিবা ভি. আই. পি. শিং অদু অমত্তা নীংথিনা নাম শ্রবণ ফংনখিদে, থৌওইনা সংকীর্ত্তনদা পূক্লিং চঙবা উদে। পালাদা শেল থারম্বা, পোৎয়েং পীরম্বা, মীনা মখোয় লাকই হায়নহৌবা, ফৎ লাক্লম্লগা শৎ হনখিবা অসিনা অয়াম্বা ওইনা তৌই। মখোয় লাকপদা মখোয়বু ইকায় খুম্নবা ওইনা তৌই। মখোয় লাকপদা মখোয়বু ইকায় খুম্নবা ওইনা অমদি খুদোংচাবা লৌনীংবা কয়ানা ক্না তাঙ্গা লানবা, মরাঙ-মরাঙ লাঙবা কয়াসু থেংনখি। সংকীর্ত্তনগী নাম শ্রবণ মখোয়দা থোইদোক্তে। হকচিন্না লুনা লৌদে। থৌবুগী ইজ্জৎপুদি চাউবে, সঙ্গ চাউই হায়নরে। মসিগী ওন্ন-তৈনবদনি ঐহাক্না তৌবিবদি। ঐহাক্কীসু শকখঙনজবা ভি. আই. পি. খরা অদুম লৈ, মরী-মতা থোকপসু য়াওই, খঙন-চান্নবসু য়াওই। মথৌননি খঙদে করিননি খঙদে মখোয়গীদি ঙাইহাক্তং য়ৌরম্বা হায়বসিনি, নাম শ্রবণগী থাখলদা লাকপদি নত্তে। নাম শ্রবণদা খোয়জঙলোইদবা কয়া অমা খঙন-চান্নবনি, ভি. আই. পি. নি হায়দুনসু বার্তন তৌজখিদে।

**"কর্ম্মগী লম্বী" দগী ফংজবা থাকম খরাঃ**

(ক) শ্রাদ্ধ কদায়বু কৌইঃ শ্রীমৎ পরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা ইবা "কর্ম্মগী লম্বী" দা শ্রাদ্ধ কদায়বু কৌবগে হায়বগী মতাঙদা শাস্ত্রনা অসুম হায হায়না ইদুনা য়াওবা "শ্রাদ্ধ" গী মরমদা থাকম খরা লৌখৎচরি–

*"শ্রাদ্ধং বা পিত্রযজ্ঞঃ স্যাৎ"*
*"পিণ্ডপিতৃযজ্ঞবু শ্রাদ্ধ কৌই।" (কর্ম্মগী লম্বীঃ লাঃ ১৭১)*

"শিপ্রবা অহল-লমনশিংগীদমক (শ্রাদ্ধ তৌবিবা মীনা) মশানা পাম্বা চা-নবা পোৎশিংবু শ্রদ্ধাগা লোয়ননা পীবা অদুবু শ্রাদ্ধ কৌই।" *(কর্ম্মগী লম্বীঃ লাঃ ১৭১)*

"তীর্থ ওইবা অশেংবা মফমদা অমাবস্যানচিংবা অঙ্কবা নুমিত্তা অমসুং ধর্ম্ম-কর্ম্ম তৌদুনা লৈবা মতীক চাবা মী য়েংলগা শ্রদ্ধা ভক্তিগা লোয়ননা অমসুং শাস্ত্রনা তাকপা মতুংইন্না পিন্নবা অহল-লমনশিংগীদমক ব্রাহ্মণশিংগী মফমদা ওমজবা কংপবু শ্রাদ্ধ কৌই।" *(কর্ম্মগী লম্বীঃ লাঃ ১৭১-১৭২)*

শব্দগা হায়রবদি— শ্রদ্ধয়া দীয়তে ইতি শ্রাদ্ধম।

"পূর্ব্বিংদা থাজবগা লোয়ননা ভক্তি তৌদুনা পীববু শ্রাদ্ধ কৌই।" শ্রাদ্ধ অমসুং শ্রদ্ধা মরী য়াম্না লৈনৈ। শ্রদ্ধা লৈতনা পীবদি শ্রাদ্ধ কৌবা য়াদে। *(কর্ম্মগী লম্বীঃ লাঃ ১৭২)*

"শাস্ত্রনা তাকপা মতুংইন্না শ্রদ্ধাগা লোয়ননা পীরিবা পোৎশিং অদু মাওবা লৈতনা অমসুং ওমখৈ লৈতনা পিতরশিংনা পিতৃলোক্রচিংবা মফমদা ফংই।" *(কর্ম্মগী লম্বীঃ লাঃ ১৭২)*

শিরবা মতুংদা শিরিবা মী অদুগীদমক তৌরিবা শ্রাদ্ধ অদুবু একোদ্দিষ্ট শ্রাদ্ধ কৌই। *(কর্ম্মগী লম্বীঃ লাঃ ১৭৩)*

**(খ) একোদ্দিষ্ট শ্রাদ্ধঃ** একোদ্দিষ্ট শ্রাদ্ধগী মতাঙদসু অসুম্না ইরি— কনাগুম্বা মী অমগী শিবা নুমিৎতগী হৌদুনা মাগী শোরাৎ (শ্রাদ্ধ) শোনবা নুমিৎ ফাওবা নৎত্রগা চহী অমা ফাওবা তৌরিবা শ্রাদ্ধবু একোদ্দিষ্ট শ্রাদ্ধ কৌই। ...ঐখোয়গী হকচাং অসি কারণ শরীর (মরুওইবা হকচাং), সূক্ষ্ম শরীর (অকুপ্পা হকচাং) অমসুং স্থূল শরীব (অপৌবা হকচাং) খেন্নবা অহুম থোক্লা খায়রি। সংসার পূম্নমক্কী প্রকৃতি (Material cause) ওইদুনা লৈবী মায়াগী শরুক অজ্ঞান, কারণ শরীরনি; অজ্ঞান লৈরিবা মতম অদুক্কী মখৈ জীবনা পোকপা শিবা নাইনা লৈবা শোয়দবনি; মবম অসিনা মসিবু কারণ শরীর কৌরিবনি। মদুদগী সূক্ষ্মশরীর অসি পোক্লকই; অদুগা সূক্ষ্মশরীর অসিদি প্রাণ-অপানচিংবা থব্বায় মঙা, মীৎ-নাকোংনচিংবা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা, খোঙ-খুৎনচিংবা কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙা, মন অমসুং বুদ্ধি তত্ত্ব তরাতরেৎ অসি তিল্লগা ওই। অদুগা স্থূলশরীরদি ইমা-ইপাগী রজ অমসুং বীর্য্য তিন্নদুনা শাবা, চারিবা চিঙ্গাক্লা চাউখৎলকপা অমসুং শেংনা উরিবা হকচাং অসিনি। জীবনা মানা তৌখিবা কর্ম্মগী মতুংইন্না সূক্ষ্মশরীরবু পুদুনা চৎলগা মপোক অমদগী মপোক অমা লৌদুনা স্থূলশরীর অসিবু ফংদুনা লৈ; মপোক ফংদুনা লৈবা অসি কারণ শরীর অজ্ঞান মাঙখিদ্রিবা ফাওবা চত্তুনা লৈ। প্রারব্ধ কর্ম্মগী মতুংইন্না মীওইবগী মপোক ফংলগা প্রারব্ধ কর্ম্ম অদু লোইরবা মতুংদা মীওইবগী হকচাং অসিবু থাদোক্তুনা সূক্ষ্মশরীরগা

লোয়ননা জীবনা চংখিবা অসিবু ঐখোয়না মীগী শিবা হায়না কৌই। শিরবা মতুংদা অপৌবা হকচাং (স্থূলশরীর) অমা ফংগ্রিবা ফাওবা জীবনা করিগুম্বা সাংসারিক অৱা-নুংঙাই অমত্তা ফংদে, অপৌবা হকচাং ফংলবা মতমদা জীবনা অৱা-নুংঙাই ফংই। সূক্ষ্মশরীর পুদুনা অপৌবা হকচাং ফংলবা মতমতদা জীবনা মাবু পুদুনা চংপা ওম্বা আতিবাহিক কৌবা নুংশিংনা শাবা হকচাং অমা ফংই, হকচাং অসি লৌরগা জীবসি অতোপ্পা মপোক অমা ফংগ্রিবা ফাওবা কোয়দুনা লৈ। কোয়দুনা লৈরিবা জীব অদুবু ফত্তবা হকচাং ফংহন্দনবা অমসুং মতীক চাবা অফবা হকচাং ফংহনগে হায়বগীদমক একোদ্দিষ্ট শ্রাদ্ধ তৌনরিবনি। *(কর্ম্মগী লম্বীঃ লাঃ ১৯০-১৯১)*

**(গ) শ্রাদ্ধ শোনবগী মরমঃ** "কর্ম্মগী লম্বী" দা অমুকসু অসুম্না হইরি— "...শিগ্রবা মীশিংগীদমক শ্রাদ্ধ শোনবা অসি লৈহৌরিবা শাগে-নাত্তে, মচা-মশূশিংগী অথোইবা ধর্ম্মনি। মসি তৌদ্রবদি শিগ্রিবা মীগীসু অফবা গতি ওইরোই, অদুগা লৈহৌরিবা মীশিংসু মখোয়গী শাপতগী শোয়দনা অৱাবা ফংদুনা লৈগনি। *(কর্ম্মগী লম্বীঃ লাঃ ১৯৪)*

**(ঘ) শিরবা মী সংস্কার তৌবগী মরমঃ** "শিরবা মতুংদা শিরিবা মী অদুগী সংস্কার তৌরিবা অদুসু মীগী অরোইবা ক্রিয়ানি, অরোইবা যজ্ঞনি; মদুনা মরম ওইদুনা মহাক পবলোক্তা চংকদৌরিবনি।" *(কর্ম্মগী লম্বীঃ লাঃ ১৯৪)*

... মরম অসিদগী শিরিবা মী অদুগী হকচাং মৈদা যজ্ঞ ওইনা পীদুনা চাকথেকহল্লি, মদুদগী অগ্নিনা পেন্দুনা জীব অদুবু অফবা লম্বীদা পুদুনা চংখিনবগীদমক্নি। মসিদা নত্তনা হিংলিঙৈগী মতমদা হকচাং অসিদা পূক্লিং য়াম্না চঙদুনা লৈরম্বা মরমদগী শিরবা মতুংদসু মদু থাদোকপা পামদ্দুনা ফুমদুনা থন্নিবা হকচাং অদুগী মনাক্তা জীব অদু লৈবা পামগনি। মরম অসিদগী মাগী হকচাংদা পূক্লিং থিংজিনবা অদু [illegible]দমক হকচাং অদুবু মৈদা থাদোক্লিবনি। মদু নংত্রবদি মহাক হকচাং অদুগী মনাক্তা ভূত-প্রেত [illegible]দুনা লৈবা য়াই। অপীকপা য়া হৌদ্রিবা অঙাংশিংদি মাগী হকচাংদা করিমত্তা পূক্লিং চঙদুনা লৈতে; মরম অসিনা অসিগুম্বা অঙাংশিংনা শিরবদি মখোয়গী হকচাংবু লৈনুংদা ফুম্নরিবনি। *(কর্ম্মগী লম্বীঃ লাঃ ১৯৫)*

**(ঙ) নিমন্ত্রণ ফংদুনা লাক্লিবশিংগী মতাঙদাঃ** "... মচা মশূ ওইবা মীশিংগীদমক্তি পিতৃযজ্ঞদগী হেন্দোকপা অফবা ধর্ম্ম (কর্ম্ম) অমত্তা লৈতে। মরম অসিনা য়াম্না চেকশিন্না হোৎনদুনা ওমজবগী মতুংইন্না পূক্লিংদা অচাকপা (নুংঙাইতবা-চিংনবা) লৈতনা পিতৃযজ্ঞ (শ্রাদ্ধ) অসিবু শোয়দনা তৌগদবনি।

পিতৃপক্ষদা চাক ইশিং পীজ-পীথক্কে হায়দুনা নিমন্ত্রণ তৌরগা কৌরিবা ব্রাহ্মণনচিংবা পুম্নমক অদুগী মতুং ইন্দুনা পিতরশিংসু লাকই হায়বসি মনুনা অসুম্না তাক্লি—

"... নিমন্ত্রণ তৌদুনা লাকইবা ব্রাহ্মণনচিংবা পুম্নমক অদুগী মনাক্তা পিতরশিংসু লাক্কুনা লৈ, নুংশিংকুম উদনা মখোয়গী মতুং ইল্লি অদুগা মখোয়না ফম্লবদি পিতরশিংসু মখোয়গী মনাক্তা ফম্মী।" *(কর্ম্মগী লম্বীঃ লাঃ ১৮৮)*

"মরম অসিনা মতম অদুদা লাকইবা মীশিং অদুবু য়াম্না সম্মানগা লোয়নননা ফমহন্নগদবনি অদুগা মখোয়বু চাক পীজবা মতমদা পীজরিবা মীনা অসুম্না পুক্লিংদা নীংগদবনি— ... চাক চাদুনা লৈরিবা ব্রাহ্মণশিংগী হকচাংদা চঙদুনা লৈরিবা ঐগী ইপা, ইপুবোক, ইবুধৌনচিংবা ঙসি পেনবীবা ওইসনু।" *(কর্ম্মগী লম্বীঃ লাঃ ১৮৮-১৮৯)*

**ঐঙোন্দা খঙবা ৱাখলঃ**

শ্রীমৎ পরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিগী "কর্ম্ম লম্বী" গী "শ্রাদ্ধ" দা য়াওবা নিমন্ত্রণ তৌরগা কৌরিবা ব্রাহ্মণনচিংবগী মতাঙ অসি পারুবদা ঐঙোন্দা করিগুম্বা খরা থম্মোয়দা ফাওরকই। নিমন্ত্রণ তৌদুনা লাকইবা পুম্নমক ইমাগা লোয়নরক্লবনি খঞ্জে। মখোয় খুদিংমক ইমা ওইরবনি, মখোয়না পেনবীবা হায়বদি ইমানা পেনবীবা হায়বনি খঞ্জে। মখোয়না ফম্বদা ইমাসু ফম্লবনি নীংজে। মখোয়না ফম্বা ফংদ্রবদি (ফম্ফম কোন্নদ্রবদি) ইমাগী ফম্ফম লৈত্রে হায়বনি, ফম্ফম কোন্নদ্রে হায়দুনা মখোয় খরা কোন্না লাকপগীদমক হান্না হন্নবা য়াওবা হায়বসি ইমানা ফম্ফম কোন্নদ্রে হায়দুনা হনখিবগা অমহানি হায়না লৌজে। মরম অদুনা ঐহাক্না ইমাগী শোরাংতা ফম্ফম কোন্নগদবতা য়েংদুনা মীওই খরতা বার্তন তৌজবনি। পাক-শন্না তৌখিদবনি। নিমন্ত্রণ ফংদুনা লেঙবীরক্লিবশিং অতৈ কনা নত্তে ইমামক্লি খঞবনি। মখোয়না পেল্লগা ইমাসু পেনগদৌরিবনি। মখোয়বু নিমন্ত্রণ তৌদুনা কৌরগা পোৎয়েং লৌবা তারবদি ইমাবু কৌরগা শেল লৌহৌবগুম্বনি। লৌরিবা পোৎয়েং অসি নিমন্ত্রণ (বার্তন) ফংদুনা লাক্লিবা মখোয়দগী লৌবা নত্তে ইমাদগী লৌবনি, লৈখিদ্রবা ইমাবু বার্তন তৌরগা পোৎয়েং লৌবনি অসুম্না ঐহাক্না খঞ্জে। হিংলিঙৈ মতমদসু ৱাবীবা কয়া ৱাবীরম্লবনি, লৈখিদ্রবা মতুংদসু (শিন্নবদসু) অমুক বার্তন তৌদুনা কৌরগা ৱাহনবসিদি চুম্নোইদ্রা খঙবদগী পোৎয়েং লৌজখিদবনি, পালাদা শেল থাহনখিদবনি।

ইমানা পেনবীলব্বা হায়দুনা মহাকপু কৌজরগা অমুক মৌথোকহৌবা তারগদি পিরবা ফাওবা ইমাদা ওইনব্বা হায়বদু থোকপ্রা খঞ্জখি। অদুনা ইমাগী শোরাংতা পোংয়েং পীবা অমসুং সংকীর্ত্তনগী পালাদা শেল থাবা অসি মাপ তৌবীয়ু হায়না মাঙজৌনবা খঙহঞ্জবনি। অসুম্না ইমাগী শোরাংতা পোংয়েং লৌজখিদে, সংকীর্ত্তনগী পালাদা শেলসু থাহনখিদে, লাইদা লৈ কংপদসু শেল য়াওবিগনু হায়জদুনা য়াওহঞ্জখিদে। ইমাগী থা থাগী লাইরূক কংপদসু নিমন্ত্রণ তৌদুনা লেঙবীরক্লিবা খায় খিবিক্তা লাইদা লৈ কংপদা শেল য়াওহঞ্জদে। লাইদা কংকদবা শেল অদু ঐহাক্না গুমজবা লুপা চামা নংত্রগা চানী করিগুম্বদনা চাহুম কংচৈ। মী অতৈদা শেল য়াওবীগনু লৈদমক কংপীয়ু হায়জৈ।

**লোক ব্যবহারগী মতুংইন্না শ্রাদ্ধ তঙায় ফদবাঃ**

করিগীদমক শ্রাদ্ধ তৌরিবনো? লৈখিদ্রবা ইমা ইপা ওইবা অহল-লমনশিংনা ঐখোয়গীদমক অব্বা-অনা কয়া খাঙদুনা ঐখোয়গীদমক হোৎনবা য়াবা কয়া হোৎনবীরম্মী। হৌজিক মখোয় ঐখোয়বু থাদোক্তুনা চৎখ্রে। চৎখ্রে হায়দুনা ঐখোয়না মখোয়বু কাউথোক্লগদ্রা? অসুম্না তৌরবদি ঐখোয় মখোয়গী মফমদা তৌবীমন খঙদবা ওইগনি। তৌবীমল খঙদবা মচাদি মিংদা মীনি হায়বদনি অশেংবমক্তি শানি, শাদগীসু তোনবনি হায়বদা করিমত্তা চিংনফম লৈতে। চৎনরিবা লোকব্যবহারগী মতুংইন্না বিচার তৌবদা শ্রাদ্ধ তৌবসি তঙায় ফদবনি। অহল-লমনদগী ব্বা ঙাক নত্তে, লৈখিদ্রবা মীপূম খুদিংগীদমক শ্রাদ্ধ শোনবসি তৌদবা য়াদবনি। লৈহৌরিবশিংগী অথোইবা ধর্মনি।

**বৈদ্যুতিক সিদ্ধান্তগী মতাঙ অমাঃ**

হৌজিক্কী মতম অসি বিজ্ঞানগী যুগনি। মী অয়াম্বা বিজ্ঞান্দা থাজনরে। "বৈদ্যুতিক সিদ্ধান্ত (থিওরী ওব ইলেক্ট্রোন) গী মতুংইন্না বিদ্যুৎকী (নোংথাংগী) কম্পন-দগী (নীঙ্কুনা ঈথক হৌবদগী) মফম অমদগী অতোপ্পা অথাপ্পদা লৈবা মফম অমা ফাওবদা রেয়ার য়াওদনা য়াম্না লায়না ঈ-পাউ পীবা ঙম্মরি, তানরি। রেদিও তরঙ্গ (ঈথক) মফম অমদগী অথাপ্পা মফম অমদা য়াম্না লায়না চৎলি। মতৌ অদুগুম্না ঐখোয়গী মনদা (পূক্রিংদা) লৈরিবা বিদ্যুৎকী তরঙ্গ অসিসু শ্রদ্ধাগা লোয়ননা পিতরশিংবু নীংশিংবা মতমদা মখোয়গী মনাক্তা য়ৌই অমসুং মখোয়গা লোয়ননা

ঐখোয়গী মন অসি শাস্ত্রে। অদুদগী পিতরশিংনা ঐখোয়গী মনগী ভাবনা (অনীংবা) খঙই, অদুগা ঐখোয়না মখোয়শীদমক কচ্চরিবা পোৎ অমসুং ব্রাহ্মণনচিংববু চাহন্নিবা অচাপোৎ পূন্নমক অদুদগী নুংঙাইবা ফংদুনা মখোয় পেল্লি। *(কম্মগী লম্বীঃ লাঃ ১৮০)* মদুগীদমক শ্রাদ্ধ তৌরিবনি। মসি বিজ্ঞানগী মীৎয়েংদনি হায়বা য়াই।

**কৎলিবা পোৎলমশিং পিতরশিং য়ৌবগী মতাঙঃ**

পিতরশিংগীদমক পীরিবা অমসুং কৎলিবা পোৎশিংবু কব্য কৌই। দেবতা অমসুং পিতরশিংগীদমক মৈদা হোম তৌদুনা কৎলিবা পোৎশিংবু হব্য কৌই। তাইবঙ অসিদা লৈরিবা মীওইবশিংনা পিতরশিংগীদমক করম তৌনা কব্য অমসুং হব্য পীগনি? অদুগা পীরিবা অমসুং কৎলিবা পোৎশিং অদু করম তৌনা পিতরশিংগী মফমদা য়ৌই? মখোয়বু পিতরশিংগী মফমদা কনানা য়ৌহল্লি? অদুগা পীরিবা পোৎশিং অদুবু হৌজিক হৌজিক হিংলিবা ব্রাহ্মণনচিংবনা চারগা অমসুং মৈদা অহুতি ওইনা পীরগা মতৌ করম্না মানা মানা তৌখিবা পাপ-পুণ্যগী মতুংইন্না মখল মখা অয়াম্বা হকচাং ফংদুনা লৈরিবা পিতরশিংনা চাবনো, ফংবনো খন্ননীংঙাই ওই।

**কৎলিবা পোৎলমশিং করি করি ওইনা ফংইঃ**

পিতরশিংনা লৈরিবা মফম (পিতৃলোক) অদু অগ্নিনচিংবা দেবতাশিংনা ঙাক-শেন্দুনা লৈরিবনি। দেবতাশিং অসিনা পিতবশিংগী চাননবা পীরক্লিবা পোৎ পূন্নমক অদুবু অত্তোপ-অতোপ্পা মপোকশিংদা পোক্তুনা লৈরিবা জীবশিংবু মাগী মাগী হৈনবী মতুংইন্না পীবদগী মখোয়না (পিতরশিংনা) মদু চাদুনা লৈ অমসুং পেল্লি হায়বগী ৱাফম মৎস্যপুৰাণদা য়াওরি। কনাগুম্বা অমনা মানা তৌখিবা কম্মগী মতুংইন্না দেব (লাই) ওইদুনা লৈরবদি পীখিবা পোৎ অদু অমৃত ওইনা ফংই, দৈত্য (হিংচাবা) গী মপোক ফংদুনা লৈরবদি মহাক্না মহাক্কী মতীক চাবা ভোগ ওইনা ফংই, শা ওইদুনা লৈরবদি মদু নাপী-শীংনা ওইনা ফংই, লিল ওইদুনা লৈরবদি নুংশিৎ ওইনা ফংই, যক্ষ ওইদুনা লৈরবদি য়ু-নচিংবা থক্কবা পোৎ ওইনা ফংই, ভূত-প্রেত ওইদুনা লৈরবদি ঈ-নচিংবা থকপা য়াবা পোৎ ওইনা ফংই অদুগা মী ওইনা পোক্তুনা লৈরবদি চাক-ঈশিংনচিংবা চান-থক্কবা পোৎ ওইনা ফংই হায়বগী ৱাফম য়াওরি। অদুবু হৌজিক্কী মতমদদি শাস্ত্রনা তাকপা ৱাশিংবু থাজদবা য়ায়া লৈরে, ঐখোয়না পীরিবা কৎলিবা পোৎশিং অদুবু পিতরশিংনা ফংই হায়বসিদা বৈজ্ঞানিক ওইবা ৱাফম য়াওদে

হায়দুনা থাজনদবনি। মসিগী ব্রাফম মথক্তা পঞ্জগ্রে। অদুগা লৈখিদ্রবশিংগা ঐখোয়গী মনগা শন্নবগী ব্রাফমসু বৈদ্যুতিক সিদ্ধান্তগা মরী লৈননা পঞ্জগ্রে।

**কৎলিবা পোৎলমশিং করি করি ওইনা ফংই হায়বগী খুদমঃ**

পিতরশিংনা করিগুম্বা হকচাং অমা লৌদুনা লৈঙ্গ্রবসু মখোয়গী মনাক্তা ঐখোয়না কৎলিবা পোৎশিং অসি মৈনচিংবা দেবতাশিংনা শোয়দনা মখোয়গী মতীক চাবা পোৎ ওইনা পী হায়বগী খুদম "কম্মগী লম্বী" দা ফজনা পীরি। খুদম অদু মখাদা পীজরিঃ

"ভারত্তা লৈবা কনাগুম্বা মী অমগী মচা অমা রূসতা লাইহিক তমদুনা লৈ। মী অদুনা মচাগী মফমদা মাগী মমিং অমসুং লৈফম্মচিংবা নিংথীনা ইদুনা ভারত্তগী লুপা থায়। অদুবু মচা অদুনা থাগ্রিবা লুপাশিং অদুবু লুপা ওইনা ফংদে, মরমদি রূসতা লুপাসি চংনদে, মফম অদুদা লুপা করিসু কান্নদে। মরম অসিদগী মচা অদুনা লুপা অদুগী মহুত্তা মদুগা চপ মান্নবা, রূসতা চংনবা রুবলগী শেল ওইনা ফংই; মচা অদুনা আমেরিকাদা লৈরবদি লুপা অদুগী মহুত্তা দোলার অমসুং সেন্টকী শেল ওইনা ফংই, অদুগা লণ্ডনদা লৈবা থোক্লবদি লুপাগী মহুত্তা পাউণ্ড পেনিগী শেল ওইনা ফংই। মী অদুনা মচাগী মফমদা ভারত্তগী থাখিবদি লুপাগী শেলনি, অদুবু মচানা লৈরিবা দেশ অদুগী চংনবী মতুংইন্না লুপাগী মহুত্তা দেশ অদুগী শেল ওইনা ফংই। মতৌ অদুগুম্না শ্রাদ্ধ অসিদসু নাম গোত্রনচিংবা পুম্নমক হায়দুনা পিতরশিংগীদমক ঐখোয়না পীরিবা অমসুং কৎলিবা পোৎশিং অসি পিতরশিংনা মদুমক ওইনা ফংদে, মখোয়না লৈরিবা ফীবম অদুগী মতুংইন্না পোৎশিং অদুগী মহুত্তা মদুগা চপ মান্নবা মতীক চাবা অতোপ্পা পোৎ ওইনা মখোয়না ফংই। অদুগা মদু ফংবদগী মখোয় য়াম্না পেল্লি। *(কম্মগী লম্বীঃ লাঃ ১৮২-১৮৩)*

ঐখোয়না পীরিবা পোৎশিং অদু মখোয়না শোয়দনা ফংই হায়বা অসিগী মরমদা বায়ুপুরাণদসু য়াওরি। মতৌ অসুম্না ঐখোয়না শ্রাদ্ধদা পীবা পোৎশিংবু পিতরশিংনা ফংই হায়বসিদা করি অমত্তা চিংনরোইদবনি হায়বা ব্রাফমসু পল্লি।

**পালাগী মতাঙদা শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিঃ**

শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা পালাগী মতাঙদা "কম্মগী লম্বী" দা অসুম্না ইরিঃ "... শোরাৎ শোনবা নুমিৎনচিংবদা পালা কোয়দুনা পুং-ঈশৈ শকপা,

ঈশ্বরগী নাম শোনবা অসিনচিংবা অসি য়াম্না কৈ, মসি দেশকী চৎনবীনি। অদুগা লায়রবা মীগীদি মসি য়াম্না থানা থোকই। মদুগীদমক অতোম্পদগী লুপা-শৎবা পূরগা মতুংদা মদু শিংনবা হোৎনবদা য়াম্না থানে। অশেংবমক্তি পালা কোয়দুনা পূং-ঈশৈ শকপসি শ্রাদ্ধগা লোয়ননা করিমত্তা মরী থমদে। ঙমদবা মীনা মদু তৌদবদা করিসু দোষ লৈতে। শ্রাদ্ধদি মানা ঙমজবগী মতুংইন্না তৌননবা শোয়দনা হোৎনগদবনি। মদুগীদমক শেল য়াম্না পূদুনা তৌবদি চুমদে। পূক্লিং শেংনা ঙমজবা মতুংইন্না তৌরিবা শ্রাদ্ধ অদুদগী পিতর শোয়দনা পেনগনি। ... ঙমজদবা মীনা শ্রদ্ধাগা লোয়ননা চেঙ থোয়দিং খরা লৌরগা পুরোহিতপু শ্রাদ্ধ তৌহনবা অদুদগীসু মহয় য়াম্না ফংগনি।"
*(কম্মগী লম্বীঃ লাঃ ১৯৯-২০০)*

শ্রীমৎ পরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা ইবীরম্বা মথক্কী থারোল অসি পারুবদা ঐহাকসু ইমাগী শোরাংতা ঙমজবা খরদংদা মকৎলগে খনখি। শোরাংকীদমক নিমন্ত্রণ ফংদুনা লেঙবীরকখিবশিংদা লুপা মঙা/মঙাদমক দক্ষীণা তৌজখি, সন্দেশসু ইচম চম্না ঙমজবা খরদমক সেবা তৌজখি।

**অশিবগী থৌরমদা অহিংবগী হোৎনবাঃ**

অশিবগী থৌরমদা অহিংবগীদমক হোৎনবা অসি চৎনবী অমা ওইরি, হেন্না ওইরক্তি। মী য়াম্না বার্তন তৌরগা পোৎয়েং য়ামনা ফংনবা হোৎনবসিসু অহিংবগীদমক হোৎনবনি। পালাদা মীয়াম হূপ্তুনা শেল জম-জম থাবা অসিসু অশিবগী নত্তে অহিংবগীদমক্তি। ফজনা হোৎনৈ হায়ননবা শোরাংকী সন্দেশতা শেল য়াম্না চঙহনবা অসিসু অহিংবগীদমক্তি। (মতম অমদদি শোরাংকী ফোলা হায়নরম্বনি, হৌজিক্তি মদু তোক্লম্লে)। নিমন্ত্রণ ফংদুনা লাক্লিবা পূম্নমক্কা লোয়ননা লৈখিদ্রবশিংনা শকলোৎতুনা লাকই হায়বগী ভাবতা মখোয়না পেল্লগা লৈখিদ্রবশিংসু পেল্লি, অদুনা বার্তন ফংদুনা লাক্লিবশিং পেলহন্নবা হায়দুনা দক্ষীনা চাউনা তৌবা, সন্দেশ নিংথীনা শেম শাদুনা সেবা তৌবা অসিদা লৈখিদ্রবশিংনা পেনগদ্রা/পেল্লোইদ্রা? পোৎয়েং লৌদ্রবা, পালাদা শেল থাহদ্রবা অদু ওইরবদি ফরে, অদু নত্তদুনা পোৎয়েং চাউনা লৌশিল্লগা, পালাদা শেল থাহল্লগা মখোয়বু পেলহনবা অসিদি লৈখিদ্রবশিংনা পেলগদবা মান্দে। তৌরিবা অসিদি অহিংবগীদমক অশিবগী থৌরমদা হোৎনবনি হায়বদা লাল্লোইদ্রা খল্লি। শোরাং অয়াম্বা অশিবগীনা নেল্লগ্না অহিংবগীনা থাংলগ্না লাঙনবা ওইনা তৌবগুম্ব তৌহি। মসিনা ঐগী থম্মোয়দা অকিরকপা খরা খনহল্লি।

অশিবগী থবক্রোমদা খরা হেন্না চঙশিন্নীংবা অমা ঐগী থম্মোয়দা মমি তাখি। মীওোন্দগী পোৎয়েং লৌরগা চঙখিবা শেলফম য়েনখৎনগে খনখিদে, মীবু শেল নৎত্রগা ফি থাহল্লগা ফজনা শোরাৎ শোল্লি হায়হন্নীংখিদে। শম্মা হায়রবদা ওমজবা খরদমক কচ্চনীংখি, মীনা শোনবীবা পামখিদে। অসিগুম্বা য়াখলসিদা ইমাগী শোরাৎ পাওথোকচখিবনি।

**ইমাগী য়াথং লৌবা, অয়াবা পীবীরম্বাঃ**

ইমা ঙা অমসুং ষঙ্গোম চাবা য়াম্না পাম্মী। ঈশিং য়াম্না য়াল্লবসু হাইফেৎতংবু ঙৌরবদি, ষঙ্গোমনিবু হায়রবদি হেক্তা হরাও হরাও চাজবনি। ঙাসু ওম্বোক্লা পামজগ্রবনি। ঙাগীদমক ওম্বোক্লা য়াজবনি, ঙা ফাবদা নোং চুবা, নুংশা শাবা খঙদবীনি। ঙাগী মতাঙ অসিদনি ঐঙোন্দা করিগুম্বা অমা থম্মোয়দা ফাওহনবা। ইমানা তত্তনা হায়— "বামোনগী লাইসি পঙত্রবা জাৎনি, অহাউবা ঙাবু চারোই হায়দুনা চাদ্রিবসি।" শ্রীশ্রী গৌরচন্দ্রগী মফমদা কৎপা উসবতা ঙা থোংবা য়াওদবা অসিদনি ইমানা হায়রিবসি। চহী লৈশিল্লক্রবদা বাবা ঙা চাবা তোকখি, ঐহাকসুনি। ইমাদি নোংমগী ঙা মচেৎ (ঙারী মচেৎ অমবু ওইরবসু) অমত্তং য়াওদ্রবদি হৈনদবা হায়বদুনি। অদুনা অহলনি, মরী মতানি হায়দুনা মীনা উসোবকী বার্তন তৌরকপদা "ঙা থোংবসু য়াওরম্লোইদবদুদা" হায়দুনা থোইনা চত্তবা মীদানি, চৎলুরগসু পূক থনফম খঙদে হায়না তত্তনা হায়। বাবা লৈখিদবগী শোরাৎ নুমিৎ ফাওবা ঙা চাখিদবা অদু করম তৌরমগদগে খঙদে। মনা-মশীং, হৱাই-চেঙৱাই খরা চাবদুদা করিসু হায়খিদে। ইমাগী শিগদবা মতম নকশিল্লক্রবদা ঐহাক্লা পামজবা সাহিত্য অমসুং দিবাইন লাইফকী থৌরম কয়া থাদোক্তুনা ইমাগী সেবা তৌদুনা লৈখি। কুইমল্লে দর্শন ফংদবা হায়দুনা নোংমা শ্রী স্বামী গুরুগোবিন্দানন্দ সরস্বতীগী নাক্তা চৎচরুবদা "উদবা কুইরে, করি তৌরবনো" হংবিরকপদা "ইমা ঙমদবগীনি" খুমজখি। "ইমাগী সেবা নিংথীনা তৌগদবনি, ইমা মীরাইবা য়াদে" তাকপীরকই। গুরুগী য়াথং মতুংইন্না য়ূমদগী চথোক্তুনা মতম শাংনা ইমাগী নাক্তা লৈদুনা সেবা ফংজখি। য়ারী-য়াতাই কয়া শানে। "ইমাদি ঙা চাবা পাম্বনিনা শিরগা লম্বোইবসি পামদবরা" হংবদা "শিরগা শিবগী থোকপা হায়বদুনি, নখোয়না তৌবা ইয়া য়াই, হিংলিঙে মতম খরা অসিদি ঙা সুম চাখিগে" হায়রকপদা ঐঙোন্দা নুংঙাইজবা অমা ফাওখি। মখা তানা "লাইদা কৎপদদি ঙা অমত্তা য়াওররোইদবনি, ঙা য়াওদে হায়দুনা লৌরোইদ্রা ঐখোয়না

কৎলকপশিং" হন্থবদা "করিগী লৌদনি ইচাশিংনা কৎলকপবু" হায়রকপদদি হান্না জাং-জাং খল্লম্বা পুস্ত্র পুমকোক কোকখি।

কনা কনাগুম্বনা অহল্লশিংনা পামজরম্বনি হায়দুনা মানা মানা পামখিবা হৈনখিবা চিপ্পাক অদু য়াওনা কৎনবা য়াওবা মমাঙদা থেংনগ্রে। শগোল হৱাই হৈনৈ হায়দুনা শগোল হৱাই মথেল শোয়দনবা হোৎনবা, ষঙ্গোম ক্ষীর পাম্মী হায়দুনা মসিবু শোয়দনবা শীল-লাওবা অসিনচিংবা। কনাগুম্বা খরদি গৌর ধর্ম চৎলবসু ঙা পামজরম্মী হায়দুনা লাইগী থৌরমদনা নিরামিষ ওইনা লাওলগা অতৈগীনা ঙা থোংবা য়াওনা ফিরোইদা, অতৈ উসোবতা কৎপা কয়া থেংনখি। লাইদদি ঙা কত্তবনি, শিতরগী মফমদা য়ৌহনগদৌরিবদি লাইদা কৎলিবদুনি। খঙদ্রে মসিদা ঐহাক কবি হায়সিবা। নিমন্ত্রণ ফংদুনা লাক্লিবশিংগা শকউদনা লৈখিদ্রবগী আম্মাসু লাকই হায়না খনবা তারগসু করম্না ঙাগী থবকসিদি ঐগীদদি ঐনা পাঙথোক্লনি। ইমানা "ঐগীদি উসোবতা ঙা য়াওরকউ" হায়রকদ্রা পাখৎলুবনি। করিগুম্বা হায়রকপা তারবদি ঐমক্ল । ইমাগী উসোবতা উসোবকী মথেল ঙা থোংবা, করম্না য়াওগনি, য়াওদবা তারগনা ইমাগী আম্বানা ৱারৌগদ্রা খনবগী ৱাফম অদু ইমাগী য়াথংনা নীংতম্বা পীবীরম্বনা অমুক মখা তানা থোইদোকপা খল্লুদ্রে।

লম্বোইৱগী মতাঙ অসিদসুনি। হৌজিক্তি অয়াম্বনা লম্বোইবা হায়বা অসোমদা চঙশিন্নরে। য়ু হেঙিন্না থকপদগী শিবা মীসু, গাডী এক্সিদেন্টতা শিবা মীসু, হূ থক্লুনা শিবা মীসু, থৌরী য়ান্দুনা শিবা মীসু, মশানা সন্ন্যাস পামদবা মীসু সন্ন্যাস সন্ন্যাস হায়দুনা লোইনা লম্বোইনরে। মতাঙ অসিদা শ্রীমৎ পবমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা শ্রাদ্ধগী মতাঙদা ইবীরম্বা ৱারোল মতেক অমা অমুক থমজরি— "...সন্ন্যাস লৌবা অমসুং পীবা অসিগী নিয়ম নিংথীনা খঙদবা মরমদগী মী খরনা শিগদৌবিবা মী অদুগী অপাম-পামদ খঙদনা অমসুং মহাক সন্ন্যাস লৌবদা মতীক চায়-চাদে য়েংদনা শিরমদাইদা লম্বোইহল্লি। মসিগী অশেংবা মরমদি লৈহৌরিবা শাগে-নাতৈগী মীশিংনা শিরিবা মী অদুগীদমক শ্রাদ্ধ তৌববু পামদে, মদুদগী মখোয়না নাম্বোকপা পাম্মী। মসি য়াম্না চুমদবা অমসুং পাপ ওইবা থবক অমনি। মদুদগী শিরিবা মী অদুনা অফবা গতি ফংবগী মহুত্তা য়াম্না ফত্তবা গতি ফংগনি, অদুগা মতৌ অসুম্না লম্বোইহল্লিবা মীশিং অদুসু তৌহৈদবা থবক তৌবা মরমদগী ঙমখৈ লৈতবা পাপ শোয়দনা ফংগনি। শাস্ত্রদা "আতুর সন্ন্যাস" গী বিধান লৈ। মদুদি... মী অদুনা মশামক্লা পামদুনা লৌনবা সন্ন্যাসনি, মীনা নমদুনা পীগদবা সন্ন্যাস নত্তে, মীনা

মঙোন্দা নমদুনা সন্ন্যাস পীরবদি মদুগী (সন্ন্যাসগী) ফল ওইরোই, পীরিবা মী অদুদা দোষ য়াম্না লাক্কনি। কনাগুম্বা মী অমনা মশামক্না পামদুনা... শিগদৌবা মতম নক্রে খঙলবদা মপূক্লিং চপ য়ুংনা লেপ্তুনা 'সন্ন্যস্তংময়া' হায়বমক্তদা গুরু য়াওদনসু মশা মতোমতা সন্ন্যাস লৌদুনা সন্ন্যাসী (লম্বোইবা) ওইবা য়াই। নৎত্রগা মী অদুনা শিরমদাই য়ৌরবদা 'ঐবু সন্ন্যাস পীয়ু' হায়না মশানা নীংনা অসুম্না পাম্না হায়রম্বা থোক্লবদি মতম অদুদা মাবু লম্বোইহনবদা দোষ করিসু লৈতে। ...শিগদৌরবা মী অদুনা মশানা অহানবদা হায়দনা অম্নসুং পামদনা লম্বোইবসিদি কদৌনুংদসু তৌরোইদবনি। হৌজিক্কী মতমদদি শিগদৌরিবা মী অদুনসু মশানা ইপাম-পামদনা লৈহৌরিবা মচা-মশূনা শোরাৎনচিংবা শোনবা ব্বাগনি হায়বা ব্বাখলদগী লম্বোইনবসু অয়াম্বনি। ওমজদবা মীনা... চেঙ থোইদিং খরা লৌরগা পুরোহিতপু শ্রাদ্ধ তৌহনবা অদুদগীসু মহয় য়াম্না ফংগনি।" *(কম্মগী লম্বীঃ লাঃ ১৯৬-২০০)*। ঐনা ইমাবুদি লম্বোইহন্নীংবনি। মদুদা করিগুম্বা ইমানা "নহোয়গী লম্বোইবা হায়বদু পামজদে তৌরক-লাক্লক্কনু" হায়রক্কদ্রা খল্লুবনি। করিগুম্বা হায়রকপা তারম্লবা, ঐনদি পামজদুনা লম্বোইহল্লবা, মশানা য়াদনা লম্বোইহনবগী অপরাধ লৈগদ্রা খল্লুবদুসু অয়াবা পীরম্লবনিনা অমুক ব্বাবা লৈখিদ্রে।

**ইমা লৈতবগী অব্বাবা ফোঙদোকপা মীফমঃ**

ইমা, তেম্বাগী নিশা বন্দগী ফাউণ্ডর মেম্বর অমনি। চহী খরা নৌরিবীশিংগা লোয়ননা অহল খরা ওইরবী ইমাহোয় খরা য়াওনা তেম্বাগী নিশা বন্দ লিংখৎখিবনি। হৌজিক্তি মৈরা পায়বী ওইনা লৈম্রে। অয়াম্বা অহল ওইরবীশিং মাগী মাগী মতম লোইরদুনা তাইবঙ পুন্সি থাদোকস্রে। ইমাগা লোয়নরম্বী শ্রীমতী ব্বাইখোম বুজারী দেবী নত্তনা অতৈদি লোইনা লৈখিদ্রে। মখোয়না লৈখিদবদা অব্বাবা মীফম পাঙথোক্রে। শোরাৎতা পালাগী ফিজং অমমমসু চঙনৈ নিশা বন্দনা। নোংমা তেম্বা হৈবুংগী নিশা বন্দগী নুপী খরা লাক্তুনা "ঐখোয়সু ফিজং অমদি ওমসি হায়নবনি অদুবু শেল থাহল্লোই হায়লিবসিবু ফিদি য়াবা নৎত্রা" হায়রকপদা "এ! এ! করিমত্তা লাঙবীরনু ওমজবা খরদংদা মকৎলগে" খুম্মী। ব্বারী মথং মথং শারকপদা খাম্বা নংহৌদ্রবা ঐগী চীন্দগী হায়দোকখি "অব্বাবা ফোঙদোকপগী মীফম অমত্তং ফম্বীদুনা মদুগী পাউ পীরক্লবদি মদুনা হেম্না নুংঙাইজরমগদবনি।" করি নুংগী হায়দোক্লবনো খঙদে। খুম্নকই নুপী অমনা "ঐখোয়গীদি য়াম্না পীক্না লৈজবা ব্রাঙনি, হেদতি

খোংবালদা লৈবনি, মখোয়না তৌরম্লগদ্রা হায়দুনা ঐখোয়দি অদোমদা খন্নরুদ্রে, ফিজংগী ব্বাদা খন্নজবনি, ব্বাফম অসি খোংবালদা খণ্ডহল্লুরগে" হায়রকই। ঐনা অমুক "এ! এ! ব্বাফমদু হৌদোকপীরুরগনু, ইমাগীদমক ঐনা ব্বানোম্লগা অব্বাবা যোঙদোকহনবা তারগনি অদুগা করিগুম্বা নখোয়না ব্বাফমসি কাণ্ডখোক্লুরগা অব্বাবা যোঙদোকপা মীফম ফমদুনা মদুগী পাউ খণ্ডহল্লকপা তারগসু ঐহাক্না হরাও-হরাও লৌগদবা মতমদু হেন্দোক্লে, ঐহাক্না অব্বাবা যোঙদোকপীয়ু হায়জবগী মওংদা চৎখিগদৌরে মদু তৌদবনা ফরে" হায়খি। ফিজংসু চঙহন্দ্রবনিনা উসোবকী করিগুম্বা অমত্তংদি পাংজগে হায়রকপদা "য়ারে-য়ারে, থম্মোয়দা খনবীরিবা অদুমক্না ইমানা পেনবীবা ওইরসনু, ঐগীদি ঐনা ঙমজবা খরদংদা মকৎলগে" খুমখি। অসুম্না ইমা লৈখিদবগী অব্বাবা যোঙদোকপগী ব্বাফম মতাঙ অসিদা লোইশিঞ্জরগে।

**ঐবু নুংশিবীবা কনাগুম্বা অমাঃ**

নোংমা পাউ অমা ফংই, য়ূমথংননা লৈবা মীওই অমদগী। ব্বাংজিংদা লৈবা লাইশ্রম যুগেশ্বর হায়বা অমনা বার্তন তৌবীরকউ শোরাং শোয়দনা লাক্কনি হায়রকই হায়না পাউদম্মী। য়ারিবমখৈ বার্তন পীকশিল্লবনি। মচীনমক্না হায়বক্লবা অদুদদি তৌদ্রবদি ফজরোইদবা অমা লৈরবনিনা "পাউ নহাক্না পুরক্লবনিনা বার্তনসি নহাক্না পীরুবা তারে" হায়দুনা য়ূমথংনবগী মীদুদা শিন্নবে। মহাক্তি বার্তন ফংবদা হরাওমনখ্রদুনা বার্তনগী ব্বারোল পাদনা অঙম্বা খরা লাঙলগা শোরাং লাকখি। ফিজং অমা চঙনবা শেম-শাদুনা লাকপনি। অরাংফমদা পীশিনবনি। য়ৌরকপদুদা মহাক শোরাংকী মওং অদুদা কোন্না ভাব তারকপনি। অরাংফম্না ঐঙোন্দা পাউ খণ্ডহল্লকই কমদৌসিগে। পুরক্লবনিনা করম্না য়াররোই হায়গদৌরিবনো হায়না অরাংফম্না হায়রকপদা "মাবুদি ফি থাবা য়াহল্লগা ঐখোয়বুদি য়াহনবীদে হায়না পুকলৌ-ব্বারৌবা কনাগুম্বা য়াওরকপা য়াই হায়দুনা ফিদু অরাংফম্মু থাহল্লে, মতুংদা যুগেশ্বরগা ঐহাক্না মন্দির ময়ায়দা চঙদুনা ভক্তি কৎল্লি। যুগেশ্বর মশামক্না থাদবা অদুদা করিগুম্বা খরা খল্লমগদ্রা খণ্ডদ্রে।

**পাক হেক পীকশিনবা য়াদবাঃ**

অম্বি লৌখৎপগী বার্তন অসি কয়া তৌনদে, অদুম হেক্তা বার্তন তৌদ্রবসু চৎনৈ। ইমাগী অম্বি লৌখৎপদসু অসি মঙায়। ইমাবু নুংশিবীবদগী অমদি অতে মরম

খরদগী তেম্বাগী মূম্ন অয়াম্বগী মী অস্থি লাকপিখি। কজরোইদ্রা হায়দুনা অস্থি লাকখিবশিং অদু নীংশিংদুনা চিথ-নাম্বুবা খরা য়াওরবসু শোরাংকী বার্তন তৌই। পীকশিনগে খনবদা পাক হেক পীকশিনবা য়াখিদে।

**বাবানা নীংজখিবা ইমাগীদা পাঙথোকচবাঃ**

শোরাং শোনবদা পোংয়েং লৌবনা চুম্মী, লৌদবনা কৈ হায়নবা কয়া য়াওই। য়াওজসনু। অদুগা কনাগুম্বনা পোংয়েংদি লৌরগা পালাদা শেল থাহন্দবসু য়াওই। পালাগীনা থৌবুগী মীওইশিংনা কয়া য়াম্না থাসিগে হায়বা চাং/মশীং অমা লেপথোক্লগা থাবা থেংনৈ। মসিসু মী মীগী অপাম্বগীনি। মসিদসু করি করিনো হায়বা য়াওই। হায়জসনু, ঐসু মীগীদা কয়া অমা হায় মীনসু ঐগীদা কয়া অমা হায়নরমগনি। অয়াম্বা শোরাংতা পোংয়েং লৌবা/পীনবা পালাদা শেল থাবা অসি য়াম্না তোয়না থেংনৈ। পোংয়েং লৌদবা, শেল থাহন্দবা অসিদি কদাচিংনি। পালা কোয়দুনা নট সংকীর্ত্তনগী মহুত্তা ৱারীনা, ফমশক্লা, নুপী অমা অনীনা, করিগুম্বা মওংনা পাঙথোক্লম্বা কয়াসু থেংনরে। পোংয়েং লৌবা শেল থাহনবদি অদুম থৌবু অয়াম্বনা পাম্নবগুম তৌই। ঐগী খুঙ্গংদা (তেম্বাদা) পোংয়েং লৌদনা, শেল থাহন্দনা শোনবা শোবাং মরি/মঙা থেংনখ্রে। ঙমজবা খরা কংচবা অদুদসু করিনো খরা অদুম হায়নবা য়াওই। ঐগী খুঙ্গংদা শ্রীচোংথাম বৈকুল সিংহ অমসুং মচীন-মনাওশিংনা মবোক্কী শোবাংতা, শ্রীলাইমুজম হৈনৌ সিংহনা মাগী অপোকপীগী শোরাংতা, শ্রীমতী সনসম মেমা দেবীনা মপুরোইবা থম্বৌমচাগী শোরাংতা, শ্রীমোইরাংথেম ইবুংঙো সিংহনা মাগী লোয়নবী রাধেগী শোরাংতা পোংয়েং লৌদনা শেল থাহন্দনা শোরাং শোনখি। শ্রীলাইমুজম পূর্ণ সিংহনা মাগী অমসুং মাগী লোয়নবীগী শোরাংকীদমক চঙগদবা শেলফম শিন্নরম্মী, পোংয়েং লৌদনবা শেল থাহন্দনবা, শোরাংকী দক্ষীণা লুপা তরা/তরা তৌনদবা শেলফমসু থম্বীরম্মী। মচাশিংনা মপাগী অপাম্বা অদু অপোকপগী শোরাংতা পাঙথোকখি। ঐনা থৌবাল কলেজদা ওজা ওইবিঙৈদা কলেজদুগী ইংলিসকী ওজা থৌবালগী শ্রীৱাইখোম নিপামচা সিংহগী অপোকপা লৈতবগী শোরাং বার্তন তৌরকই। মাঙজৌননা পোংয়েং লৌরোই, শেল থাহল্লোই হায়বগী পাউ ফংই। যূমদা বাবাগা শোরাংতুগী ৱারী শানৈ। "চংনীংখরেদা শোরাংতু বার্তন্দি তৌরক্লোইদো খঙনদবনিনা" হায়রকই। বাবাগা ৱারী শানবা অদু ওজা নিপামচাগী মফমদা কাঙথোক্লুবদা মথংগী নুমিংতা বাবাদা বার্তন অমা কংলকই। বাবাসু শোরাংতু

য়াওবা খোঙনা চংলি। হন্নক্রগা ঐঙোন্দা হংই "ফজখরেদা শোরাংতো, মচিন মনাও কয়ানি হায়"। ঐনা খুন্মী– "তরেংনি হায়ব্রা নিপালনি হায়ব্রা করিনো, মখোয় লোইনমক তলব চাবা ঙাক্তনি হায়বগুমসু তৌই"। বাবা তূমিন্না লৈখি, বা ঙাওখিদে। ঙাইহাক লৈরগা নচিন-ননাও অনীগী মনুংদা শেল থোকইবদি নতোমতনিদো, মীগীদু মতৌ তন্না য়াবা নত্তে হায়রকই। খুদক্তা খঙই বাবাগী অপান্না অমসুং অপান্নদু পাওথোকপদা ঐনা ব্রাগদবা, ব্রাগদবদু ব্রাহ্মীংদবনা অপান্নদু শেংনা ফোঙদোক্তবা। ঐনসু বাবাগী অনীংবদু পাওথোকখিদ্রে, নীংঙমহৌদবগী মমি ঐগী থম্মোয়দা তাহৌই। মদুনা মরম ওইদুনা বাবাগী মিংদা করিগুম্বা সংস্থান অমদা নীংশিং মনা কংকে হায়না চপ য়ুংনা লেপখি। বাবাগী অনীংবা অদু ইমাগী মতাঙদদি পাওথোক্লগে খনখি। হিংলিঙৈদা ইমাগী অয়াবা লৌবগা ইচিন-ইনাও, ইচে-ইচল তান্নদুনা ইমাগী শোরাং বাবানা নীংজখিবা মতুংইন্না শোনখিবনি।

# ঙাওদনবা ঙাওবা

*"... । শ্রীরাজেন্দ্রগুম্বা মীশক অসিদি অঙাওবনি মরমদি মহাক মীয়ামগী চৎন-লোনচৎকী ওন্ন-তৈনবদা লৈবা মীশক্তি। মহাক্কী (অঙাওবদা য়াওরিবা) "ঙ" অসিনা "ফ" ওন্নকপদা রাজেন্দ্র পোকপগী মহয় য়াম্নবা মীশক ওইরবনি। ... । "*

*- রাজকুমার গুণচন্দ্র সিংহ*

মথক্কী ৱাফম অসি "ইরমদম মীয়ামগী অপূনবা খোঁজে লূপ" (অশম্বীদা "ইমাখোল") গী প্রসিদেন্ট রাজকুমার গুণচন্দ্র সিংহনা নোংমা মাগী মপোক নুমিৎ সেপ্তেম্বর ৩, ২০০৫ ইংদা মানা দিমাপুরদা পোষ্টিং তাদুনা লৈরিঙৈদা ঐঙোন্দা পীরকপা চেরোল অমগী মনুংদা য়াওবা শরুক অমনি। অচুম্বনি ঐহাক করিগুম্বা খরদা মীয়ামগী চৎন-লোনচৎকী ওন্ন-তৈনবদা লৈ। মদুগী মহয় ওইনা *"রাজেন অঙাওবা"* হায়বা মিংথোল অসি ঐঙোন্দা কনাগুম্বনা পীবিদুনা ঐহাকপু করেম কথাইনবী (রাজকুমার গুণচন্দ্র সিংহগীসিদি কম্লেম্নবা নত্তে অতোপ্পা ৱাফম অমনি)। মদুদা ঐহাক অদুক হাক্লা হকচিন্না শৌরুবা তৌদে। হায়নীংলগা হায়জসনু অদুম খন্দোকই। অদুবু করিগুম্বদা মখাক্তা "ঐনা ঙাওরিবরা মখোয়না ঙাওরিবরা"। ফরে ওইনীংবা ওইরসনু। ঐহাক্লা পাঙথোকপা অমদি ঙম্লোইদৌরি। করিনো মদুদি : "ঙ" না "ফ" ওনহনবা। মীনা ঙাওই হায়নবা অদুদগী নাম্থোক্লবা করি করিগুম্বদা ইশানা পামদ-পামদনা, য়ানীংদ-য়ানীংদনা ময়াম্না তৌবা অঙাওবগী থবক (ঐহাক্লা খঙবা) কয়াদা

য়াওশিল্লি, মদুগীদমক ঐহাকপু অঙাওবনি হায়নদে। ঐহাক্কা য়াওরিবা অদু ঙাওই হায়দনবনি, খল্লুবদদি নোক্লীংই তৌরিবা থবক অদু অঙাওবগী থবকনি, ময়াম্মা ঙাওনা তৌরিবনি, মদুদা ঐসু য়াওশিল্লুবনি, ঙাওদনবা (ঙাওই হায়দনবা) য়াওশিনবনি। মসিনা ঐঙোন্দদি শৈরেং অমা ইননবা মচাক ওইখি। শৈরেং অদুদি মখাগী অসিনি ঃ

## ঙাওদনবা ঙাওবা

অঙাওবা মরক্তা হিংবদগী
ঙাওবা য়াওরি ঐহাকসু,
ঙাওমীন্নরি ঐহাক
অঙাওবা কয়াগা লোয়ননা ;
অদুবু
হায়নদে ঙাওবে হায়বা ঐখোয় পূম্বা ;
য়াওরমদ্রবদি করিগুম্বা অঙাওবা মরক্তা
হায়নরমগনি ঐহাকপু
অঙাওবশিংনা "অঙাওবা" ;
ওইরি মীপূম খূদিং
ঙাওদনবা ঙাওবা ;
থুরি ঐখোয় পূম্বা
লৌনম লাংদা
অঙাওবা ওইনা ;
অদুগা ওইবি
ঙাওদনবা ঙাওবা।

ময়াম্মা তৌনবা ঐনদি অঙাওবগী থবকনি খঙবা অদুদা ঐসু য়াওবদগীদি ঐবু ঙাওই হায়নদ্রে। অদুবু কবিগুম্বা খরদদি ঐহাক অদুম ফবক তারি অদুনা ঐবু অঙাওবা অদুম হায়নবি। ঐঙোন্দা অঙাওবা মিংথোল অদুম পীবিরি। মিংথোল অদু ফংবদগীদি মদুনা ঐঙোন্দা শৈরেং অমা অমুক ইননবা ঊখিল পীবি। শৈরেং অদুদি ঃ

## রাজেনগী মিংথোল : রাজেন অঙাওবা

ফংনখ্রে মীওই কয়ালা উপাধি কয়া :
- ভারত বত্ন, কবি রত্ন, সাহিত্য রত্ন, অসিনচিংবা
ফংই মোইরাংথেম রাজেনসু মিংথোল অমা
মহয় ওইনা মানা তৌজবা থবক্কী :
- মচানুপী লুহোংবদা অউলপোৎ রামদবা
নুপা ময়ুমদা শেল তানদবা
মপাম চাক্কৌবদা মী খরগীতা শীনবা
- অপোকপা মপাগী শোরাৎতা ঙমজবা খরদংদা কৎপা
- ফিরোয়দা শেল থাহনবা
- ময়ুম শঙ্গাবদা পোৎলেং লৌদবা
- মচানুপা লুহোংবগী চাক্কৌবদা মী য়াম্না চৎতবা
- মশুগী চুড়াকবণদা শেল তানগে খন্দবা :
মানা তৌবা থবক চানদবনি মীয়ামগীগা
অদুনা ফংবনি মহাক মীয়ামদগী
ফজবা মিংথোল অমা : রাজেন অঙাওবা।

অয়াম্বা মীনা লুহোংবা মতুং মপাম চাক্কৌবগী বার্তন ফংবদা চাবা চৎনীংই অদুগা যুম শঙ্গাবা অমদি অঙাংগী চুড়াকবণগুম্বগীদি চাক্কীনি হায়দুনসু কবিগুম্বা অমা খনবগুম তৌই। খল্লমদবসু য়াই মসি ঐগী রাখলনি। কবিগুম্বদা মীনা হায়নবা তায় চাক্কৌরগী বার্তন ফাংজিন্নবদা: "হেক ফাংজিননৈদা চাক্কৌবগী বার্তনসে"। অদুগা য়ুম শঙ্গাবা অমদি চুডাকবণগী বার্তনগী মতাঙদদি "লাইমা তোয়হে বর্তিনসে খাঙবা লাকপা ঙমদ্রে" হায়নবা য়াওই। ঐঙোন্দদি লুহোংবগী মপাম চাক্কৌবগী চাকচাবা থোইনা চৎনীংলুবা তৌদে। হেক্তা খল্লি করিগুমবা অমা, খল্লিবসি চুল্লম্বসু য়াই লাল্লম্বসু য়াই ; অয়াম্বদা অচুম্বা ওইরম্মী। মসিনা মরম ওইদুনা শৈরেং অমা অমুক ই। শৈবেংদুদি :

# সুহোংবগী চাকৌবা চংনীংদবা য়াজেন

অহলনি হায়দুনা তৌই বার্তন য়াম্না তোয়না
সুহোংবগী চাকৌবা কয়াদা
নুপা ময়ূম্নসু নুপী ময়ূম্নসু
মোইরাংথেম রাজেনবু,
অদুবু চংনীংদে থোইনা মহাক চাক চাবা
খল্লুবদা ওইরমগনি শোয়দনা :
- নুপী ময়ূমগী ওইরগনা
লৌরমগনি শেল কোল্লনবা নুপা ময়ূমদগী
অদুগা শাবনি সঙ্গ য়াম্না লৈবা
বার্তন ঙম্মিবমখৈ তৌশিন্দুনা,
নুপা ময়ূমগী ওইরগনা
ওইরমগনি পীখিবা শেল অদুগী
চাবা য়াবা চাথোক্লুসি হায়বা
ঙম্মিবমখৈ চংলগা ;
ওইরম্বদা হেক্তা মানা খনবদু অশেংবা
পেন্দবদগী নাকল অনীগী থম্মোয়বু
চাক চাবা চংনীংখিদে
মোইরাংথেম রাজেন
চংসু চংতে য়ারিবমখৈ
ওইজদুনসু হাউরবা ঙাগী মথেল,
হায়নৈ মীনা মাবু অঙাওবা
অদুবু ঙাওবদি নত্তে
মোইরাংথেম রাজেন
ঙাওরিবদুদি মখোয়দুনি।

# আই কং মাই কোং অ্যাকোর্দিং তু মাই ক্লোথ

" আই কং মাই কোং অ্যাকোর্দিং তু মাই ক্লোথ "

ঐগী পাউখুম্নি, থম্মোয়নুংগী পাউখুম্নি, মীনা হুংলকপদা খুম্বা পাউখুম্নি, মীনা হুংলকত্রবসু ইতোম্মতা খুমজবা পাউখুম্নি, ইশাগী ইনকম (চাগা) গা মরী লৈননা খুমজবা পাউখুম্নি, ইশানা তৌজবা থবক্কী পাউখুম্নি , ইশানা পীজবা পাউখুম্নি। দালতনগী পব্লিক ফ াইনান্স নৈনবন্দগী থম্মোয়দা য়েরকপা ঈথিলনি।

"- করিগীনো কার তোংদ্রিবা, করিগীনো ফজবা য়ুম শাদ্রিবা, করিগীনো নুংঙাইনা পুন্সি লেপ্দ্রিবা, সাইকলদা পুন্সি লোইরগেরা ?"

তোঙান তোঙানবা ৱাহংনি ঐভোন্দা হংখিবা, হংলিবা। নুংগী অর্থদি ইমান মাল্লবগুম তৌই ৱাহং খুদিংমক্কী।

ফাওরকই থম্মোয়নুংগী পাউখুম -

" আই কং মাই কোং অ্যাকোর্দিং তু মাই ক্লোথ "

(দালতন্না ঙাকশীগনি)

উচেক অচৌবনা মহুম চাউনা শাবা তাবনি, মহুম চাউনা শারিবদু তঙায় ফদবগীনি, শিকপা য়াদদুনা চাউরিবনি, চাউদবা য়াদদুনা চাউরিবনি, চাউযক্ত থোকপগী চাউরিবনি। অশিকপা উচেক্না অচৌবা মহুমদু কল্লকফম থোক্তে। চাউনা শাজসনু অচৌবা মহুম অচৌবা উচেক্ন া। সমুদ্রগী ঈশিংসু ঈশিংনি, কুশি তামিদা হাপ্লা ঈশিংসু ঈশিংনি, হায়দ্রোজেনগা ওক্সিজেনগা পুল্লগা ওইবা ঙাকনি। অদুবু ঈশিং মশেল্লি হায় হায়দুনসু তৌবা ঙম্বা শক্তিন্দদি খেন্নবা অদুম লৈগনি, সমুদ্রগী ঈশিং মথক্তা জহাজ চংলি, কুশি তামিদা য়াওবা ঈশিংগী মথক্তা জহাজ চংপা য়ারোই। লাইতীলগী থবক্তা কুশি তামিদা য়াওবা ঈশিং মাগী তোপ তোপ্লা শীজিন্নফ ম লৈজে। চাগাগী মতুংইন্না চাদিং তৌগদবনি। তৌদবা য়াদবা চাদিংসু লৈ। চাদিংগী মতুংইন্না চাগা লাক্লনবা হোৎনদবা য়াদে। চাদিং কোন্নবা মীঙোন্দা কা হেন্না ৱাহনবসু য়াদে অদুগা মী মাঙননবা লৈবাক মাঙননবা হোৎনবসু য়াদে। চাগানা কোন্নদে হায়দুনা মীজাও অমনা ক্বরিং শিশক শিকপা লীংপা য়ারোই, তঙায় ফদনা মহুম অচৌবা শাগদবনি।

মতৌ অস্থুম্না হকচাংগী মতুংইন্না ফিগী নাপ লৌবা তাই। মরম অদুনা ঐগী থম্মোয় লকানুংদা লৈজরিবা "আই কং মাই কোং অ্যাকোর্দিং তু মাই ক্রোথ" হায়বা ৱাহৈ অসি চুমদুনত্তা লৈগদ্দবদি নত্তে, মরিবমখৈদি ঙাক্তুনা চংনীংবগী ৱানি। হকচাংগী কোয়নবা ফি লাওবা তাই অদুগা ফুরিংকী নাপ হকচাংগী মতুংইন্না লৌবা তাই। অদুদগীদি "আই কং মাই ক্রোং অ্যাকোর্দিং তু মাই কোং "হায়বা ৱাহৈ অসি লাকপা তারি। ফুরিংতি হকচাংগী মতুংইন্না চাউশাংগদবনি। অদুগুম্না ফুরিং অদু ফিদগী নাপ লৌদুনা কক্কদবনি। অদুদি করিগীদমক ঐনা পামজরুই - আই কং মাই কোং অ্যাকোর্দিং তু মাই ক্রোথ ? ঐনা তৌগদবা থবক, ঐনা ঙমগদবা অদুদতা পাঙথোকচনীংবা, মীওৈন্দা অৱাবা পীনীংদবগী ৱাখললোন অমা লৈজবা অসিদগীনি। তঙায় ফত্রবদা মতেং পাংগদবনি লৌদবা য়াদে, অমনা অমগী মতেং পাংনগদবনি, পাংনরিবনি। অদুবু মীগী মতেং পাম্মী হায় হায়দুনসু মীবুদি ৱাহঙনীংদে মীগী মতেংদগীনি হায়বদু নাথৈরগা ফাওদি ফাওদনা অফাওবা শাবসু হৈনজদে।

ঐগী য়ূমনি, চম্না শাজবা য়ূমনি, ইচম চম্মনি, আর সি সি নত্তে, লৈবাক্কী লৈরঙগী য়ূমনি, তিন্না কুপ্পা য়ূমনি। মসিদনি মীনা ঐবু য়ূম ফজবা শাদে হায়নরিবা, য়ূমদগী (তেন্থাদগী) কলেজ (থৌবাল) ফাওবা সাইকলদা হেক হেক চংলি কিলোমিতর ১০গী মথক্তি, ৱাংজিংলোমদা কোইরবদি অমুক্কা হেন্না শাংলিবনি। মসিদনি মীনা ঐবু কার লৈদে ঙাঙনরিব্য, পুক্নি অসি সাইকলদা লোইরগেরা হংলিবা। হংবা য়াই ৱাহং অসি। লৈগে হায়না চপয়ুংনা লেপ্লবদি ঙম্বসু ময়াই। অদুবু ঐহাক্কী চংকদবা চাদিং অমদি শাগৈ নাতৈ, মরী মতাগী দিপেন্দেন্ট ময়াম অসি উরগা অমদি মখোয়গী মতেংসু পাংদবা য়াদবা অসিনা কোন্নদবগী ৱানী। ঐসু খঙই কার লৈবা ঙম্বা য়াই, আর সি সিগী য়ূম শাবা ঙম্বা য়াই। অদুবু গাড়ি লৈরগা য়ূম ফজনা শারগা অতৈগী অৱাবা অদু য়েংদুনতা লৈরবা, উবা ঙমদ্রবা মীশক ওইরবদি ঐহাক করম্বা মীশক ওইরমগবা ! মীগী অৱাবা উরে, য়েংঙমদ্রে হায় হায়দুনা ঐহাক ইশামক দয়ানিধি ওইরে হায়বগী ৱাহৈমসু নত্তে, চুম্নতা য়েংদবা য়াদবগী ৱানি হায়জবগী ৱাহৈমনি। মসিদনি ঐহাক্কা কার লৈদবা, য়ূম ফজবা শাদবা।

মীবু বাক্লেগা ঐনা অমাওবা য়াম্বা, সক লৈবা শাবা অসি ঐহাক্ক া ওন্থোক্লা পামজখিদ্রবা, বাবানসু য়াম্লমদ্রবা বাকমনি। লুহোংবা শোংদোংবা অমদি শ্রাদ্ধ কর্ম্মনচিংবা নওদ্রবদি অঙাংগী চূড়াকরণ, যূম শঙ্গাবনচিংবদা মী বার্তন তৌরগা পোৎয়েং লৌবা অসি বাবানা য়াম্লমদে। ওন্মগা অঙওম্বা খরা বার্তন তৌদুনা মীগী সেবা তৌবা ওমদ্রগনা ঐখোয় ইমুংগী মী খরতনা পাঙথোকপা অসি বাবানা পামজখি। মসিগী মতাঙদা বাবাগা ঐহাক্কা মত হাইফেং চানে। মরম অসিদগী ইচাগী চূড়াকরণদা যূম শঙ্গাবদা মীওই খরতবু বার্তন তৌদুনা ওমজবা সেবা তৌরগতা তোকচখি। লৈখিদ্রবগী মীয়োয়দসু ওমজবা খরনংতা কংপা অসি বাবানা পামজখি। নাম সংকীর্ত্তন য়াওনা (পালা লেপ্লগা) পোৎয়েং লৌজদে থাবীরো হায়বা অসিসু বাবানা য়াবীয়মদে ঐনসু পামজদে। পোৎয়েং লৌদনা পালাদা থাবীয়ু ঐগীদি কংথোকচরবনি হায়বা অসিদা বার্তন যংলিবা মীদা পোৎলূম হন্থবা নত্তে অমহ্যানি, হেন্নদুম পোৎলূম পুরিবনি। ওন্মগনা থাসু থাহন্দবা পোৎয়েংসু লৌদবা, অঙওম্বা খরতা ইচম চম্বা মীবু বাহন্দনা কংচবা অসিনি বাবানা পামজখিবা ঐনসু মদুগী মতুং ইন্ননীংবা।

ইচানুপী লুহোংবগী মপাম চাক্কৌবদা নুপাময়ূমলোমদগী শেল ধামাদা লৌরগা মী ভারীদা ওন্মীবমখৈ বার্তন তৌদুনা সঙ্গ চাউবা শাজনীংবা অসি ঐহাক্না থন্মোয়না পামখিদে। নুপা ময়ূমদগী শেল লৌরগা চাক্কৌবা অসি পাংথোক পাংশিন তৌনবনি, থাংজ-পুজ তৌনবনি করিবুদি কায়গনি! অদুবু অরেবা নুপা ময়ূমদদি ফরে, লৈতবা নুপা ময়ূমদা শেল ননবা তারবদি বরগী মমা মপাদু চাক্কৌবগী চাক অমদি ঙা মখেলশিং অদু খারমগদবা মাপ্লি। নুপী ময়ূমনা বাবা অদু খরা পাংথোক পাংশিন তৌবসু করিসু কায়দে। মতাঙ অসিদা ঐহাক্না থমজনীংলিবা বাফমদি ওমগদবা লৈনা লৈনা নুপা ময়ূমদা পোৎলূম ননশিনবগী বাফমনি। নুংঙাই য়াইফবা নুপা ময়ূমদবুদি করিসু কায়দে। মখোয়দদি পুথোক্লগে যজহল্লসি হায়বা অসিনি। থমজরিবা বাফম অসি থোইনা লৈজদবা নুপা ময়ূমগীনি। অউলপোৎ য়াম্মে, মখোয়সু খরদি তিংথৈনা হায়বগী বাখলদা নুপা ময়ূমদা মখোয়দা বাগদবা, পুবা থাংবদা পোৎলূম ওইগদবা অদুবুনি ঐনা পামজদ্রিবা।

অঙ্ঙম্বা খরদং (ঐনা ঙমজবা) উল্লগা নুপা ময়ূমদগী শূকতান তান্দনা অঙ্ঙম্বা খরদংনা চাক্লৌবা অদুনি ঐনা পামজবা। বাবাগী শ্রাদ্ধ কর্ম্মগী মতাঙ্ঙদসু অসি মঙায়। ঐনা ঙমজবা খরদংদা কংচনীংখি। মসিদনি ঐনা পাউখুম পীজরিবা - আই কং মাই কোং অ্যাকোর্দিং তু মাই ক্লোথ। চাউশাংবা হুকচাং ওইরবদি ফুরিং কোং তৃবদা কি য়াম্না চঙবা তাবনি। অদুগা অমুক কি চাউশাংদে হায়দুনা শাজাও অমগী ফুরিং পিক্লা তৃবা তারবদি লীংপা য়ারোইদৌরিবনি। অদুনদি করি তৌবা তাই ? তঙায় ফদনা চঙদবা য়াদবা অদুদি চঙহল্লগা তোকপা য়াবা কয়া তোকপা তাই। অদুবু মীওইবগী পুক্তি অসিদদি তঙায় ফদবগী ফদবা ঙাক্তনি, তোকপা য়াদবদগী তোকতবনি। অদুম ওইনমক থাদোকপা য়াবা কয়া অমদি থাদোকপা তাই। ঙমলোইদবা ওইরবদি পিকশিনবা য়াবা কয়া অমা পিকশিনবা তাই ময়াম্না য়াবু য়ানরবদি চংপু চংনরবদি। লুরিবদি চংনবী অসিনি। অউলপোংতা পিকশিনবদা করিসু কায়দে, মপাম চাক্লৌবদা মী য়ামহন্দবদা করিসু কায়দে। লুহোংবদা শোরাং শোনবদা চঙদবা য়াদবা খরা চঙহল্লগা ঐগী লৈজবদা ঙমজবা খরদংনা পাঙথোকপা অদুনি ঐনা পামজবা। মসিদা অরীকপা শাবগী (লীকশিনবগী) ব্রাফম পুশিনফম থোকতে। অবীকপা তাখিনি, কংনীংদবনি, পীথোকনীংদবনি হায়খিনি কিবদগী লৈসু লৈতনা অরৈবা শাদুনা মীঙোন্দগী পূশিল্লগা শিংবদা পাক ঙমদবা তাববদি করি থোক্কনি। মদুনি ঐনা থমজরিবা ব্রাফম। মসিদনি ঐহাক্না হায়জরিবা - আই কং মাই কোং অ্যাকোর্দিং তু মাই ক্লোথ। মসিগা মরী লৈননা ঐহাক্কী ইচানুপীশিংগী ইচলগী ইচানুপাগী লুহোংবদা, বাবাগী শ্রাদ্ধ কর্ম্মগী থৌরম পাঙথোকপদা ঐনা নীংলিবা অদু পাঙথোকপদা ঐবু মীনা অঙাওবনি হায়নখি। অদুবু ঐহাক ঙাওদব্রা খল্লি। ঐনা খল্লি ঙাওরিবদি মখোয়দুনি ঐবু ঙাওই হায়নখিবা।

# ইচানুপী য়াইমনা থৌরাণী শাবা

মতম অমদা মণিপুরদা ইম্ফাল অমসুং খুঙংগী মফম কয়াদা গৌরলীলা, গোষ্ঠ লীলা (শলশেনবা), জগোয় রাস অসি য়াম্না পাম্না ধর্মগা মরী লৈনবা খুন্নাইগী কুমহৈগা মরী লৈননা অমসুং অতৈ কয়াগা মরী লৈননা কৎনরম্মী। লৈশাবী, পিক্লিবা পিক্লিবী নুপা মচা নুপী মচা কয়া জগোয় ঈশে তম্বীদুনা হায়রিবা গৌরলীলা, জগোয় রাস অমসুং শলশেনবা অসি য়াওহন্নরম্মী। ঐগী ইচানুপী য়াইমা অমসু মানা অঙাং ওইরিঙৈ মতমদুদা জগোয়রাস য়াওখি। মহাক্না থৌরাণী শাবী (রাধা) গী শক্তম লৌদুনা জগোয় রাস য়াওখি। ঐদি থোইদোক্না মায়কৈ অদোমদা খোয়জঙলুদবনি। ঐগী লোয়নবী অমদি ইচলনা পামজবদগী থৌরাণী শাবীগী শক্তম লৌদুনা জগোয় অদু য়াওখিবনি। নুপী ওইবী কয়ানা মচাবু গৌরলীলাগী প্রভু শাহনবা, বিষ্ণুপ্রিয়া শাহনবা, জগোয়গী মকোক চিংহনবা, কৃষ্ণ শাহনবা, থৌরাণী শাহনবা, চন্দ্রাবলি শাহনবা, চামোর পায়বী শাহনবা, শলশেনবগী কৃষ্ণ নৎত্রগা বলরাম নৎত্রগা মধুমঙ্গল অসিনচিংবা শাহনবা অসি মচাবু নুংশিবদগী, মচাগী কুমহৈ য়েংনীংবদগী ওইবা কয়াসু য়াওনখি, কৎনীংবা অমা য়াওবদগী কৎপসু য়াওনখি, অতৈ মরম খরদগী মমা মপানা, মপু মবেন্না পাঙথোকপসু য়াওনখি। ঐগী লোয়নবী অমসুং ইচলনা ইচানুপীবু থৌরাণী শাবী ওইহল্লুবা করিগীনো খঙদে। ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা থেংনখিবা গৌরলীলা, গোষ্টলীলা, রাসলীলাদা শেল থাবা অসি কয়া তৌনরমদে। অদুবু মতুংদদি লীলা য়াওবা অঙাংশিংদা শেল পংথাদা থাবীসি চৎনবী অমা ওইরকখি। মরূপ-মপাং, মরী-মতা, শাগৈ-নাতৈ, খঙন-চানবা কয়া পাকতক্লনা কুমহৈ য়েংননবা বার্তন তৌবা অসি চৎনবী অমা ওইরকখি। চেগী নোং (শেল) পবেং লেংদুনা লৈ পরেংদৌনা ঙক্তা শিবা (থাবা), লাই শাবা শাবী কয়া শেলনা পূময়োম য়োম্বা, শেলনা মশক উদবা, শেল য়াম্না থাবা তান্নবা অসিসু চৎনবী অমা ওইরকখি। শেল থারনবা বার্তনসু পাক চাউনা তৌনরকখি। মসিনা গৌরলীলা, গোষ্টলীলা অমসুং রাসলীলাগী নুংগী ফজবা ভাব অদু ওস্থোকপা মওং অমদা লাকহনখি। ঈথক ঈরাংদা

অমদি ইজ্জংতা লাকপগী মমিসু তাবা য়াওরকখি। কনাগুম্বা কনাগুম্বী খরদি শেন্দান লম্বী ওইনা পাঙথোক্লরকপসু য়াওরকখি। নুংগী ওইবা, কলচরগী ওইবা ফজবা কয়াবুদি থম্মোয়না খোয়দাজে। অদুবু ওল্লক্লিবা ফত্তবা কয়া অদুনা ঐগী থম্মোয় লৈতাহনবা ওমখিদে। মীনা ঐবু শেয়ান্নবা লৌখিগদ্রা হায়বসিদা পূক্লিং লৈতাফম খঙখিদে। রাসলীলা শান্নগদৌবা নুমিৎ নকশিল্লক্লবা মতমদদি অমুক্তা হেন্না পূক্লিং চরাংনখি। বার্তন অমত্তা তৌরনুসিরা খনখি। বার্তন তৌদ্রবসু কুমহৈ য়েংবা লাকপা ওইনা শোয়দনা কনাগুম্বা কনাগুম্বী খরদি ঐগী খন্দুনা শেল থারগদৌরি। মদুনি ঐনা পামজখিদবা। খনবমখৈ খল্লুরগা বার্তন তৌগে খল্লে। বার্তনদা কুমহৈ (লীলা) য়েংবীরনবা অমদি শেল থাবীদনবা ইজখি। নহারোল খরদা শেল খরা খরা শিন্নদুনা কনাগুম্বনা করিগুম্বা শেল থাবা য়াওরক্লদি খূদক্তা হন্দোক্লবা শেম শাই। ইচা থোকপা অমনা মদুগী ইন-চার্জ ওইহল্লি। অসুম্না মীবু শেলগী অৱাবা পোৎলূম ননহন্দনা ইচানুপীগী জগোয় অদু পাঙথোকচখি। মসিদনি ঐহাক ওন্থোকপা মখলগী মী অমা ওইখিবা। হৌজিক্তি অসিগুম্বা কুমহৈ অসি থোইনা তৌনদ্রে। মৃৎশিল্লকপগী মওংদা লৈয়ে।

# ইচানুপী য়াইমা লুহোংবগী মপাম চাকৌবা

ইচানুপী য়াইমা লুহোংখিবগী থৌদোকনি। লুহোংবা লোইরে। তরুকনি চনবা নুমিৎকী মপাম চাকৌবগী রা থরখি। নুপারোমগী মীসু ওইবা ঐগী মরীসু থোকপা থরনা পাউ হোদোক হোজিল তৌখি। ঐগী য়ূমদা লাক্লুনা পাউ হংলখি :-

- কমদৌসিগে মী কয়ারোমগী লাওগদৌরি, ঐখোয়বু করি লাওজৌ হায়বগে?

য়াম্না লুনা হংলকপনি ব্যবহার য়াওনা। অদুবু লায়না খুমখি ঐনা

- ঐখোয়রোমগী হেনফদবা ৫০ মুক্তি শুরবা য়াই। নুপারোমগী ১৬ লোম লাকপিয়ু।

- করিনো তাকপীরিবসিবু ?

- মশা মশা থারগা বরগী ৪, ইচানুপীগী ৪, বর মপাগী ৪, বর মমাগী ৪ পুন্না ১৬তং লেঙবীরকগা য়াগনি। ঐখোয়রোমগীনা মান্দোপ খনবদা রাবীখিবা পোৎচৈ রায়থোক রায়শিন পুথোক পুশিনদা য়াওখিবা অমসুং য়াওগদৌবা, কোল-লিক ফেঙগদবা, শীং খায়গদবা, ইলাং-নাপী শেমখোৎকদবা, অহল-লমন খরা, ইচানুপীগী মমান্নবী খরা য়াওগদবা মরম্না ঐখোয়রোমগীনা খরা হেনবা তারে, হেনফমসু থোকপনি, কয়াবু য়াম্মুগবনো পুন্না নুপারোমগীগা ঐখোয়রোমগীগা ৬০/৭০ রোমগী লাওবা হায়বনুনি।

মখা তানা অমুক হংলকই :-

- শেল থুম ঙা-চাক্কীনা করি তাকপিগদবা ?

- ইচানুপী চাকৌবগীবু করিগী নুপা ময়ূমরোমদা নললুগনি, ঐনা ঙমজবা খরদং লাওলগা লোইরে। হাউই হাউতে খিদনা চাক চারা অমত্তং ইচানুপীগা ইমাকনুপাগা ঙাইশেলগা চামীন্নরগা লোইরে। হায়নবা লোইরে, চৎলগে হায়দুনা মখোয়সু চৎরে, ঐসু লৈহৌরে, করি করি ইলাং মথেল লাওশিগে, কনা কনা বার্তন তৌসিগে খন্দুনা অহিংদু লেনখি।

নুপা ময়ুমলোমগা হায়নবা লোইরে খল্লুরবনি অদুবু নোংঙাল্লগা ঐগা য়াম্মা মরী নক্লবা ইচে থোকপা নুপা ময়ুমগসু ইমুং মনুং ওইবা অমা লাকই, য়াম্মা ওন্না লাকই। অয়ুক্কী পুং ৭ তাদ্রি। নিংথমথাগী পুং ৭ অসিদি অন্তনবা মীদদি তুম্বা হৌগৎনবদা মণ্ডায়নবা য়াওনরিবনি। ঐ ইমুংদা লৈ। মপান্দা ঐগী লোয়নবীনা কনাগুম্বী অমগা ৱারী শানবা তায়। তপ্না ঙাঙনদে খোল খরা কল্লপ তৌনা ঙাঙনৈ। খৎনবা নত্তে, ঙাঙনবনি কৌনবনি, হংনবনি। তপ্না ঙাঙনবা নত্তবনিনা শূমাঙদা ঙাঙনবশিং ইমুংদা ঐ লোইনা তায়। লোয়নবীনা হান্না মখাগী অসুম্না হায় :-

- ইনম্মা ! করিগীনো 'সুক ওন্না ?

খুম্মী ইচেদুনা :-

- ইবুংঙো রাজেন লৈত্রা, মাগা অমুক্তা উনগে তৌবনি।

খোঞ্জেন তাবদা ইচেনি হায়বা খঙই। করি ওইরিগবা খল্লি। মপালদা থোক্কে তৌই। লোয়নবী না পাউখুম পী :-

- লৈ ইনম্মা, অমুক্তা কৌথোকচরুখিগে।

ইমুংদা পরপ পরপ চঙলকই। "ইনম্মা লাকই উননীংমাল্লে" হায়রে। পন্থবা তৌদনা মপাল থোকই অদুগা হায় :-

- ইচে ! করিগীনো করি তৌবা য়াওরে ?

- রাজেন ! য়াম্না লুবা ৱারী অমা শাদবা য়াদ্রে, অদুনা ইচে লাকলিবনি।

করি ওইরিগবনো ? করি থোক্লবা জাৎনো খল্লিঙৈদা ইচেনা হায় :-

- কনাবু ককথরগা কনাবু খনগৎসিগে খন্নবদা খরা ৱানবে। ঙরাং অহীং নোংনোংশোইবা মসিগী ৱাফমদতা নৈনরবনি, ফল তাবা ওম্লদে। কৈদৌবগে নুপারোমগীসি ৫০ মুক্তংদি শুহনসি। ঙরাং নুমিদাং নবাইগা ঐগবু কৌরদুনা খন্নবা য়াবা খন্নরবনি। নহাক মুন্না অমুক্তা খল্লু।

- ইচে ! ঐসু খনবা য়াবা খল্লবা তুংদা মীশীং অদু হায়খিবনি। ঐনা ওমগদবা থাক্তা থবক তৌজনীংবনি। ওমলোইদবনা পান্থোম ত্তিংনীংদে।

ইচেনা লুনা পুখৎলকপা প্রস্তাব অদু ঐঙোন্দদি খুম্বদা লুনা থোকখিদে।

মখা অনা ইচেদা হায় :-

-ময়ামগী সেবা ঐঙোন্দা খরা ৱানা থোক্কনি, লুহোংখিবগী শেল-থুমগী চৈনা কোকত্রি, ফোঙ ফোঙ শারি, চাক্কৌবগী দক্ষিণা তৌনীংঙাই শেল মরাং কায়ন্ত্রে, সেবা সেবিগী মী ঐঙোন্দা ৱাংচৈ, শেল-থুমগী ফিবম নোপচৈ চেঙ-চাক মরাঙ কায়জদে, তঙাইফদবা খরতবু খনগৎচরগা চংনবী মতুং ইন্না চাক্কৌজনীংই।

- অদুবুদি চুম্বা, অদুদা নুপারোমগীসু খরা খল্লু, মখোয়সু ৱামিন্নখিবশিং অদু চাক চারা অমমমতংদি চামিন্ননীংলিবনি, অদুগীসু মথক্তা মীগীদদি বার্তন তৌরক্নুনা চাবা য়াওরুরে, মাগীদদি তৌরক্তে হায়নগদৌরিবনিদো।

- ইচে, ঐগী ঙাই অদুনা বার্তন ফংদুনা চারুবমখে ঐগীদা লোইনা য়াওবা তারবা অদুগা ঐগীসু বার্তন তৌবা য়াবা তৌরবদি মী মৃৎনবা তারে, ইচা থাজদুনা যৃম্বান্নবা হোৎনবরা হায়ববু যুম মৃৎনবা তারোইদ্রনে ? ঙাইগী খবক্তা ৱাবীখিবা ময়ামদু ঐনা চাক্কৌজবা ঙমজরোই, উপায় লৈজদে, মানা চাক চারা অমত্তংদা ওইরবসু চামিন্ননীংই হায়রগনা মাগীদা নোংমা শীনবদা করিসু কায়দে, ঐগীদদি মখোয়গী সেবা খরা ৱানা থোক্কদৌরি।

- ঙাইখোনে ইবুংঙো, মপাম চাক্কৌবদা নঙগীদা চংলুই হায়বদুদা মাগীসু য়ায় ওইগদৌরিবনি, নঙগীসু মায়নি। করিঙুম্বা নহাক্না শেল-থুমদা অৱাংপা লৈগদবা লৈরগনা মখোয়সু মতেং খরা পাংহঞ্জগে, থাংজ-পুজ হায়বদুনি, খরা খরা পুথোকমিন্নরগা নুংঙাইমিন্নবা হায়বদুনি। ঙা মথেল অমা ঙম্বিয়ু হায়রবসু অদুম ময়ানি, খন্নরগা ইথোক থোকপনি।

শেল-থুমগী ৱা পল্লকপা ঙা মথেলগী ৱা হায়রকপা অদুৱাইদা মিস্থুন খরা কাঙগে তৌই, কাঙদি কাঙদে, শৃদক্তা ফাথে। অদুবু হান্না ঙাঙলন্বা খোঞ্জেল দগী কল্লপ তৌনা শাউদি শাউদনা ইচেদা হায় :-

- করিনোনে ইচে, ইচা চাক্কৌবদবু নুশা ময়ৃমদা করিগী শেল-থুম হায়গদৌরিবনো ? পাংলক্কে হায়রিবা শেলফমদুনা মাগীদা

ইচানুপীগা মতাঙ ঐইবনিনা খরদং পাঙথোকচবগী ম্নানি। ইচানুপাগী মতাঙদদি নুপী মমুমগী মীনা হায়বা খরমখেদি ইনবা তাবনি।

## ইচলগী হৈজিংপোংতা অচাপোং য়েনবা

নোংমা বাবা লুহোংবা অমগী হৈজিংপোংকী থৌরম য়াওরুই। হন্নরুগা নুমিৎতুগী (হৈজিংপোংকী) পোংয়েনগী মরমদা বারী শাই। ময়ামগীগা মান্নদবা পোংয়েন অমগী মতাঙদনি। করিদা মান্নদ্রিবনো হংবদা পুরক্লিবা পোংশিং অদু চপ মান্ননা য়েনবনি খুন্মী। লৈশাবীশিংগীনি হায়দুনা পুরকপা অথুম অহাওগী পেকেৎশিং অদু অহল-লমন য়াওনা লোইনা থুংমিন্নবা অদুগা অহল-লমনশিংগী অচা-অথক পোংলমশিং অদুসু লৈশাবীগীসু য়াওনা য়েনবা অদু বাবানা মুন্না য়েংলুরমাল্লে। লৈশাবীশিংগীনি হায়দুনা পুরকপা পেকেৎ পেকেৎ হানবা বোক্সশিং অদু ইমুংদা পুশিনবগী মহৎতা মপান্দা (শুমাঙদা) হাংদোক্লগা অহল লমনশিংদা য়েনবা, নুপী অঙাংশিংদসু য়েনবা, ইমুংদা লৈশাবীশিংদসু য়েনবা অদুগা লফোয়, শেম, কোমলা, লদু, হৈঙাল অমদি কবোক্রুচিংবা অচাপোংশিং অদুসু অহল লমন নুপী অঙাংশিংদা নত্তনা লৈশাবীশিংগীসুনি হায়দুনা ইমুংদা পুশিন্দুনা য়েনবা, নুপা অহললোন্দা কোমলা য়েল্লিঙৈদা নুপীরোমদনা শেম য়েনবা, নুপারোমদা লৈবাক হৱাইগী হৈঙাল য়েল্লিঙৈদা নুপীবোমদা লফোয় য়েনবা হৌবা, নুপা নুপী অনীমক্তা চপ মান্ননা কবোক য়েনবা, নুপাগা নুপীগা হেন্দোক হেঞ্জিন খজিক লৈজববসু বেলেন্স চপ মান্ননা চাকথুং থুংবা কয়া মবীক চুম্না তমখি। মদুগী পোংয়েন অদু বাবানা য়াম্না পামজরুবমাল্লে ফজগ্রেদা শোল্লরুই। অচুম্বনি বাবানা হায়বা, অসিগুম্না পোংয়েন থোইনা য়াওদে হৈজিংপোংকী পোং য়েনবদা। লৈশাবীশিংগী বোক্সশিং অদু ইমুংদা পুশিলপ্রগা অতৈগীনা লোইনা নুপাদা হান্না য়েল্লি : কা য়েল্লি নুপাদা হান্না, অদুদগী লফোয়, শেম, কোমলা, যুবী, হৈঙাল মথং মথং নুপাদা হান্না। নুপীদদি কা নত্তনা অতৈ থুংদ্রি, হাপননবা প্লাসটিক চেথাউবুদি থুংলে করি হাপনবনো হায়বদি খঙদ্রি। নুপাদা হান্না য়েনখ্রবা

পোৎলমশিং নুপীরোমদা য়ৌরক্কত্রা লোইখোকখিবনা হান্নগত্রা খঙদে। আইহেতম অমা ফাওবা ফংহ্রিঙেদা নুপাগীদি মঙা তরুক শুজিনখ্রে। নুপীশিং পোৎয়েনবদা য়েংনরি। মসি অয়াম্বা মকমদা থোক্কন্নি। মতীক চানা লেম পানা পুরক্লবা ওইরবদি নুপাদা য়েনবদগী লেমহৌবা অদু কোন্না নুপীদা য়েনবদা থুংনগনি। মরাং কায়দ্রবদি নুপীগীদি থুংলগা থুংলে থুংদ্রগা তোক্লে। তঙায় কদনা ফংলিবা হায়ববু কবোক মঙায়রে (করিগুম্বা মতমদনা তল নৎত্রগা অতোপ্পা অচাপোৎ)। নুপাদা হান্না মরোল মরোল থুংলগা অরেম্বনা কোন্না নুপীদা য়েনবা হৈজিংপোৎকী অসিগুম্বা পোৎয়েন অসি ইম্ফালদসু খুঙ্গংগী লমদসু চৎনবী ওইনা তৌই। মসিদা নুপীশিংনা পেল্লমগদবা মান্দে। চুম্না চৎনবীনি হায়দুনা ভূমিগ্না লৈবগী ব্রাদা ওইরমগনি। বাবানা থেংনরুরিবা হৈজিংপোৎকী পোৎয়েন অদু চাং মান্ননা থুংবগী ব্রাকম লৈরে। খরবুদি হেনদোক হেঞ্জিন লৈরমবা য়াই অদুবু খরমখৈদি চাং মান্নরে হায়বা অসিদি তশেং তশেংলবনি। কোমলানা লোইনা থুংবা ঙমলোইদবা লৈরবনি নুপাদা কোমলা য়েল্লগা নুপীদা লফোয় নৎত্রগা শেম য়েনবা করিসু কায়দে। নুপাদা হান্না য়েনগদবনি হায়বগী চৎনবী ব্রাকম লৈবা তারবসু নুপীদা লফোয় নৎত্রগা শেম য়েনবা অসি নুপাদা কোমলা য়েনখিবা অদুগী মখা শমথবনি হায়না লৌবদা কবিসু কায়দে।

বাবানা থেংনরুবা হৈজিংপোৎকী পোৎয়েন অসি নুমিৎতুদা হায়বদা নৎতনা মবক মরক্তসু হেক হেক পল্লকই। পামদবা পোৎয়েন থেংনবা নুমিৎতনা নহালগীদুগা ওম্থোকনা খেন্নখ্রেদা হেক্তা হায়রকই। বাবানা পামজবা পোৎয়েন অসি অমুক্তা ওইরবসু ইশাগী থোকপদা বাবাগী মীৎতা উহনজনীংখি। নীংবু নীংলবনি থোক্লবা অমা হেক্তা মরাকই হায়বসি করিগুম্বদা চুম্বসু ময়াওই। মীনা নীংবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা হায়বগী ব্রাফমসু লৈরিবনি। হন্দক্তি বাবা অমসুং ঐহাক্কী অনীংবদা লাইনা তম্বগা অমত্তা ওইনা মপা চানা চুম্না থোক্লরে। ইচলনুপী অতোনবীগী হৈজিংপোৎকী মতাঙ য়ৌরক্লে। অচাপোৎ পুরক্লিবা খুদিংমক অহল-লমন, নুপী অঙাং, লৈশাবীশিং চাং চপ মান্ননা য়েনগে হায়না চপ য়ুংনা লেপলে। অরাংফম কাঙবুদা, পোৎচৈ য়েনগদবশিংদা পুরক্লিবা পোৎচৈশিং

অদু য়েংলগা মওং তানা য়েন্নবা শিন্নরে। লৈশাবীশিংগী চাননবা পুরকপা অদুসু য়োক্ল হাংদোকহন্দুনা অহল-লমনশিংদা য়েনবা য়াবা পোৎশক্লা হায়বদু য়েংলগা য়েন্নবা থৌরাং তৌরে (করিগুম্বদা অহল-লমনশিংনা হাবা য়াদবা পোৎ য়াওইসু হায়নবদগীনি)। নুপারোমগী অন্নাংঙমনা অহল-লমনগীনা অসোমদগীসিনি, মসিনা লৈশাবীশিংগীনি হায়বদা ঐহাক্না ঐখোয়গীদমক্তি হায়দুনা লেঙবিরক্লিবা ঙসি শিনি খঙম্রবা হয়েং শিনি হায়ঙমম্রবা অহল-লমন মখোয়দসু লৈশাবীশিংগীনি হায়দুনা পুরক্লিবা অথুম অহাও অসি খরদি ফংজসনু হায়জখি। অসুম্না পুরক্লিবা অচাপোৎশিং অদু অদুগুম্বা লোংমা বাথানা কনাওশ্না অমগী য়ুমদা উরকখিবা হৈজিংপোৎকী পোৎ শৃংয়েন অদুমক পাঙথোকচখি। মাঙ্গোলদা শঙ্গোমদা ফমলিবা নুপী অঙাং, গুমাঙদা মান্দোপকী ময়োন অকোয়বদা ফমলিবা অহল-লমনশিং চাং হাইকেৎ মান্নবা থুংবা অদুদদি ইমা-ইবেন, ইচল-ইচে কয়াসু খরা মখেদি হরাওজরমগনি খল্লি। লৈশাবীশিংগী পুরকপা অথুম অহাওগী পেকেৎ অমমম অহলশিংনা ফংজবা অদুনা মখোয়সু হরাওজরমগনি খল্লি। নীংবা খরা কায়বা মানবা লৈশাবীশিংসু অহল-লমন্না ফংগদবা অচাপোৎশিং মখোয়গীসু শরুক তন্না অদুদদি খরা মখেদি য়েনখৎলমগনি খল্লি। মীসু পৎয়াম য়ামদবা ঐনা ঙমজবা খরতা বার্তন তৌবনিনা অয়াম্বা লোইনা থুংলে। অসুম্না ময়ামগা মান্নদবা হৈজিংপোৎকী পোৎয়েন অমসু ঐগী য়ুমদা থোকখি।

## ইচানুপী অহল লুহোংবা

ইচানুপী য়াইমা লুহোংখ্রে। ইচানুপী অহল অমুক লুহোংবা তাবে। ঐবু অঙাওবনি হায়নবদু অদুম হায়নবি, ঐনসু ঐ অসি ঙাওবা নত্তে অদুম মখল্লি। মী অমগা মী অমগা অদুম মান্নদবনিনা অপাম পামদগী মতাঙদসু মান্নদবনিনা ঐবু য়াবিবা মীসু অদুম মরৈরি। হন্দকমুক্ল া করম তৌরগবা হায়নবা য়াওবি। ইচানুপী অহল লুহোংখ্রিগুদা ইতোম তোনবী ইচলনুপী লুহোংবগী থৌরমসু পাঙথোকপ্রবনি। ইচলদুগী লুহোংবা নুমিৎ নীনি য়াৎলিগুদা ইচে য়াইম্না (লুপ্রাবী গুইরবী) দী

মচানুপী ঐনা য়োকচবী ইচা শক্নবী ইমৌদুগী লৌখৎপগী থৌরমসু পাঙথোকখি। লৌখৎপা মতূং কোনবদা লুহোংগদবা অমা লৈরবনিনা লৌখৎপগী থৌরমদা অহল ১৫/১৬ তং চুম্না কন্বীররাও হায়বা নত্তনা অতৈ কনা অমত্তা বার্তন তৌদ্রে। য়োংয়েংসু লৌদ্রে। অঙন্বা খরদং তন্বীরগা লৌখৎপগী থৌরম লোইশিনখি। নোংমা গেপ লৈরগা ইচলনুপী লুহোংবা তারে। অয়ুক্না হৈজিংপোৎনি। হন্দকমুক্তি মরাং মরাং তৌবা মরম্না নুপা ময়ূমদা লৈশাবীগী অখন্নবা অচাপোৎ লাঙগনু হায়বা নংহৌদ্রে। ফিরোলবুদি হৈজিংপোৎতা হাপ্লকনু হায়বা নংহৌই। হন্দক্তি ঐহাক খরা তপথরে। ফিরোল হাপ্লক্লবদি লংখায়গনি হায়হৌদ্রে। হাপ্লকনু হায়না হায়না খরদি হাপ্লকপগুম তৌমান্নে, ঐখোন্দদি খঙহন্দ্রে, নুপী মশেল অদুম লোইশিন্নদ্রে। হায়হৌদ্রবনিনা লৈশাবীশিংগী চাননবা অখন্নবা অচাপোৎ য়াওরক্লে। তংখায় অমনা লৈশাবীশিংগী পীশিন্লে তংখায় অমনা ঐবু পোকপিবা বাবাগা তিন্নজবা অহল-লমনশিংদা য়েনথোক্লে। নুপা ময়ূমগী অহল অমা চঙলকুনা লৈশাবীশিংগী চাননবা অসি লোইনা পুশিনবিখো হায়রখিবনি। মদুদা ঐনা খুমখি "অহল-লমন লাই গুরু খরা ইপাগী থবক্তি হায়দুনা ঐগীদমকনি হায়দুনা লেঙবীরকপিবা অসিগীসু সেবা তৌফম থোকই"। "হোয় মদুসু চুম্বদি চুম্মী, ওজাখোয় ঐখোয়না খল্লিবা অসিনা স্বভাব অমনি হৌজিক কালগীসিনা অমনি" হায়বগা অহলদু মাগী ফমফমদা ফমখি। হন্দক্কী ইচলগী লুহোংবগী মতাঙদসু পোৎলোইগী ফরিগী নুপা ময়ূমদা [illegible] তানখিদে, ঐনা ঙমজবা খবদং পুথোকচদুনা লাঙজখি। অদুবু খুদোংচাবা অমা লৌদুনা কনাগুম্বা অমা অনীনা ঐগী থা তাদনা নুপা ময়ূমদগী দোলাইরেংগীনি হায়দুনা মরাং মরাং তৌনরিঙৈদা শেল খরা লৌথোকখি হায়বা পাউ অমা কোন্না তাখি। মদুসু থাঙ্গেশেংনা দোলাই পুবা মীনদি নত্তে। খুদোংচাবা লৌনীংবা খরননি। চাকৌবগী থৌরমদসু ঙাগী মতাঙ খন্নবদা ঐগী মী লৈজদে, ঙাদি পুবিরকউ, ঙাগী শেলদি পীজগে হায়দুনা ঙা পুহল্লক্লগা ঙাগী শেল ঐনা পীখি। মসিনা ইচলনুপী ইতোন তোনবী লুহোংবগী থাফমনি। ঐবু ঙাওই হায়নবা ময়েং খরা তাবগুম তৌই। ঙাওই হায়বগী মহৎতা "মাগী হৌনবীনি" হায়নবনা

খরা য়াম্বগুম তৌখি।

ইচলনুপী লুহোংঙ্গবা মতৃংদা ঐবু পোকপিবা বাবা লৈতখগী অম্বা চৈথেং ফংখি। বাবাগী শ্রাদ্ধ কর্ম্মদা ঐহাকপু অমুকসু অঙাওবনি হায়বিখি। অঙাওবনি হায়বগী মরম, ঐনদি ঙাওবা নত্তে হায়বগী মরম মখা তানা পঞ্জম্রিঙৈগী মমাঙদা ইচানুপী অহলগী লুহোংবগী মতাঙগী পাউদম খরদং থমজরি। হন্দক্তি ইচানুপী লুহোংলিবসি খুল য়াংমদনি। খুল য়াংমদা লৈবনিনা ঐহাক্কী মরমদা খঙবা খরা য়াংলমগদবা মাল্লি। অদুবু ঐগী অপাম্বা অনীংবা খরদংদি অদুম ফোংদোকপা তাখি। ময়াম্না ঐঙোন্দা অকনবা প্রেসর পীরকপদগী অমসুং নুপা ময়ূম্না কন্না হায়জবদগী হৈজিংপোংতা ফিরোল খরা হাপ্না য়ানখি অদুগা লৈশাবীশিংগী অথন্নবা চানবা পোং য়াওবদা অদুম তাপ্রে। পোংলোইগী শেল, নুপী থিনবগী গাড়ি (বস) শেল, মথংগী নুমিংতা মমা য়াওনা নুপা ময়ূমদা চংপগী বসকী অরাইমল, মপাম চাক্লৌবগী চঙগদবা শেলফম অসিনচিংবা নুপা ময়ূম্না তিংদবা, ঐনা ঙমজবা খরদং লাঙজবা হায়বা য়াফমসিদা য়ানদুনা ইচানুপী অহল লুহোংখি। মপাম চাক্লৌবগী মতাঙদসু ইচানুপী য়াইমগী মতাঙদা হায়নখিবা য়াফমদু ঐনা ননখি। মী য়াম্না লাকপীগনু, ২৫ গুম্বদং লাকপিয়ু, শেল-থুম হায়জরোই, ঐনা ঙম্বা খরদং লাঙজরমগনি, হাউই হাউতে থিননুসি, নুংশিনসি চান্নসি হায়বা য়াফম থমদুনা ইচানুপী চাক্লৌখি। নুপা ময়ূম্না মী মশীং খরদি হেনগৎনা লাকনীংবা জাংনি অদুবু মখোয় ঐহাক করম্বা মীশক্লো হায়বদু য়াম্না চেকশিন্না লৌবগুম তৌমাল্লে। মী খরা য়াম্না লাক্কে হায়বগী প্রেসর ঐঙোন্দা মখা তানা পীখিদ্রে। ঐহাকসু নীংবা থুংলবনিনা ঐনা ঙমজবা খরদং লাঙজখি। অদুবু ঐহাক খঙহন্দনা বর (ইমাক নুপা)না লৈশাবীশিংদা শেল খরা লোন্না পীরম্মী হায়বা পাউ অমা কোন্না নুমিং ১০নিমুক্কী মতৃংদা তাখি। ইচানুপীগী মমাদা ঐনা চপখৎতুনা হংবদা অহানবদদি খঙদে হায়না চেল্লি, মথংদা থায়ায়মনা খুমই, মতুংদা নুপীমচাশিংনা দিমান্দ তৌরুবা নত্তে, চুম্নতা পীরম্বা ওইরমাল্লে, মনা মনিল নাইবিরনু হায়না ঐবু থেমজিনলকখি। ইমুং মহী লাঙবা তারে খন্দুনা শাউনীং শাউনীং তৌরম্বা তোক্তুনা কাঙগে তৌবা মিহুন ফাথজদুনা ঐসু তৃমিন্না লৈখি।

অতোপ্পা ৱাকম অমনা ঐগী শুমাঙদা থোকখিবা লুহোংবগী থৌদোক অয়াম্বদা বেল পার্টি ফৈজোম শেংলগা লাকপিয়ু হায়জে। অহল-লমন লাই গুরু কয়ানা ফৈজোম শেংতুনা লাক্লগা বেল পার্টিনি হায়দুনা খোঙগ্রাও শেংপা, মন্দির ময়ায় চঙদুনা কারিওনেং খোংবা অদু পামজদবগী ৱানি। অদুগা বর থোরকপদা বেল খোংবদা ফি শেলনচিংবা থানীংলবসু খোঙগ্রাও শেংপদদি খরা খৌতক তৌবগুম তৌই, ফৈজোম শেংপদদি মদুগী ৱাফম লৈতবগুম তৌই। বেল পার্টিবু ফৈজোম শেংলু হায় হায়বগীদমক্তসু ঐবু অঙাওবনি হায়নবা অদুম য়াওই, অদুবু ঐদি ঙাওদি ঙাওদে। বেল পার্টিনা ফৈজোমবু শেংলক্লবদি ফি অমমমদি অদু থায় ঐখোয়গী থৌদোক্তা।

ইচানুপীগী লুহোংবদা অঙাওবনি হায়নখি, ঐহাক ইশানদি ঙাওদব্রা খল্লি চুম্না খনবতা নত্তে "ঙাওবা নত্তে" হায়জরিবনি। ঐনদি ঙাওদে হায়জববসু মীনদি অঙাওবনি হায়নবিরবনিনা কবিদি উপায় লৈ, রাজেন অঙাওবা হায়বা মিংথোল অমা ফংলবনি। হায়জসনু শোরোকমক তাবদি নংত্রি ইশাগী প্রিনসিপল অদুদা বেজ তৌরগা ঙাওবনি। ঐনসু মীওই কয়া অমবু মখোয়গী শাজং লীচংতা বেজ তৌদুনা "অঙাওবদুবু" "অঙাওবদুগা মান্নবা হৌনদে" হায়বা কয়া অমা য়াওরিবনি, মমাঙদা ঙাওবা ঙমদ্রবসু।

## বাবাগী শোরাং

ঐবু অঙাওবনি হায়না ঙাঙনবা অমমুক লাকখি। খৃ: কুম ১৯৯৮ দা ঐগী বাবা ঐখোয় খ্বাই পুম্নমকপু থাদোক্লমদুনা গঙ্গা প্রাপতি ফংখ্রে। লৈখিদ্রবা বাবাগী শ্রাদ্ধ কর্ম্মদা ঐবু অমুকসু অঙাওবনি হায়বিবকপা য়াওই। বাবা অহল ওইশিল্লকলে, ঐখোয়গী লমদম খুঙ্গংদা মতম অদুদা খ্বাইদগী চহী য়াম্বা মী ওইরে, চহী ৯০ রোমদা চঙশিল্লকলে। লাই ৱায়েলগী মতুংইন্না বাবানা ঈশ্বরগী খুয়া হান্না তানফম থোক্লিবনি। অদুনা ঐহাকসু মাঙজৌননা শিবদা চঙগদবা লাঙশিনফম থোকপা পোংলম খরদি অথুবা মতমদা হোক হাক নংনবা হোংনজে। নিংথীজনা

মখোঙ খেৎতুনা কুগী থৌরাঙ তৌই, চাঁদোয়া (চান্দুবা) অমসুং অতৈ ময়মদা শীজিন্নবা ফি-রোল লৈশিল্লি। অখঙ-অহৈদা হংদুনা শিবদা চঙগদবা চফু অহনবা অশেংবা অমসুং অতৈ মকুপ মতাগী পোৎ কয়া লাওশীন্দুনা থম্মী। মনুং হুজিনবা লম ওইবনা খুদক্তা বাজারদা চৎতুনা লৈবা ঙমলোইদবা পোৎচৈ কয়া অমসু বাবাগা তান্নদুনা থমজিল্লি। বাবানা পামজবা "হরে কৃষ্ণ হরে রাম" থাবা গেরুব্বা মচুগী ফুরিৎ, লৌবান্দা য়ানবা নামাবলি, ঙাঙলৈনবা মচুগী ফেজোম লোইনা লাওশিনজৈ। ঐনা তৌরিবা মওং অদু অখঙবা কয়া অমসু য়াওরমদুনা মদুদা মখোয়না ঐবু ঙাওরমাল্লে হায়নবা য়াওই। অহল অসি শোয়দনা শিরনি, শিবদা চঙগদবা পোৎচৈ অয়াম্বা লাওশিল্লে হায়নবসু য়াওই। অদুবু বাবাদি পাক শিবিয়ু য়াদে। লৈকায়গী, খুঙ্গংগী, নক্লবা খুঙ্গংগী লুহোং খোঙদোংবা, দেব কর্ম্ম, শ্রাদ্ধ কর্ম্ম, অচ্চা পূজা, ৱারী লাইরিক তাবা চৎপদা মহানি। অদুগুম্বা থৌরমদুদা চৎচরগা নুংঙাইজরিবনি। কল্লিগৈ মতমদদি বৃন্দাবন, নবদ্বিপনচিংবা তীর্থস্থান কয়া চৎনীংবনা মহানি, ঐনসু বাবাবু ৭/৮ লক্কুম্বদি চৎহনজৈ, ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা কয়ারক চৎলমগদগে হায়বদুদি খঙদ্রে। অদুবু শোনজিল্লক্লবা মতমদদি চৎনীংই হায়দুনসু চৎহননীংই হায়দুনসু য়াবা নত্তবনিনা তীর্থভ্রমনগী থবক থাদোকলে। শোনবা অসুম অসুম হেঞ্জিনলক্লে, ঐঙোন্দা তাকপা য়াবা তাকপিরে, ঐনসু হংবা য়াবা হংজরে। ঐনা অঙাং ওইরিঙৈ ক্লাস ৱান টু তম্লকপা অদুৱাইদা রামায়ণ, মহাভারত, বায়ু পুরাণনচিংবগী ৱারী লীবিদুনা তাহনবিখিবগুম মাগী পুন্সিগী লোইরকপা মতাঙ ঐসু অহল ওইরক্লবা মতাঙ অসিদসু তেম্বাগী মোইবুং তীঞ্জাবা, ৱাংজিং তুরেল থৈবা (তৌবা), তেম্বাগী নট সংকীর্ত্তনগী নাম শোনবশিংগী পুন্সি ৱারী, তেম্বাগী পুং লুখোয়বা, ইপন্থৌ লাবন্যগী কোর্তান, তেম্বা তাবা মোইরাংথেমগী মৈহৌবরোল অসিনচিংবা কয়া লীদুনা তাহনবিরে, ইবা য়াবা কয়া ইশিনজরে। অসুম্বা লেল্লকপনা মতম খরা হৌদ্রে। হকচাংগী ফিবম শোকচিল্লকলে, মাইবনসু পুন্সিগী খোয়রেল্লগী মতম য়ৌশিল্লক্লবনি তাকপিরে, মতম খরা ফমলেন্নদুনা বাবাগী সেবা তৌদুনা মতম লেঞ্জে। মতম শুজিল্লক্লদুনা খৃ: কুম ১৯৯৮গী হিয়াঙ্গেগী ২১নি

পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎতা বাবাগী আত্মানা তাইবঙ মীরমজেন থাদোকখি।

বাবাগী শোরাংকী মতাঙ লাক্লে। শ্রীশ্রীগুরুদেবনা বৃন্দাবন প্রাপ্তি ফংখিবদা মীৎকী পিবাংগা লোয়ননা প্রেম পোক্লুনা শকচ-শোঙ্গদবা, বাবাগা তিন্নজরম্বা, বাবাবু ময়াম্বমক্লি গুরুনি খঙ্গবা, ভক্তি লৈনা নাম শোনগদবা, নাম শোল্লিঙৈদা কানচিংবা চারোইদবা, নেশা শীজিন্নদবা নাম শোনবা অমদি পূং য়ৈবা কয়াবু শ্রাদ্ধ নুমিৎকী সংকীর্ত্তণগী পালা অমদি পুং য়ৈবা খন্নরকপদা মীয়াম্না ঐগী শোরাং অদু শোরাং ওইররোই, নাইতোম শক্লকপদা মীনা ভালো হায়ররোই, মদুদি অহল ওইমল্লে, মাদি পূং থাংগৎপা ঙমদ্রবনি, মাদি ময়া ফাওবা কাখোকপা ঙমদ্রবদুবো, মাদি মখোল য়াদ্রবনি হায়বকপা য়াওই। ঐহাক মীনা হায়বা কয়া তাবোই তাদবোই তৌই। মীনা করি হায়খিগদগেসু খল্লি। শোবাং শোল্লিবা থৌবূগী (শাগৈগী) য়ূম মাংলবদি শোরাং শোন্নদে যৈথোকই, লুহোংবসু অদু মঙায়। অদুবু নাম শোল্লিবা পূং য়ৈবা, ঈশৈ শকপশিং অমসুং মান্দোপ মপুদি য়ূম মাংলবসু য়াবা জাৎলা, মন্দির ময়ায়দা সংকীর্ত্তনগী থৌরম পাঙথোকদৌরিবদি মখোয়নি, মখোয়বু বার্তন থারুবদা মীগীনা হানখ্রে শংদ্রে হায়বকপদি য়াওই, য়ূম মাংই সেবা ফংজবা ঙমদবা তারে হাযবদি অমত্তা য়াওরক্তে। ঐনদি সংকীর্ত্তনগী পালাসিং য়ূম মাংলবদি অফাওবা ওইববসু য়াওহননীংদ্রি, মান্দোপ মপূসু অসি মঙায়। ফরে মসিনা শাস্ত্রগী রাফম ওইরসনু, ঐহাক শাস্ত্রগী মরম মুন্না খঙদে, চুম্না খনবতগী রানি।

থন্না থন্না বাবাগা তিন্নজবম্বা ঈশৈ শকপা অমসুং পূং য়ৈবা কয়া ফংনবা হোৎনজে, অমা অনীদং নত্তনা অতৈদি লোইনা ফংই, লাইবক ফবনি হায়নীংই। বাবা লৈত্রে তাবদা মখোয়দো মপূক্লীংদা থূক লাউবা ফাওবগুম তৌমাল্লে, কল্লসু য়াওই। অদুবু কনাগুম্বা মীওই খরদি নীংবা থুংনদমাল্লে, মুরূম মুরূম শোন্নবা য়াওই, হাইফেৎ তায় - "শোবাং নুংঙাইররোই, অফাওবা মী কৌগেদি হায়দ্রদনা তাবা য়াদবা, মীনা মশক খঙবীদবা অসিবু করিগী কৌরিবনো।" ইতোম্মতা খল্লি "শোরাংপু কুঞ্জেরা" বাবাগীদমক প্রেম পোকনা মীৎকী পিগা লোয়ননা শক-শোনবদি শোরাং নুংঙাইবা কৌরোইদ্রা। বাবাবু মশক খঙদবা অফাওবা ঈশৈ

শকপা মীনা - মীনা ফরে হায়সনু মতাগুম্ম ভালো লাউনবা শকপা ঈশৈ অদুনা নুংঙাইবা শোরাৎ কৌরগদ্রা ? পূং য়েবনা উরুরু লৈদুনা লোংহন হন্দুনা য়েবা, ভাবোক্লা মান্দোপ চেকখায়গে তৌবমখৈ ভালো লাউবা অদুবু শোরাৎ নুংঙাইবা কৌগদ্রা ? জীবাত্মানা পরমাত্মাগী নাক্তা তিনবদা মীৎকী পিগা লোয়ননা শকপদুদি মখোল ফত্তে হায়দুনা শোরাৎ নুংঙাইবা ওইরোইদৌরিব্রা? হোয় চুম্মী, খোল অফবনা খৌনাউ অনানবনা শক্লগা প্রেম ভক্তি পোকই নুংঙাই। খোন ফত্তবনা, লাউখৎপা য়াদবনা খোনশি চঙনা ঈশৈ শক্লগা নোক্লীংই প্রেম পোক্তে। খোঞ্জেন্দা চিংশীন্নবগী শক্তি লৈ, অদুননি খোন ফবা ঈশৈ হৈবা অফাওবা মী কৌনরিবা। ঐহাক্লা খনগৎচরিবা ওজাশিং অদু খোনশি চঙবা ঈশৈ শকপদা মীনা নোক্কদবা মীওইমকসু নত্তে। ঐহাকসু য়ৌনা খঙজিনদ্রবসু করম করম্বা শৈশকপনো হায়বদুদি হাইফেৎতি খঙই। বাবাবু মশক খঙবীবা, বাবাগীদমক প্রেম পোকচবা, মীৎকী পিগা লোয়ননা ঈশৈ শক্লকপদা বাবাবু নৌহৌনা নীংশিংদুনা মীৎতগী পি তাবা খঙহৌদবমখৈ খোঞ্জেল থোক্লা কপচবা অদুদদি শোরাৎ অদু মপূং ফারব্রা খঞ্জে। বাবাবু মশক খঙদবা মীনা শকপা অদুদি অফাওবা ওইরবসু ভাবোক্কী থম্মোয় পেৎহনবা ঙল্লবসু মাগী মীৎতা পি তানা শক্লবসু মাগী থম্মোয়দা বাবামক্কী প্রেমদি লৈরমলোইদবা মাল্লি। কলি যুগ অসিদা সংকীর্ত্তন্না মহাযজ্ঞ অমা ওইরে হায়দুনা পণ্ডিতশিংনা লেপ্লিরিবনি। মসি মরুওইনা অশ্বমেধ যজ্ঞ, নরমেধ যজ্ঞ, হোম পূজানচিংবদি মতম শেল মী য়াম্না চঙবনা মরম ওইদুনা কলি যুগতদি মসি পাঙথোকপা ঙম্লরোই হায়দুনা হায়রিবা যজ্ঞশিং অসিগী মশক মওং কয়া লৌরগা সংকীর্ত্তনদা হাপচিন্দুনা মহাযজ্ঞগী থাক্তা শুখৎপীরম্লবনি।

অসিগুম্বা থাক ম্রাংলবা মহাযজ্ঞগী থৌরম অসি পাঙথোকপা মতমদা কর্ম্মধারীনা নুমিৎতুগী ব্রত কৎতুনা মহাযজ্ঞগী মহৈ ফংনবা হোৎনবা মতমদা যজ্ঞ অসিবু পাঙথোকপিরিবা নাম শোল্লিবশিংসু ব্রত কৎতুনা যজ্ঞ মনুংদা বষ্টু অমত্তং তংবীদনা যজ্ঞগী মতমদা শিবা নাবা অমদি হৈনফদবা খোঙফম নত্তনা মন্দির থাদোকপীদনা পূর্ণযজ্ঞ ওইনবা পান্দম থমহনজনীংই। মসিগী ম্রাংমদা মন্দির থাদোক্নুমা চৎলক্লবদি মহাযজ্ঞ অসি মপূং ফাদবরা

খঙ্গে। মসিনা মরম ওইদুনা বাবাগী কর্ম্ম অসিনা ঐহাক্কা মপাক্ক খঙজনহনা নাম শোনবা ওজাশিংবু খিজখনি। ভালো পাম্বগী বা নংচক্লে। অদুবু ভাবোকী ভালো হায়বা খোঙ্গনবি কয়া তাব্রবনিনা বাবাগী শোরাং অদু নুংঙাইবা শোরাংতি ওইরমগনি খন্দে। কলি যুগতা মহায়যজ্ঞগী মশক ওইরবা অসিগুম্বা সংকীর্ত্তনগী থৌরম অসিদদি কর্ম্মধারীগী যুম মাংলবদি কর্ম্ম তৌনদবগুম নাম শোম্লিবা ওজাশিং, মান্দোপ মপু অমদি কর্ম্মগী থৌরম পাঙথোক্কপদা অচৌবা শরুক য়ারিবা ব্রাহ্মণশিংসু যুম মাংলবদি শরুক য়াজহন্নীংদে। মসি ঐগী অপাম্বনি।

অতোপ্পা বাফম অমনা শ্রীশ্রীগুরুদেবনা পামজবা মতুং ইন্না চিড়া উৎসোব দিন থোকপা নুমিৎতা বাবাগীদমক লেঙবীরকুনা সংকীর্ত্তনগী নাম শ্রবণ ফংবীররিবা কয়াগী সেবা ওইনা চিড়া খরা খরদং সন্দেশ ওইনা, লাওজবদা "জল তৌদে, মাবু মীগীদা তৌরিবদু উদবরা, খঙদবরা, পাম্মুরিবরা, ঙমলোইদবসু নত্তে ঙাওরবরা" হায়নরকপসু য়াওই। শোরাংকী ঈশৈ শকপা অফাওবা থিবগী মহুৎতা অনকপদা লৈবা বাবাগা তিন্নজবা শৈশকপশিং হেক্তা শকহল্লগা লোইরে খন্দুনা লৈথোকলিঙৈদা ইবাই থোকপা অমনা ঐবু অচিকপদা কৌথোকুনা হায় :

- রাজেন ! শোরাংসিবু শোনগদৌরিবরা শোল্লোইদৌরিবরা ?
- করিনোনে ইবাই শোনগদৌরিবনিনে।
- অদুগা করিগী ঈশৈ শকপা মী থিদ্রিবা ?
- অফংবা খরা থিরগা লোইরে।
- মীনা বার্তন হানখিনি।
- হাল্লগা হানজবা হায়বদুনি, ঈশৈ শকপা শুক য়াম্মু লৈরিবসিবু।
- ভাবোক ফাবা ঙল্লোইদবদি কান্নরোইকো।
- ফরে ইবাই থিহল্লগে।

অসুম্না ঐনা ঙমজবা থাক্তা সন্দেশকী চিড়া (চেঙপাক) লাওজবা শোবাংকী ঈশৈ শকপা ঐনা পাম্নজবা থিবা অসিদা ঐবু অঙাওবনি হায়নখি। হকচাংগী মতুংইন্না ফুরিৎকী লাপ লৌবা তারবসু চাগাগী মতুংইন্না চান্দিংসু য়েংদবা য়াদবনা ঐনা তৌরিবা মওংদুগী মতুং ইন্না থন্মোয়দা পাউখুম পীজে: আই কং মাই কোং অ্যাকোদিং তু মাই ক্রোথ অদুগা মীনা ঐবু অঙাওবনি

ঙাঙবাখি ঐনগি ঙাওবা মঙ্কি নত্তে খনজখি।

মতাঙ অসিদা ঐনা পামজক্লা য়াকম-অম্নগা লৈরি। অদুগুম্বা পামজক্লা অদু বাবাগী শ্রাদ্ধ শোনবদা তৌহনজনীংখিদে। য়াকম অদুদি মসিনি: কনা কনাগুম্বগী শোরাংতা অফাওবা পূং য়ৈবা থিদুনা লাম্বা পানহল্লি নুংঙাইনবনি হায়দুনা, পূং য়ৈবশিং অদুনসু অমনা অমদগী হেল্লি হায়নবা মীনা ভালো লাউননবা লৈজবী থাদুনা য়ৈ। অমনা অমবু নমহংনবা হোংনৈ (মসিগী য়াখলসি লৈনদবসু য়য়াওই) ঈশৈ শকপগী মতাঙদসু মসি মঙাই মাগা মাগা লাম্বা চাই চাদে ঙাঙনৈ, লাম্বা চাবা থিনৈ, ঈশৈ শকল্লিবা মীদুনসু ফৈ হায়ননবা, তোম্বদগী চাউবনা হেল্লি হায়ননবা অমনা অমবু নমহংনবা হোংনৈ (কনাগুম্বা নাম শোনবা মীগুই খরদি অসিগুমবা য়াখলসি লৈতে), শোরাংপু কুমহে ওক্লোকই কুমহে তাহল্লি - কুমহেদো কুমহে, কোন্না ঙাঙনহৌবা য়াওই - ঙসিদি তোম্বদু চাউবনা লাকহংগ্রে, হোঙবনা চাউবা শেংথগ্রে, নোংমা নোংমগী মদাও হায়বদুনি, ভোম্বগা পাবীনীংঙাই লৈত্রি অসিনচিংবা। নাম শোনবদবু লাম্বা পানবা হৌনব্রা, বাবাগী শোরাংপু কুমহে তাহনগদ্রা, শোরাংকী পূং য়ৈবা ঈশৈ শকপবু লাম্বা চাই চাদে থিকম থোকপ্রা, শোরাং শোনববু পূংগী ঈশৈগী লান ওইহনগদ্রা অসিনচিংবা কয়া ঐগী য়াখলদা ফাওরকখি। মসিনি ঐনা পামজদবা। দিভাইন লাইফ সোসাইতিগী সৎসঙ্গগী থৌরমদা ভজন শকপদা কনানসু অমনা অমদগী হেনগে তান্নদে, ভাবোকসু য়াওনা থম্মোয়দা ভজন শকপা য়াওনরিবনি। অসুম্না শোরাংকী থৌরমদসু লাম্বা পানদনা থৌরম পাঙথোকপা, ভাবোকসু থম্মোয়দা শক শোনবা য়াওবা অসিনি ঐনা পামজবা।

বাবাগী শোরাংতা কা হেন্না মী বার্তন তৌজদে। ঐগী শূমাঙদা, মাঙ্গোন্দা, শঙ্গোয়দা চনগদবা মীশিং অদু য়েংলগা চাউরাকপা অমা লেপ্পুনা বার্তন তৌজবনি। তৌথম থোকপা খরা চিথহৌবা য়াওখি। তৌরবসু য়াবা তৌদ্রবসু য়াবা কয়া অমদি তৌদ্রে। ঐনা বার্তন তৌদবা অদুদা খুদোংচাবা লৌদুনা কনাগুম্বনা বার্তন তৌরক্তে হায়রকপসু য়াওই। ঐহাক্না বার্তন তৌজবদি শেল থাবীরনবা, পোৎয়েং পীবীরনবা অদোমদা হকচিন্না লৌজদে। নাম শ্রবণ থৎবীরবা অসোমদা মশূং ওইনা

লৌজে। অদুনা নাম শ্রবণ হংবদা ময়ময় 'কেলঙ্গবগি করম তৌনি খঙ্গবদগী ময়ময়গী চাউরাকপা মশীং 'য়েংদুনা লাকপা মাবা ভাবোক্কী মশীংদা বার্তন তৌজবনি। কনা কনাগুম্বগী শোয়াংতা ময়ময়গী কেপাসিতি য়েংদনা মী দামাদা বার্তন তৌশিনবা; পালাদা শেল থাবগা, থৌবূদা পোৎয়েং পীবগা পূমনিন নিনবা, নাম শ্রবণ মযাম মরাং খণ্ডবা, থৌবূনা মাগীদা শেল মাম্মা থাবা অদুদা মদ কাজবা অদু ঐগোন্দা থোইদোক্তে। পোৎয়েং পীরম্লগা শেল থাম্রম্লগা হন্নখিবা, নাম শ্রবণবু নাথৈরম্বা অদুনি ঐনা পামজনবা। অদুনা শোয়দনা নাম শ্রবণ হংবীগদবা থরক্তা খনগৎতুনা বার্তন তৌজবনি। বার্তন তৌরক্তবগীসু ঐবু অঙাওবনি হায়নবসু য়াওখি। মীগী শোয়াং থরা উরুবদগী মখাগী শৈরেং অসি ইবা ওমজখি :

## রাজেনগী শোয়াং শোনফম

শোয়াং শোনখনি
মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহগী
ময়ময়গী কেপাসিটিনা চহুম
বার্তন মশীংনা লীশীং অমা চামগা
পেন্দদুনা অমুকসু খবরদা
কাচিন কোয়া থুংনা,

বার্তনগী চেরোল্লা :
নাম শ্রবণ হংবীরনবা শ্রীহরি সংকীর্তিনগী,

লাকতবা চামা
অরাকপা লীশীং অমা চামরি
ময়ময়গী মরাং মরাং
হনখিবগা লাকপগা পূমনিন নিন
নাম শ্রবণ সর্বনাশ,

(অতোনবা) গী লুহোংবগী থৌরম পাঙথোকখি। লুহোংলবনিনা চংনবীগী মতুং ইন্না চাক্কৌবগী থৌরম পাঙথোকপা তাখি। লুহোংবগী চাক্কৌবা হায়বসিমক্তসু নুপা মযুম অমদি নুপী মযুম অনী খন্নরগা নুপা মযুমলোমদগী মী কয়ামুক ওইগদগে হায়বসি মাঙজৌননা লেপথোক্লে। মসিনা চাক্কৌবা শীনগদৌরিবা নুপী মযুমলোমদা মী কয়া য়াম্না চাগদগে হায়বদুগী মতাঙদা শীন-লাঙবদা য়াম্না খুদোং চায়। লুহোংলবা মতুংদা ঐগী ঙাইগা (ইমৌনুপীগী অপোকপগা) য়াম্না কুপ্না চাক্কৌবগী য়া খন্নে-নৈনৈ। ঐগী ঙাইনা মী কয়ামুক লাকপা য়াই হায়না হংলকপদা কুম্বারোম লাকসিরা খল্লি হায়না খুম্মী। মদুদা ঙাই অদুনা তঙাইফদনা হুম্ফু-হুম্ফুতরারোমদি হেক্তা শুরক্লনি কনাবু খঙংলগা কনাবু খন্দোক্লনি হায়বগী মতাঙদা অরম্বা লাক্লনি হুম্ফুতরাদি শুহনবিরকউ হায়খি। মদুদা ঐহাক্না মদুগী প্রোব্লেম করিসু লৈরোই কুম্বারোমদগী হেনগদৌবা মাকে দ, কুম্বাবু শুবু শুরক্তবসু য়াই হায়না খুমখি। মখা তানা ঙাঙনবদা চঙশদবা শেন-থুমগী মতাঙ খন্নবদা ঙাই অদুনা চাক্কৌবগী শেন-থুমগী বাকস পল্লকউ য়াখিদে। মরম অদুনা শেন-থুমগী বাকস অথ্যায় অদুমা অদুম খন্নদনা ঐনা থোকপা অমা তৌদুনা লোইশিনখি।

কনা কনা চাক্কৌবা চংকনি, চংমিন্নগনি হায়বগী বাকস অমুক ঐগী থক্তা ননখি। ঐ অমা লৈরে, ইনাওনুপাগা অনী শুরে, ঐগী লোয়নগদবা অমগা অহুম শুরে, লুহোংবগী অরাঙফম ওইখিবা অমগা মরি শুরে, বর শেন্নবা অদুসু লৌখৎতবা য়াদকগী লৌখৎতুনা মঙা শুরে। অসুম্না ঐগী কাঙবুদা মঙা লৈরে। ঐগী লোয়নবীগী নাকন্দনা মশা থারগা তরেৎ শুরে। অসুম্না অহলগী কাঙবুদা তরানিথোই লৈরে। ইমৌগী কাঙবুদা অমুক খুৎ থেক্নুনা পাবদা মশা থানা তরেৎ লৈরে, ইচানুপাগী কাঙবুদনা ভিদিও কাপ্পা থারগা নিপাল শুরে। পুন্না কুনতরেৎ শুরে। কুম্বা শুবা ঙমখিদে। মসিদগী মশীং করিবু হেন্নীংঙাই লৈগনি ? (হেনবা তারবসু মরি মঙা মঙায়দনা)। নুপী মযুমরোমগীনি খরা য়ামদবা য়াদে - ঈশিং শোক্নদবী নুপীমচাশিং, শীং থায়গদবা নুপামচাশিং, ইক্সাং শেমগদবা শেমগদবীশিং, কোল-লীক বায়গদবা ফেঙগদবা নুপামচাসিং, মচানুপীগী মমান্নবী খরা, মাদ্দোপ খনবদা শকক য়াখিবশিং, অহল-লমন, মরী-

মতা, ইমুং মনুংগী হেনকননা থয়া। ইমাংখক য়ামদ্রবসু নুপীরোমগীদি অনুট্টে ঐগী ইচানুপীশিং লুহোংবগী চাক্কৌবদা ওইখিবা মশীং অনুপুগুম্বদি হেনকদববদগী য়াওদবা য়াদবনি।

য়াম্না নুংশিননা হয়াও-হয়াও চাক চামিন্নয়ে, তোক্লে। চাক চাবা তোক্লবা মতুংদা ঐহাক অমসুং ঐহাক্না লোয়ননরকপা অহল মরি-মঙা অনুপী অথন্নবা কন্থম থাদুনা ঐখোয়বু ঙাইগী কাঙবুনা কম্লনবা শীনখি। ঙাইরোমগী ইমুং-মনুং, অহল-লমনগা শক্না শক্না মায় ওনশীন্নদুনা পূকমেন-পাউমেন্নৈ, তুং কোইনা লৈনগদবা মরী ওইবনা পুন্নীংগী অকুপ্পা বা কোঙদোকপা য়াবা কয়া ফোংদোক্লে। লুহোংবা নুমিৎতা ময়াম মমাঙদা ঙাই কোম্নরিবনি হায়দুনা নুপারোমগী অহম নুপীরোমদগী অহম ক্না তাঙ্গা লান্নদুনা মকম-মরাঙ থঙনদবমখে মরাঙ মরাঙ তৌনবা অদুদগী হেন্না য়াম্না হাউনা চাক চারা অমা চামিন্নরগা ঐখোয় থরতা কয়াদা নুংঙাইনা পূকমেন-পাউমেন্নরিবা। চাক্কৌবা নুমিৎ অদুদসু মী তারিদা য়াম্না চা-থকপা তৌরম্লবদি লুহোংবা নুমিৎকীদুগা মান্ননা মরাঙ মরাঙ তৌরমগনি, ভাব-মেন তানরম্লোই। অহল-লমন শিবা-নাবগী শ্রাদ্ধ কর্ম্মমকসু নত্তে হায়দুনা ঐহাক্না ইচাগী লুহোংবা অদুদা মী য়ারিবমখে মিনিমমদা বার্তন তৌবনি। ঈশিং-নুংশিংনা মরম ওইদুনা মিনিমমদা বার্তন তৌবা অদুদা মেঙ্গিমমদা মী লাকখিদবনি। মদুমক্তদা লুহোংবা অদু অদুম মরাঙ মরাঙ তৌখি। ঙাই কোন্নবা অদু অদুম মরাঙ মরাঙদা য়ুমদা হন্নমদাইদা পাঙথোক্তুনা ভাব মেন ইতা হেক তানখিদবনি। অদুবু চাক্কৌবগীদুদদি ঐখোয় মশেল ফমমিন্নদুনা কয়া নুংঙাইনা বারী শান্নমিন্নরে। মসিমক্লা পুন্সিগী নুংঙাইবা হায়বা শরুক অমসু ওইখি। ঐগী লোয়নবীগা চংমীন্নখিবী মখোয় ৬/৭লোম অদুগা নুপী ময়ূমলোমগী নুপী থরগসু নুপা ঐখোয়না তৌনরিবা অসিগা চপ মান্ননা মখোয় মশেল মায়গা মায়গা ওন্সিন্নদুনা পূকমেন পাউমেন্নখি। মসি মঙাই নুংঙাইবা হায়বদু লুহোংবগী মপাম চাক্কৌবগী। অসিগুম্বা থৃংনুংঙাই অসি মী য়াম্লমবা তারবদি মরাঙ মবাঙ তৌবনা হেনমন্দুনা ফংলম্বা ঙম্লম্লোই। মপাম চাক্কৌবদা মাগীদু মথেল য়ামগ্রে, মী য়ামগ্রে হায়রগা নুংঙাইজবা মীসু লৈতবা নত্তে, নুপা ময়ূমদা পুবা থাংবদা ব্রাগদবা কয়া অমা ননশিল্লগা সঙ্গ

*চাউজিখিবনি হায়দুনা য়ারিবমখৈ মী য়াম্না চাক্কৌবগী বার্তন তৌরা নুপী ময়ুম কয়া লৈতবা নত্তে। শেন পীরবনিনা য়ারিবমখৈ মেবা চংকদবনি হায়দুনা নুপা ময়ুমগী মীনা মী য়াম্না বার্তন তৌদুনা চাক চাবা চংপা কয়া অমসু য়াওদবা নত্তে। মসিদা নুংঙাইজরিবা মখোয় অদুগী নুংঙাইজবা অদুদি ওয়্থোকপা থূংনুংঙাই অমনি অদুগা মী খরতা নুপা ময়ুমগা নুপী ময়ুমগা শেগা মাইগা তান্নদুনা অচাউরম তান্নদনা ভাব মেন তান্নদুনা পূকমেন পাউমেন্নদুনা নুংঙাইনা চাক্কৌবগী থৌরম পাঙথোক্লিবা অসিদি মহা আনন্দগী মশক্তি হায়জনীংই। অসিগুম্বা আনন্দ অসি ফংনবা হোংনবদা ইচানুপীগী মতাঙদা, মখোয়গী লুহোংবদা, মপাম চাক্কৌবগী থৌরমদা ঐহাকপু মীনা অঙাওবনি হায়নখ্রবনি। অদুবু হন্দক ইচানুপাগী মতাঙ অসিদদি করি তৌরবনো খঙদে, মাগীসি মহৌশাগী মহৌশানি খনবননি খঙদে থোইদোকপা হায়নবা ঙাঙনবা কয়া তাখিদ্রে। মসিদা ঐসু খঙলকই হনদকমুক্তি হায়নদ্রে ঐবু ঙাওই হায়বা।*

*অদোমগী*

মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ

তেম্থা

ইচানুপীশিং অমদি ইচলগী লুহোংবদা অমদি বাবাগী শোরাংতনি মীনা ঐবু অঙাওবনি হায়নবীখিবা। মখা তারকপদা ইচানুপাগী লুহোংবগী মতাঙদদি লুহোংবদু ঐগী ফুল কন্ট্রোলদা লৈবা য়াদবনা ঙাইগী কাঙবুগা খন্ন-নৈনখি অদুগা লুহোংবগী থৌরম পাঙথোকখি। মখা তাবা ওইনা ইশুনুপাগী ষষ্ঠী পূজাগী থৌরম অমা অমুক লাকখি। মদুদা অমুক ঐবু ঙাওই হায়নরকখি। ঐবু ঙাওই হায়নবগী মতাঙদুগা মরী লৈননা তাং ৫/৩/২০০৪ ইং পোক্রফমগী চেফোঙদা চিঠিগী কোলমদা ঘারেং অমা ইজখি। চিঠিদুগী ঘারোলদি মখাগী অসিনি :

## অমুক ঙাঙনরক্লে ঐবু ঙাওই হায়না

*ইকায় খুম্নজরিবা এদিতর,*

*... ইথা থাজদনা হন্দক অমুক ঙাঙনরকখি ঐবু ঙাওই হায়না। ইশুনুপাগী ষষ্ঠী পূজাগী মতাঙদনি। লৈখিদ্রবা বাবা হন্দক ইশুনুপা অমা*

*ফংজবসিদা অমুক হয়ক্রবনি খল্লে। ওয়েক্লা নুংঙাইজরে। মীনদু হায়নৈ ইশুনুপা উবদা মবুমৌ অমুক হয়ক্রবনি। বাবাগী ত্রিময়ন্না বাবানদি চহী হনবা, বাবাগী তুং ইনবশিং লোইনা হরাওনৈ। মখোয় অদুবু নুংশিজদুনা অমসুং মখোয়দগী আশীর্বাদ ফংজনীংদুনা মচাগী ব্রারী তাবিয়নবা বার্তেন তৌজে নাম শ্রবণ ফংখীয়নবা হায়জে। অহল ওইরবা শেষ্টোক লৈত্রবা মখোয়বু নাম তাবিররাউ অদুগা নুংঙনা ব্রারী লীবদা শেল থাবিররাউ হায়বদু ঐহাক্লা মখোয়গী মফমদা অপরাধ লৈরবনি পাপ লওশিল্লবনি খল্লে। মরম অদুনা অপরাধ অমসুং পাপ্তগী নালখোক্লবা, ব্রারী লীবগী মফমদসু ইন্টরেষ্ট হয়দনবা অহল ১৪/১৫দং খনগৎচরগা মখোয়দা ক্না তাঙ্গা, বোরি ফি অমমমদং অমসুং মখোয়না ব্রারীগী মতাঙ নুংঙাইরকপদা অমদি প্রেম পোক্লকপদা ব্রারী লীবদা থাননবা ঙমজবা শেল খজিক খজিক্তংগা কৎচৈ। খরা চহী হয়বা মীওই ৫/১০ দনা বোরি ফি যাওদনা ক্লাগা শেলফমদুগা কৎচৈ। মী য়াম্না পাক চাউনা বার্তেন তৌদে, ঙমজবা খরদং ব্রারী লোইরকপদা ব্রারী লীবদা দক্ষিণা কৎচৈ। ইশু ফংজবদা মী ব্রাহ্ণনীংদে। অদুনা ঙমজবা খরদং কৎচবনি। মী য়ামদবগী মরমনা য়ামমল্লগা ঐনা সেবা ঙমলোইদ্রা কিজবগী তৌবনি। ঐনা মীগীদা চৎলুরবসু ঐগীদদি মীবু ব্রাহণনীংদে। ব্রারী লাইরিক তাবা হৈনদবা পামদবা মীবুসু মখোয়গীদা চৎলুই হায় হায়দুনসু মখোয়বুসু খুৎলং লমননি হায়দুনা বার্তেন তৌজনীংদে। তঙাইফদবগীবুদি লাকপা য়াই অদুবু ব্রাবী লাইবিক্তদি কয়া হৈনীং হরাওরোই। য়ামমল্লবসু পুবা থাংবা ঙমলোইদৌবিবনি, ব্রাগদৌবিবনি। মসিদনি বার্তেন তৌবক্তে হাযদুনা মীনা ঐবু ঙাওই হায়নবা। অদুবু ঐহাক ঙাওদি ঙাওদে।*

*অদোমগী*

মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ

তেম্থা

মীনা ঐবু অঙাওবনি হায়নবগা মরী লৈননা "পোক্লফম" পাউ-চেদা ইখিবসি মখাগী মরি অসিনি :

১। অঙাওবনিদি হায়নখি ঙাওবদি নত্তে (ব্রারেং ওইনা)

২। অঙাওবনি হায়নখি (ব্রারেং ওইনা)

'৩। হন্দকমুক্তি হায়নগ্রে ঐবু ঙাওই (চিঠি ওইনা)

৪। অমুক ঙাঙনরক্লে ঐবু ঙাওই হায়না (চিঠি ওইনা)

মসিদা নত্তনা ঐহাক্না পাঙথোকপা থৌরম কয়া মীনা তৌনবগা ওন্ন-তৈনবা হেক হেক য়াওই। লাইদা লম্বোয় কৎপদা চঙ থোকপা নৎত্রগা শি তাবা ঐঙোন্দা কয়া থোইদোক্তে, হকচিন্না লৌদে। ঐহাক্কী হায়ববু যজবা কৎলগা যজে,যজদবা কৎলগা যজদে হায়বসিনি। লাইগী হৈরক শেন্নদদি শি তাবা লম্বোয়না য়ারগা লাফং ওইনা কৎপদদি শি তাবা করিগী য়ারোই হায়বা ঐহাক্কী বাখললোন অমা লৈজে। ঐহাক্কীসু ঐহাক্না লাংচবা পূজা তৌজবা লাই লৈজে। চঙ থোকপা লম্বোয়সু কৎলি, শি তাবসু কৎলি, মতম মতমগী যৎভু-যৎভুবা, থোকউ-থোকউবা মতুংইন্না। শি তাবগী মহৎতা চঙ থোকপা কৎপগী নুংগী ওইবা যজবা বাহম্বোক লৈ /লৈরমগনি; শরণীগী ওইবা বাফম ওইরমবসু য়াই ওইরমদবসু য়াই। মসিনা মসি ওইখ্রসনু। ঐগী বা হায়জবা তারবদি "মসি মীনা শেন্বা চৎনবীনি, হায়দে লাইদি করিসু" হায়বসিনি। মসিদগী থোরকখিবনি ঐগী শৈরেং মতেক খরা অসুম্না :

চঙ থোকপসু লম্বোয়নি
শি তাবসু লম্বোয়নি
লম্বোয়গী লম্বোয় অমহানি
অমনা অদুম য়াবনি
লাইদা কৎলি চঙ থোকপা
শরণীগী বাফমনি
অক্নবনা হাউবা মহেল্লি
চৎনবীনি মীনা শেন্বা
হায়দে লাইদি করিসু।

---

কৎলি লাইদা মীয়াম্না
চঙ থোকপা লম্বোয়
করিগুম্বা বাখল অমদগী

পেনাক্ষে কংলগা অমুক্তম্বা লয়েয়,
তৌই শূঙ্লিং মীংকোক মীংকোক
কংলবদি লাইদা
শি তাবা লয়েয়,
চংনবীনি মীনা শেম্বা
হায়দে লাইদি করিসু।

---

কনবা ওল্লোই শিরগদবা মীদুদি
কংলবসু চঙ থোকপা লয়েয় লাইদা,
শিহেরোইদবা মীদুদি হিংখিগনি অদুম
কংলবসু শি তাবা লয়েয়,
চঙ পাম্মী তাইবঙমী
কংলি চঙ থোকপা লয়েয়,
চংনবীনি মীনা শেম্বা
হায়দে লাইদি করিসু।

---

মসিগা লোয়ননা "লাইদা" হায়না মিংথোনবা শৈবেং অমসু লাইবিক অমদা যোঙই মখাগী অসুম্না :

করিগী পাল্লি অযবদা হে লাই ইবুংঙো
চঙ থোকপসু লয়েয়নি, থোক্তবসু লয়েয়নি
অমা হেক্তা য়াবীয়ু, মনা মনিল নাইবীনু
বাবে ঐথোয় তাইবঙমী, নঙবু পেনহন্নবদা।

---

অসিগুম্বা বাযমদনি মীনা ঐবু ঙাওই হায়নবা। ওহ্মোক্লা য়ামগ্রে মান্নদবা অসি ঐহাক্লা তৌবগা মীগী চংনবীগা। ঐহাক্কীদি শোবাংকী পোংযেং যাওবা শোবাং শোনবা লোইশ্লবদসু পীনবা লৌনবা করিসু কায়দল্লা খঙে। লুহোংবগীদি কোন্না পীনবা/লৌনবা য়ানরগা শোরাংকীদি করিগী য়ারোই হায়বা অসি ঐগী বাখলনি। চংনরিবা চংনবী অসিসু শরণীগী বাকম ওইবমগদবা মাল্লি। তৌবগীদি শোরাংকীনা শোরাংকীনি,

লুহোংবগীনা লুহোংবগীনি। লুংঙী ওইবা খাহল্লোক লৈরিবনি। মসিগী মতাংদসু খনবমখৈ খল্লুরগা মখাগী শৈরেং মতেক অসি থোরকই ঐগী, কলমদগী :

পোৎয়েং পীনৈ লুহোংবগীদি
লুহোংলবা মতুংদসু,
পোৎয়েং পীনদে শোরাংকীদি
শোরাং মতুংদা,
থাজনবী অমগী মখাপোন
স্বভাব অমগী মতুংইন
পীনদবনি পোৎয়েং শোরাং মতুংদা
লৌনদবনি পোৎয়েং শোরাং লোইরগা,
লৌগে হায়না লৌরবা
পীগে হায়না পীরবা
কায়বা লৈতে করিসু
চৎনবীনি মীনা শেম্বা
হায়দে লাইদি করিসু।

ঐনা খল্লিবা খাখল অমদি তৌথোরকপা থোরম কযা মী খ্বাইগী চৎনবীগা ওন্ন-তৈনরম্বদগী ঐহাক কবি করিগুম্বদা অঙাওবা তাখি, অঙাওবনি হায়নখি। অঙাওবনি হায়নদ্রবসু অঙাওবা তাখিবা কয়া য়াওখ্রে। অঙাওবা তাবগা লোয়ননা অপঙবা তাকসু য়াওখ্রে, অপঙবা ওইনীংদবদগী চোপ্পা নংবসু যাওখ্রে। ঐগী পুন্সিদা করিগুম্বা থৌদোক অমা য়াওবা চৎপদা থেঙনা থুংলুবা হায়বসি কয়া হৈনদে। মতম চানা নংত্রগা খবা ঙনখৎনা থুংলগা নুংঙাইজে। কনাগুম্বা থেঙগনবা ঙাওবা হৈবা মীওই খরদি অদু তৌবদগী, অদা তৌবদগী, অদু অদুনা মরম ওইবদগী থেঙবনি হায়দুনা মশা ঙাকথোক্লবা হোৎনৈ, মরান য়াজনবা হোৎনদে। মখোয়গীদমক ঐহাক্কা ইকায়বী। থৌবাল কলেজদা চহী ৩০গা থা ৮ গুজা ওইবকপদা নুমিৎ অনীরকতি থেঙনা থুংখি। নোংমনা

ক্লাস লৌবা মঙবদা, লোংমনা পরীক্ষাগী দ্যুতিদা। থেঙনা থুংলুবদা চোম্না নংরা অমসু য়াওয়ে। মণিপুরী সাহিত্য প্রচারক সভা, বাংজিংগী প্রসিদেন্ট ওইরিঙৈদা লোংমা সাহিত্যগী থৌরম অমা হৈরোক্লা পাঙথোকখি। মদুদা ঐহাক্না থৌরম মপু ওইগদবনি, ঐহাক য়াওদ্রবদি য়ারোইদবনিনা অমদি অতোপ্পা উপায় অমা শীন্নহৌদবনিনা ময়াম্মা ঐবু ঙাইনখি। সাইকলদা চংচরম্লবদি মতম চানা থুংননবা হোৎনরমগদবনি। অদুবু ইনাও থোকপা অমনা মাগী স্কুটরদা চংসি হায়দুনা খরা থেঙনা চংলুবদগী থেঙমনখিবনা থেঙনা থুংলদুনা চোম্না নংখিবনি। উরিবোকতগী লাকপা নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন হোয়; অবাং পোৎশংবমদগী লাকপা আর কে গুণচন্দ্র হোয়, কেশো সিংহ ইরেংবহোয়না হান্না মতম চানা থুংলমখি। হৌজিক হৌজিক চংনরীবা মৈতৈ পুং (চংনরীবা মতম, থৌরম হৌবগী) অসি পামদ-পামদনা নুমিৎতুদি ঐহাক মৈতৈ পুংগী মায় ঙাকখি।

বার্তনগী চেরোন্দা য়াওবা মতুংইন্না মতম চানা থুংলুবদা ঙনমনবদগী অঙাওবা তাখিবা কয়া অমসু য়াওয়ে। মতম চানা থুংলুবা অদু থৌরমগী মতম চানা থুংবা ওইরমদে। ঙনমনবা ওইরম্লে। মদুদা অঙাওবনিবুদি হায়নখিদে, চুম্না ঐহাক্না অঙাওবা তারে খঙবগী বানি। ঐহাকমক্তি ঙাওবা নত্তে, চংনবীনা অঙাওবা তাবগী বানি। খুদম অমা পঙবা তারবদা লোংমা ঐহাক্না চীফ গেষ্ট ওইরগা পাঙথোকদরা থৌরম অমা লৈখি। অয়ুক পুং ১১দা হৌগদবনি। নংননবা চংলি। সাইকলননি। পুং তরামখায়দা থুংই । শক্লাইরবা অমা লৈখিদবগী কুমওন থৌরমনি। ২০০৬ ইংগী জুন থাদনি। থৌরম পাঙথোকফম য়ৌরে। অশীন অরাংশিং লৈরম্মী। অতৈদি থুংলমদ্রি। ঙাইহাক লৈরগা মখোয়সু চাক চানরুখিগে, ফি হোংদোক্লরুখিগে হায়দুনা ময়ূম ময়ূমদা চংনখি। মাইক খোংবগা ঐহাক্না লৈহৌই। বারো (বারহ) তারক্লে, মীদি থুংলদ্রি। নুংথিলগী পুং অমা তারক্লদৌরে। মথং মথং মী থুংলখি। বা ঙাঙগদবা অখণ্ড অহৈ অনীসু থুংলরে। পুং অমা মখায় তারকপদা থৌরম হৌই। থৌরমগা মরী লৈননা অখণ্ড-অহৈশিংদুনা বা ঙাঙই। ফজনা ঙাঙই। য়াম্না শাংনা। ভদ্রলোকশিংগী খল্লি লোইবা নাইদে, তাবদা বাবমখৈ ঙাঙই। তিল্লিবা ভদ্রলোকশিংদু অঙাংনা অয়াম্বনি নুপীশিংসু য়াওই। অখণ্ড-অহৈশিংদুনা

ঙাওবদু মখোয়না লৌশিনবা ঙন্নমগস্রা ঙন্নমলোইস্রা হায়রবদুদি খঙস্রে। উচিন নাচিয়া মখোয়গী ভাষণ লোইরে।ময়াম খুবাক খুই। ঐসু খুই হয়াওনা ভাষণ লোইবদা নুংঙাইমনখিবনা। ভাষণ লোইয়রবদা হায়রকই : অতোপ্পা মযম অমা অনীদসু ঙাওলুগদবা লৈরি খরা হাঙ্গরল্লগে। অসি হায়রল্লগা চৎস্রে। ভাষণদা নত্তনা অতে এক্টিভিটিগী খৌরম য়াওরি। খেঙদি খেঙজীলক্লে, মতমগী মমল ওস্থোক্লা য়াল্লকস্রে। খৌরম হৌদ্রিঙৈগী পূং অনী মখায়রোমগী মতমদি মমল য়াওদনা অরেম্বদা মাঙস্রবনি। খৌরমগী মতুংইন্না ঐহাক্কীসু বা ঙাওনবা মতাঙ য়ৌরকখি। মিনিট ৫/৬ লোমদং ঙাওলল্লগা লোইশিনবা তাখি ঐগী ভাষণ। খাঙবদদি মখাঙলগে হায়দুনা খৌরম মপুগী ভাষণ, খাগং ব্রাহে লোইবা ফাওবা খাঙদুনা খৌরম লোইবা ঙাইখি। মমলি মমলি তৌরকপদা সাইকল খৌদুনা য়ুমদা হল্লকই।

অতোপ্পা খৌরম অমগী মতাং পাউদমজগে। লাইব্রিক যেঙবগী খৌরমনি। ঐহাকনা লাইব্রিক্কী মরমদা ঙাঙগদবনি। লাইব্রিক্কী মরমদা ঙাঙবা অসি ঐগী হৈনবী নত্তে। অদুবু অশীন-অরাঙনা ঐবু নুংশিবীদুনা বার্তন্দা ঐগী মিং হাপ্লীরস্লে। তঙাই ফদনা য়াবা তাখি। য়ুমদা ইমাসু ঙমদবগী ফমশেন্নরিবনি। য়াম্না লুবা মতাংনি। প্রোগ্রামগী মতুংইন্না অয়ুক লূং ৯ দগী হৌগদবনি। অয়ুক্তা লাইব্রিক যেঙগদবনি। নুংথিল পূং ১ দা মীওই খরসু রিসেপ্সন তৌগদবনি অদুগা পূং অনীদনা কবি সম্মেলন পাঙথোক্কদবনি। অয়ুক্কী খৌরমদুদং য়াওরগে খন্দুনা ইমাবু ফমশেন্নবা মী শীন্দোক শীনজিন তৌরল্লগা খৌরম য়াওবা চৎলি। অয়ুক পূং ৭ তা চাক চারগা চৎপনি। সাইকলদা য়ুমদগী থোরকপনি। নুমিৎতু নোং কন্না চুই। লমখাঙদা য়ুম অমদা সাইকল থনল্লগা জীপতা ব্রাংজিং ফাওবা চৎলি। ব্রাংজিংদগী ওটোরিক্সোদা খৌরম পাঙথোক্কম তান্না চৎলি। অয়ুক পূং নিপাল মখায়দা থুংই। অশীন-অরাঙশিং লৈরম্মী। নোং চুবদি লেপ্পা লৈত্তে। হাংবা ঙাই; পাক হেক হাংদে। অশীন-অরাঙশিং পাখৎপগুম তৌই। নোং হাংলক্লে, চনীং তানরে। ইম্ফালদগী উলেন মৈতেহোয় মতম চানা থুংলরবনি। অদুবু অথোইবা মীথুং, খৌরম মপু, ইকায়খুম্নবা মীথুং য়ৌরকত্রি। পূংদি বারো হেল্লকলে। এম এল ও অমনা

অথোইবা মীথুং ওইগদবনি। মহাক শোয়দনা লাক্কনি হায়বগী পাউ ময়াওনরে হায়নৈ। ঙাইবগী ঙাইবা ঙাইহাক ঙাইখিসি হায়দুনা ঙাইনরে। ঙাইনরিবসি অথোইবা মীথুংদা নত্তে, থৌরম মপু ওইগদবা, ইকায়খুম্ন বা মীথুং ওইগদবা অনীদুবুসুনি। থৌরম মপুদি ঙাইহাক লেরগা য়ৌরক্লে। অদুবু মহাক অথোইবা মীথুং থুংঙাখ্রিঙৈদা শোয়াংকী পোৎয়েং অমুক্তা পীথোক্লুখিগে হায়দুনা চৎথোকখ্রে। অথোইবা মীথুং ইম্ফালদগী লাকদবা অদু লম্বীদা (ওন দ ৱে) লৈরে হায়নৈ। য়ৌদি য়ৌরকখ্রি। পূং অনী তারক্কদৌরে। ইমা করম তৌরমনি খল্লুবদা পৃক্লিং-ৱাখল নীংকোক নীংকোক তৌই। থৌরম মপু ওইগদবদু শোয়াংতগী অমুক থুংলরে। অথোইবা মীথুংদি য়ৌরকখ্রা য়ৌরকতে, ঙাইদুনা অদুম লৈনরে। লাক্কনি হায়বা থাজনখ্রে। অথোইবা মীথুংগী মমঙ্গ থাক্লগা থৌরম হৌরসি হায়নরকখি। ইকায়খুম্নবা মীথুং(গেষ্ট ওব ওনর)সুনি থুংলখ্রিবসি। শরু ইরবী সোসিয়েল ৱাকর অমবু ইকায়খুম্নবা মীথুং ওইহন্দুনা পূং অনী তাগদবা মিনিং তরেং ৱাংলিঙৈদা থৌরম হৌদুনা প্রোগ্রামগী মতুংইন্না ঐহাক্কা লাইরিক্কী মরমদা ৱাহৈ মঙা তরা ঙাঙখি।

অসুম্না মতম চানা থুংবা অসি করি করিগুম্বদা অঙাওবা তাই, অরেম্বদা মতম মাঙহনবগীসু অপঙবা তাই। ঙাওদৌ শরুক, পঙদৌ শরুক শিংবনা কৈ হায়দুনা মৈতৈ পূং ওইরমগনি খন্দুনা থেঙনা চৎলগা থেঙনা থুঙলুবা কয়া মৈতৈ পূংদা থৌরম হৌবা মতম থোক্লদুনা মতম চানা থুংবা হায়বদু ওইবসু ময়াওই। অদুবু করি করিগুম্বদা অশিংবা শাদুনা থেঙনা থুঙলুবদা থৌরমদুদি মতম চানা হৌরমদুনা অঙাওবা তাবা চোপ্পা নংবা কয়া অমসু ময়াওই। পূম্নমক অসিনা মরম ওইদুনা ইবা ঙমখি মথাগী শৈরেং অসি :

পঙনীংদবদগী চোপ্পা নংখিবা রাজেন

ফংই বার্তন অমা নোংমা রাজেননা থৌরম অমগী
ওইগদবনি অথোইবা মীথুংলেন মহাক্না থৌরম অদুগী
হৌগদবনি অয়ুক পূং তরাদা প্রোগ্রামগী মতুংইন্না
চৎলি রাজেন থৌরমদু য়াওবা মতম চপ চানা
লৈরমদে কনা 'মঙা অনী 'হুম নঙনা থৌরমদু শীনবা

ঙাইবা তাখি রাজেন মতম মাঙনা মীয়াম থুংলবা
ল্যেকই খরা খরা মথং মথং পূং তরামাথোইদা
মপূং ফারকই ভাবক পূং তরানীথোই তারকপদা
থুংলে থৌরম মপুসু মতম অদুবাইদা মৈতৈ পূংদা
হৌই থৌরমদু থেঙনা পূং তরানীথোইগী মতূংদা
অপঙবা তাখি রাজেন মৈতৈ পূং থুগায়রুবগী
মাঙখি মতম অরেম্বদা পূং অনী হেন্না, পঙলুবদগী
ওইখি রাজেন অপঙবা অতৈ থৌরম কয়াদসু অসুন্না
থুংলুবগী মীয়াম লাকত্রিঙৈদা প্রোগ্রামগী মতুংইন্না,
পঙলম্বা রাজেন শিংলকই মমৈথঙদা ভাব তারকপদগী
পাম্মুরকই মতম মাঙহনখিবা অরেম্বদা ঙন্তা চৎতুনা
ওইনীংলকতে অপঙবা অরেম্বদা মতম মাঙহনবা,
ফংই বার্তন অমমুক নোংমা মহাক্লা থৌরম অমগী
ওইগদবনি অথোইবা মীথুংলেন মহাক্লা থৌরম অদুগী
হৌগদবনি প্রোগ্রামগী মতুংইন্না অয়ূক পূং তরাদা মদুসু
পঙনীংদ্রবা রাজেন থুংই হন্দক্তি পূং তরামাথোইদা
অদুবু হৌরগ্নে থৌরমদুদি অথোইবা মীথুংলেন য়াওদনা
মতমচানা থৌরম মপুনা ফমফমলাংদা ফমদুনা
য়েংনখি মীয়াম্না চঙলকপদা রাজেননা সভা মাঙদা
পঙনীংদবদগী চোপ্পা নংখি রাজেন নুমিৎতু মীয়ম মাঙদা।

ঐবু ঙাওই হায়নবগী মতাঙদা মরী লৈনবা ৱাফম অমা অমুক থমজরি। মতমগী শীৎলিবা নুংশিৎতা য়াওশিন্দ্রবদি চুম্মা চৎচরিবা মীওই কয়া অঙাওবা তাই। ৱাফম অসি মণিপুরগী শক্লাইরবী অইবী *নহারোলগী থৌদাং* গী কোলমনিষ্ট ওইরিবী ক্ষেত্রিময়ূম সুবদনীগী *"দাইরিগী লামায়দগী-৫৪"* হায়বা ৱারেং (পাউচে অদুদা ফোঙখিবা) অদু পারগসু পূক্লিং চিংশিনবা ঙম্মী। পেন্সনগী মতাঙদা চুম্মা চৎচবা মাগী মাম্মনা অঙাওবা তাবা, মাগী পেন্সল ফাইল ওফিসতা মতম শাংনা তূমদুনা লৈবা, করিগুম্বা অমা য়াওদ্রবদি ফাইল মচি লেঙদবা, হৌজিক্কী

মণিপুরগী ঈশিং-নুংশিংকী ফিভম খারেং অদুদা পল্লি। *অঙাওবা তারোই হায়রবদি হৌজিক্কী নুংশিংসিদা য়াওশিল্লগা ... মায়পাকপবা মায়থীবরা ... মহাও খুদিংমক য়েংথোকপদি কমদৌই* হায়বদা মাগী মাস্মনা মদুগী পাউখুম ওইনা *মদুদনিনে ঐনা লাইরিক ইনীংলকলিবসি, লোইনমক হেক কোগোক কোক্লা হায়দোক্লীংলিবসে। তেস্থাগী ওজা রাজেন্দ্রগী শৈরেংদু তানীংবরা ঐদি কেসেট লৌশিল্লগা থম্লবনি। শাউনীংলকপা মতমদা থরায় তানা নোক্লবা। ওজা রাজেন্দু শৈরেং শুংবদা মকোক তাঙবা ওইরিনি। ঐসু মণিপুরগী ঈশিং নুংশিংকী ফিভম উবতদা কোকসি শম অমত্তা হৌদ্রবনি। ইরকপা তারবদি কোক ফাওবা কেনবা য়াই* হায়না খুমথিবা খাকম ময়ামগী মফমদা ফাউদমজরি। অশেংবনি মতমগী ঈশিং নুংশিংতা য়াওশিন্দ্রবদি চুম্না লৈজবা কয়া অঙাওবা তাই। অঙাওবা তারোই হায়রগনা মতমগী ঈশিং নুংশিং অসিদা য়াওদুনা পুন্না ঙাওমিন্নবা তাই। পুন্না ঙাওমিন্নরবদি কনানসু অমনা অমবু অঙাওবা হায়নরোই। মসিদনি ঐনা *ঙাওদনবা ঙাওবা* হায়বা শৈরেং অমা ইজবা।

করিগুম্বা থৌরম অমা হৌবদা প্রোগ্রামদা য়াওবা পুংযম্নদা হৌবা ঙমদবা, থেঙথরগতা হৌবা অসি ঐহাক্লা থোইনা পামজদে। মৈতৈ পুং হায়না খঙনবা থেঙথরগা থৌরম হৌবা খাইনা খঙনরে। ফত্তবদা মমিং চংপনি। অদুগা য়ৈনরিবা পুং: মৈতৈ পুং অসিদি ওহ্বোক্লা অফবদা মমিং চংপ্রবা পুংনি। মৈতৈ পুং অনী : অমনা য়ৈন-পুং অমনা চংনরিবা মতমগী পুংগী মবমদা মখাগী শৈরেং অসি ঐগী কলমদগী থোরকই;

## পুং পুং মৈতৈ পুং

পুং পুং মৈতৈ পুং
পুং পুং য়ৈন' পুং
পুং পুং চংন' পুং।

পুং পুং মৈতৈ পুং

সুইজর্লেণ্ডগী ওইরবসু মৈতৈ পূং
ঐচ এম টিগী ওইববসু মৈতৈ পূং
ইলেকট্রোনিক্কী ওইরবসু মৈতৈ পূং
ঔটোমেটিক্কী ওইরবসু মৈতৈ পূং
মমল য়ামলবসু মৈতৈ পূং
খৃষ্টগী কুনশুবা চহীচাদা চংনবা মৈতৈ পূং
কুনমাখোইহুত্তবদসু চংনগদবা মৈতৈ পূং
লাইহিরিক হৈবশিংনা চংনরিবা মৈতৈ পূং
মৈতৈ পূং ওইরম্বদে খেঙলুবদা চোপত্রবা মৈতৈ পূং
মৈতৈগী খোত্তা চঙলবা মৈতৈ পূং
মৈতৈগী মাহে ওইরবা মৈতৈ পূং
মৈতৈ পূংনিদা হায়নরবা মৈতৈ পূং
মৈতৈনা চংনরবা মৈতৈ পূং
পূং পূং মৈতৈ পূং।

পূং পূং মৈতৈ পূং
সাহেবনা ভকখিবা মৈতৈ পূং
হান্নগী গোবর্নর বেদ মারবানসু ভকখিবা মৈতৈ পূং
পূং পূং মৈতৈ পূং।

পূং পূং মৈতৈ পূং
পূং পূং য়েন' পূং
মৈতৈগী লেমজববা মৈতৈ পূং
পূং পূং মৈতৈ পূং।

পূং পূং মৈতৈ পূং
পূং পূং চংন' পূং
মৈতৈগী চংনবা মৈতৈ পূং
ইকায়নীংঙাই ওইরবা মৈতৈ পূং
পূং পূং মৈতৈ পূং।

পূং পূং মৈতৈ পূং
পূং পূং য়েন'পূং

ফজনা য়োকখৎকনদবা মৈতৈ পূং
পূং পূং মৈতৈ পূং।

পূং পূং মৈতৈ পূং
পূং পূং চৎন' পূং
চৎনহন্নদবনা ফরবা মৈতৈ পূং
পূং পূং মৈতৈ পূং।

য়েন-পূংনা অফবদা মমিং চৎপগুম চৎনরিবা মতমগী মৈতৈ পূং অসিসু মতম চপ চানা হৌরবদি অফবদা মমিং চৎকনি। য়েন-পূংগুম মতমগী মৈতৈ-পূং অসিসু অফবদা মমিং চৎহন্নলনীংবদগী মখাগী শৈরেং অসি ইজবনি :

## মৈতৈ পূং

হে মৈতৈ পূং !
ওইহন্নীংঙিদা নহাকসে:
-বিলাতি পুংদোল, বিলাতি শুানু
মৈতৈ জগোই, মৈতৈ মৃক্লা
মৈতৈ পূং-য়েনপূং
শীংথানবা নহাকপু।
করিগী ওইরম্রি নহাক
মৈতৈ পূং
খেঙথরগতা হৌবা করেম্লফম ওইবা,
করিগী ওইরমদে নহাক
মৈতৈ পূং
মালেম শীন্নুংনা ফাওবা মৈতৈ পূং-য়েনপূং?
ওইরম্রবদিকো মৈতৈ পূংনা
মিনিট অমা ফাওবা শোয়নদবা
সেকেণ্ড অমা ফাওবা চোন্নদবা
ফাওরমগনি মৈতৈ পূং
বিলাতি পুংদোলগুম, বিলাতি শুানুগুম

চৎলমগনি মমীং
মৈতে জগোইগুম, মৈতে মুক্নাগুম অমদি মৈতে পূংগুম।
ওইরি হৌজিক্তি
পূংদা পূং মৈতে পূং
করেম্নফম ওইরবা
ইশানা ইশাবু, মীনা ঐবু, ঐনা মীবু, মীনা মীবু।
ওইহল্লসি মৈতে পূং
শোয়নদবা মৈতে পূং, চপ চানা হৌবা মৈতে পূং
মমীং চৎলবা মৈতে পূং।

খৃষ্টগী কুম ২০০৭, জুনগী অহুম নোংমাইজিং নুমিৎতা ককচিং খুনৌগী নহা ওইরিবা কবি পরশুরাম থিংনামগী "মীগী মচু" হায়বা শৈরেং লাইরিক অমা মণিপুর প্রেস ক্লব, ইম্ফালদা যোঙই মদুদা শৈরেং অমা মখাগী অসুমনা য়াওরম্মী :

*মতমগী মমল*

*পূং অমগা মিনিট কুন্না চপ চানা ওজা রাজেন্দ্র থুংলৈ যৌবম মফমদা বার্তনদা থাবা পূংফমনি সার্প।*

*ওজা রাজেন্দ্র ফমই মথন্তা মহৌশাগুম শুপ্পতগী মথন্তা।*

*পূংখায় অমা চোম্থরগা থুংলৈ ওর্গেনাইজর অদুদগী মথং মথং ইনভাইটিজশিং।*

মথক্কী শৈরেংসিদা য়াওরিবা ওজা রাজেন্দ্র হায়বসি ঐহাকপু ওইরিগদ্রা নৎত্রগা চুম্নগী মিং মান্নবা ওইরমগদ্রা নৎত্রগা জেনরেল ওইনা কনাগুম্বা মতম চানা থুংগনবা মীশক অমবু রাজেন হায়বা মিং অসি শীজিন্নবা ওইরমগদ্রা হায়বদি খঙদ্রে। অদুবু ঐগী পুক্নিংদা মাগী শৈরেংসিদা য়াওরিবসিগা মান্নবা থোকখিবা থৌদোক খরদি ঐগী পুক্নিংদা

থোকহ্রে। মদুদা ঐহাক ইশানা ইশাবু ঙাওরব্রা খঙ্কখি। মতমগী মমল ঐনা মাঙহল্লিরা, অতৈনা মাঙহল্লিরা, মীনা মাঙহনবীরিব্রা হায়বদুদি করি অমত্তা খঙদ্রে। অদুবু অঙাওবা তাখিবদি ঐহাক্কি। ঐহাক অঙাওবমক্তি নত্তে।

মতম অমদা মণিপুরগী গর্বনর ওইবিরম্বা বেদ মারবা নোংমদি হায়নীংঙাই লৈতনা ঙকখি। নুমিৎ অদুদা মহাক ঐখোয়গা অঙাওবা তমীন্নখি। অদুবু মহাক্না ঐখোয়বুদি থাগৎপীরম্মি খাঙবা কনবগীদমক্তা। সাহিত্যগী থৌরম অমনি। পাঙথোকপম্বা জবাহরলাল নেহরু মণিপুর দান্স একাদেমীগী হোলনি। মহাক্না চীফ গেষ্ট ওইবীগদবনি। দাইসকী কম্ফমদা লেঙশিনবীগদবশিংগী মনুংদা ইকায়খুম্নজরিবা মন্ত্রী অমসু য়াওরি। থৌরম অদু অয়ুক্কী পুং ৯দা হৌগদবনি। মিনিত মরি মঙারোম ঙনখৎনা গর্বনর লেঙবীরকই। অদুবু মন্ত্রীদি থুংলাদ্রি। শোয়দনা থৌরম অদু য়াওগনি হায়বগী ঈ-পাউদি ঋাওনরে হায়নৈ। মিনিত মঙা তরা হৌখিবনা পুংখায় ঋজিল্লক্লে, মন্ত্রী য়ৌরকত্রা য়ৌরক্তে। মিনিত নিফুমঙা ঋাজিল্লকই। ময়াম মপান্দা য়েংনৈ। মন্ত্রী য়ৌরক্লে। অশীন অরাঙনা মাইক্রোফোন্দা থৌরম হৌরগনি লাউথোরকই। থৌরম হৌই প্রোগ্রামদা য়াওবা মতমদগী মিনিত য়াঙখৈরোম চোম্বরগা। পুং অমরোম চোম্বরগা হায়বা য়ারবনি। য়ৌরকপনি নুমিৎ অদুদা গর্বনরনা রেদিওগী পুংদা, মন্ত্রীনা মৈতৈ পুংদা। পুংথম অনীগী খেন্নবা নুমিৎ অদুদা মিনিত নিফুমঙা খরা হেল্লি। নুমিৎ অদুদা গর্বনর য়াম্না ঙকখি। ঙকপগী মরম অনী ওইরমগদবা মাল্লি-অহানবনা থেঙথনা হৌবা মৈতৈ পুংগী মতাংদা, অনীশুবনা তিল্লিবা মীয়াম্না তুমিন্না চেক মোক লাউদনা অখাং কনবগা লোয়ননা ঙাইবা উবদা। ঐখোয়গী অখাঙ কনবদু থাগৎতুনা ঙকপগা লোয়ননা মাগী ভাষণদা ব্রাহে মঙা তরা থম্বীরম্মি। মহাকসু অরেম্বদা মিনিত নিফুমঙারোম মাঙহনখি। নুমিৎ অদু মৈতৈ পুং খঙদনা মতম চপ চানা থুংলুবদগী অঙাওবা তাখি মহাকসু।

অঙাওবা মপা চানরুবদগী কনাগুম্বা খরদি মরাইবক ফদুনা অফাওবা ওইখি। "ঙ" না "ফ" ওনবা ঙমখি, মহয় য়ানখি। মীওই কয়া অমনা অফাওবা ওইনীংবদগী অঙাওবা তাহৌই, "ফ" ফংবগী

মতুংতা "ঙ" ফংহৌই। "ঙ" না "ঙ" অদুম ওইহৌই। ঐগী "ঙ" সু "ফ" ওনগনি হায়বসিদি কয়া থাজদে। ঈশৈদা ফাওবা, শগুন ফাওবা, শান্নবদা ফাওবা, লীলাদা ফাওবা, সাহিত্যদা ফাওবা, রাজনীতিদা ফাওবা অসিনচিংবা মানা মানা পামজবদা ফাওবা কয়া লৈ। পামজবদা ঙাওবা কয়া অমসু লৈ। অঙাওবা পামজদুনা মদুদা ঙাওবা কয়া অমসু লৈ। ঙাওবা পামজবদগী ঙাওবদা ফাওবা কয়া অমা লৈরমগদ্রা খন্নবীংঙাইনি। ঐগী "ঙ" না ফনা "ফ" ওল্লকুনসু অঙাওবা হায়বদুগা কান্নগদবদি কয়া মানফাংতে। করিগুম্বা "ফ" ওল্লকপা তারবসু ঐঙোন্দদি "ঙ" দি অদুম লোয়নগদবা মাল্লি। মীওই কয়াগী (অঙাওবদা য়াওরিবা) "ঙ" অসিনা "ফ" ওল্লকপদা মীওই কয়া অদু পোকপগী মতুং য়াল্লবা মীশক ওইরবনি হায়বসিদি চুল্লবনি খল্লি। অদুগা মতমগী ঈশিং-নুংশিংতা য়াওব্রবা মীশক অদুদি অঙাওবা তাহৌই। অদুবু মতমগী ঈশিং-নুংশিং অসিদা অঙাওবগী মওং কয়া য়াওরি। মসিদি অঙাওবগী নুংশিংনি। মসিদা য়াওশিল্লবদি অঙাওবা তাদে অদুনা ঐহাকসু অঙাওবা মরক্তা হিংবদগী মরক মরক্তা ঙাওবা য়াওরি, ঙাওমিন্নরি অঙাওবা কয়াগা লোয়ননা, ঙাওরি ঙাওদনবা। করিগুম্বদা ফরক তাহৌবদগী ঙাওবা য়াওহৌদদুনা কৌনরি মীনা ঐবু *রাজেন অঙাওবা* মিংখোল অমা ওইনা। অসুম্না ঐবু অঙাওবনিদি হায়নখি অদুবু ঐদি ঙাওবদি নত্তে।

ꯑꯩꯅ ꯇꯦꯝꯍꯥꯗ ꯄꯣꯛꯂꯨꯕꯅ

# ঐনা তেম্হাদা পোক্লুবনা

# ঐনা তেন্থাদা পোক্লুবনা

তেন্থা, থৌবাল দিষ্ট্রিক্টকী মনুংদা লৈবা খুল অমনি। খুল নম্বর ৩৭নি। ইম্ফালদগী খারোমদা কিলোমিটর ২৮ লোম চৎলগা ৱাংজিং লৈ। ৱাংজিংদগী নোংচুপতা কিলোমিটর ৭ মখায় চৎলগা তেন্থা লৈ। তেন্থা ময়ুং নাইনা (মশা ফন্দোকপা লৈকায় খরা য়াওনা) খুন্দাবা খুঙ্গং অমনি। ইম্ফালদগী তেন্থা কিলোমিটর ৩৫/৩৬ লোম লাপনা লৈবা খুল অমনি। মণিপুরগী তম্পাক্কী মনুংদা লৈবা লম ওইজরবসু মনুং হঞ্জিন্না লৈবা খুঙ্গং অমনি। তেন্থা ঐগী পোক্লফম লমদমনি। ঐগী য়ুমদি ইম্ফালদগী কিলোমিটর ৩৭ রোম লাপ্লী। হায়জনীংই নোংদম্বগী নোংদমনি ঐনা তেন্থাদা পোকলম্বসি। ঐগী য়ুম চীংখোঙদনি, পাৎয়াদনি। খাথংবা য়েনখাদা চীং, অৱাংথংবা য়েনখাদা পাৎ (হৌজিক পাৎ ওইদ্রে)।

কয়ারক হন্না পূক্লিং নুংশিবা পোকখি, কয়ারক হন্না মায়থোঙ লাংশিনখি, কয়ারক হন্না শাউনীংবা পোকখি ঐনা তেন্থাদা পোক্লুবনা। অদুবু করিদি তৌরুনি, লাইবক্তা তল্লন্নবনি খন্দুনা পেনথোকপা তাখি, তূমীন লৈবা তাখি, খাঙবা কনবা ওইবা তাখি। করিগীনো ঐঙোন্দা অসুম থোকখিবা? ঐহাক্না কলেজদা লাইরিক তমলিঙৈগী ৱানি, ইম্ফালদা লৈদুনা তম্বনি। নোংমা লৌরোক থাগী নুমিৎনি। অতিয়া পূম্বা নোংনা পূমমম মমশিল্লি। ইম্ফাল তুরেলগী তোর্বালদা ঐহাক ফন্নি। অহল মরি মঙাসু ফমলি। হৌখিবা অহিং অদু ফূদিৎ ফূনা নোং য়াম্না কন্না চুখি। মদুগী মমাঙ নুমিৎ খরসু লেপ্পা লৈতনা নোং তাখিবনি। নোং তাবা হৌরকই। হৌগৎতুনা চৎনবা থৌরাং তৌই। অহল অমনা হায়রকই: করম্নে া নোংসিবু লৌৱায়না শূরগা ইম্ফালনা চাবা হায়নবদুবু লৌৱায়বু লৌ লোকপা য়ারোইদৌরিনে। অচুম্বা ৱাফমনি করিসু অকায়বা য়াওদে। ইচম চম্না পূকচেল তিংনা হায়বনি। অদুবু তারুবা ঐনা পূক্লিং নুংশিবা পোকখি,

মায়থোঙ লাংশিনখি। ঐনা তেম্থাদা পোক্লুবনা।

হায়নরম্মী মতম অমদা: "খুগ্রাং তোংবনা শুরগা খোংউপ তোংবনা চাবা।" ইম্ফালবুনি খোংউপ তোংবা হায়রিবসি, খুঙ্গংবুনি খুগ্রাং তোংবা হায়রিবসি। খুঙ্গংগী লমসু অসুম অসুম চাওখৎলকপা, লাইরিক লাইশু হৈবা মশীং হেনগৎলকপা, পূং ঈশৈ অমদি অতৈ কলা বিদ্যা অমসুং শান্ন খোৎনবগী লমদা খুঙ্গংদগী মীথোই মীহেনবা কয়া থোরকপা, লম্বী থোং ফগৎলকপা, খুঙ্গংগী লমদা সরকারগী ওফিস, লাইয়েংশঙ, স্কুল কলেজ কয়া লৈরকপা, খুঙ্গংদা সরকারগী ওফিসার অমদি অতৈ কর্মচারী কয়া লৈরকপা, দিষ্ট্রিক্ট হেদক্বার্টর্স কয়া লৈরকপা, খুঙ্গংগী লমদা কৈথেল কয়া লৈরকপা মনুং হঞ্জিনবা মফম কয়াদসু হান্না লৈরমদবা খুদোংচাবা কয়া লৈরকপা খুঙ্গং ওইরম্বা কয়া সহরগুম চাওখৎলকপা অসিনচিংবা মরমদগী লৌব্রায় ইম্ফালগী ব্রাফম অদুক হাক্লা হৌজিক্তি হকচিন্না লৌনরকত্রে। খেন্নবা লৈরম্বা গেপ অদু য়াম্না হম্থরে। অদুবু মতম অমদদি তত্তনা তাখি ঐসু, ময়াম্না হায়নবা ঐনা ইম্ফালদা লৈরিঙৈদা: "লৌব্রায়দগী ফৌ কাবক্লুগনি, লৌব্রায়দা কূম্লুগে, লৌব্রায় মচাসিদি, লৌব্রায়না তৌবনবু ..." অসিনচিংবা। অচুম্বা ব্রাফমনি করিসু অকায়বা য়াওদে, অদুবু তারুবা ঐনা পূক্লিং নুংশিখি, ঐনা তেম্থাদা পোক্লুবনা।

ঐনা ইবা লাইরিক্তা মরুওইনা শৈরেংগী লাইরিক্তা করিগুম্বা মতাঙদা লৌব্রায় হায়বা ব্রাহে অসি শীজিন্নবা খরা য়াওই, করিগুম্বদনা লৌব্রায়গী মতাঙদা শৈরেং ই। মদুদা সাহিত্যগী শক্লাইরবা মীওই খরনা সাহিত্যদি লৌব্রায় ইম্ফাল খায়দে লৌব্রায় হায়বা ব্রাহৈসি ফজদে খুঙ্গং হায়না ইসি, পূকচেল চাউথোক্লসি, পিকশিন্নরোইসি, অখুবা মীৎয়েং থাদোক্লসি, পাক চাউনা উবা ঙম্নবা হোৎনসি হায়না মখোয়গী অপাম্বা ফোংদোকই। অচুম্বা ব্রাফমনি হায়রিবসি। হৌজিক্তি মমাঙঙৈগীদু নৎত্রে, ফনা যাম্না হোংলবনি, মমাঙঙৈগী ব্রা, কান্নদবা ব্রাফম নীংশিংদুনতা

লৈগদবা মতম নংত্রবনি। অদুবু হায়নবদি হেক্তা য়াওরকই মবক মরক্তা। ইম্ফালগী ব্রা ঙাক্তা নত্তে, লৌব্রায় মশেন্দসুনি, খবা হেন্না চাওখৎপা হায়গদ্রা, খুদোংচাবা হেন্না ফংবা হায়গদ্রা, খরা হেনগৎপা মফমগী মীনা খবা হন্থনা লৈবা মফমগী মীবু হন্থনা য়েংবা অসি হৌজিকসু কনাগুম্বা খবগী মফমদদি লৈবগুম তৌই। কবি কবিগুম্বদা মখোয়গী থম্মোয়দা লৈবা ব্রাখল অদু মরক মরক্তা ফোংদোকপা হেক হেক যাওবকই। তাক্ববা কৌবনিনা মদুনা ঐগী থম্মোযদা কবিগুম্বা খরা ফাওহল্লি, ঐনা তেম্থাদা পোক্লুবনা।

কবি কবিগুম্বদা নুপানি খণ্ডদে, নুপীনি খণ্ডদে, অহননি খণ্ডদে, নহানি খণ্ডদে খৎন- চৈনবদা খবা হন্থবা মফমদা লৈবা মীদা পোকফম লৈফম অফবদা লৈবা মীনা পোকফম লৈফম পন্দুনা ঙাওবা কয়া তাথ্রে। লৌব্রায় ইম্ফালগী ব্রা ঙাক নত্তে, খুল অমগা খুল অমগগী ব্রা ঙাক নত্তে, খুল অমত্তদা লৈমীন্নবগী মতাঙদসুনি, লৈকায় অমগী মীনা লৈকায অমগী মীবু হন্থনা য়েংবগী ব্রাফমসু ঐখোয়না থেংনবি। কবিগুম্বা মতাঙদা ঐখোয়না য়াম্না ইকায়খুম্নজবা, লৈবাক মচা তাবা, লাইরিক লাইশু হৈবা কনাগুম্বা মীওই খরসু পনহন্নীংদ্রবা ব্রাফম অসি পল্লকপা য়াওবকই। মদুদা ঐহাক কবিগুম্বা খরা খনবা মতাঙ কয়া য়াওখ্রে, থব্রায নুংঙাইতবসু য়াওখ্রে, ঐনা তেম্থাদা পোক্লুবনা।

## মথব্রায় নুংঙাইখিদবা রাজেন

নোংম্মা মথব্রায় নুংঙাইখিদে
মোইরাংথেম রাজেন
পাউ হনবা চৎলুবদা
নুপী চেল্লকপা অমগী,

হংঙী নুপী ময়ূমগী অহল অমনা:
- করি লমনো,
খুম্মী রাজেন্না:
- তেম্বানি,
হায়রকই অহল অদুনা:
- তনগ্রেদা লমদমদুদবু,
মথব্রায় নুংঙাইখিদে রাজেন।

মথব্রায় নুংঙাইখিদবা রাজেন
নুংঙাইখিদে মথব্রায় অমুক্তা হেন্না নোংমদি
চেনখিবদা মাগী মচানুপী
হেন্না হম্বুবা খুঙ্গং অমদা তেম্বাদগী
হায় পাউ হল্লকপশিংদুদা মানা:
- তনগ্রেদা লমদমদুদবু,
হেন্না মথব্রায় নুংঙাইখিদে পাউ হল্লকপশিংদু।

চংনীংদা চংনীংদা চংলুরে তঙায় ফদবদগী, হেনফদবদগী পাউ হায়দোকপা কয়া নুপী চেল্লকপগী। থেংনখি মদুদা জাৎ জাৎ। তারকখি তানীংদবা ব্রাঙাঙ কয়া, হায়রকখি হায়হন্নীংদবা ব্রাফম কয়া। তূমীন্না খাঙখি পাউখুম পীদনা হায়রকপা ব্রাফম কয়া। অদুগা অমুকসু থেংনখি নুংঙাইবা কয়া। "ওজাসু য়াওবীরকলিদনা" হায়দুনা ঐখোয়না ভক্তি কংত্রিঙৈদা নুপী ময়ূমলোমগী মীশিংনা হান্না ভক্তি কংতুনা খুরুমলকপসু কয়ানি। হায়হন্নীংদবা কয়া হায়রকপগী মতাঙদা চপচাবা পাউখুম পীবগী মহুংতা "শাউবীগনু, ব্রারৌবীগনু, নুংশিবীয়ু, লাইবক্তা তল্লকপনা অসুম থোক্লরবনি" হায়দুনা নোঙ্গখিবা কয়া য়াওখ্রবনি। করিগুম্বা মতাঙদনা

"ওজাসু য়াওনা লেঙবীরকপসিদি ওত্থোক্লা নুংঙাইজখ্রে, কবিনা সেবা তৌগনি..." হায়রকপদা মদুদা নুংঙাইজবদু কবিগা প্রমাণ তৌগনি হায়বমক য়াই। অসুম্না নুপী চেন্নকপগী পাউ হায়দোকপা চংশদা অবা- নুংঙাইগী জাৎ জাৎকী থৌদোক কয়া থেংনখি।

তৌবগীদি অয়াম্বা মীনা মচানুপী/মচলনুপী/মচে/ ইমুং মনুং শাগে নাতৈগী নীংঙোল থাজবসি হুম্বুবা লমদা কয়া পায়দে, হেন্না চাওখৎপা লমদা পায়ে। নীংঙোল্লা ওঙলুদৌরিবা মফম অদু, "অদুদনি মদুদনি" হায়বগী য়াবী শানবদা "ফৈনে মদুদদি" "তনখ্রেদা মদুদদি" হায়নবা কযা য়াওবিবনি ওঙলুগদৌবিবা লৈরুগদৌবিবা লমদমদুগী অপাম- পামদগী অফ- ফত্তগী মতুংইন্না। লৈরুগদৌবিবা ইমুং/নুপা অদুগী অফ- ফত্ত খন্নবগা লোযননা লৈফমগী অফ- ফত্ত খন্নবা কযা য়াওরিবনি। লম পামদ্রবসু লৌগদৌরিবা/লৈগদৌবিবা নুপা নৎত্রগা নুপাদুগী ইমুং মনুংগী মওং য়েংলগা য়ূম্বানবা, নীংঙোন থাজবা কয়াসু যাওবি। লাইবক্তা তম্লক্লবনি খন্দুনা পামদ- পামদা পেম্থোকনবসু কোঙ্গায়নি। হৌজিকতি লৌরায- ইন্ফাল খেন্নবা লৈত্রবনি হাযনা খশে দাকনবসু যাওনবকলি। চিক্রা খুঙ্গংদা লৈবনবু ফবে হায়নবসু য়াওরি। অমবু ওইবে অমবু ওইবে অযাম্বনা নুপা অমদি নুপাগী ইমুং মনুংগী বা ঙাক নত্তনা হুম্বুবা লমদগীদি হেন্না চাওখৎপা লমদা নীংঙোন থাজনীংই। কনাগুম্বা খবদি হেন্না চাওখৎপা মফম, নুংঙাই- যাইফবা ইমুংদা নীংঙোন্না লৈখ্রগা চন্নকুগদ্রা চন্নয়োইদ্রা, থীনা তৌবীগদ্রা লৌরায় নীংঙোন্নি হায়বীগদ্রা পাখৎচবিবনি।

নোংমা অয়ুক অঙনবনি। ইশেল থোকপা অমা লাকই। "ইবাই! অঙাং অতোনবদু নুপীমচা অমা পুরক্লে, ইবাই শংলবদি পাউ হায়দোকমীন্নরুসি হায়জবা লাকপনি" হায়রে। করি লমদগীনো কনাগী মচানি হায় হংবদা লম অদুদগীনি, অদুগী মচানি হায়দুনা লৈফম অমসুং

অপোকপগী মিং হায়রকই। এ ! মাদি ঐখোয়গী পার্টিনি, মাগসু মুন্না খঙনৈ খুন্নদা "অদুনা ইবাইসু য়াওবীনবা হায়জবা লাকলিবনি" হায়রকই। "ফরেনে নহাক্‌সু পার্টি পূল্লে থৌরাং তৌরম্মো ঐসু লাক্লগে হায়দুনা মাবু হলহনখ্রগা ঐসু চৎনব্া থৌরাং তৌবে। ঐহাকনে, ইশেলদুনে, অতোপ্পা ইনাও থোকপা অমগা পাউ হায়দোকপা চৎমীন্নবে। চৎলিবা ঐখোয় অহুম পার্টি পূল্লি, নুপীমচাদুগী অপোকপদুসু ঐখোয়গা পার্টি পূল্লি। থোইদোক্লা চিংনবা নুংনাংবা লৈতনা চৎলি। নুপী ময়ূম য়ৌরে। ঐখোয়বু ব্যবহার তৌই, ঐখোয়নসু ভক্তি কৎলি। অদুবু খল্লম্লগা ওইরম্লগা খবা খেন্নবগী মওং উবা ফংখি। অশাউবা উৎত্রবসু মনীংথুংদবগী ইঙ্গিৎ উৎপগুম তৌই। ইমুংদা নুপী অঙাং ব্রাবী শানবা খবসু হাইফেৎ তাবগুম তৌই। "তেম্বাদবু" হায়বা ব্রাহে অমা য়াওখি। মদুনা লংলা লংজীন ওইবগা মখোয়গী মনীং থুংদবা অমদি লৈববোইরে হাযবা খঙখি। ঐখোয় তানা তানা তাশীন্নদনা লৈখি, তূমীন্না খাঙখি। "তনখ্রেদা লমদুদবু" হায়বা ব্রাঙাঙ অমসু য়াওখিবগুম তৌই। পূক্লিংদা খল্লি লমগী মতাঙসিদদি খঙনৈ- চান্নৈ, পার্টি পূল্লি পূন্দেগী ব্রাফম লৈতবোইবে। মফমদু ইম্ফাল সহবমকসু নত্তে, তেম্বাদগী লম্বী- থোং অমদি অতৈ লম খবদা চাওখৎপা হেনবগী ব্রানি। খল্লি নহালমখৈ মখোয় ঐখোয তিন্নরম্বসি ঐখোযদা হন্থবা মীৎয়েং অমদি য়েংবোইবে হাযনা। ঙাইহাক ব্রাবী ব্রাতায শানববা মতুংদা ঐখোয হল্লক্লে। মতুং তাবকপদা লুহোংবগী ব্রা খন্নদুনা লুহোংবগী থৌরম পাঙথোকখি। কবিগুম্বা মতাঙদদি তেম্বাদা মীবমদগী চেল্লকপা নুপী কয়া তেম্বাদা মচানুপী থাজনীংদদুনা কবিগুম্বা উপায় অমনা মচাবু লৌথোক্লগা লুহোংদবা কয়াসু য়াওখ্রবনি।

মখা তাবা ওইনা কোন্না ঐখোয় মশেল ঐখোয়গী খুলদা ব্রাবী শানবদা নুপী চেল্লকপগী পাউ হাযদোকপা চৎলুবগী থৌদোক কয়াগী ব্রাফমসু য়াওরকখি। পাউ হায়দোকপা চৎলুবদা নুপী য়ৌবকত্রিবমখৈ মী

অমদি লৈবীহৌ হায়দুনা নুপী মযুমদা ফাবা (ফাববুদি নত্তবা চুম্না লৈবীহৌ হায়বা), অদুগা করিগুম্বদনা মসিগী ওয়ে- তৈনবদা নুপী মযুম্না ব্যবহার ফজমনখিবনা হায়দোকপা চৎলুবা ঐখোয়না হেন্না ইকায়বা, মীনা তৌরকপনা হেনবা, অদুগা ঐখোয়না য়াঙাং- শাঙাংদা শোযখিবা, অমবোমদনা তেম্ছাবু হম্হনা য়েংবা মীৎয়েং য়াওরম্বা থেংনখিবা কয়া মথং মথং হৌখ্রবা থৌদোক কয়া নোক্লা, হবাওনা, নুংঙাইনা, করিগুম্বদনা থরায় নুংঙাইতনা ৱারী শানখি। ঐনসু ঐহাক য়াওনা চৎলুবা থৌদোক্কী মতাঙ পাউদম্মী, মানা মানা চৎলুবা অতৈনসু থৌদোক কয়া পাউদম্মী। নোংমদি অসুম্না ৱারী শানবদা ঐখোয়গী মবক্তগী অমনা ওস্থোকপা থৌদোক অমা পাউদম্মী। পাউ হায়দোকপা চৎলুবা অদুদা নুপী মপানা করি লমনো হংবদা "তেম্ছানি" খুম্মুবদা "ইপাগী ইবেম্মা ইপা লোইবে লোইবে" হায়না কপ- লাউবগী ৱারী হৌদোবকই। হৌখ্রবা থৌদোকনিনা ৱারীদু ঐখোয় নোক্লা নোক্লা তায়, পাউদমলিবা অদুনসু নোক্লা নোক্লা পাউদম্মী। অদুবু নুমিৎতুদা মফমদুদদি কদায়দগী নোক্লীংলুবা হায়না ইশি শিনা নোক্কুনা পাউদম্বনি।

নোংমা অমুক ঐহাক সাহিত্যগী মীফম অমা য়াওবা চৎলি। মেইন বোদকী মনাক্তা লৈবা য়ুম অমদা শন্ন- নৈনবনি। সাহিত্যগী থৌবম অমা পাঙথোক্লবগী মতাঙদনি। সাহিত্যগী ৱা শন্নদ্রিঁদো লুহোংগদবী নুপীমচা অমগী মবমদা ৱারী শানৈ মীফমদুদা য়াওবা মেম্বর অমগী ইমুংগী মীনি লুহোংগদৌবিবী নুপীমচাদু। হংই ঐখোয়গী মরক্তগী মেম্বর অমনা: "করি লমদনো, নুপাদুদি করি থবক তৌই"। খুম্মী নুপীমচাদুগী ইমুংগী মী অদুনা: "তলবু তল্লিদা" হায়গদবা হায়রম্লগা নুপাদুগী লমদুগী মমিং অমসুং শিনফম হায়রকই। লুহোংগদৌবিবা নুপা অদু কলেজগী ওজানি, মতীক চাববা হাযবদুনি গোর্ভনমেন্ট কলেজগী ওজানি। মাগী লৈফম (খুল) অদু তেম্হাদগী হেন্না চাওখৎপা লম্বী থোং ফবা মফমনি। ঙসাই

হংখিবা মেম্বরদুনা মখা শমথে: লমগী ব্রা থোইদোক্কেদা, নুপাদু মতীক চারগা লোইরে। মসি হায়রগা লমদুদা পোকখিবা শক্লাইরবা কনাগুম্বা অমগী মিং পল্লদুনা মতীক চাবা মীদি অসি অসিনি হায়খি। অসি হায়নদুনা মখা তানা লুহোংবগী মরমদা ৱারী শানখি। ঙাইহাকতংদি ঐহাক তূমীন্না লৈখি, ব্রা ঙাঙখিদে, তাদমক তাখি। পূক্লিংদদি খল্লি "করিগুম্বা লুহোংবা অদুনা তেম্থাদা ওইবম্বা তারল্লবা (তেম্থাদা নুপাগী লৈফম ওইবল্লবা) অদুগা মীচম ওইরল্লবা করম থোক্লমগবা, করি হায়নরমগবা। অমুকসু নীংশিংই নোংমা ঐহাক্কী শৈরেং লাইরক অমা ফোঙবদা "লৌব্রায়" হায়বা মতাঙ অমগী মবমদা শক্লাইরবা সাহিত্যকার অমনা হায়খিবা: "সাহিত্যদদি লৌব্রায় হায়বসি শীজিন্নরোইহসি"। ঙসি সাহিত্যগী মীফম অসিদা পোকফম লৈফমগী মতাঙদা সাহিত্যকারশিংনা ঙাঙনরিবা, মখোয়গী থম্মোয়দা তারিবা মমি ঐগী থম্মোয়দসু মমি তারকখি। করিগুম্বা খরা খল্লকখি, ঐনা তেম্থাদা পোক্লবনা।

মথক্কী থৌদোক খরা অসিদগী থোরকখি থিংবা ঙমদ্রবা থম্মোয়গী ব্রাহে খবা ঐগী কলমদগী। অসুম্না শাফোঙলকখিবনি মথক্কী শৈরেং অসি "মথব্রায় নুংঙাইখিদবা বাজেন"

ঐগী পোক্লফম লৈফম তেম্থানি। মসিবু ঐগী লাইবক্লা ওইবিগদ্রা নংত্রগা কর্মগী ফলনা ওইরিগদ্র? তেম্থাদা ঐনা পোক্লীংই হাযদুনা পোকপদি নত্তে। তেম্থাদা পোক্লবনা তেম্থাবুদি নুংশিজৈ, থাদোক্লীংদে। লাইবক্লা তল্লকপনি খন্দুনা তেম্থাদা অদুম পুন্সি লোইদ্রিফা ওবদি মরেল্লগে খল্লে। লাইবক্লনি খঙদে করিননি খঙদে তেম্থাদা পোকপা কয়া সহরদা লৈখিবা য়াওবে, সহবদা পোকপা কয়া তেম্থাদা লৈরবসু য়াওবে। খঙদে মসিবু লাইবক্লা ওইরিগদ্রা? লাইবক্লা ওইবু ওইরবসু ওইবু ওইদ্রবসু "লাইবক্লা" হায়না মিংথোনবা শৈরেং অমদি মখাগী অসুম্না ইরে:

## লাইবক্লা

লাইবক্লা তোম্বা তেম্বাদা পোকই
লাইবক্লা যাদব দিল্লিদা পোকই
লাইবক্লা তোম্বা দিল্লিদা হোংখি
লাইবক্লা যাদব তেম্বাদা লৈখি।

লাইবক্লা থোইবী ৱাংজিংদা পোকই
লাইবক্লা চাউবী ইম্ফালদা পোকই
লাইবক্লা থোইবী ইম্ফালদা লুহোংই
লাইবক্লা চাউবী ৱাংজিংদা ওংই।

লাইবক্লা চাউবা দাক্তরগী মঁচানি
লাইবক্লা কালা লৌমীগী মচানি
লাইবক্লা চাউবা ওস্তা শিখি
লাইবক্লা কালা দাক্তর ওইখি।

লাইবক্লা হোঙবা ইনাক খুল্লি
লাইবক্লা তৃপ্পা য়াম্না লায়বে
লাইবক্লা হোংবা কেন্সরনা নাই
লাইবক্লা তৃপ্পা লোটরী ফাওই।

লাইবক্লা হেমন্ত এরোপ্লেন তোংই
লাইবক্লা বসন্ত খোঙনা চংলি
লাইবক্লা এরোপ্লেন চীংদা থেঙ্গায

লাইবক্লা বসন্ত সনা খূল্লি।

লাইবক্লা ফরবা হেক্তা মফে
লাইবক্লা ফৎত্রবা হেক্তা মফত্তে
লাইবক্লা ফরবা মপা চায় তৌরু তৌরু
লাইবক্লা ফৎত্রবা পূখবা ওই অরেঙ অরেঙ।

লাইবক্লা তম্বা খেৎতোকপা ঙমদে
লাইবক্লা তম্বা হোৎনদবা য়াদে
লাইবক্লা য়ারবা শোয়বা লৈতে
লাইবক্লা য়াদ্রবা উপায় লৈতে।

লাইবক লাইবক লাইবক
হোৎনদ্রবসু য়াবা লাইবক
হোৎনদবা য়াদবা লাইবক
হোৎনফম থোকপা লাইবক।

অসুম্না অতৈ অতৈ লাইবক্কা লোয়নননা পোকফম লৈফম অসিসু লাইবক্তা তম্বা খবসু লৈব্রা খল্লি। ঐনা তেম্থাদা পোক্লুবনা ঐগী পুন্সিদা লৌৱাযগী ৱাফম পল্লকপদা থম্মোযদা তীং তীং পানবা থৌদোক কয়া লৈখি। থিংবা ঙমদ্রবা ঐগী কলমদগী থোরকখি "লৌৱায়" হায়না মিংথোনবা শৈরেং অমা মখাগী অসুম্না:

**লৌৱায়**

লৌৱায় সহবদগী লাপ্না লৈবা লৌৱায
... লৌ ৱায়দুনা উবা লৌৱায

... লৌ উবদা ৱাখা লৌৱায়
... লৌ উদুনা হিংবা লৌৱায়
... অশাং- অমাম্না থল্লবা লৌৱায়
... সহরগী মীনা উশীংপিদবা লৌৱায়
... হিংবদা য়াম্না ৱাবা লৌৱায়
... সহরগী মীনা নোক্রবীবা লৌৱায়
... শেংনা হিংজবা লৌৱায়
... ঈংনা চিক্লা লৈজবা লৌৱায়
... মীৱা- মীশা হন্থবা লৌৱায়
... সহবগী মৈশা য়ৌবক্লবা লৌৱায়
... সহরগী চংনবী য়ৌরক্লবা লৌৱায়
... মীনা হন্থনা য়েংবীরবা লৌৱায়
... খুদোংচাবা য়াম্না ৱাংলবা লৌৱায়
... ঙাকপি শেনবিবা ৱাংলবা লৌৱায়
... খুদোংচাবা লৈতবা লৌৱায়
... শূব- শূবগা ৱাবা লৌৱায়
... ফত্তবা ঙাঙনফম ওইরবা লৌৱায়
... চৈথাংদুনা ঙাঙবদা পন্নবা লৌৱায়
... লমচৎ শাজৎ চুমদবা লৌৱায়
... ৱাঙাঙ শাঙাঙ ফজদবা লৌৱায়
... থকসি- খাসি ৱাংলবা লৌৱায়
... ইম্ফাল মনুংদা লৈবা লৌৱায়
... লৌৱায় মনুংদা লৈবা লৌৱায়
... অচৌ- অশাং মরক্তা লৈবা লৌৱায়
... মীদা মীমচা ওইবা লৌৱায়

... ভারতকী থবায় ওইবা লৌৱায়
... মাঙ্গেমগী থৱায় লৈকম লৌৱায়
... থোমাস হার্দিনা পামজবা লৌৱায়
... সহৱনা মপাল তাংবা লৌৱায়
... তাইবঙ মীরমলেনগী লৌৱায়।

থোমাস হার্দি পোক্লফম লমদমবু নুংশিজবা ইংলিস উপন্যাসকাব অমনি। লণ্ডন্দা পুন্সি চুপ্পা লৈদুনা সহৱগী পুন্সি মবেল অদু পামখিদে। চিক্লবা খুঙ্গংগী পুন্সি মরেলগা ঈরোয়ননা অচিকপা মফমদা চঙজফম লৌখি। মসিগী ওন্ন- তৈনবদা মীওই কয়া অমদি খজিক্তং য়াইফবকপদা নংত্রগা কবিগুম্বা তঙায় ফদবদগীনি খঙদে কবিগুম্বা অমদগীনি খঙদে পোক্লফম খুঙ্গংগী লমদম থাদোক্লগা সহরদা লৈনবা যাওরি অদুগা মখোয়গী মরক্তা খরদি মখোয় মশামক খুঙ্গংদগী হৌরকপনি কাউথোক্লবি।মণিপুর অসিদসু অসি মঙায়। খুঙ্গংদগী ইম্ফাল সহবদা হোংগৎখ্রগা নোংম- ফাদোক পোক্লফম মবমদমদা চৎপদা "লৌৱাযদা চৎলুখিগে, লৌৱায় কৃম্নুগে" হায়বা ৱাঙাঙ অসি তত্তনা শীজিন্নবা কয়াসু য়াওরিবনি (ইম্ফালদা হোংগৎখ্রবা লোইনমকপু নত্তে, কনাগুম্বা খবগী ৱাফমনি)। চুম্বদি চুম্মী হায়ববু মখুঙ্গংবু থৌশাদবা অসি থোমাস হার্দিগী মফমদা লৈতে। লণ্ডন্দা থবক তৌরিঙৈদা সহবদা লৈতবা য়াদবদগী লৈকুরবসু থবক্কী মতম লোইরবদা মখুঙ্গংদা হল্লক্কুনা লৈখি। মহাক খৃষ্টগী কুম ১৮৪০ গী জুন ২দা খাথংবা ইংলেণ্ডদা লৈবা দোবচেষ্টরগী মনাক অপর বোখামতোন্দা পোকই অদুগা খৃষ্টগী কুম ১৯২৮ দা মশাগী চহী ৮৮ শুবদা তাইবঙপান থাদোকখি। মহাক্লা মহাক্কী পোক্লফম লমদম্বু (মখুঙ্গংবু) নুংশিজ্জখিবা থাদোক্লীংদবা মহাক্কী পুন্সিবু ঐহাক্লা পামজরুই, ঐনা তেম্হাদা পোক্লুবনা।

ঐহাক্তা থৌবাল কলেজদা ওজা ওইরিঙৈদা নোংমা ওঙ্খোকপা থৌদোক অমা থোকখি। থৌদোক অদুদা ঙাওনখিব্রা ব্রাঙাঙ শ্যাঙাঙ অদু তাবদা ওঙ্খেক্রো হৈনখিদ্রে। নুমিৎ অদু পরীক্ষানি। মণিপুর য়ুনিবর্সিটিদগী পরীক্ষা য়েংবা ওজাগী টীম অমা লাকই। মখোয় খরা চাইথোক্লদুনা পরীক্ষাগী কা কাদা চঙই। কা অমদা পুরিবা ইনবিজিলেটর (কলেজগী ওজা) অমগা য়ুনিবর্সিটিগী ওজা অমগা লাউনরকই। জাং জাংকী ব্রা হায়নবকই। য়ুনিবর্সিটিগী ওজা অদু ঐহাক মুন্না খঙই, ইম্ফালদগীনি, ডি এম কলেজদা ঐহাক্তা আই এ তম্মীন্নরকপনি। পরীক্ষাদুগী য়েঙ্খোকপদা লেম্বা অপার স্ক্রিপ্ট অমগী মতাঙদনি। লাউনদ্রবসু য়াবনি। পরীক্ষাদুগী এ. ও. সি. অমা ওইনা ঐহাকসু লাইনবিবা কা অদুদা চঙলুই। ওজা অনী অদু হায়- দিগ্রীদা গরম কানখি। ব্রা খবা কন্না ঙাওনরবা তুংদা য়ুনিবর্সিটিগী ওজা অদুনা অমুক্তা "ঐ ইম্ফাল মচানি খঙদ্রা" হায়রকপদা ইনবিজিলেটর অদুনা "ঐসু য়াইবিবোক মচানি খঙদ্রা" খুম্মী। য়াইরিবোক্কী ওজা অদু মীনা লাকচবা য়াবা নত্তে। অব্রায় অখুমগী লান ফনা কল্লি। তাবদা স্বায় স্বাষ লাউই, নুংদি নুংঙাই। ইপোমগী জগৎতা মমিং লৈখিবা মযাং ইম্ফাল তোম্বীগী "খাতু বামায়ণ" গী ব্রারীদা লাইথবোইগা য়োংচাক্কা খৎনবা, চীন্দা পাউদানবা অদুগা হাইফেৎ মান্নে। পরীক্ষাগী কেন্দিদেটশিং ইবা তোক্লদুনা ঙাইহাক যেংনৈ। মতুংদা ময়াম চঙদুনা টেন্সন অদু নেমথহনখি অব্রাংবা থাক্কী ইন্টলেকচুয়েলগী মীওই ওইবিবা কাঙবুগী মবক্তসু পোকফমগী চাউথোকপা নাপল অদু নুংদা থম্বগী মহৎতা মপাল থোক্লা হৌজিকসু ফোংদোক্লবিবোইকো হায়না খনখি। লমদা লৌব্রায় ইম্ফাল খাযবা নত্তে মীদা খায়বনি হায়নরিবনি। অদুবু লাইরিক হৈববা মী ফাওবা পোকফমদা বেজ তৌদুনা ঙাঙনরি, মী উশিংনদ্রি। অদুনদি অতৈদদি করি ওইফম থোকই। খল্লকই: লৌব্রায ইম্ফালগী খেন্নবা ব্রাখল অসি কনাগুম্না খরগী মফমদদি পাক হেক

মুখৎপা য়ারোইদৌরি। অদুবু ঐঙোন্দদি থৌদোক অদু কান্নবা অমা ওইখি। থৌদোক্কুনা "*লৌরায় অদুম মওইরি, য়ুম্বাল কায়বা, থরায়না তাজবা, লৌরায়, ঙাঙনদ্রগা তোকখিনি*" হায়বা শৈরেং খরা ইবগী খুদোংচাবা লৈখি। নীংশিংবা য়াবা অমনা "*ঐ ইম্ফাল মচানি খণ্ডরা*" হায়রম্বদু সাহিত্যগী মীনি। নুমিৎতুগী থৌদোক্তা ঐবু জাৎ জাৎকী রাখল খনহল্লি। মতম খরদি নুমিৎতুগী থৌদোক নীংশিংদুনতা লৈখি, ঐনা তেম্বাদা পোক্লবনা।

কলেজদা ওজা অনীনা ঙাঙনবা তারুরবা মতুংদা অমুক করিগুম্বা খরা তাখি থেংনখি। খুঙ্গংদগী ইম্ফালদা হোংগৎখ্রগা, খুঙ্গংদগী ইম্ফালদা ময়ূম পানখ্রগা (ইম্ফালদা নৎত্রবসু তেম্বাগুম্বা খুঙ্গংদগী খরা হাইগৎপা চাউখৎপা খুলদা লৈখ্রগা) তেম্বাগুম্বা পোক্লফম লমদম্বু মীরায়রকপা, লৌরায়দা লৈনীংদ্রবসু তলব চাবা পাম্বদগী লৌরায়দা য়ূম্বানবা, লৌরায়গী তলব চাবদা লুহোংলবা তুংদা ইম্ফালদা হোংগৎনবা তক্লবা কয়াগী রারী তাবা ফংখি, উখি। মসিনা মরম ওইদুনা মথক্তা পঞ্জখিবা শৈরেং খরা অসি ইননবা ঈনোৎ পীখি। "*লৌরায় অদুম মওইরি*" হায়বা শৈরেংদা অসুম্না ফোংদোকচে:

ইম্ফালদবু পোক্লসু/ইম্ফালদবু হোংলসু/লৌরায় শাজৎ চৎলবদি/লৌরায় মচা কৌবনি/। লৌরায়দবু পোকপনি/লৌরায়দবু চাউবনি/লৌরায় মচা কৌবনি/পোক্লফম য়েংদুনা/। ইম্ফালদবু হোংগৎলি/লৌরায়বুদি থৌশাদে/লৌরায়বুদি হুল্লকই/পোক্লফমবু কাউরকই/। লৌরায় চৎকে হায়রকই/পোক্লফমদা চৎপদা/চাওখৎতেবু হায়রকই/মাগী পোকফম লমদুবু/। চীন্দা তোয়না হায়রকই/লৌরায় লৌরায় পল্লকই/ইম্ফল মচা শানীংনা/"ঐখোয় ইম্ফাল" হায়রকই/। লৌরায়বুদি উশীংতে/লৌরায়বুদি থৌশাদে/লৌরায়বুদি চৈরকই/লৌর ায়বুদি কাউথোকই/। ইম্ফালদবু হোংবদি/লৌরায় মচা ওইদ্রসু/রাঙাঙ

শাজং লমচংজা/লৌবায় অদুম্ন মওঙ্গীরি/।

অতেনবা শৈরেং অমা অমুক ই। "*থুম্মাল কায়বা*" হায়না মিংথোল্লি। শৈরেংদুদি অসিনি: *তলব চা'দা লৈনীংই/লৌবায়দদি লৈনীংদে/, শক কজবদি পাম্মী/লৌবায়দদি লৈনীংদে/ইম্ফালগী অকেবীদো/, লৌবায় সিংহ শকহেনবা/ তলবপুদি চাবনি/পামজরুরে অকেম্বী/লুহোংলে মঙোল্দবু/, লৌবায়দবু লৈনীংদ্রে/হোংসি হায়রে ইম্ফালদা/, সিংহনবু ময়াদ্রে/খায়ন'তারে মখোয়'নী/থুম্মাল কায়রে সিংহদু/*। থম্মোয়বু শুমহৎলবদি, থবায়নবু খেয়দারবদি লৌবায়বু পামদ্রবসু লৌবায়দা লৈবা কয়া য়াওরি। "*থম্মোয়না তাজবদা*"হায়বা শৈরেংদা অসুম্না ইজে: *ইম্ফালগী কেথবীনা/থীনা চৈখি লৌবাযবু/, মাগী থম্মোয় শুমহৎখি/লৌবায় শকহেন পাখওদা/, ময়ুম পানখি কেথবী/লৌবায় মচা শকহেন্দা/*।

অসুম্না "লৌবায়" হায়বা বাহৈ খরা য়াওবা শৈরেং খরা ইদুনা অতৈ শৈরেং খরগা পূল্লগা শৈরেং লাইরিক অমা ফোঙবগী থৌরমদা নোংমা থৌরমদুগী ময়ায় তাঙবলদা লেঙশীন্দুনা থৌরম য়াওবা শক্লাইববা সাহিত্যকার অমনা সাহিত্যকার ঐখোয়গী মফমদদি লৌবায় ইম্ফালগী বা থোইদোক্তে, লৌবায়গী বাফম থাদোক্লগা খুঙ্গং হায়বা অসোমদা মীৎয়েং থমসি হায়বীখি। শক্লাইরবা সাহিত্যগী সমালোচক অমনসু লাইবিক্তুগী মবম পাউ- চে অমদা মশক তাকপদা পিয়ুবাইন ওইবা শৈবেং খবা য়াওই মদু যাওহন্নীংদবগী বাফম থম্বীখি। মসিগী মতুংদা নোংমা লৈখিদ্রবা শক্লাইরবা অরাম্বম সমরেন্দ্রগী লান- থৌরম চৎপদা তিল্লমলিবা মীয়াম উবদা ওম্বোক্লা য়ামগ্রেদা হায়না বারী শানবদা শক্লাইরবা মীওই অমনা ইম্ফালগী মীদি পংয়ামবু য়ামদে লৌবায়- থবায়গী মীনা অয়াম্বনি হায়রকখি। শক্লাইবা মীওই অদুনা (মমিংদি পঙ্গদ্রে) ইচম চম্না হায়রকপা অদু তাবদা নহাল ঐগী লাইরিক ফোঙবদা ময়ায় তাঙবলদা লেঙশিনবীদুনা

থৌরম অদুদা হায়বীখিবা অদু খঙনীং নীংশিংখি। ঐহাক্না খনখি *হায়মু হায়নদ্রবদি ইনরয়োইদবনি, হায়নবগী ইনরিবনি।* খুদক্তা পরেং অহুমগী শৈরেং মচা অমা বার্তন চেদা ইখি। *"ঙাঙনদ্রগা তোকখিনি"* হায়না মিংথোক্লি। শৈরেং অদুদি অসিনি: *লৌবায় হায়না ঙাঙনরি, ঙাঙনরিখে ইখিনি/ঙাঙনদ্রগা তোকখিনি, ঙাঙন' হান্না তোকখিসি/সমাজ' মিংশেল সাহিত্য, তারি মমি সমাজগী।* অসুম্না ঐগী ৱাখলদা করি করিনো জাৎ জাৎ খনখি, ঐনা তেম্বাদা পোক্লুবনা।

থৌদোক অমসু লৈরি। করিসু লৈতবা থৌদোকনি, য়াম্না চম্বনি। ঐনতা লূম্না লৌজরুবগী ৱানি। খৃষ্টগী কুম ১৯৫৫ গী থৌদোকনি। মতম অদুদা ঐহাক থোংজোমদা ক্লাস সিক্স তমলি। মতম অদুদা ঐহাক ঐহাক্না তমলিবা স্কুলদুগী ক্লাসকী রোল নম্বর ৱাননি। নোংমা ৱাংজিং এম ই স্কুলদগী ওজা অমা তেম্বাদা লাকই। ক্লাস ফোরদা তম্বা স্কুলদুগী ছাত্র অমগী য়ূমদা লাকপনি। ছাত্র অদুগসু ঐহাকা য়াম্না তিন্নে, শান্নমীন্নবনি ইমান্নবনি। ইমান্নবদুগী অপোকপা অদুনা ওজা অদুদা ঐগী শক তাকই। থোংজোমদা তম্বনি মকোক ওইরিবনি, লাইরিক্তা থৱায় য়াওথ্রবনি হায়। ওজা অদুনা খুদক্তা খুম্মী: *"তেম্বা মচানবু ফনা ফদুনসু খরা চাউরক্লগা নুপী থিদুনা লাইরিক তম্বা তোকখ্রদৌবনি মেট্রিক পাস তৌরোইদৌরিবনি।"* ওজাদুগী ৱাঙাঙদু তাবদা ঐঙোন্দা করিগুম্বা খরা থম্মোয়দা ফাওখি। মহাক্কী মমাঙদা মেট্রিক পাস তৌদবা য়াদে হায়বসি ঐহাক্কী অরেপ্পা ফিরেপ ওইখি। ঐহাক্কী হায়স্কুলগী পুন্সিদা ইমান্নবশিংগা করিগুম্বা মতাঙদা মত চানদবা খরা য়াওখি। ইমান্নবশিংনা করিগুম্বদা ষ্ট্রাইক তৌদুনা ক্লাস বোয়কোট তৌবদা ঐহাক্তি য়াওখিদে। ইমান্নবশিংগা ইশা খিং খিং লাউনা ইচঙ থৌনা থবক চত্থমিন্নবা ঙমখিদে। ঐগী ৱাখলদা ষ্ট্রাইক, ক্লাস বোয়কোটনচিংবা তৌরগা লাইরিক তম্বদা কায়গদ্রা, পরীক্ষাদা শোয়গদ্রা হায়বা অসিদা ৱাখল লূপখি। করিগুম্বা পরীক্ষা

শোয়বা তারবদি ওসাই পঙ্খিবা ওজাদুগী মাওদা চাং তাবা তাগনি হায়বসিদা ৱাখল লূপখিবনি। নীংশিংবা য়াবা অমনা মতমদুদা তেম্বাদা মেট্রিক পাস তৌবা অমত্তা লৈত্রি, ঐহাক্কী মাওদা হান্না তমলম্বশিংসু ক্লাস খরা ৱাংখৎলক্লগা তোক্লখিবা, খরা অমনা ওন্না যম্মূম পান্নখিবা, মেট্রিক য়ৌদনা লাইব্রেরি তম্বা লেপ্পখিবা, অয়ৌবা য়াওরবসু পাস ওইবা ওন্নখিদবা, অমুক হন্না পরীক্ষা থাবগী মহুৎতা লুহোংনখিবা অসিনি। মদুগী মতৌ তমদুনা ঐহাকসু মেট্রিক পাস তৌদনা নুপী থিরগা তোকখিনি হায়বসিদনি ওজাদুনা হায়খিবা। ঐনা তেম্বাদা পোক্লুবনা ওজাদুনা হায়খিবদু য়াম্না হকচিন্না লৌখি, পাস তৌদবা য়াদে হায়বসি ঐগী অচেৎপা ফিরেপ ওইখি।

হেন্না চাওখৎপা লমগী মীনা তেম্বাবু হস্নুনা য়েংবা, তেম্বাদা লৈবা মীবু হস্নুনা খনবা কনাগুম্বা খরগী কাইদা উরুবদগী ঐনা ইজখি শৈরেং অমা: *"উশিংতবা তৌবীগনু মোইরাংথেম রাজেনবু"*।

ঐনা তেম্বাদা পোক্লুবনা লাইব্রেরি তম্বদা মতম অদুদা থেংনখিবা অৱাবা খুদোংথিবা কয়া অদু হৌজিক্কী মীরোলদা পাউদম্বদা থাজগনি নীংদে। মতমগী অওনবা লাকপনা হৌজিক্তি মহে মশিং তম্বদা খুদোংচাবা কয়ামরুম লৈরে। ঐহাক্না থেংনখিবা অৱাবা অদু ইশামক্না ফাওবা কাউশিল্লকলে। মায়োক্লখিবা থেংনখিবা ইশামক্না ফাওবা কাউরবসিদবু থেংনদবা হৌজিক্কী মীরোলদা পাউদম্বদবু করম্না থাজগদৌরিবনো? কিলোমিটর ৬/৭ লোম লাপ্পা খোংজোমদা খোঙনা চৎতুনা ক্লাস থ্রীদগী সিক্স ফাওবা অদুগা চাওয়াইমা হায়স্কুল, থৌবালদা কিলোমিটর ১১/১২ খোঙনা চৎতুনা লাইব্রেরি তম্লকখিবনি। ঐহাক্কী ৱাফমদদা নত্তে, অতৈ কয়াগীসুনি অৱাবসি। তেম্বাদা পোক্লুবনা অৱাবা কয়া মায়োক্লশ্লবসু তেম্বাদা পোক্লুবদগী মিংচৎ কয়া ফংখিবসু লৈখি। খৃষ্টগী কুম ১৯৬০ দা ঐহাক মেট্রিক পাস তৌই, তেম্বাদা অহানবনি, অদুনা তেম্বা পূম্বনা ঐবু

লোইনা শকখঙবী। খৃ: ১৯৬২ দা আই এ অদুগা খৃ: ১৯৬৪ দনা বি এ পাস তৌই। মসিসু তেম্থাদা ঐহাক্না অহানবনি। করিগুম্বা ঐহাক্না তেম্থাদা পোক্লমদ্রবা, যৌবাল নংত্রগা ব্রাংজিং নংত্রগা ককচিংদা পোক্লন্নবদি অসিগুম্বা অহানবা অসি ফংলমলোইদবনি। চহী অনী লেপ্পুরবা মতুংদা খৃ: ১৯৬৭ তা এম এ প্রিবিয়স অদুগা ১৯৬৮ দা এম এ ফাইনেল প্রাইবেট কেন্দিদেট ওইনা পরীক্ষা থাদুনা পাস তৌই। এম এদি ব্রাংজিং অমসুং খোংজোমগী অকোয়বদা লৈবা খুঙ্গং ১৪/১৫ রোমগী মনুংদা ঐহাকনা অহানবনি। অদুনা অসিগুম্বা অহানবা অসি ঐনা তেম্থাদা পোক্লবনা ফংবা ঙমজখি। নংলমদ্রবদি অসিগুম্বা অহানবা হায়বা মিংচং অসি ফংবা ঙমলমলোই।

ইখুঙ্গং তেম্থাবু মীনা হম্থনা য়েংবা অসি ঐনা তেম্থাদা পোক্লবনা ফনা য়াম্না নুংঙাইখিদে। মদুদা খাঙঙমদবা কয়া অমসু য়াওখিবনি। অতৈমক নংত্রবসু মণিপুরদা তেম্থা হায়বা খুঙ্গং অমা লৈ হায়বসি মীয়ামদা খঙহনবদা শরুক খরা ফাওবদি য়াজনীংখি। ব্রাংজিং- তেম্থা হায়বা এসেম্ব্লী কেন্দ্র অমা লৈরকপদা তেম্থা হায়বা লম অমা লৈ হায়বসি মীয়াম্না ফনা য়াম্না খঙনরগনি খল্লুবদা নুংঙাইজবা পোকচৈ। খুঙ্গং কয়াদগী তোঙান- তোঙানবা লম কয়াদা মীথোই মীহেনবা শক্লাইরবা মীওই কয়া থোরকখি। মখোয় খরদি মখোয়গী পোক্লফম লমদমগা লোয়ননা মীয়াম্না মখোয়বু শকখঙনৈ। চাইরেন মৈনো, ব্রাংঙু বাজী, থাঙ্গ মাঙ্গোলজাও, উচিব্রা নবদ্বীপ, মোইরাং জাতি, উচেকোল লোখোন, লাংঙথেল থোইনু, ময়াংইম্ফাল তোম্বী অমদি অতৈ কয়া মখোয় মখোয়গী পোক্লফম লমদমগা লোয়ননা মীয়াম্না মখোয়বু মাগী মাগী শিনফম/কলাগা লোয়ননা শকখঙনৈ, ইকায়খুমনৈ। ঐসু মখোয়গুম্না তেম্থাই রাজেন (তেম্থাগী রাজেন) হায়না অমুকতংদি তেম্থাগা লোয়ননা করিগুম্বা খরদি তৌনীংই। ঐহাকী মিচংকী ব্রাফম নত্তে, তেম্থাবু

চিংখংপদা ঐহাক্কী খৌদাং খজিত্তং পুখোকচনীংবগী ৱাফমনি। তেম্বারু হম্বুনা য়েংলিবা মখোয়গী মাঙদা তেম্বাসু অসি অসি ওইরেকো খঙহল্লনীংবনি। অদুবু ঐহাকতি করিগুম্বা কন্না অমদা হৈখোই শিংখোইবদি নত্তে। অদুনা ঐহাক্না মঙজবা মঙ থবক ওইনা পাঙথোকপা ঙমদনা লৈরি।

মথক্তা শন্নগ্না পঞ্জব্রে ঐহাক্না লাইরিক তম্নকপগী মওং। হৌজিক অমুক খরা শন্দোক্না পাউদমজরি। ঐহাক্না তেম্বাদা পোক্লবনা খুদোংথীবা অৱাবা মায়োক্লখি। নোংদম্বগী নোংদম্মা তেম্বাদা পোকচরবসু নোংদম্বগী নোংদম্মা খুদোংথীবা অৱাবা কয়াবু মায়োক্লবা ঙমদুনা এম এ পাস তৌবা ঙমজখি। ঐহাক্না মপী লাইরিক তম্বা হৌরকপা মতমদুদা তেম্বাদা স্কুল অমত্তা লৈরমদে। খুলগী অহলশিংনা মীরমদগী ওজা নেক্লুনা মীগী শঙ্গোয়দা/মাঙ্গোন্দা তম্নকপনি। ইশা ইশাগী ফম্মনবা বোরা পুরগা তম্বনি। বোরা লৈতবা কনাগুম্বগীদি তৌফক (তৌ:না শাবা ফক) তা ফমদুনা তম্নবকপনি। চহী নৌরিঙৈদগী তম্নকপা নত্তে, মতম অদুদা চহী নৌরিঙৈদা লাইরিক তম্বা হৌনরমদে। চহী ৮ অদুৱাইদগীনি ঐহাক্না লাইরিক তম্বা হৌরকপা। অহানবা ওজাদি শ্রীসুরঞ্জয় কৌই, শীংজমৈ চীংঙা মখা, ইম্ফালদগীনি, তেম্বা নীংঙোন লৌবনি। নুপী মপামদা লৈদুনা লাইরিক তম্বীবনি। মথংগী ওজামা শ্রীহুইদ্রোম কালা সিংহনি, ময়াং ইম্ফালদগীনি, মহাকসু তেম্বা নীংঙোন লৌবনি, নুপী মপামদা লৈদুনা লাইরিক তম্বীবনি। মতুংদা অমুক ওজা শ্রীশোইবম মনাওয়াইমা সিংহগী মফমদা লাইরিক তম্মী, মহাক তেকচমদগীনি, মাবু অহলশিংনা ওজা ওইহনবনি। মহাকসু কোম্না তেম্বা নীংঙোন লৌই। ছাত্রশিংনা পালি নাইনা চেঙ, থাউ, থুমমোবোক, মরোয় মরাং পুথোক্লদুনা ওজাগী চাকথাক পীদুনা লাইরিক তম্নরকপনি। করিগুম্বা চহীদনা লৌবোক থা লোইবগা পুন্না ওজাগী ফৌথায় হায়দুনা চহীগী ফৌ ওইনা পী, করিগুম্বা

ঐনা তেম্বাদা পোক্লবনা/

চহীদনা থা থাগী শেলখায় ওইনা পী। অসুম্না ঐহাক ক্লাস থ্রী ফাওখা তন্মী। ক্লাস মপীদগী থ্রী ফাওবা ময়াম্বু মহাক মতোমতনা তম্বীবসি য়াম্না অরাবগী মশক্তি। মথা তানা ক্লাস মথং মথং তম্বীবসি মঙোন্দা পুবা থাংবা ওমলোইদবা পোৎলুম অমা ওইখি। ঐগী মথক্তা ওজাসিনা তম্বীবসি (ঐঙোন্দগী ক্লাস হেনবসি) ক্লাস অমত্তনি। ঐহাক্না ক্লাস টু তম্লিঙৈদা ক্লাস থ্রী তম্বা ছাত্র অহুম লৈ। মখোয়দু মতম খরা তম্নম্লগা তোকখ্রে। অদুনা ঐখোয়গী গ্রুপনা ইহেন হেনবনি। ঐহাক্না ক্লাস মান্নবসু ইশা থাদনা ছাত্র ৩ তনি। মখোয়সু অদুম তোকখ্রে। অনীদি পূকচৎপা লায়নাদা শিখিবনি। ক্লাস থ্রীদা লৈহৌবসি ইতোমতা ওইহৌরে। ঐহাক্কী মাঙদা ঐঙোন্দগী ক্লাস হেনবশিংনা তম্নখিবসি অরাপ্পদা চৎলগা তম্বনি, য়ামদে ৫/৬ তনি। ঐহাকসু লাইরিক তম্বা তোকপগী ফিবমদা লৈখি। বাবানদি মথা তমথহন্নীংবনি, তমথফম স্কুলসু লৈতে বাবাগা ওজাগা তান্নদুনা খোংজোমদা ক্লাস থ্রীগী পরীক্ষা থাননবা পরীক্ষাগী মাঙওইননা স্কুলদা (ভুবনেশ্বরী বিদ্যালয়) দা মিংচল্লি। খৃষ্টাব্দ ১৯৫২ গী লোইরমদাইদনি। য়ুমদগী স্কুল য়ৌবা অসি কিলোমিটর ৬/৭ লোমনি। ক্লাস থ্রী পাস তৌরবা মতুংদা ক্লাস ফোর কারে, মতম অদুদা ঐহাক চহী ১১/১২ রোম শুরে। ইতোমতনি অত্তে কনা য়াওদে তেম্ফাদগী লাইরিক তম্বা চৎপসি। ঐহাক্না হল্লকপদা ইমানা ঐবু ওকপা হেক হেক লাকই। কি: মি: ৩ লোম লাক্লুনা ওকপা লাকই। তেম্ফাদগী ইতোমতা ওন্না চৎলগা সমরাম খুঙ্গংদা ইমান্নবা (ক্লাস মান্নবা) অমগা চৎমীন্নে। মমিং লৈতাম্ফেম ঢাকা সিংহ (কোন্না দিরেন) কৌই। মাগী য়ুমগা ঐগীগা লাপ্পবসি কি: মি: ৪ শুম্বনি। ক্লাস ফাইব অমসুং সিক্সতদি তেম্ফাদগী ছাত্র ২/৩ গা চৎমীন্নে। মখোয় অদুসু ঐগী য়ুমগা কি: মি: ২ রোম লাপনৈ। ঐনা য়ুমদগী লাক্লগা মখোয় হৌরগা চৎমীন্নবনি। ক্লাস সিক্স পরীক্ষা থারমদাইদা য়াম্না কন্না হকচাং ওমখিদে, হকচাং ওমদ- ওমদনা পরীক্ষা থাই, কাংওবম

লৈকায়, ইম্ফালদা লৈরগা থাবনি। য়াম্না কন্না নাবদগী মীনা শিরনি হায়নৈ, শিনিংচিৎতগী হিংহৌবনি। পরীক্ষা ওন্নবা মতুংদা চাউয়াইমা হায়স্কুল, থৌবালদা ক্লাস সেবেনদা (খৃ: ১৯৫৬) মিং চল্লি। অথোকপমদা ইনে থোকপা অমগী য়ুমদা মতম খরা লৈদুনা লাইরিক তম্মী। মতম অদু অনাবা ফগৎলকপদা মণ্ডায়রি, কোক্কী শম পূমশিনমক্তনি। হৃকচাং খরা ফগৎলকবা মতুংদদি য়ুমদা হল্লক্তুনা লৈরগা থৌবাল ফাওবা হঙ্গন হন্দা খোঙনা চৎতুনা লাইরিক তম্মী। অশম্বা লম্বীদা মোইরাং পল্লিদা চৎলগা স্কুলগা য়ুমগা লাপ্পবসি কিলোমিটর ১১ রোমনি। বাংজিং কোইরগনা কি: মি: ১৩ রোমনি। মোইরাং পল্লিদা (খাঙবোক্কা তেম্বাগগী মরক্তা) থোং শাদবা তৌথংপা মফম অনী লৈ। নোংজুথাদা ঈশিং ঈচাউ থোকপদা কূমদুনা লাল্লগা চংপনি। হোংদোক্লবা খূদৈ পুদুনা চৎপসু য়াওই। ঈশিং য়াম্না চাউদ- চাউরবদি বাংজিংলোমদা কোইদুনা চৎলি। বাংজিং তুরেল তৌবালদা চৎপনি, মফম কয়ামুক্তা তুরেলগী ঈশিংনা লৌনম্বাল (তৌবাল) পাথোক্তুনা চেল্লি, মফম কয়াদনা তৌবাল নমখায়দুনা ঈশিং চেল্লি, চৎপা (লানবা) যাদে। মদুবু তুরেল কায়বা হায়নৈ। বাংজিংলোমদা কোইনা চৎপদা করিগুম্বদা তান চানবদগী বাংজিংদগী বস তোংদুনা চৎলি, গাড়ী য়াম্না চেন্দবনা অয়াম্বা মতমদা খোঙনা চৎলি। বাংজিং অমসুং শঙ্গাইয়ুম্ফমদগী ছাত্র খবগা চৎমীন্নবসু যাওই। য়ুমদা লাইরিক পানবা অয়ূক্তা মতম ফংদে। নোংঙানবগা চংনবা থৌবাং তৌই। হল্লকপদসু বাবনা পোপ তাই, হেক্তা তূম্মীংই। স্কুলদা উইবসু কোঙ্গায়নি। তেম্বা অমসুং খাঙবোক্কী মরক্তা মোইরাং পল্লিদা চৎপদা পাবা পা- পাদুনা চৎলি। অসুম্না ক্লাস টেন ফাওবা তম্মী। খোঙনা চৎপদা বামনবা, লাইবিক পানবা মতম লৈতবা, পরীক্ষাদি নকশিল্লকপা (মেট্রিক পরীক্ষাগী) অদুদা পরীক্ষা শোয়রগদ্রা পাখৎপা অমা থম্মোয়দা ফাওবকখি। সাইকল লৈবসু ওমদে, তোংবসু হৈতে। শোয়বা তারে হায়না বাবাদা হায়জবদগী বাবানা

শীনবীদুনা পরীক্ষা ময়াদা থৌবাল নোংগাংখোংদা মতম খরা লৈদুনা লাইহিক তম্মী। অসুম্না তমদুনা খৃ: ১৯৬০ দা মেট্রিক পরীক্ষা পাস তৌরগা চহীদুদা দি এম কলেজদা আই এ তম্মী। শীংজমৈ ব্রাংমা ক্ষেত্রি লৈকায়দা লৈবা শক্রাইরবা পূং য়ৈবা শ্রীনোংমৈকাপ্পম কালাচান্দ সিংহগী য়ুমদা লৈরগা তম্বনি। মতম অদুদদি সাইকল তোংবা হৈরে, অদুনা কলেজ তম্বা সাইকল তোংদুনা চংলি। অমুক্তা এন সি সি রাইফলস য়াওই। এন সি সি য়াওবা ফংদবদগী এন সি সি রাইফলস য়াওবনি। ১৯৬২ দা আই এ পাস তৌরবা তুংদা মতম খরা লমদিং হায়স্কুলদা ওজা ওই। ইম্ফাল কলেজদা বি এ তম্মী। মতম অদুদা ইম্ফাল কলেজ নুমিদাংদা ক্লাস তৌবনি, মশাগী বিল্ডিং লৈত্রি, চুড়াচান্দ হায়স্কুলদা ক্লাস তৌবনি। স্কুল ছুটি থারগা মহৈরোয়শিংনা বস বায়রগা চংপনি নুমিদাং পূং ১০ রোম তারক্লপদা য়ুম য়ৌরকই। মতমদুদা ঐ লমদিংদা লৈবা ইচে য়াইমগী য়ুমদা লৈ। খৃ: ১৯৬৩ দা ইম্ফাল কলেজ হৌজিক লৈরিবা মশাগী বিল্ডিং অসিদা হোংজিল্লি। চহীদুদগী দে কলেজ ওল্লি। ইভিনিং শিফ্টসু অদুম মতম খরগী ওইনা চথে। অমুক হন্না হান্নগী লৈফম শীংজমৈদা লৈদুনা দে শিফ্টতা বি এ অরোইবা তমদুনা খৃ: ১৯৬৪ দা বি এ পাস তৌই। বি এ গী টেষ্ট পরীক্ষা লোইবদগী ব্রাংজিং হায়স্কুলদা ওজা ওইরে। বি এ পাস ওইরবা মতুংদদি মণিপুরগী ব্রাংমদা মখা তমথবা ঙমখিদে। অদুনা লাইহিক তম্বা তোকপা তাখি। মতম অদুদা দি এম কলেজদা ইকোনোমিক্স য়াওনা সবজেক্ট খরা পোষ্ট গ্রেজুয়েট ক্লাস হাংনবা থৌরাং লৈখি। ইকোনোমিক্সতা এম এগী ক্লাস লৈরনি হায়বগী পাউ তাবদগী পামজবা ফিলোসোফি সবজেক্ট থাদোক্লগা ইকোনোমিক্স তমগে খন্দুনা থৌরাং তৌখি। পাম্মুবগী ব্রা নত্তে য়াদবদগী তৌবনি। অদুবু ওজা ফংদবদগী চহীদু ইকোনোমিক্সকী ক্লাস দি এম কলেজদা হাংখিদ্রে, মথংগী চহীদসু হাংখিদে। হান্না বি এদা ফিলোসোফি ওনর্স লৌরম্বনি। নুমিদাংদা তম্বা

অদুদা ৱামনবনা গুন্নরোই খন্দুনা হান্ননা ওনসতি অদুম থাদোকপ্রবনি। দি এম কলেজদা ইকোনোমিক্স হাংখিদ্রবসু ইকোনোমিক্সতা হোৎনবদি হৌদ্রবনি। অসুম্না চহী অনী হৌদ্রবা মতুংদা খৃ: ১৯৬৬ তা এম এ প্রিবিয়স (ইকোনোমিক্স) দি এম কলেজদা নাইট শিফ্টতা ক্লাস হাংখি। মিংদি চং দনা নুমিৎ ৫/৬ নিরোম ক্লাস য়াওরম্মী। চহী শুরবনিনা (অমবু হেল্পবনিনা) প্রাইভেৎ কেন্দিদেৎ ওইনা থাবা য়ারে। গুৱাহাটি য়ূনিবর্সিটিদগী পার্মিসন লৌদুনা এম এ (ইকো:) প্রিবিয়স পরীক্ষা কটন কলেজদা থাই। খৃ: ১৯৬৭ ইংদনি। মথংগী চহী ১৯৬৮ দা ফাইনেল পরীক্ষা থাদুনা এম এ পাস তৌই। মসিনি ঐহাক্কী লাইরিক তন্নকপগী মওং। অসুম্না তেম্ফাদা পোক্লুবনা লাইরিক তন্নকপদা অৱাবা খুদোংথীবা কয়া মায়োক্লখি।

অফবা ছাত্র ওইরকখিদে, পারা ফাগনদে, য়ায়মরপ তৌবা ওইনা হৌরকই, য়ায়মরপকী থাক ফাওবা য়ৌদবা জাৎনি। পারা ফাগন্দ্রবসু হোৎনবদি কল্লকই। মীনা ২/৩ লক পারগা ফাবদু ঐহাক্না ৫/৬ লক্কুম্না পাই, করিগুম্বদদি ৭/৮ লক্কুম্না পাদ্রবদি ফাবা ঙমদে। খূৎই থী, ইংলিস শোল্লি, অঙ্ক হৈনদে, ইকায় থী মীঙোন্দা হংবা হৈনদে। মায় ঙাঙগল্লি। লৈ থায় "লো" হায়বা থোক্তে "নো" হেক হেক হায়। "লফোই" হায়বগী মহুৎ "নফোই" হায় অসিনচিংবা। করিনো তৌগদবা অসিদবু? হোৎনবা কন্দবা য়াদবনি। লাইরিক লৈবা ঙমদদুনা অমনবা লৈরগা তন্নকই। তঙায় ফদ্রবদা অহনবা লাইরিক লৈবনি। হোৎনবগী মপান্দগী ক্লাস থ্রীগী পরীক্ষাদগী সিক্স ফাওবা ক্লাসকী মকোক ওইরকই। ফবদগী নত্তে, কেগেনা য়ূম্বী ওইবনি। হকচাং ঙমদ-ঙমদা ক্লাস সিক্সকী কম্পিটিসনগী পরীক্ষা থাবনি, ফাষ্ট দিবিজন য়ৌবা ঙমদে, সেকেণ্ড দিবিজন্দা পাস তৌই। ক্লাস সেবেনগী পরীক্ষাদা ক্লাসকী থার্ড তাই। আইটকী পরীক্ষাদনা সেকেণ্ড তাই, মকোক তাবগা মার্ক য়াম্না খেন্নে।

নাইনগী পরীক্ষাদা রোল হাইথরক্কদ্র কিবদগী পরীক্ষা থারমদাইদা থা অমা লমফেলদা "লোক সহায়ক্ সেনা" গী কেম্প অমা য়াওই। পাম্মুবগী য়াওবা নত্তে, পরীক্ষাদা রোল হাইথরক্কবসু কেম্প য়াওরুবদগী তৌরিবনি হায়না মীনা ঙাঙননবগীদমকনি। রোল হাইথরক্কবসু ইকায়বা ঙাক্কবা তৌবনি। কেম্পতা থব্রায় য়াওদে। পরীক্ষাগী লাইরিক পাদুনতা লৈবনি অহাঙবা অশংবা মতমদা। কেম্পর অমা ওইনা মায় পাকপা ঙমখিদে। নোংমৈ কাপ্পদা বূলদা অমত্তা পানবা ঙমখিদে। অদুবু লাইবক ফবদগী হল্লক্কগা ক্লাস নাইনগী পরীক্ষাদা (টেন কাবদা) হান্নগী সেকেণ্ড পোজিসন অদুদা অদুম লৈবা ঙমখি। ক্লাস টেনদদি পরীক্ষা নকশিল্লক্কুনা অনকপা যৌবালদা লৈদুনা ফনা কন্না হোৎনবনি। টেষ্ট পরীক্ষা লোইবদগী হৌনা হোৎনবা য়াবা হোৎনৈ, পাবা য়াবা পাই। অদুবু ফাষ্ট দিবিজন য়ৌগদবা মার্ক খরা ৱাৎপদগী সেকেণ্ড দিবিজন্দা পাস তৌই, মার্কতা পেন্দবা খবা লৈখি, ঐহাক্ন পাবগা খেন্নবা খরা লৈখি। আই এগী ফাষ্ট য়ারগী প্রোমোসন পরীক্ষাদা থার্দ পোজিসন ফংবা ঙমখি অদুগা ফাইনেলগীদা ফাষ্ট দিবিজন্ দা পাস তৌই। মদুগী পরীক্ষাদা ফংবা মার্ক অদুদি ঐনা পাবগা অয়াম্বা মান্নে। বি এগী অহানবা প্রোমোসন পরীক্ষাদা ফাষ্ট তাবা ঙমখি। বি এগী ফাইনেলদা ডিষ্টিঙ্কসন ফংগদ্রা খল্লুবনি অদুবু ফংবা ঙমখিদে, ফংলিবা মার্ক অদু পেনখিদে। এম এগী পরীক্ষাদি পরীক্ষাগী চে য়েংলিবশিংনা শোয়বদগী পাস তৌবনি হায়জনীংই। ঐহাক্না ফংখিবা মার্ক অদু করম্না ফংবনো খল্লুবদা ঙকই। পরীক্ষাগী পেপর লোইনমক্তা ঐনা পাবা মার্কতগী লোইনা হেল্লম্মী। এম এগী লাইরিক পারগা থাবা নত্তে। তমদনা প্রাইবেৎ কেন্দিদেৎ ওইনা থাবনি। বি এগী লাইরিক খরা পারগা থাবনি। ঐহাক্না যুমদা মার্ক হোৎপদা করিগুম্বদা চি লাউনা পাস তৌই, অমুক পাবদনা পাস ওইগদবা মান্দে। অদুবু করম তৌনা ফজনা সেকেণ্ড ক্লাসতা পাস তৌরিবনো ঙকই। পেপর অম্মা অনীতা নত্তনা পেপর

লোইনমক্তা ঐহাক্লা শল্লন্দ্বদগী হেনজিন্না ফংলগ্গা অদুদদি ওকতবা ওমদে। মসি প্রিবিয়স অমসুং ফাইনেল অনীমকতনি। করিগুম্বা ঐহাক্লা এক্সামিনর ওইরম্বা তারল্লবদি ঐনা ইখিবা অদুদা পাস মার্ক পীবগী ব্রাফম লৈতে। খল্লকই অসুম্না: "মেট্রিক অমসুং বি এগী পরীক্ষাদা ঐহাক্লা ফংখিবা মার্কতা পেনখিদবা অদু এম এগী অসিদা ফুককংলে হায়না"। অসুম্না অৱাবা কয়া মায়োক্লখিবনি লাইব্রিক তম্বগী লমদা ঐনা তেম্বাদা পোক্লবনা।

ঙানীশিং অমদি মীথোই মীহেল্লবা কয়া নত্তনা অতৈ মীচম কয়াদি থাগংলগা হরাওনৈ। অসুম্না হরাওনবশিংগী মনুংদা ঐহাকসু অমনি। "তেম্বাদা চেল্লিবা ব্রাংজিং তুয়েলগী ঈশিং অসি ওম্বোক্লা মহাউ লৈখ্রমাল্লে, ঈশিং অদু থক্লুবদগীনি খণ্ডদে করিদগীনি খণ্ডদে শীংথানবা য়াববা লৈবাক্লা শকখঙনরবা মখল মখলগী মী তেম্বাদগী থোরকই। ঐখোয়সু নোংমা বারতিন অমা অনীদং শোক্তুনা পুরক্লগা থকসিরাগা খল্লকপা য়াওই। মখোয়গী মনুংদা ইবুংঙো দা. প্রিয়ব্রতসু অমনি। মহাক শক্লাইরবা রেদিও প্লেরাইত অমা ওইবতা নত্তনা কবি অমসুনি। ঙসি মঙোন্দা খূদোল তমলিবা *"থোঙাম থোইবী নীংশিং সাহিত্য মনা"* অসিতা নত্তনা মহাক আকাশবাণী এব্রার্দ অনীরক ফংখ্রবনি। ঐহাক্লা ইহান হান্না উনবদা মশম মনা চপ চপ য়ুংবা মশম ইফা ফাবা কোকাচাউবা ওইনা থেংনখিবা প্রিয়ব্রত ঙসিদি মনা ফংগদবা নুমিৎনিনা থাউ খরা তৈরক্লমাল্লে ফনা ফজনা উরে, মহাকতা নত্তে ঙসি ঐখোয়গী ইরকতা ভাবক ওইনা য়াওরিবা টুপী উপ্পা ওজা মোইরাংথেম রাজেনসুনি। রাজেন রাজেন হায়দুনা শৈরেং পংইদা ইবনি। মীয়াম্না শকখঙনরবা সাহিত্যগী ক্রিতিক ইবোসনা য়াম্বেমসু তেম্বাদগীনি। মথংদা অইবা অমা ওইরিবা নিংথৌ নাওরিয়াসু তেম্বাদগীনি। নহা অইবা অমা ওইনা রাকেশ নাওরেমসু ময়ামগী তুং ইল্লকলিবনি। সাহিত্যগী লমদদা নত্তনা রাজনীতিগী লমদসু অসি মঙায়। মীয়াম্না শকখঙনরবা দা. মোইরাংথেম নর তেম্বাদগীনি।

সংকীর্তনগী ঈশৈ নোংমাই, পূং য়েবা, শান্নখোৎনবা অমসুং লাইরিক হায়বা থীবগী লমদসু অফাওবা মী কয়া তেম্বাদগী থোরকই"। মথক্তা পঞ্জরিবা য়াফম অসি খৃ: ২০০৪ এপ্রিল ২১ দা য়ুরেম্বমদা "নোংচুপ হারম খোর্জেলুপ (নোহাখোল)" না গৌরো থোঙামচানা অপোকপীগী মিংদা কৎপা *"থোঙাম থোইবী নীংশিং সাহিত্য মনা"*দা. মোইরাংথেম প্রিয়ব্রত সিংহদা পীবগী থৌরমদা ইকায়খুম্নরবা মীথুং ওইখিবা শ্রীনাওরেম কালিমোহন সিংহ (ককচিং) না প্রিয়ব্রতগী মতাঙদা মহাক্কী য়ারোল পীবদা হায়খিবনি। মহাক্কী য়ারোল অসি তাবদা মায়থোঙ মকা লামজখি। নোংমসু পনবীরকখি শক্লাইরবী অইবী খাইদেম প্রমোদিনীনা: তেম্বাগী ঙা উকাবী, তেম্বাগী যঙ্গোম। মসিদা নত্তে অতে কয়া অমসুনি অসিগুম্বা মতাঙদদি মায়থোঙ মকা লামজে, ঐনা তেম্বাদা পোক্লুবনা।

তেম্বাবু হম্বনা য়েংবা অসি তেম্বাগা থংনবা খুঙ্গং খরগী মফমদা লৈবা মীওই খরা ঐহাক্না অঙাং ওইরিঙৈ লাইরিক তমলিঙৈদসু থেংনখি। তেম্বাদা ফংবা পোৎশক অমগা মরী লৈননা থমজগে। মতম অমদা তেম্বাদা ঙা মখল অমা য়াম্না মরাঙ কায়না ফংলম্মী, হৌজিকসু খরা খরা অদুম ফংলি। ঙা অসি অতে ঙাগা খেন্নবা খরা লৈ। হায়রিবা ঙা অসি ঈশিংদা অতে ঙাগুম্না চা- দুনা লৈতে, লৈখোমদা লৈনুংদা লৈবা হৈনে। মচু ঙাওই (করিগুম্বদা অঙৌবসু লৈবা থেংনৈ)। লিন মওং মাল্লি। অমাংবা ঙানি হায়না লৌনৈ। অহলশিংনা চানদে। চাকখুমদা পুশিন্দুনা থোংনদে। লমদাগী থাংজ (লমদা থাগী অহানবা থাংজ) নুমিৎতা ফাবা ঙাসিগী মচুম (ঈশিং) না চাইথদুনা ঈরুজরবদি খোম্কক্লাই চুবা অঙাং মশা ফৈ হায়নে। অতেকপা ওইনা য়োনবগা লোয়ননা ঙা অসি মৈদা য়াইরগা মথেক মথেক ফৈদুপ থেক্লুনা কোনশিল্লগা (থূপচিল্লগা) পায়া অরিংবনা (পায়া খরা থাবনা) ফৈরেং লেংদুনা চবুন চবুন পুল্লগা য়োনবসু য়াওনৈ। তেম্বাদগী ফাবা ঙা মখল অসি অতে কৈথেলদা য়োল্লি।

পাখংশিংনা লৈরগা চানৈ। মৈতৈ নত্তবা অতৈ কূন্দপ খরগী মীওইনসু পাম্না চানৈ। অদুবু থংনবা খুঙ্গংগী মীওই খরনা তেম্বাদা লৈবা মীবু "ঙাশাং চাবা" হায়না করেম কথায়নবীবা উশিংশিদনা হায়নবা য়াওই। ঙা অসি শাংই হায়বগীদমক ঙাশাং হায়জবনি। মখোয়না হায়বদি ঙাদুগী মমিং পন্দুনা ঙাদুবু চাবা হায়না করেম্নবিবনি। ঐঙোনদসু ইমান্নবা খরনা অসুম্না করেম্নবীদুনা উশিং থওইদনা ঙাঙবা খরা থেংনথ্রে। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ঐহাক পাঙদবা মীশক অমা ওইনা হৌরকই। মীগা খৎনবা ফূনবা হৈনরকতে, কিগল্লি, মীকিথী ওইরকই। অদুনা মখোয়গা লাম্বা পানগে খনখিদে। অদুবু মখোয়গা থম্মোয়দা মূরুবা অমদি অদুম লৈরকখি। মখোয়দগী হেনগে হায়না খা-চীক্লা খাঙলকখি। হায়রিবা ঙা অসিদা ঐহাক খোয়দারকপা মীশক নত্তে। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ঙা চাবা কয়া পান্নকতে। ঙা চাজরবসু মতম খরগীতনি। অহল ওইরকপদদি ঙা পূমথা থাদোকলে। ঙানু, য়েন অমসুং অতৈ উচেকশিং, য়েরুম থোইনা হৈনরকতে। তেম্বাগী হিংননবগী শিন্ফম অমা হায়বা তারবদি লৌউবগী মথংদা ঙা ফাবনা ওইরম্মী। তেম্বাদা পোক্লগা (লৈরগা) ঙা চারমলোই হায়বসি মীনা থাজবা ব্রাৎলমগনি খল্লি। লমফৈ অমদা চৎখিদৌরে, লোইশিঞ্জরগে। থমজনীংলিবা ব্রাফমদি তেম্বাবু ঙাশাং চাবা হায়বা অসিগী ব্রাফমদনি। তেম্বাদা মরাঙ কায়না ফায় হায়বগী ব্রানি। হেন্না চারিবদি তেম্বাদগী ফারগা কৈথেলদা য়োনবদা লৈরগা চারিবা মখোয়দুনি। মতম অদুদা তেম্বাদা কৈথেল লৈতে, তেম্বাগী ব্রাংমদা য়োনবনি। বদনামনা তেম্বাদা পীবনি। ফাবনা/ফংবনা অমনি, চাবনা অমনি। ফারগা চাবসু লৈতবদি নত্তে। ফায় হায়দুনা তেম্বাবু করেম্নবিবা অসিদনি ঐগী থম্মোয়দা চৈথেং পীখিবা, ঐহাক্লা মখোয়দগী হেনগে খনখিবা। অসুম্না মীনা হায়রকপদা ঐহাক্কী থম্মোয়দা নুংঙাইখিদে, ঐনা তেম্বাদা পোক্লুবনা।

মতম অমদা লৈরম্বা লৌব্রায় ইম্ফালগী ব্রাফম অদু হৌজিকতি

লৈত্রে হায়বা য়ারে। লৌরায় হায়বা অসি লমদা নত্তে মীদনি হায়বা অসি আ: মমাঙদগী হায়নরকলিবনি। খুঙ্গংদগী থোরকপা অফাও- অফাওবা মীওই কয়া য়াওরে। মখোয়বু মফম কয়াদা লৈবা মীনা ইকায়খুম্নরি। খুঙ্গং কয়া হৌজিকতি অঙকপা ফংনা চাওখৎলে হায়বা য়ারে। শেমগৎ- শাগৎকদৌববুদি ফনা য়াম্না লৈরি, মসিদি খুঙ্গংগী ৱাদা নত্তে ইম্ফালগী মফম কয়াদসু শেমগৎ- শাগৎনীংঙাই মফম কয়া লৈরি। তেম্বাদা পোকই হায় হায়দুনা তিন্নরুবা মীওই কয়ানা ঐহাকপু হন্থনা য়েংবা কনাসু লৈত্রে হায়বসি তশেং তশেংলবনি। ঐহাক্কী ৱাদা নত্তে মসি, মীপূম খুদিংমক্তনি হায়বা য়াই। মণিপুর তম্পাক পূম্বসি গ্রেটর ইম্ফালনি হায়বা য়ারবনি। দিষ্ট্রিক্ট হেদক্বার্টর্স অমসুং খুঙ্গংগী মফম কয়াদি ইমফালগী মনুং হঞ্জিনবা মফম কয়াদগী হেন্না চাউখৎলে হায়বা য়ারবনি। ইম্ফালদগী খুঙ্গং কয়াদা নীংঙোন কয়া ময়ূম পানবদা, খুঙ্গং কয়াদগী নীংঙোন কয়া ইম্ফালদা ওঙবদা খুঙ্গংবু হন্থবা মীৎয়েংদা য়েংনরম্বা কয়া হৌজিকতি লৈত্রে হায়বমক য়ারবনি। ইম্ফালগী মীওই কয়াদি খুঙ্গংগী নীংঙোন্না হেন্না পামজবা মওংদা লৈরে অদুগা ইম্ফালগী নীংঙোন কয়া খুঙ্গংদা ওঙবদা হরাওজবা নুংঙাইজবা কোঙ্গায় অমা লৈরে। অদুবু কনাগুম্বা মীওই খরদি হৌজিকসু অদুম খুঙ্গংদা মচা নীংঙোন থাজনীংদ্রি, খুঙ্গংগী নীংঙোন মমৌ ওইনীংদ্রি হায়বা য়াই। অসিগুম্বা অসিদনি ঐহাক্না জাৎ জাৎকী ৱাখল খল্লকপা, ঐনা তেম্বাদা পোক্লবনা।

লাইরিক তন্নকপদা ঐহাক মনীংদা ফম্বা কয়া হৈনরকতে। বেক বেঞ্চর হায়বদু ওইরকতে। দি এম কলেজদা আই এ তম্লিঙৈদা নোংমা ক্লাস অমা চথরিঙৈদা তুংদগী ইমান্নবা খরনা (বেক বেঞ্চর খরনা) লাওলকপগী মখোল তাখি। ওজাদা করি করিনো খরসু হায়খি, মদুদা ঐহাক পেনখিদে। ওজা অদুনসু (করিগুম্বা ৱাখল অমদগী হায়খিবা মাল্লি) করিগুম্বা খরা হায়খি। অসুম্না হায়খিবগুম্ম তৌই : "... I know

the place where you are born and where you come from... ।" ওজাদুনা হায়খিরা অদুদা (ওজাবুদি বারৌজদে) করিগুম্বা খরা ঐগী থম্মোয়দা ফাওখি, ঐনা তেম্বাদা পোক্লুবনা।

*"অদোমগী/মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ/তেম্বা"*। অহানবদদি মসি কয়া নুংঙাইরমদে অদুবু কাইনথংদদি মসিনা ঐগী অপেনবা ওইখি, পোক্লফম ইখুঙ্গংবু খরদংদা ওইরবসু সেবা তৌরবনি খঞ্জে। দিবাইন লাইফ সোসাইতিনা পাঙথোকপা সংসঙ্গ অমসুং অতে থৌরম কয়া য়াওজরুবদা উজরকপা তাজরকপা কয়া "পোক্লফম" পাউ- চেদা বারেং ইদুনা হাপচৈ। ঐবু নুংশীবীবা কয়ানসু হেক হেক হাপ্পীরকউ/ইবীরকউ হায়বীরকই। সংস্থান অসিগী মেম্বর অমা ওইনা ঐসু ঐহাক্লা ঙমজবা খরদং পাঙথোক্কে খঞ্জদুনা ঐহাক্লা য়াওজরুবা কয়াগী মরমদা বারেং ইদুনা ফোঙনবা পীশিঞ্জে। অয়াম্বা "চিঠি/বাকং/অতে অতে" গী কাখলদা হেক হেক য়াওরকই। অহানবদা কাখল শোয়না ফোঙলকপগী নুংঙাইফাংতবা খবা লৈখি। অদুবু চিঠিনচিংবগী কাখলদা হেক হেক হাপ্পীরকপা অসিদদি মসিনা হেন্না ফরে হায়না খনখি। অদুনা মতুংদদি অয়াম্বা বারেং পূম্বা চিঠিগী কাখলদা ইরে। কাখল অসিদা ইবদি চংনবী ওইনা অইবগী লৈফম হাপ্পী, অতে কলমনিষ্টশিংগী কাখলদদি অইবগী মিংতমক হাপনৈ, লৈফম য়াওনদে। ঐহাক্লা পামজবদি ঐগী পোক্লফম ইখুঙ্গংবু মীয়াম্মা খঙবীবা অসিনি। মরম অসিদগী "অদোমগী/মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ/তেম্বা" হায়বা অসিদা ঐহাক্কী অপেনবা ওইখি, ঐনা তেম্বাদা পোক্লুবনা। তেম্বা হায়বা খুঙ্গং অমা লৈ হায়বসি মসিদগীসু খঙনবা খরদি মরৈরম্লগনি খল্লি।

সাহিত্যগী অমসুং দিবাইন লাইফ সোসাইতিগী মীওই কয়াগা শকখঙনরুবদগী হৌজিকতি মখোয়না ঐবু তেম্বাদগীনি হায়বসি খঙবীরে। ঐহাকপু "তেম্বাগী বাজেন", "তেম্বাগী ওজা বাজেন" হায়না ইকায

শুমবীবা কয়া য়াওরে। মসিদনি ঐহাক্কা নুংঙাইজবা, হয়াওজবা, পেঙবা। ঐবু শক খঙবীবদা তেম্থাসু অদুম ময়াওরে, মখোয়গী মীৎতা ঐগী পোক্রফম লমদম তেম্থাবুসু উবীরে। সাহিত্যগী কনাগুম্বা মীনদি "তেম্থাগী অহল" হায়না ইকায় খুম্নবীবা য়াওরে। মসিমক্তি পোকপগী মহৈ য়াম্লে, হোৎনজমন মায় পাকলে হায়জনীংই। ঐহাক্কী থাকতা ওমজবা খরতং হোৎনজরম্বতনি, ঐগুম্বনদি তেম্থাগী করিবু তৌরম্বা ওমগনি? অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু হৌজিক তেম্থাবু মীয়াম্না শকখঙবীবা ফনা য়াম্না য়াওরকপসিদা ঐহাক্কী নুংঙাইজবা ওমখৈ লৈত্রে হায়বা য়ারে ঐনা তেম্থাদা পোক্লবনা।

চিংখৈবা ব্রাফম অমা অমুক থমজরি। ঐগী লোয়নবী ব্রাংজিংদগীনি। ঐহাক ব্রাংজিংদা লৈরগা লুহোংবনি। মতম খরা ব্রাংজিংদা খঙন- চান্নবা মরীমতা অমগী য়ুমদা লৈরম্মী। লুহোংলবা মতুং নুমিৎ ১০ রোম লৈরগা য়ুমদা লাকপনি। লোয়নবীগী ইমুং- মনুং শাগে নাতৈগী মী খরসু লোয়নবীবু থিনবা লাকখি। মদুদা তেম্থাদা অমুক্তা লাকখিদ্রিবা অহল অমনা ঐগী লৈফম উবদা "লম-দা অসিদবু লৈবা হৈবু হৈনগদৌরিব্রা" হায়খি। হৈনগদৌরিব্রা হায়রিবসি লোয়নবীবুনি। মহাক্না হায়খিবা অদু ঐসু হাইফেৎ তাহৌই, কবিগুম্বা অমা খনখি, ঐনা তেম্থাদা পোকলুবনা।

অরোইবদা থমজনীংলিবা ব্রাফমদি হৌজিকতি মমাঙঙৈগী মতমদু নংত্রে চাওখৎ খোঙথাংদা ঐখোয় চঙশিনমিন্নরসি হায়বসিনি। খেন্নফম থোকপা খরা অদুম লৈজসনু, মসিদি মশানা তাজবনি। খুঙ্গং অমসুং সহর মরী লৈনদবা য়াদে, অমনা অমগী মতেং লৌনগদবনি। অমনা অমবু ইকায়খুম্নদুনা লম খুদিংদা খুমাঙ চাওশিন্নবা হোৎনমিন্নরসি। ইমা লৈবাক্না য়াইফবা ওইরসনু।

# ꯏꯝꯐꯥꯂꯒꯤ ꯑꯋꯥꯡꯗꯥ ꯑꯩꯒꯤ ꯁꯥꯍꯤꯇ꯭ꯌꯒꯤ ꯈꯣꯡꯆꯠ
# ইম্ফালগী অৱাংদা ঐগী সাহিত্যগী খোঙচৎ

# ইম্ফালগী অৱাংদা ঐগী সাহিত্যগী খোঙচৎ

ঐগী পুন্সিদা ঐহাক্কা সাহিত্যগী লমদা চঙশিল্লকপসি চহী ৱায়শিল্লক্লবা মতমদা খোঙদাবকপা ওইজবক্লবসু লাইবক ফবদগী হায়গদ্রা লাইগী নোংদমদগী হায়গদ্রা চহী খবগী মনুংদা মণিপুরদা লৈবা সাহিত্যগী লূপ কয়াগী মীওই কযাগা শকখঙ-মায়খঙনজবা ঙমখি অদুগা লূপ খবগী সাহিত্যগী থৌবম কয়াদসু শব্দক য়াদুনা যাওজবা ঙমখি। অদুবু অহানবদদি ইম্ফাল অমসুং ইম্ফালগী খা থংবা মায়কৈদা লৈবা সাহিত্যগী লূপ কয়ানা শীনবা থৌবমদা যাওবা অসি নত্তনা ইম্ফালগী অৱাংদা লৈবা সাহিত্যগী লূপশিংনা শীনবা থৌবমদদি য়াওবা ফংবগী খুদোংচাবা লৈখিদে। মাযকৈ অদোমদা লৈবা সাহিত্যগী লমদা থৱায় য়াওজবা মীওই খববুদি শকখঙ-মায়খঙনজবা লৈখ্রে। কবি সম্মেলন কয়াদা শৈবেং পামিন্নখিবা খবসু লৈখ্রে। ঐগী যূমদা পাঙথোকপা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালগী থৌবম অমদসু মখোয খবা লাক্লুনা থৌবম য়াওবা য়াওখ্রে। ঐগী পোক্লফম ইখুঙ্গং তেম্থাদা (ঐগী যূম নত্তবদা) পাঙথোকপা সাহিত্যগী থৌবম কয়াদা লাকখিবসু যাওখ্রে। তিদিম বোডলোমদা লৈবা সাহিত্যগী লূপশিং, মযায় লম্বীদা লৈবা সাহিত্যগী লূপশিং, ইন্দোম্যানমার অমসুং শুগ্নু বোডলোমদা লৈবা সাহিত্যগী লূপশিং, ইম্ফালগী নোংপোক অমসুং নোংচুপ্তা লৈবা সাহিত্যগী লূপশিং কযানা মখোয়গী থৌবম পাঙথোকপদা ইশা চংতুনা য়াওকবা কযা লৈখ্রে। অসুম্না সাহিত্যগী লূপ কযাগী থৌবমদা য়াওজবা ফংজববসু ইম্ফালগী অৱাংদা লৈবা সাহিত্যগী লূপশিংদা য়াওজবা ফংবা অমসুং অৱাং মায়কৈদা সাহিত্যগী লমদা খোঙদাবদি পাক হেক ঙমজখিদে।

ইম্ফালগী অৱাংদা লৈবা নেপালী মণিপুরী কবি ভৱানী অধিকারী ঐগী যূমদা অমদি তেম্থাগী অতৈ মফম খবদা পাঙথোকপা সাহিত্যগী থৌবমদা লাক্লুনা শব্দক য়াখ্রবনি, মণিপুরগী মফম কয়াদসু য়াওমিন্নখ্রবনি। অৱাং পোংশঙবমগী কেশো সিংহ ইবেংবা হান্ননা শকখঙনখ্রবনি, লোক্তাক ঈয়ায়দা লৈবা শেন্দ্রাদা বাংলাদেশকী কবিশিংগা লোয়ননা শৈবেং পাথোকপদা শব্দক য়ামিন্নখ্রবনি। অসুম্না নেপালী কবি

অতৈসু সাহিত্যগী থৌরম কয়াদা য়াওমিন্নগ্রবনি। অৱাং মায়কৈগী অইবা অইবী কবি কয়াগী মিং তাদি তারবনি, থেংনরবনি পাউচে অমদি অতে চেফোঙ কয়াদগী। অদুবু খরা নত্তনা অতৈদি মশক খণ্ডনদ্রিবনি। অসুম তৌরিঙৈদা নোংম্মা খৃষ্টগী কুম ২০০৩ গী নবেম্বব তাং ৩০ দা ওকেন্দ্রো খুন্দোংবমগী ৱারী মচাগী লাইরিক "খল্লুবদা নোকনীংই" খন্ন-নৈনবগী থৌরম মণিপুরী পাউচে "হুইয়েন লানপাউ" গী ওফিসকী ওদিটরিয়মদা পাঙথোকপদা ইথা থাজদনা ফম্মীন্নবা ফংজখি অৱাং পোৎশঙবমগী শ্রীআর কে গুণচন্দ্র সিংহগা। নুমিৎ অদু ঐসু মাসু ফৈজোম শেংনরকই অদুনা ফৈজোম শেংপা অনী থংননা নুমিৎ অদুগী থৌবমদুদা ফম্মীন্নবা অদুনা ঐখোয় অনী ময়ামদগী খরা দিস্টিঙ্ক ওইনা (তোঙান তানা, শেংনা, খেন্ননা) উখি। লাইবিক নৈনবগী থৌরম অদু লোইবা ফাওবা য়াওবা ঙমখিদে ঐখোয় অনীমক। মহাকসু নুমিৎ অদুদা ফাংজিন্ননা থোকপা থৌবম অমা য়াওরুগদৌরিবনি। ঐঙোন্দগী মানা হান্না থোকখি। ঐসু থৌরম অমগী চৎনীংলবনি, থোক্লীংলবনি। অদুবু থংননা ফম্মীন্নবা ফিজোন্দসু ময়ামদগী তোখায তারবা ঐখোয় অনী পূন্না থোকমিন্নবা তাববদি ফজরোইদবা খরা লৈবনা ঐহাক মতম খরা চোম্বুবা তাখি। লোইবা ফাওবা থৌবমদু য়াওদি য়াওনীংবনি। য়াওনীংলগা করিগী লোইদনা থাদোক্লীংলি? হায়বা য়াবা ৱাফম্লি। মতমসু থেঙবা নৎত্রি। অদুবু থৌবমদু লোইদনা থোকপা তাবগী মবমদি ঐগীসু নুমিৎতুদা ফাংজিন্নবা থৌবম অমা লৈ। হৌখিবা জুন ২৩, ২০০৩ ইং ইঙাগী ২৪ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎতা ঐগী য়ুমদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালগী ৬৮ শুবা কুমওন পালনগী থৌরম অমা পাঙথোকখি। থৌবম অদুদা মণিপুরগী শক্লাইববা মণিপুরী মুস্লিম (মৈতৈ পাঙল) অইবা/কবি কযামুদ্দিন পুখ্রীময়ূম লাকখি। নুমিৎ অদুদা মহাক্কা উনবা অদুনা ঐহাক্কা মহাক্কা অবোইবা উনবনি। নুমিৎতুগী মতুং ২০ নি শুবা নুমিৎ জুলাই ১৩, ২০০৩ দা লম্বীগী লাইবক থীবা থৌদোক অমদা মহাকী তাইবঙগী অবোইবা নুমিৎ ওইখি। মহাক্কা মঙজবম্বা মঙ— মুস্লিম রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগী চেফোঙ "পাম্বৈ" অহানবা চহীগী অহানবা মশীং ওকেন্দ্রো খুন্দোংবমগী লাইরিক নৈনবা নুমিৎ (নবেম্বব ৩০, ২০০৩ ইং) অসিমক্তুদা মাস হোটেল, এসেমব্লি রোড, ইম্ফালদা ফোঙগদৌবি। ফবিজ নোংজাইময়ূমগী শৈবেং লাইবিক "নোংথাঙনা কেল্লকপদা" হায়বা অদুসু ফোঙগদৌবিবনি। চেফোঙ অমসুং লাইবিক ফোঙবগী থৌবমদুগী বার্তন ফংবদা হাযনীংঙাই লৈতনা থৌরমদু য়াওনীংখি। বার্তন হেক ফংবগা নুমিৎতু য়ুমগী

থোইদোকপা হেনবন্দবা থাদোকপা য়াদবা থৌরম লৈত্রবদি ফনিদা হায়বগী ৱাখল অমা ঐগী থম্মোয়দা ফাওখি। শিরগদবনি মতাগুম্ব, তাইবঙ পুন্সি থাদোক্কগদবনি খঙবগুম, ঐনা ওমজবা পাঙথোক্কল্লগে মওংগুম সাহিত্যগী লমদা য়ানা হৌখিবা চহী খরগী মমাঙদগী হৌনা তৌখিবা সাহিত্যগী অবদান অমদি সেবা অঙকপনি হায়বা য়াই। খৃঃ কুম ২০০৩ (মহাক্না তাইবঙপাল থাদোক্কদবা চহী) অসিদা মহাক্না সাহিত্যগী লমদা তৌরম্বা থবক, মঙোন্দা মথৌ য়াম্না চিনখিবা, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালগী ৬৮ শুবা কুমওনগী থৌরম (মরুওইনা মে ৩, ২০০৩ ইং, ইম্ফালগী হোটেল এক্সলেন্সিদা পাঙথোকপা কবি সম্মেলনগী থৌরম), মহাক্না এদিতর ওইদুনা ফোঙগদবা "পান্থে" গী থবক অমসুং অতে সাহিত্যগী থৌরম শীংথানবা য়াই। মহাক্না খঙনজরকপদগী মতুং উনবদা নোংমতা ঐনা মাবু কৌবা হানবা ওমখিদে, মোমোন নোক্না ঐবু হান্না হেক্তা "ওজাবু" হায়না কৌখিবনি। মহাক্না পামজখিবা "পান্থে" পুথোক্কগনি (ফোঙলগনি) তাবদা কয়ামুদ্দিন লাইরৈবাক্তগী হল্লক্তুনা ঐখোয়গা অমুক উনবা ফংবা তারে খঙ্গখি। "পান্থে" অমসুং "নোংথাঙনা কেল্লকপদা" ফোঙবগী থৌরমদা থেঙনা লাকপা (লেং কমর) ওইনীংখিদে। থেঙনা লাকপা ওইবা তারবদি কয়ামুদ্দিনগী আত্মানা ঐবু ৱারৌগনি অমদি কায়নখ্রবা আত্মা অদুগী মফমদা থৌশাদবগী ইরাল অমা লঙশিঞ্জবা তারগনি খনখি। অদুননি ঐহাক্না মাস হোটেলদা ওন্না য়ৌনীংবা।

কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ূম হায়বা মিং অসিনা ঐগী থম্মোয়দা করিগুম্বা খরা ফাওহল্লি। কয়ামুদ্দিনদা হায়দে মাগী য়ূম্নাক পুখ্রীময়ূম হায়বা অসি মাগী মিং ইবদা, হায়নবদা, ঙাঙনবদা হেক হেক লোয়নৈ। মুস্লিম ইচীন-ইনাওশিংগী মনুংদা কয়ামুদ্দিন য়াম্না লৈ, কয়ামুদ্দিনতা হায়রম্লবদি করম্বা কয়ামুদ্দিননো হায়বা ৱাফম অমা লাক্লম্বা য়াই। অদুবু কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ূম হেক হায়বদা মাবু হেক্তা খঙনৈ, মশক উদ্রবসু নোকফেৎ তৌবা মাগী শকফম হেক্তা ৱাখলদা উবা ওন্মী। হায়নৈ মণিপুরদা লৈমিন্নরিবা পাঙল ইচীন-ইনাওশিং অসি মৈতৈ নীংঙোলশিংগী মচা-মশূশিংনি। মখোয়গী য়ূম্নাক শাগৈ লোইনা লৈ। অদুবু অয়াম্বা মুস্লিম ইচীন-ইনাওশিংনা মিং ইবদা য়ূম্নাক শাগৈসি খরা নত্তনা কয়া ইনদবগুম তৌই। অদুনা মখোয় অদু করম্বা য়ূম্নাক শাগৈনো হায়বা হংনদ্রবদি, থিজিন-খোৎচিন তৌদ্রবদি পাক হেক খঙবা ওন্নদে। অদুবু কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ূমগী মতাঙদদি মসি অমুক থোইদোক্লে। মৈতৈ/

মীতৈশিংনা মিং ইবদা য়ুম্নাক শাগে য়াওনা ইনৈ, কয়ামুদ্দিনসু য়ুম্নাক য়াওনা মাগী মিং ই। মরম অসিদগী মহাক অসি ঐগী থম্মোয়দা অতোপ্পা কুম্নশ অমগী মীওইনি হায়না লৌখিদে, ইটীন-ইনাওনি ঐখোয় মশেল অমত্তনি হায়বগী ৱাখল ঐগী থম্মোয়দা ময়েক শেংনা মমি তাখি। অতোপ্পা ৱাফম অমনা নুমিৎ অদুগা "পাম্বৈ"গা লোয়নননা ফোঙগদৌরিবা "নোংথাঙনা কেল্লকপদা" হায়বা লাইরিক্তুগী অইবনা কবি ফরিজ নোংজাইময়ুম্নি। কবি অসিসু কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুমগী মতৌগুম্না য়ুম্নাক্তা লোয়নননা মাগী মিং ইরকপসিদা অমুক্তা হেন্না ঐগী থম্মোয় মথূম মরাঙ হৌখি। মহাকসু মশক খঙনীংবনা ঙাইঙম শীংঙমখিদে। কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম উনদ্রবসু অতোপ্পা কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম অমা (ফরিজ নোংজাইময়ুম) উনবা ফংজবা তারে খনখি। ওকেন্দ্রো খুন্দোংবমগী লাইরিক নৈনবদুসু য়াওনীংবনা মহানি। লাইবক ফবদগী নুমিৎ ফাংজিন্নরবসু হৌগদবা মতম খরা খেন্নবা অদুনা মরম ওইদুনা লাইগী নোংদমদগী থৌরম অনীমক য়াওবগী খুদোংচাবা লৈখি। খরা হান্না (ঙন্না) পাঙথোক্তদবা লাইরিক নৈনবগী থৌরমদু ঙাইহাক য়াওরম্লগা চেফোঙ অমসুং লাইরিক ফোঙবগী থৌরমদু য়াওবা নংননবা হোৎনরগে হায়না চপ য়ুংনা লেপ্তুনা হুইয়েন লানপাউগী ওফিসতা হান্না চৎলগা নৈনবগী থৌরম মতম খরদং য়াওরম্লগা মাস হোটেলদা থৌরম য়াওবা অমুক চৎপনি।

লাইগী নোংদমগী হায়গদ্রা সুম থোকউ তম্বদগী ওইরিগদ্রা মাস হোটেলদা অমুক রাজকুমার গুণচন্দ্রগা অমুক ফম্মীন্নরুরে। নুমিৎতুদা মাগীসু ফাংজিন্নবা থবক অমা লৈবদু মাস হোটেলগীসি ওইরম্লে। কদোমদগীনো খঙহৌদে অতোপ্পা নোংদম অমসু তম্লরে, থেংনরে। বাংলাদেশতগী লাকপা কবিশিংগা লোয়নননা লোক্তাক্কী ঈয়ায়দা লৈবা শেন্দ্রা চীংদা পাঙথোকপা কবি সম্মেলনদা শৈরেং পামিন্নখিবা "ইরমদম মীয়ামগী অপূনবা খোজ্জের্ল লূপ" অশম্বীদা "ইমাখোল", অৱাং পোৎশঙবমগী কাউণ্ডর সেক্রেটরী কেশো সিংহ ইবেংবা ঐখোয়গী নাক্তা চঙলক্তুনা ফম্মীন্নরে। থৌরমগী অথোইবা অতিথি ওইবীগদবা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালগী প্রসিদেন্ট শ্রীনোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহসু থৌরম হৌদ্রিঙৈ মী ঙাইনরিঙৈদা ঐখোয়গা পূন্না ফম্মীন্নরি। নুমিৎতুগী থৌরমগী ৱারী শানগেদি হায়দ্রদুনা করিগুম্বা মবম অমদগী কেশো সিংহ ইরেংবনা ঐহাক্কী মরমদা খাইদেমগী ওজা প্রমোদিনীনা ইখিবা ৱারেংশিং অমসুং ঐঙোন্দা ওজাদুনা ষম্বলগী খোঙদা শীবিন্না

১। শ্রীলাইশ্রম সমারেন্দ্র সিংহ: ঐহাকপু উনবদা তাজ্‌ম হল্‌, থাম্মোয়গী তাজ্‌ম্‌হল্‌ রাজেনগী তাজ্‌মহল হায়না কৌবিবা।



২। এম কে বিনোদিনী : বাজেনগী থাম্মোয়গী তাজ্‌ম্‌হল শৈরেংদা অমসুং ওজা প্রমোদিনীনা পীবিবা মিংথোল্দা নুংঙাইবা হরাওবা ফোংদোকপিবা (উনবদা)।



৩। থাইদেম প্রমোদিনী : ঐঙোন্দা কবিরাজ হায়বা মিংথোল পীবিবা।



৪। রাজকুমার গুণচন্দ্র: মিংথোল পীরবা মতূংদা ইহান হান্না এঁগাণ্ডা কবিরাজ হায়না কলম পায়দুনা ইবিরকপা।



৫। মাইবম উত্তম (রতন): কবি রাজেন হায়না লাউথোকপিরম্বা বাংলাদেশকী অইবা।



৬। লৈশাংথেম ইবেযাইমা: কবিরাজ হায়না এঁগাণ্ডা হরাওবা নুংঙাইবা ফোংদোকপিবা।



৭। কেশো সিংহ ইরেংবা: কবিরাজ হায়না এঁহাকপূ ইকায়খুম্নবিবা।



মিংথোল "কবিরাজ" গী ৱাফম হৌদোক্লকই। ওজা কুঞ্জমোহন অমসুং গুণচন্দ্রসু ৱাপাংশিল্লকই। "তাজমহল" গী মরমদা ৱারী শাই। "মথ্বায় নুংঙাইথিদবা রাজেন" গী মরমদসুনি। ইস্লামিক কলচরেল এণ্ড রিসার্চ এসোসিয়েসন (অশম্বীদা ইকরা) গী প্রসিদেন্ট মুহম্মদ জনাব অব্দুর রহমন (সাহিত্য ভুষণ) সু ফম্মীন্নরি। চৈরক্তুনা রাজকুমার গুণচন্দ্রনা লৈশাংথেম ইবোয়াইমনা ইবা শৈরেং লাইরিক "মৈরা পরেংগী থাউমৈ" অদু পাননবা অইবীগী মহুৎ শিন্দুনা ঐঙোন্দা খুদোল তম্মী। লাইরিক্কী মমীং অমসুং লাইরিক্কুগী চেখুমদা য়েক্লিবা মৈরা পায়বী তরেৎ অদু উবদা ঐগী থম্মোয়দা করিগুম্বা খরা ফাওবগুম তৌই। মখুমগী নমুনা কনানা পুথোকপনো কনানা য়েকপনো খঙনীংদুনা চেনা ফাক্তোক্লগা য়েংই। *মখুম য়েকপাঃ লুখোই হায়না ইরম্মী।* লুখোই কনানো হায়বা ঐহাক খঙদে, মখুমদা অমুক য়েংই, মৈরা পায়বী মশীং অমুক থী, তরেৎনি। তবেৎ য়েকপগী নুংগী অর্থ, লাইরিক্কী মিংথোল "মৈরা পরেংগী থাউমৈ" কৌবগী নুংগী ভাব অমা লৈরম্লগনি খল্লি। ফরে সীনা সী ওইরসনু। মৈরা পরেংগী থাউমৈ উরগা লাইরিকসিগা মরী লৈনদবা ঐগী হৌখিবা পুন্সিগী ৱারী অমদি মৈরাগা মরী লৈনবা ৱাফম কয়া নীংশিংলকখি। লাইরিকসিনা মরম ওইদুনা মরী লৈনহনবনি হায়বসু য়াই। হৌজিক হৌজিক ফোঙ ফোঙ শানা পাম্নরিবা মৈরা পায়বীগী ৱাফম নত্তে, ঐহাক্কী লন্নাই ওইবা পুন্সিগী ৱানি। মৈরা অসিগী মপান্দগীনি ঐহাক্না লাইরিক লাইশু তম্বা ঙমজখিবা, এম এ পাস তৌদুনা কলেজগী ওজা ওইবা ঙমজখিবা। কাউরুরবা মৈরা (ঐবু পোকপিবা ইমানদি মৈনম কৌবা) অদুবু নৌহৌনা নীংশিংখি। অশংবা মরীন লাওবা ৱা কক্লগা ৱাগী মরীন্দা কেরোসিন হৈজীল্লগা ফদি ফরানা অমুক মেনশিল্লগা মৈনম উতোং শেল্লগা মৈনা (মৈদা) চূরগা মৈরা (মৈনম) অদু পায়দুনা ইমানা কৈথেল কূম্লকপা অমুক নৌহৌনা ঐগী থম্মোয়গী মীৎতা উরকখি। য়ূমদগী থৌবাল কৈথেল (কিঃ মিঃ ১২ রোম) নৎত্রগা ৱাংজিং কৈথেল (কিঃ মিঃ ৭ লোম) ফাওবা খোঙনা চৎতুনা কৈথেল কাদুনা বাবানা ফাবা ঙা য়োল্লগা অথেঙবা অহিংদা মৈনম পায়দুনা কূম্লক্লগা অশিংপা ঙাগী শেল অদুনা য়ূমগী লৈত-লাইরসু মেনখৎনবা, ঐগী লাইরিক তম্বগী খরচসু ওইনখিবা, খরচ অদুগী মপাললনা ঐনা এম এ ফাওবগী থাক য়ৌবা ঙমখিবা অদু ইবেয়াইমগী "মৈরা পরেংগী থাউমৈ", ইমাখোলগী প্রসিদেন্ট রাজকুমার গুণচন্দ্রনা খুদোল তম্বীবা অসিনা উইশিন্দুনা লৈরুরবা ঐগী মীৎ অসিবু অমুক হন্না পাঙথোকহল্লি। অকাউ পরে চন্দুনা নীংশিংলুরবা

পুন্সিগী শিস্থা নৌহৌনা নীংশিংহল্লি। ইম্না অমসুং অতে কৈথেল কৃন্বীশিংনা মাগী মাগী মৈনম (মৈরা) পায়দুনা পরেং পরেং কৈথেল কৃন্নরকখিবা অদু অমুক হন্না উবা ফংবগুম তৌখি। অদুগুম্বা মৈনম (মৈরা) অদুগী মপান্ননি গুসি ঐনা মাস হোটেলদা ইবেয়াইমগী *মৈরা পরেংগী থাউমৈ* ফংলিবা, কেশো সিংহ্ অমদি গুণচন্দ্রগা (সাহিত্যনা মরম ওইদুনা) খঙনরুবদগী "মৈরা পরেংগী থাউমৈ" উবিবা। মসিমক্ত সু *মৈরা পরেংগী থাউমৈ* ওইখি ঐঙোন্দা মমল য়াম্লবা পোৎশক অমা। লাইবিক অসিদনি "কবিরাজ" হায়বা ব্রাহ্মেসি ইবিরকপা খূদোল তল্লকপদা রাজকুমার গুণচন্দ্রনা ঐঙোন্দা ইহান হানবা ওইনা।

মৈবা পায়বী তরেৎ উরগা অমুকসু নীংশিংখি নৌহৌননা লৈখিদ্রবা ঐগী বাবা। মৈবা পরেংসিবু উজরগা পেঞ্জখিবনি ঐবু পোকপীবা বাবা। ঐগী য়ুমগী নাক্তা লৈবা কংলা চীংদোন্দা বারুনী কাবদা মতম অমদা মৈনম (মৈবা) অসি পায়দুনা শীজিন্নরম্মী (হৌজিক্তি গ্যাস লেম্প, সোলার লেম্প, টৌর্চ লাইট, হেগু লেম্পনা মরুওইনা শীজিন্নরে)। থেক্লা খোয়না লৈবা লম্বীদা চীং কাবা/চীং কৃম্বা কয়ানা মৈনম পায়দুনা পরেং পরেং, মরী মরী উশোই, উচান অমদি অতে উ কয়াগী মবক্তা চীং কাবা/চীং কৃম্বা অদু য়েংনীংবদগী য়ুমদগী মপাল থোকখ্রগা লমহাওদা অহিংদা কংলা চীংদোন্দা মমায় ওনখত্তুনা য়েংবা অদুগা হল্লক্লবা মতুংদা গুরাংগী/নহালগী/বারুনী নুমিংকী মৈ পরেংদো ফজখ্রেদা য়ামখ্রেদা হায়না য়ুমদা ব্রারী শানবা, অতে কয়াগসু ব্রারীনবা, মশানা শেমগৎচরম্বা কংলা চীংদোন্দা বারুনী কাবগী থৌবম মপূং ফাবকপদা হরাওজখিবা, পুন্সিগী অরোইবা মতমগী চহীদুদা (খৃঃ ১৯৯৮ দা) বারুনী কাবগী মৈরা পরেং অদুবু য়েংনীংবদগী শোল্লি শোল্লি মপাল থোক্তুনা য়ুমগী অব্রাং থংবা থোঙ্গাল ফাওবা চত্তুনা মৈরা পবেং উজরগা পেঞ্জখিবা কযা অদুসু *মৈবা পবেংগী থাউমৈ* উরগা নৌহৌননা অমুক নীংশিংহল্লি।

কয়ামুদ্দিন পুষ্ত্রীময়ুমনা শাগৎলম্বা "পান্দ্বে" না ঐহাক্লা *মৈরা পবেংগী থাউমৈ* ফংবা, ইমাখোলগী মেম্বরশিংগা হেন্না মরী চেৎশিন্নবা অমসুং শকখঙনদ্রিবা অতে মেম্বর কয়া শক খঙনহন্নবগী পান্দ্বে ওইখি। অশেংবনি *পান্দ্বে* পান্দ্বেনি। *পান্দ্বে* অসিনা পান্দ্বে ওইদুনা ঐগী পুন্সিদা অনৌবা থোং অমা লান্দুনা অনৌবা পন্থুংফম অমা য়ৌরকপা ওমখি। কয়াদা মমল য়ামখ্রবা *পান্দ্বে-নো! পান্দ্বে*-সিননি ঐগী পুন্সিগী লম্বী অমদা পান্দ্বে ওইখিবা। *পান্দ্বে*-গা লোয়ননা শাফোঙলকপনি ফরিজ

*নোংজাইময়ুমগী নোংথাঙনা কেন্নকপদা* মতেং পাংননবা *পান্থে*-বু। অসুম্না সাহিত্যগী লমদা ইম্ফালগী অৱাংদা ঐহাক্না খোঙদাবগী থৱায়মি তম্বা হৌখিবা "মৈরা পরেংগী থাউমৈ" না মৈরা ওইদুনা, "পান্থে" না পান্থে ওইদুনা।

**শকখঙনদ্রিঙৈ মিং খঙনবা খোন খঙনবাঃ**

ইম্ফালগী অৱাংদা ঐগী সাহিত্যগী খোঙচৎকী থৱায় মিরেন তম্বা হৌরকপগা লোযননা শকখঙনদ্রিঙৈ মিং খঙনবা খোন খঙনবগী ৱাফম অমমুক লৈরকই। *মৈরা পরেংগী থাউমৈ*-গী অইবী মিং খঙলে শক খঙনদ্রি। ফোটোদি উরে মাগী লাইবিক্তগী। তখেল্লম্বম ওংবী লৈশাংথেম ইবেয়াইমনি। খোন খঙলে, ফোনদা ৱারী শানবদগী। শোযদনা পীবা ওইরমগনি ঐগী ফোন নম্বৱ ২২২৭৯৭ ইবেয়াইমদা গুণচন্দ্র নৎত্রগা কেশো সিংহ ইবেংবনা। খল্লি শোয়দনা ৱাবী শানবমগনি মাস হোটেলদা ঐখোয়না ৱারী শানখিবদো। লৈশাংথেম ইবেয়াইমনা ঐঙোন্দা "কবিরাজবু খুকমজরি" হায়না ভক্তি কৎলকই। ঐহাক্সু "ওকচরি" হায়না খুমদুনা ৱারী ৱাতাই খরা শানখি। অসুম্না মহাক্না ঐহাক্না মিং খঙনখি খোন খঙনখি। উরম্বা য়াই মহাক্সু ঐবু ফোটোদা করিদা, খবরদগী করিদগী, ঐহাক্সু মাবু উরে মাগী লাইরিক্তগী। অসুম্না শকখঙনবনি মিং খঙনবনি শক্কা-শক্কা উনদুনা শকখঙনদ্রিঙৈ। শকখঙনদ্রিঙৈ ফংখি ঐনা মাগী লাইরিক, পীখিবনি ঐনসু ঐগী লাইরিক খরা শকখঙনদ্রিঙৈ। মতুং নুমিৎ খরা লৈরগা নোংমা ঐগী ইমৌ সংগীলানা ঐঙোন্দা "বাবা কোইরেঙ্গৈদগীনি হায় ইবেয়াইমা কৌবী নুপী অমনা বাবাবু অমুক্তা খুরুমজগে অপোকপা ইপামক্কী খঞ্জরিবনি, বাবানা পীরকপা লাইরিক *পাউদম ফংলে*" হায়রকই হায়না ফোন তৌরকই হায়না ঐনা করিগুম্বা থবক অমগী চখোক্লুবদগী য়ুমদা হুঞ্জিল্লকপদা তম্মী। অসুম্না সাহিত্যনা মরম ওইদুনা মরী লৈনরকই লৈশাংথেম ইবেয়াইমগা ঐহাক্কা। মরক অসিদা ইথা থাজদনা নীলকুঠিদা লৈবা এল যদুমনি হায়বা ইবুংঙো অমগসু সাহিত্যনা মরম ওইদুনা খঙনরকপগী মমি তম্বা হৌরকখি।

খৃষ্টগী কুম ২০০৪ গী ফেব্রুৱারী ৮ ঐঙোন্দা মরুওইবা নুমিৎ অমা ওইখি। নুমিৎ অসিদা ঐহাক ঐগী পুল্লিদা অহানবা ওইনা করিগুম্বা মফম অমদা চৎপা তাখি। দিবাইন লাইফ সোসাইটি, মণিপুরগী সৎসঙ্গগী থৌরম অমা বিষ্ণুপুর জিলাগী নাবান সন্যদা গুরুভায় শ্রীওইনাম থোইবা সিংহগী য়ুমদা পাঙথোক্কদৌবি। কলেজগী ওজা

ওইবা তোক্নুনা প্রবন্ধকী পোথাকবা মতম অসিদা ঐনা পুন্সি লেনগে খল্লিবসি সাহিত্যগী থৌরম অমসুং দিবাইন লাইফকী সংসঙ্গগা মরী লৈনবা থৌরম অনী অসিদনি। নুমিৎ অসিদা ঐহাক্না পামজবা থৌরম অনী অমুক মতম অমত্তদা ফাংজিন্নররে। লমসু য়াম্না থাগ্নবা মফমনি। অমনা অৱাং পোৎশঙবমদা সাহিত্যগী থৌরম, অমনা মথক্তা পঞ্জখিবা লম নারান সন্যাদা দিবাইন লাইফকী সং-সঙ্গগী থৌরম। মফম অনীমক পুন্সিদা অমুক্তা য়ৌখিদ্রিবা লমনি। অনীমক চৎনীংবা মফম ওাক্তনি। কনা কনাগা চৎমিন্নগনি? অমসু অমসু ইশং শংনদে। নুমিৎতুদা সাহিত্যগী থৌরমদা ঐহাক্তা তোয়না চৎমিন্নবা ইনাও দা. এম প্রিয়ব্রতসু লমশাংদা ঋুল অমগী থৌরমগা মরী লৈননা চৎতবা য়াখিদে। তেম্বাগী দিৱাইন লাইফ সোসাইটিগী মেম্বরশিং, সাহিত্য প্রেমীশিং কনানা কদায়দা চৎশিগে খল্লবদা মাগী মাগী মথৌ লৈনবনা শীন্নবা ইয়া য়াখিদে। তগুায় ফদনা ঐহাক অৱাং-পোৎশঙবমদা চৎলগে, ইম্ফালগী অৱাংদা অহানবা ওইনা সাহিত্যগী লমদা খোঙদাবা ওইরগে খনখি। দিবাইন লাইফকী সংসঙ্গগী থৌরমদু য়াংনা লৌরুবগী ৱাফমদি নত্তে, অমুক্তা খোঙদাদ্রিবা নারান সন্যাদসু চৎতি চৎনীংবনি, দিবাইন লাইফকা মরী লৈননা নারান সন্যাদা খোঙদারুদ্রবসু মায়কৈ অদোমদা (বিষ্ণুপুর জিলাদা) সংসঙ্গগী থৌরম য়াওবদি ফনা য়ামদ্রে হায়বগী ৱাখলদা অৱাং মায়কৈদা চৎপগী ফিরেপ লৌখিবনি। লাইবক ফবদি দিবাইন লাইফকী মেম্বর তেম্বাগী তেকচম শামু সিংহ মফমদুদা চত্তুনা তেম্বাগী মীহুৎ ওইনা (রিপ্রজেন্ট তৌদুনা) সংসঙ্গ য়াওবা ওমখিবা অসিনি। মসিমক স্বামী শিবানন্দগী গুরুকৃপানি হায়জনীংই। ইম্ফাল ফাওবা ইনাও দা. এম প্রিয়ব্রতগা চৎমিন্নবগা শমজি খাইনদুনা মানা লমশাংদা ঐনা অৱাং পোৎশঙবমদা চত্তুনা মাগী মাগী থৌরম শরুক য়ানখি।

ইপাং কনা য়াওদা ইতোমতা লাকপনা অৱাং পোৎশঙবমগী অরোইবা জীপ পার্কিং য়ৌরে। রাজকুমার গুণচন্দ্রগী য়ুম অউ-অউবা মীদা হং-হংদুনা খোঙনা অসুম লাকপদা লমদেংগী থৌদাম নেত্রজিৎ মমান্নবা অমগা গাড়ী থৌগৎলকই। হেনগৎলো হায়দুনা হেনগৎহনপ্রে। থম্মোয় মকা লাম্বা হৌরকই। অমুক্তা খোঙদাদ্রিবা লমদম ওইবনা নাক-য়েৎ তোয়না মায় লৈ-লৈদুনা য়েংই। খঙহৌদনা গাড়ী মখোল অমা তুংলোমদগী নক্লা তাই। তুংলোমদা খংয়েং য়েংই। কাইনেটিক হোন্দা অমদা নুপী অনী তোংদুনা গাড়ী থৌরকই। ঐবু উবদা শক খঙমাল্লে, ঐগী নাক হেক য়ৌবদা

গাড়ী চপ লেপ্পী। কবিগুম্বা ঐহাক্কা তুং হন্না যেংথোক্নমদ্রগসু শোয়দনা মখোয়না ঐবু খঙলমগনি খল্লি ঐগী শেংলি ইল্লিবা ফিজোন (অভবোন), ফৈজোম অমসুং টুপী অসিদা। গাড়ী হেক খাম্বগা মখোয অনীগী মনুংদা অমনা ওজাবু হায়না খুকমদুনা ভক্তি কংলি। খৃদক্তা খঙই মহাক অতে কনা নত্তে লৈশাংথেম ইবেয়াইমনি হায়বা। তাম্রে মহাক্কী খোঞ্জেল টেলিফোন্দা, উম্রে মাগী ফোটো (মশক) মাগী লাইবিক্তা। হান্না শকখঙনদ্রিবা ঐবু নুমিৎসিদা ইবেযাইমনা ভক্তি কংতুনা অপোকপা মপামক্তি খঞ্জখিবা অদুদা ঐহাক্সু মহাকপু ইচাদা ইচাদৌনা খঞ্জখি। অতোপ্পা মহাক্কা লোযনবকপী নুপী অদুনসু ঐঙোন্দা খুকম্মী, ভক্তি কংলি। ঙাইহাক্তং ব্রাবী শানবে। হেনগংলম্লো ঐসু যৌবক্লগে হাযদুনা মখোয়বু হেনগংহনখ্রে। যৌবে বাজকুমাব গুণচন্দ্রগী যুম। ওক্নম্মী ঐবু থোঙ্গান্দা কেশো সিংহ ইবেংবা অমসুং থৌদম নেত্রজিৎ অনীনা। ইবেযাইমা অমসুং মহাক্কা লোযনবকপী নুপী অদুনসু ঐবু গুণচন্দ্রগী যুমদা ওকপিবম্মী। ব্রাবী শানববা মতুংদা খঙবা ঙমখি ইবেযাইমগা লোযনবকপী নুপী অদু শগোলশেম বিলাসিনী (কোইবেঙ্গে) নি হাযবা। কুইবে মমীং তাবা শগোলশেম বিলাসিনী খববদগী, সাহিত্যগী কলমদগী। অদুবু মশক্তি খঙখিদ্রি, মহাকসু শকখঙদ্রিঙৈ মিং খঙখিবনি। নুমিৎ অদুগী লপ্পীদা উনবা অদুনা ঐহাক্কা মখোযগা মায়োক্লনা উনবা অহানবা নুমিৎনি।

পাউ-চে (খবব) গী সাহিত্যগী লামায়দা শৈবেং ইবকপদা বিলাসিনী মবক মবক্তা থেংনৈ। ঐনা থেংনবা বিলাসিনী অনীনি— অমনা শগোলশেম বিলাসিনী (কোইবেঙ্গে) অমনা শৌগাইজম বিলাসিনী (ককচিং)। শগোলশেম বিলাসিনী হেক উবদুদা নীংশিংলকই *বাধা* (উপন্যাস) ইবী শৌগাইজম বিলাসিনী। ঐবু হেক উবদা শৌগাইজম বিলাসিনী ঐগী নাক্তা চঙশিল্লকুনা হেক্তা খুকম্মী। মাগী লাইবিক বাধা ফোঙবদা ঐহাকসু শব্দক য়াদুনা লাইবিক্কুগী মবমদা খঙজবা খবা মীযামদা পাউদমজখি। ঙসি শগোলশেম বিলাসিনীগা অহানবা ওইনা উনবদসু মহাক্সু শৌগাইজম বিলাসিনীগুম্না ঐবু খুকমদুনা ভক্তি কংলি। শৌগাইজম বিলাসিনী ঐহাক্কা ইচাদা ইচাদৌনা খঞ্জবা নুপীমচানি। অসুম্না শগোলশেম বিলাসিনীসু ইচাদা ইচাদৌনা খল্লকপগী মমি থম্মোযদা তাবকই। (মতুংদা শগোলশেম বিলাসিনীগী শৈবেং লাইবিক "মঙাল অমত্তং" ফোঙবদসু ইশামক য়াওবা ফংজখি)। বিলাসিনী অনীমক্কী খেন্নবা ঐঙোন্দা থোইদোকপা লৈখিদে।

নোংমা ঐহাক্না পাউ-চে অমদা কনাগুম্বা অমনা ঐখোয় মৈতৈ/মীতৈ অসি অফবনি ফত্তবনি হায়বা করি অমত্তা খঙদবমখৈ মীগী মতৌ তম্মনগ্রে হায়বগী মতাঙদা ব্বারেং অমা ইরকপা থেংনখি। মিং থোনবা ফাওবা অর্থ খঙদবমখৈ ফজে হায়দুনা হেক্তা থোঞ্জিনবা য়াওই। অর্থ (ব্রাহম্নোক) মুন্না খঙলবদি থোল্লিবা মিং অদুগীদমক ইকায়ফম থোকপনি হায়বগী ব্রাফম পল্লদুনা খূদম খরা পীবদা বিলাসিনী হায়বা মিং অসিগী মরমদা য়াওনা ইরকই। ব্বারেং অদু পাবদা ঐগী থম্মোয়দা করিগুম্বা পেন্দবা অমা ফাওখি। বিলাসিনী হায়বা মিং অসিদি য়াম্না আধ্যাত্মিক ওইবা মিংনি হায়না ঐহাক্না খঞ্জবনি। পানগী অর্থগা নুংগী ভাবকা খেন্নবা লৈবদগী পান্দা বিলাসিনীগী অর্থ অমাওইনা উজরবসু নুংদদি ওম্বোক্না ফজপ্রবা লুপ্রবা অমদি লুপ্রবা অর্থ অমা ইরোয় লোয়নৈ হায়না ঐগী থম্মোয়দা মমি তাজরিবনি। তাইবঙপাল অসিদা নুপা-নুপী নুংশিনবা মতৌনা খ্বাইদগী থুম্বা হেল্লি হায়দুনা মীওইবা (জীব) না মশানা প্রকৃতি (নুপী) ওইরগা ভগবানবু পুকষ (নুপা) ওইনা নীংজবনা অথোইবনি হায়না বৈষ্ণব শাস্ত্রনা থাজবগী লম্বী অমা পীরি। অসিগুম্বা মনুংশি মধুর রস নৎত্রগা কান্তভাব অসিদা নুপা নুপী নুংশিবগী মরীদা নুপীনা ওইরিবা অসিগুম্না নুপানা খক প্রেমদা হকচিনবা ঙমদে। য়োংকা য়োংচাবীগা চিংশিন্নবদা যোংনা য়োংচাবীদা পাইশিনবগুম আত্মা অমসুং পরমাত্মাগী মরীদা আত্মানা পরমাত্মাগী নাক্তা চিংশিল্লি। অশেংবা পুরুষতি ভগবান মথন্তনি, অতৈদি ঙম্নমক প্রকৃতিনি। শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা রাধা-ভাবতা শ্রীকৃষ্ণবু উপাসনা তৌজখিবনি। কৃষ্ণপ্রেমদা ঙাওজরিবী শ্রীমতি রাধিকানি। রাধাদি তশেংনমক নীংবা পূম্বা থুংহনবীবা ওম্বী, কৃষ্ণপ্রেমগী কল্পলতানি, রাধাগী ভাব মহাভাবনি, রাধাগী ভক্তি পরাভক্তিনি। পরাভক্তিদদি ভক্তগা ভগবানগা অমত্তা ওইনখ্রবনি। ভক্ত মশামক ভগবান্দা অমত্তা ওইনা তিঞ্জরবনি হায়না খনখ্রবনি। অদুগা অমুক কান্তভাব অসিদা লাইনীং লম্বীদদি পরকীয়া ভাবনা অথোইবা লম্বীনি লৌনরিবনি। অসিগুম্বা মখলগী শৃঙ্গার রস অসিবু রসকী মরমদা খঙলবা মীওইশিংনা খ্বাইদগী থাক ব্রাংবা রসনি হায়না শীংথাই। কৃষ্ণপ্রেমদা ঙাওরবী শ্রীমতি রাধিকানি। শ্রীমতি রাধিকা কুঞ্জগী মবেম্মনি। ব্রোজেশ্বরীনি। বিলাসিনী আধ্যাত্মিকী ফজপ্রবা শ্রীমতি রাধিকাগী মিংমক্নি। অসিগুম্বা আধ্যাত্মিকী ফজখ্রবা মিং বিলাসিনী হায়না থোল্লবী শৌগাইজম বিলাসিনী (ককচিং) অমসুং শগোলশেম বিলাসিনী (কোইরেঙ্গে) অনীবু ইচাদা ইচা ওইনা ফংজবা মখোয়নসু ঐহাকপু অগোকপা মগাদা

মপাদৌনা খন্দুনা ভক্তি কংপা কয়াদা লাইবক ফগ্রবা ঐহাক অসি। অসিগুম্বা লাইবক অসি মতম খরদং ঐহাক্কা সাহিত্যগী সেবা তৌজরকপগী মহৈনি হায়জনীংই। মপামক্কি খঞ্জবগা লোয়ননা শগোলশেম বিলাসিনীনা মাগী লাইরিক "মঙাল অমত্তং" ফোঙবা নুমিৎতা মাগী থম্মোয়দা তাবা মমিবু মচীনমক্কা ফোঙদোক্নুনা ঐহাকপু "ইমাখোলগী অপোকপা" হায়না সভা মাঙদা ভক্তি কৎপিখিবা অসিমক ঐহাক্কীদি পোকপগী মহৈ যাল্লবনি হায়জনীংই। মতুংদা "ইমাখোল" না ঐহাকপু নুংশিবীদুনা "ফাদর ওব ইমাখোল" হায়বা উপাধি পীবিদুনা ইকায়খুম্নবীবা অসি ঐহাক্কা ইমাখোলদা শিংবা ওন্নরোইদবা লমন অমা তোনশিঞ্জরবনি। মিংথোলগী লময়ানবীদি বিলাসিনীনি।

রাজকুমার গুণচন্দ্রগী যুমদা থুংলবা মতুং মিনিট ৭/৮ লোম লৈরগা ইবেযাইমনা "ওজাদা খবর অসিমত্তা কচ্চগে" হায়দুনা তাং ০৬/০২/২০০৪ ইংগী "হুইয়েন লানপাউ" গী কোপী অমা ঐঙোন্দা পী। মদুদা মহাক্কা ইবা "সাহিত্যনা থম্মোয়দা পীবা-নুংশিবগী মরী" হায়বা ৱারেং অমা য়াওরম্মী। ৱারেং অদু ঐহাক্কা মরী লৈননা ইবনি।

নুমিৎ অসিদা মফম অদুদা (বাজকুমার গুণচন্দ্রগী যুমদা) পাঙথোক্লিবা থৌরম অসি অনীনি। নৌনা শাবা গুণচন্দ্রগী যুম অদু শঙ্গাবগী থৌরমসু পাঙথোক্লিবনি। মরুওইবা থৌরমদি ইমাখোলনা শীনবা কবি সম্মেলনগী থৌরমনি। নুমিৎতুদা পাঙথোকপা কবি সম্মেলনদা শরুক য়াবা অদুনা ঐহাক্কা ইম্ফালগী অৱাং থংবা মায়কৈদা লৈবা লমদমদা সাহিত্যগী থৌরমদা য়াওবা অহানবা নুমিৎনি, শাফোঙবা নুমিৎনি। য়াওননবা মমিবুদি হান্ননা তমখ্রবনি। য়াম্না পূক্লিং চিংশিন্নীংঙাই ওইবা নুমিৎতুগী কবি সম্মেলনগী থৌরমদি যুম শঙ্গাবগা পূনবনিনা শেৎ-চারিবা ফিজোল অসিনি। চহী ৱায়শিল্লরুবা নুপা অয়াম্বা ফৈজোম শেৎলি, নুপী খূদিংমক তরু তনান্না কে-মৌনা লাকই। মহৌশানা সাহিত্য হায়বসিমক্তবু কে-মৌবগা, থোং-নৌরগা, লূ-নাল্লগা হেন্না ফজবগুম তৌই। ফিজেৎতসু, ৱাহৈ-ৱাতাদসু, লৈথেক লৈতেংদসু। শ্রীনোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহনা সভাপতি ওইবা কবি সম্মেলন অদুদা দাইসকী সীংতা ফম্ফম লাংলিবা লোইনমক ফৈজোম শেৎলি, পূমযাৎ লীৎলি, য়েংবদা পূক্লিং হূনীংঙাই ওই। নুমিৎতুগী কবি সম্মেলনগী থৌরমদা য়াওখিবা শৈরেং পাথোক্লখিবা কবিশিংদি ওজা কুঞ্জমোহন, অরিবম কুমার শর্মা (ৱাংখৈ), দা. আই এস কাঙজম (নাওরেম থোং), ঐহাক ইশামক (তেন্থা), শগোলশেম

বিলাসিনী (কোইরেঙ্গে), থৌদাম নেত্রজিৎ (লমদেং), কেশো সিংহ ইরেংবা (অৱাং পোংশঙবম খুনৌ), মোইরাংথেম তিকেন (ককচিং), লৈশাংথেম ইবেয়াইমা (কোইরেঙ্গে), তোংব্রম গুলামজাৎ (খাবম লমখায়), যুম্নু গুণচন্দ্র, এল যদুমনি (নীলকুঠি), এস মোহেন্দ্র (মোঙজম), দা. সিঐচ চন্দ্রকালা (অৱাং পোংশঙবম খুনৌ), তোনজম সরোজিনী চনু (কৈকোন), এল কিরনমালা (মোঙজম), দা. শরতচন্দ্র লোঙজোম্বা (শীংজমৈ), ঐচ শান্তিবালা (নীলকুঠি), জাতিশ্বর শৌবাম (অৱাং ৱাবগাই), ও বি মোইরাংচা হায়না খঙনবা ওক্রম বসন্ত (অৱাং লৈকিন্থবী) অমসুং আব কে সনাতোম্বা (অৱাং পোংশঙবম) অসিনি। মণিপুব য়ুনিবর্সিতিগী ওজা প্রোঃ এন মোহেন্দ্র অমসুং মণিপুর সরকারগী কাদাগী মন্ত্রী লমশাং কেন্দ্রগী এম এল এ ব্রজবিধুসু লেঙবীরক্লুনা থৌবমদু মপূং ফাহনখি।

কবি সম্মেলনগী থৌরম লোইরে। মী খূদিংমক হন্নবগী থৌবাং তৌনরে। চংলমদাই অদুদা ঐহাক কবি সম্মেলনদা শরুক য়াখিবা নহা ওইরিবা নীলকুঠিগী এল যদুমনি (হান্নবসু খঙনখ্রবা) মহাকপু নীংশিংলকই। মহাকপু চংখ্রববা হংলকপদা "ওজা ঐ লৈজরি" হায়না খুন্নকই। মহাক ঐহাক্কা হান্নবা ৱারী-ৱাতাই শানীংবা লৈরবসু মীয়াম মমাঙদা করিসু নত্তবদা মরম চায় চাদে খঙদনা অনদ্যু এদভান্তেজ লৌবা তারগনি খনবদগী থোইদোক্লা পূক্নিং থিংজিল্লুদবা মাল্লি। অদুবু ঐহাক্লদি মহাকপু মুন্না মশক খঙনীংবগী ৱাখল অমা থম্মোয়দা মমি তমখি। মরম অদুদগী হল্লমদাইদা মাবু উননীংখিবনি। অতোপ্পা ৱাফম অমনা ঐনা হল্লমদাইদা নুপামচা অমনা "ওজাবু! ওজাগী শৈরেং অদু য়াম্না পামজে কোপী অনী শুবীদবরা অমত্তং পামজে" হায়রকই। ঐগী ৱাখলদা ঐগী শৈরেং লাইরিক য়াওরক্লবদি অমত্তা পীবিয়ু হাযবা ওইবমগদ্রা খল্লুই। নুমিৎ অদুদা ঐহাক লাইরিক খরা পুই। লাইবিকশিং অদু কনাগুম্বা মীওই খবদা পীবম্মী। নুপামচাদুদা ইবুংঙো লোইথোকপ্রে কোন্না অমুক পীবক্কে খুম্মী। ওজাবু লাইরিক নচ্চদে ঙসাই ওজানা থীবিখিবা শৈরেং অদুবুনি, ওজানা পুথোকখিবা চে অদুবুনি হায়রকই। খূদক্তা ও! অদুবুদি য়ানি মদুগী কোপী য়ূমদা লৈ হায়দুনা চে অদু পুথোকই। করিগীনো হংবদা ঐগী শৈবেং অদু মহাক য়াম্না পামজে হায়রকই। অদুদি ইবুংঙো নহাক্কী মিং করি কৌই হংদুনা মাগী মিং চেজেং অমদা ইশিল্লগা ফূরিংখাউদা চেজেংতু হাপচিল্লি। ওহ্মোকপনি, কোন্না ঐনা ৱারেং অসি অসুম অসুম ইথরকপদা ইবুংঙো মাগী মিং হাপকে তৌবদদি চে অদু থিফম খঙদ্রে, মহাক্কী মিংসু

কাউথোকখ্রে। কাউগনবা হায়বা লায়না অমা হুন্দক ঐঙোন্দা চঙলকই, চহী মতাংগনিনি খণ্ডদে করিননি খণ্ডদে, ইবু ইশিনহৌত্রবা করিসু লৈতবা য়াম্না কমন ওইবা পোৎশক অময়ুসু, ঋিং অময়ুসু হেক্তা কাউবসিনা ঐঙোন্দা প্রোব্লেম অমা হেক হেক ওই। ঐনা ঐগী শৈরেং ইবা চেজেং অদু ইবুংঙো অদুদা পীবদা মহাক হরাও হরাওনা "নুংঙাইজরে ওজাবু" হায়দুনা লৌশিনহৌই।

যুমদা হল্লক্লে, নুমিদাংগী চাক চারে, নুমিদাংগী পুং নিপাললোম তারে। নীলকুঠিগী যদুমনিনা ফোনদা ঐহাক যুম য়ৌরব্রা হংলকই। য়ৌরে, চাক চারে হায়দুনা য়ারী শানরবা মতুংদা ইথা থাজদনা গুসাই ঐহাক্তা থীখিবা (পাথোকখিবা) শৈরেং অদুগী মতাঙদা মহাক্তা মহাক্কী ওবজার্বেসন পীদুনা মাগী কমেন্ট পীরকই। ঐগী শৈরেংগী য়ারোলগা মান্নবা শৈরেং মতেক খরা থীথরগা "ঐদি উশিংচৈ তেম্বাগী মোইরাংথেম রাজেনবু" হায়না লোইশিল্লি। নুমিৎ অদুদা ঐনা পাথোকখিবা শৈরেং অদু শৈরেং নত্তবা জাৎনি, চুম্না ময়াম ঙাইহাক পোখানবা ফাগীওই করিওই পঙই ইশিল্লগা পাথোকপা শৈরেংনি। শৈরেংগী মমিংদি "উশিংতবা তৌবিগনু মোইরাংথেম রাজেনবু" হায়বা অসিনি।

ঐগী শৈরেং *উশিংতবা তৌবিগনু মোইরাংথেম রাজেনবু* হায়বা অসিবু খাইনা তানীংলম্বা য়াই তানীংলমদবা য়াই। অদুবু ইবুংঙো এল যদুমনি অমসুং খুৎই শৈরেংদুবু লৌহৌবা অতোপ্পা ইবুংঙো মখোয় অনীগী মফমদদি নুংঙাইজবা পোকমান্লে খল্লুবদা ঐঙোন্দসু হরাওজবা নুংঙাইজবা পোকই। অসুম্না ইম্ফালগী অরাংদা ঐগী সাহিত্যগী খোঙচৎ হৌরকপগা লোয়ননা থম্মোয় মকা লাম্বীংঙদা নোংমা অমুক ইখঙ খঙহৌদনা আর কে গুণচন্দ্রনা যুথ সেন্তর, ইম্ফালদা শগোলশেম বিলাসিনীগী *মণ্ডাল অমত্তং* হায়বা শৈরেং লাইরিক অমা ফেব্রুৱারি ২৩, ২০০৪ ইংদা ফোঙগনি মহাক মশানা প্রসিদেন্ট, হৈঙাং কেন্দ্রগী এম এল এ শ্রীএন বীরেন সিংহ (মণিপুর সরকারগী ফোরেস্ট এন্দ এনবাইরোনমেন্টকী মন্ত্রী) না অথোইবা অতিথি অদুগা নোংথোম্বম কুঞ্জমোহনগা ঐহাক্না গেষ্ট ওব ওনর ওইবিগদবনি হায়না খঙহল্লকপগা লোয়ননা বার্তন তৌজরক্লগনি তাকপিরকই। থৌরম পাঙথোকফম অসি ইম্ফালদা (খুমন লম্পাক্তা) ওইজরবসু থৌরমদু ইম্ফালগী অরাংদা লৈবা *ইমাখোল*-গীনি খল্লুবদা য়াওনীংবা অমা থম্মোয়দা ফাওখি অদুগীসু মথক্তা শগোলশেম বিলাসিনীগীনি য়াওদবা য়াদবনি হায়না পুক্লিং চপ য়ুংনা লেপখি। মমাঙদা *ইমাখোল*-গী থৌরম

অমা য়াওখিবদুনা ঐহাক্না সাহিত্যগী লমদা অৱাং লমদা হান্না খোঙদাবা কবি সম্মেলনদা হান্না য়াওবনি হন্দক্কীসিনা ইমাখোললনা শীনবা লাইবিক ফোঙবগী থৌবমদা ঐহাক্কী হান্না য়াওবা থৌবম ওইরগে খনখি। হান্দক্কী মতাঙ অসিদদি ঐহাক ইনাও দা. এম প্রিয়ব্রতগা চৎমিন্নবা অমসুং পূন্না শরুক য়ামিন্নবগী খুদোংচাবা ফংলে। অমুক্তা হেন্না লাইবক ফবদি লাইরিক্কী মবমদা ৱা ঙাঙবীগদবা মী শুনা লাক্তবদগী প্রিয়ব্রতসু ৱা ঙাঙবগী তাঞ্জা ফংদুনা মীয়ান্না (ইম্ফালগী অৱাংগী মীনা) শরুখঙবসিনি। *কুমকাং কুম কবি চঙ* অমসুং অতৈ রেদিওগী লীলা কয়াদা মাগী মমীং তাববসু (মিং খঙলবসু) শরুখঙদ্রিবা কনাগুম্বা খরগী মফমদদি শরু খঙনবগী খুদোংচাবা মখোয়দা লৈখি। দা. প্রিয়ব্রতগী তোপতোপ্পা গুণ অমনা খূদক্তা পারগা য়াম্না থুনা কবি হায়রিবনো হায়বা লৌশিনবা ঙম্বা অসিনি। অথোইবা অতিথিনা লাইবিক হেক ফোঙবগা লাইরিকশিংদু ভাবক্তা যেনথোকই। ঈবাং খঙবা প্রিয়ব্রতনা য়াম্না থুনা শৈবেং খরা পারগা শৈরেংশিংদুগী আইদিয়া কবিনো হায়বদু লৌশিন্দুনা লাইবিক্কী মবমদা ফজনা অতাবশিংগী পূক্লিং চিংশিন্দুনা ৱা ঙাঙখি। নুমিৎ অসিদসু লৈশাংথেম ইবেযাইমা অমসুং শগোলশেম বিলাসিনী অসিনা ঐহাকপু মখোয়গী অপোকপা মপাগুম ইকায়খুম্নবিবা অমসুং ঐঙোন্দা খুকমদুনা ভক্তি কৎপা অদুনা ঐগী থম্মোয়দা মপা ওইবগী নুংঙাইবা ফাওহল্লি। খৃষ্টগী কুম ২০০০ গী দিসেম্বর ৩ দা ককচিংগী শৌগাইজম বিলাসিনীনা ইবা মাগী উপন্যাস *বাধা* ফোঙবদা দা. প্রিযব্রতগা ঐহাক্না শরুক য়ামীন্নখিবা অদু অমুক অতোপ্পা বিলাসিনী অমা (শগোলশেম বিলাসিনী) গী লাইবিক ফোঙবদা ঐখোয় ইচীন-ইনাও অনী য়াওমীন্নবা ফংজবা থম্মোযগী নুংঙাইবা মখল অমনি। অসুম্না অহানবা ওইনা ইমাখোললনা শীনবা কবি সম্মেলনদা য়াওজবা ফংবা লোয়ননা লূপ অসিনা শীনবা লাইরিক ফোঙবগী থৌরমদা অহানবা ওইনা শরুক য়াজবা ঙম্বা অসি ইম্ফালগী অৱাংদা ঐগী সাহিত্যগী খোঙচৎ হৌবকপনি হায়জনীংই। নুমিৎ অসিদনি বিলাসিনীনা ঐহাকপু ইমাখোলগী অপোকপা হায়বীখিবা।

মন্ত্রীপুত্রীদা লৈবা মণিপুরী নেপালী কবি ভৱানী অধিকারী কনানো হাযবা মণিপুরগী সাহিত্য প্রেমী কয়াগী মফমদা শক্তাক্লুবগী থোইদোকপা মখা অমুক লৈত্রে। সাহিত্যগী থৌরম কয়াদা শংবু শংলবদি মহাক হেক্তা মবাকই। কবি সম্মেলনগী থৌরম কয়াদা মাসু হেক্তা য়াওই। মণিপুরী লোল ফজনা ঙাঙবা ঙম্মী। কবি সম্মেলন কয়াদা মণিপুরী লোলদা শৈরেং পাই। মহাক মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফালগী




সেনাপতি জিলাগী চার হজারিদা নেপালি সাহিত্য পরিষদ, মণিপুরনা স্পোন্সর তৌরগা নবিন গোর্খা য়ুথ ক্লব,চার হজারিনা পাঙথোকপা খৃস্ট কুম ২০০৪গী র্বষা প্রতিপদ (মীতৈ চৈরাওবা) যৌরমগী নীনিশুবা নুমীৎতা অথোইবা অতিথি ওইখিবা মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ (তাং ২০।৩।২০০৪ ইং)।

মেন্থরনি। খৃষ্ট কুম ২০০৩ গী ফেব্রুৱারী থাদা য়াগী অহানবা মণিপুরী লোন্দা ইবা শৈরেং লাইরিক *কোরৌগী মশেক মণ্ডাল* মণিপুরী লিটবেরী সোসাইটিগী ১৯শুবা লাইরিক ওইনা পুথোক্তুনা মীয়ামগী মাঙদা থমগ্রে। নেপালীনা মমালোন ওইবা মীওই অমনা মণিপুরী লোলদা অসুম্না লাইরিক কোঙলকপসি হৱাওনীংঙাইনি অমসুং পূক্লিং থৌগৎনীংঙাইনি। মহাক্না ঐহাক্না মুন্না খঙনজে। মহাক্না পাবা শৈরেং তাবদা য়াম্না নুংঙাই। মহাক্নসু ঐগী শৈরেংবু তাবদা/পাবদা নুংঙাই হেক হেক হায। মখোয়রোমদা সাহিত্যগী থৌরম পাঙথোকপদা য়াওবিগদবনি হায়না তত্তনা হায। খৃষ্টগী কুম ২০০৩ গী জুন ২৩ দা ঐগী যুম (তেম্থা) দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালগী ৬৮ শুবা কুমওন পালন পাঙথোকপদা ভৱানী অধিকারী অমসুং লৈখিদ্রবা কয়ামুদ্দিন পুত্রীময়ূম লাক্লুনা শরূক য়াবে। হনখিবদা মখোয় চাক ঈশিং য়াওনা সাহিত্যগী থৌরম অমা মন্ত্রীপুখ্রীদা নৎত্রগা নেপালীশিংনা খুন্দাবা লম অমদা পাঙথোক্লবগী ৱাফম *হৌদোক্লখি হায়বগী পাউ তাই*। ৱাফম অসি খন্নবদা *হৌদোকখিবা* কয়ামুদ্দিনদি লাইবক থীববা লম্বীগী থৌদোক অমদা চহীদুগী জুলাই তরাহুমদোইদা লৈখিদ্রে। ভৱানী অধিকারীগী অনীংবা অদুদা কয়ামুদ্দিন য়াওরমদনা তাইবঙপাল থাদোকখি।

নেপালী সাহিত্য পরিষদ, মণিপুরগী থৌশীন মখাদা নবিন গুর্খা য়ুথ ক্লব, চাবহজাব (সেনাপতি দিষ্ট্রিক্ট) না শীন্নাংদুনা খৃঃ কুম ২০০৪ দা নুমিৎ হুম্নিগী ওইবা বর্ষা প্রতিবাদ (মৈতৈ চৈবাউবা) গী থৌরম চারহজারদা মার্চ ১৯ দগী মার্চ ২১ ফাওবা পাক চাউনা অমদি মায পাক্লা বিষ্ণুলাল জুনিয়র হায়স্কুলদা পাঙথোকখি। নীনি চনবা নুমিৎতা কবি সম্মেলন যাওনা থৌরমদু য়াম্না ফজনা চীংলেম্না হৱাও মথোই কানা পাঙথোকখি। কবি সম্মেলনগী থৌরমদা শৈরেং অমত্তং পাবীনবা হায়জবগা লোয়ননা বার্তন তৌবকপদগী থৌরমদু থৱায় তানা য়াওনীংদুনা ইনাও দা. এম প্রিয়ব্রতগা লোয়ননা মার্চকী ২০ দা ওক্তা হৌগত্তুনা যুমদগী পূং ৬ তাবা অদৱাইদগী খোঙশাল্লি। হন্দক চৎলিবা খোঙচৎ অসিনা ইম্ফালগী অৱাংদা চৎপা সাহিত্যগী অনীশুবা অদুগা নেপালী সাহিত্য পরিষদ, মণিপুরগী থৌরমদা য়াওবনা অহানবনি।

লাইগী নোংদম অঙকপনি। ঐহাক্তি চুম্নতা থৌরমদু য়াওগে, খুদোংচাবা ফংলগা শৈরেং অমা পাথোক্কে হায়বগী ৱাখলদা চৎপনি। মৈতৈ ৱাহৈনি হায়গদ্রা পাউরৌনি হায়গদ্রা তান চাবগা ফোলা চায় হায়বদু ঐঙোন্দা থোক্লরে। নুমিৎ অদুগী

থৌরমগী অথোইবা অতিথি ওইবিগদবা শ্রীনোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ কোলকত্তাদা চৎত্রবা য়াদবা থৌরম অমা লৈবদগী চারহজারগী কবি সম্মেলন য়াওবা ওমখিদে। অহল ওইবা অমসুং অতে মরম খরদগী লোয়নননা ঐহাকপু নুংশিবীবদগী ওজা কুঞ্জমোহনগী মহুৎ শিন্দুনা ঐহাক্না অথোইবা অতিথি ওইননবা ভৱানী অধিকারীনা মাওজৌননা ঐঙোন্দা খঙহনবীরকই। নেপালী সাহিত্য পবিষদ, মণিপুরগী সাহিত্য প্রেমীশিং, মেম্বরশিং শক খঙজনীংদুনা চৎপা খোঙচৎ অদু ঐবু মখোয়না খঙনবা খোঙচৎ ওইবগুম তৌখ্রে।

ঐহাক্কী সাহিত্যগী খোঙচৎ ইম্ফালগী অৱাংদা অসুম্না খোঙদাবা হৌখিবদগীদি মায়কৈ অদোমদা লৈবা সাহিত্যবু পামজবশিংগা ঐহাক্না লৈনবা মরীসু চেৎশিন্নবা হেনগৎলকখি। মখা তাবকপা ওইনা খৃঃ কুম ২০০৪ গী ওক্টোবর ৩ নোংমাইজিং নুমিৎতা অৱাং পোৎশঙবমদা "ইরমদম মীয়ামগী অপূনবা খোঞ্জেল লূপ (ইমাখোল) না কেশো সিংহ ইরেংবগী য়ুমদা লাইরিক অহুম ফোঙবগী থৌরম অমা পাঙথোকখি। সাহিত্যগী লমদা ইম্ফালগী অৱাংগা ইম্ফালগী খাগা অনীগী মরীসু হায়নীংঙাই লৈতনা নক্লরে হায়বগী খূদম অমদি প্রমাণ নুমিৎতুদা উবা ফংখি। অৱাংগী লূপ অসিনা নুমিৎসিদা ফোঙলিবসি জাতিশ্বর শৌবামগী ৱাবীমচাগী লাইরিক "ঙানু থঙ্গোংনা পাইখ্রবদা", খোমজিনবা শৈরেংগী লাইরিক "ইমাগী খোঞ্জেল" অমসুং শগোলশেম মোহেন্দ্র (মোংজম) গী দ্রামাগী লাইরিক "মৌ ষ্ট্রাইক" হায়বা লাইরিক অহুমসিনি। "ইমাগী খোঞ্জেল" দা তেষ্ছাদগী দা. মোইরাংথেম নরা সিংহ, রাকেশ নাওরেম অমসুং ঐহাক ইশামক্কী শৈরেংশিং য়াওরি। থৌবালগী ক্ষেত্রি বাজেন, ৱাঙুগী থোকচোম কিরন মৈতৈগী শৈরেংসু য়াওরি। লাইবিক্কী ৱা ঙাঙবদনা ইবোসনা য়াম্বেম (ঙানু থঙ্গোংনা পাইখ্রবদা) অমসুং দা. মোইরাংথেম প্রিয়ব্রত (মৌ ষ্ট্রাইক) য়াওরি। অহল ওইনা ইকায়খুম্নবীবদগী ঐহাক ইশামক অমসুং যাইরিপোক্কী এম নন্দকিশোর শর্মা দাইসতা ফম্ফম পীবীখি। ককচিংদগী কেংবা য়েংখোম, লোকেন মোইরাংথেম, এম তিকেন, য়াইরিপোক্কী রঘুবীর থিয়াম, শাজৌ চেংলৈ, থৌবালগী যুগেশ্বর ৱাইখ্বা, পোইরৌ খোংজিনগী বোবিতা অমদি রঞ্জিতা, হৈরোক্কী ওকেন্দ্রো খুন্দোংবম, বিষ্ণুপুরগী ইবেতোন, মালোমগী রাজেন শবাংথেমনচিংবা কয়া কবি সম্মেলন য়াওবা অসিনসু অৱাং মায়কৈগা খা মায়কৈগা সাহিত্যদা মরী চেৎশিন্নরে হায়বা তাকই।



শগোলসেম বিলাসিনী

(এম বাজেন্দ্র সিংহবু 'ইমাখোলগী অপোকপা' হায়না ভক্তি কৎখিবী)



[illegible]

**IRAMDAM MEEYAMGI APUNBA KHORJEI LUP (IMAKHOL)**
**AWANG POTSANGBAM KHUNOU,**
**P.O.MANTRIPUKHRI-795002, IMPHAL EAST DISTRICT, MANIPUR.**

Estd. March 23, 2003 | Regd. No 113/SR(II)/2007
Phone No [illegible] | Mobile No [illegible]

INSPIRING EXPERIENCE
FOR EFFICIENT INDIVIDUALS

# II CERTIFICATE II

## "FATHER OF IMAKHOL, 2007"



**MR. MOIRANGTHEM RAJENDRA SINGH**
Lentha Khunjao Mayai Leikai Manipur

*"FATHER OF IMAKHOL 2007" is conferred by IMAKHOL in Recognition of the Commendable Literary, Social, Cultural Achievements Outstanding & Distinguished Services Rendered by him for the Upliftment of Depressed People of the Nation.*

*IMAKHOL is honouring him with this prestigious title, on this Book Release Function of IMAKHOL held on the 11th August, 2007 at the Manipur Hindi Parishad Hall, Assembly Road, Imphal. We Appreciate His Laudable Contributions in building National Integration, Social Unity, Works of Great & Significant Excellence in the field of life*

| | | |
|---|---|---|
| (B. Jayantakumar Sharma) [illegible] | [illegible] 11/8/07 | 11/08/07 ([illegible]) |
| Chief Guest. | President | Secretary |
| President, Manipuri Sahitya Parishad | Iramdam Meeyamgi Apunba Khorjei Lup | Iramdam Meeyamgi Apunba Khorjei Lup |
| Imphal | (IMAKHOL) Awang Potsangbam | (IMAKHOL) Awang Potsangbam |
| | Manipur | Manipur |

অতোপ্পা নীংশিংবা য়াবা অমনা শ্রীরাজকুমার গুণচন্দ্র সিংহগী থৌশিল মখাদা হৈঙাওগী শ্রীচিংঙাথম বাবুধন সিংহগা ফোন্দা শৈরেংগী ৱারী শানবা অমসুং নৈনবা অসিনি। আর কেনা দিমাপুরদা পোষ্টিং তারিঙৈদা মফমদুদা থবক তৌবা হৈঙাওগী বাবুধন্দা শৈরেংগী ৱারী শানদুনা শৈরেং ইননবা থৌনা হাপখি। শ্রী বাবুধননা ইবা শৈরেংশিং ফোন্দা লোইনা পাদুনা ঐহাকপু তাহল্লি। মহাক্কা ঐহাক্কা শক খঙনদ্রিঙৈদা ফোন্দা ৱারী শানদুনা অচেৎপা মরী লৈনরক্লি। য়াম্না থুনা মহাকসু কবি অমা ওইরক্লুনা মাগী শৈরেং লাইরিক "লৈচন" ফোঙই। অদুগা ঐহাক্কী মরমদসু শৈরেং অমা ইদুনা পোষ্টতা থারকই। মাগী লাইরিক ফোঙবা নুমিৎতা মহাক্কা ঐহাক্কা শক খঙনখি। অসুম্না ইম্ফালগী অৱাংদা ঐহাক্কী সাহিত্যগী খোঙচৎ হৌখিবনি লোয়ননা অচেৎপা মরী লৈনরকখিবনি।

নোংদম অমদগী শকখঙনজখি শক্লাইরবী অইবী খাইদেম প্রমোদিনীগা। পাবীখি মহাক্লা ঐহাক্কী লাইরিকশিং অদুগা পীবীরকখি ঐঙোন্দা "কবিরাজ" হায়বা মিংথোল অমা খবরগী থোঙদা। নোংদম অমদগী শকখঙনখিবনি ইবেয়াইমা অমসুং বিলাসিনীগা নোংমতদা পুল্লপ। অপোকপা মপাগুম ইকায়খুম্নবিখিবনি মখোয়না ঐহাকপু। ঐহাক্লসু খঙখিবনি মখোয়বু ইচাগুম। ঐহাকপু মখোয় অনীনা মখোয়গী অপোকপা মপাগুম ইকায়খুম্নবীবা অসি ওইরকখি "ইমাখোল" গীসু মমৈথংদা। ইমাখোলগী লময়ানবা মীশক্তি ওইখিবা নত্তে ঐহাক্লা। চুম্নতা মখোয় অনীনা অপোকপনি হায়বা ইকায়খুম্নবগী ৱাতনি। ফোঙদোরকপনি ইচা শক্লবী বিলাসিনীনা মাগী থম্মোয়নুংগী য়াৱা মাগী লাইরিক ফোঙবা নুমিৎতা "ইমাখোলগী অপোকপা" হায়না। মসিনা অহৌবা ওইরগা ইকায়খুম্নবীখি ঐহাকপু "ইমাখোল" না খৃষ্টগী কুম ২০০৭ কী আগষ্ট ১১ দা মণিপুর হিন্দী পরিষদ হোল, এসেমব্লি রোড, ইম্ফালদা পাঙথোকপা লূপ অসিগী সাহিত্যগী থৌরম অমদা "ফাদর ওব ইমাখোল, ২০০৭" হায়বা মিংথোল অসি পীবীদুনা খূদোলপোৎ য়াওনা। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালগী প্রসিদেন্ট বি জয়ন্তকুমার শর্মনা অথোইবা অতিথি ওইবীদুনা খূৎশিন্নবীখিবনি মিংথোল অসিগী সাইতেসন অমসুং খূদোল, মণিপুরগী মফম কয়াদগী লাকপা সাহিত্যকারশিংগী মমাঙদা। সাহিত্যগী লমদা মতীক চাবা মীশক ওইবা ঙমদ্রবসু ওজা খাইদেম প্রমোদিনীনা অমসুং "ইমাখোল" না পীবিবা মিংথোলশিং অসি ঐহাক্কীদি সাহিত্যগী লমদা মায় পাক্লবনি হায়জনীংই।

নোংমা পাউ ফংই "অতিথি ময়াম থুংলরে" হায়না অতিথি মশীং পল্লদুনা। খরা লৈরগা অমুকসু পাউ ফংই "অতিথি মশীং হেনগৎলক্লে" হায়না। আর কে গুণচন্দ্রনা ফোনদা পীরকপা পাউনি। শেম্বাংবুনি অতিথি হায়রিবসি। ঐহাক্কী যুমদা মতম অমদা শেম্বাং য়াম্না তোংলম্মী। হৌজিক্তি অয়াম্বা লাকখিদ্রে। মদুগী মরমদা "অতিথিনা লাক্লবদা" হায়না মিংথোনবা বুকলেৎ (লাইরিক পিক্কনাউ) অমা ঐহাক্না ফোঙখি। ঐগীদা লাক্লম্বা অতিথিশিং অদু ওইরমগদ্রা খঙদে আর কেগীদা থুংলে হায়রবসি। শেম্বাংগা মরী লৈননা শ্রী আর কেনা শৈরেং অমা ইদুনা ঐঙোন্দা পীরকখ্রে। হায়রিবা শৈরেং অদু আগরতলা, ত্রিপুরাগী "মরূপ" পত্রিকাগী চহী কুম্থামাপলগুবা মপোক কুমওনগা মরী লৈননা ফোঙবা "শরৎকী ঈচেল ২০০৬-০৭" তসু হাপ্তুনা ফোঙখ্রে। শৈরেং অদুদি মখাগী অসিনিঃ

*শান্তিগী পাউজেল পুবা রাজেন*

*শেম্বাং চাম্মা চাম্মগী শাইদাংফম,*
*চীক্লবা খুঙ্গংগী লমদম অদুদা*
*লৈবনি কবিরাজ রাজেনগী*
*পীক্লবা খাংপোক*
*হৌরকফম্নি মাগীদি কনাসু খঙবীদা*
*ঈরোলনুংদা লোৎতুনা লৈরিবা*
*মণিগুম চীংয়াদুদা নাইতোম ঙাল্লিবা।*
*অয়ুক খুদিং শেম্বাংশিং শঙ্গু শঙ্গু*
*শান্তিগী পাউজেল পুর পুবদুনা*
*পাইথোকখি রাজেনগী খাংপোক্তগী মথং মথং*
*শীনবা থুংনা মোং হাদনা*
*সহরগী ময়াযদা খুঙ্গংগী চিদাইদা*
*যেল্লরি শান্তিগী পাউজেল যুমথোঙ খুদিং*
*ওইহল্লগে খল্লদুনা পুম্নমক স্বগমী লৈকোল।*

শক খঙনদ্রিঙৈ ফোনদা ব্বারী শানদুনা মাগী শৈবেং কয়া দিমাপুবদগী

পাবকখিবা, ঐহাক্না ঐহাক্কী ওবজার্বেসন পীখিবা, শকখঙনদনা ব্রাবী শানবা অসিনচিংবগী মতাঙদা হৈঙাংগী বাবুধন চীংঙাখম্না পীবকপা চিঠি/শৈবেং অমা অসুম্না হবকহঃ

**ব্রাফম অমত্তং**

*খোঞ্জেল অমা তাবকই*
*খূৎ হৎতুনা কৌবকই।*
*চৎচনীংই ঐসু মতুংদা*
*খোঙ্গুল লীদুনা মহাক্কী।*
*থাংগে খল্লি খোঙথাং*
*ফূকপা ঙমদে খোঙফম।*
*নীংহন্নবা মতৌদা ঐহাক্কী*
*লাউবকপগী খোঞ্জেন তাবকই*
*মমি শামি উবকই।*
*অহানবা খোঙফম লূপ্লনি*
*অনীশুবা খোঙফম হন্থবকপনি*
*মথং অমুক থাংগনি।*
*মীনা লীবা ব্রাবীদগী*
*নশানা যেংজবনা পেনগনি*
*খূদিংমক উবনি মফমসিদা।*

ওজাগী লাইবিকশিং— বাজেনগী থম্মোযগী তাজমহল; ঐগী থম্মোয কুরুক্ষেত্রদা; বাজেনগী বাজেন, বাজেন বাজেন; কাইদা কাইদানা পাজবে। সাহিত্যগী লমদা ঐদি কবিসু খঙজদে। লাইবিকশিংদগী ফংজবা মহাউ খবদং থমজনীংবদিঃ

(ক) অপাবশিংবু মখা তানা পানীংহল্লি।

(খ) সমাজ অসিদা লৈবিবা চৎন-পথাপ কযা নৈনদুনা অপাবশিংগী পূক্লিং চিংশিনহল্লি।

(গ) পাউতাক নৎত্রগা অফ-ফত্তা, অচুম-অবান নৈনবদা খঙগদবা

দিব্বিন্যারীগুম্বনি।

কবিরাজগী মিংথোল ফংখ্রবা শ্রীমোইবাংথেম বাজেন্দ্র সিংহগী লাইরিক ২৪ পুথোকপিগ্রে। লাইবিক অমা পুথোকপগী জ্ঞান অমদি থৌনা অদুগুম্বা ২৪ রক্কী গুণ অমদি থৌনা অদুনি ঐনা থোইদোক হেন্দোক্লা থাগৎচনীংবদি।

অচওবা সমাজ অমা শেমগৎপদা সাহিত্যগী অচৌবা থৌদাং যাওই হায়বসি ওজাগী লাইবিকশিংদগী মযেক শেংনা উবকই। সাহিত্য হায়বসি সমাজ অমগী কাযবা লৈত্রবা শকয়েং মিংশেন্নি হাযবসি তবং তবংই।

সাহিত্যগী লমদা খোঙথাং কযা থাংজীনবীবিবা ওজাগী খোঞ্জেন্তবু তাজবিবনা ওজাগী তোপ তোপ্পা কখোকপগী গুণবু থাগৎচবি।

দিমাপুব বাবুধন চীংঙাখম

তাং ৫-১০-২০০৫ ইং,

ঐহাক্লা শক খঙনদ্রিবা বাবুধনদা আব কে গুণচন্দ্রনা ঐগী লাইবিক খবা পীদুনা পাহনবনি। মদুদা ফাওবকপা মাগী ব্রাখল ফোঙদোক্লুনা ইবকপা চিঠিনি। আব কেনা মাবুসু শৈবেং ইনবা থৌনা হাপ্পীখিবনি। মহাক্লা ইবা শৈবেংশিং ফোন্দা পাবক্লুনা ঐহাকপু তাহনখিবনি। ঐহাক্কী খোঞ্জেল মহাক্লা ফোন্দগী খঙখিবনি।

*("হুইযেন লানপাউ" দা লৈশাংথেম ইবেযাইমনা ইবকপা "সাহিত্যনা থম্মোয়দা পীবা-- নুংশিবগী মবী" অমসুং দা সিঐচ চন্দ্রকালানা ইবকপা "শকখঙবীদ্রবা থম্মোয়সিগী তাজমহল" অদুগা "মতমগী যাকাইবোল" দা বাজকুমাব গুণচন্দ্রনা ইবকপা "ফাগী পুবা কবি বাজেন্দ্র" হায়বা ব্রাবেং অহুমসিদি অতোপ্পা লাইবিক অমদা হাপ্লগে থৌবাংজবনা মতাঙ অসিদা হাপচদ্রে।)*

"ইমাখোল" গী সাহিত্যগী থৌবম অমদা ইহান হান্না ঐহাক্লা শকক য়াদুনা কবি সম্মেলনদা পাথোকখিবা শৈবেংদুদি মখাগী অসিনিঃ

***উশিংতবা তৌবীগনু মোইরাংথেম রাজেনবু***

*অশেংবনি থাজদবা তৌবীগনু*
*তেম্বাদগী হেন্না চাওখৎপা ব্রাংজিংনি*
*ব্রাংজিংদগী হেন্না চাওখৎপা থৌবালনি*

থৌবালদগী হেন্না চাওখৎপা ইম্ফালনি
ইম্ফালদগী হেন্না চাওখৎপা দিল্লিনি
দিল্লিদগী হেন্না চাওখৎপা ৱাশিংতননি,
অদুনা
তেম্বাবু উশিংতে ৱাংজিংগী মী খরনা
ৱাংজিংবু উশিংতে থৌবালগী মী খরনা
থৌবালবু উশিংতে ইম্ফালগী মী খরনা
ইম্ফালবু উশিংতে দিল্লিগী মী খরনা
দিল্লিবু উশিংতে ৱাশিংতনগী মী খরনা,
অদুনা
কবি ওইনা উবমগনি ৱাশিংতননা তেম্বাবু
উবু উবমলোই
খঙলমলোইদবনিনা মফমদুগী মীনা
তেম্বা হায়বা অমা লৈ হায়বা মালেমসিদা
লৈদি লৈবনি তেম্বা হায়বা অমা মালেমসিদা ইন্দিয়াদা
খঙলমলোইদবগী ৱানি মখোয়না
অদুবু
খঙই, উই তেম্বাগী মোইবাংথেম বাজেননদি
ৱাশিংতন হায়বা অমা লৈ হাযবা মালেমসিদা আমেরিকাদা
কযাদা ৱাংখ্রবা মাগী জিওগ্রাফিকেল নোলেজ
ৱাশিংতন্দগী হেন্না ৱাংবা
পোকচববসু তেম্বাদা আঃ তেম্বাদা
উই মানা মাগী ইচম চম্বা আনোক উপত্রবা মীংনা
থম্মোযগী মীংনা, ৱাখলগী মীংনা
কদাযদা লৈবগে হাযবদু ৱাশিংতন
যেংলকপদা মাগী ময়ূম তেম্বাদগী
অদুবু
খঙলম্লোই ৱাশিংটনদা লৈবা জর্জ বুশতি

তেম্বা হায়বা অমা লৈ হায়বা মালেমসিদা ইন্দিয়াদা
কয়াদা নেমস্তবা হাগী জিওগ্রাফিকেল নোলেজ
তেম্বাদগী হেন্না নেম্বা,
লৈজরবসু আমেরিকাদা
উবা ঙমদে তেম্বাগী লৈফম
য়েংলবসু দুরবীন থান্দুনা মমীংতা
লাম্বা ফংদে তেম্বাগী ৱাখল,
অদুনা
ৱাংজিংদা পোকপা শ্রীসিংহজী
থৌবাল মচা শ্রীলজী
ইম্ফালদা লৈবা শ্রীযুক্তজী
দিল্লিদা চাউবা শ্রীমানজী
উশিংতবা তৌবীগনু
তেম্বাগী মোইরাংথেম রাজেনবু
খঙবনি উবনি মহাক্তি লমসিদা
ৱাশিংতনদা লৈবা জর্জ বুশতগী হেন্না
খঙবীদ্রবসু তেম্বা লাক্ষ লাক্ষকী
রাজেন কোতি কোতিবু
চাওখৎলবা সহর কয়াগী
খঙ-হৈরবা শ্রীজী কয়া কয়ানা।

*নীংশিংজবাঃ শৈরেং অসি হান্নগী ওরিজিনেল দ্রাফ্‌ট অদুদগী ৱাহৈ-ৱাতা খজিক্তং শেমদোকচরে। ঙাইহাক পোত্থাসি হায়বগী ৱাখলদা শৈরেং অসি ইরগা পাথোকচখিবনি, শোয়খি-লানখিবা পূন্নমক ঙাকপীনবা খ্বাই খিবিক্কী মফমদা নোল্লুক্না ভক্তি কচ্চরি।*

অসুম্না করিগুম্বা নোংদম অমদগী ইম্ফালগী অৱাংদা ঐগী সাহিত্যগী খোঙচৎ অসি লৈরকখিবনি। মতুং তাবদদি অতৈ অতৈ সাহিত্যগী থৌরম কয়াদা শরুক য়াবা ঙমজখি। কয়াদা কনশ্রবা "সাহিত্যনা থম্মোয়দা পীবা– নুংশিবগী মরী"।

ওঁ শান্তি! শান্তি! শান্তি!

# ꯑꯇꯤꯊꯤꯅꯥ ꯂꯥꯛꯀꯕꯗꯥ

# অতিথিনা লাক্কবদা



অতিথিশিংনা থাদোক্কমলবা মথোয়গী কায়দোংফম

# ꯑꯇꯤꯊꯤꯅꯥ ꯂꯥꯛꯔꯕꯗꯥ

# অতিথিনা লাক্রবদা



অতিথিশিংনা থাদোক্রমলবা মখোয়গী কায়দোংফম

# ঐগী য়ূম শেম্বাংগী য়ূম
# শেম্বাংশিংনা করিগী তোংলরিবনো

নোংদম অমদগী মতম অমদা ঐগী য়ূমদা নিংথমথাদা শেম্বাং ময়াম পাইশিল্লক্তুনা অহিং য়ারেক্লখি। অয়ুক অঙনবদা লোইনা অমুক পাইখোকখি। য়াচংলকপদা পাইশিল্লকই। মখোয়গী তোংফম প্লাসতিক খৌরী তিংদুনা মাঙ্গোলদা শেম শাই। ইংশোক ১৯৯৯ দদি শেম্বাং মশীং ৪০০০ খরা হেনখি। পরেং পরেং খৌরীদা তোংবদু মীয়ামনা য়েংবা লাক্লখি। ফোতো কয়া নমখি, ভিদিও ফিল্ম কয়া নমখি। শেম্বাংশিংনা মশীং য়াম্না য়ারেকপা হৌখিবা অসি ইংশোক ১৯৮৫ অদুবাইদগীনি। মতম অদুদা য়ারেকখিবা শেম্বাং অসি ২০০।৩০০ গুম্বনি। চহীদুগী মমাঙদদি শেম্বাং ১০।২০দি ঐহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদগী য়ূমদা অদুম লৈরকখি। মশীং য়াম্না পাইশিল্লক্তুনা তোংবদি হায়রিবা চহী অসিদগীনি। ২০০।৩০০ তোংলবা অদুদসু থোইনা মশীং য়ামদবনিনা থোইদোক্না পূক্লিং চিংশিল্লুদে। অদুবু মতুং চহী খরগী মতুংদা পাইশিল্লক্তুনা য়ারেক্লখিবা মশীং খংহেন হেনগৎখি। নুমিদাংবাইরমদা মুকক্লবী পাইবগুম মশীং য়াম্না পাইশিল্লকই অদুগা অয়ুক্তা অমুক পাইখোকখি। নিংথমথাদনি। মার্চ লোইরমদাই অমদি এপ্রিল হৌরকপা অদুবাইদদি অহিং য়ারেক্লদে। খরবুদি (১০।২০) অদুম মতম চূপ্পদা লৈ। নিংথমথাদা শেম্বাং ময়াম পাইশিল্লক্তুনা তোংলরিবা অদু মীয়াম্না খঙনরকখি। ঐহাক্না "**ঐগী য়ূম শেম্বাংগী য়ূম শেম্বাংশিংনা করিগীদমক তোংলরিবনো**" হায়বা বারেং অমা ইরগা "পোক্লফম" পাউ চেদা পীশিনখি। ফেব্রুয়ারী ২১, ১৯৯৭তা ফোঙলকই। অদুগা অনীশুবা বারেংনা মথংগী চহী (১৯৯৮) দা ইদুনা জানুয়ারী ১৬তা ফোঙই। বারেং অনীমক শেম্বাংগী ফোতোগা কোম্বনা ফোঙবনি। মসিদগী মীনা ঐগী য়ূমদা শেম্বাং য়াম্না তোংই হায়বসি খঙনরকখি। মণিপুরগী মফম অয়ামবদনি। চহীদুগী জানুয়ারী ২৮দা মণিপুরগী পাউ চে কয়াদা ফোতোগা

কোম্লনা ফোঙলকপদগীদি অমুক্কা হেন্না মীয়াম্না খঙনখি।শেম্বাংগী পাউ শং দাক্পদা ঐহাক্কী মিংসু ঐহাক্কী পোক্লফম লমদম তেহ্নাসু অদুম লোয়নরে। শেম্বাংনা ঐহাক অমসুং ইখুঙ্গংবু মমিং চৎহনবীরে। শেম্বাংগী লমন তোনশিল্লে। অফবদা ওইরবসু ফত্তবদা ওইরবসু ময়ামদগী করিগুম্বা অমদা থোইদোক হেন্দোকপদা করিনো খরা মীনা অদুম ঙাঙনৈ। শেম্বাংদা খরা থোইদোক হেন্দোকপা অসিনা খরদি অদুম ঙাঙনরে। মতুংদা মণিপুর য়ুনিবরসিটিগী ওদিও ভিজুয়েল রিছার্স সেন্টর (এ ভি এর সি) গী তী ম অমা লাক্তুনা ফিল্ম নমলে অহিং য়ারেকখি, শরু ইরবা শ্রীতেজকিশোর সিংহ অমসুং রহেজুদ্দিন শৈখ (খ্বাইনা পাওল শামু হায়না খঙনবা) সু য়াওরকই। ইংশোক ১৯৯৯ গী অগষ্ট ৪গী অয়ুক পূং ৬ তা দি দি ব্বানদা ''ব্বীদর্ন গেট্স'' হায়না মিংথোন্দুনা য়ুনিবর্সিটি গ্রান্ট কমিসন, নিউ দিল্লিগী প্রোগ্রাম অমা ওইনা দুরদর্শনদা উৎখি। অসুম্না নোংদম অমদগী ঐগী য়ূমদা পাইরক্তুনা য়ারেক্লবা শেম্বাংশিং অদু করিগীনো খঙদে হৌজিক্তি পাইশিল্লকখিদ্রে। করিগী মতম অমদা য়ারেক্লরিবনো, করিগী হৌজিক্কা পাইশিল্লক্লবনো খঙবা ঙমদে। মসি নোংদম অমনি লৌজে। ঐনা কৌরুবা নত্তে, বার্তন তৌরুবা লৈতে লাকপিয়ু হায়না। ঐনা হায়খিবা লৈতে নখোয় লাক্লগনু হায়না। ঐহাক্কা লৈমিন্নরিঙৈদা ফংখ্রে মখোয় অব্বা নুংঙাই কয়া। মাঙ্গোলদা থেৎপা ফোতোদা তোংদুনা, প্লাসতিক থৌরীদা তোংদুনা য়ূমগী কানচিদা খা ঙেং দা তোংদুনা অঈংবা নিংথমথাগী উঁলদগী নাহোক্তুনা পোখাফম ফংজখিবনি। লোয়ননা হৌদোঙ অমসুং মকুগী শারাক ওইদুনা মপুন্সি ঈথ মনখিবা কয়ানি অমদি কিদুনা ময়াম ব্বা ব্বা পাইথোকপসু কোঙ্গায়নি। অব্বা নুংঙাই কয়া খাঙমিন্নখি, মখোয়গা ফোতো নমমিন্নখি মখোয়গা ফিল্মদা উৎমিন্নখি। হৌজিক্তি মখোয়গা কায়নরে। মসিসু পুন্সিনি নোংদমনি। নোংদম অমদগী লাক্তুনা য়ারেকখিবনি। খঙদে করম্বা নোংদমদগীনো হৌজিক মখোয়গা কায়নরিবা। খঙবা ঙম্বা নত্তে নোংদম, তম্বা ঙম্বা নত্তে নোংদম। অমুক হন্না থমজরি খ্বাইগী মফমদা নোংদমদুগী ব্বারোল :

---

ফেব্রুয়ারী ২১, ১৯৯৭ ইংদা ''পোক্লফম''দা ফোঙখিবা ব্বারেং ঃ-

## ঐগী য়ূম শেম্বাংগী য়ূম
## শেম্বাংশিংনা করিগী তোংলরিবনো

ঙানু, খুনু, য়েন য়ূমদা য়োকপা মীওইবগা লৈমিন্নবা উঁচেক্লি। মখোয়দগী

মীওইবনা কান্নবা য়াম্না ফংই। করিগুম্বা মতমদা কনাগুম্বনা চোঙা, তেনবা য়োক্কুনা তাইবঙ মীয়োল তম্বীবসু য়াওই। মীওইবগা লৈম্নিনবা মীওইবনদি য়োক্কবা উচেক কয়া অমসু লৈ। মখোয়গী মরক্তা শেন্দাং অমসুং শেম্বাং মমিং পনবা য়াই। ঋাগী য়ূম য়াম্না শানরিঙৈদা,ইনা কুপ্পা য়ূমদা লৈনরিঙৈদা শাইজিনদা, হুমদাং কারকতা অমসুং লোইখোমগী অহুৎপদা শেনদাংগী মকোন য়াম্না শানৈ। হৌজিকসু অসিগুম্বা শঙ কয়াদা মখোয়গী মকোন শাবা অদুম য়াওরি। মীওইবনা তোয়না মখোয়বু হাৎপা অমদি হৌজিক্কী অনৌবা য়ূম শাগৎনরকপা মতম অসিদদি শেনদাং মশীং য়াম্না হনথরে। ফৌ চেঙ অসি মখোয়গী চীঞ্জাক ওইবা মরম্না মীওইবনা মখোয়বু নুংশিদে। মোইরাংথেমনচিংবা মোইরাং শলাইগী শাগে খরদি শেনদাং অসি মখোয়গী মবেক্কৌনা ওনখিবনি চাহেদে চারবদি না পাৎলিনচিংবা হায়নবা য়াওই। অদুগা শেম্বাংদদি মীওইবনা শেনদাংদা তাখীনা তৌবগুম তৌদে। মসিগী মরমদি শেম্বাংনা শেনদাংগুম মীওইবগী চীঞ্জাক ফৌ -চেঙ, হৱাই-চেঙৱাই চাদে অদুগা য়ূমদা শেম্বাং চঙলবদি মকোল শারবদি অফবগী খুদমনি হায়না লৌনৈ। শেম্বাংদি তীন কাংনচিংবা চাবা মরমনা লৌরক্তা ফৌনানা শংনা হৌগৎলকপদা চৈ য়ুংদুনা শেম্বাং তোংফম শেমদুনা তীন কাং কয়াবু চাখোকহনবদা শীজিন্নৈ। শেম্বাংবু থোইনা হাৎতোক্নদে। অদুবু মীনুংশি খঙদ্রবা মীওইবনা শেম্বাংবু হাত্তুনা চাখোকপা য়াওনরক্রে। অঙাংশিংনা নাওরিনা কাপ্পুনা শেম্বাং হাৎপা কয়া অমসু য়াওরে। মবম অসিদগী নোংমা নক্তগা নোংমদি শেম্বাংগী মশীং হন্থরক্কুনা শেম্বাং মুৎপা য়াবগী মওংসু লৈতবা নত্তে। শেম্বাংনা মীওইবগী য়ূমদা লৈখোম অমসুং নাপী শীংনানা মখোয়গী মকোন শাই। নিংথমথাদা শেম্বাং মবোল নিংখিনা লোশেদ। চেচা চেচা খরা খোং লগা তোকই। কালেনথাদদি মকোনদা অমসুং খাঙেন্দা তোংলগা মরোল য়াম্না নিংশীনা অমসুং য়াম্না শাংথনা লোল্লি। মরম অসিদগী অঙাং পিশক্না য়াম্না পিক্লিঙৈদা মীরোল লোনবা হৈরকপদা য়াম্না ঙাওগনবা অঙাংবু শেম্বাং মরোল লোনবগুম লোল্লি হায়না প্রমান তৌনৈ। শেম্বাংনা মরুম কোক্কুনা মচা পোকপা অসি অশাবা ঋতুদনি।

মথক্তা পনজখিবা ঋাফম অসি শেম্বাংগা মরী লৈনবা ঋাফম খরদং থমজবনি। মথা তারকপদা থমজরিবা অসিনা ঐগী য়ূমদা শেম্বাং তোংবগী মরমদনি। ঐগী য়ূম থৌবাল জিলাগী তেম্বা খুনগী কংলা চীংদোনগী অৱাং থংবা চীংখোঙদনি। থায়নগী য়ূমশা নত্তে। অসাম তাইপতা ফৈনা শাবা কচা য়ূমশানি, চেক নুংনা শাবা নত্তে লৈরঙগী য়ূমনি। য়ূমসিগী ভেবেন্দাগী কানচিদা হান্না শেম্বাং ২০০।৩০০ ইংশোক ১৯৮৫ অদুৱাইদগী নিংথমথাদা চঙলক্কুনা তোংবা হৌবকখি। তৌবগীদি হান্নদগী হৌনা শেম্বাং ১০।২০ দি অদুম চহী খুদিংগী কুম্বী কালেন

নাইদনা লৈরকই। মশীং য়ামদবনিনা থোইনা মীৎয়েং চিংশিনখিদে । অদুবু খণ্ডহৌদনা চহী মঙা তরুক্কী মতুং অদুবাইদগীদি শেন্নাং মশীং খণ্ডহেন হেনগৎখি। মশীং ৭০০।৮০০ য়ৌশিল্লকখি। থৌগাদবা য়ারক্তে নুমিৎ খুদিংগী শেন্নাং মশীনা মাঙ্গোল পূমচাই চাইরে। বাইরম তৈথোকপদা প্রোব্লেম অমা ওইরকলে। তাব্দি তাথোকনীংদে। অদুবু কালেন চঙলকপদদি অয়াম্বা পাইথোক্লম্মে । নুমিদাংবাইরমদা পাইশিল্লক্তে। থোইনা কা হেন্না তোংলদ্রে। ইমুংদা ১০।২০ দং মকোন শাদুনা মরূম কোক্তুনা মচা পোকই। ইমুং বাই চাইবগী প্রোব্লেমদি অদুম মরৈরি। মাঙ্গোলদা ৪০।৫০ দি অদুম তোংলি। নিংথমথা হেক চঙলকপগা কদোমদগীনো খণ্ডদে মাঙ্গোলদা তোংবা মশীং অসি অমুক হেনগৎলকই। মশীং থীবদা চাউরাক্না ১২০০।১২৫০ রোম শুই। কানচিদা তোংবদু য়েংবা নুংঙাইত্রদুনা প্লাসতিক থৌবীনা পরেং ১৫ থোক্না কানচিশিংদা তিংদুনা থমবদা থৌরীশিং অদুদা পবেং পরেং তোংলরে। অকিবা কবি অমত্তা পোক্তবা মাল্লি। অসুম্না তোংলকপনা নোংমদা শেন্নাং ১৫০০ রোম তোংবসু য়াওই। জানুয়াবী অমসুং ফেব্রুয়ারী থাদদি নুংখিল পূং ৫ মিনিত ১৫ অদুবাইদগী পাইশিল্লকই অদুগা নোংঙাল্লগা মচীঞ্জাক খিবা পাইথোকখি । মথোয় অসি করিগুম্বদা হৌদোঙনা জিঙ্ঘ মথক্তা চেনবদা কিবদগী পাখৎতুনা অহিংদা পাইথোকপসু য়াওই। খণ্ডদবা মীনা মাঙ্গোলদা চঙলকপদা কিদুনা পাইথোকপসু য়াওই। চেকশিন্দবা য়াবক্তে, মী চঙলকপদা খিংননবা অমদি অপনবা পীননবা মাঙ্গোল অসি খাজিনদবা য়াবক্তে। প্রাসতিক চেরংনা খাজিন্দুনা থমবদগী খবামখৈদি শাফরে। য়ূমগী হৌদোঙনা ফাবীগদ্রা খনবদগী চেকশিল থৌরাং খবা পায়খৎতবা য়াদ্রে। জিঙ্ঘ মথক্তা হৌদোঙনা দ্রং দ্রং চেনবদা মখাদা শেন্নাংশিংনা পাখৎতুনা পাইথোকপা অদু অসুক্কী মতীক নুংঙাইজদে। অতোপ্পা বাফম অমনা নুমিদাং মমশিল্লক্লবদা শেন্নাংনা পাইশিন্দুনা তোংফাৎত্রিঙৈদা মকু পাইশিল্লক্তুনা ফাবগা চানবা পুখিবা অসিনি। নোং ঙাল্লকপদসু অসি মঙাই, খবা ঙন্না নোং পূমঙ ান ঙানফাৎত্রিঙৈদা পাইথোরকপা শেন্নাং মকু পাইশিল্লক্তুনা ফারগা পুখি।ঐগী য়ূম চীংখোঙদনি । খা থংবদা কংলা চীংদোল লৈ। মকুশিং উরক্তা লৈ। মদুদগী মকুশিং পাইথোবকপনি। অঙাং খন্না নেক্তুনা নাওরিনা কাপ্তুনা মকু খন্নদি হাংখি। লোইবদি নত্তে। হৌদোঙদগী ঙাকশেনবা অসিসু তৌদবা য়াদবা অমা ওইখি।

শেন্নাংশিং অসি কবি মরমদগী, করম্বা ঈশিং নুংশিৎকা মবী লৈনবদগী পাইশিল্লক্লিবনো খণ্ডবা ঙমদে। ওলাংথা চঙলকপদদি তরা কুন নত্তনা অতৈদি লোইনা পাইথোকখি, অমুক হঞ্জিল্লক্তে। লেমহৌবিবা খরা অসি মহৌশাগী খরা অদুরা নৎত্রগা অনৌবা পাইশিল্লকপদগী লৈহৌব্রা হায়বদুসু খণ্ডবা ঙমদে। শা



কংলা চীংদোনগী অৱাংথংবা চীংখোঙদা লৈবা এম রাজেন্দ্র সিংহগী য়ূম



অতিথিশিংনা য়ারেক্লবা মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহগী য়ূম



প্লাসটিক চেরংনা অতিথিশিংগী কায়দোংক ম খাজীনবা



ইলেক্ট্রিক মণ্ডালদা অহিং য়ারেক্লিবা অতিথিশিং (শেম্বাংশিং)

উচেক্কী মরম খঙবা মখোয়গী লমচৎ শাজৎ হৈনবী খঙবনা মুন্না খিজিল্লবদি করিগুম্বা মরম খরনা য়ূম অসিদা অসুক য়াম্না শেম্বাং তোংলরিবনো হায়বসি খঙবা ঙমগনি। নিংথমথাদা পাইশিল্লকপা অসিনদি নিংথমগী অঙ্গংবা খাঙনবা মানবগুমসু তৌই। কালেন থাদা চঙলক্কবা অসিনা মরূম কোকপা মতম ওইবনা মাগী মাগী খুদোংচাবা মফম খিবা ওইরম্বসু য়াই। পুম্নমক অসি উচেক্কী মরম খঙবা মীনদি লায়না খঙবা ঙমগনি।

---

জানুয়ারী ১৬, ১৯৯৮ ইংদা ''পোক্নফম''দা ফোঙখিবা ৱারেং ঃ-

## ঐগী য়ূম শেম্বাংগী য়ূম

## শেম্বাংশিংনা করিগী তোংলরিবনো -২

হান্নসু পঞ্জখ্রে, তেম্বাগী কংলা চীংদোনগী চীংখোঙদা লৈবা ঐগী য়ূমগী মাঙ্গোলদা চহী খুদিংগী নিংথমথাদা শেম্বাংশিংনা পাইশিল্লক্তুনা তোংলৈ। হৌখিবা চহীদা তোংখিবা শেম্বাংশিং অসি ১৫৫০ রোমনি। এপ্রিল থা চঙলকপা নিংথমথা লোইখিদুনা ওলাংথা চঙলকপা মতম অদুদদি শেম্বাং অয়াম্বা পাইথোকখি অহীংদা থোইনা য়ারেক্লদে। লেমহৌবা ১০।২০ দং য়ূম শঙহৌবা ওইনা লৈহৌই। কুমশি অসি কয়া থোইনা শেম্বাং পাইশিল্লক্কবা অদুদা ৱাখল ইনুং নুংঙাইরুদ্রে। অদুবু ডিসেম্বর ১৪ গী নুমিদাংৱাইরম য়াচঙলকপদা শেম্বাং ৬০।৭০ রোম পাইশিল্লক্তুনা হান্নগী তোংফমদা তোংদুনা অহিং য়ারেক্লরে। মথংগী নুমিত্তা শেম্বাং ১০০ রোম শুনা তোংলৈ। ডিসেম্বর ১৬ কী য়াচঙলকপদা ফমদুনা য়েংবদা শেম্বাং ১৭০।১৮০ রোম তোংলৈ। নোংম-নোংমগী শেম্বাং তোংবগী চাং হেনগৎলক্তুনা তোংলকপা অসিনা ডিসেম্বরগী তাং ২০ গী অহিং অথেঙবদা শেম্বাংশিংনা তুপ্রিঙৈদা মশীং থীদুনা য়েংবদা শেম্বাং ৪৮৪ শুই। অসুম্না শেম্বাং তোংবা অসি ঈংবা হেনজিল্লক্লগা মশীং য়ামখৎলকপগুম তৌই। ডিসেম্বর ২৮ দদি শেম্বাং লীশীং অনীলোম শুবগুম তৌই।

করিগীদমক শেম্বাংশিংনা তোংলরিবনো হায়বসি ফজনা খঙবা ঙমদ্রগসু নিংথমথদা ঈংবা খরা শাফনবা শাইদাংদুনা য়ারেক্লবনি হায়বসিদি চুম্নগদবা ৱাফম অমা ওইরে। ওলাংথা অসি মখোয়গী মরূম কোকপা মতম ওইনা তৌই। অদুগা ঈশিং-নুংশিৎ শারকপগা লোয়ননা খুদোংচাবা মফম য়েংদুনা মীগী য়ূমদা মকোন শাদুনা মরূম কোক্লুই। শেম্বাংশিং অসি লম্নক্তা লৈবসু য়াওবগুম তৌই। নিংথমথাদা ঈংবদগী শাইদাংলবা ওইরবসু অমুক্কা হংনীংবা ৱাফম অমনা ঐগী য়ূমদা করিগীদমক অতম্না তোংলরিবনো হায়বা অসিনি। মী অতৈগী য়ূমদসু

খরা খরা থাইদোক্লখিবা ময়াই, য়েম্বোক্লখিবা ময়াই। ঈশিং-নুংশিংকা করি মরী লৈনবগীনো? য়ূম শাফম অসিগা মখোয়গা করি চানবা লৈবগীনো অসিনচিংবা খন্নীংঙাই ওইবা ৱাফম খরদি অদুম মরৈরি। শাইদাংলবা মরম্না মখোয়বু তাম্বোক্ল ীংবগী ৱাখলদি লৈতে। নুংশিবদুম পোক্লকই। অদুননি মখোয়গী তোংফম থৌরীনা পরীং তিংদুনা শেম্বীরিবা অসি। মথী ফায়থক্লকপদগী মাঙ্গোল অসি মোৎপা য়াবা মোৎলে, তৈবা য়াবা তৈরে। ভেরেন্দাগী কাঞ্চিশিং অসিসু মসি মঙায়। অদুগা পরেং-পরেং তোংবগী ফজবা অসিসু হায়নীংঙাই লৈতনা ফজরে, য়েংবদা মীৎ পেল্লে। মসিসু ফজবা মখল অমা ওইরে। করিগুম্বদা চাউথোকচৈ, মীঙোন্দা হায় ***"শেল পাম্নবা, লন লৈবা, সক্ল লৈবা লম খুদিংদা ঐহাক মীমান্নবা ঙমজদে অদুবু, শেম্বাং য়াম্বদদি, শেম্বাংগা সক্ল ওইবদদি কনা-কনানো লাম্বা তৌনসি; টাটা, বিরলা, মহেন্দ্র মহেন্দ্র, প্রাইম মিনিষ্টর, চীফ মিনিষ্টর, প্রসিদেন্ট ওইনীংবা ওইসনু ঐগী শেম্বাংগা মখোয়গী শেম্বাংগা মশীং য়াম্বা তামজগে।"***

শেম্বাং শেম্নবগী থবক হায়বদি হৌদোঙ তাম্বোকপা, মী শেম্নবা, মকু তাম্নবা, মথী শেংদোকপা, তোংফম শেম্বা অসিনচিংবা কয়াদা থবক খরা চিনজরবসু নিংথমথাদা তোংলিবা অসিগুম্না কালেম্বাদসু তোংলবদি য়াম্না নুংঙাইগনি ফাওবা খল্লকই। লাইবক থীবা অমনা মীনা শেম্বাং য়েংগে হায়দুনা নুংখিলদা লাকপদা শেম্বাংশিংদি হায়রিবা মতমসিদা চাকতাবা পাইথোকখিবা মরম্না উবা ফংখিদবা, মখোয়গী তোংফমদমক য়েংলম্লগা হনখিবা অসিনি। মীগী মতেঙ পাংবা ঙমদ্রবসু শেম্বাংগী মতেঙ খজিক্কুং পাংবা ঙমজবা অসি পোকপগী মহয় য়াল্লে খনজদুনা লৈজরিবা ঐহাকনি।

---

জানুয়ারী ২৮, ১৯৯৮ইংদা "মতমগী য়াকাইরোল"দা
ফোঙখিবা ৱারোল ঃ-

## শেম্বাং মশীং ৩০০০

ইম্ফাল, জানুয়ারী ২৭: থৌবাল কলেজগী ইকনোমিক্সকী হেদ ওব দিপার্টমেন্ট, মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহগী তেম্বাগী কংলা চীংগী চীংখোঙদা লৈবা য়ূমদা চহী খুদিংগী নিংথম থাদা শেম্বাং য়াম্না অহিংদা য়ারেকলৈ। কুমশি খৃ: ১৯৯৭-৯৮গী নিংথম থাদা য়ারেক্লবা শেম্বাং মশীং অসি লীশিং অহুম খরা হেল্লে। হৌখিবা চহী কয়াদগীদি কুমশিগী মশীংনা য়াম্বা ইহেন হেল্লি। চাংচৎতা

নোংমদা জানুয়ারী থাগী ৩০০০ ওইরবসু থা অসিগী তাং ২৫ দদি মশীং ৩৫০০ রোম য়ৌখি। হৌখিবা চহী খৃ: ১৯৯৬-৯৭ তদি ১৫৫০ তমক ওইখিবনি।

---

জানুয়ারী ২৮, ১৯৯৮ ইংদা ''হুইয়েন লানপাউ''দা ফোঙখিবা বারোল ঃ-

## শেন্নাং ৩,৫০০ য়ারেকলখি

ইম্ফাল, জানুয়ারী ২৭: খৌবাল কলেজগী ইকনোমিক্সকী হেদ ওব দিপার্টমেন্ট মোইরাংথেম রাজেন্দ্রগী তেম্বা খুঙ্গাও ময়ায় লৈকায়দা লৈবা য়ূমদা চহী খুদিংগী নিংথম থাদা শেন্নাং ময়াম অহিংদা য়ারেক্লে। হৌখিবা চহীশিংদগী কুমশিনা মশীং য়াম্না হেন্না তোংলখি। থা অসিগী তাং ২৫ দা মশীং থীবদা পূন্না শেন্নাং ৩,৫০০ রোম য়ৌখি। খৃ: ১৯৯৬-৯৭ তদি শেন্নাং ১৫৫০ রোমতমক তোংলখি হায়রি।

---

জানুয়ারী ২৮, ১৯৯৮ ইংদা ''ইম্ফাল ফ্রী প্রেস''দা ফোঙখিবা বারোল ঃ-

## শেন্নাং লীশীং ৩ হেন্না য়ারেক্লুনা লৈরে

ইম্ফাল, জানুয়ারী ২৭: হৌখিবা চহী কয়াদগী হৌনা খৌবাল দিষ্ট্রিক্টকী তেম্বা খুঙ্গাওদা কংলা চীংদোনগী অবাংথংবা চীংখোঙদা লৈবা য়ূম অমদা শেন্নাং লীশীং ৩ লোম নিংথম থাগী অঈংবা খাঙদুনা অহিং য়ারেক্লুনা লৈরে হায়রি।

য়ূম অসি খৌবাল কলেজগী ইকনমিক্সকী হেদ ওব দি পার্টমেন্ট ওইরিবা রাজেন্দ্র সিংহগীনি

ওজা অসিনা পীরকপা পাউগী মতুং ইন্না য়ূম অসিদা হৌখিবা চহীদা পূন্না শেন্নাং ১৫৫০ রোম লাক্লুনা নিংথম থা চূপ্পা অহিং লেকখি হায়রি।

চৎলিবা চহী অসিদদি শেন্নাং মশীং অসি হৌখিবা চহীদগী খঙহেন হেনগৎলকখি। জানুয়ারী থা অসিদা চাংচৎতা পূন্না শেন্নাং লীশীং ৩ নুমিৎ খুদিংগী মহাক্কী ময়ূম অদুদা লেক্লবসু থাসিগী ২৫ গী নুমিদাংদদি পূন্না শেন্নাং মশীং ৩৫০০ রোম অহিং য়ারেকখি হায়না চেরোল অসিনা মখা তানা ফোং দোক্লি।

---

জানুয়ারী ১৭, ১৯৯৯ ইংদা ''নহারোলগীথৌদাং''দা
ফোঙখিবা ৱারোল ঃ-

# কুমশি নিংথম থাগী ওইনা হৌজিক ফাওবদা শেন্নাং ৩০০০ হেন্না পাইরক্লে

ইম্ফাল, জানুয়ারী ১৬: মমাঙগী চহীশিংগুম্না চৎলিবা নিংথমথা অসিদসু থৌবাল কলেজগী ইকনোমিক্স দিপার্টমেন্টতা হেদ ওইনা থবক পুরিবা শ্রীমোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহগী য়ুমদা শেন্নাং কয়ানাঅহিংদা য়ারেক্লি। হন্দক্তি ওজা অসিগী য়ুমদা য়ারেকলিবা শেন্নাং মশীং পূন্না লীশীং অহুম হেল্লি হায়রি। শ্রী রাজেন্দ্রগী য়ুমসি কংলা চীংদোন হায়না মীপূম খুদিংমক্না খঙনরবা তেন্থা খুঙ্গংগী লৈমায়দগী ওনবদা মিটর ১০২ ৱাংবা চীংদোল অদুগী অৱাংথংবা চীংখোঙদা লৈবনি।

লমদম অসিদা শেন্নাং হায়না খঙনবা (মাইগ্রেটরি) উচেকশিং অসি চহী খুদিংগী নিংথম থাদা মহাক্কী ময়ূমদা লাকই। মখোয়না য়ুম অদুদা অহিংদা য়ারেকই। উচেকশিং অদুনা মচীঞ্জাক থিনবগীদমক্তা অয়ুক অঙনবদা পাইথোকখি। মখোয়না নুমিদাং পূং ৫ তাবা অদুৱাইদা য়ুম অদুদা অমুক পাইশিল্লকই। শেন্নাংশিং অদু মখোয়গী য়েক্লবশিংদগী ঙাকথোক্লনবগীদমক্তা শ্রী রাজেন্দ্রনা অকনবা চেকশিন থৌরাং কয়ামরুম লৌখৎলে হায়রি। উচেকশিং অদুগী য়েক্লবশিংদি নুমিদাং অমদি অহিংদনা হৌদোঙ অমসুং মকুনি অদুগা অয়ুক নুংথিলদনা খুনুঙ্খং হায়রিবা উচেক অসিনি।

শেন্নাং হায়রিবা উচেক অসি সিজন নাইনা ময়ুম হোংগনবা য়াম্না থুনা য়াঙনা পাইবা ঙম্বা উচেক মখল অমনি। কুমশি চহী (সিজন) অসিদদি শ্রী রাজেন্দ্র সিংহগী য়ুমদা ইহান হানবা ওইনা নবেম্বর ৩০,১৯৯৮ ইংদা শেন্নাং খরা পাইরকপা হৌখি। ঈংবগী চাং অসুম হেঞ্জিল্লকপগা লোয়ননা কুমশিগী নিংথম থা অসিদা ওজা অসিগী ময়ূমদা পাইরক্লিবা শেন্নাং মশীংসু লেপ্পা লৈতনা হেনগৎলক্লি। মমাঙগী চহীদা ওজা সিগী য়ুমদা পাইরকখিবা শেন্নাং শীং পূন্না ৩৮০০ হেনখি

উচেকশিং অদুনা তোংবদা খুদোংচানবগীদমক্তা য়ুম অদুগী মাঙ্গোলগী মথক্তা লৈরিবা উগী কাঞ্চিশিং অদুগী হেক মখাদা ইঞ্চি ৮।৮ থাপননা প্লাসটিক থৌরী ১৮ তিংই। হায়রিবা প্লাসতিক থৌরীশিং অদু ফুট ৬০।৬০ শাংই। শেন্নাংশিং অদুনা নিংথমথা অপূম্বা অহিংদা য়ুম অদুদা য়ারেকলৈ।



এ ভি আর সিগী তীম্না ফিল্ম নম্নবা শেম শাবা



শেম্বাং মশীং পংয়াম য়ামদ্রিঙৈগী শত্তম



থৌরী ১১দা শেম্বাংনা অহিং য়ারেকপা হৌরকপা



শেম্বাং মশীং হেনগৎলকপগী শক্তম



মশীং য়ামলকপগী মতুংইন্না থৌবী ১৮দা অহিং য়ারেকপা (মৃত্যু রাজেন্দ্রগা লোয়ননা)



শেম্বাং মশীং খরা খরা য়াম্লকপগী শক্তম



ফোতোদসু শেম্বাং তোংবগী শক্তম

কালেনথা চঙলকপগা লোয়ননা শেন্নাংশিং অদু শ্রী রাজেন্দ্র সিংহগী ময়ূমদগী পাইথোকপা হৌই। শাবগী চাং হেনগৎলকপগা লোয়ননা উচেকশিং অদুগী মশীংসু অসুম অসুম হন্থরকই অমসুং জুন থাদদি ১০রোম নত্তনা শেন্নাং অয়াম্বা যুম অদুদা পাইরক্তে হায়রি।

---

জানুয়ারী ১৭, ১৯৯৯ ইংদা ''ইম্ফাল ফ্রী প্রেস''দা ফোঙখিবা ৱারোল ঃ-

## হৌখিবা চহীগুম হন্দকসু তেহ্বাগী যুম অমদা শেন্নাং ৩০০০ লোম লৈররে

ইম্ফাল, জানুয়াবী ১৬: হৌখিবা চহীদা শেন্নাং ৩,৮০০ গী মথক্তা থৌবাল দিষ্ট্রিক্টকী তেহ্বা খুন্দা লৈবা কংলা চীংদোনগী অৱাং থংবা চীংখোঙদা লৈবা যূম অমদা লাক্তুনা লৈরখিবদুগুম চহীসিদসু পূন্না শেন্নাং লীশীং অহুমলোম হেন্না যূমদুমক্তা পূন্দুনা লৈরে হাযরি।

তম্পাক্কী লমদগী মিটব ১০২মুক ৱাংবা চীংদোন্দুগী চীংখোঙদা লৈবা থৌবাল কলেজগী ইকনমিক্সকী হেদ ওব দিপার্টমেন্ট ওইবা মোইবাংথেম রাজেন্দ্রগী যূমদা হৌখিবা চহীগী মতৌগুম মমাঙগী চহীগী নবেম্বর ৩০ অদুৱাইদগী শেন্নাং পাইরক্লগা অহিং য়াবেক্লবা হৌরকখি হায়রি।

উচেকশিং অদু অসুম অসুম মশীং হেনগৎলকপগা লোয়ননা হৌজিক পূন্না লীশীং অহুমলোম হেন্না মহাক্কি ময়ূমদা অহিং য়াবেক্লরে। উচেকশিং অসি অয়ুক অঙনবদা চাক্তাবা পাইথোকখ্রগা নুমিদাং য়ারেকপা পাইশিন্নরকই হাযনা উচেকশিং অদুবু হৌদোঙ, মকু, খুনু খন্নংনচিংবদগী ঙাকথোক্লবা মীনুংশিগা লোযননা শেন্নরিবা ওজাদুনা ফোং দোরক্লি।

উচেকশিং অদুনা অহিং য়ারেকপদা নুংঙাইনবা ফুট ৬০ লোম শাংবা প্লাসতিক্কী থৌরী ১৮ মহাক্কী ভেরেন্দাদা তিংদুনা থম্বদগী উচেকশিং অদু য়াম্না নুংঙাইনা অহিং য়ারেক্লি হায়রি।

কালেন থা য়ৌরকপদা উচেকশিং অদু অসুম পাইখিবনা কালেন থাদদি শেন্নাং মঙা তরা নত্তনা অমত্তা লৈহৌদে, লৈহৌবা মখোযদু যুমশঙবদৌনা লৈ হায়নসু ওজা রাজেন্দ্রনা ফোংদোরক্লি।

---

জানুৱারী ১৭, ১৯৯৯ ইংদা The Imphal Free Press তা ফোঙখিবা
ৱারোল ঃ-

## Shelter for birds

Imphal, Jan. 16 : Like in previous years, the number of swallows taking shelter at night at the residence of Moirangthem Rajendra Singh has gone up more than 3000 during this winter.

Rajendra is taking precautionary measures to protect the swallows from their natural enemies like cats and owls. The number of swallows decreases with the approach of summer and during summer only a handful take shelter at his residence.

---

জুলাই ২৯, ১৯৯৯ ইংদা The Imphal Free Press তা ফোঙখিবা
ৱারোল ঃ-

## A V R C Programme

Imphal, July 28: An Audio Visual Research Centre (AVRC) production of Manipur University, Canchipur entitled "**Feathered Guests**" will be telecast on August 4 at 6 a.m. under the UGC programme as a part of Consortium for Educational Communication on DD1 for ten minutes.

The programme is in relation to about 4000 swallows which take shelter during night time in winter every year at the residence of Moirangthem Rajendra Singh, Head of Department (Economics), Thoubal College located at the northern foothill of Kangla hillock of Tentha Khunjao Mayai Leikai of Thoubal District. The footage has received favourable remarks of the University Grants Commision, New Delhi.

---

জুলাই ৩০, ১৯৯৯ ইংদা ''যোল্লাও''দা ফোঙখিবা ৱারোল ঃ-

## দুরদর্শন্দা শন্দোক্কদৌরি

ইম্ফাল, জুলাই ২৯: থৌবাল কলেজগী ইকনমিক্সকী হেদ ওব দিপার্টমেন্ট মোইরাংথেম রাজেন্দ্রগী য়ূমদা অহিং-অহিং শাইদাংফম লৌদুনা লৈরিবা শেম্বাং ৪০০০ রোমগী মরমদা মণিপুর য়ুনিবর্সিটিগী ওদিও ভিজুয়েল রিছার্স সেন্তরনা নম্বা ''ফিদর্দ গেষ্টস'' অগষ্টকী তাং ৪গী অয়ূক পূং ৬ তা দি দি ৱানদা য়ু জি সি প্রোগ্রামদা শন্দোক্কনি।

---

জুলাই ২৯, ১৯৯৯ ইংদা ''ইম্ফাল ফ্রি প্রেস''দা ফোঙখিবা ৱারোল ঃ-

## শেম্বাংগী ফিল্ম

ইম্ফাল, জুলাই ২৮: এ ভি আর সি, এম য়ুনা থৌবাল কলেজগী ইকনমিক্সকী হেদ ওব দিপার্টমেন্ট এম রাজেন্দ্রগী য়ূমদা শেম্বাং ৪০০০ রোম্না নিংথমথাদা চঙজফম লৌদুনা লৈববু ফিল্ম নমথোকপগা লোয়ননা অগষ্ট ৪গী অয়ুক পূং ৬ তা দুরদর্শনদা (দি দি ৱান্দা) মিনিট ১০ গী ওইনা উৎকদৌরি। ফিল্মসি য়ু জি সি না থাগৎলক্লে হায়রি।

---

অগষ্ট ৬, ১৯৯৯ ইংদা ''পোক্নফম''দা ফোঙখিবা ৱারোল ঃ-

## রাজেন্দ্রগী শেম্বাং য়ু জি সি প্রোগ্রামদা উৎখ্রে

ইম্ফাল, অগষ্ট ৫ : অতৈ মফমদা থোক্তবা মওং অমা ওইনা থৌবাল দিষ্ট্রিক্টকী মনুং চল্লা লৈবা তেন্থা খুঞ্জাওদা লৈবা মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহগী য়ূমদা শেম্বাং লীশিং কয়ানা চঙজফম লৌদুনা লৈববু মণিপুর য়ুনিবর্সিতিগী ওদিও ভিজুয়েল রির্ছাস সেন্টর (এ ভি আর সি) না মিনিৎ ১০ গী দোকুমেন্টরি ফিল্ম ওইনা পুথোকখ্রে লোয়ননা হায়রিবা ফিল্ম অদু দি দি ৱানগী দুরদর্শন্দা ঙরাং অয়ুক্কী ইউ জি সি প্রোগ্রামদা উৎখ্রে।

ভারত্তা লৈরিবা অন্দর গ্রেজুয়েৎ ছাত্রশিংদা মীৎযেং থম্নগা পুথোকখিবা ''ফিদর্দ গেষ্টস'' হায়না মিংথোনবা ফিল্ম অদুগী প্রদ্যুসর অমসুং স্ক্রিপ রাইটরনা এ ভি আর সিগী শ্রীএল রোনেন্দ্রনি। কেমেরামেন্না দব্লিউ রঞ্জিৎনি।

থৌবাল কলেজদা ইকনমিক্স দিপার্টমেন্টকী হেদ ওইরিবা শ্রীরাজেন্দ্রনা শেম্বাংদা মীনুংসি উৎতুনা চঙজফম পীবদগী শেম্বাং লীশীং ৪ রোম মদু মহাক্কী য়ুমদা চঙলকপনি হায়বা ৱাফম অসিখক নত্তনা করিগীদমক শেম্বাংশিং অদুনা অতৈ য়ুমদা লৈত্রগা শ্রীরাজেন্দ্রগী ময়ূমখক্তা খল্লগা লৈরিবনো হায়বগী চপ চাবা পাউখুম অদুদি অখণ্ড অহে অমত্তনা চপ চানা হায়বা ঙমদ্রি। ফিল্ম অসি পুথোকপগী পান্দমসু হৌরক্লিবা ছাত্রশিংদা তাঙনা থোকপা থৌদোক অসিগী মতাংদা খলহনবা পাম্বগীদমক্তনি হায়বা য়াই।

---

অগষ্ট ১২, ১৯৯৯ ইংদা ''খোল্লাও''দা ইরকপা চিঠি ঃ-

## এঃ ভিঃ আরঃ সিঃ, এমঃ য়ুঃ
## অমসুং য়ূম্বুবু থাগৎচবা

ইকাইখুম্নজরিবা এদিতর,

তশেংনমক অঙকপনি । থাজদবনি । অদুবু থাগৎনীংঙাইনি। মণিপুব য়ুনিবর্সিটিগী ওডিও ভিয়ুয়েল বিছার্স সেন্টবনা পুথোকপা থৌবাল কলেজগী ওজা মোইরাংথেম বাজেন্দ্র সিংহগী য়ূমদা নিংথমথাগী অহিংদা য়াবেকপা শেম্বাংশিংগী মরমদা **কীদর্দ গেট্স** হায়না থোনবা য়ুঃ জিঃ সিঃ না সিঃইঃ সিঃ গী প্রোগ্রামদা অগষ্ট ৪গী অয়ুক্তা টেলিকাষ্ট তৌখিবা অদুগীদমক এঃ ভিঃ আবঃ সিঃ , এমঃ য়ুঃ বু হন্না হন্না থাগৎচবি। মনুং হঞ্জিনবা খুঙ্গং অমগী কংলা চীংগী নাপোমদা লৈবা য়ুম অমদা যারেকপা শেম্বাং লীশীং কযাবু ভাবতকী মফম খুদিংদা খঙহন্নবা হোৎনবিখিবা অমসুং য়ুঃ জিঃ সিঃ গী প্রোগ্রামদা য়াওহনবিবা অসিগীদমক য়াম্না লাইবক ফবনি হাযজনীংই। মসিগা লোয়ন-লোয়ননা শেম্বাংশিং অদুবু তাম্বোকপগী মহুত্তা অতিথি ওইনা লৌদুনা শাইদাংজবিবা মখোয়বু তেকতা কায়দনা শেন্নজরিবা য়ুম্বু ওজাবুসু থাগৎচরি লোয়ননা শেম্বাংশিং অসিবু মসা পানবা (মতু পানবা) অতিথি **কীদর্দ গেট্স** হায়না চপ চাবা মমিং থোনবিবীবা এঃ ভিঃ আরঃ সিঃ , এমঃ য়ুঃ গী মীওইশিংবু থাগৎচবি। অদুবু পেশ দবা অমদি লৈরি মদুদি প্রোগ্রাম অসি মতম খবা তেনমল্লি, য়ামদ্রবদা মিনিত ১৫ দগী তাদনা শান্দোকচহন্নীংই।

শেম্বাংশিংসিনা চহী খুদিংগী মশীং হেনগৎলকপগী মরমসি য়ুম্বুনা চেকশিন্না অমসুং লুনা চান্না তৌবীবনা ওইবমগনি খনজৈ। মসিগীদমক্তা য়ুম্বু ওইবীরিবা ওজাবু ইকায় খুম্নবা উৎচরী।

অদোমগী
সুরবালা মোইরাংবী
বোটানি কোর,
থৌবাল কলেজ

---



মশীং হেনগৎলকপগী শক্তম



ফিল্ম নম্নবা শেম্বাং পাইশিল্লকপা ঙাইবা (এ ভি আর সি, ইম্ফাল)



য়াচঙবা মমশিল্লকপদা শেম্বাং পাইশিল্লকপা



প্লাসতিক চেরং অমসুং থৌরীদা শেম্বাং তোংবা হৌরকপা



মাঙ্গোলগী শরুক খরদা তিংবা থৌরীদা শেম্বাং তোংবা



মশীং য়ামলকপগী মতুংইন্না থৌরী ২৪দা তোংবা (য়ুম্বু রাজেন্দ্রগা লোয়ননা)

অগষ্ট ১৩, ১৯৯৯ ইংদা ''পোক্লম্ফম''দা ইবকপা চিঠি ঃ-

## দি দি কে ইম্ফালগী পূক্লিং চিংশিঞ্জরি

ইকায খুম্নজবিবা এদিতব,

হৌখিবা অগষ্ট ৪গী অয়ুকপূং ৬ তাবদা এ ভি আব সি, এম য়ুনা পুথোকপা ''ফীদর্দ গেষ্টস'' হায়না থোনবা কংলা চীংগী চীংখোঙদা লৈবা থৌবাল কলেজগী ওজা মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহগী য়ূমদা নিংথমথাদা অহিং যাবেকখিবা শেন্নাং লীশীং মবিবোমগী মবমদা য়ু জি সিগী প্রোগ্রাম অমা ওইনা তেলিকাস্ত তৌখ্রে। অদুবু মতম্না অয়ুক্তা মিঃ ১০ ফাদনা শন্দোকখিবা মবম্না নীংবা থুংবা ৱাৎখি। লমদমসিদা ফোঙবা পাউ-চে খবগী মতুং ইন্না শেন্নাংশিং অসি চহী খুদিংগী নিংথমথাগী অহিংদা য়ূমসিদা শাইদাংদুনা য়াবেক্লে হাযবা তাজে। মবম অদুনা মথংগী নিংথমথা যৌবকপদা শেন্নাং পাইশিল্লকতুনা য়াবেক্লবা মতম অদুদা দি দি কে ইম্ফালনা ফিল্ম নষ্বীদুনা দুবদর্শনগী প্রোগ্রামদা নুমিদাংগী পূং ৬ তাবা অদুৱাইদা য়ামদ্রবদা মিনিত ১৫ দগী তাদনা তেলিকাস্ত তৌবিনবা দি দি কে ইম্ফালগী পূক্লিং চিংশিঞ্জবি। অসুম্না মিনিত ১৫ দগী তাদনা তেলিকাস্ত তৌবিববদি য়াম্না নুংঙাইগনি অমসুং য়ু জি সিগী প্রোগ্রামদা পেলহৌদবা অদুসু মেনখৎপা ঙমগদ্রা খঞ্জে।

অদোমগী
নাওবেম সোবীতা দেবী
জিনেতিক লেবোরেতবী,
মণিপুর য়ুনিবর্সিতি, ইম্ফাল

---

* (**নীংশিংজবা** - পাউ চেশিংদা ফোঙখিবা ৱারোলশিং অদু য়াবিবমখৈ মওং কায়দনা পুথোক্লবা হোৎনজবনি। অদুবু চুমথোক চুমশিন তৌবদগী খজিকতংদি শেমদোকপা য়াওরে। মসিগীদমক ঙাকপীগনি।)

খৃষ্টগী কুম ১৯৯৯নি। মতম অদু ঐহাক থৌবাল কলেজদা ওজা ওইরি। চহীদুগী নবেম্বর ২২দা ঐহাক কলেজদগী থেঙনা হল্লকই। পবীক্ষাগী

লোইশিনখোৎশিন্নগা হল্লকপনি। য়ুম হেক যৌবদা লোয়নবীনা চিঠি অমা পী। পাওন শামুনা পীরকপনি অথুবনি হায়। ফাক্তোকতুনা পাই। অসুম্না ইরম্মী ঃ-

Nov. 22, 1999

To,

Shri Moirangthem Rajendra Singh
Tentha Khunjao

I am very glad to inform you that your "Feathered Guests" has been selected for the competition "Prakriti '99" sponsored by the UGC at National Level. The film is being released on 26th November '99 at Bhopal as a part of the programme " Prakriti '99".A team of AVRC, Imphal led by the producer is also asked to be present at the function. They asked me to collect some still snaps of the birds from you before 23rd Nov. '99 (Films negatives of the snaps can also do if the positives are not available).

You are, therefore, requested kindly to send me some snaps of the birds so as to reach myself or Tejkishore latest by 23rd November (tomorrow) without any delay. Your timely action in this regard will be highly appreciated.

Yours faithfully,
Shamu
c/o Soram Nabakumar Singh
Nagamapal Soram Leikai
Imphal

---

হান্নসু পঞ্জথ্রে এ ভি আর সি, ইম্ফালনা ঐগী য়ুমদা শাইদাংলরিবা শেম্বাংশিংগী ফিল্ম নম্বা লাকপদা শামু অমসুং তেজকিশোর য়াওরকই। মখোয় অনীমক ঐহাক্কা মুন্না খওনজে। মখোযনা হোৎনবীবদগী এ ভি আর সি, ইম্ফালনা ঐগী শেম্বাংবু ভারতকী মফম কযাদা য়ু জি সি গী প্রোগ্রামদা যাওহনবীদুনা খওহনবীবনি। অমুক্কা নুংঙাইজবদি য়ু জি সিনা স্পোনসর তৌবা ভোপালদা পাঙথোক্কদবা ''প্রকৃতি '৯৯''গীদমক খনবা য়াওরকপসিনি। মসিগী মমাঙদা শেম্বাংগী ভিদিও ফিল্ম কয়া নমদুনা মফম কয়াদা উৎপা যাওথ্রে। শরৎচান্দ থিয়াম্ন

সু সীন টি ভি দা থাদোক্তুনা ইম্ফাল অমসুং অতৈ মফম কয়াদা উৎখ্রবনি। থৌবালদা থৌবাল কলেজগী য়ু দি সি শ্রীমতী ওক্রম জানকী দেবী অমসুং মাগী মপুরোইবা ক্ষেত্রিময়ুম জয়চন্দ্র সিংহনসু মখোয়গী লনাই টি ভি কেবল নেটৱার্কতা থাদোক্তুনা উৎখ্রবনি। শেম্বাং য়েংবা লাকপা ভিজিটর কয়া অমসুং খঙনা-চান্নবা কয়াদসু শেম্বাংগী ফোতো কয়া খূদোল তমজখ্রবনি। মণিপুরগীদা নৎত্রগা মপালদগী লাকপা ভিজিতর খরদসু খূদোল তমজখি। য়ুমদা য়ারেক্লবা শেম্বাংবুসু, শেম্বাংবু য়েংবা লাকপা ভিজিটরশিংবুসু অতিথিনি হায়না লৌজে। হরাও হরাও ঐগী য়ুম্বু মখোয়গী ময়ুমমক্তি খনবগী মওংদা লৈরবগীদমক্তা ঐগী য়ুম্বু শেম্বাংগীসু ময়ুমনি লৌজে। অসুম্না **"ঐগী য়ুম শেম্বাংগী য়ুম"** হায়বা ৱারেং ইজবনি অদুগা খঙনীংবা অমদগী **"শেম্বাংশিংনা করিগী তোংলরিবনো"** হায়বা ৱাহংসিমসু হংজবনি।

কনাগুম্বনা হংই শেম্বাং মশীং করম্না খঙই, করম্না মশীং থী। শেম্বাংনা মশীং য়ামদ্রিঙৈদদি মখোয়না অহিং তুমলিঙৈদা অমমমতা মশীং থীবা য়াই। মশীং য়াম্রক্লবা মতমদদি পরীং (থৌরী) মশীংদা মখোযনা তোংবা অদু চাংচৎতা য়েংলগা মশীং লেপ্পনি। মশীং য়াম্রক্লবদা তোংফম চন্নদদুনা থৌরীগী তোংফম অহাঙবা খূদিংমক ফুন্না (থন্না) তোংই। ৪।৫ খেন্নজববসু চাংচৎতা হাইফেৎ মান্নৈ। থৌরী অমদা কয়া তোংবনো হায়বদু খঙনবা মশীং থীদোক্লগা থৌরী মশীংনা পুরিবগা মদুদা তারকপা ফল অদুনি। মীনা থাজদবা য়াই খৃষ্টগী কুম ১৯৯৯ গী দিসেম্বরগী অরোইবা চয়োন অদুৱাইদদি থৌরী ২২ তিংই, থৌরী অমমমদা শেম্বাং ১৮০ রোম তোংই। থৌরীদা তোংফম চন্নদদুনা কাঞ্চিদা খাঙেশ দা ১০০ গী মথক্তা তোংই। পুন্না পাবদা মশীং ৪০০০ হেল্লি (১৮০ x ২২+১০০ =৪০৬০)। মসি চাউরাকপনি। থৌরী মশীংদি শেম্বাং মশীং য়ামখৎলকপগী মতুংইন্না হাপচিনবনি। ২৪ তিংবসু য়াওখে। শেম্বাংনা মশীং যাম্না তোংলরবা মতমদদি মমাঙথোঙদা য়াচঙবদগী নোংঙানবা ফাওবদি (শেম্বাংনা পাইথোকত্রিবা ফাওবদি) চঙথোক চঙশিন তৌদ্রে, মনীং থোঙ নৎত্রগা নাকনগী থোঙদা কোইনা চৎথোক চৎশিন তৌই। মথী ফায়জিনবদগী ফক্লাংগী ফোতোশিং লৌথোকই।

ঐহাক্কী য়ুমদা তোংলবিবা শেম্বাংশিং অমসুং ঐহাক্কা মবী লৈননা কনাগুম্বা কনাগুম্বী খরনা ৱারেং শৈরেং ইবসু য়াওরকই। নোংমা "মণিপু রী সাহিত্য প্রচারক সভা, ৱাংজিং" গী থৌরম অমা সভাগী প্রসিদেন্ট শ্রীনারেংবম ইবোতোম্বী সিংহগী য়ুমদা (ৱাংজিংদা) পাঙথোকপদা কবি সম্মেলনগী থৌরমদা থাঙবোক্কী শ্রীমতী লাইশ্রম ওংবী লৈমা দেবীনা শেম্বাং অমসুংঐহাক্কী মরম পল্লদুনা শৈরেং অমা পাথোকখি। অল ইন্দিয়া রেদিও , ইম্ফালগী সেবিয়েল নাইনা চথবা চিংথাম নবকান্তনা ইবা রেদিও লীলাগী থৌরম অমদসু তাংকক খরদা ঐগী মিংদি

পন্দনা শেহ্বাং অমসুং কংলা চীংদোনগী উচান পাম্বীশিংগী ৱাফম পন্দুনা ৱা ভাঙনবা য়াওখি। মসিগা লোয়না- লোয়নন্না নোংমনা **''ইরমদম মীয়ামগী অপূনবা থোঁজে লূপ''** (অশম্বীদা **''ইমাখোল''**)গী প্রসিদেন্ট বাজকুমাব গুণচন্দ্র সিংহনা দিমাপুবদগী পীবকপা চিঠি অমদা মথাগী অসুম্না ইবকই ঃ-

## শান্তিগী পাউজেল পুবা রাজেন

*- রাজকুমার গুণচন্দ্র সিংহ*
*প্রসিদেন্ট, ইমাখোল, অৱাং পোৎশংবম*

*শেহ্বাং চাম্মা চাম্মাগী শাইদাংঙম,*
*চিক্লবা খুঙ্গংগী লমদম অদুদা*
*লৈবনি কবিরাজ রাজেনগী*
*পিক্লবা থাংপোক*
*হৌরকখিন্নি মাগীদি কনানসু খঙবীদা*
*ঈরোলনুংদা লোৎতুনা লৈরিবা*
*মণিগুম চীংয়াদুদা নাইতোম ঙাল্লিবা !*

*অয়ুক খুদিং শেহ্বাংশিং শঙ্গু শঙ্গু*
*শান্তিগী পাউজেল পুর-পুরদুনা*
*পাইথোকখি রাজেনগী থাংপোক্তগী মথং মথং*
*শীনবা থুংনা মোং হাদনা*
*সহরগী ময়ায়দা খুঙ্গংগী চিদাইদা*
*য়েল্লরি শান্তিগী পাউজেল য়ুমথোঙ খুদিং*
*ওইহল্লগে খল্লদুনা পূম্নমক স্বগগী লৈকোল !!*

শৈরেং মচা অসি "ইমাখোল"গী মহৎ শিঞ্জদুনা ইচম চম্না ওজা কবিরাজ রাজেন্দ্র, "ইমাখোলগী মপা" হায়না খঙনবা মীশক অসিনা হিংলিঙৈ মতমদা শৈথাজবনি। শ্রীরাজেন্দ্রগুম্বা মীশক অসিদি অঙাওবনি মরমদি মহাক মীয়ামগী চৎন-লোনচৎকী ওন্ন-তৈনবদা লৈবা মীশক্নি। মহাক্কী (অঙাওবদা য়াওরিবা) "ঙ" অসিনা "ফ"ওল্লকপদা রাজেন্দ্র পোকপগী মহৈ য়াল্লবা মীশক ওইরবনি। মহাক্না তাইবঙ পানবদা খোঙদারকপা অসিমক্তনা মীওইবা সমাজগীদমক মপু মানা অহোংবা অমা পুরক্লবা থাবীরকপনি। মপু মহাক্না মযম খুদিংদা ধর্ম শনে দাক্লবা রাজেনগুম্বা মীশক কয়া লেপ্তুনা শেম্বীদুনা থাদোরক্নি।

অদুমকপু মহাক্নুম্বা মীগী মশীং অসি য়াম্নমক তাঙগ্রে। ঐহাক্তি মীঙোন্দগী লৌথোক-চাথোকচরগা নুংঙাইজবা মীশক অমনি। ঐহাক্না কবিরাজদগী লৌশিঞ্জবা লাইরিক মশীং অসি অসুক্কী মতীক য়ামখ্রে। অদুবু অয়াম্বনা শেম্বাংনা শঙ্গু শঙ্গু পাইখিবগুম পাইথি মৈতৈনা তাবা মণিপুরগী মপান্দা য়াম্নমক লাপ্না, তাম্না, য়াম্না থাপ্না। কবিরাজ অথোইবা তেম্বাদা পোকখিবা শ্রীরাজেন্দ্র, ওজাগী মতীক মগুণদি শক্না-শক্না উনদ্রিবা কনাগুম্বনা ওজাগী খুৎই অদু মতেক অমতং থেংনরুবদা মীশক অদুনা ওজাবু উনজনীংবা, খঙনজনীংবা ঙাক্তনি। হে কবিরক্তগী অথোইবা ! মালেমগী অমোৎপা কয়াবু শেংদোক্লবা খোঙদারকপা ইমাখোলগী মপা, নতীক নগুণ পূম্নমক তোল্লবা ঐনা করম্না শৈথাজবা ঙমগনি। পেনদেদা মালেম অসিদা নহাক্নুম্বা মীগী মশীং লীক্না থাবীরকপগীদমক ! মপোক অসিমক মহৈ য়াল্লে থেংনজরুবগী নহাক্না !! নাপলতনা মহেলবা কথোকপা য়াওদ্রবা মতমসিদা ওজা নহাক্তি লেংবান্দা শিদ-য়াইগী থাউ য়ান্দুনা শুদা-শাবোন পুদুনা মালেমগী অমোৎপা শেংদোক্লবা চৎলিদো মযম খুদিং চোকথবা লৈতনা। পুন্সিথো লময়ানবা, লমজিংবীখো ঐখোয়বু তুংগী অফবা মালেম অমগীদমক !!

(N.B. - শৈরেং অসি ঐগী মপোক নুমিৎ তাং ৩/৯/২০০৫ ইংদা ইজবনি)

- রাজকুমার গুণচন্দ্র সিংহ

---

# অতিথিনা লাক্লবদা

মতম অমদা ঐহাকপু মণিপুরগী মফম কয়াদতা নত্তনা ভারতকী মফম কয়াদা শকতাকপিরম্বা অতিথিশিং ঙসিদি অমুক লেঙবীরকখিদ্রে। ভজনদা করি কায়খ্রবা সেবাদা করি শোয়খ্রবা হায়ফম খঙদে। লানখিবা পূম্বা ঙাকপিগে খন্দ্রমাল্লে, শঙ্গু শঙ্গু পাইরকপদু অমুক হন্না পাইরকখিদ্রে। মতম অমদা শঙ্গু শঙ্গু য়ারেক্লখি হায়বদু ব্বারীনগদবদা মঙাইরে। ব্বারীনগদবা অদুসু অমুক নীংশিংগনি থাজদ্রে। অদুবু নুংশিবীবা খরদি অদুম ময়াওরিমাল্লে যূমদা ৪।৫ করিগুম্বদনা ৫।১০ অদুম মরৈরি। অদুবু পাউখুম শেংনা ফংদ্রিবা ব্বাহং অমদি অদুম মরৈরি ঃ **শেম্বাংশিংনা করিগী তোংলরিবনো**। অদুম মখল্লি **ঐগী যুম শেম্বাংগী যুম**। নিংথমথা হেক চঙলকপগা হেক্তা খল্লি লাকখিগদ্রা অতিথিশিং অদু। খঙদ্রে করি ওইরগবা লাইবক্তা তম্বা **নোংদম**। মাঙদা লৈরে ঙসিদি পাউখুম ফংবদা ব্বারগদবা অতোপ্পা অনৌবা ব্বাহং অমা অমুক ঃ **শেম্বাংশিংনা করিগী তোংলরদ্রবনো**।পোঙনা ঙাঙজরম্বনি মতম অমদা অসুম্না '*শেল পায়বা, লন লৈবা, সঙ্গ লৈবা লম খুদিংদা ঐহাক মীমাম্ববা ঙমজদে অদুবু, শেম্বাং য়াম্বদদি, শেম্বাংগা সঙ্গ ওইবদদি কনা-কনানো লাম্বা তৌনসি; টাটা, বীরলা, মহেন্দ্র মহেন্দ্র, প্রাইম মিনিষ্টর, চীফ মিনিষ্টর, প্রসিদেন্ট ওইনীংবা ওইসনু ঐগী শেম্বাংগা মখোয়গী শেম্বাংগা মশীং য়াম্বা তাম্নজগে।* অদুবু কদায ঙসিদি ? খঙদ্রে য়েথংলগে খনবদগী ওইরিগদ্রা ঐগী নাপল অতিথিশিং অদুনা। খল্লকই অমুকসু করিগী হাযজকবা **ঐগী যুম শেম্বাংগী যুম**। খঙবা ঙম্বা নত্তে তাইবঙ মীনা লাইবক্তা তম্বা **নোংদম**। খল্লকপনি অনৌবা ব্বাহং *''শেম্বাংশিংনা করিগী তোংলরদ্রবনো''* অতিথিনা লাক্লবদা ।

---------(০)---------



মশীং হেনগৎলকপগী শক্তম (থৌরী ১৮দা তোংবা)



ফক্লাংদা থেৎপা ফোটো অমসুং ব্রেয়ারদা শেম্বাং তোংবা



থৌরীদা শেম্বাংনা অহিং য়ারেকপগী শক্তম অমা



অতিথিশিংগা লোয়ননা অতিথি সেবা তৌজরিবা এম রাজেন্দ্র সিংহ



অতিথি খরনা অহিং য়ারেক্তুনা (তূমদুনা) পোথাবগী শক্তম



অতিথিশিংনা চাকতাবা পাইথোকপ্রিঙৈদা মাঙ্গোল শেংদোকপা



অতিথিশিংনা থাদোক্লমলবা মখোয়গী কায়দোংফম

# *FEATHERED GUESTS*

**An**
**Audio Vision Research Centre**
**Manipur University**
**Production**

***Producer***
R.S. Longjam

***Production Assistant***
Ksh. Tejkishore

***Script***
Ksh. Tejkishore
R.S. Longjam

***Narrator***
Suchitra Potshangbam

***Engineer***
Ksh. Dhiren Singh

***Graphics***
Robin W.

***Accounts***
H. Romeshkumar

***Camera***
W. Ranjit Meitei
Ngamjatong Guite

***Editing***
W. Ranjit Meitei

R.S. Longjam

***Sound***

K. Bisheswar

***General Assistants***

L. Sarat

Y. Mangi

Kh. Biken

L. Mohendra

L. Churachand


***Ac knowledgement***

M. Rajendra

Dr. M. Priyobrata

Ibosana Yambem

Th. Ingo

L. Shyamo

Ningthou Naoria

Kh. Ghanashyam

Mrs M. Kumati

Mrs M. Mema

Mrs M. Chandramukhi

Mrs R.K. Kunjarani

Mrs N. Renubala

Miss M. Thajamani

Md. Rahei juddin Sheikh (Shamu)

S.P. Thoubal District


UGC - CEC 1999

ঐগী য়ুম শেম্বাংগী য়ুম
শেম্বাংশিংনা করিগী তোংলরিবনো

**My house swallow's house**
**Why do swallows come to perch**

(শেম্বাংশিংগী ভিদিও ফিল্ম অমা)

<u>প্রোদ্যুসর</u>
মোইরাংথেম রাজেন্দ্র

<u>প্রোদক্সন এসিস্টেন্ট</u>
ইবোসনা য়াম্বেম

<u>স্ক্রিপ্ট</u>
মোইরাংথেম রাজেন্দ্র
ইবোসনা য়ামবেম

<u>নেরেটর্স</u>
তখেল্লম্বম সুজাতা (ইয়েংবন্দ)
মোইরাংথেম সুরবালা (য়াইরিপোক)
তখেল্লম্বম রোমিতা (শাপম)

<u>ক্যামেরা</u>
শরৎ সিংহ মোইরাংথেম (খাঙবোক)

<u>এদিতিং</u>
বীরেন সিংহ (খাঙবোক)
মোইরাংথেম রাজেন্দ্র

**সাউণ্ড**

বীরেন সিংহ (খাঙবোক)

**দিরেকসন**

ইবোসনা য়ামবেম

**এসিষ্টেন্টস**

মোইরাংথেম রামে

কালু (বিদ্যানন্দ)

মোইরাংথেম ভোগেন্দ্রো

সনসম ইনাওবী

লাইশ্রম শ্যামো

মোইরাংথেম হরিদাস

থোকচোম ইঙো

নামৈরাকপম রোমেস (বোয়নাও)

মোইরাংথেম রুহিদাস



শ্রীস্বামী গুরুগোবিন্দানন্দ সরস্বতী



শ্রীস্বামী পবিত্রানন্দ সরস্বতীনা মাবু ওকপগী থৌরমদা এম রাজেন্দ্র সিংহগী

য়ূমদা প্রবচন পীবা- তাং ১২।২।২০০৫ ইং

# শ্রীস্বামী গুরুগোবিন্দানন্দ সরস্বতীগা
## শকখঙনজরকপা

"ইবুংঙো বাজেন ! নহাক ঙসি লাকপসি ওম্বোক্লা নুংঙাইখ্রেদা ! ... অতৈনা লাকপগা নহাক্লা লাকপগা ইমান মান্নদে। ... মীয়ামগী সেবাদা মায পাকপা ... চৎথোক চৎশিন্দা এক্সিদেন্ট থোক্তবা ... শ্রীগোবিন্দনা পীনবীবা ওইসনু। ... ।"

গুরুগী ব্রাহৈশিং অসিনা ঐহাক্কী থম্মোয়দা ওম্বোক্লা নুংঙাইজবা হৃবাওজবা অমা ঘাওহনখি। পাপ চেন্নবা ঐহাক্কী হকচাং পাপ কোক্লে খঙখি। কোক্তা হন্না হন্না নাম্থবীদুনা ব্রাহৈশিং অসি হায়দুনা মঙ্গলাশীর্বাদ (মঙ্গল - bliss, welfare; good fortune, prosperity; weal, auspiciousness, happiness আশীর্বাদ - blessing, benediction, benison)পীবীখিবনি। 'স্বামীজী ঐহাক অমুক যৌজবগে' হায়দুনা যূমদা হন্নবা থৌবাং তৌদুনা স্বামীজীবু শুরুমজবদা হায়বীখিবনি ব্রাহৈশিং অসি। নুংঙাইবনা মথোই কাখিদুনা লোন্না যুমদুনা থম্বা ঙমদবদগী নুমিত্তুগী নুমিদাংদা থাংমৈবন্দা লৈবা গুরুভায় শ্রীচিংঙাথম শিশক সিংহদা স্বামীজীগী নাক্তা চৎলুবগী মতাং যেন্দা পাউদমখি। খৃষ্টগী কুম ২০০৫গী অগষ্ট ৩ ইঙেনগী ২৯নি পানবা যুমশকৈশা নুমিৎনি। নুমিৎ অসিদা ঐহাক শ্রীস্বামী

গুরুগোবিন্দানন্দ সরস্বতী মহারাজগী নাক্তা চৎনীংবগী ঈথৌ লাংবনা লৈফম খঙখিদে। শ্রীস্বামীজী অহল ওইশিল্লকপনা ডিভাইন লাইফ সোসাইটি, মণিপুরগী মফম কয়াদা পাঙথোকপা ষ্টেট সৎসঙ্গগী থৌরম কয়াদা য়াওবা ঙমলক্তুবনি। করম্বা মতমদা গুরুগী নাক্তা চৎসিগে খন্দুনা লৈরকপনি। অগষ্ট ৩ অসিদদি শোয়দনা চৎলগে হায়না নোংমা নীনি বাৎলিঙৈদগী হৌনা চপ য়ুংনা লেপখি। য়ূমগী নৎত্রগা লৈকায়গী নৎত্রগা খুলগী নৎত্রগা মরী মতাগী নৎত্রগা করিগুম্বা অমগী হেনফদবা করি করি লাক্কদগে লাকপীদ্রবদি ফগানিদা খন্দুনা লৈখিবনি। লাইবক ফবনি হায়গদ্রা গুরু কৃপা ফংবনি হায়গদ্রা নুমিত্তু হেনফদবা তঙাইফদবা অতৈ অতোপ্পা করি অমত্তা লৈখিদে। অয়ুক অঙনবদা য়ুমদগী খোঙশাল্লক্তুনা হাওবম মরক ইম্ফালদা লৈবা শ্রীস্বামীজীগী লৈফম শিবানন্দ কোটেজ য়ৌনবা চৎলি খোঙলৌ পল্লৌবা করি অমত্তা লৈতনা গুরুদেবগী নাক য়ৌজবা ঙমখি।

শ্রীস্বামী গুরুগোবিন্দানন্দ সরস্বতীগা শকখঙনজবা ইকুই কুইদ্রি হায়বা য়াই। অদুবু ঐঙোন্দা য়াম্না নুংঙাইজবদি তেল্লবা মতমগী মনুংদা শ্রীস্বামীজীনা ঐবু মুন্না খঙবীবা অসিনি। নোংমা চীংমৈরোংদা লৈবা শ্রীযুক্ত সিনাম তোমচৌ সিংহনা মাগীদা পাঙথোকপা অন্ন-মহোৎসব(অন্ন-food; boiled rice; victuals. মহোৎসব- grand feast; festival) অমগী থৌরমদা ঐবুসু বার্তন তৌবীরক্তুনা থৌরমদু য়াওবা চৎচৈ। নুমিৎ অদুদা শ্রীস্বামী গুরুগোবিন্দানন্দসু লেঙবীরকখি। ককচিং খুনৌগী শ্রীককচিংতাবম ব্রজমণি শর্মা, ৱাবগাইগী শ্রীময়েংবম মণিহার সিংহ অমদি ঐহাক ইশামক য়াওনা ঐখোয় অহুম্না শ্রীস্বামীজীগী মফমদা ভক্তি কৎচবনি। শ্রীস্বামীজীনা হায়বীরকই: "নুংঙাইরেদা ঐনা উননীংবা অহুমমক লোইনা উনরেদা।" গুরুভায় অনীদুবুদি স্বামীজীনা মুন্না খঙফম থোকপনি। ঙকনীংঙাই লৈতে। ঐঙোন্দা ঙকচরিবদি ঐবুসু য়াওনা খঙবীরম্বদুনি। শ্রীস্বামীজীগী মফমদা "পাউদম" হায়বা ঐহাক্না ইজবা লাইরিক অমা খুদোল তমজে। "রাধাগী প্রেম" হায়বা শ্রীস্বামীজীনা মণিপুরীদা হন্দোকপা লাইরিক পারুবদগী ঐঙোন্দা ইনীংবগী ঈথিল অমা ফওরক্তুনা ইবা "পাউদম" দা য়াওবা ৱারেং অমা অনীসু শ্রীস্বামীজীদা পাউদমজে। "ইবুংঙো রাজেন ! ঐদি অহল

ওইশিল্লকবনিনা চংখোকপা ঙমশিল্লক্তে, নহাক ঐগীদা অমুক্তা লাকউ রাধা তত্ত্ব (তত্ত্ব-fundamental truth; essential or real nature; accurate idea or representation; reality; First Principle; truth; insight into the true nature of a thing; divine knowledge )গী মরমদা ৱারী শামিন্নসি" হায়বীরকখি। কয়াদা নুংশিনা থৌজাল লৈনা তাকপীরক্লিবা ৱাফমনো ! অদুবু খুদক্তা ঐহাক শ্রীস্বামীজীগী নাক্তা হেক চংশদি ঙমখিদে। করম্বা মতমদা চংপা ঙমগদগে খন্দুনা লৈখি।

শ্রীস্বামীজীগা শকখঙ-মায়খঙনজরকপসি ঐহাক্না "রাধাগী প্রেম" পাবা ফংজখিবা অমদি ডিভাইন লাইফ সোসাইটিগী সৎসঙ্গ কয়াদা য়াওজরকপদগীনি। খৃষ্টগী কুম ১৯৯৭ অদুবাইদগী হৌনা ঐগী পুক্নিদা অনৌবা অহোংবা অমা লাকখি। হান্না কয়া থোইনা তিন্নরমদবা মীওই কয়াগা তিন্নরকখি, শকখঙ-মায়খঙনরমদবা মীওই কয়ামরুমগসু শকখঙ-মায়খঙনরকখি, হান্না তিন্নরম্বা মীওই কয়াগসু হেন্না তিন্নরকখি। পঞ্জরিবা মীওইশিং অদুদি সাহিত্য অমসুং ডিভাইন লাইফ সোসাইটিগা মরী লৈনবশিংনি। অসুম্না নৌনা খোঙদারকখি সাহিত্য অমসুং ডিভাইন লাইফ সোসাইটিগী লমদা। হায়রিবা চহী খৃষ্টগী কুম ১৯৯৭অসিগী জানুয়ারি থাদা নোংমা মণিপুরী সাহিত্যগী লাইরিক খরদং লৈনীংবদগী রাজেস বুক ষ্টোর, ইম্ফালগী থেন্দুনা শন্দোক্তুনা থম্বা লাইরিকশিং য়েংখি। মতমদুদা থেংনখি স্বামী শিবানন্দগী "রাধাগী প্রেম" হায়বা লাইরিক অমা। লৌখৎতুনা লাইরিক্তু চেনা খরা ফাক্তুনা পাই। লাইরিক অদু স্বামী শিবানন্দনা ইংরাজীদা ইবা "রাধাজ প্রেম"(Radha's Prem) হায়বা লাইরিক্তুদগী মৈতৈলোনদা "রাধাগী প্রেম" হায়না হন্দোক্তুনা ফোঙবনি। মৈতৈলোন্দা হন্দোকপনা শ্রীনিংথৌজম নদিয়াচান্দ সিংহ. হাওবম মরক, কাংজম লৈকায়দা লৈবননি হায়বদু লাইরিকতুদগী খঙবা ঙমখি। হাইফেৎ য়েংবদা পানীংমনখ্রদুনা লাইরিক্তু লৈরগা য়ুমদা পুরকখি। লম্বীদা বসতা ফনা য়াম্না লাইরিক্তু পাবা হৌই। লাইরিক্তুনা ঐঙোন্দা করিগুম্বা লৌশিংগী মঙাল অমা পীবগুম তৌই, পুক্রিংদা করিগুম্বা খরা ফাওহল্লি।

মতুং খরা লৈরগা হায়রিবা বুক স্টোর অসিদগী শ্রীহাওবম

তোম্বা সিংহনা মৈতৈলোন্দা লেংথোক্কপা "রাধাহৃদয়"(ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ) হায়বা লাইরিক অমমুক ফংখি। ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ হায়বা লাইরিক অসি হিন্দুগী পুরাণ ১৮গী মনুংচনবা পুরাণ অমনি। মসি খণ্ড (section; portion; volume; chapter; piece) অনী থোকই। অমনা পূর্ব (first; former; prior; preceding) খণ্ড কৌই, রামায়ণগী ৱারীনা মপূং ওইনা ইবা খণ্ড ওইনা তৌবা মরম্না রামহৃদয় হায়নসু কৌই। অতোপ্পা খণ্ড অমনা উত্তর খণ্ড কৌই। উত্তর (last; succeeding; subsequent) খণ্ড অসিদা ব্রহ্মাণ্ড (whole universe; world; creation) শেম্বদগী হৌদুনা রাধা পোকপগী ৱারী মপূং ফানা য়াওই। মরম অসিনা মসিবু রাধা হৃদয় হায়নসু কৌই। অসুম্না ৱাকম অসি লাইরিকসিদা ইরি।

হায়রিবা চহী অসিদা (খৃস্ট কুম ১৯৯৭তা) নোংমা অমুক শীংজমৈ বাজারদা লৈবা "এন যদু সিংহ এণ্ড সন্স" হায়বা হার্দৱের স্টোর অমদগী শ্রীমৎপরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিগী "অমৃত বাণী" অহানবা অমসুং অনীশুবা শরুক হায়বা লাইরিক অনী অদু ফংখি। অহানবা শরুক্কী লাইরিকতুদা "রাধা তত্ত্ব" গী মতাঙ অমসুং "ভগবান শ্রীকৃষ্ণ" গী মরম তেম্না শেংনা ইরম্মী।

লাইরিক খরা অসি পারুবদা ঐঙোন্দা লৌশিংগী মঙাল অমা ফংবগুম খনখি। রাধাগী মরমদা হান্না খল্লম্বগা নৌনা থেংনবসিগা খেন্নরম্বা অদুদা লাইরিক খরা অসি পারমদ্রবদি রাধাগী মরম খঙদবদগী পঙঙাঙ ঙাঙলুরগা হনুথংদা চোপ্পা নংলমগনি খনখি। মতুংদা অমুক শ্রীতখেলচঙবম গৌরদাস শর্মানা মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা "রাধাহৃদয় ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ" হায়বা লাইরিক অমা অমুক জগৎ মাতা বুক স্টোর, ইম্ফালদগী ফংখি।

রাধাগী মতাঙদা হাইফেৎ মমি শামি খঙবদুদা অহৈ অপা অমুক শানীংলকখি। রাধাগী মরমদা খঙদবা মীনা থীনা ঙাঙনবা কয়া খাণ্ড-ঙমদবা অমা ওইরকখি। মরম অসিদগী পণ্ডিত শাবা তারকখি।

রাধাগী ময়মদা খণ্ডজবা খরা অদু ফুমদুনা লোৎতুনা থমনীংলকখিদে। চুম্মী লাম্লী খণ্ডদনা অহৈপা শাদুনা খৃ: কুম ১৯৯৭কী রাধাষ্টমী থোকপা নুমিৎকা মরী লৈননা মণিপুরগী নুমিৎ খুদিংগী ফোঙবা পাউ-চে "পোক্নফম"দা "শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লৈবা রাধাগী প্রেমগী মহিমা (glory; dignity; magnitude; majesty; greatness; excellence; grandeur)" হায়বা ৱারেং অমা সেপ্টেম্বর ১০দা, অৱাৎপনা মথংগী নুমিৎ সেপ্টেম্বর ১১দা ফোঙখি। ৱারেং অসি ফোঙলবা মতুংদা অমুক্তা ফোঙনীংদুনা মখা তাবা ওইনা হায়গদ্রা অমুক্তা হঞ্জিন্দুনা ফোঙবা হায়গদ্রা মওং খরা শেমদোক্লগা খৃ: কুম ১৯৯৮গী অগস্ট ২৮দা রাধাষ্টমীগা মরী লৈনহন্দুনা অমুক হায়রিবা পাউ-চে অসিমক্তদা "শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লৈবা রাধাগী প্রেমগী মহিমা-২" ফোঙখি। হৈনীংবা অমা য়াওন্না মফম মরাং খণ্ডদনা অঙাংনা মৈ পায়বা কিদবগুম মখা তানা "পোক্নফম" পাউ-চে অসিমক্তদা খৃ: কুম ১৯৯৯গী সেপ্টেম্বর ১৫দা রাধা-কৃষ্ণগী যুগল (pair; duet; duo; union; unified) রূপকী মতাঙদা চহীদুগী রাধাষ্টমী নুমিৎকী মাঙওইননা শেম্বা ৱারেং অমা ওইনা "সমাজিক, বৈজ্ঞানিক অমসুং দার্শনিক্কী মীৎয়েংদা শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী যুগলরূপ" হায়বা ৱারেং অমমুক ফোঙই। মখা তারকপা ওইনা খৃ: কুম ২০০০গী এপ্রিল থাদা পুথোকপা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল মশা (হৌজিক্লা মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবাল হায়না ওল্লবা) না থা ৬/৬ কী ওইনা ফোঙবা মসিগী অনীশুবা চেফোঙ "য়েম্লীং" দা দার্শনিক্কী মীৎয়েংদা নুপী" হায়বা ৱারেং অমা অমুক ফোঙই। মসিদা নত্তনা খৃ: কুম ১৯৯৯গী জুন ১২দা পোক্নফম পাউ-চেদা "মূর্তি পূজা (idolatry) অমসুং নুংগী ভাব" হায়বা ৱারেং অমসু "রাধাগী প্রেম" হায়বা লাইরিক্তু পারুবদগী পূক্লিংদা ইনীংবগী ঈথিল অমা ফাওরকপদগী য়াম্না তেম্না ইজখি।

ঐহাক্কী ৱারেংশিং পাবা কনাগুম্বনা ঐবু থাগৎপিদুনা ঙাঙবিরকপসু য়াওই। খণ্ডদনা পণ্ডিত শারুবদগী মীনা পাউ-চেদা চিঠিগী কলম (column) দা করি করিনো ইরকপা য়াওখি। নোংমা মণিপুরগী নট সংকীর্তনগী

শৈশকপা ওজা শ্রীলৈমপোকপম লাকপতি সিংহনা "ওজানা-খবরদা ইবিরকপদু য়াম্না নুংঙাইজখ্রে, মথং মথং ইবিরকউ" হায়খি। ওজাগী বা তাবদুন্দদি ঐসে করম্লো হায়বা ৱাখল অমা ফাওখি। খঙদনা অহৈ শারুবদা মীনা খঙলবনি হায়না শেরান্ননা লৌদুনা করিগুমবা ঐঙোন্দা খঙনীংদুনা হংলকপা তারবদি করম থোক্কনি হায়না পাখৎপা মিপাইবা পোকখি। মরম অদুদগী ৱাধাগী মরম খরদি থিজিনফম থোকলমাল্লে খন্দুনা অহৈ অশিং ওজা গুরু কয়াগী বা তাগে অমদি মরী লৈনবা লাইরিক খরদি পাগে খনখি।

ঐগী লাইবক ফবা অমনা মতম অসিদা মখা তারকপা চহীদা ঐহাক ডিভাইন লাইফ সোসাইটি, মণিপুরগী মীওই কয়াগা তিন্নজবা ফংখি। মণিপুরগী মফম কয়াদা পাঙথোকপা সোসাইটি অসিগী সৎসঙ্গগী থৌরম কয়া অমসু য়াওবা ফংজখি। খঙহৈরবা স্বামী অমদি গুরুভায় কয়াগী ভাষণ (speech) তাবা ফংজবদা থম্মোয়গী অমম্বা খরা মথৈদি কোক্লব্রা খঞ্জে। মখোয়নদি ফজনা মচা খায়না ঙাঙবীরকখি। অসিগীসু মথক্তা মরী লৈনবা লাইরিক কয়া অমসু ফোঙলবনি। প্রতিষ্টান (organisation) অসিনা খাঙবোকতা, ককচিংদা, ককচিংখুনৌদা, সাইতোন্দা, তেকচমদা, বমদিয়ারদা, লাঙ্গোলদা, কাঞ্চিপুরদা, থাঙমৈবন্দা অমসুং অতৈ লমদম কয়াদা পাঙথোকপা মণিপুর পূর্বগী ওইবা সৎসঙ্গগী থৌরম কয়াদা য়াওরকখি। ঐগী পোক্লফম লমদম তেম্থাদসু ঐগী য়ুমদা প্রতিষ্টান অসিগী ব্রাঞ্চ অমা খৃ: কু ২০০২গী সেপ্তেম্বর ২১দা হাংদোক্লুনা ২০শুবা ষ্টেট সৎসঙ্গ পাঙথোকখি। হোৎনগে হায়বা অমা য়াওনা খঙনীংবগা লোয়ননা হোৎনরবদি ফনা য়ামনদি খঙবা য়ারবনি। ঐহাক্না পাঙথোকচামবগী ৱাদা মঙায়রকখি।

মসিগী মমাঙ খৃ:কুম ২০০১গী দিসেম্বর ৬তা ঐবু পোকপিবা বাবা শ্রীইবোতোম্বা সিংহগী অহুমশুবা পুণ্যতিথি (lunar day on which the death-day of a deceased person occurs) মহোৎসব (grand or great feast) ঐগী য়ুমদা পাঙথোকপদা শ্রীঅরিবম চিত্রেশ্বর শর্মানা "মণিপুরদা নট সংকীর্তন" অমসুং শ্রীককচিংতাবম ব্রজমণি শর্মানা

"দিভাইন লাইফ অমসুং নুংগী ভাব" হায়বসিদা ব্বা ঙাঙবীখি। মসিদগী খঙবা য়াবা খঙহৌগদবদুসু থৌবু ওইবনা থৌরম অঁতে শীন্দোক শীনজিন তৌরিঁঙেদা মমূৎ তানা তাবা ফংখিদে। ময়ামগী সেবা ফংজবদুসু লাইবক ফরবনি খঞ্জখি। নুংঙাইজবা অমনা ঐনা ফংজখিবা লাইরিক "রাধাগী প্রেম" হায়বা লাইরিক অদুগী ওরিজিনেল রাইটর (ইংরাজীগী) স্বামী শিবানন্দ হায়বদু ডিভাইন লাইফ সোসাইটিসিবু হৌদোকপিরম্বা মীথোই মীহেল্লবা মীশকতু ওইরম্লে অদুগা "অমৃত বাণী"গী ব্বারম ইরিবা স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিসু আধ্যাত্মিকী লমদা মণিপুরগী থোইদোক হেন্দোক্লা শক্লাইরবা লময়ানবা মীশক ওইরম্লে হায়বা খঙজখি।

মরক অসিদা খৃ: কুম ২০০২গী অগষ্ট ১৬তা পীরকপা করম হায়না তৌরকপনো খঙদবা আমেরিকান বাইওগ্রাফিকেল ইনসটিটিয়ুটতগী চিঠি অমা ফংই। চিঠি অদুগী ব্বারোলদা ঐবু "কনতেমপোরেরিজ, হুজ হু ২০০২-২০০৩" দা য়াওরে হায়না হায়রকখি। করিগীদমক করমনা য়াওরিবনো খঙনীংখি। ঐগী এচিভমেনটকীনিবুদি হায়। করি এচিভমেনটনো হায়বদুদি ঐসু খঙদে।

খৃষ্টগী কুম ২০০৩ গী জানুৱারি ১, ন্যু য়ার্স ডেনি। "ডিভাইন লাইফ সোসাইটি য়ুথৱিং ওফ মণিপুর" লিংখৎখিবগী চহী ১০ শুরকপগা মরী লৈননা "দি দিভাইন য়ুথস কনভেনসন" মুণি ঋষিশিংগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎপা ওইনা অহুমশুবা অন্তর জাতিগী ওইবা পূং২৪ গী "অখণ্ড মহামৃত্যুযজ্ঞ মন্ত্র জপ যজ্ঞ" চহী হৌরকপসিদা মণিপুর ডিভাইন লাইফ পাকশন্না শন্দোক্লবা কন্না হোৎনবিরম্বা হৌজিক্লা থৃপখ্রবা শ্রীতেলেম যোগেন্দ্রজিৎনচিংববু নীংশিংবগী থৌরম "ডিভাইন লুমিনারিজ দে" লাংগোল শান্তি আশ্রম, ইম্ফালদা পাঙথোকখি। নুমিৎ নীনিচঙনা পাঙথোকপনি। মমাঙগী নুমিৎ ডিসেম্বব ৩১, ২০০২ ইংদগী হৌরকপনি। বার্তন ফংদুনা অমদি তৌফম থোকপা অমা ওইনা ঐসু য়াওবা চৎলি। অহানবা নুমিৎতি য়াওবা ঙমখিদে।

ইং কুমজা ২০০৩ গী জানুৱারি ১, য়ুমশকৈশা নুমিৎনি। ঐহাক ঙস্তা হৌগৎলি। নিংথম থানি, য়ামনা ঈংই। অদুবু চৎনীংবনা হেনমনবদগী

ঈংবা খঙদে। ঙস্তা ঈরজদুনা নিংথৌ নাওরিয়াগা বস তোংজুনা চংমিংগ্রে, য়ূমদা খবর য়ৌরকত্রি, পাবা ফংদ্রি, করি করি য়াওবনো খঙদ্রি। মতম চানা লাংগোল শান্তি আশ্রম য়ৌই। মন্দির মনুং চঙই। ময়াম্না ঙাঙনৈ তূমিন্না "রাজেন হায়বদু অসিনি।" ঐঙোন্দা য়েংনবা য়াওই। করিগীনো ঐ খঙদ্রি। ঐনা খল্লি ঐগী টুপি অসিদা ওইরমগনি। চহী খরসি ঐহাক ফৈজোম হেক হেক শেংলি, খোঙ্গাওদি পূমথা থাদোক্লে। টুপিদি থাদোকপা তৌদে। ঐগী আভরণ(ornament; decoration) নৎত্রগা পোশাক (dress; clothes; apparel; attire) অসিদা ওইরমগনি খন্দুনা তানা তানা তাশিন্নদে। কৌহৌজমদগী লাকপা ঐগী মরূপ শ্রীহৈস্নাম মিত্রেশ্বর সিংহ গুরুভায়দি হান্না লৈরম্লে। মাগী মনাক্তা চঙদুনা ফম্মী। মাগা হান্না ফম্মীন্নরম্বা গুরুভায় অমনা হায়রকই: *"য়াম্না নুংঙাইজরে ঐখোয়গী ডিভাইন্ লাইফকী মেম্বর অমবু মেন ওফ দ য়ারগী নোমিনেং তৌরকপসি।"* অমনা অমুক হায়: *"আমেরিকান বাইওগ্রাফিকেল ইন্সটিটুটনা পীগদবনি।"* ঙাঙনবা অসিদা থোইনবুদি ঙকফম থোক্তবনি। মসিগী মমাঙদা মিংথোল অসিগীদমক ঐবু ইন্সটিট্যুট অসিনা নোমিমেট তৌরে হায়বগী চিঠি নবেম্বর ১৫, ২০০২ ইংদা ইরকপা ফংখ্রবনি। ঙক্লিবদি ময়াম্না ঙসি করম্না খঙনরিবনো অসিনি। অমনা অমুক হায়রকই: "পোক্রফম খবরগী অহানবা লামায়দা য়াওই।" মখোয়দি খবরদা থেংনরক্লবনি, ঐদি য়ূমদা পাবা ফংলক্তে, লম্বীদসু ফংখিদে। অদুবু পূমঙক ঙকপা থৌদোক অমদি থোকখি মফম অদুদা মিনিট ৪-৫গী মতুংদা।

অয়ুক্কী পুং ৯ তারে, থৌরম হৌরে। অহানবমক্তদা প্রসিডেন্ট অমসুং চীফ গেষ্টনা মাগী মাগী ফমফমদা ফমগদৌরিবনি। কনা কনানা প্রসিডেন্ট অমসুং চীফ গেষ্ট ওইদৌরিবনো খঙনদে, বার্তনদা চুমনতা মখোয়না ফমফমদা ফম্নগী য়া পনবতনি, মিংদি য়াওদে। স্বামী অহুম লৈ। মখোয়গী মরক্তগী কনা কনানো অমনা ওইরক্কনি থাজরুই। অদুবু ইথা থাজদনা ঐবু চীফ গেস্ট ওইননবা, চীফ গেস্টকী ফমফমদা ফমনবা কৌশিল্লকই। ঐহাক পূমঙক ঙকই। মায় হাইগৎতুনা য়েংই। স্বামীশিং লৈবা উই। মখোয় লৈনা লৈনা ঐনা করম্না ! পাথৎপা অমসু য়াওই।

হৌগৎতুনা মসিদদি মাপ (forgiveness; excuse) তৌবিয়ু হায়জৈ। ময়ামগী মফমদা খূৎ লোম্নদুনা ভক্তিগা লোয়ননা হায়জবনি। ময়াম্না "ওইবিরো ওইবিরো" লাউরকই। স্বামী গুরুগোবিন্দানন্দনা "লেঙশিল্লো" তাকপিরকই। "আমেরিকান্ বাইওগ্রাফিকেল ইন্সটিটিয়ুটনা মেন ওফ দ য়ার ২০০২ গী নোমিনেট তৌরবনি" হায়বা খোঞ্জেল্না ঙাইহাক্তংদি মফমদু ইনিল নিল্লি। খঙদে "পোক্রফম" দা করি করিনো ইরবা জাৎলা। স্বামীশিং য়াওবা মফম অদুদা ডিভাইন লাইফকী মরমদা করিসু খঙজদ্রিবা ঐহাকপু মখোয় য়াওনা ময়ামনা ইকায় খুমনবিবা অদুদদি কদোমদগীনো খঙহৌদে থম্মোয়নুংদা নুংঙাইবগী ঈহৌ অমা হৌরকখি। ঈহৌ অদুনা খূদক্তা মীৎকী পিরাং ওনখি। নুংঙাইবগী পিরাং ( Tears of joy) হায়বদু মসি ওইরিগদ্রা খনখি। স্বামী গুরুগোবিন্দানন্দগী মফমদা খোঞ্জেল থোকনা কপ্পুনা ভক্তিগা লোয়ননা মঙোন্দগী আশীর্বাদ নিজৈ। হেনফদবদগী অমদি গুরুগী মফমদগী আশীর্বাদ ফংলবা মতুংদা নুমিৎতুগী থৌরমদু ঐহাক্না চীফ গেস্ট ওইখি অদুগা স্বামী গুরুগোবিন্দানন্দনা প্রসিদেন্ট অমসুং স্বামী ব্রহ্মাতত্ত্বানন্দানা গেস্ট ওফ ওনর ওইরগা থৌরম অদু পাঙথোকখি। স্বামী অনীগী মনাক্তা মীমাঙদা ফমজবা ফংদুনা থৌরম য়াওজবা পোকপগী মহয় য়াম্লবনি খঙ্খি। অসুম্না থম্মোয়নুংগী মপাল নাইদ্রবা নুংঙাইজবা আধ্যাত্মিকী আনন্দ (স্পিরিচুয়েল ব্লিস) ফংজখি।

থৌরম হৌরে। প্রোগ্রামগী মতুংইন্না আইতেম মথং মথং চখরকখি। শ্রীভগীরথ সিংহনা শ্রীতেলেম যোগেন্দ্রজিৎ অমসুং স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিগী পুন্সি ৱারী অদুগা শ্রীমোইরাংথেম নিংথেমজাও সিংহনা মণিপুরদা ডিভাইন লাইফ মুভমেন্টকী মতাঙ ঙাঙলবা মতুংদা চীফ গেস্ট ওইরুবা ঐগী পালি (লেং) লাকখি। চীফ গেস্ট ওইরবনিনা করিগুম্বা খরদি ঙাঙবা তাবনি। অদুবু করিদি ঙাঙগনি! ফুম্বংননা লৈ। ঐনা ঙাঙগদবা মতাঙ য়ৌশিল্লক্লে। ৱাখলদি অদুম মনুংঙাই। ফঙ্কসন কনদক্ট তৌরিবদুনা ঐবু কৌশিল্লকই। মীয়ামদা ঐবু শকতাকই : ডিভাইন লাইফ সোসাইটি, তেন্থা ব্রাঞ্চকী প্রসিদেন্টনি, আমেরিকান বাইওগ্রাফিকেল ইনসটিট্যুটনা "মেন ওফ দ য়ার-২০০২" গী নোমিনেট তৌরবা ইকায় খুম্নবদা মতীক

চারবা মীশক্তি, ঐখোয়নসু ইকায় খুম্নজনীংদুনা ঙসিগী থৌরম অসিগী চীফ গেস্ট ওইহঞ্জবনি। করি ঙাঙসিগে ফুম্বংনরুবা ঐনা অহানবদা ঐগী থম্মোয়গী নুংঙাইজবা ফোংদোকচৈ, মীয়ামদা তৌবিমল খঙবা উংচৈ, স্বামীজীশিংনা নুংশিবিদুনা শক খঙবিবগীদমক হয়াওজবা নুংঙাইজবা ফোংদোকচৈ, মখোয়গা ফম্মীন্নবদা থম্মোয়দা ফাওরকপা আধ্যাত্মিক্কী আনন্দ ফংলবনি হায়না লৌজে হায়না ফোংদোকচৈ। মীংতগী পিরাং চেম্ফু বা লেপ্পা লৈতে, খাম্বা ঙমদে, থম্মোয়গী নুংঙাইবা। ফোংদোকচৈ, মসি ওইরমগদ্রা হায়না স্বগগী নুংঙাইবা। তিল্লিবা মীয়াম চেক মোক লাউদে, উল ব্রাইমুক চীকই। ঐঙোন্দা মুন্না য়েংই, ঐনা ঙাঙবা তায়। ডিভাইন লাইফতা ঐহাক্রা য়াওরকপা, রাজেস বুক স্টোরদগী "রাধাগী প্রেম" লৈবা, পাউ-চেদা ব্রারেং ইদুনা ফোঙবা অসিনচিংবা মখা তানা ঙাঙই।

থোইদোক হেনদোকপা অমসুং থম্মোয়দা থুক লাউবা ব্রাফম অমনা ঐহাকনা "রাধাগী প্রেম" হায়বা লাইরিক্তু স্বামী শিবানন্দনা ইংরাজীনা ইবা "রাধাজ প্রেম" হায়বা লাইরিক্তগী শ্রীনিংথৌজম নদিয়াচান্দ সিংহনা মৈতৈলোলদা হন্দোক্তুনা ইবনি হায়রকপা মতাঙ অদুনি। শ্রীনিংথৌজম নদিয়াচান্দ সিংহ কনানো হায়বা মশক খঙজদ্রি, লাইরিক্তুবু মৈতৈলোন্দা মানা হন্দোকপনি হায়বসিতনি ঐনা খঙজবা। ঐহাক্রা ব্রা ঙাঙবদা "মশক খঙদ্রিবা ওজাদুগী চাউরবা লমন অমা তোনশিঞ্জরে অদুবু ওজাদুদি অমুক্তা উজদ্রি, মশক খঙজদ্রি অমুক্তংদি মহাক্কা শক খঙনজনীংই" হায়রকপদা মাঙদা ফম্লম্বা মীয়াম লক্তগী গুরুভায় অমনা "প্রসিদেন্ট ওইরিবা ঐখোয়গী স্বামীসিনি" তাকপিরকপদা ঐহাক স্বাই লাউই। স্বামীজীদা ওনশিন্দুনা খঙজদদুনা তৌবনি অপরাধ(offence; sin; fault; guilt) পূম্বা ঙাকপিনবা খুৎ লোম্নদুনা ভক্তি কচ্চবদা স্বামীজীনা "করিসু কায়দে" হায়না তাকপি। তুমিন্না লৈরম্বা তারম্বা ময়াম ঙাইহাক্তং ঐগী ইতৌ উবদা অমসুং থৌদোক্তুদা নোকমিন্নে । ঐসু কপ্পা কপ্পা নোকই। স্বামীজীবু মশক উজবা খঙজখিবা চহী ২-৩ ফাজিল্লক্লবনি। অদুবু মহাক শ্রীনিংথৌজম নদিয়াচান্দ সিংহনি হায়বসিদি হান্না খঙখিদে। গুরুভায় অদুনা তাকপিরকপা অদুদা খূদক্তা খঙবনি।

করিগুম্বা ঐহাক্রা বাফমসি পল্লমদ্রবা, থৌরমদুগী চীফ গেস্ট ওইরমদ্রবা, থৌরমদু লাইবক থীবদগী য়াওরমদ্রবা অদুগা গুরুভায় অদুনসু তাকপিরমদ্রবা অদু ওইরবদি স্বামী গুরুগোবিন্দানন্দগা শ্রীনিংথৌজম নদিয়াচান্দ সিংহগা মশা অমত্তনি হায়বসি ফনা কুইনা খঙলমলোই। ঙসিগী থৌদোক্রা অমসুং থৌরম্না ঐঙোন্দা অসুক্কী মতীক থম্মোয়দা নুংঙাইজবা ফাওহনখি - স্বগগী নুংঙাইবা, আধ্যাত্মিকী নুংঙাইবা, ইশানা ইশাবু পাপ কোক্কে খঞ্জবা অসিনচিংবা নুংঙাইবা কয়ামা ঐগী থম্মোয়দা মমি তাখি। চহী হৌবা নুমিৎনি, নুংঙাইবা নুমিৎনি। "হেপ্পি ন্যু য়ার্স ডে" হায়বদুবু অসিরা খঞ্জখি। "পোক্রফম"না করিগীদমক ন্যু য়ার্স ডে সিদা ফোঙলক্লিবা, করম্না থৌরম অসি নুমিৎসিদা পাঙথোকলিবা, করিগীদমক ঐবু নুমিৎসিদা চীফ গেষ্ট ওইহনবীরিবা, থৌরমগীদমক হান্নমা কনাগুম্বা অমবু চীফ গেষ্ট ওইনবা হায়নখিবা তৌদনা ঐগীদমক রিজার্ব তৌবগী মওং ওইনা খাক্রমলিবা, ঐহাকসু করিগী "রাধাগী প্রেম" গী মতাঙ ঙাঙলুবা, অমগা অমগা মপা ইচা চানরুবা অসিনচিংবা কয়া ঐগী থম্মোয়দা ফাওখি।

থৌরম লোইরদুনা য়ুমদা হল্লকই। জগৎ মাতা বুক স্টোবদা চঙই। অজ্ঞা শ্রীবি রাজেন শর্মানা ঐঙোন্দা "পোক্রফম" দা করিনো করিনো য়াওই হায়দুনা ঐবু কংগ্রেচুলেট তৌই। খবর লৈব্রা অমুক্তা য়েংগে হায়দুনা মঙোন্দগী খবর লৌই। মানা য়াওফম তাকই। মদুদা অসুম্না ইবম্বী "আমেরিকান বাইওগ্রাফিকেল ইনসটিট্যুটনা পোক্রফম পাউ-চেগী কলমনিস্ট শ্রীএম: রাজেন্দ্র সিংহদা চহী অসিগী মেন ওফ দ য়ারগী মিংথোল পীনবা নোমিনেত তৌবে। হান্না থৌবাল কলেজগী লেকচরর ওইরম্বা হৌজিক্রা থবক্তগী পোত্থাববা শ্রীরাজেন্দ্র সিংহ থৌবাল ডিষ্ট্রিক্কী মনুং চন্না লৈবা তেম্বা খুঞ্জাওদগীনি। মহাক্রা সমাজগীদমক তৌখিবা দান কয়া অদুবু শকখঙবা ওইনা মিংথোল অসি পীনবা নোমিনেত তৌবনি। শৈরেং লাইরিক ১০ ফোঙখ্রবা শ্রীরাজেন্দ্র সিংহ হৌখিবা ইং ১৯৭৮দসু সোভিয়েট লেণ্ড নেহরু এবার্দ ফংখ্রে।" খবর অদু পারবা মতুংদা য়ুমদা হল্লখি। য়ুমদা হেক থুংবদা য়ুমগী মীনা ঐঙোন্দা খবরগী পাউদুগী মীনা ফোন য়াম্না

তৌরকই হায়দুনা পাউ তম্মী। ঙসি থোকখিবা থৌদোক অদু নীংশিংলুবদা ঐগী থম্মোয় মকা লামজখি। ঙসিগী পিরাং অচম্বা পিরাং নত্তে, শেংন-কায়নবগী পিরাং নত্তে, অৱা অনাগী পিরাং নত্তে, অশি-অনাগী পিরাং নত্তে, পিরাংনি ঙসিগী পিরাং নুংঙাইবগী পিরাং, থম্মোয়গী নুংঙাইবনা ওল্লকপা মীৎকী পিরাং।

মসিগী মতুং থা অহুম খরা হেল্লকপা অদুৱাইদা নোংমা এপ্রিল ১০, ২০০৩ ইংদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা পীরকপা চে অমা ফংই। সব-কমিটিগী মীটিংগীনি, খন্নগদবা হীরমনা "যোগেন্দ্রানন্দ গিরি শেলগী মনা" হায়বা অসিনি। এপ্রিল ১৫, লৈবাকপোকপা নুমিত্তা খন্নগদবনি। ঐহাক পূমঙক ঙকই। ইতীক ইপা চাদবা ঐনা করম্না মহাপুরুষ অসিগী মিংদা কৎপা মনাগী মরমদা খঙগদৌরিবনো? লৈথোক্লগে খন্দুনা মীটিং য়াওবা চত্রে। এপ্রিল ১৮গী নুমিদাং ৱাইরমদা সব-কম্মিটিগী কনভেনর গোকুলচন্দ্রনা ফোন তৌরকই- "এপ্রিল ১৫গী মীটিং ফারম ফাদবনা য়েথোকখ্রে, হয়েং এপ্রিল ১৯দা অমুক হন্না ফম্বা তারে লাকপিদবা য়াদে।" হন্দক্তি লৈথোকপা য়ারোইদৌরি। মীটিং য়াওবা চৎলে। ময়ামগী মফমদা হায়জে "করিসু খঙদ্রবা ঐহাক্না আধ্যাত্মিক্কী লমদা মণিপুরগী থোইদোক হেন্দোক্না শক্লাইরবা মীথোই মীহেল্লবা স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিগী মিংদা কৎপা শেলগী মনাগী ৱাফম খন্ননবা কমিটিদা য়াওজবা ফংবা অসি য়ামনদি নুংঙাইজে অদুবু মতীক চাদবদগী ইদি ইকায়জে, আধ্যাত্মিকপু পামজবা অমদি ডিভাইন লাইফ সোসাইটিগী লাইফ মেম্বর অমা ওইরুবনা স্বামীগী মিংদা কৎলকপা মনাগী মতাংদা খন্ন-নৈনবা য়াওজবা ফংবসি পোকপগী মহয় য়াল্লে খঙ্জে।" মনা অসিবু কৎপিরম্বা পূকচেল চাউরবা মীশকতুসু অতে অমা ওইরমদ্রে ঐহাক্না লাইরিক অনী লৈজখিবা শীংজমৈগী দুকানদুগী প্রোপ্রাইটর শ্রীনোংমৈকাপ্পম যদু সিংহ ওইরম্লে। অমুক হন্না নৌহৌনা নীংশিংখি জানুৱারি ১গী থৌদোক: থম্মোয়গী নুংঙাইবনা ওল্লকখিবা মীৎকী পিরাং ।

মতাঙ অসিদা নীংশিংজনীংবা ৱাফম অমা হায়জবা তারবদি আমেরিকান বাইওগ্রাফিকেল ইন্সটিট্যুৎনা ঐঙোন্দা মেন ওফ দ য়ার-২০০২

হায়বা মিংখোল অসি শীখিবা লৈতে, চুম্নতা মিংখোল অসিগী নোমিনেট তৌরে হায়না ইরকপগী য়াতনি, ঐগী মিং ইন্সটিট্যুৎ অসিনা যোঙবা কন্টেমপোরেরি হুজ হু ২০০২-৩ দা য়াওরে অমসুং কন্টেমপোরেরি হুজ হুগী কন্সল্টিং এদিতর খনবদা রিকোগনাইজ তৌরে হায়বগী চে অমসুং দকুমেন্টতি ফংখি হায়বা অসিনি।

মথক্কী থৌদোক অসিগী মমাঙগী য়াফম খরা তেনতক্না পাউদমজরি। পাউদমজরিবা য়াফম অসি নোংদমনি হায়জনীংই। ঐহাক্না দিভাইন লাইফ সোসাইটিদা য়াওরকপগী মতাঙনি। ফমা কুইরবনি ঐহাক্না স্বামী শিবানন্দ সরস্বতীগী মিং তাজবা। অদুবু মহাক কনানো হায়বা খঙনীংবগী থোইদোকপা য়াখল লৈখিদে। অদুনা মায়কৈ অসোমদা পূক্নিং চঙশিল্লুদে। অদুবু "রাধাগী প্রেম" পারুবদগীদি মহাক কনানো হায়বা খঙনীংবা অমা থম্মোয়দা ফাওখি। মসিগা লোয়ননা শ্রীযুক্ত নিংথৌজম নোদিয়াচান্দ সিংহবুসু খঙনীংলকখিবনি। মসিনা মরম ওইদুনা ইহান হানবা ওইনা ঐহাকপু ডিভাইন লাইফ সোসাইটিদা পূক্নিং চিংশিনখি। অদুনা ঐবু সঙ্ঘ অসিদা পুশিনবীবসি মখোয় অনীসিনি হায়জনীংই।

নীংবু নীংলবদি থোক্লবা অমা লাকই হায়বা মৈতৈ পাউরৌ অদু ঐগী ইফমদা থোক্লরে। খৃষ্টগী কুম ২০০০ গী মেগী ২১দা সঙ্ঘ অসিগী ষ্টেট সৎসঙ্গ অমা খাঙবোক্তা পাঙথোকখি। মদুদা ঐগী মরূপ গুরুভায় শ্রীলাইশ্রম কুবের সিংহনা ঐবুসু য়াওরনবা বার্তন তৌবীরকখি। সৎসঙ্গ করিনো করম্না পাঙথোকপগে হায়বদুগী মরম নুমিৎতুদা হাইফেৎ খঙজখি। গুরুভায় শ্রীকুবের সিংহ ঐবু সঙ্ঘ অসিদা পুশিনবীবা মীশক অমনি হায়না লৌদবা ওমদে। নুমিৎ অদুগী সৎসঙ্গগী থৌরম অদু শ্রীস্বামী গুরুগোবিন্দানন্দনা অথোইবা অতিথি ওইবীদুনা পাঙথোকখি নুমিৎ অদু ঐহাক্না শ্রীস্বামীজীবু ইহান হান্না উজবা নুমিৎনি। অদুবু নুমিৎ অদুদা মহাক স্বামী গুরুগোবিন্দানন্দনি হায়বদি খঙখিদে। কোম্না খঙলকপনি। কনাগুম্বা সন্ন্যাসী অমনি হায়বগী ভাবতা মতম শাংনা লৈখি। নুমিৎ অদুগী সৎসঙ্গগী থৌরমদা স্বামীজীসিনা "ঐ কনানো" হায়বা হিরম অসিদা প্রবচন (excellent speech; learned discourse; treatise; doctrine; interpretation; dissertation) পীবীখি। "ঐ" হায়বসি কনানো হায়বগী

মতাঙ ময়েক শেংনা মচা তানা ঙাঙবীরকপা অদুদা ঐগী থস্মোয়দা করিগুম্বা খরা ফাওখি।

মসিগী মতুংদদি ডিভাইন লাইফ সোসাইটিনা শীল লাঙবা সৎসঙ্গগী থৌরম কয়াদা ঐবুসু বার্তন হেক হেক তৌবীরকখি। অয়াম্বদা ঐসু য়াওননবা হোৎনখি, য়াওসু য়াওখি তোঙান তোঙানবা ব্রাঞ্চশিংনা ষ্টেট কমিটিগী মখাদা শীল লাঙবা ষ্টেট সৎসঙ্গ অয়াম্বা প্রসাদী সেবা য়াওনা শীনবা ঙাক্তনি। মমৈথংদদি ইকায়বা অমা ফাওরকই। মীগীদদমক মচাবা ঐনদি মীবু পীজনবা শীল লাঙগে খন্দবা অদুগীদমক্লি। অদুনা করি করিগুম্বা মতাঙদা মীনা লাঙলিবা প্রসাদী সেবা অদু ফংদনা হল্লকপা য়াওখি। করিগুম্বা অচিনবা থবক অমা লৈহৌরি হায়জিন্দুনা হল্লকখিবনি। ঐগা লোয়নবা কনাগুম্বনদি মীনা শেল তিংনা লাঙজরিবা অদু ফংদনা হনখি হায়না বারৌবসু য়াওই। ঐগীনা অতোপ্পা ফিলোসোফি অমনি। মীগীদদমক মচাগে ঐনদি পীজরোই হায়বগী ব্রাখল অসি থস্মোয়দা মমি তাহল্লীংখিদে। কনাগুম্বা ওজানা হায়বীখিবা য়াওই : খূৎ তিংথোরকপা অসি মখল অনী শুই-অমনা কখোক্লবা, অমনা লৌশিন্নবা। ব্রাফম অদো তত্তনা নীংশিংই। লৌশিন্নবগীদমক তিংথোকপা , কখোক্লবদি তিংথোক্তবা খূৎ অদুগী মপু ওইরিবা মীশক অদুগী থস্মোয় অদু ডিভাইন ওইদ্রবনি হায়বা অসি অচুম্বনি খনখি। মরম অদুনা মীগীদদা চাবা অসিদা ইকায়জবা অমা থস্মোয়দা ফাওখি। হিংননবগীদমক খূৎ তিংথোক্তবা (লৌশিন্দবা) য়াদে,লোয়ননা থস্মোয়সি ডিভাইন ওইনবা খূৎ তিংথোক্তবা (কখোকতবা) য়াদে। অসুম্না করম তৌরগা ঐসু অমুক্তং মীয়ামগী সেবা তৌসিগে খনখি। অদুবু ঐগী পোক্ল ফম লমদম তেম্থাদদি সোসাইটি অসিগী ব্রাঞ্চ হাংদ্রি, সৎসঙ্গগী থৌরম শীলবা ঙমদ্রি। করম্বা মতমদা ব্রাঞ্চ হাংসিগে, করম্না মীয়ামগী সেবা তৌসিগে খন্দুনতা লৈখি। মরক অসিদা সত্তঘ অসিগী সৎসঙ্গগী থৌরমদি লেপ্পা লৈতনা মফম কয়াদা চৎথরক্লি। ঐবুসু তত্তনা বার্তন তৌরক্লি। চৎতি হেক্তা চৎনীংই, চৎলবনিনা প্রসাদী সেবা ফংদনা হল্লকপসু ফজদ্রি। তেম্থাদা ব্রাঞ্চ হাংবগী থৌরমসু পায়খৎপা ঙমদ্রি । পূক্লিংদা মওল মওল খন্দুনা লৈরকখিবনি।

মরক অসিদা ইথা থাজদনা নোংমা ডিভাইন লাইফ সোসাইটি,

মণিপুর ষ্টেট কমিটিগী জেনেরেল সেক্রেতরি শ্রীআর কে রাধামোহন সিংহ (নিংথৌখোং) না পীরকপা চিঠি অমা যংথি। ৰারোলদি মখাগী অসিনি :

তাং ১০।৯।২০০০ ইং

ওঁ

থোইদোক হেন্দোক্লা ইকায়খুম্নজরিবা

শ্রীরাজেন্দ্র সিংহ

"হরে কৃষ্ণ" প্রণাম তৌজরি

ডিভাইন লাইফ সোসাইটি, মণিপুব ষ্টেট কমিটিনা শীঞ্জবা সৎসঙ্গশিংদা অদোম্না য়াওবীরকপা অসি উবদা পূক্লিংদা য়াম্না নুংঙাইজবা পোকই। অদুগা তুংদসু অসুম্মক য়াওবীখিগনি হায়না আশা তৌজরি।

হৌজিক ঐখোয়না তৌজরিবা থবকশিং অসি য়াম্না চম্না হোৎনজবনি। হিরম খুদিংমক্তা অৱাৎপগী অৱাৎপা ঙাক্তা। লোয়ননা অশোয়বা কয়াসু অসুম থেংনবীবমগনি। মসি পূম্নমক শীঞ্জ-লাওজরিবা ঐখোয়না হৈজদবগী খুদর্মনি। ওজাগী সজেসন যাম্না পামজৈ। শ্রীস্বামী শিবানন্দাজীনা ইবা লাইরিকশিংসু নৈনবীরমগনি হায়না খঞ্জে, ডিভাইন লাইফসোসাইটিগী বিসোর্স পার্সন অমা ওইনা সমাজ অসিবু শেংদোকপদা শরুক য়াবীয়ু। খন্ন-নৈনবদা প্রবচন পীবদা য়াওবীয়ু। ওজাগী নাক্তা যমজদুনা ওজাগী পাউতাক কয়া তাজগবদসু লমসিনা য়াম্না লাপ্পমনখিবা অসিনা ইবায় লায়না ওইথোকপা ঙমদ্রি। লাক্লিবা থা অমা অনীসিদা ওজাগীসু প্রবচনগী থৌবাং থমজগে। করম্বা আধ্যাত্মিকী ওইবা তোপিক্তা নৈনসিগে হায়বদু খঙহনবীদুনা ডিভাইন লাইফ মুভমেন্ট অসিদা শরুক য়াবীয়ু। ওজাখোয় ময়াম য়াওবীদুনা মতম কুইনদগী নীংজরক্লবা ডিভাইন লাইফ সোসাইটি, তেম্থা ব্রাঞ্চ হাংদোকপীদুনা মপুং যাবা লুচিংবা অমা ওইবীয়ু। নচা ননাই ওইবা ঐখোয়না তুংইনজগে।

রাধামোহন

মথক্কী চিঠি অসিগী বারোল পাব্রুবদা ইকায়বা যাওই নুংঙাইজবসু যাওই। করিগী ইকায় : ১। তেম্বা ব্রাঞ্চ হাংবা ঙমদবগী অমসুং ২। আধ্যাত্মিক্কী লমদা করিসু খঙদ্রিবা ঐবু খঙবা মান্না উরমগদৌবোই খল্লুবদা। করিগী নুংঙাই : সৎসঙ্গগী থৌরম কয়াদা য়াওজরুবা অদুবু শক খঙবীবগী। অমবু ওইরে অমবু ওইরে তেম্বাদা ব্রাঞ্চ অমা হাংনবা থবক পায়খৎপা হায়বসি তৌদবা যাদবা ইথৌনি খনখি।

শ্রীস্বামী শিবানন্দগী "রাধাজ প্রেম" মণিপুরীদা "রাধাগী প্রেম" হায়না হন্দোকপা লাইরিক অমদি শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিগী "অমৃত বাণী" পাকব্দগীদি ডিভাইন লাইফ সোসাইটিগী সৎসঙ্গগী থৌরম কয়াদা য়াওগে হায়না চপ য়ূংনা লেপখি। অসুম তৌরিঙৈদা নোংমা ককচিংদা লৈবা গুরুভায় শ্রীনিমাই সিংহনা ভজন কীর্তনকার খরগা লোয়ননা ঐগী য়ূমদা লাকপিখি। তেম্বাগী নিংথৌ নাওরিয়াগা লোয়নরকপনি। শ্রীনিমাই সিংহ ভজন কীর্তনকার অমনি। মহাক অমসুং মহাক্কা লোয়নরকপা ককচিংদগী লাকপশিংনা ভজন শক্লুনা সৎসঙ্গগী থৌরম পাঙথোকখি। মতুংদা নোংমা অমুক শ্রীনাওরেম প্রতাপ সিংহ (ককচিং) ঐগী য়ূমদা লেঙবীরক্লুনা ডিভাইন লাইফকী মরমদা ৱারী শানখি। অদুম ওইনমক ব্রাঞ্চ হাংবগী থবক্তি পায়খৎপা ঙমখিদে। ইনাও দা. প্রিয়ব্রত সিংহনদি শ্রীপ্রতাপ সিংহগা তানরগা ব্রাঞ্চ হাংননবা থবক পায়খৎনীংখিবনি, প্রতাপকী অপাম্বসু মদুমক্কি। মপূং ফারোইদ্রা খন্নবদগী নুমিৎতুদা ব্রাঞ্চ হাংবগী থবক চথদ্রবসু অকুপ্পা ৱাফমদি প্রিয়ব্রতগী য়ূমদা অহিং অমা লেক্লুনা মখোয় অনীনা ব্রাঞ্চ হাংবগী মমি য়াংপা হৌখি। অসুম্না তেম্বাদা ব্রাঞ্চ হাংবগী লময়ানবদি দা প্রিয়ব্রত অমসুং নাওরেম প্রাতাপনি।

ব্রাঞ্চ হাংবা ঙমদনা লৈরিঙৈ অসুম তৌরিঙৈ মতমসিদা শ্রীস্বামী শিবচিদানন্দ মহারাজ ঋষিকেশ, হিমালয়দগী মণিপুরদা লেঙবীরকখি। মণিপুরগী মফম কয়াদা তাং ৮।১১।২০০১ ইংদগী তাং ১১।১১।২০০১ ইং ফাওবা সৎসঙ্গগী থৌরম পাঙথোক্লুনা শ্রীস্বামীজীবু ওকপগী থবক মফম কয়াদা পাঙথোকখি। তাং ৯।১১।২০০১ ইংদা শ্রীস্বামীজীবু খাঙবোক ব্রাঞ্চনা ওকখি। মদুদা ঐসু গুরু কৃপাদগী শরূক য়াবা ঙমজখি। শ্রীলাইস্রম কুবের সিংহনা থৌরম খূদিংমক্তা ঐবু হেক হেক নীংশিংবীরকপনি। ওকপগী

থৌরম অদুদা আর. কে. রাধামোহন সিংহনা ঐবু শ্রীস্বামীজীগী মফমদা শক্তাকপগা লোয়ননা সৎসঙ্গগী থৌরম খুদিংমক্তা হেক্তা য়াওই হায়না পাউদমবীখি। ঐহাক্না ওমজবা লুপা ৫০০ খকতং তাং ৩০।১১।২০০১ ইংদগী তাং ২।১।২০০২ ফাওবগী মনুংদা কটক(ওরিষা) দা পাঙথোক্কদৌবা সেকেণ্ড গ্লোবেল ইন্টরনেসনেল ডিভাইন লাইফ সোসাইটিগী কনফরেন্সকীদমক কৎচখি। মথংগী নুমিৎতা তাং ১০।১১।২০০১ ইংদা ককচিংদা শ্রীস্বামীবু ওকপগী থৌরমদা মহাক্না ফম্মীন্নদুনা আধ্যাত্মিক্কী ৱারী খরা শানবা ফংখি।

মতম অসিদা খৃষ্টগী কুম ১৯৯৮ দা বৃন্দাবন প্রাপ্তি ওইখ্রবা লৈখিদ্রবা বাবাগী অহুমশুবা পুণ্যতিথি মহোৎসব (death-anniversary celebration. কুমওনগী উৎসব) খৃষ্টগী কুম ২০০১গী ডিসেম্বর ৬তা থোক্লবে। উপলক্ষ অসিগা মরী লৈননা ডিভাইন লাইফকী মমি লমদম অসোমদা (তেন্থাদা) খজিক্তংদা ওইরবসু তাহনজবা ওম্নবা থৌরাং অমা পায়খৎনীংখি। নট একাদেমী, তেন্থাগী সেক্রেটরি শ্রীমাইবম ইনাকখুনবা সিংহ, প্রসিদেন্ট শ্রীইরুংবম বাবু সিংহ অমসুং অতৈ মেম্বরশিংগা তানদুনা থৌরম পাঙথোক্লবা শেমশাখি।

নোংমা অয়ুক অঙনবদা দা. এম প্রিয়ব্রতগা লোয়ননা ককচিং খুনৌদা চৎতুনা শ্রীব্রজমণি শর্মাগা তান্নদুনা কুমওন ফিরোয়গী থৌবমদুদা ডিভাইন লাইফকী সৎসঙ্গ অমা পাঙথোক্লবা খন্নখি। শ্রীশর্মানা হরাও হরাও য়াবীরকপা অদুদা হায়নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইজখি। অমুক্না হেন্না নুংঙাইজবদি থাংমৈবন্দা লৈবা গুরুভায় শ্রীথোকচোম গোপালমচাসু মফমদুদা উনদুনা ডিভাইন লাইফকী তুংগী লম্বীদা অচেৎপা মরী অমা থম্বা ঙম্লকখিবা অসিনি। অসুম্না বাবাগী ৩শুবা পুণ্যতিথি মহোৎসবতা সৎসঙ্গগী থৌবম অমা নট একাদেমী, তেন্থাগী মতেং লৌদুনা পাঙথোকচখি। শ্রীঅরিবম চিত্রেশ্বর শর্মা (ইম্ফাল) না "মণিপুরদা নট সংকীর্তন" অদুগা শ্রীব্রজমণি শর্মানা "ডিভাইন লাইফ অমসুং নুংগী ভাব" হায়বসিদা প্রবচন পীবীদুনা সৎসঙ্গগী থৌরম পাঙথোকচখি। মণিপুরগী মফম কয়াদগী লাকখিবা সঙ্ঘগী মেম্বরশিং, সঙ্ঘ অসিবু পামজবশিং কয়াগী সেবা ফংজবা ঙম্বসিদা থম্মোয়দা নুংঙাইবা অমা ফাওখি। মসিগা লোয়ননা দিব্য জীবণ

সেবা সঙ্ঘ ককচিংগী ঋষিকেশতা চৎকদবা মেম্বর ২০ শ্রীপুরুষম কুঞ্জো সিংহগা লোয়ননা লেঙবীরকখিবা, খাঙবোক ব্রাঞ্চকী মেম্বরশিং লাকপীখিবা, শ্রীনিমাই সিংহ (ককচিং)না লুচিংবা তেকচম ব্রাঞ্চকী ভজণকীর্তনকারশিংনা ভজনকীর্তনগী থৌরম পাঙথোকপীখিবা অসিনা সৎসঙ্গগী থৌরম অদু মপুং ফাহনখি। অসুম্না অনীংবা অমদি থুংবা ঙমজখি।

অদুবু পেন্দবা অমদি মরৈরি, নীংবা মপুংফানা ফংবা ঙমদ্রি। তেম্থাদা ব্রাঞ্চ হাংদোকপা ঙমদ্রি। নোংমা বিশ্বনাথ আশ্রম, ককচিংদা মতৌ করম্না ডিভাইন লাইফ সোসাইটি অসি মায় পাক্না চৎথবা ঙমগদগে খননরকপদা তেম্থাদা ব্রাঞ্চ লৈতবা, ব্রাঞ্চ হাংবা ঙমদবা অদুগী ৱাফম খননখি। থৌরম অদুদা শরুক য়াখিবা ইনাও দা. এম প্রিয়ব্রতনা খুদক্তা দবখাষ্ট অমা ইদুনা তেম্থাদা ব্রাঞ্চ অমা হাংনবা পীশিল্লি। শ্রীআর কে বাধামোহন সিংহ (নিংথৌখোং), শ্রীকুঞ্জো সিংহ (ককচিং), শ্রীব্রজমণি শর্মা (ককচিং খুনৌ), শ্রীএম মণিহার সিংহ (ৱাবগাই) অমসুং অতৈ গুরুভায় কযানা য়াবীদুনা তেম্থাদা ব্রাঞ্চ অমা হাংনবা থবক পায়খৎপা হৌখি। সোসাইটিগী জেনেরেল সেক্রেতবি শ্রীআর. কে. বাধামোহন অমদি অতৈ ষ্টেট কমিটিগী মেম্বব কয়াগা পাউ ফাওনদুনা খৃষ্টগী কুম ২০০২গী সেপটেম্বব ২১দা তেম্থাদা ব্রাঞ্চ অমা হাংবগা লোয়ননা সোসাইটি অসিগী ২০শুবা মণিপুব ষ্টেট সৎসঙ্গ তেম্থাদা ঐগী যুমদা পাঙথোকখি। থৌরম অদুদা শ্রীএম. ইবোহল (মোইরাং) শ্রীথোকচোম গোপালমচা (থাংমৈবন), লাইশ্রম ওংবী লৈমা দেবী (খাঙবোক), শ্রীমতী থাংজম ওংবী সত্যভামা দেবী (খোয়াথোং ,ইম্ফাল) , আর. কে রাধামোহন (নিংথোখোং), শ্রীকুঞ্জো সিংহ (ককচিং) অসিনচিংবা সঙ্ঘগী শকনাইরবা শকনাইরবী মেম্বর কয়া লেঙবীরকখি।

ব্রাঞ্চ হাংবগী থবক্তা দা. এম প্রিয়ব্রতনা তেম্থাদা হাংদবা য়াদে হায়বা ৱাখল্লোনগা লোয়ননা নট একাদেমী, তেম্থাগী মেম্বরশিং থৌরম য়াওহন্দুনা অচৌবা সৎসঙ্গ অসি পাঙথোকখিবনি। নুমিৎ অসিদা মেম্বর ৬ (এম রাজেন্দ্র-প্রসিদেন্ট, নিংথৌ নাওরিয়া-সেক্রেটরি,দা. এম প্রিয়ব্রত সিংহ-কেসিয়ার, তেকচম শামু-মেম্বর, থৌনাওজম ইবুংঙো-মেম্বর, নাওরেম তোম্বা-মেম্বর)না শাবা কমিটি অমসু শেমখি। তেম্থাদা অসুম্না ব্রাঞ্চ হাংবসিদা দা. এম প্রিয়ব্রতনা অচৌবা থৌদাং লৌখি। ব্রাঞ্চ অসি হেদ

ওফিস ঋষিকেশতা বেজিষ্টাব তৌদুনা খৃষ্ট কুম ২০০৩-৪দা এফিলিযেসন ফংখি।

অসুম্না পাঙথোক্কে খন্না খন্না পাঙথোকপা ওল্লমদ্রবা থবক অমা পাঙথোকখিবা অসিদা হায়নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইজখি। মতুংদদি ব্রাঞ্চ অতৈনা শীনবা সৎসঙ্গগী থৌবমদা প্রসাদী ফংবদা ইকাযবা কযা পোক্কে। লাইবক ফবনি, গুরু কৃপা ফংবদগীনি হাযগদ্রা খৃষ্টগী কুম ২০০৫গী জানুযাবি অমসুং ফেব্রুযাবি থাদা ঋষিকেশতগী শ্রীস্বামী পবিত্রানন্দ সবস্বতী মণিপুবদা লেঙবীবকখি, মণিপুবদা লৈবা ডিভাইন লাইফ সোসাইটিগী ব্রাঞ্চ কযানা মাব্ ওক্লনবা শেম শাখি, তেস্থা ব্রাঞ্চনা ওক্কদবা মফমদু ঐগী যূমদা ওইবা তাখি। ওস্লোকপা অঙকপা নোংদম হাযবদুনি ঋষিকেশতগী সন্ন্যাসী অমা লেঙবীবক্কুনা ঐগী যূমদা থুংলখিবা। নুমিৎ অদু ফেব্রুযাবিগী ১২নি। শ্রীস্বামী মতম চানা লেঙবীবক্কুনা মহাকপু ওকচবগী খূদোংচাবা ফংজখি। শ্রীপুখ্রম্বম কুঞ্জো সিংহনা শ্রীস্বামীজী কনানো শক্তাকপগা লোযননা শ্রীস্বামীজীনা আধ্যাত্মিকা মবী লৈনবা প্রবচন পীবীখি। শ্রীস্বামীজীবু ঐগী যূমদা ওকচবা ফংখিবা অসিসু গুরুকৃপানি হাযজনীংই। অসিগুম্বা নোংদম অসি গুরুকৃপা লৈবমদ্রবদি ফংলস্লোই।

মথং তাবকপা ওইনা চহীসিগী (খৃ: ২০০৫) মে ১৫দা ঐগী যূমদা তেকচম। তেস্থা ব্রাঞ্চনা শীল্লাংদুনা সোসাইটি অসিগী ৩৮শুবা ষ্টেট সৎসঙ্গ পাঙথোকচখি। মদুদা নুংশিজববা ইচা শক্লবা শেইবম ইমো সিংহ (তেকচম) না চাউববা মতেং পীবীখিবা, মণিপুবগী মফম কযাদা সঙ্ঘগী মেম্ববশিং, সিম্পেথাইজবশিং লেঙবীবকখিবা অদুগীদমক নুংঙাইজবনা থম্মোয মকা লামজখি।

ঐঙোন্দা যাম্না নুংঙাইজবা অমগা হাযজবা তাববদি জেনেবেল সেক্রেতবি আব কে বাধামোহন সিংহনা নোংমা খাঙবোক্তা সৎসঙ্গগী থৌবম অমদা ঐঙোন্দা ওজানা "বাধাগী প্রেম" হাযবা লাইবিক্তু মীযামদা খঙহন্দুনা অমুক হন্না লাইবিক অসিবু থিনবক্লে হাযবীখিবা অসিনি। বাধাগী প্রেম, অমৃত বাণী অমসুং বাধা হৃদয পাকবদগী ঐগী থম্মোযদা ফাওবকপা রাফমদা যূমফম ওইদুনা ইজখিবা "থম্মোযবু ঙালহনবীবা মৈবা অহুম" হাযবা লাইবিক্তুগী মতাঙদা রাবী শানবদা শ্রীআব কেনা রাফম অসি পনবীবকপনি।

মী খরদি ঐগী লাইরিক্তু শাবীরবোইরে খল্লুবদা নুংঙাইজখি। মসিদসু নত্তনা "রাধাগী প্রেম" মীনা অমুক হন্না থিনরক্লে তাবদদি গুরু কৃপা ফংলবনি, শোকশগী মহৈ য়াল্লবনি, হোৎনজমল মহৈ চারবনি খনজখি।

খৃষ্টগী কুম ২০০৫ ইংগী জুলাই ২৯দা সৎগুরুদেব শ্রীস্বামী শিবানন্দ মহারাজগী ৪২শুবা বার্ষিক (annual; yearly; anniversary) পুণ্যতিথি (luner day on which the death-day of a deceased person occurs) আরাধনা (worship;prayer; adoration) দিবস পালন ডিভাইন লাইফ সোসাইটি, ইম্ফাল ডিষ্ট্রিক্ত কমিটিনা শীন্দুনা বিশ্বনাথ মন্দির শান্তি আশ্রম লাঙ্গোল, ইম্ফালদা পাঙথোকখি। থৌরম অদুদসু শ্রীস্বামী গুরুগোবিন্দানন্দ হকচাংগী খিবম শোঙ্খিল্লকপনা য়াওবা ঙমখিদে। অদুম ওইনমক মহাক্কা শীরকপা য়াইফ- পাউজেল অমা মীয়াম মাঙদা পাথোকখি। মহাক্কী যেটো অমা দাইসতা থম্বদুনা স্বামী মশামক থৌরমদু যাওবগা চপ মান্নখি। গুরুকৃপা ফংবা হায়গদ্রা খঙদে থৌরমদু শীল লাঙলিবা স্বামী গোপালকৃষ্ণানন্দ, গুরুভায়শিং-থোকচোম গোপালমচা, ঐচ মিত্রেশ্বর, চিংঙাখম শিশক, ৰাই পঞ্চোমনচিংবনা ঐবুসু গেষ্ট ওফওনর ওইনা দাইসতা যম্নবা শীনবীবদগী শ্রীস্বামী গুরুগোবিন্দানন্দগী যেটোগা থংননা যম্বা ফংজখি। ঐগী থম্মোয়দা শ্রীস্বামী মশামক্কা ফম্মীননবা ফংজরবনি খঞ্জখি অদুগা নৌহৌননা হৌখিবা খৃষ্ট কুম ২০০৩গী জানুয়ারি ১দা আশ্রম অসিমক্তদা স্বামীজীগা ফম্মীননখিবা অদু খঙনীং নীংশিংখি।

শ্রীস্বামীজী সৎসঙ্গগী থৌরম য়াওবা ঙমদ্রবসু ঈ-পাউদি তত্তনা লৌই। ঐহাক্কা অগষ্ট ৩দা শ্রীস্বামীজীগীদা চৎচরুবা অদুদা লাঙ্গোলদা পাঙথোকখিবা থৌবমদুগী মরম যজনা খঙবীরম্মী। ঐহাক্কা গেষ্ট ওফ ওনর ওই হায়বগী ৰারী যাওবা খঙবীরম্মী। নুমিৎ অদুদা স্বামীজীনা ঐগী লাইবিক "ঐগী থম্মোয় কুরুক্ষেত্রদা" হায়বদু পায়দুনা লৈরম্বদা ঐহাক হায়নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইজখি। শিংজমৈ থোঙাম লৈকায়দগী গুরুভায় শ্রীশোইবম বীরমঙ্গোল সিংহসু স্বামীজীগী নাক্তা লৈরম্মী। মথং মথং ৰারী শারকপদা রাধা কনানো, রাধাগী অর্থ করিনো রাধাগা রাধিকাগা করি খেন্নবা করম্না অমত্তা ওইবা, রাধাগী প্রেম, রাধা তত্ত্ব অসিনচিংবা কয়াগী ৰারী শাই। খন্ন-নৈনৈ। মীগী থম্মোয়দা লৈবা "ঐ" (ইগো) হায়বা নুং অসি অধ্যাত্মীকী

ওপরেসন তৌদুনা লৌথোক্লবা, নুং ওল্লবা থম্মোয় লৌথোক্লবা ঝারী শাই। খণ্ডবা য়াবা কয়া খণ্ডবা য়ারবনি, মূর্খনা (fool; idiot) লৌশিনবা ঙমদবগী ঝাতা ঙায়রবনি। ঐহাক্না য়ুমদা হল্লমদাই য়ৌরক্লবদা "রাধাগী প্রেম" (অনীশুবা খূৎনম) অমসুং শ্রীস্বামী শিবানন্দনা ইকোন কোন্না ইরম্বা মণিপুরীদা স্বামী গুরুগোবিন্দানন্দ মশানা হন্দোকপা "এলিকসর ডিভাইন" হায়বা লাইরিক অনী গুরুদেবগী জ্ঞান প্রসাদ ওইনা য়াম্না নুংশিনা আশীর্বাদকী ঝারোল ইবীদুনা খুদোল তম্বীরকখি। গুরুদেবগী আশির্বাদ যৎলবা মতুংদা য়াম্না থম্মোয় মকা লাম্না য়ুমদা হল্লকখি। হায়জনীংই :- অসুম্না শ্রীস্বামী গুরুগোবিন্দানন্দগা শকখঙমায়খঙনজরকপা অসি য়াম্না লাইবকফবা অঙকপা নোংদম অমনি।

স্বামী গুরুগোবিন্দানন্দগা শকখঙনজরকপগা লোয়ননা পাবুং শ্রীযুক্ত নোংমৈকাপ্পম যদু সিংহগসু শকখঙনজরকখি। কংখলদা শ্রীমঙ্গল আশ্রম লিংখৎপীদুনা আশ্রমগী সংস্থাপক ওইনা লৈখ্রবা শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রা নন্দ গিরিগী মফমদা শ্রীযুক্তনা চিঠি ওইনা হংজবা ঝাহং কয়াগী পাউখুম অমুক চিঠি ওইনা শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা হনবীরকপা অদু শ্রীযুক্তনা পূনশিল্লগা জ্ঞান মন্দির, ইম্ফালনা "অমৃত বাণী" হায়না মিংথোন্দুনা লাইরিক ওইনা ফোঙই। লাইবক ফবদগী ঐহাকসু লাইরিক্তুগী কোপী অমা ফংদুনা পাবা ফংজখি। শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি লৈখিদ্রবা মতুংদা শ্রীযুক্তনা মণিপুরী সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফালদা যোগেন্দ্রানন্দ গিরি নীংশিং মনা কৎলি। পূকচেল চাউরবা শ্রীযুক্তবু মশক খঙজনীংদুনা লৈরিঙৈদা নোংমা লাঙ্গোলগী শান্তি আশ্রমদা শ্রীচিংঙাখম পিশক সিংহনা ঐঙোন্দা শ্রীযুক্তবু শক্তাকপীখি। অদুগা পাবুংগী মফমদা ঐবুসু শক্তাকপীখি। মসিনা অহানবা পাবুংগা উনবনি। শ্রীচিংঙাখম পিশক সিংহনা মসিদা অচৌবা থৌদাং লৌবী। ইরিবা ঝারেং অসিমক্কী অশোয় অঙাম, অবান অহুই কয়া অমসু শ্রীপিশক সিংহগা তানজবনি। পাবুংগা শকখঙনজরবা মতুংদা নোংমা মহাক্না ঐবু মাগী য়ুম শিংজমৈ থোংঙাম লৈকায়দা পাঙথোকপা শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিগী ১৬শুবা নির্বাণ পুণ্যতিথি পূজাগী থৌরম য়াওরনবা বার্তন তৌবীরকখি। নুমিৎ অদু লাংবনগী ২৪নি পানবা (ওক্তোবর ৭,২০০৪ ইং) নি। করিগুম্বা অচিনবা অমদগী ঐহাক থৌরমদু য়াওবা

ঙমখিদে। মথং চহীগী ১৭শুবা নির্বাণ পুণ্যতিথি পূজা (লাংবনগী ২৪নি পানবা, সেপ্তেম্বর ২৬, ২০০৫ ইং ) গী থৌরমদসু বার্তন তৌবীরকখি। মসিদদি য়াওরুদবা য়াদে হায়দুনা অতৈ থৌরম কয়া তোকলগে খনখি। অয়ুক পূং ৭.৩০ তাবদা পাবুংগী য়ুম য়ৌই। পাবুংগী মফমদা ভক্তি কচৈ। পাবুংনা "ইবুংঙো হোরেন নহাক অমুসনা সাস্ট্রিগী মথংদা ব্রা খরা ঙাঙভুকো" হায়না শ্বাই ময়ামগী মাঙদা হায়রকই। ময়াম্না ঐঙোন্দা য়েংনৈ। তাবদা শ্বাই লাউই। "পাবুং ঐহাক করিসু খঙজদে" খুম্মী। থৌবমদুদা শ্রীচিংঙাখম পিশকসু লেঙঙকই। মহাক্সু পাবুংনা ওজাবু ব্রা খবা ঙাঙহননীংই হায়না ঐঙোন্দা খঙহনবীখি। করম থোক্লগবা হায়না খন্দুনা লৈ। মতাঙ য়ৌশিল্লক্লবদা ঐবু কৌশিল্লক্লে। হেনফদবা মতাঙ ওইবনা করিনো খরা "অমৃত বাণী, রাধাগী প্রেম অমসুং রাধা হৃদয" হায়বা লাইরিক অহুম পারুবদা ঐগী থম্মোয়দা তাবা মমি অদু পাউদমখি। মসিনদি মতীক চাবা নত্তে। য়ুমদা হল্লক্লগা নুমিৎতুগী থৌরমগী পাউদম ওইনা অমসুং স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিগী মরমদা খজিক্তং পল্লদুনা ব্রারেং মচা অমা ইরগা মথংগী নুমিত্তা "পোক্লফম" পাউ-চেগী প্রেসতা পীশিল্লি। লাইবক ফবনা গুরু কৃপাদগী "শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিগী ১৭শুবা নির্বাণ পুণ্যতিথি পূজা" হায়বা ব্রারেং অদু সেপ্তেম্বর ২৮, ২০০৫ ইংগী পাউ-চেদুগী চেফেঙদা য়াওরকখি। ব্রাবেং অদু পাবুংনসু পারে হায়না শ্রীচিংঙাখম পিশক্তগী ফেন্দা খঙবা ঙমখি। অসুম্না পাবুংগসু শকখঙ মাযখঙনজরকখি।

মবক অসিদা শ্রীককচিংতাবম ব্রজমণি শর্মানা মণিপুরীদা হন্দোকপা "শ্রীশ্রী চৌরাশী ক্রোশ ব্রজমণ্ডল" হায়বা লাইরিক্তুবু ফেঙবা শ্রীযুক্ত সিনাম তোমচৌ সিংহ (চীংমৈরোং) গসু গুরুভায় শ্রীথোকচোম গোপালমচা সিংহ (থাংমৈবন) গী মপান্দগী শকখঙনজখি।

পুন্সিদা অব্রাবা, খুদোংথীবা কয়া নংগ্রে। ইকায়বা অচোপ্পা, মায়থীবা কয়া অমসু ফংগ্রে। লোয়ননা মায় পাকপা, নুংঙাইবা হরাওবা কয়া অমসু য়াওগ্রে। থম্মোয়গী নুংঙাইবা, পেঞ্জবা কয়া অমসু থেংনগ্রে। থম্মোয়গী নুংঙাইবগী ঈহৌনা মীৎকী পিরাং ওনখিবা থৌদোক অমসু থোকগ্রে। মদু খৃষ্টগী কুম ২০০৩ ইং জানুয়ারি ১দনি। করম্না থম্মোয়গী নুংঙাইবগী পিরাং (টিয়ার্স ওফ জোয়) শীন্থখিবগে হাযবগী ব্রাফম মথক্তা

পঞ্জগ্রে। নোংদম অমদগী অমুক ফংজখি অসিগুম্বা মখলগী নুংঙাইজবা অমা অনীশুবা ওইনা খৃষ্টগী কুম ২০০৫গী সেপতেম্বর ১দা। অহানবগী নুংঙাইবা অদু ফংজখিবনি স্বামী গুরুগোবিন্দানন্দ য়াওবা সৎসঙ্গগী থৌরম অমদা মীয়াম মাঙদা স্বামীজীনচিংবা কয়াগী মফমদগী। অনীশুবা ফংজবা অসিসু স্বামীজীগী মফমদগীনি। ফংজবনি অসিগুম্বা নুংঙাইবসি স্বামীজীগী মফমদগী অতৈ কনা য়াওদা কনা উদা। চৎচবনি নুমিৎ অদুগী নুংথিলদা স্বামীজীগী নাক্তা। স্বামীজী লাইরিক ইদুনা লৈরম্মী। ঐহাক্না পুথোকচগে থৌরাংজবা "শ্রীস্বামী গুরুগোবিন্দানন্দ সরস্বতীগা শকখঙনজরকপা" হায়বা ৱারেং অমগী মতাঙদা স্বামীজীগা তানজনীংদুনা চৎচবনি। নুমিৎ অদু ডিভাইন লাইফ সোসাইটিগী লাইফ মেম্বর ওইবীরম্বা লৈখিদ্রবা শকনাইরবা দা. হাওবম বারুণী সিংহগী শ্রাদ্ধ দিন থোকপা নুমিৎনি। স্বামীজীনা মহাক ঙাইহাক য়ৌরুই, শোরাৎ মফমদা গীতা মণ্ডলগী প্রসিদেন্ট শ্রীঅপাবী শর্মাগা ঐহাক্কী মরমদা ৱারী শান্নে "রাধাগী প্রেম" গী মতাঙদনি হায়না ঐঙোন্দা পাউদম্মী। কয়াদা তান চান্নরিবা ঐহাক্না নুমিৎ অদুদা স্বামীজীগী নাক্তা চৎচরুবা অদুগা ৱারী শানবগী পাউ তাজবা। হৌখিবা জুলাই ২৯ দা লাঙ্গোলগী আশ্রমদা পাঙথোকখিবা সৎগুরুদেব স্বামী শিবানন্দগী ৪২শুবা বার্ষিক পুণ্যতিথি আরাধনাগী পাউদম ঐহাক্না শম্না খজিক্তুং লৌখৎচরগা ইজবা ৱারেং অমা মণিপুরগী পাউ-চে "মতমগী য়াকাইরোল" দা হৌখিবা অগষ্ট ২৬,২০০৫ ইংদা ফোঙজখি। মদুগী ফোটোষ্টেট কোপী অমা স্বামীজীগী মফমদা কৎচৈ, স্বামীজীনা মদু য়াম্না মুন্না য়েংবী। ঐহাক্না ইজখিবা ৱারেংদুগী মতাঙদা গুরুভায় শ্রীচিংঙাখম পিশক সিংহনা নোংমা ফোন তৌবীরক্তুনা ৱারী শানজখ্রবনি। ঐহাক্না নৌনা ৱারেং অমা পুথোকচগে খঞ্জরিবা অদুদা য়াওননবা স্বামীজীগী ফোটো অমত্তং পীবীনবা হায়জবদা ফোটো ময়াম অমা পুথোকপীরক্তুনা অপাম্বা খনহনবী। অদুগা ৱারেং অদুসু পামীন্নে, অচুম চুমদা অরান অন্থুই অশোয় অঙাম য়েংমীন্নে। হৌখিবা চহী (খৃষ্টাব্দ ২০০৪)গী জুলাই ১০দা লাঙ্গোলগী আশ্রমদা স্বামী শিবানন্দগী ৪১শুবা বার্ষিক পুণ্যতিথি আরাধনাগী থৌরম পাঙথোকপদা ডিভাইন লাইফ সোসাইটি ইন্টর্নেসনেলগী প্রসিদেন্ট স্বামী চিদানন্দ সরস্বতীগা স্বামী গুরুগোবিন্দানন্দ সরস্বতীগা লোয়নরকপগী ৱারম

য়াওবা লিফ লেট অমা মীয়ামদা য়েম্ব্রোকখি। মদুদা য়াওবা "গুরু-শিষ্য যোগ"হায়না থাবা স্বামী চিদানন্দ অমসুং স্বামী গুরুগোবিন্দানন্দগী যোটো অদুসু ঐগী ব্রায়েংদা য়াওননবা অয়াবা পীবীয়ু হায়জবদা হরাও হরাও য়াবীরকখি। হৌখিবা খৃষ্টাব্দ ২০০৪ অসি স্বামী গোবিন্দানন্দগী ৮৫শুরকপা চহীনি। স্বামী শিবানন্দগী পুণ্যতিথি আরাধনা পাঙথোকপগা লোয়ননা স্বামী গুরুগোবিন্দানন্দগী চহী ৮৫শুরকপা অদুবু তরায়া ওকচদুনা পুন্সি নুংশাংনা হকচাং যম্না লৈনবসু তাইবঙ মপুগী থৌজাল নিজখিবনি। ঐহাক্না হায়জবা পূম্বা স্বামীজীগী অয়াবা যংজবদা ঙমখে লৈতনা নুংঙাইজখি। সাধনা (worship; prayer; adoration; practice; accomplishment; perseverance; constant endeavour; cultivation) অমদি জপ (muttering of prayers; repetition of mantras; act of praying silently) কী মতাঙদা গুরু অমনা শিষ্য অমদা তাকপীযম্ম থোকপা তত্ত্বগী ব্রাযম্ম কয়া তাকপীখি। নুংশিবীদুনা অমদি থৌজালবীদুনা পীযম্ম থোকপা কৃপাদি পীনবীরবনি। অদুবু ইকায়জবদি মূর্খনা গুরুগী মযম্মদা মতীকচাবা শিষ্য অমা ওইবা ঙমদবা অসিনি।

মতাঙ অসিদা "গুরু" হায়বসি কনানো হায়বা খজিত্তং পনজনীংই। গুরু-শিষ্যগী মরীগা ওজা-ছাত্রগী মরীগা মান্নদে। গুরু-শিষ্য অনীগী মরীদি য়াম্না য়ুনিক ওইরবা চাংদমনীংঙাই লৈত্রবা, থোইদোক হেক্লে দাক্লবা মরীশিংগী মনুংদা অমনি। ওজা-ছাত্রগী মরীদি য়াম্না যের্মেল ওইবা, পথাপ নাইবা অমগী মওংনি। ওজা অমনা ছাত্রশিংদা লৌশিং (নোলেজ) পী (ইম্পার্ত তৌই) অদুগা মদুগীদমক্তা তলব ওইনা শেলফম যংই। ছাত্রসু লৌশিংদু যংদুনা তলব চাবা যংনরি। ওজানা ছাত্রদা লৌশিং পী। গুরুদি মাগী শিষ্যশিংদা চুম্নতা লৌশিং পীবতা নত্তে, মহাক্না মহাক মশাগী স্বভাব (nature; natural state; natural property; innate tendency; temperament; disposition) মী অমগী হৌনশা অমসুং লৌশিংগী মঙালগী মৈরা অদু মখোয়গা (শিষ্যশিংগা) শরুক য়ামিন্নবনি। শিষ্যশিংনা গুরুগী মযম্মদগী পুন্সিগী মনুং হঞ্জিনবা অর্থ করিনো হায়বদু তম্মী। গুরুনা মাগী ব্রাঙাঙ-ব্রাহৈতনা তশ্বীবা নত্তে,মশামক্কী পুন্সিনা লমজিংবনি। গুরু অমদা তৌবগুম্না ওজা অমনা চপ মান্নবা মওংদা মাবু (ওজাবু) নুংশিবা

অমসুং ইকায় খুম্নবা অদু মঙোন্দা মতীক চারবনি, যংবা য়ারবনি হায়না ছাত্রশিংদগী যংবা ঙমদে। গুরুদি শিষ্যশিংদগী ভক্তি, প্রেম অমদি ইকায়খুম্নবা যংই।

গুরু হায়বা কন্সেপ্ট অসিদি নোংপোকলোমগীনি, রাহে অসিমক্তি অচুম্বা লোন্দা (মওংদা) অর্থ হন্দোকপা লুই, হন্দোকপা ঙমবু ঙম্লোই। মসিবু মাষ্টর হায়না হন্দোক্লবসু গুরুগী অর্থ অয়াম্বা মাঙবগুম তৌই। মরমদি মাষ্টর হাযবদি টিচর (ওজা) হাযবনি হায়বা য়াই, অদুবু গুরুদি টিচর নত্তে। নোংচুপকী কোন্সসিয়ম্লেসতা গুরু হায়বসিগা মান্নবা খক লৈখিদ্রি। প্রিসেপ্টরনি হায়নববুদি ময়াওই। মসিমকসু চপ চাবা অর্থ নত্তে। গুরু নোংপোক্লোমগীনি, গুরুগী মরম মুন্না খঙ্ফম থোকই।

গুরুগী থৌদাংদি করিগুম্বা অশেংবা, অওইবা (রিয়েল ওইবা) অমগী মঙাল পীবনি, চুম্না তম্বীবতা নত্তে, মীকপ থোকহনবনি। গুরুদি ওজা নত্তে, গুরুদি মীকপ থোকহনবীবা মীশকনি (awakener নি),মহাক্তি দোকত্রিন (মোতা মত, উপদেশ) পীবা মীশকসু নত্তে। দোকত্রিন পীবা মী ওইরম্লবদি দর্শনৈক (ফিলোসোফর) অমা ওইরমগদবনি। মহাক্না ইন্টলেকচুয়েল ওইনা দোকত্রিন অমা তম্বীরম্লবদি নৎত্রগা পাবা অমা তাকপীবম্লবদি মহাক অদু ওজানি অদুবু গুরুদি নত্তে। গুরু হায়বা তার্ম অসি আর্চায্য নৎত্রগা উপাধ্যায়গসু অর্থ চয়েৎনবোইদবনি। *আর্চায্য হাযবনা বিচুয়েল সেবোমোনি (ধর্ম কর্মগী থৌরম) পাঙথোকপিবা অদুবুনি অদুগা #উপাধ্যায় হাযবনা তাইবঙগী ওইবা অমসুং প্রাকটিকেল ওইবা আর্টস (কলাশিং) গী ফোর্মেল টিচর অসিবুনি। পাঙথোক্কদৌরিবা রিচুযেল সেরোমোনি অমসুং তমগদবা আর্ট অদুক্কী মতীক মশীং লৈবগুম আচার্য্য

* আশুতোষ দেবনা মাগী "ষ্টুদেন্টস ফে ববাইট দিক্সিনাবি" (বেঙ্গালী টু ইংলিশ) তা আর্চার্যাবু ইংলিশতা *preceptor professor teacher, spintual guide initiator high priest title of Brahmins head of a university, chancellor* হাযনা অদুগা হবিচবণ বন্দোপধ্যায়না মাগী "বঙ্গীয শব্দকোষ" তা আর্চার্যাবু বেদাধ্যাপক,শাস্ত্রাবিষেব অধ্যাপক, শিক্ষকমাত্র, পূজ্যমাত্র, ভাঙ্শাস্ত্রেব উপদেশক, মতপ্রবর্ত্তক, যজ্ঞাদিতে ধর্মোপদেশক গুরু, ভক্তিশাস্ত্রেব উপদেশক হায়না রাহন্থোক পী।

\# আশুতোষ দেবনা মাগী "ষ্টুদেন্টস ফে ববাইট দিক্সিনাবি" (বেঙ্গালী টু ইংলিশ) তা উপাধ্যায়বু *teacher professor spintual precepter, instructor, lecturer* হাযনা অদুগা হবিচবণ বন্দোপধ্যায়না মাগী "বঙ্গীয শব্দকোষ" তা উপাধ্যায়বু অধ্যাপক, বেদাঙ্গের অধ্যাপক, ব্রাহ্মণেব উপাধি হাযনা রাহন্থোক পী।

অমসুং উপাধ্যায় মশীং লৈবা য়াই। মখোয় অসিবু শিক্ষা গুরু কৌই। তৈত্তিরীয় উপনিষদকী মতুং ইন্না "গুরু" বু অলযাবেটকী অহৌবা ময়েক (পূর্বরূপ) অদুগা শিষ্যবু অরোইবা ময়েক (উত্তররূপ) নি হায়না লৌনৈ। খ্রিজদম (জ্ঞান)-বিদ্যানা মখোয়গী উনযম্ম বিদ্যাসনধিনি। গুরুনা তম্বীবা অমদি তাকপীবা খাঙাঙ-শাঙাঙ (টিচিং এণ্ড দিসকোর্স) না লৈনবা মরী অদু ওই। গুরু-শিষ্য পরমপরাদি ইচম চম্বা পেদানতিক নৎত্রগা দোকত্রিয়েল লারনিং (হাযবাদ মশাগী হৈজবা উৎপা নিয়মদমক য়েংবা মোতা মত পীবা বিদ্যা) দগী হেন্দোক্কুনা মনুংহঞ্জিনবা মীৎয়েং যাওবা চঙশিল্লি। গুরুগী থৌদাংগী মতাঙদা অসুম্না হায়- গুরুগী থৌদাংদি অশেংবা অওইবা অমগী মঙাল পীবনি - তম্বীবা নত্তে মীকপ থোকহবীবনি। গুরু টিচর নত্তে এন্নে-ক্লরনি। গুরু হায়বা তার্ম অসিগী খ্রাহৈগী হৌরকফম (মরূ) অর্থ অসিমক্ল া মসিগী চপ মান্নবা খ্রাখল (আইদিয়া) পুবি। গুরু হায়বা খ্রাহৈ অসিগী মনুংদা "গু" হায়বা অসিনা অমম্বা (দার্কনেস) খঙহল্লি, "রু" হায়বা অসিনা মাঙহনবা চাইথোকহনবা (দিসপেল্লব) হায়বনি। অমম্ববু মাঙহনবা হায়বনা মঙাল পীবা হায়বনি। ঐখোয়বু অমম্বদগী মঙালদা পুবীরকপদু গুরুনি, কনাগুম্বা অমগী অমম্বা বুদ্ধিবু তাম্থোকপীবিবা মহাক অদু মহাক্কী গুরুনি। পূক্লিংগী অনাববু লায়েংবীরিবা, খ্রাখলগী অনাবা অশাবগী মৈরি অদুবু মরূ যূকতৎপীরিবা, খ্রাখলগী অমম্ববু নল্লিযাই (Nullify) তৌবীরিবা হায়বদি কোকহনবীরিবা, চৎনহনবীদ্রিবা, মতীক ময়াই চমহনবীরিবা অদুগা লৌশিংগী মঙালনা পূক্লিং খ্রাখলবু থনহনবা ঙমহনবীবিবা মহাক অদু অশেংবা গুরুনি। মাগী ভক্তশিংবু (শিষ্যশিংবু) চিংনবা অদুদগী থাংগৈশেংবা খঙবদা অমসুং পূক্লিংগী অকনবা চৈনাগী মৈচাক অদুদগী আধ্যাত্মিকী আনন্দ (স্পিরিচুয়েল ব্লিস) দা লমজিংবা ঙম্বা মহাক অদু গুরুনি।

গুরু অমনা মাগী ভক্ত অমবু ঈশ্ববগী অশাওবদগী ঙাকথোকপীবা ঙম্মী অদুবু ঈশ্বরনদি মবায়বক থীরবা কনাগুম্বা মী অমবু গুরুগী অশাওবদগী কনবা ঙমদে। স্কন্দ পূরাণদা হাযরি :

- *অশেংবা গুরু কনানো ? (পার্বতীনা হংজৈ)*
- *মহাক লৈরগা মাগী ভক্তদা আনন্দগী ধার চেম্থুরকপা হাথরকপা মহাক অদু অশেংবা গুরুনি। (শিব মহাদেবনা পাউখুম পী)*

মনা য়াম্না স্বামীজীগা ৱারী শানজবা ফংজরে। মতম থেঙজিন্নরুবদা হন্নবগী থৌরাং তৌজে। স্বামীজীগী মমদা ভক্তি কংচবদা গুরু অমনা মাগী অচানবা শিষ্য অমদা পীফম থোকপা আশীর্বাদ কয়া পীবগুম স্বামীজীনা ঐঙোন্দা আশীর্বাদ মথং মথং হন্না হন্না কোক নাম্থবীদুনা পীবীরকপদা কদোমদগীনো খঙহৌদে নুংঙাইজমনখিবনা হকচাং থক থক নীকখি, থম্মোয় তনীক তনীকখি, তু খ্যাও চুংখি, থিংবা ঙমদ্রবা পিবাং মীৎতগী জর জর শীম্থরকখি। নুংঙাইজমনবনা খোঞ্জেল থোক্না হীক হীক কপচখি। গুরুগী থম্মোয়দসু করিগুম্বা অমা ফাওবগুম তৌমাল্লে থম্মোয় নুংহীক্লনা হন্না হন্না আশীর্বাদ পীবীখি। কয়াদা লাইবক ফখ্রবা গুরুগী আশীর্বাদ ফংজবা।

গুরুদেবগী থৌজালদগীনি খঙদে অমদগীনি খঙদে ঐঙোন্দা কবিগুম্বা খবা ইননবা ঈথিল অমা পীবিবকখি। হৈতা হৈতা, খঙবোই খঙদবোই ইরুবা খবা অদু পাউ-চেদা ফোঙগে খনখি। খঙদনা অহে অপা শাকুবা, পণ্ডিত ওইনীংলুবা অদুগী খল্লুরবদি য়াম্লা ইকাযনীংঙাইনি। ইশাদা ফাওরকলিবা ইনীংবগী ঈথিল অদুনা ঐঙোন্দা থৌনা লিংজেল হাপ্পুনা ব্রাবেং খবা মথং মথং ইজখি। ইখিবা ব্রাফমনা শ্রীস্বামী শিবানন্দ সবস্বতী অমসুং শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিগী মতাঙদা মখোযগা মবী লৈননা পাঙথোকপা থৌবম অমসুং মখোয়গী মরমদা খজিক্তং পঞ্জনীংবা মতাঙনি। ইনীংবগী ঈথিলনা থৌনা পীবিদুনা ইখিবা অমসুং পাউ-চেদা ফোঙখিবা ব্রাবেংশিংদি ১। শ্রীস্বামী শিবানন্দ সরস্বতীগী ৪২শুবা বার্ষিক পুণ্যতিথি আবাধনা (মতমগী যাকাইবোল: তাং২৬।৮।০৫ ইং), ২। শ্রীস্বামী শিবানন্দগী বাধাগী প্রেম (পোক্লফম: তাং ৯।৯।০৫ ইং), ৩। শ্রীস্বামী শিবানন্দ সবস্বতীগী ১১৮শুবা জন্ম জযন্তি থৌরম (মতমগী য়াকাইবোল: তাং ১৬।৯।০৫ ইং), ৪। শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিগী ১৭শুবা নির্বাণ পুণ্যতিথি পূজা (পোক্লফম: ২৮।৯।০৫ ইং) অমসুং অতৈ খবনি। লালবু লাল্লবসু, চুম্বু চুম্লবসু অপাবা কয়ানা ঐঙোন্দা মখা তানা দিভাইন লাইফ সোসাইটিগা মবীলৈননা পাউ-চেদা ইরক্লবা তাকপীবকখি। মসিমক ঐহাক্ল া ইজখিবা অদুগী মহৈ য়াল্লবনি খঞ্জে। মতাঙ অসিদা পঞ্জনীংবা ব্রাফম অমা হায়বা তাববদি দিভাইন লাইফসোসাইটিগী মেম্বর গুরুভায় শ্রীময়েংবম মণিহার সিংহ (ব্রাবগাই) না পাউ-চেদা ইবীরকপা "দিভাই লাইফ অমসুং

বিশ্ব শান্তি" (পোক্কম: তাং ১০।৯।০৫ ইং) হায়বা ৱারেং অসিনি। ৱারেং অসিনা অপাবা কয়াদা দিভাইন লাইফকরিনো মসিগা বিশ্ব শান্তিগা লৈনবা মরী করিনো হায়বা খঙহল্লি।

ঐহাক্না ইজবা অমসুং পাউ-চেদা ফোঙবা ৱারেংশিং অমসুং শ্রীমণিহার সিংহনা ইবা ৱারেংগী ফোটো ষ্টেট কোপী অমমমম শ্রীস্বামী গুরুগোবিন্দানন্দগী মফমদা কচৈ। গুরুদেবনা কোপীশিং অদু হরাও হরাও লৌশিনবী। অমুক্কা হেন্না নুংঙাইজবদি তাং ২৮।৯।০৫ ইংদা স্বামীজীগী নাক্তা চৎচরুবদা ইংরেজিদা ইবা "রাধা" হায়বা বুকলেট অমা স্বামীজীগী মফমদগী ফংজখি। মদুদা রাধাগী মরম মমুৎ তানা ফজনা ই।

তাং ১৬।১০।০৫ ইংদা ইম্ফাল দিষ্টিক্টকী ঘরীদা দিভাইন লাইফ সোসাইটিগী ৪৩শুবা ষ্টেট সৎসঙ্গ পাঙথোকই। গুরুদেব গাড়ীনা লৌকদুনা সৎসঙ্গগী থৌরম য়াওবীখি। মমাঙগী সৎসঙ্গগী থৌরম খবদদি হকচাংগী ফিবমনা স্বামীজী য়াওবা ঙমখিদবনি। অদুনা সৎসঙ্গগী থৌরম খরদা ঐহাক্না স্বামীজীগী ফোটো হেক হেক পুজে। স্বামীজীসু সৎসঙ্গ য়াওরি হায়বগী শরণীদা ফোটোদু পুজবনি। ঘরীগী সৎসঙ্গগী থৌরমদসু পুজবনি। স্বামীজী লেঙলক্কনি লৌবা চৎখি তাবদা অসুকী মতীক নুংঙাইজে। স্বামীজী লেঙবীরক্কদবা মরম্মা মহাক্কী ফোটো অদু পুথোকচদ্রে। মতম চানা লেঙবীরক্তুনা স্বামীজী থৌরম য়াওই। ময়াম্না ভক্তি কৎলি, ঐসু য়াওজে। ঐবু হেক উবদা য়াম্না হরাওনা তরাম তরাম কৌবীরকই। কযাদা লাইবক ফগ্রবা স্বামীজীনা তরাম তরাম তৌবীবা।

শ্রীস্বামী গুরুগোবিন্দানন্দ মহারাজ খৃষ্টগী কুম ১৯১৯গী জুলাই ১০দা ইম্ফালদা পোকই। য়ুম্নাক্না নিংথৌজমনি। অপোকপগী মিংনা শ্রীনিংথৌজম গুলামজাৎ সিংহ অদুগা অপোকপীগী মিংনা শ্রীমতী কুলবতী দেবী কৌই। শ্রীগুলামজাৎ সিংহ শ্রীগোবিন্দগী পুংয়ৈবনি। লৈফমনা হাওবম মরক, কাংজম লৈকায় ইম্ফালনি। সন্ন্যাসীগী মিং ফংদ্রিঙৈদা স্বামীজীগী মিং শ্রীনিংথৌজম নোদিযাচান্দ সিংহনি। দিভাইন লাইফ সোসাইটি ইন্টরনেসনেলগী প্রসিদেন্ট শ্রীস্বামী চিদানন্দ মহারাজগা খৃষ্টগী কুম ১৯৭৯দগী নকশিন্নমা মরী লৈনরকই। হায়রিবা চহী অসিদগী দিভাইন লাইফ সোসাইটিগী সেবা য়াম্না থৱায় য়াওনা তৌরকই। চহী অসিদা কোলকতাদা

দিভাইন লাইফ সোসাইটিগী কনফবেন্সতা শরুক য়াই। গুরুদেব স্বামী মহারাজনা শ্রীনোদিয়াচান্দ (স্বামী গুরুগোবিন্দানন্দ) সিংহ, শ্রীময়েংবম মণিহার সিংহ (ব্রাবগাই), ককচিং খুনৌগী শ্রীঅঙাংয়াইমা (স্বামী পবিত্রানন্দ) সিংহনচিংবা মণিপুরগী দেলিগেটশিংগা ইস্টবভিয়ু পাঙথোকপগী অমসুং পূন্না অন্নভোজন তৌবগী খুদোংচাবা পীবিখি অমসুং কৃপা দৃষ্টি তৌবীখি। শ্রীস্বামী চিদানন্দা মণিপুরদা খৃষ্ট কুম ১৯৮৫ অমসুং ১৯৯৫দা লেঙবীবক্তুনা ব্রাঞ্চ কযাদা চৎতুনা মণিপুবদা দিভাইন লাইফ সোসাইটিগী ফিবম ফাংনবা অচৌবা ঈনোৎ পীবীখি।

খৃষ্টগী কুম ১৯৮০দা স্বামী গুরুগোবিন্দানন্দ ভাবত পূম্বগী দিভাইন লাইফ কনফবেন্স যাওই অদুগা চহিদুগী সেপ্তেম্বব ২৫দা গুরুদেব স্বামী চিদানন্দ সরস্বতীনা মঙোন্দা গুরুদেবগী গুরুনিবাসতা (গঙ্গা মপালদা) মন্ত্র দীক্ষা পীবী, কাউহৈদ্রবা তত্ত্বজ্ঞানগী পাউতাক কয়াসু গুরুদেবনা মঙোন্দা পীবীখি।

শ্রীস্বামী গুরুগোবিন্দানন্দ মতম শাংনা ডিভাইন লাইফ সোসাইটি, মণিপুবগী সেক্রেটবি ওইনা চহী কুনলোম (খৃষ্ট কুম ১৯৭৯দগী ১৯৯৯ ইং ফাওবা) অমসুং মতুংদা প্রসিদেন্ট ওইনা খৃষ্ট কুম ১৯৯৯দগী হৌনা সেবা ফংজবকলিবা স্বামীনি। গুরুদেব শ্রীস্বামী চিদানন্দ সবস্বতীগী শিষ্য অমা ওইনা অসুম লৈবকপদগী আধ্যাত্মিকী লমদা অসুম চঙশিল্লকপদগী অমসুং গুরুদেবনা চানবীবদগী খৃষ্টগী কুম ১৯৯৭কী এপ্রিল ২৫দা স্বামী শিবানন্দ সমাধি মন্দিবদা স্বামী চিদানন্দ সবস্বতীগী মফমদগী স্বামী গুরুগোবিন্দানন্দ হায়বা সন্ন্যাসীগী মিং অসি পীবীবগা লোযননা মঙোন্দা সন্ন্যাস মন্ত্র দিক্ষা পীবীখি। সন্ন্যাসীগী মিং কবম্বা পাম্বগে হায়না গুরুদেবনা হংবীবদা গুরুদেবনা পীবীবা মিং অমা হেক্তা পেঞ্জগনি হাযবদা স্বামী গুরুগোবিন্দানন্দ সবস্বতী হায়বা মিংসি পীবীখিবনি। স্বামী গুরু গোবিন্দানন্দনা লাইবিক কযামকম ইবম্মী মখোযগী মনুংদা মণিপুবীদা হন্দোকপা "বাধাগী প্রেম" অসি অমনি কংখন্দা শ্রীমঙ্গল আশ্রম লিংখত্তুনা আধ্যাত্মিকী লমদা পুন্সি লেনখ্রবা মণিপুব ইমাগী চাউথোকচনীংঙাই ওইরবা মপাবী শ্রীযোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা মাগী তাইবঙ পুন্সি লোইরদুনা খৃষ্টগী কুম ১৯৮৮গী ওক্টোবব ৪দা মীরমলেন থাদোক্তুনা মাগী আত্মানা মপু মাগী মফমদা চঙজখিবগী

পূংজাদা মাগী সেবা ফংজখিবা মণিপুরী মচাদি শ্রীস্বামী গুরুগোবিন্দানন্দ সবস্বতীনি। মীওইবা জাতীগী শান্তিগীদমক ডিভাইন লাইফ সোসাইটিদা কৎথোক্লবা স্বামীজীনা ঐবু শকখঙবীবা অসি পোকচমন মহে যাল্লবনি হায়না খঙে। গুরুনা পীবীবা আশীর্বাদ থম্মোযদা ফিগাও শানা লৌজবি।

ঔঁ তৎ সৎ



শ্রীমৎপরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি বেদান্তাচার্য্য

(১৯১৪ ইং-১৯৮৮ ইং)



স্বামী পবিত্রানন্দনা এম রাজেন্দ্র সিংহগী যুমদা থুংলবা - তাং ১২ ।২ ।২০০৫ ইং



৩৮-শুবা ডিভাইন লাইফসোসাইটিগী ষ্টেট সংসঙ্গদা মোইরাংথেম নিংথেমজাও সিংহনা প্রবচন পীবা (এম রাজেন্দ্রগী যূম - তাং ১৫ ।৫ ।২০০৫ ইং)

# শ্রীমৎ পরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি
## (পুন্সি অমসুং থবক)

*হৃদয় কমলমধ্যে নির্বিশেষং নিরীহং*
*হরি হর বিধিবেদ্যং যোগীর্ভি ধ্যানগম্যম্।*
*জনন মরণ ভীতি ভ্রংসিসচ্চিৎ স্বরূপম*
*সকল ভূবন বীজং ব্রহ্মচৈতন্যমীড়ে॥*

শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা শ্রীমধুসূদন সরস্বতীগী সংস্কৃত লোন্দা ইবা "অদ্বৈত রত্নরক্ষণম" হায়বা মমিং চৎলবা লাইরিক অদু হিন্দীদা ফজনা অনুবাদ তৌই। অনুবাদ হৌবকপদা স্বামীজীগী মশাগী ওইবা শ্লোক মরি লাইরিক অদুদা য়াওরি। মথক্কী শ্লোক অসি শ্লোক মরি অদুগী মনুংদা অহানবনি। শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দনা "থম্মোয় থম্বাল ময়াযদা ঙাল্দুনা লৈরিবা মঙোন্দগী করিগুম্বা অতোপ্পা অমত্তা লৈতবা অসিনি অদুনি হায়বা খক য়াদবা হবি অমসুং হরগী উপসনাগী বিধি সাধন তৌরক্লগা নিয়ম চুম্না যোগ তৌরবা যোগীশিংনা ধ্যান্না ফংলুগদবা পোকপা শিবগী মশক ওইবা মরক খল্লিবা অজ্ঞানগী ফক্লাংবু মাঙহনবা সৎ অমসুং চিৎনা মশাগী লেঙদবা স্বরূপ ওইবা মরোল পূম্বগী হৌরকফম ওইরিবা চেতন স্বরূপ ব্রহ্মবু ঈরাৎচরি" হায়না পরমব্রহ্ম ভগবানবু লৈশি লৈথোঞ্জে। মখা তানা অসিগুম্বা ভগবানগী থৌজাল্দগী বেদান্ত শাস্ত্রবু খঙজখিবা মাগী সদগুরু শ্রী মঙ্গল গিরিবুসু খুরুমজে; হায়রিবা লাইরিক অসিবু পামজবদগী মতীক মপা চায় চাদে খঙদনা অনুবাদ তৌজবনি হায়জে; মসিদা বিদ্বানশিংনা ঙাকপিবা

ওইসনু হায়বগী হায়জবা ফোঙদোকচৈ। অদুগা লাইবিক অসিগী অবোইবদা মাগী গুরুদেবদা অনুবাদ তৌবা লোইজবে, গুরুদেবনা পেনবীবা ওইবসনু হায়না চবণ থম্বাল অনীদা লাইবিক অদু কখোকচবি হায়না শ্লোক অনী পীদুনা মাগী গুরুদা কখোল্লগা লোইশিল্লি। অসুম্না মাগী গুরুদা কখোকতুনা শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিবিনা লাইবিক অদু হিন্দীদা অনুবাদ তৌবনি। মমাঙদা কনা অমত্তনা লাইবিক অসি অনুবাদ তৌখিদ্রি।

অদুদি মমিং চৎলবা লাইবিক অদুবু হিন্দীদা অনুবাদ তৌখিবা শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিবি কনানো, কবম্বা মীশক্লো খঙবগী তঙায় ফদবা ওইবি। শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ মণিপুব ইমাগী চাউথোকচনীংঙাই ওইববা তাঙলবা মপাবীনি; গিবি সন্ন্যাসীনি; বেদান্তাচার্য্য সিদ্ধান্ত জ্যোতিষ আচার্য্যনি; শ্রীমৎ পবমহংস উপাধি ফংখ্রবা পবিব্রাজকাচার্য্যনি; বেদান্ত সুত্রগী অথূপ্পা ন্না খঙলবা শ্রোত্রিয় ব্রহ্মনিষ্ঠনি (শ্রোত্রিয– attached to the study of the Vedas, well behaved, ব্রহ্ম– the Supreme Being, the Absolute Spirit, the All pervading Divine Soul, নিষ্ঠ– devoted, steady); সত্যাসত্য (অচুম-অবান), নিত্যানিত্য (অবেপ্পা-লেপ্তবা) মুন্না খঙবা অবেপ্পা বিবেক (sense of right and wrong or of good and evil, conscience, discrimination, discernment) জ্ঞান লৈববা পবমহংসনি; তত্ত্বজ্ঞান (Divine knowledge, insight into the true nature of a thing, knowledge of the First Principal or Fundamental Truth), ব্রহ্মজ্ঞান (Divine knowledge, spiritual knowledge, true knowledge of God) খঙলবা সন্ন্যাসীনি; মাগীনি হাযবা যূম লৈফম থমদবা, কোযনা চৎতুনা মমল লৌদনা বিদ্যাদান তৌবা, জ্ঞান যেনবা পবিব্রাজকাচার্য্য (roaming professer, পবিব্রাজক– traveller, relegious medicant, ascetic) নি। গৌবাঙ্গ মহাপ্রভু লোন্না মযূম থাদোকখি অদুগা ওইখি সন্ন্যাসী; গৌতম বুদ্ধ, মহাবীব জৈন মযূম থাদোকখি অদুগা থিখি অবান খুবম ফংনবা লম্বী; সাংসাবিক বিষযদা বিবক্ত (dissatisfied, displeased, annoyed, vexed, indifferent, dispassionate) ওইবতুনা সন্ন্যাসী ওইখি মীওই কযা; স্বামী বিবেকানন্দ, স্বামী শিবানন্দ চৎখিবনি আধ্যাত্মিকী লম্বীদা নাথৈবন্নগা সাংসাবিক বিষয (worldly affairs, worldly undertakings); অসুম্না শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিবিসু।

পিকচববসু মণিপুব পোক্লফম্নি মীথোই-মীহেল্লবা শক্লাইববা কয়াগী। লমদমসিদগী থোকখি অফাওবা কযাঃ শান্ন-খোৎনবগী লমদা, জগোই-ঈশৈগী লমদা,

সাহিত্যগী লমদা, কলা সংস্কৃতিগী লমদা, থিয়েতরগী লমদা, সোসিয়েল ৱার্ক্কী লমদা, অতৈ লম কয়াদা। পুবকই মখোয়না মণিপুবগী ইজ্জৎ, মিংচৎ, জাতিগী থাক্তা; ভাবতকী ইজ্জৎ, অন্তবজাতিগী থাক্তা। ফনা য়াম্না ফংনবে মনা-মথুম, এৱার্দ, উপাধি কয়া জাতিগী থাক্তা, অন্তবজাতিগী থাক্তা। পদ্মশ্রী, অর্জুন এৱার্দ অসিনচিংবা। মখোযসি নত্তবা লেমজনীংঙাই ওইববা মমাঙদা হান্না লমদমসিগী মীওই কনা অমত্তনা ফংনখিদ্রিবা মতুংদসু পাক হেক ফংবা ঙম্লবোইদবা আধ্যাত্মিক্কী খ্বাইদগী ৱাংলবা উপাধি অমসু ফংখি লমদম অসিদা পোকখিবা, লমদম অসিগী অয়াম্বা মীনদি থোইনা শকখঙবিদ্রবা শক্লাইববা বিদ্বান (scholar, learned man) সন্ন্যাসী অমনা। অদুদি কবি উপাধিনো, কনানো ফংলিবা মীশক্তুদি? উপাধিনা শ্রীমৎ পবমহংস পবিব্রাজকাচার্য্য ফংখিবনা শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিবি (পূর্বাশ্রমদা যূমগী মিংনা অহৈবম ইবোবী স্কুলদনা তোম্বা)। মণিপুবদা পোকপা মৈতৈ অমনা আধ্যাত্মিক্কী লমদা ভাবত শীঙ্খুংনা মমিং চৎখিবা, আধ্যাত্মিক্কা মবী লৈনবা লাইবিক কযা ইবীবমদুনা মম্লবা থম্মোযবু জ্ঞানগী মঙাল ফংহনবীদুনা দিব্যজ্ঞান পীবীবম্বা, পোক্লফম লমদম মণিপুবদগীদি মপাল্লোমদনা হান্না শকখঙনখিবা, মণিপুবগী ৱাংমদা মাগী থোইদোক-হেন্দোকপা মতীক মঙাল অমদি থৌদাং উৎপা ঙমখ্রবা মতুংদা কাইনথংদা মণিপুবদা খঙনবকপা, আধ্যাত্মিক্কী ৱাংলবা উপাধি ফংখিবা, অদ্বৈত বেদান্ত মমৃৎ তানা খঙবা মহাক অদু কনানো হাযবা তাবগদি শ্রীমৎ পবমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিবিনি। গুরু ভক্তি লৈখিবা, গুরুশিষ্য পবমপবা মবী চেৎনা থমখিবা, মাগী গুরু শ্রীমঙ্গলগী মিংদা শ্রীমঙ্গল আশ্রম লিংখৎপিবম্বা স্বামী যোগেন্দ্রানন্দনি। অসিগুম্বা শক্লাইববা মীশক অসি কবম্না হৌবকপগে, কবম্না সন্ন্যাসী ওইখিবগে, কবিগীদমক্তা মঙোন্দা ফংঙমদ্রবা শ্রীমৎ পবমহংস উপাধি পীবগে খঙননবগীদমক তঙায ফদবা ওইবি মাগী পুন্সি ৱাবী খঙবা।

**পোকপাঃ**

শ্রীমৎ পবমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিবি খৃষ্টগী কুম ১৯১৪ (অন্দ্রো ক্ষেত্রগী কুম শক ১৮৩৬) মে ২৩, কালেনগী ২৯ নি পানবা থাংজ নুমিৎতা ইম্ফালগী কৈশামথোং লাইশোম লৈবক্তা পোকই। অপোকপগী মিংনা শ্রীঅহৈবম তোমচা সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা লাইশ্রম নিংঙোল অহৈবম ওংবী চাউবী দেবী কৌই। শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিবি মমা মপাগী মবিশুবা মচানি; মথক্তা মচে অনী মযাম্বা অমা অদুগা মখাদা মচল নুপী অমা লৈ। পূর্বাশ্রমদা যূমগী মিংনা ইবোবী অদুগা স্কুলগী মিংনা তোম্বা কৌই। শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিবি সন্ন্যাসীগী মিংনি; গিবি, সন্ন্যাসী সম্প্রাদায অমগী

মিংনি।

**মচিন-মনাওশিংঃ**

শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি পোকমীন্নবা মচিন-মনাও পূম্না মঙানি; নুপী অহুম, নুপা অনী। মখোয় অদুদি (১) শিশক দেবী, (২) বিধু সিংহ, (৩) পারিজাৎ দেবী, (৪) তোম্বা সিংহ অমসুং (৫) কুমুদিনী দেবী। শ্রীতোম্বা সিংহগী ময়াম্বা শ্রীবিধু সিংহ মণিপুরেশ্বর মহারাজগী ফোতোগ্রাফরনি, মহাকপু মহারাজকুমার বোধচন্দ্র সিংহনা বাবু হায়না কৌই অমসুং মুন্না শকখঙ-মায়খঙনৈ।

**অঙাং ওইরিঙৈগী মহৈ-মশিংঃ**

পুংকক চাউরক্লুনা লাইরিক লাইশু তম্বগী মতাং যৌরক্লবদা (চহী ৬ শুরকপদা) ইহান হান্না কৈশামপাৎ এল. পি. স্কুলদা অহৈরম তোম্বা হায়না মিং চন্দুনা লাইরিক তম্বা হৌই। স্কুল অসিদগী নিম্ন প্রাইমারী (ক্লাস টু) পরীক্ষা পাস তৌরগা চীংঙা ইউ. পি. (অপ্পর প্রাইমারী) স্কুলদা মিং চন্দুনা ক্লাস ফোর ফাওবা তম্মী। উচ্চ-প্রাইমারী পরীক্ষা পাস তৌরবা মতুংদা খৃঃ ১৯২৯ দা চুডাচান্দ হায়স্কুলদা মিং চন্দুনা ক্লাস টেন ফাওবা তমখি। য়াইমরপ ওইনা ফরা মহৈরোই অমা ওইনা হৌরকই। ইংরেজী বিদ্যা তম্বদা হেন্না মতম শাংনা লৌবা পাল্লমদরা ওইরমাল্লে, সূপ্নগী মেট্রিক্কী টেষ্ট ফাওবদমক পরীক্ষা থারম্মী।

**অঙাং ওইরিঙৈগী লমচৎ-শাজৎঃ**

স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা সন্ন্যাসী অমা ওইনা অদুম হৌরকখি। যাম্না তপচ-নৌজবা মোং-হাদবা, অহল-লমন খঙনা, থকসি-খাসি ঙাক্লা চৎপা মীশক্নি। অঙাং ওইরিঙৈগী শাওং শাদাদি মরেপ ৱাংবা, তবা-তবাবা, তিঙ্গং যাঙ্গংবা ওইনা হৌরকই; কুচু ঙৌই। মমায় শাংতক তৌই। চীঞ্জাক্তা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ঙা-নচিংবা কয়া পাল্লক্তে। মসিমক্লা মাগী হকচাং তবা-তবানা হৌরকপগী মরমসু ওইরম্বা যাই। অহল লমন্না হায়বা ইনবা অঙাং অমা ওইনা হৌরকপগা লোয়ননা লমহেন-তুহেনবা অঙাং ওইরক্তে। মশা পাজররসু মথৌনা লৈ, অখাঙ কল্লি। স্কুল তল্লিঙৈদা ইংরেজী শিক্ষাদা থৱায কয়া যাওরমদে, সংস্কৃতকী শৈরেং থীরদা তত্তনা শকক যাই। মহাক্লা লম অসিদা যাম্না পামজখিরশিংগী মনুংদা আদি গুরু শঙ্করাচার্য্যগী মোহমুদগর অমদি চর্পত পঞ্জরিকাগী শ্লোকশিং আবৃত্তি (শৈরেং থীবা/ পাবা) তৌবা অসিসু অমনি। স্বামীজী অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ধর্ম্ম-কর্ম্ম লাই-তীনগী ৱাবী তাবা যাম্না পামজনা হৌরকই। অদুনা অযাম্বা মতমদা অহল-লমন, লাই-গুরুগী

মনাক্তা ফমদুনা রামায়ণ, মহাভারত অমসুং অতৈ লাইরিক কয়াদা য়াওবা লাই-তীনগী ৱারী তাবা ফংনবা হোৎনরকখি। মসিগা লোয়না লোয়ননা পূং-ঈশৈগী কলা-বিদ্যাসু থোইদোক্লা পামজবা মীশক অমা ওইনা হৌরকখি। য়াম্না অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ঈশ্বরদা য়াম্না শ্রদ্ধা ভক্তি লৈবা, ভজন কীর্তন অমদি ভগবদ তত্ব নৈনবা পাম্বা অমসুং নৈনরকপা মীশক অমসু ওইনা হৌরকই। কদৌনুংদসু কনাগুম্বা মী অমত্তগা নিংঙাই-শাংদানবা তৌরক্তে। স্কুলগী মতমদসু ধর্ম শাস্ত্রগী মরমদা নিংথীনা নৈনবা পামজবা মীশক্লি। সংস্কৃত বিষয় অসি মাগী পামজবী অমা ওইবগা লোয়ননা হৈনজবী অমসু ওইরকই। পুংকক চাউরকপদগী হৌনা বামোনগীদা নুমিৎ খুদিংগী সন্ধ্যা গৌড়িগী ঈশৈ শক্কুনা অমসুং পূং য়ৈদুনা মতম লেল্লি। স্কুলগী পারা ঔরাইবগী মহৎতা গৌড়িগী ঈশৈ ঔরাই অদুগা অফাওবা গোস্বামীশিংগী বেঙ্গলী পদাবলীশিং পাদুনা মদুগী ঈশৈ ঔরাইদুনা মতম লেল্লি। শম্না হায়রবদা স্কুলগী পারা ঔরাইবদগীদি সন্ধ্যা গৌড়ি অমসুং লাই-তীনগী লাইশোন ঈশৈ ঔবাইবনা হেন্না থৱায় য়াওই। অসুম্না লাই-তীন অমসুং ধৰ্ম্মগী লমদা থৱায় য়াওশীনবা, আধ্যাত্মিকী লমদা চঙশিনবা অসি য়াম্না অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা স্বামীজীগী লমচৎ-শাজৎ অমদি তৌথোরকপা থবক্তগী উবা ফংলকখি। অসুম্না তোপ-তোপ্পা অঙাং অমা ওইনা শ্রীযোগেন্দ্রানন্দ গিবি হৌবকখি।

**ময়ূম থাদোকপাঃ**

মশাগী চহী ১৭/১৮ শুরকপদগী হৌনা মহৌশাগী স্বভাবতা লাই নীংবগী হকচিনবা মওং অমা স্বামীজীগী মফমদা উবা ফংখি। অসুম্না পুন্সি লেল্লকপনা মশাগী চহী ২২ শুরকপদদি শকউদবা কনাগুম্বা অমনা কন্না ঈনশিল্লকপগুম মাগী পুন্সি লম্বী অসি তোপ-তোপ্পা অমদা চঙশিন্নীংবগী মওংদা লাকখি; ময়ূম থাদোক্লগা কাশীদা চৎপা, ব্রহ্মজ্ঞান খঙনীংবা, সন্ন্যাসী ওইনীংবা অসিগী ঈথিল অমনা মাগী থম্মোয়দা যৈরকখি। তপথবা ঙমখিদ্রে, পম্বুবা পামখিদ্রে, ঙাইঙমখিদ্রে। অদুনা হাযরিবা মশাগী চহী ২২ শুরকপা খৃঃ ১৯৩৬ কী মার্চ ২০ দা বারুণী খুরুম্লুগে হায়দুনা যূমদগী বিদায় লৌদুনা অহিংদা ময়ূম থাদোকই। য়ূমদগী অপোকপা অপোকপীদগী বিদায় লৌদুনা থোরকপদদি ইচম চম্না চীঙ্গোই বারুণী কারুগে হায়রম্বনি। অদুবু অশেংবদি বারুণী চীং কাবা ওইরমদ্রে, লোম্না কাশীগীদমক যাত্রা তৌবা ওইবল্লে। মার্চ ২১ মহাবারুণী থোকপা নুমিৎতা মণিপুব থাদোকখি। বারুণী খুরুম্লুগনি হায়না থোকখ্রগা হল্লক্তবা অদুদদি ইমুং-মনুং তৌফম খঙখিদে। হায়নীংঙাই লৈতনা পূক্লিং লাঙতক্লখি। ৱাবগী ঙমখৈ লৈনখিদে, ইঙাও-ঙাওনখি। কনাগুম্বা অমত্তনা মাগী মরম খঙই হায়বা অশেংবা পাউ পীবা

ঙম্মখিদে। কাশীদা চৎলে হাযবা অশেংবা পাউ নুমিৎ ৪নিগী মতুংদা মহাক্না দিমাপুরদা থাদবম্বা চিঠি অমগী মবোলদগী খঙবা ঙমখি।

চিঠিগী ৱাবোলদা মহাক্না লোম্না চৎপগী মবম খঙহল্লকপগা লোয়ননা মপা মমানা য়ারক্নোই হায়বদগী অশেংবা হায়বমদবগীদমক "পাবা অমসুং ইমানা ঙাকপিয়ু" হায়না ইবকপা থেংনবদা মমা অমসুং মপা অনীমক ৱাম্থু-ৱাম্থু কপ্লখি। অদুবু চিঠিগী ৱাবোলদুনা অশেংবা অমা খঙবদগী তৌফম খঙদনা যাম্না ৱানা লাওতক্লনা কঙাওনদুনা লৈবম্লবা ইমুং-মনুংগী মী পুম্নমক্কী ৱাববা থম্মোয়বুদি নেমথহনখি। ময়ূমদগী থোকখ্রগা অহিং অমা কনাগীদা লেকপগে, কদাযদা লৈবগে চপ চাবা অশেংবা খঙবা ঙম্মখিদে। মহাক্না ময়ূমদগী চৎখিবদা মশাদা যাওখিবসি লুপা অমা অনীদনি। কাশী তাম্না চৎপা তাববদি লুপা ১০/ ২০ লোমদি চঙগনি। মদু চঙদনবা ভাড়া তিংদনবা গেরুয়া মচুগী ফিজেৎতা লপ্পোইবা সন্ন্যাসী শাদুনা চৎলম্বা যাই, কাশীদা ইখঙ-খঙহৌদনা মফমদুদা মহৈ তমদুনা লৈবম্বা শ্রী ব্রহ্মচারীময়ূম মণিরাম শর্মাগা উনবদা ব্রহ্মচারীগী ফিজোল শেৎলি হায।

**কাশীদা থুংবা, মহারাজকুমার বোধচন্দ্রগীদা লৈবাঃ**

চীঙ্গোই বারুণী কাগনি হাযনা ময়ূমদগী থোরক্লগা কাশী তাম্না চৎলি। কাশীদা থুংবদা মাযথোঙ মকা লামখি, মহাক্কী আশা পম্বুং যৌবক্লে খঞ্জখি, মঙজবা মঙলান মঙফাওনবক্লে নীংজখি। কাশীদা বিদার্থী ওইনা লৈবম্বা শ্রীমণিরাম শর্মানা ব্রহ্মচারীগী ফিজেৎতা লাকপা তোম্বা উবদা হাযনীংঙাই লৈতনা ঙকখি। মতম অদুদা কাশী (বারানসী) দা মণিপুরগী যুবরাজ বোধচন্দ্র (মতুংদা মহারাজ বোধচন্দ্র) তীর্থবাস (living in a holy place or in a place of pilgrimage) ওইনা লৈবম্মী। স্বামীজীগা বোধচন্দ্রসিংহগা হান্নদগী হৌনা খঙনৈ। মবম অসিদগী স্বামীজী বোধচন্দ্রগী মনাক্তা চৎতুনা লৈখি। মহারাজকুমারনা লৈবম্বা মফমদি গোসাই রামপুরী, মমুর্গঞ্জনি। ময়ূম থাদোক্লগা অরাপ্পা কাশীদা চৎপগী মবমদি ধর্ম শাস্ত্র তম্লীংবদগীনি; ব্রহ্মজ্ঞান, তত্ত্বজ্ঞান ফংজনীংবদগীনি; সন্ন্যাস ধর্ম লৌদুনা সন্ন্যাসীগী পুন্সিদা মতম লেপ্লগে খঞ্জবদগীনি। অদুবু মহাক্কী অনীংবা অপাম্বা অদু মহারাজকুমার বোধচন্দ্রনা যাখিদে, তৌকনু হায়না অথিংবা পীখি। কবম্লবু যাগনি, কবিগী অথিংবা পীবোই? তোম্বা মৈতৈ পাখং মচানি, মণিপুরদগীনি; মণিপুরী পাখং মচা অমবু মীবমদা কনানা কবম্না সন্ন্যাসী ওইনবা পাউতাক পীগনি? মীওইবা পুন্সিগী তাংকক মরিগী মনুংদা অহানবা তাংকক ব্রহ্মচার্য্য আশ্রমদা লেনবা লোইবগা অনীশুবা তাংকক গৃহস্থ আশ্রমদা চঙশিনগদবনি। শ্রী তোম্বা গৃহস্থ আশ্রমদা খোঙদাদ্রি। মহারাজকুমারনা তোম্বদা ময়ূমদা হল্লগা

মমা-মপাগী সেবা তৌনবা য়াম্না কন্না থেম্বগা লোয়ননা পাউতাক কয়া পীখি। অদুবু পূম্নমক অরেম্বা তাখি। ফর-ফরবা পাউতাক কয়া তোম্বা সিংহগী মফমদদি নূংদা ঈশিং চাইবগুম থোকখি। মহারাজকুমারগী পাউতাক লৌদবা অমসুং থেম্বদা য়াদবদু ফত্তবা ৱাখল নত্তে, হায়ন-তানবা য়াদবা মীশক অমা ওইবগী ৱাসু নত্তে; মহাক্না নীংখিবা চৎনীংবা লম্বী, লৌখিবা ফিরেপ অদুদা চেৎনা লৈখিবদগীনি। থা অনীরোম লৈরবা তুংদা মতম অদুদা মফম অদুদা লৈরম্বা থাঙ্গপাৎ মপাল বামোন লৈকায়, ইম্ফালদা লৈবা শ্রীহঞ্জবম ব্রজমণি শর্মাগা লোয়ননা হিমালয়গী তীর্থস্থান কয়াবু দর্শন ফংজনীংদুনা হরিদ্বার, ঋষিকেশ ফাওবা রেলনা চৎলি। অদুদগী খোঙনা অমুক চৎতুনা মখোয় অনী বদরীনারায়ন, কেদরনাথ, তুঙ্গনাথ, ত্রিকুটীনারায়ণ, বসুধারনচিংবা ফংঙমদ্রবা তীর্থস্থান কয়ামরুম দর্শন ফংজৈ। খোঙচৎ অসি নুমিৎ ৪১ নি চঙই অদুগা চাবা থকপা অমদি শেল থুমগী মতাংদা খুদোংচাদবা অমসুং অতৈ অৱাবা কয়া থেংনখি। অদুম ওইনমক শেংলবা তীর্থস্থানশিং অদু দর্শন ফংজবদা নুংঙাইজবদি হায়নীংঙাই লৈখিদে। অসুম্না ফংঙমদ্রবা তীর্থস্থান কয়া দর্শন ফংজরবা মতুংদা অমুক কাশীদা লৈদুনা মতম খবা পুল্লি লেনখি।

**যুবরাজ বোধচন্দ্রনা তোম্ববু চেকশিনবাঃ**

শ্রীঅহৈবম তোম্বা সিংহনা কাশীদা থুংলুবা মতম অদুদা হান্না লৈরম্বা মণিপুরদগী শ্রীমণিবাম শর্মাগা থেংনখি। শ্রীশর্মানা কাশীদা লাকত্রিঙৈদা শ্রী তোম্বা সিংহ চূড়াচান্দ হায়স্কুলদা লাইরিক তমদুনা লৈহৌবনি। ৱারী-ৱাতাই শানবদা মহাক্না তোম্বগী অপাম্বদু খঙখি। অদুবু মহাক্না পাল্লিবদু খুদক্তা ওইবা য়াবদি নত্তবনিনা অমসুং লৈফম লৈতবদগী শ্রীবোধচন্দ্র সিংহগী মনাক্তা চৎতু না লৈননবা শীনখি। শ্রীতোম্বা সিংহগী অপাম্বদু মজাইবুংঙো শ্রীবোধচন্দ্র সিংহসু খঙলকপদগী থিংননবা হোৎনখি। হৌনদে তৌগনু হায়না থেম্বদা ময়াদ্রবদুদা মফম অদু থাদোক্তুনা চৎখিগদ্রা চিংনবদগী যাম্না কৃপ্না শেন্নখি। শ্রীতোম্বগী ইমুং-মনুংদা চিঠি ইদুনা ঈ-পাউ ফাওনখি। মজাইবুংঙোনা তত্তনা থেম্মী অদুবু তোম্বনা মাগী নীংজবা থুংহনবীয়ু হায়না তত্তনা হায়জৈ। মরক অসিদা পংকুই কুইদনা কালেনগী অক্ষয় তৃত্রীয়া নুমিৎতা মজাইবুংঙো বোধচন্দ্রগী মরূপ দেহরাদুন্দা লৈবা শ্রীচরণ সিংহ ভণ্ডারীগী মশাগী লুহোংবগী বার্তন ফংই। লুহোংবা চৎপদা শ্রীতোম্ববু থাদোক্লম্বা য়াদে মতাগুম পুদুনা চৎলি। মজাইবুংঙোগীদা লৈমিন্নবা শ্রীব্রজমণি শর্মা অমসুং শ্রীহৱাইবম পঞ্চমী সিংহসু লোয়ননা চৎলি। লুহোংবা লোয়রবা তুংদা শ্রী তোম্বা সিংহনা হায়জবদগী মজাইবুংঙোনা য়াবীদুনা হিমালয়গী তীর্থশিং দর্শন তৌবা শ্রীতোম্বা

সিংহ শ্রীব্রজমণি শর্মাগা মখোয় অনী তীর্থভ্রমণ (going on a pilgrimage) গীদমক চৎলি, মদুদা মজাইবুংঙোনা মখোয় অনীদা লুপা ৩০ সু পীবীখি।

**যোগেন্দ্রানন্দ ব্রহ্মচারী মিংথোল ফংবাঃ**

ময়ূমদগী কাশীদা লাক্লগা অহানবদা মহারাজকুমার বোধচন্দ্রগা লৈমিন্নরম্বনি অদুগা শ্রীব্রজমণি শর্মাগা লোয়নননা হিমালয়গী তীর্থস্থান কয়াবু দর্শন ফংজনীংবদগী মফমদুদা পরিভ্রমণ (wandering about, roaming) গী খোঙচৎ অমা চৎখিবনি। খোঙচৎ অদু নুমিৎ ৪১ চঙই। মদুদা নোংমতা কাংদনা শ্রীশর্মানা তোম্বদা সন্ন্যাস লৌদনবা থেমখি। মহাক্না তোম্বদা "খুরাসু ইন্দোনসু লৈহৌরি, অদুনা মচা অমা ওইনা মমা মপাগী সেবা মতোন লোম্না তৌগদবনি, ইমানা নহাক্কীদমক কয়া য়াম্না ৱারমগদবা অমদি নহাক্কী নশক অমুক হান্ন উবদা কয়া য়াম্না হরাওগদবা" হায়দুনা মপূক্লিং ওন্নবা হোৎনখি। অদুবু করি অমত্তা কান্নবা ফংখিদে। মখোয়গী খোঙচৎ লোইরদুনা কাশীদা হল্লকপদদি যুবরাজ বোধচন্দ্র সনা হকচাং ঙমদদুনা মামুর্গঞ্জগী লৈফমদা লৈরমদ্রে। মরম অসিদগী শ্রীতোম্বা সিংহ শ্রীমণিরাম শর্মাগী মনাক্তা থুংখি। অদুদগীদি সন্ন্যাসীশিংগী মরক্তা লৈখি। মসিদা কৈশামথোং লোংজম লৈরক মচীন্দা লৈবা শ্রীব্রহ্মচারীময়ূম মণিরাম শর্মা অসিগী চাউরবা থৌদাং লৈ। মহাক্কী মতেংদগী শ্রীতোম্বা সিংহনা মমিং লৈরবা স্বামী শ্রীমঙ্গল গিরি মহারাজ উনদুনা গুরু অসিদগী ব্রহ্মচারী দীক্ষা লৌখি। মসিগী মতুংদগীদি মহাকপু যোগেন্দ্রানন্দ ব্রহ্মচারী হায়না কৌনখি। নুমিৎ খরা মাগী গুরুগী নাক্তা লৈরম্লগা গুরুগী য়াথং মতুংইন্না হরিদ্বারদা চৎলি অদুগা অমুক হরিদ্বারদগী পঞ্জাবতা চৎতুনা চহী অমা মখোয়রোম কোয়দুনা তীর্থবাস ওইনা লৈখি। তীর্থস্থান কয়া দর্শন ফংলবা তুংদা কাশীদা হল্লকখি।

**শ্রীব্রজমণি শর্মাগা লোয়নননা যোগেন্দ্রানন্দ গিরিঃ**

শ্রীঅহৈবম তোম্বা সিংহনা যোগেন্দ্রানন্দ ব্রহ্মচারী মিংথোল অমসুং সন্ন্যাসী দীক্ষা ফংদ্রিঙৈদা শ্রীহঞ্জবম ব্রজমণি শর্মাগা লোয়নননা হিমালয়গী লমদম লৈবা তীর্থস্থান কয়া দর্শন ফংমিন্নখি। তীর্থভ্রমণ অদুগী অকৃপ্পা ৱারোল য়াওবা ৱারেং অমা শ্রীশর্মানা ইবিরম্মী। ৱারেং অদু শ্রীলাইশ্রম নীলচান্দ সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা স্বামী যোগেন্দ্রানন্দগী মরমদা পুথোকপা লাইরিক অমদা ফোঙখি। ৱারেং অদুগী ৱারোল মখাদা পীজরি—

**শ্রীমৎ পরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি (হিমালয়গী তীর্থশিং দর্শন ফংখীরবা)**

**হরি ওঁ**

*মহাপুরুষ! মী মরক্তগী অথোইবা ওইখ্রবা শ্রী ১০৮ যুক্তা পরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিজীগী পুন্সিগী অহানবা তাঙ্কক্কী অরোইবা মতমদা থেংনখিবা ঐহাকপু ইশাগী ওইবা স্বামীজীগী মরমদা খরদং ফোঙদোক্লবা তাকপিরকপা অসিদা ঙসিদি হৌখ্রবা পুন্সিগী লামায় কয়া ফাক্কত্তুনা নৌহৌননা ইমাঙদা পরেং পরেং লাকপগুম থোক্লরে। মহাক্কী ফজরবা কুচু অমদি তনৌ তনৌবা নিংথীরবা শকফম্না পূক্লিংগী পর্দ্দাদা তারবসিদা খঙহৌদনা মীত্তগী পি শীল্পবগা লোয়ননা নীংশিংবা খরদং পাউদমজরি।*

*পূর্ব্বাশ্রমদা স্বামীজী শ্রীঅহৈবম তোম্বা কৌরম্মী। ঐহাক্না কাশী (বেনারস) দা মচাইবুংঙো যুবরাজ শ্রীযুক্ত বোধচন্দ্রগা লৈমিন্নরিঙৈদা ১৯৩৬ ইংগী য়াওশঙ মতুংদা নোংমা শ্রীতোম্বা মচাইবুংঙোগী নাক্তা থুংলখি। শ্রীতোম্ববুদি মচাইবুংঙোনা অজ্ঞা পরিক্ষাগীদা তোয়না উনবদগী শক মখৈদি খঙই তাকপী; মহাক্না যূম থাদোক্লুনা লাক্লিবসি সন্ন্যাসী ওইবগে হায়না লাকপনি খঙলকপদগী মচাইবুংঙোনা হৌনদে হায়না থিংদুনা থম্বীরম্মী। মরক অসিদা শ্রীতোম্বগী হেক মযাম্বা (মণিপুরেশ্বর মহারাজগী ফোটোগ্রাফর) শ্রীঅহৈবম বিধুদগী চিঠি অমা মচাইবুংঙোনা ফংলম্মী। মদুদগী শ্রীতোম্বগী মরী-মতা শেংনা খঙলদুনা য়ূমদসু চিঠি হনবিখি অদুগা মহাকপু য়াম্না চেকশিন্না ঐখোয়না শেন্নদুনা থমখি। মতম অসিদা শ্রীতোম্বনা মৈতৈ ইমা ইচানি ঐগী নীংজবা থুংহনবীয়ু হায়না মচাইবুংঙোদা হন্না হন্না তক্লবা তাজে।*

*পংকুই কুইদনা কালেনগী অক্ষয় তৃতীয়া নুমিত্তা মচাইবুংঙোগী মরূপ দেহরাডুন্দা লৈবা শ্রীচরণসিং ভণ্ডারীগী মশাগী লুহোংবগী বার্ত্তা ফংলম্মী। লুহোংবা নংনবা চৎপদা শ্রীতোম্ববু থাদোক্লম্বা য়াদে মতাগুম মচাইবুংঙোনা মহাক্লে, ঐনে, শ্রীহৱাইবম পঞ্চমীনে, ঐখোয় অহুম লোয়নদুনা দেহরাডুন্দা চৎলি। লুহোংবা লোইরবা তুংদা শ্রীতোম্বনা যুবরাজদা বদরি দর্শণ তৌজরুগে হায়জবদা য়াবিরে। ঐহাক্না লোয়ননা চৎমিন্নৌ হায়দুনা ঐখোয় অনীদা লুপা ৩০ সু পীবিরম্মী। যুবরাজনা শ্রীপঞ্চমীগা লোয়ননা কাশিদা লেঙথোকখিরম্মী। তশেংবদি, হিমালয়গী দৃশ্য উরুবদগী সন্ন্যাসতা পূক্লিং লুপখ্রবা শ্রীতোম্বগী পূক্লিং ইহুল মতোল লোমখ্রে অমসুং মহাক্না হায়জবদা ইথা থাজদনা যুবরাজনা য়াবিখরে।*

*ঐখোয় অনী ঋষিকেশ য়ৌরে। মফম অদুদা লৈরম্বা সাধুশিংগী মরক্তা বদরিকাশ্রম য়ৌগদবা য়াওদুনা মখোয়গী তুং ইল্লসি খন্নরম্মী। মতম অদুদদি ইবানীগী*

শেল লুপা ২০ তমক ওয়্রবল্মী। সাধুশিংনা লুপা ২০ অদুতনদি নখোয বদবি যৌবা যাববোই অদুনা নখোযনা ঐখোযগী তুং ইন্নিংলবদি নক কোকথোক্লো ফিজেং হোংলো অদুগা কান্লে কম্বলে ধর্ম্ম শালাদগী টিকেট লৌবগা চং. হাযনা পাউতাক পীবিবল্মী। ইবানীমক লু কোক্লল্মী, গেরুয়া ফি শেংলল্মী। লুবিবদি ঐখোযগী খূত্তা লুপা ১০ খক্তমক লৈবল্মী অদুনা টিকেট লৌবা মতমদা মী ১ দা মশাগী য়ামদ্রবদা লুপা ১০ দি য়াওবি হাযনা উংপা তাবল্মী। অতৈ উপায় লৈতবা মবম্না ঐনা হান্না লুপা ১০ দু পায়বগা চণ্ডলগা ঐগী টিকেট লৌবল্মী। মথংদা শ্রীতোম্বনা লুপা ১০ দু অমুক হন্না পাযদুনা চণ্ডলগা মাগীসু টিকেট লৌবল্মী। অসুম তৌদুনা বদবিকাশ্রম চংকদবা সাধু সন্ন্যাসীশিংদা মী অমদা টিকেট ৩১/৩১ পীবিবল্মী। চংগদবা লম্বীদি ঋষিকেশতগী কাবগা বদবি দর্শন তৌবগা নাইনিটাল লোমদা কুম্লক্কদবা ওইবল্মী।

বদবিকাশ্রম যৌগদবা সাধুশিংগী তুং ইন্দুনা ঐখোয অনীসু খোঙশাল্লল্মী। পবাও পবাওদা এক সন্ধ্যাগী ওইনা মী অমদা আতা সেব মখায মখাযগা কোম্ননা হৱাই, থুম-থাউ, মোবোক্লচিংবা পীবল্মী। মতম অদুদা শ্রীতোম্বদি মশাগী চহী ২২ তমক শুবি ঐহাক্কীনা চহী ৩৬ লোম শুবক্লে। মহাক্কী তনৌ তনৌবা, যাম্না ঈংজ-তপচবা, মতম চুপ্পদা মোমোন নোকপনা হিমালয কাখংলকপগী অৱাবা কয়াবু নৌবিবা অঙাং মহাক্লা খাঙনবা হোংনববসু, অনাবদগী লোংশিন্ননবা হোংনববসু মখোঙ থীনা পোমখংলক্লল্মী। তল হৌবদগী মৈ থাগংপদা ঈশিং অশাবা লৌবগা নির্তিগী হীগা যৈব-যৈবদুনা হিমালযগী লম্বীদা লেপ্পা লৈতনা চংলল্মী।

মথং মথং কাখংলকপনা দেব প্রযাগ যৌবল্মী। তর্পণনচিংবা কংলগা কাখংলকপনা রুদ্র প্রযাগ যৌবল্মী। দর্শণ তৌবগা মন্দাকিনী গঙ্গাগী মপান্দা চংলগা কেদাবনাথ দর্শন চংপদা লম্বীদা গৌবি কুণ্ডদা (গবম পানি) স্নান তৌবল্মী। মাইল ৭ কাখংলগা কেদাবনাথ দর্শন তৌবে। মফমসিদগী মাইল অনীবোম কুমথবগা গুপ্তকাশী কৌবা বন অমা লাম্হোক্লগা চমোলিদা পবাও লৈবমদুনা পোখাবগা যোসি মঠ যৌবল্মী। অমুক কাখংলকপনা গরুড গঙ্গা থেংনদুনা স্নান্নচিংবা লোইবগা কাখংলকপনা বিষ্ণু প্রযাগ যৌবদুনা অতৈ তীর্থ কযামকম হনুমান চত্তিনচিংবা দর্শন তৌবগা বদবিকাশ্রমদা থুংলল্মী। তপ্ত কুণ্ডদা স্নান তৌবদুনা অতৈ তীর্থশিংসু ভ্রমন তৌকবগা সাধুশিংগা লোযননা নুমিৎ হুম্নি লৈমিন্নবম্লগা ঐখোয অনী বিদায লৌদুনা কর্ণপ্রযাগতগী নাইনিটালগী লম্বীদা কুমথবক্লল্মী।

হিমালয় চীংখোঙদা তম্পাক তাদ্রিঙৈদা যাম্না চাউববা বন অমা লানবা তাবল্মী।

বন লান্দ্রিবৈদা নুমিদাংৱাই ওইখিরম্মী। লম্বী খুদুং ইন্দুনা ইবানী প্রপ প্রপ কূমথরক্লম্মী। ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা ময়া শাংনা থিন্দোক্লবা চাউরবা লমওক অমখক্লা লম্বী ময়ায়মক্তদা লাপ্লপ্লা চাগদৌবগুম য়েংদুনা লৈরম্লে। ইবানী লাই শোনবা নত্তনা করিসু তৌফম খণ্ডদ্রে। শ্রীতোম্বগী তোপ তোম্লা অমনা মহাক্কী তপথবা, পাখৎতবা, অকিবগী থোইদোকপা বিকার পোক্তবা অসিনি। ফনা কুইনা মীৎ চানদুনা লৈরবা তুংদা ইবানীগী ওয় থংবা নাকল্লোমদা ফৈনা চেনশিনখিরম্মী। মগুগী মতৌগুম্না ইবানী বন লাছোক্লবা য়াম্না কিনা চেনবগুম তৌনা চত্তুনা তম্পাক্তা লৈবা রাম নগরদা থুংলম্মী মফম অসিদা সদাব্রত খাণ্ডবা সেবা সমিতি অমা থেংনদুনা ইবানী পোখ্রাফম ফংলম্মী।

ঐখোয়গী খূত্তা শেল অমত্তা লৈত্রে, চাবা ফংলক্তবসু নুমিৎ হুম্নি শুজিল্লক্লে। অসুম খন্নবদা ঐগী যূমদা শেল থারক্লবা টেলিগ্রাম তৌরসি লেপ্লদুনা শ্রীতোম্বনা টেলিগ্রাম ইরগা কয়া চণ্ডগদগে হংবদা লুপা ১গা শিকি অমা (শিকি মণ্ডা) চণ্ডগনি হায়রে। করম তৌসিগে খন্নরবা তুংদা ঐগী কোন্দুম অমা য়াওবদু সেবা সমিতিদা বন্ধান থম্মসি হায়না লেপ্লরদুনা সেবা সমিতিগা উনরে অমসুং ঐখোয়গী অশেংবা অবস্থাগী মরমদা ৱারী শাবদগী ঐখোয়না চারা হেল্লকপা নুমিৎ হুম্নি শুরে হায়বসু মখোয়না খণ্ডলম্মী। কোন্দুমদু মখোয়গী মনাক্তা থম্লগা শিকি মণ্ডা পীরক্তুনা যূমদা টেলিগ্রাম থাখ্রে। সেবা সমিতিনা ইবানীবু মখোয়গীদা লৈহনবিরম্মী। রামনগরগী পপিতা (অৱাথবী) মমিং চৎপনি হায়দুনা ঐখোয়নীদা পীজরম্মী। তশেংনমক হৌজক ফাওবদা মহাওদু নীংশিংলি। মথংগী নুমিৎ হুম্নি শুবদা যূমদগী লুপা ১৮ থারক্তুনা ফংলম্মী। শেল হেক ফংবগা কাশী তান্না চৎনবা শেম শারে। কোন্দুম হন্দোকচরগে হায়না শিকি মণ্ডা পীরুবদা কোন্দুম পীরক্লে শেলদি লৌবীয়ু য়ারমদে অমসুং য়াম্না নুংশিনা মখোয় ময়াম্না ইবানীবু রেল মচা অমা তোংফম ফাওবা থিন্দোকপীরম্মী লোয়ননা ইবানীসু মখোয়গী তৌবিমল খণ্ডবা উত্তুনা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌরম্মী।

ঐখোয় অনীগী খোঙচৎ অসি নুমিৎ ৪১ নি চণ্ডখি। হায়রিবা নুমিৎ ৪১ নি অসিদা নোংমতা কাংদনা শ্রীতোম্ববু সন্ন্যাস লৌদনবা তক্লবনি। খুরাসু ইন্দোলসু লৈহৌরি অদুনা মচা অমা ওইনা মমা মপাগী সেবা মতোল লোম্না তৌগদবনি। ইমানা নহাক্কীদমক কয়াম য়াম্না ৱারমগদবা অমদি নহাক্কী নশক অমুক হন্না উবদা কয়া য়াম্না হরাওগদবা অসিনচিংবা কয়া হায়দুনা মপূক্লিং ওন্নবা হোংনবা পূম্নমক নূংদা ঈশিং চাইবগুম থোকপ্লে। মহাক্কী অনীংবদা ভগবান কৃপামক য়াওখ্রমাল্লে। কাশীদা থুংলবদা যুবরাজ স্না হকচাং ওমদদুনা মামুর্গঞ্জগী লৈফমদা লৈরমদবনা শ্রীতোম্বা কৈশামথোংদগী কাশীদা

*লাইরিক তমদুনা লৈবা শ্রীমণিরাম শর্ম্মা বিদ্যার্থীগী মনাক্তা থুংখি। থীন্দনা শ্রীতোম্বা ব্রহ্মচারী দীক্ষা লৌখ্রে যোগেন্দ্রানন্দ ব্রহ্মচারী কৌদুনা মহাক্কী গুরু স্বামী মঙ্গল গিরিগী আশ্রমদা লৈখিরম্মী।*

**স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি মিংথোল ফংবাঃ**

শ্রীযোগেন্দ্রানন্দ ব্রহ্মচারীগী গুরুদি শ্রীস্বামী মঙ্গল গিরিনি। শ্রীস্বামী মঙ্গল গিরি মমিং চৎলবা, মগুণ লৈরবা, অদ্বৈত বেদান্ত মমূৎ তানা খঙলবা গুরুনি, বিদ্বান সন্ন্যাসীনি। চাংয়েং কয়া তৌরবা তুংদা কাইনথংদা মহাক্তা যোগেন্দ্রানন্দবু মাগী শিষ্য অমা ওইনা লৌশিনখিবনি। লম কয়া কোয়রুরবা হুল্লকুগা কাশীদা গুরুগী নাক্তা মতম খরা গুরুগী সেবা তৌদুনা লৈখি। খৃষ্টগী কুম ১৯৩৮ গী এপ্রিল থাদা পাঙথোকখিবা হরিদ্বারগী কুম্ভমেলাদা সদগুরুদেব শ্রীস্বামী মঙ্গল গিরি মহারাজদগী যোগেন্দ্রানন্দ ব্রহ্মচারীনা সন্ন্যাস দীক্ষা ফংজখি। মসিদগী মহাকপু স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি হায়না খঙনখি।

**শঙ্করাচার্য্যগী দশনামী সম্প্রদায়ঃ**

শ্রীঅহৈবম তোম্বা সিংহনা ফংজরিবা সন্ন্যাসীগী মিংদি স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনি। গিরি, সন্ন্যাসী সম্প্রদায় অমগী মিংনি। মসি আদি শঙ্কর শঙ্করাচার্য্য সম্প্রদায়গী দশনামী সন্ন্যাসীশিংগী মনুংদা অমনি। হায়রিবা দশনামী সম্প্রদায় অদুদিঃ (১) আশ্রম, (২) বন, (৩) সাগর, (৪) তীর্থ, (৫) অরন্যা, (৬) সরস্বতী, (৭) গিরি, (৮) পর্বত, (৯) পুরী অমসুং (১০) ভারতী অসিনি। সম্প্রদায় তরা অসিগী মনুংদা গিরি হায়বা সম্প্রদায় অসি শঙ্করাচার্য্যগী শীংথানরিবা সম্প্রদায় অমনি। যোগেন্দ্রানন্দগী গুরুসু গিরি সম্প্রদায়নি। শঙ্কর সম্প্রদায় অদ্বৈতবাদীনি। সম্প্রদায় অসি বেদান্ত চৎলি; বেদান্ত মখোয়গী দর্শননি। বেদান্ত ভারতকী ষড়দর্শনঃ দর্শন তরুক (ন্যায়, বৈশেষিক, সাংখ্য যোগ, মীমাংসা অমসুং বেদান্ত) কী মনুংদা থোইদোক হেন্দোক্লা থাক ৱাংলবা দর্শননি। অদ্বৈত পরমপরাদা শঙ্করাচার্য্যগী সন্ন্যাসী মখল তরা (দশনামী সন্ন্যাসী) শন্দোরকপগী মওংদি অসিনিঃ অমত্তা ওইনা গঙ্গানা বসু, ভদ্রা, শ্বেতা, অলকানন্দ হায়বা ঈরম থোক্লা চেঙ্গুরকপগুম ব্রহ্মজ্ঞানবু মায়কৈ থুংনা শন্দোকপদা খুদোং চাননবগীদমক মমাঙগী অদ্বৈত বিদ্বানশিং মথং মথং চত্থরকপদু শঙ্করাচার্য্যদগীদি মাগী শিষ্য মরিদা ঈখায় মরি থোক্লা অদ্বৈত পরমপরাগী জ্ঞান অসি চেঙ্গুরকখি। ভারতকী মায়কৈ মরিদা মঠ (monastery, hermitage, temple) লিংখৎলগা মাগী অথোইবা শিষ্য মরিবু মঠ অমমম পুহল্লি। অদুদগী দশনামী সন্ন্যাসী (সন্ন্যাসী মখল তরা)

শন্দোরক্নুনা ব্রহ্মজ্ঞানবু পরমপরা ওইনা প্রচার তৌরক্লি। সন্ন্যাসী মখল তরা অদুদি মখাগী অসুম্না লৈরকপনিঃ

১। সুরেশ্বরাচার্য্যনা পুবা দক্ষিণ শ্রিঙ্গেরী মঠতগী পুরি, ভারতী অমসুং সরস্বতী

২। তোটকাচার্য্যগী জ্যোর্তিমঠ হিমালয়দগী গিরি, আরন্য অমসুং বন

৩। হস্তামলকনা পুবা মঠ দ্বারকাদগী আশ্রম অমসুং তীর্থ

৪। পদ্মপাদাচার্য্যনা পুবা গোবর্ধন পীঠ জগন্নাথ ক্ষেত্র, পুরীদগী পর্বত অমসুং সাগর

অসুম্না সন্ন্যাসী সম্প্রদায় তরা অসি শন্দোরকই। পীঠ (famous place of a pilgrimage, institution, altar) মরি অসিদা ফম্বা পীঠাধিষ্ঠাতৃ (অধিষ্ঠাতা– president, governor, one who is president, occupier) আচার্য্যশিংবুসু আদি শঙ্করাচার্য্যগী মিং লৌদুনা শঙ্করাচার্য্য হায়না মিংথোন্নে। দশনামী সন্ন্যাসী তরা অসিগী মনুংদা স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ তোটকাচার্য্যগী ধারাদা জ্যোর্তিমঠ হিমালয়দগী শন্দোরকপা গিরি সন্ন্যাসীনি।

**পঞ্জাব বিশ্ববিদ্যালয়দা সংস্কৃত তম্বাঃ**

খৃঃ ১৯৩৮ গী কুম্ভমেলা লোইরবা অমদি সন্ন্যাসী দীক্ষা ফংলবাতুংদা শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি মাগী গুরুদেবগা লোয়ননা পঞ্জাবতা অমুক চৎলি। গুরুনা মঙোন্দা পঞ্জাব বিশ্ববিদ্যালয়গী মখাদা সংস্কৃত বিদ্যা নিংথীনা মমূৎতানা মপূংফানা তম্নবা পাউতাক পীবীখি। পাউতাক পীরম্লবা মতুংদা গুরু মহারাজ কাশীদা হনখি অদুগা স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা সংস্কৃত তম্নবা পঞ্জাবতা লৈহৌই। মহাত্মা পঞ্জাবকী অমৃতসর অমসুং লাহোরদা চহী ৩/৩ পূম্না চহী ৬ (খৃঃ ১৯৩৮ দগী ১৯৪৪ ফাওবা) লৈদুনা মহৈমশিং তমখি। মথং মনাও নাইনা প্রাজ্ঞ অমসুং বিশারদ পরীক্ষা পাস তৌরগা খৃঃ ১৯৪৪ দা পঞ্জাব বিশ্ববিদ্যালয়দগী ব্যাকরণ অমসুং সাহিত্য বিষয় অনীদা শাস্ত্রী অনী পাস তৌখি। নীংশিংবা য়াবা অমনা মতম অদু ভারত নীংতমদ্রি; ইন্দিয়া অমসুং পাকিস্তান হায়না অনী থোক্লা খায়দোক্ত্রি, মতম অদুদা লাহোর ভারতকী মনুং চল্লি। শাস্ত্রী পাস তৌরবা তুংদা ওজা ওইদুনা অমসুং সাধনাদা পূক্লিং চঙদুনা অমৃতসরদা লৈখি। অমৃতসরদা লৈরিঙৈদা মহাত্মা শিষ্য কয়া শেমগৎখি, ছাত্র কয়া সংস্কৃত তম্বীখি।

**গোমুখীদা তপস্য তৌবাঃ**

পঞ্জাবতা লৈরিঙৈ মতমসিদা কালেন ছুটিনচিংবা অশাংবা ছুটি লৈবদা ছাত্রশিংগা লোয়ননা কাশ্মীরদা খোঙনা পদযাত্রা তৌদুনা চৎলি। কাশ্মীরগী মনুংদা লৈবা অমরনাথ, বৈষ্ণো দেবীগী মন্দিরনচিংবা শেংলবা মফম কয়া দর্শন ফংজে। মসিদা নত্তনা হৌজিক্কী

হিমাচল প্রদেশ (মতম অদুদা হিমাচল প্রদেশ হায়বা ষ্টেট লৈত্রি) হায়বা ষ্টেট অসিগী মনুংদা লৈবা তীর্থ মফম কয়াঃ জ্বালা মুখী, চিন্তপুবণী দেবীনচিংবা মফমসু দর্শন তৌবা চৎলি লোযননা অনৌ-অনৌবা মফম কয়ামকমসু য়েংঙি। অসুম্না হিমালয়গী গোমুখী গঙ্গা য়ৌনা চৎলি। গোমুখীদা শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা কবি অমত্তা চাদ-থক্তনা নুমিৎ তবেৎনি অকনবা তপস্য তৌদুনা সমাধিদা লৈখি। মফম অসিদনি স্বামীজীনা মঙাল ফংখিবা।

**বেদান্ত আচার্য্য পাস তৌবাঃ**

মতুংদা মাগী গুরু স্বামী মঙ্গল গিরিনা কৌবকপদগী অমসুং গুরুনা পীবা পাউতাক মতুংইন্না কাশী (বেনাবস) দা হল্লক্লগা বেনাবস হিন্দু বিশ্ববিদ্যলযগী মখাদা লৈবা বেনাবস সন্ন্যাসী সংস্কৃত বিদ্যালযদা বেদান্ত শাস্ত্র তমখি। মতৌ অসুম্না অহানবদা নব্যন্যায পাস তৌবগা বেদান্ত তমদুনা বেদান্ত শাস্ত্রী পাস তৌই। বেদান্ত শাস্ত্রী পাস তৌববা মতুংদা মখা তানা তমথদুনা খৃঃ ১৯৫১ দা বেদান্ত আচার্য্য পবীক্ষা পাস তৌই। লোযননা চহী অসিদা গুজবাৎতা চৎতুনা দ্বাবকা, সোমনাথনচিংবা শেংলবা তীর্থ মফম কযা দর্শন তৌই।

**মণিপুরদা থোরকপাঃ**

অসুম্না মপান্দা লৈখ্রবা স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিবি বেদান্ত মমূৎ তানা খঙখি, সন্ন্যাসী দীক্ষা ফংখি, তীর্থ মফম কয়া দর্শন তৌখি। মাগীনি হাযবা অবেপ্পা মফম, লৈফম য়ুম, লৌ-ইংখোল, সম্পৎতিগী ব্রা মঙোন্দা থোইদোক্লে। মাগী হায়ববু ব্রহ্মজ্ঞান ফংনবা হোৎনবা, দিব্যবিদ্যাগী মায়কৈদা চঙশিন্নবা হোৎনবসিনি। অদুগা অমবোমদনা অপোকপা মপাবুংসু মণিপুব থাদোক্তুনা বাধাকুণ্ডদা লম্বোইবা ওইনা লৈখি। অসুম তৌবিঙৈ চৈবক মতমসিদা মণিপুবদগী মাবু পোকপী মমা য়াম্না কন্না নাবে হাযবগী পাউ ফংই। মতম অদু খৃষ্টগী কুম ১৯৪৫ গী মে থানি। স্বামী যোগেন্দ্রানন্দদা টেলিগ্রাম তৌবক্তুনা মণিপুবদা লাক্লনবা খঙহল্লকপনি। মতম অদুদা মাগী গুরু মহাবাজগী মশা নুংঙাইতবনা মবম ওইদুনা চৎপা য়াবগী যাথং লৌবা ঙমজখিদে। মাগী গুরুনা যুমগী অনাবগী পাউ তাববসু কবিসু তৌবোই হাযবীখি। মবম অসিদগী স্বামীজীনা ভগবান্দা প্রার্থনা তৌজদুনা মমাগী পুন্সি চহী অমত্তংদি শাংথনা লৈবা ওইহনবীযু হায়না নিজখি। থোবক্লবগী খুদোংচাদবগী ব্রাফম অমসুং ঈশ্ববগী মফমদা নিজসি হায়বগী ব্রাবোল যুমলোমদা খঙহনখি। মতম অদুদা অনাবগী ফিবমদি য়ৌনা শোকচিনখিদুনা শঙ খন্দুনা মপোৎ মচৈ শুনা থৌবাং তৌদুনা লৈববনি। অঙকপনি ঈশ্ববগী নোংদম।

স্বামীজীনা পীরকপা পাউ হেক ফংবদগীদি অয়োঁবী থাক্তা নাদুনা লৈরম্লবা অনাবা নোংমা নোংমগী অসুম অসুম ফগৎলকখি। মতম অদুদা য়াম্না নক্লনা লৈবা বামোন নুপামচা অমসু নাদুনা লৈরম্মী। হায়রিবা বামোন নুপামচা অদুগী অনাবা অদু নোংমা নোংমগী অসুম অসুম হেঞ্জিল্লকখি। মমৈদা অনাবা অদু থংহেন হেঞ্জিল্লকখি, ক্রক লাকশীল্লক্লনা মাগী অরোইবা মতম লাকখি, শঙ খনবা নংখিদে, শিবনা হানখি। স্বামীগী অপোকপীনি হায়দুনা লৈরিবা অখনবা শঙ অদু বামোন নুপামচা অদুগী ওইনা শীজিন্নখি। ভগবান্দা প্রার্থনা তৌজবদগী অপোকপীগী অনাবা ফগৎলকপা অদুগা শাজিল্লুরবা অনাবগী শঙ অদুসু অরেম্বদা মাঙদবা, কনাগুম্বা অমগী কান্নবা ওইনা শীজিন্নখিবা কয়াদা অঙকপগী মশক ওইরিবা। অসুম্না চাউরাক্লা চহী অমরোম লৈরবা তুংদা অমুক অপোকপী মমা মশা ঙমদ্রে, কন্না নারে হায়বগী পাউ ফংই। মতম অদু খৃঃ ১৯৪৬ কী এপ্রিল থানি। মাগী গুরুগী য়াথং ফংদুনা মণিপুরদা থোরকই। নুমিৎ ২০ নিরোমগী ওইনা থোরকপনি। মহাবলী হনুমান ঠাকুরগী মন্দিরদা লৈ। স্বামীজীনা মণিপুরদা থোবকপসি মহারাজকুমার বোধচন্দ্রনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইরবা মতমদনি। মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহনা স্বামীবু তবাম তরাম তৌবী। অপোকপী মমাগীদমক শ্রীমণিবাম শর্ম্মাবু ভগবত সপ্তাহ তৌহল্লি অদুগা স্বামী মশামক্লা গীতা পাঠ তৌই। ভগবত সপ্তাহ লোইববা মতুং নুমিৎতুমক্তদা অপোকপী মমা, বৈষ্ণবী ওইদুনা গঙ্গা প্রাপ্তি ওইখি। কায়নগ্রবা নুংশিজরবা মচা মহাক্কী পুন্সিগী অরোইবা মতমদা মহাক্কী (মমাগী) নাক্তা লৈখি। লৈখিদ্রবী বৈষ্ণবীগী অস্থি সঞ্চয়গী মতুংদা স্বামী যোগেন্দ্রানন্দনা মমাগী অস্থি অদু পুদুনা মণিপুর থাদোক্লম্লগা রাধাকুণ্ড তান্না চৎলি। মহারাজ বোধচন্দ্রসু শিলোংদা চৎপা খোঙচৎ অমগীদমক স্বামীজীগা লোয়ননা মণিপুরদগী থোকমিন্নখি। রাধাকুণ্ড য়ৌরগা মফমদুদা লম্বোইদুনা লৈবা অপোকপা মপাবুংগা উনৈ। মপাবুংগী য়াথং মতুংইন্না অস্থি বিসর্জন (immersion of a deity or a body) তৌরগা মমাগী শ্রাদ্ধ নুমিৎতা লম্বোইদুনা লৈবা বৈষ্ণবশিংবু কৌদুনা শ্রাদ্ধ ওইনা প্রসাদী সেবা তৌখি। অপোকপা মপাবুংগা লোয়ননা মফম অদুদা নুমিৎ খরা লৈরম্লগা মপা মচা অমুক কায়নখি। স্বামীজী পঞ্জাব তান্না চৎখি। মসিগী মতুংদগীদি স্বামীজী মণিপুরদা অমুক হন্না থোরকখিদ্রে।

**শ্রীমণিরাম শর্মাগা লোয়ননা যোগেন্দ্রানন্দ গিরিঃ**

শ্রীঅহৈবম তোম্বা সিংহনা ময়ুম থাদোক্লুনা কাশীদা চৎখিবদা লাইগী নোংদম হায়গদ্রা তাঞ্জা চারুবা হায়গদ্রা মতম অদুদা কাশীদা বিদ্যার্থী ওইদুনা লৈরম্বা শ্রীমণিরাম শর্মাগা উনখি। শ্রীশর্মাগী মতেংদগী তোম্বা সিংহনা মতম খরা মহারাজকুমার বোধচন্দ্র

সিংহ্গী নাক্তা লৈখিবনি। মতুংদা অমুক শ্রীশর্মা অসিগী মতেংদগী তোম্বা সিংহনা শ্রীমঙ্গল গিবিগী শিষ্য ওইবা ফংখিবনি। শ্রীতোম্বা সিংহনা সন্ন্যাসী ওইদুনা যোগন্দ্রোনন্দ গিবি হায়বা মিং অসি ফংলবা তুংদা খৃঃ ১৯৪৬ তা মমা ওমদবগী পাউ ফংবদগী মণিপুবদা থোবকখি। শ্রীমণিবাম শর্মাগা অমুক উনবা ফংখি। কাশীদা উনবা, মহাবলিগী হনুমান ঠাকুবগী মন্দিবদা উনবা, ভাগবত সপ্তাহ্ তৌবা কয়াগা মবী লৈননা শ্রীশর্মানা ইবা ব়াবেং অমগী ব়াবোল মখাদা পীজবি—

**শ্রীমৎ পরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি**

**(কাশী অমসুং মহাবলি ঠাকুরগী মন্দিরদা উনবা)**

*মুকং কবোতি বাচালং পঙ্গুং লঙ্ঘযতে গিবিম, যৎ কৃপা তমহং বন্দে পবমানন্দ মাধবম॥*

*ইবুংঙো মাগী কৃপাবু লৈববদি লোল থোক্তবা মীবু ব়া ঙাঙবা ঙমহল্লি, খোঙ তেকপা মীনসু অব়াং-অব়াংবা চীংবু লানবা ঙমহল্লি। অসিগুম্বা খ্বাইদগী থোইনা নুংঙাইবগী মশক ওইবা মাধব শ্রীকৃষ্ণবু ঐনা খুকমজবি।*

*স্বামী যোগেন্দ্রানন্দগা হায়নখিবা লৈতনা নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা, ইবুংঙো মাগী কৃপা নৎত্রগদি শুকথেংমক থেংনববোইদবা মতাং অমদা কাশীদা থেংনখিবা অমদি স্বামীনা মহাবলি ঠাকুবগীদা লৈবিঙৈদা নোংমা সন্ধ্যা মতুংদা চৎলুবদা স্বামীগী মশা পূন্নমক মাগী আত্মাজ্যোতিনা ঙানবা অমদি কোক্কী শব্দক্তা থোইদোকপা মঙাল (কিবন) অমনা ঙানবদুসু উখি। হাযবিবা থৌদোকশিংসি ঐতনা থেংনকবা, ঐঙোন্দতা থোকখিবা ওইবনা পাবীবিবা পূন্নমক্কী মফমদা স্বামী শ্রীযোগেন্দ্রানন্দদা লৈবা ইবুংঙো মাগী থোইদোকপা কৃপাশিংদু ফোঙদোকচনিংদুনা ইজখিবনি।*

*ঐনা কাশীদা বিদ্যার্থী ওইনা লৈরিঙৈদা নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা ব্রহ্মচাবীগী ফিজেৎ শেৎলগা শ্রীঅহৈবম তোম্বা সিংহ থেংনখি। ঈশ্ববগী কবম্বা থৌইনশিন্দগীনো ঐহাক পূমঙক ঙকখি, মবমদি মহাক্না খজিক্তং ঙনখৎনা নৎত্রগা থেঙথনা লাক্লন্নবদি ঐগা মহাক্না উনবল্লোইদৌবনি। ঈশ্ববগী থৌজাল কনানা খঙবা ঙমগনি। ঐনা কাশীদা লাক্লিঙৈদা শ্রীতোম্বা সিংহ চুবাচান্দ হায স্কুলদা লাইবিক তমদুনা লৈহৌবনি। ব়াবী-ব়াতাই শানববদা মহাক্না সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌবগা বাস তৌদুনা পুন্সি লেনবা পাম্মী হায়বে।*

*খুদক্তা মহাক্না পান্নিবদু ওইবা যাদবনিনা অদুগা ঐগী লৈফম চাফম লৈতবদগী মতম অদুদা কাশীদা তীর্থবাস তৌদুনা মণিপুবগী যুববাজ তুংদা মণিপুবগী মহাবাজ শ্রীবোধচন্দ্রা সিংহজীগী মনাক্তা চত্নুনা লৈননবা শীনখি। হান্ননা খঙন-চান্নবা ওইবনা*

*মাবু (তোম্বা) তরাম-তরাম তৌবিদুনা যুবরাজগী মাক্তা লৈহনখি। যুবরাজগী মাক্তা থা অনীরোম লৈরবা তুংদা যুবরাজগী থৌগল লাকপা ইস্ফালদগী শ্রীহঞ্জবম ব্রজমনি শর্ম্মাগা লোয়নননা হিমালয়গী তীর্থশিং কোয়রবা চৎলম্মী। থা খরা তীর্থ কোয়রুরবা তুংদা বনারসতা হল্লকবদা ঐনা কাশীদা য়াম্না মমিং লৈরবা শ্রীস্বামী মঙ্গল গিরিজীগী মফমদা মহাকপু শিষ্য ওইবীনবা চঙজরম্মী অসিগুম্বা গুরু অমা ফংবসি অরায়বা থবক নম্তে। চাংয়েং কয়ামুক তৌরবা তুংদা তোম্বা সিংহবু ব্রহ্মচারী দিক্ষা পীদুনা স্বামী মঙ্গল গিরিজীনা মনাক্তা থমখি। মখল কয়াগী থবক তৌহনখি অমসুং তপস্যা, যোগনচিংবা তম্বীখি। ব্রহ্মচারী দিক্ষা তৌরবা তুংদা তোম্বগী মিং যোগেন্দ্রানন্দ ব্রহ্মচারী হায়না খঙনম্লে। মতম খরা লৈরগা ঐহাক রাজস্থান্দা চত্তবা য়াদবদগী চৎলমই। মফম অদুদা চহী খরা লৈদুনা সংস্কৃত তমদুনা লৈ। মদুদগী ঐহাক কাশীদা অমুক হল্লক্লে, মণিপুরদা লাক্কুনা লৈরে।*

*যোগেন্দ্রানন্দনা মাগী গুরুদগী সন্ন্যাস দিক্ষা লৌরবা তুংদা জাপান লাল লোইখ্রবা চহী অমরোম লৈরগা মাতৃ দর্শনগীদমক মণিপুরদা থোরক্লমই। মতম অদুদা অপোকপী মমা ফমশেন্নদুনা কন্না নাবদগী লায়কন্নবা ওইনা স্বামীজী মহাবলী ঠাকুরগী মন্দিরদা লৈরমই। মমাগীদমক মানা হায়জবদগী ঐনা ভাগবত সপ্তাহ তৌই অদুগা স্বামীজীনা শ্রীমদ্ভগবদ গীতা পাঠ তৌই। ভাগবত সপ্তাহ লোইবা মতুং নোংমা কোনবদা স্বামীজীগী অপোকপা স্বর্গবাস ওইখি। স্বামীজীনা মহাবলী ঠাকুরগীদা লৈরিঙৈদা নোংমা সন্ধ্যা মতুংদা ঐখোয় খরা মফম অদুদা চৎলম্মী। মাগী কাদা হেক চঙবদা মাগী আত্মা জ্যোতিনা মশা পূম্নমক পূমঙান ঙান্না সাধনা তৌদুনা লৈরম্বদু উখি। থোইদোকপা মঙাল (কিরন) অমনা কোক্কী শরুক্তা ইকোয় কোয়না ঙানবা অদুবুসু উখি। মসিদা ঐখোয় পূম্নমক ইঙক ঙকখি। সাধনাদু লোইরবা তুংদা স্বামীজীনা মরূপ-মপাং পূম্নমক্কা আত্মাতত্ত্বগী মরমদা ৱারী শামিন্নদুনা নুংঙাইনখি।*

**সিদ্ধান্ত জ্যোতিষাচার্য্য পাস তৌবাঃ**

খৃঃ ১৯৫১ দা বেদান্ত আচার্য্য পাস তৌরবা মতুংদা স্বামীজী বেদান্তাচার্য্য অমা ওইনা বেনারস সন্ন্যাসী সংস্কৃত কলেজদা সংস্কৃতকী ওজা ওইদুনা চহী ৬ লোম বিদ্যাদান তৌদুনা লৈখি। স্বামীজী খঙনীংবা তম্নীংবদা অৱাবা পোক্তে, চোকথবা লৈতে, নীংহন্নদে। তম্বগী অপেনবা লৈত্রবা স্বামীজীনা ওজা ওইনা ওইনা ভারতকী গণিত শাস্ত্রবু খঙনীংবদগী জ্যোতিষ শাস্ত্রদা মায় ওনশিন্দুনা সিদ্ধান্ত জ্যোতিষ শাস্ত্র তমখি অদুগা খৃঃ ১৯৫৭ তা সিদ্ধান্ত জ্যোতিষাচার্য্যগী পরীক্ষা পাস তৌখি। চুম্না পাস তৌবতা

নত্তনা মহাক্না বিশ্ববিদ্যালয়গী মকোক ওইখি। পরীক্ষাগী মার্ক ফংবদনা মমাঙগী অতৈ পরীক্ষাদা মীনা ফংনখিবা অদুদগীসু হেন্না মহাক্না ফংখি। মসিগীদমক সনাগী মেদল অনী (অমনা মকোক ওইবগী অমনা হান্নগী রেকোর্দ থুগায়বগী) ফংখি। মেদল অনী অদু ইম্ফালগী ষ্টেট ম্যুজিয়মদা থমখি।

**বিদ্বান সন্ন্যাসীশিংগী গুরু ওইবাঃ**

মখা তাবা ওইনা মতুংদা বেনারস সন্ন্যাসী সংস্কৃত কলেজগী ওজা ওইবা তোক্লগা বেনারসকী গোবিন্দ মঠ-দা লৈদুনা ভারতকী মফম কয়াদগী লাকপা সংস্কৃত বিদ্যার্থী কয়া অমসুং বিদ্যা তম্নীংবশিংবু তাকপী তম্বীদুনা বিদ্যাদান পীদুনা লৈখি। মসিগা লোয়ন-লোয়ননা কাশী অমদি অরাম্নদগী লাকপা বিদ্বান সন্ন্যাসী কয়াগী ধর্ম শাস্ত্রদা লমজিং লমতাকপা গুরু ওইখি। মখোয়দা বেদ, বেদাঙ্গ, ধর্মশাস্ত্র, দর্শন শাস্ত্র, স্মৃতি শাস্ত্র, পুরাণ, ইতিহাসনচিংবা সংস্কৃতকী ফংবা ওম্বা লাইরিক পূম্নমক নিংথীনা য়েংদুনা মমূৎ তানা নৈনবীখি। অসুম্না খঙ-হৈরবা, জ্ঞান লৈরবা, পণ্ডিত ওইরবা সন্ন্যাসীশিং (বিদ্বান সন্ন্যাসীশিং) অদুগী ধর্ম্ম শাস্ত্রদা লমজিং-লমতাকপা গুরু ওইনা খৃঃ ১৯৭১ ফাওবা বেনারসতা লৈখি।

স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি ভারতকী নোংপোক চিদাই, ঙমখৈ মণিপুরদা পোকপনি, মণিপুরদগী হৌখিবনি। বৈরাগ্যনা থৌইনশিল্লকতুনা পোক্লফম লমদম থাদোক্লন্নগা কাশীদা লাকখিবনি। স্বামী মঙ্গল গিরিগী শিষ্য ওইদুনা সন্ন্যাসী ওইখিবনি। বিদ্যার্জন (acquisition of knowledge, acquiring education) দা পূক্লিং লূপখিবনি। জোতিষকীদি প্রকাণ্ড (great, very big, stupendous) বিদ্বান ওইখিবনি। গীতা প্রেস, গোর্খপুরদগী ফোঙবা পঞ্চাঙ্গ (পঞ্জিকা, খূপায়) দা গণিতকী শরুক্কী সম্পাদন মহাক্না তৌখি। মহাক্না তৌরম্বা পঞ্চাঙ্গগী সম্পাদন পোখাখিবদা গীতা প্রেসনা পঞ্চাঙ্গগী প্রকাসনসু অদুম লেপখি। বেদান্তাচার্য্য লোইবা ফাওবা থবায় হকচাং পূক্লিং লূপশীনখি। লাইগী ওইবা হকচাংগী লম্না মরাঙ কায়রবা, থোৎ-নৌরবা, মেঙলবা, নুংশিরবা, থৌজাল হৈরবা গুণনা মাগী সহজ স্বভাব (সহজ— inborn, innate, natural, easily understood, plain; স্বভাব— nature, innate tendency, natural state, temperament) ওইবা পরম শ্রদ্ধেয় (respectable, venerable, trustworthy, reliable) স্বামীজী অধ্যয়ন (study, reading, perusal) গা লোয়ন-লোয়ননা বিদ্যার্থীশিংবু কাশীদা লৈবা সন্ন্যাসী সংস্কৃত কলেজদা অমসুং মদুগী তুংদা গোবিন্দ মঠতা তাকপী-তম্বীখিবনি। আচার্য্য ফাওবা লোইরবগী

মতুংদা মহাক মতম পূম্বদা তাকপী-তম্বীবতদা মতম লেনখি। করিগুম্বা স্কুল অমদা ওজা ওইদুনা তাকপী-তম্বীবা নত্তে, গোবিন্দ মঠকী মশাগী কা অদুমক্তা বিদ্যার্থীশিংবু অয়ুক নুমিদাংবাই পুং ৮ তম্বীখিবনি। কনাগুম্বনা বেদান্ত অমসুং ন্যায়নচিংবা তম্নীংদুনা লাকপদা করিগুম্বদা মহাক্কা য়াদবা অমত্তা লৈখিদবনি। মহাক্কা দর্শন অমসুং ন্যায়গী পবিভাষা (technical words, terminology, definition) শব্দ খুদিংমক দৃষ্টান্ত (example, illustration, instance) গা লোয়ননা ব্যাখা তৌদুনা লায়না খঙবা ঙমহল্লি।

স্বামীজী মহান দার্শনিক অমনি। মপূংফানা থাদোক্লবা সন্ন্যাসীনি, যোগীনি। অচৌবা বিদ্বান আচার্য্যনি। শান্তিগী মঙাল পুবা ব্রহ্মনিষ্ঠ জ্ঞানীনি। ত্যাগী তপস্বনি। দার্শনিকশিংগী মনুংদা শঙ্করগী কেবলাদ্বৈত (কেবল— pure, unmixed, sole, absolute, only, alone, one, this much; অদ্বৈত-- monism, monotheism) বাদীনি, জ্ঞানী ভক্তনি। স্বামীজীনা তৌবা খুদিংদা জীব পানবা কনাবুসু য়েক্ল-ঝাখল থমদে। তাইবঙ পূম্বগী কান্ন-য়াইফবতবু খন্দুনা চৎথৈ। মহাক অশেংবা গুরুনি, বিদ্বান সন্ন্যাসীশিংগী গুরুনি।

**শ্রীমৎ পরমহংস পরিব্রাজকাচার্য্য উপাধি ফংবাঃ**

খৃষ্টগী কুম ১৯৬৮, জানুয়ারী ২৬ তা মশাগী চহী ৯৫ শুবা মতমদা স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিবিগী গুরু শ্রীস্বামী মঙ্গল গিরি নোংগাখি। মহাক লৈখিদ্রবা মতুংদা স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি খৃঃ ১৯৭১ গী দিসেম্বব থাদা বেনারস থাদোক্লুনা ঋষিকেশতা লাকখি অদুগা মফমদুদা লৈবা কৈলাস আশ্রমদা লৈখি। কৈলাস আশ্রম হিমালয়দা লৈবা মমিং চৎলবা আশ্রম অমনি। আশ্রম অসি ভারতকী মতীক মগুণ লৈববা সাধু-সান্ত, পরমহংস পরিব্রাজক, মহা মণ্ডলেশ্বর (supreme ruler, lord of a place, sovereign monarch, great saint) কযাগী লৈফম্লি, থুংফম্লি, তিন্নফম্লি। আশ্রম অসিদা লৈরিবা ঋষি মগুণ অদুনা স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিগী মতীক মগুণবু শীংথাদুনা অমসুং শকখঙদুনা হংস, পরমহংস পরিব্রাজক উপনিষদশিংদা য়াওবিবা ফিবমশিং অদুনা পীবদা য়ারবনি মতীক চারবনি হায়দুনা অমদি মহাক্কা প.ঙথোকখিবা অফবা থবক কয়াগী মহয় ওইনা মঙোন্দা শ্রীমৎ পরমহংস পরিব্রাজকার্য্য হায়বা লেমজনীংঙাই ওইরবা উপাধি অসি খৃঃ ১৯৭২ দা পীদুনা ইকায়খুম্নখি। ঋষিকেশতা মতম খরা লৈরম্লগা খৃঃ ১৯৭৫ দা হরিদ্বারদা লাক্লুনা মফমদুদা শ্রীমৎ পরমহংসগী মরূপ শ্রীমৎ পরমহংস স্বামী ত্রিবেনী পুরী মহারাজনা লিংখৎপা সন্ন্যাস আশ্রমদা লৈখি।

**পোকপা শিবগী মতাংদা স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিঃ**

শ্রীমদ্ভগবত গীতাদা পোকপা শিবগী মতাংদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনগী মফমদা হায়বিখিবা মমল য়াম্লবা বাণী খ্বাইনা খণ্ডনরি। স্বামী যোগেন্দ্রান্দ গিরিনসু পোকপা শিবগী মতাংদা মাগী মশূ চন্দ্রশেখর য়াম্না অণ্ডাং ওইনা লৈখিদবদা ময়াম্লুং শ্রীবিধু সিংহগী মচাইবুংঙো শ্রীভগীরথ সিংহদা ইরকখিবা অৱা-মৈচাক কোক্লবা চিঠিগী ৱারোল অদুদা পোকপা হায়বনা করিনো শিবা হায়বনা করিনো হায়বগী ৱাফম পনখীরকখি। চিঠিগী ৱারোল অদুদগীসু পোকপা শিবগী মরম খণ্ডবা ঙম্মী। থৌদোক অসি শ্রীভগীরথ সিংহগী মফমদদি কাউঙমদ্রবা অমা ওইখি। মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবালগী চেফোঙ "য়েন্নীং" ২১ শুবা মশীং অদুদা শ্রীযুক্ত অহৈবম ভগীরথ সিংহনা "কাউঙমদবা থৌদোক (অহানবা)" হায়না মিংথোনবা ৱারেং অমা ফোঙই। ৱারেং অদুগী ৱারোল মখাদা চপ চানা থমজরি—

**কাউঙমদবা থৌদোক (অহানবা)**

*ঙসিদগী চহী ৪৬ কী মমাঙদা ইশামক্তদা থোকখিবা থৌদোক অমা ঙসি ফাওবা কাউবা লৈতনা নীংশিংলি। ঐগী অপোকপা অমসুং অপোকপীনা অহানবা মশুনুপী অমগী মথংদা মশুনিপা অমা ফংবদা হরাওখিবনা অণ্ডাংগী মপোক-মথা, নুমিৎ পূংফম চুম্না ইরগা স্বামীদা চিঠি থুনা থাখো, ইশুগী মমিং থোল্লকউ হায়খো হায়দুনা স্বামীজীদা চিঠি থাখি। স্বামীজীনা চিঠি হনবিরকপদা অসুম্না ইবিরকখি— ইশুনিপা অমা ফংলে তাবদা নুংঙাই। মহাক্কী মমিংদি মৃতু (শিবা) দগী কনবিবা ঙম্বা কোকথক্তা চন্দ্রদেব (থা কৌবা লাই) না লৈতেংবা ভগবান শ্রীশঙ্করগী মিং লৌরগা চন্দ্রশেখর হায়না মমিং থোল্লু। নখোয় পূম্নমক মাগী যাইফ-মঙ্গল নিজৌ। চিঠি পারগা ময়াম হরাওরদুনা অণ্ডাংগী মমিং চন্দ্রশেখব কৌবে।*

*অণ্ডাংনা য়াম্না নুংশিরকপা মপা-মমা, মপু-মবেনগী শক খণ্ডলক্লবা কাফৈ-কাফৈ চৎপা ঙল্লক্লবা চহী ফারমদাইদা মাইবা, ডাক্তরগী মাঙমক্তদা চন্দ্রশেখর কনবা ঙমদনা লৈখিদ্রে। ইমুং-মনুং অমদি যূম্লোন-কৈরোম্নবা পূম্নমক কপ্ন-লাউনখি। মপুবোক্না মশু কোন্দুনা থাদোকউ য়াদনা লৈখি। ওম্ভোকপা হায়বদুনি অপোকপা মপা-মমা অনীমকসু পায়রম্বা মথূৎকী মণি মাঙখিবগুম তেংথা-নাউওইনা খাঙখি। মতাং অসিদা নীংশিংলকখি স্বামীজীগী চিঠিগী পাউখুম অমসুং করিগীদমক্তা অণ্ডাংগী মমিং চন্দ্রশেখর থোনবিরকপা! পোত্থাফম খণ্ড্রবা থম্মোয়না অৱা-অনা পাউদমখি, ইজখি স্বামীজীদা। স্বামীজীগী মমল য়াম্লবা পাউখুম করিমক্তা কায়দনা থমজরি—*

বারাণসী

তাং ২৬/৭/১৯৬২

শ্রীমান ভগীরথজী!

শুভ নারায়ণ আশীর্ব্বাদ।

নহাক্লা থারকপা লুপা ৫ ফংলে। থারকপগী মরমসু খঙলে। নহাক্লা ইরকপা পাউ য়েংলগা ঐসু য়াম্না নুংঙাইতে, পুক্নিংদা অরা-অনা পোকই। মসি পুম্নমক ওইরবসু মহাক্কীদমক অতোপ্পা উপায় অমা লৈতবা মরমদদি ঐখোয়না অরাবা নুংঙাইতবা পুম্নমক খাঙদুনা লৈবা তাই। হৌজিক ঐখোয়না তৌগদবা হায়ববু মহাক অথোইবা গতিবু ফংজসনু হায়দুনা পরমাত্মাগী শ্রীচরণদা প্রার্থনা তৌজবা অসিতনি। মরম অসিনা মহাক্কী সদ্‌গতিগীদমক ঐহাক শ্রী বিশ্বনাথজীগী চরণদা প্রার্থনা তৌরি।

নহাকসু থোইনা রারুবা তৌগনু। সংসার অসিদা পোক্লিবা জীবশিং অসি মহাক মহাক্লা তৌজবা কর্ম্মগী মতুংইন্না পোকপা ঙাক্তনি হায়না শাস্ত্রনা তাক্লি। কর্ম্মগী মতুংইন্না মহাক্লা লৈগদবা নুমিৎ খরদং অদু লৈরগা শোযদনা চৎখিদৌবা ঙাক্তনি। অমর ওইদুনা লৈগদবা মী অমতা লৈতে। পোক্লবদি শোয়দনা শিগদবনি হায়বা নিয়ম অসি কায়বা লৈতে। মসি পুম্নমক্কী মরমদা খঙ্জিল্লুরবদি থোইনা রাফামসু থোক্তে।

পোকপা শিবা কদাইবু কৌবগে হায়বসিসু খঙবনা চুমই। জীবাত্মাদি পোকপা শিবা নাইবা নত্তে, মহাক্তি লেঙ্‌দনা লৈবা পোৎ অমনি। অদুম্নদি ওইরবদা মহাক্লা তৌবা কর্ম্মগী মতুংইন্না করিগুম্বা শরীর (হকচাং) অমা মরী লৈনববু পোকপা হায়না কৌই অদুগা মরী থাদোকপবু শিবা হায়না কৌই। মরম অসিনা চন্দ্রশেখর পোকসু পোক্তে, শিসু শিদে। পোকপা শিবদি চন্দ্রশেখরগী হকচাংদনি। মরম অসিদগী চন্দ্রশেখরগীদমক থোইনা রারুগনু। মহাক্লা তৌবা কর্ম্মগী মতুংইন্না সংসার অসিদা নহাক্কী নচা ওইনা লাক্লম্মী অমসুং নহাক্কী ননাক্তা নুমিৎ খবদং লৈরমই হায়বা রা অসি লৌরগা মহাক্কী সদ্‌গতিগীদমক নখোয় পুম্নমকসু শ্রীপবমাত্মাগী চরণদা প্রার্থনা তৌঃ মসি নত্তনা অতোপ্পা উপায় লৈতে। অদুগা মহাক্কী হকচাং অদুগী মবমদসু রাফম থোক্তে। মরমদি হকচাং অসি পঞ্চভূতনা শাবনি। পঞ্চভূতকী হকচাংদি ঐখোঈ নখোঈ পুম্নমক্কীসু নোংমা শোইদনা শিগদবনি। মরম অসিদগী ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা খ্বায়দগী অহানবদা গীতাদা অর্জ্জুনবু মসিগী মরমদা উপদেশ পী—

অশোচ্যানন্বশোচস্ত্বং প্রজ্ঞাবাদাংশ্চ ভাষসে।

গতাসূনগতাসূংশ্চ নানুশোচন্তি পণ্ডিতাঃ।। ২/১১

হে অর্জ্জুন! নহাক রাফম থোক্তবা ভীষ্ম দ্রোণনচিংবগী মরমদা অরেম্বদা রারি অদুগা জ্ঞান লৈবা মীশিংগী মতৌগুম্নসু রা হাঈরি। অওইবমক্তি নহাক জ্ঞান লৈবা মী নত্তে। মরমদি

*জ্ঞান লৈবা মীশিংদি শিথ্রবা অমসুং চঙলিবা মীশিংগী মরমদা ব্রাবা তৌদে।*

*ন জায়তে প্রিয়তেবা কদাচিননায়ং ভূর্ত্বভবিতাবা ন ভূয়ঃ।*

*অজো নিত্যঃ শাশ্বতোহয়ং পুরাণো ন হন্যতে হন্যমানে শরীরে।। ২/২০*

*জীবাত্মা অসি করিগুম্বা মতমদসু পোক্তে, শিসু শিদে, পোক্লগা মতুংদা লৈরোইদবা পোৎসু নত্তে। জীবাত্মা অসি পোকপা লৈতবা অমসুং লেঙদনা লৈবা পোৎ অমনি। মরম অসিদগী হকচাং অসিগী হাৎপদা জীবাত্মা হাৎপা য়াবা পোৎ নত্তে। অসিনচিংবা...। মরম অসিনা নখোঙ্গী মাগী মরমদা থোইনা ব্রারুগনু।*

*নহাক্না পান্নবদি মহাক্কী জন্মকোষ্ঠী অমসুং ফোটো ঐগী নাক্তা থারকউ। ঐহাক মহাক্কীদমক গঙ্গাজীদা পোৎ অনী অদু বিসর্জ্জন তৌবিগনি অদুগা নহাক্না থারকপা লুপা অদুদা খরা হাপচিল্লগা মহাক্কীদমক শ্রীবিশ্বনাথজীগী অভিষেক তৌহনগনি। ঐসু মফম অসিদা হরিদ্বাবদগী লাকপা নুমিৎ তবানিমুক্তা ঙাইরি। তাদ-ইচে, ইতৈমনচিংবা পুম্নমক্তসু ঐনা ইরিবা ব্রারম পুম্নমক তাহল্লগা থোইনা ব্রারুগনু হাঙ্গনা নঙনা হাঙ্গয়ু।*

*যোগেন্দ্রানন্দ*

*পরম পূজনীয় স্বামীজীগী মফমদা অচেৎপা শ্রদ্ধা লৈজবা মরম্না ইবিরকখিবা চিঠি অসি ওহ্লোক্না মমল য়ামখ্রে। চহী খরগী তুংদা নহাক মথং মথং চহী অহুম/মরিদি কায়নবগী অব্রা-মৈশা লাংলগনি খঙ্বিদুনা মাঙজৌননা আত্মা জ্ঞানগী মরিক খরদং ফংহনহৌদবা য়াদে খনবিদুনা তোল্লবদা কৃপা পীবিরকপনি লৌজে। মতৌ অসিগুম্না কাউবা য়াদবা থৌদোক কয়ামুক লৈরি মতাং চাবদা ফোঙদোকচনিংই।*

**"অদ্বৈতরত্নরক্ষণম"গী হিন্দী অনুবাদঃ**

অদ্বৈতরত্নরক্ষণম সংস্কৃত লোলদা ইবা থোইদোক হেন্দোক্লা ফজখ্রবা স্বামী মধুসূদন সরস্বতীনা ইবা লাইরিক অমনি। অদ্বৈত ব্রহ্মবাদ ঙাকশেন্নবা ইবনি। লাইরিক অসি মমিং য়াম্না চৎলি। অদুবু লুরিবদি মসি পাবদা ভাব তাবা পাক হেক ঙম্নদে, অর্থ ফুমদুনা থম্মী। ফুমদুনা থল্লিবা অর্থদুসু য়াম্না লুই। সংস্কৃত লোল নিংথীনা খঙদবা অমসুং নুংগী অর্থ করিনো খঙদবা মীনা পাক হেক পাবা ঙম্বা নত্তে। ইরিবা লোল অরায়বা নত্তে, তর্কগী ভাষানি। সংস্কৃত খঙবা অদ্বৈতবাদ নৈনবা মীওই কয়ানা মসি পাবা থোক্লবসু নুংগী ব্রাহম্লোক অথূপ্পা ব্রা খঙদবনা মসিগী রস নিংথীনা লৌশিনবা ঙম্নদে। অদুনা মমূৎ তানা খঙবদা অব্রাৎপা অমা লৈরে। লাইরিক অসি স্বামী যোগেন্দ্রানন্দনা হিন্দীদা হন্দোক্লুনা ফোঙলকপদগীদি হিন্দী খঙবা অদ্বৈতবাদীশিংগীদি অব্রাবা অমা লৈরম্বদু কোকখ্রে। স্বামীজীগী অনুবাদ ব্রাহে-ব্রাতা চম্মী, চঙখোল্লি, ফজে, পাবদা

অর্থ নৌশিনবা ঙম্মে। অদ্বৈত নৈনবা মীওই কয়াগীদি স্বামীজীগী অনুবাদ অসি ওম্থোক্লা কান্নপ্রবা লাইরিক অমা ওইরে। স্বামীজীনা পুথোরক্লিবা অসিনা ভারততা লাইরিক অসিগী অহানবা অনুবাদনি। অসিগুম্বা অচৌবা থৌদাং অমা পাঙথোকপসি কনাগুম্বা অমনা পাক হেক ঙমগদবা নত্তে। মহাক্কুম্বা বিদ্বানতনা ঙম্বনি। মহাক্কুম্বদি কনা নৈতবনা মহাক্তনা ঙম্বনি, মহাক্তি বেদান্ত মমূৎ তানা খঙবনি, সংস্কৃত পণ্ডিতনি, হিন্দী লোল ফজনা খঙবনি। মরম অদুনা মহাক্লা লাইরিক অসি হিন্দীদা অনুবাদ তৌবা ঙম্বনি। হিন্দীদা হন্দোক্লবা লাইরিক অসি ভারতকী বিশ্ববিদ্যালয় কয়াদা তেক্সবূক ওইনা তম্নখি। শ্রীমৎ পরমহংস যোগেন্দ্রানন্দ মতম খরা সন্ন্যাস আশ্রমদা মহাক্কী তীর্থ যাত্রগী ধর্ম্ম খোঙচৎ লেপ্পগা ঈংনা-চীক্লা পোখাখি। পোখরিঙৈ মতমসিদা মহাক্লা লাইরিক অসি হিন্দীদা অনুবাদ তৌবনি। শ্রীমধুসূদন সরস্বতী জ্ঞানী ভক্তনি। স্বামী যোগেন্দ্রানন্দনা খ্বাইদগী পামজবা আদর্শ অমা ওইনা শ্রীমধুসূদন্দগী প্রেরণা (inspiration, urge, impulse, drive) লৌই হায়বসি মাগী ইথোরকপা (দর্শন) অয়াম্বদা মমি তাবদগী উবা ফংই। শ্রীশঙ্কর মিশ্র কৌবা অদ্বৈতবাদ য়াদবা অমনা খোযরাং-খোয়শাউবগা লোয়ননা অদ্বৈতবাদকী মায়োক্তা সমালোচনা তৌবগা লোযননা নমথাক্কী তর্ক কয়ামরুম খোমজীল্লগা "ভেদ রত্ন" কৌবা লাইরিক অমা ফোঙদুনা অদ্বৈতবাদপু লান্না উহন্নবা হোৎনখি। শ্রীশঙ্কর মিশ্রগী "ভেদরত্ন" অসিগী প্রতিবাদ (প্রোতেষ্ট) ওইনা অদ্বৈতবাদকী মায়োক্তা ঙাঙলকপা পূন্নমক্কী পাউখুম পীদুনা অদ্বৈত ব্রহ্মবাদ ঙাক্লবগীদমক শম্বলগী মশক ওইনা স্বামী মধুসূদন সরস্বতীনা থোইদোক্লা ফাওরবা মমিং চৎলবা মাগী লাইরিক "অদ্বৈত রত্ন রক্ষণম" ফোঙদুনা শেংদোক শেংজিন তৌবনি। অদ্বৈতবাদীশিংগীদমক্তি মসি মণিগী মশক ওইরবা লাইরিক্লি। অসুক্কী মতীক তঙায় ফদ্রবা লাইরিক অসি নব্যন্যায়গী অরুবা অথূপ্পা লোলদা ইখিবনা অমসুং সংস্কৃত লোলদা ওইখিবনা সংস্কৃত বিদ্বান খরা নত্তনদি অতৈনা পাক হেক খঙনদে। অদুগীসু মথক্তা নব্যন্যায়গী লোলদা ইবা অরাংবা থাক্কী দার্শনিক্কী গ্রন্থ ওইবনা হৌজিক্কী সধারণ বিদ্বানশিংনা লাইরিক অসিগী মহাও অমৃত থকপা ঙম্নদে। ঙসি ফাওবদা কনা অমত্তনা লাইরিক অসি হিন্দী নৎত্রগা ইংলিস নৎত্রগা ভারতকী লোল অমদা হন্দোক্তুনা সংস্কৃত মপূং ফানা খঙদবশিংদা পাজবা ঙম্নবা ফোঙদ্রি। খঙনীংবা কাঙবুদা খুদোংচাদবা অমা ইরোয় লোয়নরি। স্বামীজীনা টিকা টিপ্পনী (কমেন্ট) পীবগা লোয়ননা হিন্দীদা অনুবাদ তৌদুনা ফোঙলকপদগীদি খুদোংচাদবা অদু কোকহনবা ঙল্লে। স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি মণিপুরী মচানি, মণিপুরী (মৈতৈলোল)

না মমালোন্নি; হন্দোক্লিবা লাইরিক অসি সংস্কৃত্তা ইবনি, হন্দোকপনা হিন্দীদনি। থাগৎনীংঙাইহ্নি স্বামীজীনা অসিগুম্বা মমল নাইদ্রবা থবক অমা পাঙথোকপিরম্বা। তৌরমদ্রবনি মমাঙদা হিন্দীনা মমালোন ওইবা, সংস্কৃত নিংথীনা খঙবা কনাগুম্বা ভারতকী বিদ্বান অমত্তনা অসিগুম্বা চাউরবা থবক। পূজা তৌফম থোকপনি শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিবু মশানা মশাবু বিদ্বাননি হায়জবশিংনা, অদ্বৈতবাদীশিংনা, খঙফম থোকপনি কনানো হায়বা মহাকপু ধৰ্ম্ম শাস্ত্র নৈনবশিংনা, মীয়াম্না।

শ্রীমধুসূদননা করিগীদমক "অদ্বৈতরত্নরক্ষণম" ইখিবনো, করিগীদমক শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা লাইরিক অসি হিন্দীদা অনুবাদ তৌখিবনো হায়বগী মরম মথক্তা পঞ্জপ্রে। মসিগী মতাংদা ব্রাফম খরা অমুক থমজরি। অদ্বৈত ব্রহ্মবাদ হায়বসি উপনিষদকী ওইবা দর্শন অমনি। মসিবু পাক চাউনা শন্দোক্লম্বদি আদি গুরু শঙ্করাচার্য্যনি। মহাক্কী মতুংদা আচার্য্য অমদি বিদ্বান কয়ানা মথং মথং লেপ্পা লৈতনা অদ্বৈত ব্রহ্মবাদ ঙাকশেন্দুনা থম্লকখি অমসুং শন্দোরকখি। মতীক চারবা লাইরিক কয়া ইদুনা অদ্বৈত বেদান্তগী পূক্কে হেংগৎহনখি। অনৌবা পুথোরক্লিবা অদ্বৈত বেদান্তগী লাইরিকশিংবু নব্যবেদান্ত হায়না কৌনৈ। মসিগী লময়ানবা লমজিংবা বিদ্বান আচার্য্যদি মহাকবি শ্রীহর্ষনি। মহাক্না "খণ্ডণ খণ্ড খাদ্য" হায়বা লাইরিক ইদুনা তুংদা লাকপা আচার্য্যশিংগী পূক্লিং-ব্রাখল চিংশিনখি। শ্রীহর্ষগী লাইরিক অসি অদ্বৈত বেদান্তগী য়াম্না মগুণ লৈরবা লাইরিকনি। লাইরিক অসিগী মায়োক্তা শ্রীশঙ্কব মিশ্র কৌবা ভারতকী ফাওববা নৈয়ায়িক (লোজিসিযান) দার্শনিক বিদ্বান ভেদবাদী অমনা সমালোচনা তৌদুনা অমসুং অদ্বৈতবাদ (মোনিজম; মোনোথৈজম) কী মায়োক্তা "ভেদরত্ন" কৌবা লাইরিক অমা পুথোক্লুনা অদ্বৈত বেদান্তগী সিদ্ধান্ত কয়াবু শেমজিন শাজিনবা তর্কনা কক্লুনা ওইদবা প্রচার তৌরকখি। শ্রীশঙ্কর মিশ্রনা দ্বৈতবাদ (দুয়েলিজম) পু শৌগৎখি। মতমদুদা দ্বৈতবাদী বৈষ্ণবশিংগী চাউরবা ঈহৌ অমা লৈখি অদুগা মখোয়না "ভেদ রত্ন" বু শৌগৎখি। অসিগুম্বা ফিবম অসিদনি শ্রীমধুসূদন সরস্বতীনা "অদ্বৈতরত্নরক্ষণম" ইখিবা। শ্রীমধুসূদন সবস্বতীগী লাইরিক অসি থোইদোক হেন্দোক্লা মগুণ লৈজদুনসু অৱাংবা থাক্কী বিদ্বানশিং নত্তনা অতৈনদি পাক হেক মসিগী রস লৌশিনবা ঙমদবদু শ্রীমৎ পরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা হিন্দীনা অনুবাদ তৌবদগীদি মসিগী মহাও রস ফজনা লৌশিনবা ঙম্লরে। অসিগুম্বা ওস্থোক্লা চাউরবা থৌদাং অমা লৌবিখিবা অমসুং থৌদাংদুবু পাঙথোকপীরম্বগীদমক্তা শ্রীযোগেন্দ্রানন্দ গিবিবু বেদান্তগী বিদ্বান কয়ানা ইকায়খুম্নখি থাগৎনখি। শ্রীস্বামীজীনা লাইরিক অসি হিন্দীদা অনুবাদ তৌরম্বসিনা ভারতকী মফম

কয়াদা মহাক্কী মিং খঙনরি অদুগা মহাক অসি বেদ-শাস্ত্রদা কদায় য়ৌনা খঙজিনবগে হায়বদুসু খঙবা ঙম্নরি।

**শ্রীশ্রীমঙ্গল আশ্রম লিংখৎপাঃ**

শ্রীমৎ পরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা মাগী গুরু শ্রীস্বামী মঙ্গল গিরিগী মিংদা আশ্রম অমা কৎকে নীংখি। মহাক্না নীংজখিবা অদু পরমেশ্বরগী থৌজালদগী মহাকপু নুংশিজবা অমসুং লুনা তৌজবা ভারতকী মফম কয়াদা লৈবা শিষ্যশিং, অতৈ সহায়কশিং অমসুং পূকচেল চাউরবা ভদ্রলোক কয়াগী মতেংদগী হরিদ্বারগী কনখল, সন্ন্যাস মার্গদা লম লৈদুনা আশ্রম শাবা ঙমজখি। অসুম্না শারবা আশ্রম অদু খৃঃ ১৯৮২ গী মার্চ থাগী তাং ১ দা শঙ্গাখি। আশ্রম অসি শ্রীশ্রী মঙ্গল আশ্রম হায়না মাগী গুরু শ্রীমঙ্গল গিরিগী মিংদা মমিং থোনখি। নিংথীনা চঙখোন্না শারবা আশ্রমনি। তীর্থ লাকপা মীওইশিং মরুওইনা মণিপুরদগী লাকপশিংনা হরিদ্বারদা লাকপদা থুংফম লৈফমগী মতাংদা অৱাবা খুদোংচাদবা কয়া থেংনবদু স্বামী যোগেন্দ্রানন্দনা খঙবীখি। মদু কোক্লনবা ধর্মশালা অমা শাবা পামখি। ধর্মশালা শাননবা শ্রীমঙ্গল আশ্রমগা হেক তাইনবা মনীংমক্তদা স্কোয়ার ফীৎ ১৫০০ রোম চাউবা লম অমসু লৈরগা থম্বীরমখি। স্বামী মঙ্গল গিরিগা স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিগা লৈনবা মরীদি গুরু-শিষ্যগী অচেৎপা পরমপরাগী মরীনি। শ্রীমঙ্গল গিরিনা যোগেন্দ্রানন্দবু শিষ্য ওইনা ফংজবা অদুগা যোগেন্দ্রানন্দনা শ্রীমঙ্গলবু গুরু ওইনা ফংজবদি অশেংবা গুরু অমনা অশেংবা শিষ্য অমা ফংজবা অদুগা অশেংবা শিষ্য অমনা অশেংবা গুরু অমা ফংজবনি। শ্রীকৃষ্ণনা সন্দিপানিবু, কাবিরনা রামানন্দ স্বামীবু, নরেন্দ্র দত্ত (বিবেকানন্দ) না শ্রীরাম কৃষ্ণ পরমহংসবু, ছত্রপতি শিবাজিনা স্বামী রামদাসজীবু মখোয় মখোয়গী গুরু ওইনা ফংজবা অদুগা গুরুশিং অদুনসু মখোয়বু মখোয়গী শিষ্য ওইনা ফংজবা অদুমক্তি শ্রীমঙ্গলগা শ্রীযোগেন্দ্রানন্দগা লৈনবা মরীদি। স্বামী মঙ্গল গিরিনা লমজিং-লমতাকপিদুনা যোগেন্দ্রানন্দবু মানা পামজবা পম্ভুংফম যৌহনবীদুনা অশেংবা গুরু অমনি হায়বদু শেংনা উৎখি অদুগা শ্রীযোগেন্দ্রানন্দ গিরিনসু ভক্তি প্রেমগা লোয়ননা গুরুগী পাউতাক কয়া থবক ওইনা পাঙথোক্নুনা অশেংবা শিষ্য অমনি হায়বদু শেংনা উংখি। কনখলদা মাগী গুরুগী মিংদা শ্রীমঙ্গল আশ্রম লিংখৎপা, অদ্বৈত রত্নরক্ষণম অনুবাদ তৌবদা মাগী গুরুবু ভক্তি কৎচবা অমসুং মাগী গুরুদা অনুবাদ লাইরিক্তু কখোকচদুনা ফোঙবা অসিমক মাগী গুরুবু অসি য়ৌনা নীংজৈ, গুরুদা ভক্তি লৈ হায়বা তশেংনা তাক্লবনি।

**গুরু ভক্তি লৈবা স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিঃ**

স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি কয়ামুক য়াম্না গুরু ভক্তি লৈবগে হায়বা মথন্তা উৎপ্রে। গুরুগী য়াথং পাঙথোকপা মহাক্কী তৌদবা য়াদবা মথৌ ওইখি হায়বা থৌদোক কয়া লৈপ্রে। গুরুনা তাকপা পাউতাক মতুংইন্না থৌরম কয়া পাঙথোকপ্রে। গুরুগী মিংদা আশ্রম অমা লিংখৎপ্রে। গুরুগী মফমদা কখোকচদুনা "অদ্বৈত রত্নরক্ষণম" হায়বা সংস্কৃত লাইবিক হিন্দীদা অনুবাদ তৌদুনা পুথোকপ্রে। লাইরিক অসিগী অনুবাদ তৌবকপদা স্বামী মশাগী ওইবা শ্লোক মরি অরোইবদা শ্লোক অনী য়াওরি। সংস্কৃততা ইবনি। মণিপুরী ব্রাহস্থোকতি মখাগী অসিনি—

অহানবা শ্লোক— থম্মোয়গী থম্বাল ময়ায়দা ঙান্দুনা লৈরিবা মঙোন্দগী তোপ্পা করিগুম্বা অমত্তা লৈতবা অসিনি অদুদি, হায়না খক য়াদবা হরি অমসুং হরগী উপাসনাগী বিধি, সাধন তৌরক্লগা নিয়ম চুম্না যোগ তৌববা যোগীশিংনা ধ্যান্না মরম ওইদুনা ফংলুগদবা ওইবা পোকপা-শিবগী মশক ওইবা মরক খল্লিবা অজ্ঞানগী ফক্লাংবু মাঙহনবা সৎ অমসুং চিৎনা মশাগী লেঙদবা স্বরূপ ওইবা মবোল পূম্নমক্কী হৌরকফম মরু ওইরিবা চেতন স্বরূপ ব্রহ্মবু ঈরাৎচরি।

অনীশুবা শ্লোক— মহাক অদুগী থৌজালগী মীৎয়েংনা চানবীদুনা বেদান্ত শাস্ত্রবু খঙজবকখিবা মঙ্গলগী মশক ওইরবা ঐগী সদগুরুদেব শ্রীমঙ্গল গিবিবু ঐনা খুরুমজবি।

অহুমশুবা শ্লোক— লাইরিক অসিনা কয়াগী মতীক খঙবদা অরুবা শাস্ত্র ওইরিবা অদুগা ঐগী বুদ্ধিনা কয়াগী মতীক থেল্লিবা (করম্না লাইরিক অসি হন্দোকপা মতীক চাবা ওইগদৌরি)। অদুম ওইনমক মতীক চাদ্রবসু মসিবু তৌনীংবগী থৌরাংবা কল্লা লৈরি। ঐগী পূক্নিং অসি পেঞ্জনবগীদমক্তা অনুবাদ অসি তৌজবনি।

মরিশুবা শ্লোক— ঐগী মতীক মপা চাদ্রবা থৌরাং অসিদা বিদ্বানশিংনা ঙাকপীবমক ওইসনু মরমদি ঙাকপিহৈবা হায়বসিনা সৎপুরুষশিংগীদি ফজবা লৈতেংনি।

লাইরিক অসিগী অবোইবদা স্বামীনা সংস্কৃততা শ্লোক অনী পীদুনা গুরুদা কখোক্লগা অসুম্না লোইশিল্লি (মণিপুরী ব্রাহস্থোক মখাদা পীজরি)—

অহানবা শ্লোক— স্বামী মঙ্গল গিরিদা গুরু ওইজবা শিষ্য যোগেন্দ্রানন্দনা শকাব্দ ১৮৯২ দা (অদ্বৈত বত্ন রক্ষণম কৌবা লাইরিক অসি) অনুবাদ তৌবা লোইজবে।

অনীশুবা শ্লোক— ঐনা নোঞ্জনা ভক্তি ভাবনাগা লোয়ননা গুরুদেবনা পেনবীরসনু হায়না চরণ থম্বাল অনীদা লাইরিক অসি কখোকচরি।

অসুম্না 'অদ্বৈত রত্ন রক্ষণম" বু হিন্দীদা অনুবাদ তৌবদা হৌবকপদা অমসুং

লোইরকপদা ইরিবা শ্লোকশিং অসিদগীসু স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ কয়া য়াম্না গুরুভক্তি লৈবগে হায়বদু খঙবা ঙম্মী।

**ইরম্বা লাইরিকশিংঃ**

স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ শক্লাইরবা অইবা অমনি। মহাক্না ইবা লাইরিকশিংদি—(১) ভক্তিগী লম্বী, (২) কর্ম্মগী লম্বী, (৩) জ্ঞানগী লম্বী, (৪) ধ্যানগী লম্বী, (৫) ব্রহ্মচর্য্য, (৬) পঞ্চরত্ন, (৭) অমৃতবাণী (অহানবা অমসুং অনীশুবা শরুক), (৮) শ্রীমদ্ভগবত গীতা, (৯) অদ্বৈত রত্ন রক্ষণম (হিন্দী অনুবাদ) অমসুং (১০) অদ্বৈত সিদ্ধি (হিন্দী অনুবাদ) অসিনি।

শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা হিংলিঙৈগী অহানবা মতমদদি মণিপুরদা মহাকপু ইমুং-মনুং, মরী-মতা অমসুং খঙন-চান্নবা অখন্নবা মীওই খরতনা খঙলম্মী। ময়ূম থাদোক্তুনা কাশীদা চৎপ্রে; সন্ন্যাসী ওইপ্রে; বেদ, বেদান্ত অমদি ধর্ম শাস্ত্র কয়া মমূৎ তানা খঙলে; সিদ্ধান্ত জ্যোতিষ আচার্য্য পরীক্ষাদা মকোক ওইরে, মার্ক ফংবদা মানা মহেল্লে অসিনচিংবা কয়া মণিপুরদা শরাশন্না সেগাক কায়না খঙনখিদে। করিমুক হায়রুনি ফংঙমদ্রবা, লেমজনীংঙাই ওইরবা, মণিপুরগী মীওই কনা অমত্তনা মমাঙদা ফংখিদ্রিবা মতুংদসু পাক হেক ফংবা ঙন্নরোইদবা ভারতকী মমিং চৎলবা বিদ্বান সন্ন্যাসী কয়ানসু ফংঙমদ্রবা অখন্নবা খরতনা ফংখিবা শ্রীমৎ পরমহং হায়বা উপাধি অসি ফংবা ফাওবদসু মণিপুরদা ম্বা লাউনা খঙনখিদে। মহাকপু ইরমদম মণিপুরদা খরা হেন্না খঙনরকপসি খৃষ্টগী কুম ১৯৭৭ তা মানা ইবা 'ভক্তিগী লম্বী" হায়বা লাইরিক অসি জ্ঞান মন্দির, ইম্ফালনা ফোঙলকপদগীনি। লাইরিক অসিদা ভক্তিগী মহিমা, ভক্তি কদায়বু কৌই, ভক্তি মখল অসিনচিংবা কয়াগী মতাংদা গীতা, ভগবতম অমসুং অতৈ শাস্ত্র কয়াদগী লৌথোরকপা শ্লোক কয়া রিফরেন্স পীদুনা মমূৎ তানা ইরি। মসি পারগা স্বামীজীসি ধর্মশাস্ত্রগী অমসুং আধ্যাত্মিক্কী লমদা কদায় য়ৌনা খঙবগে, থিজিনবগে, নৈনবগে খঙবা ঙম্মী। লোয়ননা মহাক করম্বা মখলগী মীশক্লো হায়বদুসু খঙবা ঙম্মী। মখা তাবা ওইনা জ্ঞানগী লম্বী, কর্ম্মগী লম্বী, ব্রহ্মচর্য্য, অবতারগী অথূপ্পা ম্বা, শ্রীমদ্ভগবত গীতা (অহানবদা অধ্যায় ১-৪, অধ্যায় ৫-৮, অধ্যায় ৯-১২ অমসুং অধ্যায় ১৩-১৮, কোম্না অধ্যায় ১-১৮ গী অপূনবা), পঞ্চ রত্ন (কর্ম্মগী লম্বীদগী লৌথোরকপা), ধ্যানগী লম্বী, অমৃত বাণী অহানবা শরুক, অমৃত বাণী অনীশুবা শরুক হায়রিবা লাইরিকশিং অসি "জ্ঞান মন্দির", ইম্ফালনা মথং মথং ফোঙলকপদগীদি পাক চাউনা মহাক্কী মিং তানরে অদুগা লাইরিকশিং অদুনা মীওই

কয়াদা ওাল্লবা তত্ত্বজ্ঞানগী মৈরা ওইরে। মহাক্কী লাইরিকশিংনা ধর্মগী লম্বীদা লম্যুক্লরবা মণিপুরী মচা কয়াবু আধ্যাত্মিক্কী অচুম্বা লম্বীদা পুশিনবদা মতেং ওইরি, লৌশিংগী মণ্ডাল পীবিরি। মসিমক আধ্যাত্মিক্কী লমদা মহাক্কী চাউরবা অবদান অমনি। লাম্না লৌনরম্বা অমসুং থাজনরম্বা, করিনো খণ্ডদনা মীনা তৌই হায়দুনা অদুম পংতৌ তৌনবা অথূপ্পা নুংগী থাদি খণ্ডদবা থৌরম কয়া অমসু মহাক্কী লাইরিক্তা অচুম্বা খণ্ডহনবীরি। খুদম ওইনা "কর্ম্মগী লম্বী" হায়বা লাইরিক্তা শোরাৎ শোনবা, লুগুণ থাংবা, তর্পন কৎপা অসিনচিংবা কয়া করিগী তৌরিবনো হায়বা থাহংগী পাউখুমশিং বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা লায়না তাকপিরি। মসিমক ঐখোয়গী য়াম্না লাইবক ফবনি। মফম মরাং খণ্ডদনা, পাউখুম পীফম খণ্ডদনা লৈরম্বা থাহং কয়া মহাক্কী লাইরিকশিংদা পাউখুম পীনবা মচাক কয়ামরুন য়াওরবা বেদ-শাস্ত্রগী শ্লোক কয়া রিফরেন্স ওইনা খনগৎ-খনগত্তুনা মতাং চানা হাপচিল্লি। মতাং চানা শ্লোক কয়ামরুম য়াওনা ইবা লাইরিকশিংনি। অসুম্না স্বামীজীগী পুন্সিগী সন্ধ্যা ওইরকপদা মৈতৈলোন্দা মমল য়াম্নবা লাইরিক কয়ামরুম ইবীরম্বা অসিনা তুংগী মীরোলনা শ্রীমৎ পরমহংসগী মতীক মগুণ শোন্নহৌরগনি। মাগী মার খোঙ্গুন লীনরকখিনি। মহাক্কী লাইরিক খুদিংমক থোইদোক্লা শীংথাবা য়ারবা ওাক্তনি। মহাক্কী অপাম্বা মতুংইন্না "জ্ঞান মন্দির" কৌবা সংস্থান অমা লিংখত্তুনা মাগী লাইরিকশিং ফোঙই। শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দনা পাওথোক্লম্বা অচৌবা থবক অমনা শ্রীমদ্ভগবত গীতা মণিপুরী লোলদা পুথোক্লম্বা অসিনি। স্বামীজীগী ভগবত গীতা ভারততা ফোওনরিবা গীতাশিংগী মনুংদা তোপ-তোপ্পনি। অথূপ্পা থা য়াওরবা, নিংথীনা অমদি চণ্ডখোন্না অনুবাদ তৌরবা লাইরিক্নি। স্বামীজীগী থোইদোক হেন্দোক্লা শীংথাবা য়াবা লাইরিক অমনা শ্রীস্বামী মধুসূদন সরস্বতীগী সংস্কৃত লোলদা ইবা "অদ্বৈত রত্ন রক্ষণম" গী হিন্দী অনুবাদ অসিনি। (করম্বা মখলগী লাইরিক্লো মথক্তা পঞ্জখ্রে)। মসিদসু নত্তনা স্বামীজীনা শ্রীমধুসূদনগী "অদ্বৈত সিদ্ধি" হায়বা লাইরিক অদুসু হিন্দীদা অনুবাদ তৌখ্রবনি।

অদ্বৈত সিদ্ধি— অদ্বৈত বেদান্তগী খ্বাইদগী থাংবা অমসুং খ্বাইদগী থোইবা "বৃহৎপ্রস্থান ত্রয়" হায়না খণ্ডনবা লাইরিক অহুমগী মনুংদা অমনি। শ্রীহর্ষগী খণ্ডন খণ্ড খাদ্য, চিৎসুখাচার্য্যগী তত্ত্বপ্রদীপিকা (চিৎসুখী) অমসুং শ্রীমধুসূদনগী অদ্বৈত সিদ্ধি অহুম অসিবু বৃহৎপ্রস্থান ত্রয় (বৃহৎ— large, great, immense, vast, huge, stupendous, big, long, tall; প্রস্থান— marching out, setting out; ত্রয়— consisting of three, three fold, triple) হায়না কৌনৈ। আচার্য্য প্রবর (best,

chief, eminent, excellent) শ্রীমৎপরমহংস পরিব্রাজকাচার্য্য স্বামী মধুসূদন সরস্বতী মহান দার্শনিক অসিগী বুদ্ধিগী চমৎকার (wonderful, surprising, charming, amazingly) বিচারদা মতোম্লোম্বা, কল্পনা শক্তিদা চাংদম্লীংঙাই লৈতবা, পূকচেল চাউবা থম্মোয় ওইবতা নত্তনা মসিগী প্রতিপাদন (ascertaining, proving, informing, accomplishing, performing, demonstration, verification) শৈলী (style, technique, character, method, nature) দা থোৎপা, মেঙবা অমসুং অশেংবা ওই। লাইরিক অসিগী হিন্দী টীকা (commentary, explanation, annotation, notes) খরা পুথোক্লম্রে। খরা অদুদি শ্রীবন্ধচারী রামেশ্বরদত্ত শর্মানা ইবা সরলা টীকা, শ্রীমৎ স্বামী যোগীন্দ্রানন্দ উদাসীন্না ইবা ন্যায়মৃতদ্বৈত সিদ্ধি, শ্রীগোকুলধাম (কনখল, হরিদ্বার) দা ফোঙবা সত্যানন্দ প্রকো খিকা টীকানি। মহান দার্শনিক অসিগী অদ্বৈত সিদ্ধিগী পদার্থ (substance, instrinsic worth, meaning, category, matter) শিংবু মীপূম তিংনা খঙননবগী পান্দমদা স্বামী যোগেন্দানন্দ গিরিনা হিন্দীদা অথূপ্পা ৱা য়াওনা চঙখোল্লবা অনুবাদ তৌবীরম্মী। অনুবাদকী লাইরিক অসি দেব নারায়ণ পুরীনা এপ্রিল ৩০, ২০০৬ ইংদা হরিদ্বারদা ফোঙদুনা পুথোকপিখ্রে।

"জ্ঞান মন্দির" ইম্ফালনা মণিপুরীদা বুকলেৎ ওইনা পুথোকপা স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিগী লাইরিক অমনা "বেদান্তগী মিথ্যা ৱাহৈগী অর্থ তাকপা" অসিনি। বুকলেৎ অসিদা "অদ্বৈত বেদান্ত ধারাদ স্বামী যোগেন্দ্রানন্দজী" হায়বা শ্রীমোইরাংথেম নিংথেমজাও সিংহগী ৱাবেং অমসুং য়াওই। "বেদান্তগী মিথ্যা ৱাহৈগী অর্থ তাকপা" হাযবা ৱারেং অসি খৃঃ কুম ১৯৮৮ দা থোকখিবা কুম্ভমেলা অমদা ভারতকী শক্লাইববা সন্ন্যাসীশিং অমসুং মহাত্মাশিংনা ফোঙবা লাইরিক অমদা য়াওবনি। শ্রীমৎ পরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দনা সংস্কৃত অমসুং হিন্দী লোলদা ইদুনা থম্মীবম্বা ৱারেং অসি মৈতৈলোলদা ব্রহ্মচারী যোগ চৈতন্য বেদান্ত আচার্য্যনা হন্দোকপনি। আধ্যাত্মিকী লমদা খোঙদারিবা সাধকশিংগী ওইনা কান্নবা জ্ঞান ফংহন্নবগীদমক "জ্ঞান মন্দির" না ফোঙবনি। ঙসিগী তঙদু-লৈতানা হিংবা ঙমদ্রবা খুন্নাই অসিদা মীওইবনা পুঞ্জি অসি করিনো, করি তৌফম থোকই, বিশ্ব শান্তি করম্না পুরক্কনি অসিনচিংবা কয়া খঙনীংলবদি স্বামী যোগেন্দ্রানন্দনা ইবীরম্বা লাইরিকশিং পারবদি থম্মোয়গী অমম্বা অমদি অৱাবা কোক্তুনা জ্ঞানগী মঙাল উবা ফংগনি। লাইরিক খরা ইরল্লবা মতুংদা লাইরিক ইবা তোকখ্রে, অয়াম্বা মতমদা সমাধিদা লৈখ্রে, মহাক্কা উনবা ফাওবা অয়াম্বা মতমদা

ফংখিদ্রে। নোংমগী মনুংদা অমুক্তমক মীয়ামগা উনবা ফংখি।

**ইরমদমগী ধর্মগী লম্বীদা পূক্লিং চঙশিল্লক্লবশিংগা মরী লৈনরকপাঃ**

ময়ূম থাদোকপ্রবা মতুংদা স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি ইং শোক ১৯৪৬ তা অমুক্তং মণিপুরদা থোবক্তুনা নুমিৎ ২০ নিরোম মহাবলী হনুমান ঠাকুরগী জাগাদা লৈরম্মী। অপোকপী মমা লৈখিদ্রবা তুংদা কাশীদা অমুক লৈখি। মদুদগীদি মণিপুবগী মীয়ামগা ঈ-পাউ ফাওনদবগুম লৈখি। অহানবা ওইনা খৃঃ ১৯৭৫ গী আগষ্ট থাদা ইম্ফালগী হাওবম মবক্তা লৈবা দাঃ কে. বিনোদকুমার সিংহগা হরিদ্বারগী সন্ন্যাস আশ্রমদা উনখি। দাঃ কে. বিনোদকুমার সিংহ ভারতকী ধর্মগী মফম ওইবা আশ্রম কয়াগা মরী লৈনবা অমসুং শকখঙনবা মীশক অমনি। লোয়ননা আশ্রম কয়াদসু দর্শন ফংজনীংবদগী কোয়না চৎপা মীশক্লি। স্বামীজীগা মহাক্তা উনবমক্তদা মহাক্কী থম্মোয় শুদ্ধাংখি। স্বামীজীনা মখূৎমক্লা মৈতৈলোলদা ইবা "ভক্তিগী লম্বী" হায়বা খূৎই লাইরিক্তু দাঃ বিনোদকুমারদা খূৎশীন্নরকখি। অদুগা মদু ফোঙদোকচগে হাযজবদা হরাও হবাও যাবীবকখি। দাঃ বিনোদকুমার সিংহগা স্বামীজীগা উনবা অমদি "ভক্তিগী লম্বী" ফোঙনবগী মতাং লাকপসি মণিপুবদা লৈবা ধর্মগী লম্বীদা পূক্লিং চঙশীল্লিবা মীওইশিংগা স্বামীজীগা মরী লৈনরকপা অমসুং শকখঙনবগী লংলা লংজীননি হায়বা য়াই। মখাতাবা ওইনা ধর্মগী ওইবা লাইবিক মথং মথং ইবীরক্লবা স্বামীজীদা হায়জবা হৌখি। স্বামীনসু অপাম্বসি খঙবীদুনা লাইরিক খবগা ইবীরমগে খনখি। অদুগা লাইবিকশিং অদু ফোঙনবা সংস্থান অমা লিংখৎলু, মমিংনা "জ্ঞান মন্দির" থোল্লু হায়নসু তাকপীকখি। স্বামীজীনা তাকপীবা মতুংইন্না ইন্না "জ্ঞান মন্দির" লিংখৎতুনা স্বামীজীগী লাইবিক কয়া ফোঙখি। অসুন্না স্বামীজীগা মণিপুরগী ধর্ম লম্বীদা পূক্লিং চঙশীল্লিবা কয়াগা মবী লৈনবকখি, ঈ-পাউ চৎনখি। নীংশিংবা য়াবা অমনা ধর্মগী অথূপ্পা বা তত্ত্ববু খঙজনীংবা শীংজমৈ থোঙাম লৈকায়দা লৈবা শ্রীযুক্ত নোংমৈকাপ্পম যদু সিংহনা খঙনীংবা চিংনবা ব্রাফম কয়াগী বাহং হংজখিবদা ফজরবা পাউখুম কয়া থাবীরকখিবা অসিনি। পাউখুমশিং অদু পূনশিল্লগা "জ্ঞান মন্দির" ইম্ফালনা "অমৃত বাণী" হায়না মিংথোন্দুনা লাইরিক ওইনা ফোঙবদগীদি মীয়ান্না পাবা ফংনরে। স্বামীজীনা ইবা লাইরিক কয়া জ্ঞান মন্দিরগী প্রসিডেন্ট ওইবীরম্বা লৈখিদ্রবা দাঃ হাওবম বারুণী সিংহনা ব্রাহৌদোক ইবীরম্মী।

**মশূনুপীগী মফমদা স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিঃ**

তত্ত্বজ্ঞান অমসুং ব্রহ্মজ্ঞানবু ফংজনীংবা অমদি সন্ন্যাসীগী পুন্সিবু পামজবদগী ময়ূম থাদোক্তুনা চৎপ্রবা স্বামীজী শৃষ্টগী কুম ১৯৪৬ তা মহাক্কী অপোকপী মমা মশা

ঙমদবগী পাউ ফংবদা নুমিৎ ২০ নিগী ওইবা মণিপুরদা থোরক্লম্মী। অপোকপী মমা লৈখিদ্রবদা মমাগী অস্তি ফুল পুদুনা অমুক মণিপুর থাদোকখি। অদুগী মতুংদগীদি অমুক হন্না মণিপুরদা থোরকখিদ্রে। মপুবোকপু নুংশিজবী মশুইবেম্মা মনস্বিনী (ভগীরথকী মচানুপী) অমদি ইমুং-মনুং, মরী-মতা, শাগৈগী মীওই কয়াদি মহাক্কী পাউদি তারগা শকফমদি উজবা ফংখিদ্রবনি। উজনীংবা মপুবোক্কী শকফম উজবা ফংখিদবদা মশু ইবেম্মা মনস্বিনী স্বামীজীগী মফমদা অচৌবা পাপ অমা লঙজখিবা লৈখিবরা হায়বগী ৱাহং ফাওবা মতোম্মতা হংজরিবনি। মপুবোক্না "নুংশিবী ইশু মনস্বিনী", "য়াম্না নুংশিবী ইশুনুপী মনস্বিনী" হায়না চিঠিদা ইবকপা কয়া মপুবোক্কী খোঞ্জেলমক্তি খঞ্জবিবী, চিঠিশিং অদুবু মপুবোক্কী মশকমক্তি খঞ্জদুনা চেকশিন্না থমজরিবীনি। মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবালনা থা ৬/৬ কী ওইনা ফোঙবা মসিগী চেফোঙ "য়েন্নীং" ২১ শুবা মশীং, স্বামীজীদা কখোকপা অদুদা স্বামীজীগা মরী লৈনবা ৱারেং কয়া য়াওনা ফোঙখি। মশূ ইবেম্মা মনস্বিনীসু "স্বামীজীগী মফমদা কচ্চবা" হায়না মিংথোনবা ৱাবেং অমা চেফোঙ অদুদা হাপ্পুনা ফোঙই। ৱাবেং অদুদা মনস্বিনীনা মঙোন্দা স্বামীজীনা পীবিবকখিবা চিঠি অনী অদু মহাক্কী থম্মোযনুংগী ৱাবোলগা লোয়ননা ফোঙদোকই। ৱাবেং অদুদি মথাগী অসিনি—

**স্বামীজীগী চরন্দা কচ্চবা**

*অসিগুম্লবা, মমল নাইদ্রবা ৱাবেং কয়াগী মরক্তা করিসু লৈত্রবী তোল্লবী ঐগী ৱাখলদগী অমদি স্বামীজীবু নুংশিজবা, কাউঙমদবগী থম্মোযদা ফাওরকপা ইথিল অমনা ইদুনা কবিগুম্না খবা ফোঙদোকচনবগী তাঞ্জা অমা ফংজবা অসিমক তোল্লবী মশুনুপীবু থৌজানবীরবনি হায়না খঞ্জে।*

*খৃষ্টগী কুম ১৯৭৯ গী আগষ্ট ৮ দা ঐবু পোকপীবা ইপা ইবুংঙো (অহৈবম ভগীবথ সিংহ) গা লোয়ননা দেল্লিগী AIIMS তা B.Sc. (Hons) Nursing তম্নবগীদমক ইম্ফাল থাদোকখি। ইন্সটিট্যুৎকী লেডিজ হোষ্টেলদা থম্বীবম্লগা ইপা ইবুংঙোদি হরিদ্বাররোমদা চৎখ্রগে স্বামীজীগী দর্শন তৌকখিগে হায়দুনা হরিদ্বাররোমদা হনখিবনি। নুমিৎ খরনিগী মতুংদা ঐগী ইনাক্তা হল্লকুনা পোৎ অমদি পৈশা খরসু স্বামীজীনা নঙগীদমক পীরুখো হায়দুনা হনলক্লিবনি হায়না তম্মী। হাংদোক্লুনা য়েংলুবদা প্রসাদি সন্দেস ময়াম অমা, ইননবা কলম মখল খরা, মনম য়াম্না নুংশিবা মহারাণী সন্দল শোপনচিংবা অতৈ অতৈ অমদি গেরুয়া মচুগী ইনবেলপ মচা অমদা ১০০/ চৎপী খরা য়াওরম্মী।*

ঐগী হায়বা মরী মতা, মচা মশু ময়াম অমা লৈহৌদুনসু মীংকুপ অমত্তসু নীংশিংনবগী তাঞ্জা ফংহনখিদ্রবা স্বামীজীনা করিগুম্বা মতমদা ইপাবু পোকপীবা (অহৈবম বীথু স্বামীজীগী ইয়াম্বা) ইপুবোক অমদি অতোপ্পা মরী মতা ইপাগীদি মামা থোকপা ঐনা ইপুবোক কৌজবা (লাইশ্রম নীলচান্দ) মখোয়শিংনা হরিদ্বার চংপা খুদিংগী ঐগী কলম অমতং ওইরবসু ভগীরথকী মচানুপীগীনি হায়না হেক হেক পীবিরকখিবনি। স্বামীজীনা ঐবু অদুমক নীংশিংবীদুনা করিগুম্বা খরদসু পীবিরকপা আশির্বাদ তৌবীরকপগী থাগৎচবা নুংঙাইবা ফোঙদোকচবা ওইনা চিঠি অমতং ইবদা করি কায়বা লৈবগে হায়না ইপা ইবুংঙোদা হংজবদা য়াগনি হায়বিবগা লোয়ননা "পরম পুজনীয়" হায়না হান্না হৌ তাকপীরম্মী। মথংগী নুমিৎতা হরিদ্বার, কংখল সন্ন্যাস আশ্রমদা ঐগী চিঠি থাগ্রে। ইকান কান্নদনা স্বামীজীগী অহানবা চিঠি ফংজখি। মফম খণ্ডদনা মিত্তম্মী পি তাখিবা খণ্ডহৌদে। অসুম্না য়াম্না নুংশিনা মণিপুরীদা স্বামীজীগী খূৎমক্লা ঐগীদমক তাঙলবা মতম কাইথোকপীদুনা মিকুপ খরদি অতোপ্পা সংসার অমদা লূপ্তুনা ইবিরকখিবা চিঠি অদুমক হাপচরি কনাগুম্বা/কনাগুম্বী ইন্টরেষ্ট লৈবীবশিংগীদমক খঞ্জরগা হাপচবনি।

মঙ্গল অশিৰ্ব্বাদ কয়ানা থল্লবা চিঠি কয়া অফ-ফত্ত, *home sick* ওইবগী ৱাহ্নবা পূক্লিংবু থেমজিনবীবগী চিঠি, ঐগী ইমিংবু অৰ্থ হুনবীদুনা ইবিবখিবা চিঠি কয়ানি। নোংমতং নৎত্ৰগা মীৎকুপ অমত্তা ওইববসু অদুগুম্লবা ঈশ্বরগী ওইবা শক্তমদুবু দৰ্শন তৌজবা ফংজরবদি মহৈ য়াম্লে খঞ্জগনি হায়না ইজখিবা চিঠিগী পাউখুমদা তোম্লবী মশুনুপীগী পূক্লিংবু থেমজিনবীবা ওইনা ইবীরকখিবা চিঠিনি।

অদুক য়াম্না নুংশিনা অমদি নক্লনা খঞ্জরুবা অদুতনা ঐনা স্বামীজীগী মফমদা অচৌবা পাপ অমা লংজখিব্রা হায়না ঙসি ফাওবা হংজবি। য়াম্না নুংশিবী ইশুনুপী হায়না হায়বীখিবা কবিগীদমক্তনো কয়ামুক য়াম্না পাপ চেনবীনো মতম চাববা কান্দা ইশুবু শোয়দনা উগনি হায়রগা ওইহনবীখিদবা হুন্দক্কী মপোক্তা ফংঙমদ্রবা চরণ মপোক অমদদি চরণ সেবা ফংবা পীনবীয়ু।

**স্বামী যোগেন্দ্রানন্দগী অরোইবা শিষ্য/বিদার্থীঃ**

শ্রীকোংব্রাইলাংপম হেমেশ্বর শর্মা উরিপোক হাওবম দেৱান লৈকায়দা লৈবনি। সংস্কৃত লোল নিংথীনা তমজনীংদুনা লৈবনি। নোংমা মহাক বি.জে.পি গী লুচিংবা শ্রীশামুরাইলাংপম ৺মধুমঙ্গল শর্মাগা উনবদা মঙোন্দা অসুম্না তাকপিখি– "হেমেশ্বর! নহাক সংস্কৃত মপূংফানা তমগে হায়রবদি হরিদ্বারদা শ্রীমৎ পরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিগী আশ্রমদা চৎলু। স্বামী অসি মৈতৈ মচানি, সংস্কৃত বিদ্যাদা ভারত ফাওরবা মমিং লৈবা অচার্য্যনি। আশ্রমগী মিং শ্রীমঙ্গল আশ্রম কৌবনি। হরিদ্বারগী কনখল নগরগী সন্ন্যাস মার্গদা লৈবনি। আশ্রমদুদা ভারতবর্ষগী জাতি অতৈগী বিদ্যার্থীশিংসু লৈবনি। নহাক মণিপুরদগী সংস্কৃত হৈনীংদুনা লাকচবনি হায়বদা স্বামীজীনা নঙবু শোয়দনা চানবীদুনা নঙগী নীংবা থুংহনবিগনি, মফম অদু য়ৌরবদি নহাক্কী নরন্নাই পুথোক্তুনা করিমত্তা তৌররোই আশ্রমদা লৈদুনা চাদুনা লাইরিক তমদুনা লৈরুগদবনি।" শ্রীমধুমঙ্গল শর্মাগী লমজিং লমতাকপীবা ব্রাহৈ অদুনা হেমেশ্বের শর্মাবু মফমদুদা চৎনীংবগী থৌনা লিংজেন পীবীখি। পরমেশ্বরগী থৌজালদগী শ্রীহেমেশ্বর শর্মা কনখল নগর তান্না চৎলে। লম্বীদা থেংনবা মাতাজী অনীগী মতেংদগী শ্রীমঙ্গল আশ্রম য়ৌরে। মাতাজী অনীদুনা ঙাঙ্নবদা "বরা স্বামী মহারাজ" হেমেশ্বর শর্মানা তাখি। মদু শোয়দনা স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি ওইগনি খনখি। মাতাজী অনীদুনা স্বামীজীগী লৈফম আশ্রমগী হেক চঙফম থোঙ ফাওবা থিনবীরম্লগা চৎখি। দ্বারপাল ওইরমান্নে ব্রাং-চাউরবা সন্ন্যাসী অমনা হেমেশ্বরদা কদায়দগী কবিগীদমক লাকপনো হংবদা বরা স্বামী মহারাজ দর্শন তৌজগে লাকচবনি মণিপুরদগীনি খুম্বদা আশ্রম মনুংদা চঙহল্লগা ঙাইহাক ঙাইহল্লম্মী। থোঙ হাংদোক্তুনা চঙনবা খঙহল্লম্লগা সন্ন্যাসীদু থোকখি। হেমেশ্বর শর্মানা কাদুদা হেক চঙবদা অমুক্তা উখিদ্রিবা ওম্থোক্লা চীং লেমখ্রবা মৈগী মচুদা অরংবা কাবা নানখ্রবা ফিজেৎনা লৈতেংবা ঙৌরোক ঙৌবা চাউরবা মূর্তি অমা কোক্তগী পূম্লং লংবা মঙালনা কাদু পূমঙান ঙান্না ঙাম্থোইদুনা লৈরম্বদু উবদা থম্মোয় থূমহৎখিদুনা ঈশ্বব হায়বসি অসি ওইরমাল্লে হায়না শাংদ্রোং শাংনা শ্রীচরণ শোক্লা দণ্ডবৎ তৌদুনা খুরমজখি। শ্রীহেমেশ্বর শর্মাদা মাগী পরিচয় অমসুং অপাম্বা হংদুনা অদুগা হেমেশ্বরনসু মাগী অনীংবা অপাম্বা ফোঙদোক্লবা মতুংদা শ্রীশর্মাবু আশ্রমগী অধ্যক্ষ দেব স্বামীদা শিন্নদুনা বিদ্যার্থীশিংগী লৈফমদা কা অমা পীদুনা লৈহনখি। স্বামীজীনা শ্রীশর্মাদা "নহাক মী ওইদবা য়াদে, অখাঙ কল্লু মীথোই-মীহেনবা ঙম্লবা হোৎনৌ, নহাক্লা ঐহাক্কী অরোইবা শিষ্যনি" হায়না তাকপিখি। মতম খরা শ্রীহেমেশ্বর আশ্রমদা লৈদুনা সংস্কৃত তমখি।

অসুম্না লৈরকপনা স্বামীজীগী অরোইবা মতম ফাওবা স্বামীজীগী নাক্তা লৈখি। ইকুই কুইদনা স্বামীজী তাইবঙপান্দ থাদোকখি। অঙকপনি গুরুদেবগী বাক্যঃ *নহাক্লা ঐহাক্কী অরোইবা শিষ্যনি।*

শ্রীহেমেশ্বরনা শ্রীমঙ্গল আশ্রমদা লৈরিঙৈদা শ্রীমৎ পরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিগী মতীক মঙাল শং-শংনা খঙখি, উখি। অয়ুক নুংথিল নাইদনা অনকপদগী অরাপ্পদগী শিষ্যশিং, ইনাক কৈরাক খুনবশিং অমদি মখোয়গী ইমুং-মনুংগী মীওইশিং অমদি অতৈ মীওই কয়াশিং আশ্রমদা লাক-লাক্তুনা স্বামীজীগী চরণ শোল্লদুনা খুরুম্লবা, ফি অঙাংবনা কৃপ্পা শেম্পাকতা শেল য়াম্না কৎলবা অসিনচিংবা কয়া নোংমা কাংদনা নুমিৎ খুদিংগী চথরকখি। স্বামীজীদি কৎলরিবা অদুদা য়েংলুবা তৌদনা লাকলিবা শিষ্যশিং, ভক্তশিং অদুদা আশীর্ব্বাদ পীদুনতা লৈখি। কৎলরিবা অদুদি অধ্যক্ষনা লৌশিল্লগা আশ্রমগী থবক্তা শীজিন্নৈ। ফাওর-ফাওরবা বিদ্বানশিং, সন্ন্যাসীশিং, স্বামীশিং লাক্তুনা গুরুদেবদা ভক্তি কৎলৈ। অসিগুম্বা সৎগুরুদেবগী আশীর্ব্বাদ ফংজবদা লোইনমক ইপেন পেঞ্জে। করি করিগুম্বদা কনা কনাগুম্বা খবদি স্বামীজীবু মখোয়গী মীৎতা শিবলিঙ্গ ওইনা উজখি। কয়াদা মতীক মঙাল লৈখ্রবা শ্রীমৎ পরমহংস যোগেন্দ্রানন্দ গিরি।

**অরোইবা মতমঃ**

সাংসারিক বিষয়দা বিরক্ত ওইরকখিবা গৃহস্থ আশ্রম (য়ুম্বানবগী পুন্সি) থাদোক্লগা তত্ত্বজ্ঞান ফংনীংবগী ঈথৌলাংবনা থূমহৎখিদুনা লোন্না ময়ূম থাদোক্লগা কাশীদা চত্তুনা মগুণ লৈরবা মতীক চারবা খঙহৈরবা শ্রোত্রিয় ব্রহ্মনিষ্ঠ গুরুগী নাক্তা চঙজদুনা সন্ন্যাসীগী পুন্সিদা লেনখ্রবা অমদি শ্রীমৎ পবমহংস হায়বা লেমজনীংঙাই ওইরবা আধ্যাত্মিক্কী খ্বাইদগী ৱাংলবা উপাধি ফংখ্রবা শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিবি মাগী পুন্সিগী অরোইবা শকক্তি হবিদ্বারগী কনখলদা শ্রীমঙ্গল আশ্রমদা লেনখি। আশ্রম অদুগী সংস্থাপক (founder, institutor, initiator) ওইনা লৈবীখি। লেপ্পা লৈতনা চৎলিবা মতমগী খোঙচৎনা অসুম অসুম চঙশিল্লক্তুনা নোংমা নোংমা হৌখিবনা তাইবঙ মপোক্তা পোক্লিবা জীব খুদিংমক মাগী মাগী অরোইবা মতম লাকই। লেপ্পা লৈতনা চেন্থবিবা মতমগী ঈচেল কনানসু থিংবা ঙমদে। ঈচেল অসিদা জীব পূম্বা ঈচেলগা লোয়ননা চেন্থমীন্নরি। মতমগী ঈচেলগা লোয়ননা অসুম অসুম চঙশীল্লক্লিবা খোঙচৎ অসিদা জীবগী মশাদা শকওং-শাদাদা অহোংবা লাকই। অঙাং নাৱা ওইরম্মী, চাউরকই, মপূং-মরৈ ফারকই, বুদ্ধি-লৌশিং হেনগৎলকই, পাঙ্গল কল্লকই, অহল ওইবকই,

শোল্লকই, মীৎ মশেং-মরাং তৌরকই, না তাথীরকই, বুদ্ধি-লৌশিং চোইরকই, অরোইবা মতম য়ৌরকই, তাইবও পুন্সি লোইখি। খাঙুথক্তা অরোইবা মতম ওইবসু কোঙ্গায়নি। খাঙুথক্তা অরোইবা মতম ওইদ্রবসু, পুন্সিগী লাংফম কয়া লাম্ভোক্লবসু নোংমা নংত্রগা নোংমদি শোয়দনা লাক্কনি মাগী মাগী পুন্সি খোয়রেন-অরোইবা মতম; ব্রহ্মলীন ওইগদবা মতম। অসুম্না য়ৌরকই স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিগীসু অরোইবা মতম। পীক্লিঙৈদা তিঙ্গং-য়াঙ্গংলম্বা মশা তবা-তবারম্বা অদু কাইনথংদদি মশা নোয়-পেনবা মীশক ওইরকখি। অদুবু মাগী অরোইবা মতম লাক্লবনিনা নোয়-পেল্লবা দেহ অদু থাদোক্লমদুনা মাগী আত্মানা ব্রহ্মলীন ওইগদৌরিবনি। অরোইবা মতম য়ৌরক্লমদাইদা স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ লায়না অমদগী মশা ঙম্লকখিদে। অদুগা খৃঃ ১৯৮৮ গী ওক্তোবর ১ দগী অনাবদু খঙহেন হেঞ্জিল্লকখি। মশা ঙমদবগী পাউ তাবদা মণিপুরদগী মীওই মঙাঃ শ্রীনিংথৌজম নোদিয়াচান্দ সিংহ (কোন্না স্বামী গুরুগোবিন্দ দানন্দ সরস্বতী), শ্রীলোংজম কুলবিধু সিংহ (কাকৈথেল), শ্রীনোংমৈকাপ্পম যদু সিংহ (শীংজমৈ), যদুসিংহগী লোয়নবী ইবেমহল দেবী অমসুং মশেন ইবোচৌ সিংহ স্বামীজীগী নাক্তা চৎলি। ইমুং-মনুংগী মীওই খরসু চৎনবা থৌরাং তৌই। দেব স্বামীনা স্বামীজীবু সেবা তৌজে। স্বামীজীগী নাক্তা সংস্কৃত তমগনি চৎখিবা উরিপোক্তগী শ্রীকোংব্রাইলাৎপম হেমেশ্বর শর্মাসু মাগী গুরুদেবগী হকচাং শেংদোকপা, অমাং-অশোই তৌবা কবি অমত্তা হঙ্গোইবা লৈতনা সেবা তৌজে। ওক্টোবব তাং ৩ দগী হৌনা অনাবগী ফিবম লুশিল্লকখি। মথংগী নুমিৎ তাং ৪ গী নোংঙাল্লকপদদি স্বামীজীনা "শিগদৌরে" হায়বা খঙহনবীরকখি।

অনাবগী ফিবমনা হেঞ্জিল্লকপা, ব্রহ্মলীন ওইগদবা নুমিৎ খরনিগী মমাঙদা অধ্যক্ষ দেবস্বামীনা হোস্পিটালদা চৎসি হঙ্গৎচখি অদুবু স্বামীজীনা করিসু কাম্নরোই হায়না য়াখিদে। হরিদ্বারদা লৈবা রাম-কৃষ্ণ মিশন হোস্পিটালগী ডাক্তর লাক-লাক্লুনা নুমিৎ খুদিংগী স্বামীজীবু শেন্নদুনা লৈরকখিবনি। হায়রিবা ওক্টোবর ৪ গী নোংঙাল্লমদাইদা স্বামীজীগী শ্রীমুখদগী "মুঝে জানে লগ গয়া, সাগরোংকে পুত্রোংনে মেরা বস্ত্র জলা দিয়া, হা রাম হা রাম" হায়না মঙদা ঙাঙবগুম্না তাথি হায়না অনাবা শেন্নরিবা শ্রীহেমেশ্বর শর্মাগী মফমদগী অসিগুম্বা পাউদম অসি লৈ। নুমিৎ অসিগী অযুক্তা দেব স্বামীনা বাথ রূমদা চঙশ্রিঙৈদা স্বামীজীগী মশাদা করিনো অমা তৌরকখি অহোংবা লাকখি। শ্রীনোদিয়াচান্দ সিংহনা মনাক্তা চঙশিঞ্জে। স্বামীজীগী চীন্দগী থোরকপা ব্রাহংনি— "কৌন হৈ?" শ্রীনোদিয়াচান্দ সিংহনা পাউখুমজে—

"নোদিয়াচান্দ"। অরোইবা মতম খঙবগুম তৌমাল্লে "নোদিয়াচান্দ! ঐ শিগদৌরে" হায়বিরকখি। স্বামীজীগী ব্রাফম অদুদা সেবারী অমনদি "শিগদৌরে" হায়বদু "শির দর্দ" হায়না তারুরমাল্লে কোক চীকপগী গুলি পীজনবা হোৎনৈ। অদুবু কান্নখিদে। অসুম্না স্বামী গুরুগোবিন্দানন্দ (নোদিয়াচান্দ) না অসিগুম্বা থৌওং অসিসু পাউদম্মী। দেবস্বামীদা স্বামীজী করিনো অমা তৌরে হায়বা খঙহল্লি।

ও! স্বামীজীগী অরোইবা মতম ওইরমাল্লে, মাগী আত্মানা নুমিৎ অদুগী অয়ুক পূং ১০.২৫ তাবা মতমদা ঐখোয় খ্বাই পূন্নমকপু বিদায় পীরম্লগা ব্রহ্মলীন (ব্রহ্ম— The Supreme Being, the Absolute Being, the All-pervading, Divine Soul; লীন— merged, absorbed, immersed, mixed, embraced) ওইখি। মুগাগী ফিনা থব্রায় য়াওদ্রবা স্বামীজীগী দেহদা কূপ্পী। খোঙ কোন্দুনা নোদিয়াচান্দ কপ্পী। মতম অদুদা শ্রীলোংজম কুলবিধু সিংহসু মপান্দা লৈ। লৈরম্লিবা সাধু সন্ন্যাসীশিং অমত্তা কপ্তে। অতৈনা কপ্লদবদুদা নোদিয়াচান্দ করিনো অমা মশাদা ফাওবগুম তৌই। শিবা হায়বসি মখোয়দা করিসু থোইদোক্তমাল্লে। হকচাংদগী ঈশিং হান্ননা লৌথোকখিবনরা খঙদে নোয়-পেনথ্রবা স্বামীজীগী হকচাংদু পদ্রাক পদ্রাক তাই। অসুম্না খৃষ্টগী কুম ১৯৮৮ গী ওক্টোবর ৪, লাংবনগী ২৪ নি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিৎকী অয়ুক্তা মশাগী চহী ৭৪ থা ৪ খবা হেল্লকপা মতমদা স্বামীজী মাগী পুন্সি চেঙজেন লোইরদুনা মাগী আত্মানা মপু মাগী মসাইগোন্দা চঙজখি। অসুম্না চৎখি মাগী অরোইবা খোঙচৎ স্বামী যোগেন্দ্রা নন্দ গিরি। বৈদিক সন্ন্যাসীশিংগী হৌনবী মতুংইন্না মহাক্কী ভৌতিক দেহ মথংগী নুমিত্তা শেংলবা গঙ্গাদা বিসর্জন তৌদুনা জলসমাধি ওইখি গঙ্গাগী ঈবোন্নুংদা।

# শ্রীমৎ পরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ অমসুং মণিপুর

**মণিপুরীশিংগীদমক্তা স্বামী যোগেন্দ্রানন্দগিরিঃ**

স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি মশাগী চহী ২২ শুবদা পোক্লফম লমদম মণিপুর থাদোক্তুনা ব্রহ্মজ্ঞান ফংননবগীদমক মণিপুরগী ৱাংমদা চত্তুনা সন্ন্যাসী ওইখি। মহাক্না ময়ুম থাদোকখিবদু খৃষ্টগী কুম ১৯৩৬ তনি। মতুংদা খৃঃ ১৯৪৬ তা মাবু পোকপী মমা ঙমদবদগী নুমিৎ ২০ নিবোমগী ওইনা মণিপুবদা থোবকখি। অপোকপীগী অস্থি পুরগা অমুক মণিপুব থাদোকখি। মতুংদদি অমুক মণিপুরদা থোরকখিদ্রে। মশাগী চহী ৭৪গা থা ৪ খরা হেল্লকপা খৃষ্টগী কুম ১৯৮৮ গী ওক্টোবব ৪ দা মাগী পুন্সি চেঙজেন লোইবদুনা মাগী আত্মানা মপু মাগী মকাদা চঙজখি। মহাক্না হিংলিঙৈ অঙনবা মতম (মণিপুরগী ৱাংমদা লৈবা মতম) দা মণিপুব কাউখিবগুম তৌবনরা নৎত্রগা মাগী মরমদা ঈ-পাউ অমদি মতীক মগুণ মণিপুরদা শন্দোকপীনবা ৱাংপনরা মাবু মীযাম্না থোইনা শকখঙনখিদে। পুন্সিগী থেঙথরক্লবা মতমদদি মণিপুরীশিংগীদমক্তা আধ্যাত্মিক্কী লাইরিক কয়া মণিপুরীদা ইবীদুনা ঙাল্লবা লমজিং লমতাক্কী মৈবা পীবীরম্মী। অসিগুম্বা মৈরা অসিদি কনাগুম্বা অমত্তনা মমাঙদা পীখিদ্রিবনি, হৌজিকসু/মতুংদসু পাক হেক পীবা ঙম্লোইদৌরিবনি, করিগুম্বা ঙম্বা তাববসু/ঙম্বা মী থোরক্লবসু পীরিবা মঙাল অদু স্বামীজীনা পীবীরম্বা মৈবা অদুদগীনি নৎত্রগা মৈবা অদুগা মরী লৈনবনি। মহাক্না ইবা লাইবিকশিংদা হেন্না মনুং য়ৌবা তত্ত্বশিং ফোঙদোকপিদুনা আধ্যাত্মিক্কী য়াঙলেন শরু ওইরিবা অদ্বৈত জ্ঞানবু মীয়ামদা খঙহনবীরি অমসুং লম অসিদা শোখরিবা

অবাংপা অসি মেনখংগিরি। মসিমক্তা পোক্লফম মমা লৈবাক্কী খোল্লাং লমন অঙম্বা থাক্তা শিংলবনি হায়বা য়ারবনি। আত্মা জ্ঞানগী লমজিং-মৈরা পীবীরম্বা অসি থোইদোক্লা মহাক্কী চাউরবা অবদান অমনি। তত্ত্বজ্ঞানবু খঙদবদগী অন্ধবিশ্বাস অমসুং অজ্ঞানগী থারবা লৈচিন্না থম্মোয় অতিয়াদা কৃপ্তুনা লৈরম্বদগী মল্লবা পূক্লিংবু মহাক্কী তত্ত্বজ্ঞানগী লাইরিকশিংনা অমম্বা কোকহনবীদুনা ব্রহ্মজ্ঞান করিনো হায়বদু খঙহনবীরে। মসি আধ্যাত্মিক্কী লমদা ওম্থোক্লা মমল য়ামখ্রবা অবদান অমনি। মণিপুরীশিংগীদমক্তা কনখলগী শ্রীমঙ্গল আশ্রম মনাক্তা ধর্মশালা শানবা লম লৈবীরম্বা, রাধা-কৃষ্ণদা থবায় লূপচবা মণিপুরী বৈষ্ণব সম্প্রদায়গীদমক্তা কনখলদা কহ্নেয়েশ্বর মন্দিরদা যুগল মূর্তিলাংপা অসিসু মণিপুরীশিংগীদমক্তা মহাক্কী চাউরবা অবদান অমনি। মঙোন্দা তৌবীমন খঙবা অমদি ইকায়খুম্নবা উৎপা ওইনা মাগী পুন্সিবু পামজবা অমদি মার খোঙগুন লীজরিবা শ্রীনোংমৈকাপ্পম যদুসিংহনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল অমসুং মণিপুর য়ুনিভর্সিতিদা মাগী মিংদা "স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি নীংশিং মনা"গী চাউরবা শেলফম কংপা; মণিপুর গীতা মণ্ডল, ইম্ফাল; জ্ঞান মন্দির, ইম্ফাল; দিবাইন লাইফ সোসাইটি, মণিপুরনচিংবা সংস্থান খরনা মাবু তত্তনা নীংশিংলি. মরী লৈনবা পুন্যতিথি পালন, জন্মদিবস পালনগী থৌরম কয়া পাঙথোক্লি।

**শকখঙবীবা ব্রাংপাঃ**

মী খ্বাইনা পাঙ্‌ঙমদ্রবা থবক পাঙথোক্লম্লবসু, তৌঙমদ্রবা থবক তৌরম্লবসু, ফংঙমদ্রবা উপাধি ফংখ্রবসু শকখঙবীবা ব্রাংলি মীয়াম্না স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিবু পোক্লফম মণিপুরদসু মণিপুরগী ব্রাংমদসু। (১) মণিপুরদা পোকপনি, চহী ২২ শুরকপদা মণিপুব থাদোকখিবনি, চহী ১০ রোম লৈরগা মরক্তা অমুক্তং মণিপুরদা থোরকপনি, মদুসু কুইদে নুমিৎ খবনিগীতনি, অপোকপী মমা কন্না নারে হায়বা পাউ তাবদগী থোবকপনি, অস্থি সঞ্চয় লোইরগা মমাগী অস্থি পুরগা অমুক মণিপুর থাদোকপনি, মাগী অরোইবা নুমিৎ ফাওবা অদুম মণিপুরগী মপালদা লৈপ্লবনি। অদুনা মণিপুরগী মীয়াম্না খঙনদবনি। (২) মণিপুরদা পোকপনি, চাউরক্লবা মতমদা মণিপুরগী মপান্দা লৈখিবনি, মহাক্লা পামজবা লমদুদা মপালগী শক্লাইরবা বিদ্বান খরদনা মাবু শকখঙজবনি, মপালগী লম অমদা পোক্লদবনা সধারণ মপালগী মীনা শকখঙবা ব্রাংপনি। মহাক্লা ফংখিবা উপাধি, পাঙথোকখিবা থবক ফনা শীংথানীংঙাই ওইজদুনসু মপালগী মীনা হান্না (অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা) খঙবা ব্রাংপদগী অদুম মহাকপু মীয়াম্না ফজনা শকখঙবা ব্রাংলি। মণিপুরদসু অসি মঙায়। মপাল লমদনি মানা

ফাওগ্নিবসি বিদ্বানশিংগী মরক্তা। মহাক মশাসু অদুম মপালদা লৈশ্রবনি। অদুনা মাবু শকখঙবা ব্রাংলি মণিপুরদা। করিগুম্বা মহাক্লা মপালনমদা বেঙ্গোল, বিহার, ইয়ু. পি. নচিংবা মফমদা পোক্লম্বা ওইরবদি মহাক্লা পাঙথোকখিবা থবক্কী মহয় ওইনা মহাকপু পাক-চাউনা মীয়াম্না শকখঙনরমগনি। (৩) অতোপ্পা অমনা হৌজিক মহাক্কী মরমদা খিজিনবা মী ব্রাংলি, মরম অদুনা মাবু খঙবা ব্রাংলি লোয়ননা মহাক্লা ইরম্বা লাইরিকশিং পাবা মীশক মণিপুরদা মশীং ব্রাংপগুম তৌই। অদুবু মহাক্লা পাঙথোক্লম্বা, তৌরম্বা থবকশিং মরক ময়াগী নত্তে, থোইদোক হেন্দোকপনি। মবম অদুনা মহাক্কী মরমদা খিজিনফম থোকপনি। মহাক্কী মিংদা মনা পীনবা মণিপুরগী খ্বাইদগী ব্রাংবা মহৈ তম্ফমশঙ মণিপুর ইয়ুনিভর্সিটিদা, খ্বাইদগী চাউবা সাহিত্যগী সংস্থান মণিপুর সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালদা চাউরবা শেনফম শ্রীনোংমৈকাপ্পম যদু সিংহনা পৃকচেল শেংনা দান তৌরিবা অসিমক যেংলগা অসিগুম্বা মীশক্কী মিংদা করিগীদমক দান কৎলিবনো খিজিনফম থোকপনি। মহাক্কীদমক পাক চাউনা থৌরম পাঙথোকফম থোকপনি। মতুং নোংমা নৎত্রগা নোংমদি শোয়দনা খিনরকখিগনি মহাক্কী মার খোঙ্গুন, খঙনবকপদা তানরকপদা মহাক কনানো হায়বা। থোরকখিগনি মীওই কয়া মাগী মরমদা খঙনীংবা, খিজিল্লকখিগনি মখোয়না কাচিন-কোয়া থুংনা কৃপ্না খঙননবা মহাক্কী মবম। মতাং অসিদা নীংশিংবা য়াবা অমনা স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি পাখং মপূং ফাবকপদা সাংসারিক বিষয় বিরক্ত ওইশ্রবনি, তাইবঙগী যৌবনগী নুংঙাইবা অপাম্বা থাদোকখ্রবনি; মাবু থাগৎপিবা মিংচৎ শন্দোকপিবা মঙোন্দা থোইদোকত্রবনি। কনাগুম্বা মীওই খবদি অফবা থবক খরা তৌরম্বগীদমক মাগী মীনা ব্রাংনা থাগৎলি, মিংচৎ শন্দোকই, নমদুনা ফাওহল্লি। মসিমক্তি স্বামীজীগী আত্মানা পাল্লমলোই, মাগী মতুংইনবশিংনসু অসুম্না মসিদা খোয়জঙলল্লোই।

**মণিপুরীশিংনা খঙফম থোকপা স্বামীজীঃ**

শ্রীমৎ পরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি বেদ শাস্ত্রগী বিদ্যাদা থাক য়াম্না ব্রাংনা লৈবীরম্বা অসিমক ঐখোয় মণিপুরীশিংগী থোইদোক্লা চাউথোকচনীংঙাইনি লেমজনীংঙাইগী মশক্তি; ভারতকী ওইনসু য়াইফবা অমনি। ভারতকী বেদান্ত দর্শনবু মণিপুরী মচা অমনা থোইদোক হেন্দোক্লা মমূৎ তানা খঙখিবা লোয়ননা অতৈ দর্শনসু কাচিন-কোয়া য়ৌশিন্না ফজনা খঙলম্বা অসি মঙ নত্তে তাইবঙনি। শ্রীস্বামীজী অদ্বৈতবাদীশিংগী মণিনি। বেদ-শাস্ত্রগী অয়ৌবী বিদ্বান অমা ওইখিবতা নত্তনা হৌজিক্কী ভারতকী ফাওরবা বেদ শাস্ত্রগী বিদ্বান কয়া অমদি শ্রীস্বামীজীনা তাকপি-তম্বীখিবনি।

হিংলিঙেদা মহাক্তা য়াম্পনা বেদ-শাস্ত্র খঙ-হৈবা য়াম্না তাঙই। শ্রীস্বামীজী সাহিত্যগীসু বিদ্বান অমনি হায়বসি মহাক্তা ইরম্বা লাইরিকশিংদগী খঙবা ঙম্লে। মহাক্কী হিন্দী অনুবাদ "অদ্বৈতব্রহ্মরক্ষণম" হায়বা অদুনা মহাক অদুম ফাওরবা মমিং চৎলবা বিদ্বান অমনি হায়বদু তাক্লবনি। মাগী হিন্দী অনুবাদ লাইরিক অসিনা মণিপুরগী ৱাংমদা লৈবা দর্শন-শাস্ত্রগী বিদ্বানশিংগী ৱাফম ওইখ্রবসনু, ঐখোয়গী মণিপুরদসু হিন্দী খঙবা খরগীতা ওইখ্রসনু, গৌড়িয়া বৈষ্ণব ধর্ম চৎপা মণিপুরীশিংগীনা মানা মণিপুরদা ইরম্বা লাইরিকশিংদগী মহাক কনানো হায়বা খঙগনি, অতৈনসু খঙগনি। অদুবু মমা লৈবাক মণিপুরদদি মহাক বেদ, বেদাঙ্গ, ব্রহ্মনিষ্ঠ, ধর্ম-শাস্ত্র, স্মৃতি, পুরাণনচিংবা লাইরিকশিং নিংথীনা খঙলবা বিদ্বান অমনি হায়বসি অয়াম্বা মীনা খঙনদ্রি। মাগী লাইরিক পাবা মণিপুরী মচা পঙয়াম য়ামদ্রি হায়বা য়াই। অদুনা মাবু খঙবা মীশিং মাগী পোক্লফম লমদম মণিপুরদা ৱাংলি। গৌড়িয়া বৈষ্ণব ধর্ম চৎলিবা কাঙবুনা মাবু খঙফম থোকই। শোরাং শোনবা, তর্পন কৎপা, লুগুণ থাংবা অমসুং অতে আধ্যাত্মিক্তা মরী লৈনবা, ধর্মগা মরী লৈনবা কয়াগী ৱাফম, ভক্তিগী ৱাফম অসিনচিংবা কয়াগী অথূপ্পা ৱা খঙগে হায়রবদি মাগী লাইরিক পারগা খঙবা ঙম্নরি। মতাং অসিদা "জ্ঞান মন্দির" গী প্রসিদেন্ট ওইবীরম্বা লৈখিদ্রবা দাঃ হাওবম বারুনী সিংহগী ৱাফম অমা নীংশিংবা য়াই, ৱাফমদুদি— "মণিপুরদা মৈতৈলোন্দা হৌজিক ফাওবদা ইনরক্লিবা ধর্মগী লাইরিকশিংসি অয়াম্বনা পুরানগী করিগী ট্রান্সলেসন তৌদুনা ইনরকপনা অয়াম্বনি। লাইরিকশিংদু পারুরগা চিংনবা কোকপগী মহুত্তা অমুক্তা হেন্না চিংনবা হেনগৎহল্লি। পরমহংসনা ইবিবকপা লাইরিকশিংসি হেক থেংনবদগী ধর্মগী লাইরিক হায়বদু অসিনি হায়বদুগী ইহান হানবা থম্মোয়দা মমি তাবা হৌই হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই" হায়বসিনি। অচুম্বনি স্বামীজীনা মণিপুরদা ইবিরম্বা লাইরিকশিং অসি জ্ঞানগী মৈরানি। মণিপুরীশিংনা থোইদোক হেন্দোক্লা গৌড়িয়া বৈষ্ণব সম্প্রদায়না ধর্মগা মরী লৈননা শ্রীস্বামীজী কনানো খঙফম থোকই।

---

শ্রীস্বামীজী যোগেন্দ্রানন্দ মহারাজ লৈখিদ্রে। অদুবু লৈহৌরি মহাক্তা ইবীরম্বা মরূ হক্লবা আধ্যাত্মিক্কী লাইরিক কয়াদি। শাগোম্নরি লাইরিকশিং অদু কনাগুম্বা খরদি। পীবীরি ঐখোয়দা দিব্যজ্ঞান হৌজিকসু লাইরিকশিং অদুনা। খঙহনবীরি আত্মাগা মরী লৈনবা ৱাফম কয়া। দিক্ষনারী ওইরি আধ্যাত্মিক্কী, লাইরিকশিং অদু। মৈরা ওইরি মন্ত্রবা থম্মোয়গী। খঙবা ঙম্নরি আত্মাগা মরী লৈনবা ৱাফম কয়া মাগী লাইরিকশিং পারগা। পুশিনবীরি লমজিংবীরি ঐখোয়বু আধ্যাত্মিক্কী লমদা। গুরুনি মহাক্তি অশেংবা।

সদগুরুনি মল্লবা থম্মোয়বু ঙাক্লহনবীবা। লৈমিন্নরি মহাক হৌজিক হৌজিক ঐথোয়গী লম্তা পীবীদুনা দিব্যজ্ঞান। য়াইফবা ওইসনু শ্রীগুরুদেবনা, খঙনরকপা ওইনসু মীয়াম্না মাবু মাগী পোক্নফম লমদমদা।

হরিওম তৎ সৎ

---

## শ্রীমৎ পরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিগী মরমদা খরদং

| | | |
|---|---|---|
| মিং | ঃ | শ্রীমৎ পরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি। |
| পোকফম | ঃ | কৈশামথোং লাইশোম লৈবক, ইম্ফাল। |
| অপোকপগী মিং | ঃ | শ্রীঅহৈবম তোমচা সিংহ |
| অপোকপীগী মিং | ঃ | লাইশ্রম নীংথোন চাউবী দেবী |
| পোকপা নুমিৎ | ঃ | মে ২৩, ১৯১৪ ইং, থাংজ, কালেনগী ২৯ নি পানবা |
| মচীন-মনাওশিং | ঃ | মঙা (ময়াম্বা অমা, মচে অনী, মচল অমা) |
| য়ূমগী মিং | ঃ | ইবেবী সিংহ |
| স্কুলগী মিং | ঃ | তোম্বা সিংহ |
| সন্ন্যাসীগী মিং | ঃ | স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি |
| মাগী সদগুরুদেবগী মিং | ঃ | শ্রীমঙ্গল গিরি |
| শিক্ষা ফংলকপা মফম | ঃ | কৈশামপাৎ এল. পি. স্কুল, চীংঙা ইউ. পি. স্কুল, চুড়াচান্দা হায়স্কুল, পঞ্জাব বিশ্ববিদ্যালয় অমসুং সন্ন্যাসী সংস্কৃত বিদ্যালয়, বেনারস |
| মহৈগী থাক | ঃ | বিশারদ, শাস্ত্রী, বেদান্ত আচার্য্য, সিদ্ধান্ত জ্যোতিষ আচার্য্য |
| ফংখিবা উপাধি | ঃ | শ্রীমৎ পরম হংস পরিব্রাজকাচার্য্য |
| লিংখৎলম্বা আশ্রম | ঃ | শ্রীমঙ্গল আশ্রম, কনখল |

| | | |
|---|---|---|
| হিন্দীদা অনুবাদ তৌবীরম্বা লাইরিক | ঃ | অদ্বৈত সিদ্ধি, অদ্বৈত রত্ন রক্ষনম (অনীমক শ্রীমধুসূদন সরস্বতীগী সংস্কৃত লাইরিক্তি) |
| মণিপুরীদা ইরম্বা | ঃ | (১) ভক্তিগী লম্বী, (২) কর্মগী লম্বী, (৩) জ্ঞানগী লম্বী, (৪) ধ্যানগী লম্বী, (৫) ব্রহ্মচর্য্য, (৬) পঞ্চরত্ন, (৭) অমৃত বাণী (অহানবা অমসুং অনীশুবা) অমসুং (৮) শ্রীমদ্ভগবত গীতা |
| ব্রহ্মলীন ওইখিবা নুমিৎ | ঃ | ওক্টোবর ৪, ১৯৮৮ ইং, লাংবনগী ২৪ নি পানবা |
| মপুন্সি | ঃ | চহী ৭৪, থা ৪ অমসুং নুমিৎ ১১ নি। |

---

## মতেং লৌজখিবশিং

১। শ্রীমৎ পরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা ইরম্বা লাইরিকশিং

২। 'জ্ঞান মন্দির, ইম্ফাল' না ফোঙবা শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিগী লাইরিক খরদা য়াওবা স্বামীজীগী শল্লপ্পা পুন্সি ৱারী

৩। শ্রীমোইরাংথেম নিংথেমজাও সিংহনা ইবা "অদ্বৈত বেদান্ত ধারাদ স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি" হায়বা ৱারেং অমসুং "খোঙ্গুল লীবা" (স্বামী যোগেন্দ্রানন্দগী ঈরম খোঙ্গুল লীবা) হায়না মিংথোনবা লাইরিক

৪। শ্রীলাইশ্রম নীলচান্দ সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা ফোঙবা লাইরিক "শ্রীমৎ পরমহংস পরিব্রাজকাচার্য্য স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ"

৫। দা. যামিনী দেবীনা ইবা "গঙ্গাগী মতম্বাক্তা"

৬। শ্রীঅহৈবম ভগীরথ সিংহনা "পোক্লফম" পাউ-চেদা তাং ১৯/০৯/২০০১ ইং অমসুং "সঙাই এক্সপ্রেস" তা তাং ০৫/১০/২০০৪ ইংদা ফোঙলকপা "শ্রীমৎ পরমহংস শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি" হায়বা ৱারেং অনী

৭। তি দি ঙাওোম্বনা "পোক্লফম" পাউ-চেদা তাং ২৩/০২/২০০৭ থংদা ফোঙলকপা স্বামীজী মরমদা ইবা ৱারেং

৮। "মণিপুর গীতা মণ্ডল, ইম্ফাল", জ্ঞান মন্দির, ইম্ফাল" না স্বামীজীগী জন্ম তিথি পালন, নির্বাণ পুন্য তিথি পালননচিংবা থৌরম পাঙথোকপদা অখণ্ড অহৈশিংগী প্রবচন অমসুং ভাষণ

৯। "দিবাইন লাইফ সোসাইটি, মণিপুর" গী ষ্টেট সৎসঙ্গ খরদা শ্রীমোইরাংথেম নিংথেমজাও সিংহ অমসুং শ্রীককচিংতাবম ব্রজমণি শর্মাগী প্রবচন

১০। উনদুনা ৱারী-ৱাতাই শানজবা মীওইশিংঃ
শ্রীস্বামী গুরুগোবিন্দানন্দ সরস্বতী (প্রসিদেন্ট, দিবাইন লাইফ সোসাইটি, মণিপুর); শ্রীনোংমৈকাপ্পম যদু সিংহ, শীংজমৈ (ফাউণ্ডর পেট্রোন মেম্বর, জ্ঞান মন্দির, ইম্ফাল); শ্রীঅহৈবম ভগীরথ সিংহ (স্বামীজীগী ময়ামবুং শ্রীবিধু সিংহগী মজাইবুংঙো); শ্রীমোইরাংথেম নিংথেমজাও সিংহ (কাঞ্চিপুর); ককচিংতাবম ব্রজমণি শর্মা (ককচিং খুনৌ) অমসুং চীংঙাখম পিশক সিংহ (থাঙমৈবন্দ), মনস্বিনী (স্বামীজীগী মশূনুপী)

১১। শ্রীকোংব্রাইলাৎপম হেমেশ্বর শর্মানা ইবা "অনুপম স্মৃতি' মিংথোনবা ৱারেং

১২। শ্রীচিংথাম নিংথেমজাও সিংহনা ইবা "শ্রীযোগেন্দ্রানন্দ গিরিগী পুন্সি ৱারী" হায়না মিংথোনবা লাইরিক

* * *

# থম্মোয়বু ঙানহৈলবিবা মৈরা অহুম

শ্রীস্বামী শিবানন্দ সরস্বতীবু হন্না হন্না খুরুমজৈ
শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিবু হন্না হন্না খুরুমজৈ
শ্রীস্বামী গুরুগোবিন্দানন্দ সরস্বতীবু হন্না হন্না খুরুমজৈ
গুরুনা জয় ওইবা ওইসনু।

লৌশিংগী মতীক মঙাল শাগোন্নরিবা স্বামীশিং অমদি ওজা গুরু কয়ানা ইরম্বা লাইরিক খরা লাইবক ফবদগী নোংদম্বনা সুম থোকউ তমলম্বনা পাবা ফংজকবদগী পূক্নিংদা ইনীংবগী ঈথিল অমা ফাওরক্লুনা স্বামীশিংবু অমদি অতৈ ওজা গুরু কয়াবু হন্না হন্না খুরুমজদুনা লাইবিকশিং অদুনা ঐঙোন্দা পীবীবা থম্মোযদা তারিবা মমি অদু ফোংদোকচবি।চুম্লম্বা য়াই লাল্লম্বা যাই ঐগী থম্মোযদা তাবিবা মমি।চুম্মী লাল্লি খঙদনা ফোংদোক্লীংবগী ঈথিলনা ঐগী থম্মোযদা কন্না য়েবকখি। ফোঙনীংবগী ঈহৌ হৌবকখি। ফোং দোক্লীংববু ফাঙদোক্লীংবনা মতেং পাংখি। ফোংদোকত্রবদি নত্তুগা ফোঙদোকত্রবদি থম্মোযনুংদা ম্বামৈ চাকপগুম ওমচারুদুনা পুল্সি লাইমন ওইহৌবগনি খনখি। ফোঙদোক্লগা ফোংদোক্লগে হায়না চপযুংনা নীংখি। হাকথি খন্নীংবা মীনা ফজনা হাকথি খূৎখন কবম্না খনগদগে শেমশাদবগুম অদুগা খন্দোকখ্রগা হকচাংদদি নুংঙাইবগুম করম্না ফজনা ইথোক্কনিগী ম্বাখলদি তৌদনা থম্মোয়দা ফুমলিবা মমি অসি ইথোক্লগা ফোঙলবদি থম্মোযদা নুংঙাইবা ফাওবা য়াই হায়বা ম্বাখলদগী ফোংদোকচবনি।

করিনো অদুদি ঐহাক্না ফোংদোকনীংলিবা? অতৈ কবিসু নত্তে মীনা ঙাঙনবদা, ম্বাবী শাবদা, হুন্দুনা ঙাঙবদা, কবেম্নদুনা ঙাঙবদা খাঙঙমদবা ম্বাফম অমগী মরমদনি। মণিপুরী বৈষ্ণব সম্প্রদায় (Community,Sect, Society) গী শিবগী থৌরম শ্রাদ্ধ কর্মদা বাধা কৃষ্ণগী প্রেম লীলা (dalliance,amorous sports, love-play, erotic play) শক শোনবসিদা কনা কনাগুম্বনা নানা জাৎ জাৎ (various views, diverse and different views, manifold points) হায়নবা যাওই। তাবদা খাঙঙমদবা য়াওবকই, খঙনা হায়বিবনি খঙদে, খঙদনা হায়বিবান খঙদে তাবদা ম্বারবা ম্বাফম কয়া য়াওরকই। মীরোন্দা শকপগী তৌবনি মৈতৈলোনদা শকপা তারবদি তাবা য়াবা নত্তে হায়বসু য়াওই। শ্রাদ্ধ কর্মগী ঈশৈ অসি নাম শোনবা শৈশকপা শৈশকপীশিংনা সংকীর্তন্দা বেঙ্গালীদা হায়গদ্রা ব্রজবোলীদা হায়গদ্রা ঐখোযগী ইরোল নত্তবদা য়াম্না শক্লবম্মী। মদুদনি হায়নরিবা ম্বাফম অসি। হৌজিক্তি মৈতৈলোন

দা শকপা কয়াসু য়াওরে। মৈতৈলোন্দা শব্দগীদা অর্থ (ৱাহন্থোক) তি খঙদনা পঙতা তায় হায়না থীনা ঙাঙনবসু য়াওই। মৈতৈলোলদা শব্দরক্রবা মতমসিদসু তাবা য়াবা নত্তে হায়বা অমুক য়াওরকই। মৈতৈনা শিবগী মথৌ মওম পাঙথোকপদা শিবগা মরী লৈনদবা ঈশৈ শকই, মরম খঙদনা পঙতা মতাবনি, ঈশৈ অদু অকাম্না অপেৎনা নোংগা লম্বী ওইনা শকই হায়দনা হায়নবসু ময়াওই। রাধা কৃষ্ণ (নুপী নুপা) নুংশিনবগী ঈশৈবু শোরাৎতা শকই হায়না মখোয়দৌ চাকপমখৈ (শাউগৎপমখৈ) হায়বসু ময়াওই।লাইবিক য়াম্না হৈববা এম এ, খঙহৈরবা পণ্ডিতশিং ফাওবনা হায়বা য়াওনরি। মপালগী মীনা (মরুওইনা বেঙ্গালীশিংনা) খঙখ্রগা নোক্করমগনি করেম্নরমগনি হায়বসু ময়াওই। অর্থদি খঙদনা মীগী মিংবু ফজে হায়দুনা হেক্তা থোনজিনবা, অকামগী অপেৎকী মিংবু হেক্তা পামজবা ইকায়নীংঙাইনি হায়বসু ময়াওই। লাইরিক হৈরবা মীনা হায়বা ফাওবা য়াওরিবনি। কুঞ্জ (grove, bower, arbour, abode of a Vaishnava)গী মবেম্মা রাধাবু বিলাসিনী হায়নবা, বিলাসিনী পন্দুনা সংকীর্তনদা শৈশকপা, মচানুপী মশুনুপীগী মিং বিলাসিনী থোনবা অসিদা অর্থ খঙদদুনা তৌরিবনি হায়না ঙাঙবসু য়াওরি লাইরিক হৈবশিংনা। নুংদা ফজখ্রবা রাধাবু বিলাসিনীসু হায়নবা অসিদনি মখোয়না মপালথোংগী অর্থদতা য়েংলগা হায়রিবা। রাধাবু কলঙ্কিনী (unchaste woman, woman of bad name, whore)হায়নবা, বাধানা বিলাসিনী (wanton woman,sportive, foppish, luxurious, sensualist, harlot)ওই হাযবা অসিদনি মখোয়না করেম্নরিবা।বিলাসিনীবু হায়রিবা মীওইশিং অসিনা ফত্তবা নাকন্দা অর্থ হনগদৌগী লাকনৈ। ফজখ্রবা অতৈ অর্থদা পুনবা হোৎনদে, নুংগী অর্থ খঙদবা মান্না হায়বগুম তৌই। অসুম্না মখোয়না ফজখ্রবা মণিপুরী নট সংকীর্তনগী ঈশৈ, রাধা কৃষ্ণগী প্রেম লীলাগী ঈশৈ অসি করেম কথাইনদুনা, খঙদবগী তৌরিবনি হায়দুনা পঙাঙ ঙাঙবদা, পণ্ডিত শাদুনা হায়রকপদা ঐগী থম্মোয়না খাঙঙমদবা চৈনা অমা ফংখি। মখোয়না শিবগী নোংগা লম্বীদা অকাম্না অপেৎনা শিবগা মরী লৈনদনা শকই, রাধা কৃষ্ণগী (নুপী নুপাগী) অপাম-নুংশিগী ঈশৈ শকই হায়রিবা ঈশৈশিংগী মনুংদা হান্না মীরোন্দা শকপা ঈশৈগী ছন্দগা মান্নহল্লগা মণিপুবীদা শকপা খরদি মখাগী অসিনি :-

ব্রজ লম্বী ঙানহল্লিবী (ছন্দ : ব্রজের পথে...)
কৃষ্ণ প্রেমদা তাউরকলিবী।
ৱায় ৱাজরবী উদ্রিমখৈদি ৱাবা তাই (ছন্দ : রায় পদম্বিনী...)
তনৌবী চরণ উবদা
খোইমুনা থম্বালনি খল্লুই

লৈহী থৌরাংবা থোইমুনা
ঙুং ঙুং ঙংনা কোয়ইন ইঞ্জরী
কৃষ্ণ প্রেমদা তাউরক্লিবী।
রাধানা থোইমুবু উখি (ছন্দ : কালাভ্রমর ...)
থোইনা হেন্না ৱাখি।
কালা কালা শোঞ্জে
মবুংঙোবু মীৎতা উখিনে।
মীৎতা উজে কালা (ছন্দ : মোর কণ্ঠে ...)
কদায়নো কালা, উখিদে কালা
কালা কালা শোঞ্জে
অঙাওবীগুমলি ঙাওসু ঙাওরিমক্লিনে।
কদায় ললিতা ঐসে ঙাওরবোইনা (ছন্দ : শুন ললিতা...)
শ্যাম কুণ্ড য়ৌবা কয়াম ৱাংলিগবা
শ্যাম কুণ্ডদুদা চোংথদুনা
পুন্সি লোমনীংঙেগবা।।

ঈশৈ অসি শকপদা থৌবূনা লৈখিদ্রবা লৈখিদ্রবী মীদুগী মতুং ইন্না বাবা বাবা..., ইমা ইমা..., ..., হায়দুনা কপ্পী, শেল থায়, ভাবকসুনি। মসিদনি করেম্নরিবা করেম্নবা কাঙবুনা, নোক্লরিবা নোক্লবা কাঙবুনা। মসিদনি ঐনা খাঙঙমদ্রিবা, প্রোক প্রোক চাকলিবা।

অদুবু মসিমদি চুমলে ভাবক খরসু থৌবূসু প্রেম হেক্তা পোকই মখাগী ঈশৈসি মখা তানা শকপদা:

ৱামল্লেকো হেন্না নীংজবী (ছন্দ : শান্ত কর...)
শ্রীকৃষ্ণদুনা থোইনা হেন্না ৱারম্নগনি।
কদমদা ঙাদুনা নুংশিবা বাঁশিনা (ছন্দ : কদম্বেরি...)
রাধা রাধা কৌবদো তারু উরুনি।।

থৌবূ অমসুং ভাবক্কা পূক্লিং চঙনা তাবা ঈশৈশিংগী মনূংদা মখাগীশিং অসিসুনি:

লেঙঙক্কে রাধিকা শামুগী শাজৎনি (ছন্দ : রাই গমন...)
লেমজবী থোঙথাংনি
শোঞ্জে শীকৃষ্ণবু কাউদ্রিবীনি (ছন্দ: কুঞ্জে কুঞ্জ...)

শোঙ্গদবা ঙমদে কাউবা শুকঙম ঙমদে (ছন্দ: থমকি চান্দে...)
ঋাখল ঈপাক্তা তাউরকলিবীনি।
চৎলে মাঙদা উই (ছন্দ: দুইটি আঁখি...)
তূমলে মঙদা উই
চুড়ানা লৈতেংবা ফূইনা নোংহৌ ঙমজবা
প্রেম ভক্তিগী তুংনফম ওইবীনি
মহা ভাবনা লৈতেংবীনি।

হাই হাই হাই লাউইদো বাধিকা (ছন্দ. ঝন ঝন ঝন...)
তোমালবু উবদা মানমনখিবনা
তোমালগী খোইখোইবা মুজবা মহৌশা
মবুংঙো কৃষ্ণ মানমনখিবনা
. ।

মসিদনি হায়নীংবা কাঙবুনা অমুক্কা হেন্না কবেম্নদুনা ঙাঙলিবা। মাগী (বাধাগী) থম্মোয়না পামজবা নুপাদা(কৃষ্ণদা) পামজবিবী নুপীনা (রাধানা) ঙাওজবা অদুবু অশিবগী লান্ন-থৌবম (শ্রাদ্ধ কর্ম) দা মরী লৈনদনা শকই হায়দুনা কবেম্নর্বনি। নুংগী ভাব খঙদবদগী ভাবক খরসু, কনা কনাগুম্বা থৌবূ খবসু শকলিবা ঈশৈ অদু বাধানা কৃষ্ণ নীংজবনি হায়বা পানগী ওইবা ভাবতদা উবসু য়াওদবা নত্তে। ঈশৈশিং অসিগী মমাঙদা হান্না 'সাজন'গী মতাঙদা বাধানা সুর্য্যপূজাগীদমক সুর্য্যকুণ্ড পাংনা চৎনবা শেম শাদুনা লাকপা অমদি থৌবাং তৌবদু শৈশকপশিংনা অসুম্না শকই

ফজৈদা বাধিকা পকচৈদা নাসিকা (ছন্দ· সিঁথায়ে সিন্দুব. )
লৈতে চাংদমনীংঙাইকক্কা।
লৈহাউনি হাযসিবা থম্বালনি হায়সিরা (ছন্দ: নবজল ধব ..)
মায়থোঙ থামকনি হায়সিবা ।

মসিগা লোয়ননা মখা তাবা ওইনা অসুম্না শকই·

ফিজেৎ লৈতেং লোইবে
ওয়দা স্বব লৈরে
জটিলাগী যাথং লৌবে

সুর্য্যকুণ্ড পাংখরে
সুর্য্যকুণ্ড য়ৌরক্লে
পূজাগী পোৎলম থনগ্লে
পঞ্চাঙ্গ ওইনা খুরুম্লে
শ্রীকুণ্ড পাংলক্লে...।

মসিদা নত্তনা অভিসার (journey of love, secret meeting or appointment of lovers, assignation) গী মতাঙদা অসুম্না শকই:

থাজনি থাবলনি থবানমিচাক্সি (ছন্দ: থমকি থমকি...)
থম্বালনি থম্বৌনি থাবনা বাৎলি
য়েৎলোমদা ললিতা মাঙদা কুন্দলতা
ওয়দা বিশাখিকা ময়ায়দা রাধিকা।।

অসুম্না শ্রীমতী রাধিকানা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণ উননবা আয়ানগী য়ুমদগী মপাল থোক্লবা হোৎনবা অমসুং থোরক্কুনা খোঙশানবা অসিগা মরী লৈননা শকপদা অপাম নুংশিগী মতাঙবু লান্ন-থৌরমদা পুশিল্লকই হায়না দোষ পীশিল্লি। অদুগী মথক্তা অমুক্কা হেন্না হঙ্গোইনীংঙাই ওইবা বাফম পুশিল্লক্লিবনা নুপা নহা লৈরবী রাধানা অরোনবা নুপা উননীংবগীদমক চথরকলিবা মতৌ অসিনি হায়বসিনি। নুংগী ভাব করিনো হায়বা খণ্ডব্রবৃদি মখোয়না পীশিল্লিবা দোষ অসি অচুম্বনি হায়বা যারিবনি। মখা তানা অনুরাগ (attachment, love, devotion, passion, inclination) গী মতাঙদা শকপা ঈশৈ অমা অমুক য়েংসি:

কোয়না চাকপা লম্মৈনিদো (ছন্দ: কুরঙ্গিনী পাইয়া...)
ব্যাধনা থৎলি মাঙদা।
মৈচাক খাঙসি খাঙঙমদা (ছন্দ: আহুতি করিয়া...)
পনবু লান্সি লানঙমদা
বায় বায় শজিদো পন্নুংদা।
কৃষ্ণ প্রেম্না লম্মৈ ওই (ছন্দ: তার মধ্যে...)
চৎনা পন্না ব্যাধ ওই
বাজরবী শজিদো রাধাগা মান্নেদা।

মতাঙ অসিদদি রাধাবু থীনা ঙাঙনবগী দিগ্রীসি ফ্না য়াম্না হাইগৎলক্রে। বৈষ্ণব সম্প্রদায়বু, সাধু বৈষ্ণবপু করেম্নবগী দিগ্রীসু ৱাংখৎলক্রে। হায়বমক য়ারে রাধাবু ৱাথোক চাউবী কলঙ্কিনীগা হায়নবদু। কৃষ্ণ প্রেমদা কয়াদা ঙাওরিবা ! মপুরোইবা লৈরবী নুপীনা তৌরিবা থবক,চৎলিবা শাজৎ লীচৎ অসি চৎনা পন্না থিংফম থোকপনি। মসিদা নুংগী ভাব খঙদবা লাইরিক হৈবা হৈতবা অনীনা পূন্না এটেক্ট তৌরকপদা ঙাকথোকপা ৱাগদবা মাঙ্লিবনি। এটেক্ট তৌরকপা অসিদনি ঐহাকসু চাক্লিবা। হায়হন্নীংদবা হায়রকপদা ঐনা কয়াদা ৱানা খাঙজবা য়েৎনবদি ঙমদনা ঙাঙবা হৈজদবদগী। শ্রাদ্ধ কর্মগীদা নত্তবা বাশক্কী ঈশৈদা কোকিল নিন্দাগা মরী লৈননা অসুম্না অমুকসু শকই:

খোংলরনু খঙলে কোকিল
কায়না মৈশা লাংহল্লনু
তাবদা থম্মোয়সি কায়খিদৌরে
অৱা মৈচাক হেনহল্লনু
নঙগী মিরবা খোঞ্জেন্না
ওইরিবোই নীংইনে থম্মোয়না
কৌরিবোই নীংইনে শ্যামগী বাঁশিনা
ৱাজরবী রাধাদদি খোইনা হেন্না ৱাহল্লি
নুংশি হৈতে কোকিল নঙসে
রাধানা ৱাবদি উবীদে
চেক্না ওইবা নরমচৎ
খঙঙিরোইদো খাইনা মৈচাক।

পানগী ওইবা মীৎয়েংদা য়েংবদা মসিসু কনাগুম্বী নুপী অমনা(রাধানা) মহাক্কী থম্মোয়না খোয়দাজবা নুপা অমগী(কৃষ্ণগী) মরমদা ৱাজবগী মতাঙনি। কোকিলনা মিরবা খোঞ্জেন্না কুহুঁ কুহুঁ খোংববু কৃষ্ণগী বাঁশিনা রাধা রাধা হায়না কৌবনি হায়না লৌরুবগী ৱানি। কয়াম্মুক য়াম্না রাধানা কৃষ্ণবু পামজবগে, নুংশিবগে, নীংজবগে হায়বদু ঈশৈ অসিদা উৎলি। নুংগী অর্থসু য়াম্না ফজরবা মতাঙনি, পানগী মীৎযেংদা য়েংবা তারগনা পাম্মন লাকমনখ্রে হায়বা য়ারবনি।

মথক্তসু পঞ্জখ্রে রাধাগী মতাঙদা কনাগুম্বনা থীনা ঙাঙনবসি বিলাসিনীগী ৱাফম পুশিল্লকপা অসিনি। মখোয়না মীগী মিং বিলাসিনী থোনবা অসি ফাওবা অর্থ খঙদদুনা তৌরিবনি,খঙলমলবদি থোল্লমলোইদবনি হায়। অদুবু মিংদা বিলাসিনী

থোনবা করিসু কায়দে, নুংগী অর্থ য়েংবদা য়াম্না ফজে। কৃষ্ণগীদমক রাজরবী, কুঞ্জ কুঞ্জ খুদিংদা শান্নজবী, কৃষ্ণ প্রেমদা (পরমাত্মাবু ঈথৌ লাংজবদা) থরায় লূপলবী রাধাগী মফমদা বিলাসিনীগী রাহে শীজিন্নদুনা শৈশকপা ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী মফমদদি ভক্তি প্রেমগী মমি তারিবনি। অসিগুম্বা ঈশৈ খরদি মখাগী অসিনি:

১। ভানুর নন্দিনী যাবট বাসিনী কৃষ্ণ বাঞ্ছা পুরাইনী
কৃষ্ণ চিত্ত হলাদিনী মহাভাব স্বরূপিনী।।
কুঞ্জে কুঞ্জ বিলাসিনী।।
কৃষ্ণ প্রেম স্বরূপিনী কৃষ্ণ সুখ প্রদায়িনী।।

২। কৃষ্ণ সঙ্গ সুখের আশা অন্য কর্ম পরিত্যাগী
কুঞ্জে (২) বিলাসিনী কৃষ্ণ বাঞ্ছা পুরাইনী
কৃষ্ণ হলাদদিতে তাতে নামা হলাদিনী
কৃষ্ণ প্রেম স্বরূপিনী মহাভাব স্বরূপিনী।

৩। হা হা প্রাণেশ্বরী রাধা (এ) হা নাথ গোকুলচন্দ্র
কুঞ্জে (২) বিলাসিনী শ্যাম মন মোহিনী
সবর্ব শক্তি স্বরূপিনী কৃষ্ণ প্রেম স্বরূপিনী
হে কুঞ্জরাজ রাণী হে মদন মোহিনী
হে রাধে কমলিনী...।

৪। হে বাধে কৃষ্ণ প্রাণ মর যুগল কিশোর
হে শ্যাম সুন্দর একবার মরে দয়া কর
হে রাধে কমলিনী কৃষ্ণ সুখ স্বরূপিনী
বৃষভানু নন্দিনী শ্যাম মন মোহিনী
কুঞ্জে (২) বিলাসিনী কৃষ্ণ চিত্ত হলাদিনী
কৃষ্ণ প্রেম স্বরূপিনী মহাভাব স্বরূপিনী
জনমে জনম জীবনে মরণ দুহা চরণ বিনে
অন্যা নাহি জানে।

ভানুনা পোকচবী যাবটতা ওংলিবী কৃষ্ণগী পুক্নীং থুংহল্লিবী, শ্যামগী থম্মোয় শুদ্ধৎলিবী, মহাভাবনা লৈতেংলিবী, কুঞ্জ খুদিং শাননরিবী, শ্যামগী প্রেমনা

মূর্তি ওইবী, কৃষ্ণতবু নীংজবী, কৃষ্ণ সঙ্গ নত্তনা অতৈ পামজদ্রবী, শ্যামগীদমক্তা ৰাজরিবী, শক্তি ময়াম্না লৈতেংলিবী, কৃষ্ণবু হ্লাদিনী (delighting power, delighted) পীরিবী রাধানি। অসিগুম্লবী থম্বালগু ম নিংথীজরবী বৃষভানুগী মচানুপী, কৃষ্ণনা চানবীরবী রাধাগী মফমদা কৃষ্ণনা চানবীনবা জীবনা হিংলিঙৈ মতমদসু শিরবা কানদসু মাগী চরণ নত্তনদি অতৈ অমা পামজদে হায়দুনা চঙজবনি। ভক্তি কৎচবনি। ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা মসিদা ঙাওজবনি, থম্মোয় লূপচবনি। ঐহাকসু মসিদা পূমঙাও ঙাওজবনি।

অতোপ্পা ৰাফম অমনা মুন্না খঙবা খঙদবগী ৰাফম নত্তবীদা খজিক্তং খঙবদা কনাগুমবনা ঙাঙনরিবা ৰাফম অমনা শৈশকপশিংনা 'শুন রাধে কমলিনী...' হায়না শকপা অসিনি। মখোয়না কমলিনী হায়রে হায়দুনা ঙাঙনবসি খজিক খরাগী ৰা নত্তে। হায়নবা য়াওই 'মৈতৈলোলদা হন্দোক্লনা শক্লবদি তাবা য়াবা নত্তে।' মতম অমদা শক্লরম্মি পাখঙশিংনা খুনুং ঈশৈ-'শাবী ইবেম্মা থম্বাল মানবী ...।' অহল লমন্না মসিবু তানি হায়দুনা তারিবসি অর্থ খঙদদুনা তৌরিবনি হায়নবসু ময়াওই। মসিগী মথক্তা খরা হেন্না খঙবা কাঙবুনা অমুক বিলাসিনী পুশিল্লকপা অসিনি, রাধাবু নোক্লরিবা, ভক্ত বৈষ্ণবশিংবু করেমনরিবা, মিং থোল্লিবা কাঙবুবু অর্থ খঙদদুনা তৌরিবনি হায়বীরিবা।

আশুতোষ দেবগী *ষ্টুদেন্টস' ফেবরাইট দিক্সিনারি* (বেঙ্গলী টু ইংলিস) তা বিলাসিনীগী অর্থ অসুম্না হল্লি: বিলাসিনী,*a. fem.* same as বিলাসি *(a):-n. fem.* harlot; wanton woman.বিলাসি *a.* luxurious ; foppish; sportive; wanton:- *n.* sensualist.শান্ন-খোৎনবা পাম্বী ওইগে ওইয়ু, কে-মৌবা পাম্বী ওইগে ওইয়ু,মরাংকায়বী ওইগে ওইয়ু, ওইনীংবা অমা ওইগে ওইয়ু, শকহেনবী রাধাবু কমলিনী, কুঞ্জদা রাধানা (আত্মানা নত্ত্রগা প্রকৃতিনা) কৃষ্ণগা (পরমাত্মাগা নত্ত্রগা পুরুষকা) শান্নজবী বিলাসিনী (sportive) ওইবী পানগী হঙ্গোইনীংঙাই লৈতবী, নুংগী আধ্যাত্মিক্কী ফজবা শক্তম, শুদ্ধজীব (শুদ্ধ-pure,purified, faultless, unadulterated)গী শুদ্ধপ্রেম অসিবুনি ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা পামজরিবা। রাধাগুম্লবী বিলাসিনী ওইরবী শুদ্ধজীব ওইরবী রাধা (বিলাসিনী) কয়াদা ফজখ্রবা! বিলাসিনীদা য়াওরে শুদ্ধজীবগী শুদ্ধপ্রেম নুংগী ভাবতা। মসিদনি মচানুপী মশুনুপীশিংগী মিং বিলাসিনী কৌনীংলিবা,কৌরিবা ভক্ত বৈষ্ণব কয়ানা মসিগী নুংগী ফজবা অর্থ খঙবদগী। ইচম চম্না পানগী অর্থদা অকে অমৌ পামজবী নত্ত্রগা তরু-তনানজবী, ফজবী, মরাং কায়বী (ইনাক খুনবী), শান্নবা পামজবী হায়বদসু অর্থ লানফম লৈতে। ফত্তবা উবদা হৈনবা কাঙবুনা ফত্তবদুতা মউবা, অফববুদি উদবা, হায়নীংবা মখোয়না কদায়দা করি হায়ফম লৈবগে হায়বদুতা মথিবগী মওংনি মখোয়না কমলিনী,

বিলাসিনীগী বাফম ফজদবরোমদা পুশিল্লকলিবা অসি।

শ্রীকৃষ্ণনা ষণশেনবা চৎপা, রাধানা উনীংদুনা ঙাইবা অট্টালিকা দর্শনগী মতাঙ, অভিসার(journey of love, tryst, secret meeting or appointment of lovers), উৎকণ্ঠা(eager, anxious, uneasy, in grim suspense), বিপ্রলব্ধা(love -lorn heroine or one separated from her lover, deceived, disappointed ), খণ্ডিতা(woman or heroine offended with her husban or lover for his infidility- থাজবা মাঙহনবগী নুপীনা নুপাদা বারৌবা), কোকিল নিন্দা(নিন্দা- condemnation or blame ), রাসলীলা(circular dance of Gopis with Krishna, amorous pastime)অসিনচিংবা অসি পানদা য়েংবদা রাধা কৃষ্ণগী নুংশি মরীনা মপূং ওইবা ঙাক্তনি। অখণ্ড অহে ওজা গুরু কয়ানা শেন্নগা আত্মাগা পরমাত্মাগা লৈনবা মরীদা ভক্তি প্রেমগী মায়কৈদা শ্রাদ্ধ কর্মদা ঈশৈ কয়া শৈশকপা শৈশকপী কয়ানা শকলিবনি।মীরোলদা শকপা ওইরবসু ইরোলদা শকপা ওইরবসু ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা প্রেম ভক্তিগী রস চুপলিবনি। মসিদসু কনাগুম্বনা অর্থদি খণ্ডদনা পণ্ডতা তায় হায়না ঙাঙনরি। ভক্ত বৈষ্ণব কয়াগী মফমদদি মীরোলদা শকপা ওইরবসু ছন্দদা, তানদা, সুরদা, বসতা ঙাওজরিবনি। অর্থ হাইফেৎতং খণ্ডবদা ঙাওজরিবা কয়ানি, অর্থ শূকখণ্ড খণ্ডদনা নুংঙাইজবা কয়াসু য়াওরিবনি, অর্থ খণ্ডদনা ঈশৈ চীনফা পুরিবনি, চুম্না তাবতা নত্তনা মখোয় মশাসু মতোম্মতা শকচরিবনি। মযাম্না শকনরিবা পামজরিবা ঈশৈ খরগী মনুংদা মখাগী অসিসু য়াওরি:

১। হায় প্রিয় সজনী কুঞ্জের মাঝে একাকিনী ফেলে রাধা।  
রসালেরি ডালে বসি কোকিল কুহুঁ কুহুঁ রবে  
সইতে নারে হামু রাধা প্রাণ।।  
হামু দুর্ভাগ্যিনী বিধি কোইল পরাধিনী হামু দাসিনী  
সখী এখন ন পাইলু প্রাণ নাথ।।  
হামু দাসিনী রাধা বন্ধু বিনে কি সুখ আমার  
সযনে সাপনে ঘুনে জাগরণ কেবল বন্ধু সঙ্গ আশাগো।।

(রাধানা সখীশিংদা হা'ইতা চান্নবী কুঞ্জসিদা রাধা ইতোম্মতা হুন্দোকপিরে, উশাথক্তা তোংলিবা কোকিলনা কুহুঁ কুহুঁ খোংবা তোল্লবী রাধাগী মৈচাক হাপ্পীরে হায়না শৈশকপা, লাইবক থীবী রাধা নোংদমবনা য়েক্লবীরে, নীংজবা বাখল অরেম্বা ওইরে করম্না প্রেমগী মৈচাক খাঙগনি মতম চুপ্পদা মাগী (কৃষ্ণগী) বাখলদি খল্লি হায়বগী ভাব ফোংদোক্না শকপা অসিদা অর্থ খণ্ডবনসু নুংঙাই, খণ্ডদবনসু নুংঙাই,

নুংগী ভাব খঙবনসু নুংঙাই খঙদবনসু নুংঙাই।)

২। রাজার নন্দিনী চলে বিপিন পথে
তরুনী মোহিনী গনে (এ)।।
কাম যুদ্ধের লাগী ললিতা চাতুরী
সেনাপতি বেশ সাজি চলরি আগুয়া।।
সকল চাতুরি মধ্যে বিশাখা অধিকার
শ্রীরূপ মঞ্জরী সখী শারথি সাজাই
শ্রীমতী কিশোবী মহারথী করে।।
চিত্রাদি চম্পকলতা তুঙ্গবিদ্যা ইন্দুরেখা সব সৈন্যগণ
... রাধিকা সাহস দেখি সুরদাস
গুনীতে তে আনন্দ অন্তরে ভলাই।।

রাধা অভিসারদা অসুম্না নিংথৌনা পোকচবী শ্রীমতী রাধিকানা সখীশিং: ললিতা, বিশাখা, চিত্রা, চম্পকলতা, তুঙ্গবিদ্যা, ইন্দুবেখানচিংবগা লেঙলকপা অসিদসু অর্থ খঙবা খঙদবা থিদনা অদুম পঙনুংদা নুংঙাইনৈ।

৩। ধনী ধনী ধনী অভিসারে
সঙ্গিনী রঙ্গিনী প্রেম তরঙ্গিনী সাজনি শ্যাম বিহারে।।
চলইতে চরণে সঙ্গে চলু মধুকর মকরন্দ পামকি লোভে
সৌরভে উনমত ধরণী চুম্বয়ে কত যাহ যাহ পাদ চিহ্ন সোভে
কনক লতা যিনি সৌদামবিনী
বিধির অবধি রুপ সাজে
কিঙ্কিনী রন রনী বঙ্করাজ চলইতে সমধুর বাজে।।
হংস রাজগতি যিনি গমন সুনাবনী অবলম্বন সখী
কান্ধে আনন্দ দাস ভনে মীলনী নিকুঞ্জ বনে পুরাইতে
শ্যাম মন সাধে।।

নিংথীবী ফজবী রাধানা চান্নবী ময়ামগা লোয়ননা অভিসার লেঙলকপা অমসুং লৈহী পাম্বা থোইমুগী অপাম্বা অসিসু অর্থ খঙবা খঙদবা থোইদোক্তনা অদুম হেক্তা নুংঙাইনৈ।

৪। চলু গজ গামিনী (২) হরি অভিসারে।।

হেগো চলি।। (৩)।। থমকী থমকী।।
নীল বস নাবনী।। কাচ্চা কাঞ্চনবরনী।। গরুবা নিতম্বিনী
পদ আধ আধ চলে কৃষ্ণ প্রেম ভররে।।
মনোরথ রথচড়ি চলে রস ভররে।।

অভিসারগী ঈশৈ অসিদসু অর্থ খঙলবসু খঙনদ্রবসু অদুম ঈশৈগী রস চুপ্পা ঙমনৈ।

৫। শান্ত কর ওহে রাজনন্দিনী
নিজ প্রাণ নাথ নিশ্চয়ে আসিবে
কদম্বেরী মুলে বাজায় বাশিঁ
রাধা রাধা বোলি দাকে।

'' শান্ত কর ওহে রাজনন্দিনী...।'' হায়বা ঈশৈ অসি কনাগুম্বা ওজানা ঈশৈগী ছন্দ কায়দনবা (মতুংইন্না) ' বামল্লেকো হেন্না নীংজবী...' হায়না ওহ্নোক্তুনা শকই, কনাগুম্বা ওজানা 'তপথবীয়ু হে রাধে...' হায়না শকই। অমবু ওইরে অমবু ওইরে তারিবা ভক্ত বৈষ্ণবশিংনদি ঈশৈ অসি মীরোলদবু শরুবসু তোঙান তোঙানবা মওংদা মণিপুরীদা ছন্দ কায়দনা শকপদসু ইনুংদা নুংঙাইনৈ, ঈশৈগী রস চুপচৈ।

অসুম্না মথক্কী ঈরোলদা শকপা ঈশৈ খরা অসি হান্নগী মীবোলদা শকপা অদুগী মহুত্তা ইরোলদা ছন্দ কায়দনা চপ চাবা অর্থ নত্তবিদা খরা, মান্নবা অর্থদা খরা ওহ্নোক্লগা শকপনি। খরা অমনা হান্নগী মীরোলদা অদুম শকপনি। ভক্তি প্রেমদা লূপচবা ভক্ত বৈষ্ণবশিংদদি অমদা শকপনি খঙদে অমদনি খঙদে ইনুংদা নুংঙাই। অদুগা কনাগুম্বা খরা অমনদি লান্ন-থৌরম (শ্রাদ্ধ কর্ম)গা মরী লৈনদে পঙতা মতাবনি হায়নৈ।

(**নীংশিংজবা:-** মথক্কী ঈশৈ খরা অসি খঙজ-হৈজদুনা নৈনজবা নৎচদে, ঐহাক্না শ্রাদ্ধ কর্মগী ঈশৈ তাজরুবা, ঐবু পোকপীবা বাবা শ্রীশ্রীগুরুদেবনা ইদুনা থনম্বা ঈশৈ মযেক খরা অর্মদি ওজা গুরু খরনা মরুওইনা শ্রীলাইশ্রম ইবোহল সিংহ অমসুং শ্রীখাঙেম্বম গুলাপী সিংহনা ইবীরম্বা ঈশৈ লাইরিক খরা থেংনজবদগী লোযননা ওজা গুরু খরদা হংজরুবদা তাকপীরকপা খরদং থমজবনি। অশোয় অঙাম ঙাকপীনবা ভক্তি কচ্চবি। নট সংকীর্তনগী ঈশৈ তাবদা য়ানীংবা কাঙবুগা য়ানীংদবা কাঙবুগা মাগী মাগী মত ফোংদোকপা তারুবদা ঐগী থম্মোয়দা তাবা মমি খজিকতং থমজবনি।)

পানগী মীৎয়েংদা য়েংবা তারগদি অপাম-নুংশিগী ঈশৈসি লান্ন-থৌরমগা মরী করি অমত্তা লৈনদ্রবনি। কৃষ্ণগা রাধাগা নুংশিনবা চাকথেক্লববু লান্ন-থৌরমদা শৈশকপসি তুক্কচনীংঙাইনি হায়বা য়ারিবনি। অদুবু নুংগী ভাবতা লৌবা তারগদি

মতাঙ অসিদি ওহোক্লা থাক বাংলিবনি। মপুরোইবা লৈবী নুপীনা অতোপ্পা নুপাগা লৈনবা মরীবু নোংগা লম্বীগা মরী লৈনহন্দুনা শকশোনবা অসিগী মরম করিগীনো খঙজিনফম থোকপনি। পানগী শকফমদদা মউবা অমসুং মদুদতা ময়েংবা লাইরিক হৈরবা কাঙবু অদুনা 'করিনো অমদি লৈরম্বা তাই, খঙদদুনা তৌরিব্রা নৎত্রেগা করিগীনো' হায়বা থিজিনফম থোকপনি। নত্তদুনা চুম্নগী ঈশৈদু তারগা দোষরোমদা হেন্না লূমথবা মীৎয়েংদা য়েংলগা দোষ-গুণ নৈনবা অদুনদি অচুম্বা মরম খঙবা ঙমলোই। মথক্তা পঞ্জরিবা ঈশৈ মতেক খরা অসি খুদম ওইনা খরা পনজপতনি। অতৈ য়াম্না লৈরি। মীরোলদবু ওইরবসু ইরোলদবু ওইরবসু রাধা কৃষ্ণ অনীগী লৈনবা মরীগী ঈশৈ যাম্না লৈ।

শ্রাদ্ধ কর্মদা শক্ক-শোননরিবা ঈশৈগী মতাঙদা ক্রিতিসাইজ তৌনরকপা তাবদা ঐগী থম্মোয়দা করিগুম্বা মঙাল খরা পীবীখিবা অসি মহা অমৃত (**very very sweet nector, elixir, celestial world, imperishable**) গী মশকওইরবা লাইরিক অহুম: শ্রীমৎপরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিগী *অমৃতবাণী (শিদ'পাউ)*, শ্রীস্বামীশিবানন্দ মহারাজগী *রাধাজ প্রেম* (ইংরাজীদা ইবা অদুদগী মণিপুরীদা *রাধাগী প্রেম* হাযনা শ্রীনিংথৌজম নোদিয়াচান্দ সিংহ (কোন্না সন্ন্যাসীগী মিংথোল শ্রীস্বামী গোবিন্দানন্দ সরস্বতী ফংখিবা) না হনদোকপা অমসুং শ্রী হাওবম তোম্বা সিংহনা মণিপুরীদা হন্দোকতুনা ফোঙবা *রাধা হৃদয়* (ব্রহ্মান্দ পুরাণগী খণ্ড অমা) অসিনি।পিকতি পিকপা মতীংদি লৈবা মরু হকপা অদুক্কী মতীক মগুণ চেনবালাইরিক ঙাক্তনি অহুমমক। লাইরিক অহুম অসিনা ঙানহল্লি ঐগী মমলবা থম্মোয়বু, শেংদোকই মরুবা ঐগী বাখলবু, কোকহল্লি মোৎলবা ঐগী পূক্লিংগী লায়না। কয়াদা মমল য়ামখ্রবা লাইরিক অহুম অদু। লাইরিক অহুম অদুদগীনি ঐহাক্লা খঙজবা রাধাগী মরম খরা। লৈ লাইরিক কয়া রাধাগী মরমদা ইবা-শ্রীনীলকান্ত গোস্বামীগী *শ্রী কৃষ্ণ লীলা*, রাস পঞ্চাধ্যয় য়াওবা *শ্রীকৃষ্ণ লীলামৃত*অসিনচিংবা। লৈরম্বা য়াই ফর ফরবা, মতীং লৈবা চাউর-চাউরবা লাইরিক কয়া রাধাগী মরমদা ইবা,রাধা তত্ত্ব নৈনবা। অদুবু পারুবা ঙমদে মখোয়শিংদু, পারুগেসু খল্লুদে। লাইরিক অহুম অসিনা থোইদোক্লা মতিক চারবনি, অহুম অসিসু হাইফেৎতনি ঐহাক্লা খঙজবা, মমূৎ তানা খঙবা নত্তে। মনুং থীৎনা খঙবা তারম্লবদি অমুক্কা হেন্না ঙাল্লমগনি ঐগী থম্মোয়। কাউবা ঙমলোই ঐহাক্লা পুন্সিদা শ্রীস্বামী শিবানন্দ মহারাজ, শ্রীমৎ পরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রা নন্দগিরি অমদি শ্রীস্বামী গোবিন্দানন্দা সরস্বতী লোয়ননা শ্রীহাওবম তোম্বা সিংহ। গুরুনি লমজিংবনি, লমতাকপনি, মৈরানি মঙাল পীবীবা। মখোয় খুদিংমক্কী লারিকশিং ঐহাক্কী মফমদদি মমল য়ামলবা মণিনি। দ্বারকাগী সনা লুপা, হিরা মণিমুক্তা কয়াদগীদি শ্রীকৃষ্ণনা লূম্বা হেনখি, শ্রীকৃষ্ণদগীসু তুলসী মনানা লূম্বা হেনখি। অদুগুম্বা তুলসী মনাদুনি লাইরিক

অহুম অসি ঐহাক্কী মফমদদি। কয়াদা মগুণ লৈখ্রবনো লাইরিকশিং অসি ঐঙোনদদি। লাইরিকনি মৈরানি ঐগী থম্মোয়বু ঙালহল্লিবা।

## থম্মোয়বু ঙানহলবীবা মৈরা অহুম

*রাধাগী প্রেম* না খঙহল্লি ঐবু অশেংবা প্রেম
*অমৃত বাণী* না তাহল্লি ঐঙোন্দা অচুম্বা বাণী
*রাধা হৃদয* না ঙানহল্লি ঐগী মমলবা হৃদয
পাল্লরে থূম্না থম্মোযদা ঐগী *রাধাগী প্রেম*
য়েরবে শেংনা নাপদা ঐগী *অমৃত বাণী*
ঙাল্লরে তরংনা লকানুংদা ঐগী *রাধা হৃদয়*।

ঙাওরে ঐহাক তশেংনা হৌজিক *রাধাগী প্রেম* দা
নুংঙাইজরমগনি ঙমলবদি ঙাওজবা রাধাগী প্রেম দা
চিংশিল্লে নাকোং তানীংবগা লোয়ননা *অমৃত বাণী* দা
নুংঙাইজরমগনি ঙম্রবদি চিংশিঞ্জবা অমৃত বাণী দা
ওনশিল্লে থম্মোয় লেপ্পা লৈতনা *রাধা হৃদয* দা
নুংঙাইজরমগনি ঙম্রবদি ওনশিঞ্জবা রাধা হৃদয়দা।

ঙমদ্রি ঐহাক ঙাওজবা হৌজিকসু রাধাগী প্রেমদা
ঙাওজরবসু ঐহাক হৌজিক হৌজিক *রাধাগী প্রেম* দা
ঙমদ্রি ঐহাক চিংশিনবা হৌজিকসু অমৃত বাণীদা
চিংশিল্লবসু ঐহাক হৌজিক হৌজিক *অমৃত বাণী* দা
ঙমদ্রি ঐহাক ওনশিনবা হৌজিকসু রাধা হৃদয়দা
ওনশিল্লবসু ঐহাক হৌজিক হৌজিক *রাধা হৃদয়* দা।

মঙাল অহুমনি, মৈরা অহুমনি, লমজিং অহুমনি
*রাধাগী প্রেম, অমৃত বাণী, রাধা হৃদয*
কোকখ্রে লোইনা শেংদোক্লে ফজনা চামথোক্লে শেংনা
মমলম্বা বাখল, মক্লম্বা থম্মোয়, মাংলম্বা পূক্লিং
পোকহল্লে প্রেম, তাহল্লে বাণী, ঙানহল্লে হৃদয
ঙানসনু মঙাল, ওইসনু মূৎতবা, পীসনু লমজিং।

অমম্বা কা অমবু পিক্লবা মোমবতি অমগী মঙালনা পূমঙাল ঙানহনবগুম ঐহাক্কী মন্নবা থম্মোয়গী কা লাইরিক মচা অহুম অসিনা মৈরাগী মশক ওইনা ঙানহল্লি। মন্নম্বা ৱাখল, মক্নম্বা থম্মোয, মাংলম্বা পূক্নিং ঙানহল্লি কোকহল্লি শেংদোকই লাইরিক অহুম অসিনা। অতৈ লাইরিক পাবা ঙম্নুদ্রবসু লাইরিক মচা অহুম অসিনা ঐগীদমক্তি থোইদোক হেন্দোক্লা মতীক চারবনি। চাউববা থোংনাং পাম্বীগী শক্তম: মউ, মশা মরেং, মনা য়াম্না পিক্লবা মসিগী মরুদা য়াওই হায়নবগুম লাইরিকশিং অসিদা ঐহাক্লা খঙনীংবা আধ্যাত্মিক্কী শক্তম অদুদি যাওবে খঞ্জে। মণিপুরী গৌরিয়া বৈষ্ণব সম্প্রদায়না শ্রাদ্ধ কর্মগী থৌরমদা নট সংকীর্তনগী শৈশকপশিংনা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী প্রেম লীলাগী ঈশৈ শক-শোনবা, ঈশৈশিং অদুবু ইদুনা লেংদুনা থম্বীরম্বা ওজা গুরুশিং, ঈশৈশিংদুবু শ্রবণ (hearing, listening to ) ফংজরিবা রস চূপচরিবা ভক্ত বৈষ্ণবশিং মথোয়শিং অদুবু শেরানননা লৌফম থোক্তে। শক্লিবা ঈশৈ অদু আধ্যাত্মিক্কী যাম্না ৱাংলবা থাক্কীনি, আত্মা পরমাত্মাগী মতাঙনি। তৌবদদি শক্লিবসু তারিবসু নুংগী ভাব আধ্যাত্মিক্কী ঈচেল রস অদুদি মুন্না খঙফম থোকই পঙশক শকপা অমসুং পঙতা তাবগী মহুৎতা।

ঐগী থম্মোয়না মম্বনা ঐহাক্লা শ্রীকৃষ্ণগী মূর্তিবু মুনা উই। শ্রীকৃষ্ণদি অঙকপনি, মাগী মহিমা (glory, greatness,excellence, grandeur) খল্লুবদা লাম্বা ফংদবনি অমম্বনি। অমম্বা ঐহাক্কী থম্মোয়না অমম্বা কৃষ্ণবু করম্না ঙান্না উগনি, মম্না মুনা উবা তাবনি। অদুবু রাধানদি শ্রীকৃষ্ণবু ঙান্না উরমগনি।
মসি খল্লুরগা ঐনা পাজখিবা লাইরিক অহুম অদুগা মরি লৈননা বাধা অমসুং লাইরিক অহুম অদুবু শৈথাজদুনা ইজরি মখাগী শৈরেং অসি:

**ঙানবা ঙমদ্রি ঐগী থম্মোয়**

হে রাধে, শ্রীমতী রাধে
প্রেমগী মশক ওইবী রাধে
জগৎ জননী ওইবী রাধে
ফজ মিংথোল থোল্লবী রাধে
অথী মিংচৎসু পীববী রাধে
রাসেশ্বরী হায়না খঙনরবী রাধে
ব্রজেশ্বরী মিংথোল ফংলবী রাধে
রাই কিশোরী ওইবী রাধে

ব্রজ কিশোরী থোল্লবী রাধে
রাই বিনোদিনী কৌরবী রাধে
বৃন্দাবনে শ্বরী ওইবী রাধে
কুঞ্জরাণীগী শক্তম লৌরিবী রাধে
কলঙ্কিনী হায়না পাউথোক্লবী রাধে
বিলাসিনী ওইরে হাযবীরবী রাধে
ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী চঙজফম রাধে
খঙদবনা থীনা ঙাঙনবীরবী বাধে।
নত্তে নহাক জগৎ মাতা
জগৎ জনণীনি নহাক্তি
ইবুংঙোগী প্রাণেশ্বরী ওইবী নহাক্তি
শ্রীকৃষ্ণগী হ্লাদিনী ওইবী নহাক্তি
কৃষ্ণে মঙাল ফংলবী নহাক্তি
থৌজাল কৃপা ফংলবী নহাক্তি
জগৎ প্রকৃতি ওইবী নহাক্তি
কৃষ্ণবু ঙান্না উবী নহাক্তি
বাধাবাণী ওইবী নহাক্তি
পবা ভক্তি ওইবী নহাক্তি
পূকচেল শেংবী নহাক্তি
শুদ্ধপ্রেম ওইবী নহাক্তি
থম্মোয লংবী নহাক্তি
কুচু ঙৌবী নহাক্তি
মালেমবু শুক্ষৎপী ভুবনমোহিনী নহাক্তি
শকফম্না শশী মুখী ওইবী নহাক্তি
চেংলৌনা সুবদনী ওইবী নহাক্তি
মাযথোঙনা বিধুমুখী ওইবী নহাক্তি
শাবান্না নিতম্বিনী ওইবী নহাক্তি
কুচুনা লৈহাও লৈবেন ঙম্বী নহাক্তি,
ঐগী ৱাখলদি মোৎপনি
ঐগী থম্মোযদি মকপনি
ঐগী বুদ্ধিদি মম্বনি
কৃষ্ণগী লীলাদি ঙকপনি

মাখলনা লাম্বদা মম্বনি
মঙাল লৈবা কৃষ্ণনি
মম্বনা মুনা উবনি
কৃষ্ণগী কুচু মুবনি
খঙদবনা মুনা উবনি
বাধানদি ঙান্না উবনি
তাইবঙ বুদ্ধি মম্বনি
মম্বনা মম্বা উঙমলোই
থৌজাল ফংলবী হে বাধে
নহাক্কী থৌজাল যাওদনদি
নঙোন্দবু চঙজদনদি
নহাক্কী নগুণ খঙদনদি
কবম্না উগনি শ্রীকৃষ্ণ
-অঙকপা কৃষ্ণ অমম্বা কৃষ্ণ
বুদ্ধিনা লাম্বদা মম্বা কৃষ্ণ
কুচু মুবা কৃষ্ণ
ফূইনা নোংহৌ ঙমজবা কৃষ্ণ
অমরচিতা মচু মানবা কৃষ্ণ,
মীনা হায়নৈ শাস্ত্রনসু হায
-কৃষ্ণ ফংবা যাম্না লুই
মম্বনা মীগী থম্মোয়,
হাযনৈ সিমসু মীনা
-যাম্না লায় কৃষ্ণ ফংবা
লুবিবদি ফংবনি নহাকপু,
ফংবু ফংলবদা নহাক্কী থৌজাল
নুংশিবা মনম মবীক অমত্তং
ঙানগনি মম্রবা ঐগী থম্মোয়
ফংগনি কৃষ্ণ যাম্না লাযনা
ওইগনি কৃষ্ণ অঙানবা কৃষ্ণ,
হে বাধে, শ্রীমতী বাধে
প্রেমগী মশক ওইবী বাধে
জগৎ জননী ওইবী বাধে

নীংজৈ চঙজগে নঙোন্দা
খঙ্গৈ চংজগে নফমদা
খঙ্জবনি ইশাবু রাধেনি হায়না
খঙননবা কন্যানো হায়বা কৃষ্ণ:
-কুচু মুবা কৃষ্ণ
মঙাল লৈবা কৃষ্ণ
খঙননবা রাধা কনানো হায়বা
ওইরে মৈরা লাইরিক অহুমনা:
- *রাধাগী প্রেম, অমৃত বাণী, রাধা হৃদয়*,
উঙমখিদবদো রাধাগী শক্তম
রুক্মিণী সত্যভামানচিংবনা
পীবীরে মঙাল উননবা ঐঙোন্দা
মৈবা অহুমসিনা ঐগী থম্মোয়দা,
অদুবু ঙানবা ঙমদ্রি হৌজিক ফাওবা
মন্নবা ঐগী থম্মোয
উবা ঙমদ্রি রাধাগী শকফম।

## রাধাগী মতাঙদা থেঙনজবা লাইরিকশিং

রাধা অমসুং রাধা তত্ত্ব (fundamental truth, accurate idea or representation, reality, insight into the true nature of a thing, divine knowledge)গী মরমদা কবিগুম্বা খরদং খঙনীংলকপদা অমসুং খঙননবা হোৎনরকপদা ঐহাক্না যাম্না মরুওইনা লৌজরিবা অসি মথক্কী লাইবিক অহুম অসিনি। তৌবগীদি খঙনীংবা অমদগী রাধা কৃষ্ণগী মরমদা ইবা লাইরিক খরবুদি কাবক কাবক যেংজখ্রে। সংস্কৃত অমসুং বেঙ্গালী লোল খঙদবদগী মণিপুরীদা হন্দোকপা রাধা কৃষ্ণগী মতাঙদা ইবা লাইরিক খরা পাননবা হোৎনজৈ অদুবু নিংথীনা পাবা ঙমদে। ইকায়খুম্নবা রঘুনন্দ গোস্বামীনা লেংবীরম্বা *রাধা মাধবোদয়* কৌবা গ্রন্থদগী মৈতৈলোন্দা শ্রীইরেংবম গুলামজাৎ সিংহনা হন্দোকপা *রাধা কৃষ্ণ প্রেম কেলি* (অহানবা অমসুং অরোইবা খণ্ড), ওজা অসিমক্না হন্দোক্লুনা মৈতৈলোন্দা ইবা *শ্রীশ্রী গোবিন্দ লীলামৃত* (অহানবা অমসুং অনীসুবা শরুক) লোয়ননা ওজাসিগী *শ্রীশ্রী রাধাগোবিন্দ অনীনা গোলক ধামদা লেঙখিবা*, শ্রীইরেংবম গোকুলচন্দ্র সিংহনা হন্দোকপা শ্রীল শ্রীপাদরূপ গোস্বামীগী *শ্রীরাধা কৃষ্ণ গনোদ্দেশ দীপিকা*, শ্রীসুরচান্দ শর্মানা হন্দোকপা

শ্রীনীলকান্ত গোস্বামীগী *শ্রীকৃষ্ণ রাস-লীলা,* বনমালী দাসনা হন্দোকপা শ্রীমৎ এ,সি, ভক্তি বেদান্ত স্বামী প্রভুপাদকী *রাজবিদ্যা* অমসুং *রস রাজ শ্রীকৃষ্ণ,* শ্রীকুঞ্জবিহারী সিংহ খাইদেমচাগী *শ্রীকৃষ্ণ অবতার* অমসুং *শ্রীকৃষ্ণ-লীলামৃত* শ্রীগুরুময়ূম কৃষ্ণদাস শর্মনা মণিপুরীদা হন্দোকপা *শ্রীব্রহ্ম বৈবর্ত্ত পুরাণম* (প্রকৃতি খণ্ডম) অসিনচিংবা লাইরিক খরা য়েংজদুনা রাধাগী মরমদা খণ্ডনবা হোৎনজখি। ৱারীনা মপূং ওইবা লাইরিক কয়ানি, নুংগী ভাব য়াওবা নৈনবা লাইরিক কয়াসুনি, মনুংথীৎনা পাবা ঙমদবদগী মমূৎতানা খঙবদি ঙমদে। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ,ইম্ফালনা ফোঙবা *ক্লাসিকেল মণিপুরী জগোই* হায়বা লাইরিক্তা য়াওবা শ্রীগুরুঅরিবম সুরচান্দ শর্মানা ইবা ৱারেং *ক্লাসিকেল মণিপুরী জগোইগী মশক* তগীসু খরা মখৈদি খঙবা যারবনি অদুবু নিংথীনা পারুদবনা মমূৎ তানা খঙবা ঙমদে। পাগে পাগে খন্না খন্না পাঙথোক চাম্বদগী পাদনা অদুম তোকখ্রে। অদুবু তান চারুবা হয়বদুনি পাগে খন্না চপ য়ুংনা নীংলকপা মতমদা লৌশিংগী মৈরাগী মশক ওইরবা লাইরিক অহুম: *রাধাগী প্রেম, অমৃতবাণী অমসুং রাধা হৃদয়* ঐহাকনা থেংনখিবা। লাইরিক অহুম অদুদা চুম্নগী ৱারী ইবতা নত্তনা নুংগী ভাব অমদি তত্ত্বগা লোয়নননা ইরম্বা অমদি লাইরিকনগা মচা ওইবনা পানীংবগী ঈথিল পোকখিবা অদুদনি ঐহাক্তা য়াম্না থৱায় তানা পামজখিবা লাইরিক অহুমদু। মথক্কী লাইরিকশিংদা য়াওবা ৱারী কয়া, তত্ত্বগী ৱাফম কয়া হাযরিবা লাইরিক অহুম অসিনা মৈরা ওইবদগী অমুক্কা হেন্না ভাব তাহল্লি।

মরক অসিদা অমুক লৈখিদ্রবা নট সংকীর্তনগী শৈশকপা ওজা শ্রীখাঙেম্বম গুলাপী সিংহনা ইবা *শ্রী শ্রীগৌর গোবিন্দ থৌরম পরেং* (নট ঈশৈ) অহানবা শরুক অমসুং ঈশৈগী ওজা শ্রীলাইশ্রম ইবোহল সিংহনা ইবা নট সংকীর্তনগী লাইরিক অমা পাবা ফংজবগী খুদোংচাবা ফংজখি। লৌশিংগী মৈরা পীবীরিবা লাইরিক অহুম অমসুং অতৈ লাইরিকশিং অসিগী মতেং লৌজদুনা ৱারেং মচা অসি ইজবনি। অসিগুম্বা লাইরিকশিং অসিদা রাধাগী মরমদা ফজনা ইবীরম্বা অসিনা রাধাগী মরম খঙবদা য়াম্না মতেং ওইখি।

## শ্রীনাওরেম গন্ধার সিংহনা পীবীবা থৌনা

মতাঙ অসিদা পঞ্জনীংবা ৱাফম অমনা নোংমা ঐগী মরূপ ককচিংদা লৈবা হান্নসু তিন্নজবা থৌবাল কলেজদসু ওজা ওইমিন্নরম্বা শ্রীনাওরেম গন্ধাব সিংহনা ফোন্দা ঐনা হান্না ইজখিবা ৱারেং *থম্মোযগী নুংঙাইবনা ওল্লকপা মীৎকী পিরাং* অদু মুন্না পারে খঙহনবীরকপগা লোয়নননা রাধাগী মতাঙদা মীনা হায়নবা নট সংকীর্তনগী শৈশকপা কয়াগী ঈশৈ অমদি ভাবক কয়াগী মফমদা থম্মোয়দা তারিবা

মমি অমসুং শৈশকপশিংগী মরম খরা খঙহনবীরকই। মহাক্কা *ডিভাইন লাইফ সোসাইটি*, *মণিপুর* গী শক্লাইরবা গুরু ভায় শ্রীমোইরাংথেম নিংথেমজাও সিংহগা রাধাগী প্রেমগী মতাঙদা ৱারী শাননবা অমসুং *রাধাগী প্রেম* হায়বা লাইরিক্তু পানীংবগী ৱাফম পনবীরকই। মখা তানা ঐগী হান্নগী ৱারেং অদুগুম্বা মখলগী ৱারেং ইননবসু খঙহনবীরকই। মমাঙদসু নোংমা ওজাসিনা ফোন্দা করিগুম্বা খরা নীংশিংবীরকপদগী ঐঙোন্দা থৌনা লিংজেল পীবীদুনা ৱারেং ১৪ না শাবা ঐগী *পাউদম* হায়বা লাইরিক্তু ফোঙজখিবনি। ওজা অসিনা হন্দকসু থৌনা লিংজেল হাপ্পীরকপদগী ঐঙোন্দা ইনীংবগী ঈথিল অমা পীরকখি। মদুনা মরম ওইদুনা অমসুং হান্না থম্মোয়নুংদা তাবা মমি ফোংদোকচনীংদুনা ৱারেং অসি ইজবনি। ঐনা ইজখিবা ৱারেং শৈরেং কয়া মমৃৎ তানা পাবীবা কয়াগী মনূংদা ওজা অসিসু অমা ওইরম্বা অমসুং রাধাগী প্রেমগী মতাঙদা ওজাগা ঐহাক্কা মত মান্নরম্বা অসিদা অমুক্কা হেন্না হাযনীংঙাই লৈতনা ঐগী থম্মোযদা নুংঙাইবা ফাওখি। মসিনা মরম ওইদুনা য়াম্না থুনা ৱারেং অসি ফোঙনীংলকখি। ঐহাক্কা ৱারেং খরা পূল্লগা *নোংদম* হায়বা লাইরিক অমা ফোঙগে খঞ্জবা অদুগী শরুক অমা ওইগদবা *থম্মোয়বু ঙানহলবিবা মৈবা অহুম* অসি হান্না বূকলেট ওইনা ফোঙজবনি।

## রাধাগী প্রেম

*রাধাগী প্রেম* আধ্যাত্মিক্কা মরী লৈনবা দ্রামাগী লাইরিক অমনি। শ্রীস্বামী শিবানন্দনা ইংরেজীদা ইবা *রাধাজ প্রেম* (**Radha's Prem**) কৌবা লাইরিক্তুদগী শ্রীনিংথৌজম নোদিয়াচান্দ সিংহনা মণিপুরীদা হন্দোক্লুনা ইবনি। শ্রীস্বামী শিবানন্দনা লাইরিক অসি য়াম্না ফজনা অপাবা মীবু আধ্যাত্মিক্কী মঙাল ফংনবা অমসুং খঙনবা লম্বীদা চিংশিন্নবা ই। মঙাল লৈরবা লাইরিক মচা অসিনা আধ্যাত্মিক্কী লায়েং অমা ওইগনি। মসিদগী থম্মোয়দা ফাওরকপা আধ্যাত্মিক্কী মশেক মঙালনা য়ৈবদা দিব্য (**divine, heavenly, celestial**) জ্ঞান ফাওরমদবগী লায়নাদু শোয়দনা নমদুনা ফহনগনি। ভক্তি-শ্রদ্ধা য়াওনা পাদুনা কূপনা য়েংশিল্লবদি নুংগী অথূপ্পা মরমদু খঙলক্কনি। রাধা করিনো, রাধা কনানো হায়বদু লাইরিকসি পারগা খরমথৈদি খঙবা ঙমগনি। শ্রীস্বামীজীনা য়াম্না হৈশিংনা জ্ঞানদেব, প্রেমদাস, আত্মানন্দজী, মূর্খরাজ অমসুং দয়ালচাঁদ হাযবা চরিত্র মঙা পুথোক্লুনা মখোয়গী ৱারী ৱাতায়দগী রাধা কনানো, শ্রীকৃষ্ণগী রাস লীলাগী নুংগী ভাব করিনো, 'ঐ' হায়বা নাপলগী মতাঙ, মূর্তি লাৎপা অমসুং মদুগী নুংগী ভাব লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশিগী মগুণ মীয়ামদা

খণ্ডনবা হোৎনৈ। কুরুক্ষেত্রগী লানগী মতাঙ সঞ্জয়গা ধৃষ্টরাষ্ট্রগা ৰারী শানবদগী ঙাণ্ডনবদগী অপাবদা অতাবদা খণ্ডহন্নবা ব্যাসদেবনা মহাভারত ইবা অদুগুম্না শ্রীস্বামী শিবানন্দনা *রাধাজ প্রেম* পুথোরকপনি। সীন মঙানা শাবা ড্রামা লাইরিক অসিদা সীন খুদিংমক্তা আধ্যাত্মিক্কী মঙাল উৎলি। কনাগুম্বা মীওই খরনা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাবু মরুওইনা রাস লীলাবু শেরান্ননা লৌদুনা ভক্তিগী লম্বীদা হু চাইশিল্লি, ভক্তশিংদা বোম লংশিল্লি, তমখীরবা হংগোইবা ৰাফমদা পুশিল্লি। অহানবা উৎপা সীনদা শেরান্ননা লৌনরিবা ভাব (শ্রীকৃষ্ণনা মীগী নুপী-নহাগা লোয়নননা রাস লীলা শাননবসি অমোৎপা লমচৎনি হায়নবা) অসি যোগ মখল শুনা নৈনরবা ব্রহ্মজ্ঞানীগী শক্তম লৌরিবা স্বামীজ্ঞানদেবনা ভক্তি যোগগী শক্তম লাংলিবা প্রেমদাসতা পরা ভক্তিগী(পরা-supreme,highest) মরীদা শেংদোক্না তাকপীরি। অনীসুবা সীনদা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লৈবা রাধাগী প্রেমগী মহিমা(glory, dignity, majesty, greatness, excellence) উৎপগা লোয়নননা কৃষ্ণ প্রেমদা রাধানা রুক্মিনীনাচিংবী রাণীশিংদগী থোইদোক হেন্দোকই হায়বদু জ্ঞানদেবনা প্রেমদাসতা তাকপা ওইনা মীযামদা খণ্ডহল্লি। মীয়াম্না ঙমদবদু রাধানদি ইরায় লায়না ঙমদুনা কৃষ্ণ প্রেমদা অসুক্কী মতীক মশাগী যেংদে হায়বা ফজনা তাকই। শ্রীকৃষ্ণনা মশা নারে কনাগুম্বা ভক্ত অমগী চরণামৃত(water in which the foot of a deity or a reversed person has been washed) থক্লবদি ফবা ঙস্নরোই হায়রকপদা মী অয়াম্বদি মদু পীথ্রবদি পাপ পুগনি নরক তাগনি মশাদা অৰাবা তাগনি খন্দুনা থবক ওইনা পাঙথোকপা ঙমখিদে। রাধাদি মশাগী ৰা করিমত্তা খন্দনা ( পাপ পুগনি নৎত্রগা নরক তাগনি হায়বগী ৰাখল সূকখন খন্দনা) চরণামৃত হেক্তা পীবা ঙম্বগী থৌনা উৎলি। কৃষ্ণদা মশাগী চবণামৃত পীখি, শ্রীকৃষ্ণ নাবা ফখি। মনুংগী নিস্বার্থ (having no selfishness, free from selfinterest) ভক্তিগী অথূপ্পা ৰাফম উৎপা তাকই। জ্ঞানদেবনা ৰারী মতেক অমা ড্রামাগী মওংদা পুথোক্লুনা প্রেমদাসতা রাধাগী প্রেম খণ্ডহনবা মতাঙনি। অহুমসুবা সীন্দা শকওং (মূর্তি) নাইবা পোৎশক খুরুম্বা সাকার উপসনাগা( সাকার-having a visible form, embodied, উপাসনা-prayer, worship, adoration,) নিরাকার উপসনাগা (নিরাকার-formless, bodiless, amorphous, shapeless, Supreme Being, God) অনীগী ভাবপু নকশিন্না পুশিন্দুনা ভাব তাহল্লি। শকওং লৈতবা ঈশ্বরবু শকওং (মূর্তি) শেমদুনা খুরুম্বগী নুংগী ভাব করিনো হায়বদু তাকই। সকাববাদী (শকওং মূর্তি য়াবা) অমসুং নিরাকারবাদী (শকওং মূর্তি য়াদবা) অনীমক অমনা অমবু য়ানবগী মরম উৎপা মতাঙনি। জ্ঞানদেবনা ভগবানগী নাম অমসুং রূপ (মূর্তি) দা থাজরমদবা মীশক অমা ওইহল্লিবা মূর্খরাজ অমসুং মাগী মরূপ দয়ালচান্দদা মূর্তি পূজা অমসুং মদুগী নুংগী ভাব খণ্ডহন্নবা উৎলি। মরিসুবদনা কৈ মচু মাল্লবা হূই অমা

চেনশিল্লকপা উবদা নুপা মচা অমনা 'কৈ লাক্লে, কৈ কৈ' হায়না লাউবকপদা তোঙান তোঙানবা মীনা কবি কবি ফিরেপ লৌনখিবগে হায়বদু উৎতুনা তাকই। কৈ হাযবা মিংসি তাবদা ফাওবক্লিবা পূক্লিংগী ঈশ্বল মখল মখল অদুগা ভগবানগী মিং নাম শোনবা তাবদা ফাওবকপা মখল অদুগা অমত্তনি, মী মখল মখলগী লমচৎ শাজৎকী মতুংহননা ভগবানগী নাম তাবা শোনবদসু তোঙান তোঙানবা মওংদা তায, লৌনীংবা ভাব লৌই হায়বা জ্ঞানদেবনা মূর্খবাজদা খঙহল্লি। ফোতো নম্বদা নম্বা লোইদ্রি ফাওবা চের্কাশনগদবা অদুবু প্রামাণ তৌদুনা (খুদম পীদুনা) তৎতনা ঈশ্বরগী নাম শোনবগী কান্নবগী অবাবা খুদম পীদুনা তাকই। লেস্টর্ন থাল্লগা অমম্বা কোকই, মল্লিঙৈদা লেস্টর্ন থানগদবনি, নোংঙাল্লগা (অমম্বা কোক্লগা) মুখৎকদবনি। অদুগুম্ন া জ্ঞানগী নুমিৎ থোক্লিবা ফাওবদি হায়র্বদি ঈশ্বব সাক্ষাৎকাব (ইশাদা ঈশ্বরগী মঙাল ফাওবা) ওইদ্রিবা ফাওবদি নাম অমদি মন্ত্র শোন্দুনা লৈবা তাই হাযনা জ্ঞানদেবনা মূর্খবাজদা খঙহন্দুনা ভাব তাহল্লি। অবোইবা মঙাসুবা সীন্দা জ্ঞানী ভক্তিগী যোগী অমগী শক্তম লাংলিবা আত্মানন্দজীনা মূর্খবাজদা শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশিগী মতীক মগুণগী ৱা হায়বগা লোযননা মুবলী হবণ (বাঁশি হূবানবা) গী মতাঙগী ৱাবী তাকই। বাধাগী অয়ৌবী প্রেমগী খুদম অমা ওইনা মুবলী হবণগী মতাঙসি শ্রীস্বামী শিবানন্দজীনা উৎপর্ননি। বাধাগী প্রেমদি খণ্ড-শঃ হায়বদি মতেক মতেক ওইহনবা য়াবা নত্তে অখণ্ডনি হাযবদি মতেক মতেক নত্তবা মপূমনি। অতৈ অতৈ গোপীশিংগী প্রেমদি সখণ্ড প্রেমনি। অদুনা অতৈ অতৈগী প্রেমদগী বাধাগী প্রেম্না অথোইবনি। বাধাগী খূৎতা লৈবা মুবলী মতেক অদুদি কুইনা মতেক ওইনা লৈবা যাদবনা খুদক্তা মপূম ওইখি, অখণ্ড প্রেম হায়বসি পূর্ণ প্রেমনি (পূর্ণ whole, full, perfect, entire, complete) হাযবদু তাকই। অদুগা অতৈ গোপীশিংগী মখূৎতা লৈবা মুবলীগী মতেক অদুদি মতেক ওইনা অদুম লৈহৌই, মখোয়গী প্রেম সখণ্ডনি হায়বা তাকই। মসি যৌনা বাধাগী প্রেম থাক ৱাংই হাযবদু লাইবিক অসিদা উৎলি। *বাধাগী প্রেম* মতীক মগুণ লৈবা য়াম্না মগুণ লৈবা লাইবিক অমনি।

## অমৃত বাণী (শিদ'পাউ)

য়াম্না পিকপা মকদি হায়নীংঙাই লৈতনা হকপা লাইবিকশিংগী মনূংদা অমা হাযবা তাববদি *অমৃত বাণী (শিদ 'পাউ)* অসিসু অমনি। লাইবিক অসি ওহোক্ল া তোপতোপ্লা মখল অমগী মনুং চল্লি হাযবা যাই। শ্রীমৎ পবমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিবিগী মফমদা শ্রীনোংমৈকাপ্পম যদু সিংহনা চিঠি ইদুনা হংবা আধ্যাত্মিক্কী ৱাহং কয়া শ্রীস্বামীনা খুম্লকপা ফজথ্রবা আধ্যাত্মিক্কী পাউখুমশিং অদু পূনশিন্দুনা লাইবিক

ওইনা পুথোকপনি। শ্রী যদু সিংহদা খুন্নকপা পাউখুমশিং (চিঠিশিং) অদু ইরকপগী তারিখ (date) সু য়াওনা ফোঙলকপা মরম্না করম্বা মতমদা (নুমিৎতা) পাউখুম পীরকপনো হায়বদু য়াম্না লায়না খঙবা ঙম্মী। জ্ঞান মন্দির, ইম্ফালনা ফোঙবা লাইরিক অসি অহানবা অমসুং অনীসুবা হায়না শরুক অনী থোক্লা খায়দোক্তুনা লাইরিক অনী ওইনা পুথোকই। অহানবা শরুক্তা অতৈ আধ্যাত্মিক্কী বাফম কয়া য়াওবগা লোয়ননা *রাধা তত্ত্ব* অমসুং *ভগবান শ্রীকৃষ্ণ* গী মতাঙ যাওবসিনা মতাঙশিং অসি পারগা শ্রাদ্ধ কর্মনচিংবদা রাধা কৃষ্ণগী মরক্তা লৈনবা মরীগী মতাঙ শক-শোনবদা কনাগুম্বনা খঙদবদগীনি খঙদে, তৌগে হায়দুনা তৌরিবনি খঙদে, খঙলম্রোই হাযদুনা হাযরিবনি খঙদে কাতু কারন ঙাঙবা হঙ্গোইনীংঙাই ওইবা বাফম কয়া পুশিল্লকপা অদু মখোয়রোমদা ওনশিন্দুনা মখোয়দু খঙদদুনা ঙাঙলিবনি হাযবদু খঙবা ঙম্মী। আত্মাগা পরমাত্মাগা লৈনবা মবীদি অসি ওইবে, রাধা তত্ত্ব হায়বসিদি অসি ওইরে, ভগবান কৃষ্ণদি অসিগুম্বা অসি ওইরে হায়বা নুংগী ফজথ্রবা, লুখ্রবা অমসুং লূখ্রবা ভাব খঙবগা লোয়ননা অতৈ আধ্যাত্মিক্কা মরী লৈনবা বাফম কয়া *অমৃত বাণী* অহানবা অমসুং অনীসুবা পারগা খঙবা ঙম্মী। *অমৃত বাণী (শিদ 'পাউ)* গা মরী লৈননা পনদবা য়াদ্রবা কনাগুম্বা ভদ্রলোক (gentleman) অমগী মিং পনবা তারগদি ইকায়খুমনজরিবা শ্রীযুক্ত নোংমৈকাপ্পম যদু সিংহনি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালদনি মহাক্না কৎখিবা *যোগেন্দ্রানন্দ গিরি নীংশিং মনা*। মনা অমত্তা নতে অহুমনি তোঙান তোঙানবা লমদা শক্লাইববা মীওই অহুমদা চহী অহুম অহুমগী মনুংদা পীগদবা শ্রীস্বামীজীগী মিংদা। লাইবক ফবদগী য়াওবা ফংজখি সেলেকসন কমিটিগী মেম্বর অমা ওইনা খৃ: কুম ২০০৩ দা অখন্নবা লম অমদা ইশানা মতীক চাজদ্রবসু। শ্রীসিংহ অসিগী মিং হান্না তাজখ্রবসু মহাক কনানো হায়বা ঐহাক পাক খঙবা ঙমখিদে। মহাক্কী শীংজমৈ বাজারদা লৈবা দুকান্দগীনি ঐহাক্না *অমৃত বাণী* ফংজখিবা। লাইরিক অদুদগীনিঐহাক্না ইহান হান্না মাগী মিং খঙজখিবা। দিভাইন লাইফ সোসাইটি, মণিপুরগী মেম্বব গুরুভায় ইকায় খুম্নজরিবা শ্রীচিঙাখম পিশক সিংহগী মতেংদগী ভদ্রলোক অসিগী মশক খঙবা ঙমজখি খৃ: কুম ২০০৪ গী জুলাই ১০ দা ইম্ফালগী লাঙ্গোলদা লৈবা সোসাইটি অসিগী শান্তি আশ্রম শ্রীবিশ্বনাথ মন্দিরদা পাঙথোকপা মণিপুরগী সোসাইটি অসিগী ২৮ সুবা ষ্টেট সৎসঙ্গগী থৌরমদা। হেক উবদা ঐহাক্না *থম্মোযগী নুংঙাইজবনা ওল্লকপা মীৎকী পিরাং* হায়বা বুকলেত (লাইরিক মচা) অদু কৎতুনা ভক্তি তৌজে। মহাক্কী মপান্দগীনি ঐহাক্না *অমৃত বাণী* পাবা ফংজবা। শ্রীযুক্ত অসিদা শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা পীরকপা তাকলকপা খঙহল্লকপা খুন্নকপা চিঠিশিং (অমৃত বাণীশিং) অদু পূনশিল্লগা জ্ঞান মন্দিব, ইম্ফালনা লাইরিক ওইনা

ফোঙবনি। করিগুম্বা বাণীশিং অদু লাইরিক ওইনা ফোঙলমদ্রবা, মরম্নাইগী ওইবা চিঠি ওইনা ময়ূমদা কনা খঙহন্দনা থমজিনবা তারম্রবদি ঐহাক্কী পুন্সিদা তাবা ফংলম্রোই অমৃত বাণীগী পাউজেলশিং। ঐহাক্না ইজখিবা ম্বারেং খরদুসু ইবা ঙমলমলোই। কান্ন-কান্নরবা ম্বাহং কয়া মহাক্না হংবীখিবা মমল য়াম্নবা পাউখুম কয়া শ্রীস্বামীজীনা পীরকখিবা, ঐহাক্না পামজবা ম্বাহংসু শ্রীযুক্তনা হংবীদুনা পাউখুম পাবা ফংজবা কয়াদা নুংঙাইজখ্রবনো ঐহাক অসি। অসিগুম্বা ভদ্রলোক অসিনা চাউখ্রবা শেলফম অমা পুথোকপিদুনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা শক্লাইরবা মীওই কযাবু ইকায় খুম্নবীবা কয়াদা চাউখ্রবা মীয়ামগী সেবানো! হিন্দু ধর্মগা মরী লৈনবা মগুণ লৈবা লাইরিক পুথোক্লবা, সাহিত্য অমসুং অতৈ কলাদা মতীক চাবা মীনা মগুণ লৈবা পোত্থোক পুথোক্লবা হোৎনবদা পূক্নীং থৌগৎনবা হোৎনবদা কয়াদা চাউরবা অবদান অমা মহাক্না তৌবীরিবসি কয়াদা শিংথানীংঙাই ওইরিবা। মসিদনি ঐহাক্না ভদ্রলোক অসিবু ইকায়খুম্নজরিবা।

## রাধা হৃদয়

*রাধা হৃদয়* ব্রহ্মাণ্ড পুরাণগী খণ্ড (volume, section, part, portion, chapter) অমনি। ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ হিন্দুগী পুরাণ ১৮ গী মনুংদা পুরাণ অমনি। পুরাণশিংদুদি :- ১। ব্রহ্মা পুরাণ, ২। পদ্ম পুরাণ, ৩। বিষ্ণু পুরাণ, ৪। শিব পুরাণ, ৪ (ক) বায়ু পুরাণ, ৫। শ্রীমদ্ভাবত পুরাণ, ৫ (ক) দেবী ভাগবত পুরাণ, ৬। নারদ পুরাণ, ৭। মার্কণ্ডেয় পুরাণ, ৮। অগ্নি পুরাণ, ৯। ভবিষ্য পুরাণ, ১০। ব্রহ্মবৈবর্ত পুরাণ, ১১। লিঙ্গ পুরাণ, ১২। বরাহ পুরাণ, ১৩। স্কন্দ পুরাণ, ১৪ বামন পুরাণ, ১৫। কুর্ম পুরাণ, ১৬। মৎস্য পুরাণ, ১৭। গরুড় পুরাণ অমসুং ১৮। ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ অসিনি। *রাধা হৃদয়* দা ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ খণ্ড অনী থোকই হায়না ইরি। অমনা পূর্ব (first, prior, former, preceding) খণ্ড কৌই, খণ্ড অসিদা রামায়ণগী ম্বারীনা মপুং ওইনা ই, মরম অসিনা মসিবু *রাম হৃদয়* হায়নসু খঙনৈ। অতোপ্পা খণ্ড অদুনা উত্তর (last, succeeding, subsequent) খণ্ড হায়না কৌই। উত্তর খণ্ডদা ব্রহ্মাণ্ড (whole universe,world, creation) শেম্বা হৌবদগী শ্রীরাধিকা পোকপগী ম্বারী মপুং ফানা ফজনা য়াওই। মসিবু *রাধা হৃদয়* হায়নসু খঙনৈ। মসিদা রাধা কৃষ্ণগী প্রেম লীলাসু মচা তানা ই। শ্রীহাওবম তোম্বা সিংহনা মণিপুরীদা ইথোরকপসিনা সংস্কৃত লোল খঙদবা, হৈতবা অদুগা পুরাণসিদি পাজনীংবা খঙসু খঙজনীংবা মণিপুরীশিংদা য়াম্না কান্নহল্লি। লাইরিক অসিদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী আবির্ভাব (birth of a great man, manifes-

tation of a deity, incarnation, appearance, descent) অমসুং মহাক্কী লীলাশিং (amorous sports, pasttime, frolic) অদু বর্ণন (narration, description, depic) তৌবগা লোয়নন‌া আদ্যাশক্তি (Primordial Energy) শ্রীরাধিকাগী তত্ত্ব (fundamental truth, first principle, accurate idea, reality, essential nature) ইরি। অইবনা মণিপুরীদা খরা সুপচিন্না ইথোকই। কনাগুম্বা ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী গোলোক (heaven, paradise of Vishnu) বৃন্দাবনদা শান্নখিবা লীলা অদু করম তৌনা মর্ত্ত্য (the earth, earthly, mortal) বৃন্দাবনদা অমুক হন্না শান্নখিবগে হায়বগী মরমগা লোয়নন‌া শ্রীমতী রাধিকাগী অবতার (incarnation, descent, personification) গী মরম খঙনীংলবদি অমদি থিজিননীংলবদি লাইরিক অসি পারগা ফনা নিংথীনা খঙবা ঙমগনি। মসিগা লোয়না-লোয়নন‌া শ্রীকৃষ্ণগী রাস লীলাগী নুংগী ওইবা ভাবসু অঙ্গিরানচিংবা ঋষিশিংগা ব্রহ্মাগা ৱাবী ৱাতাই শানবদগী খঙবা ঙম্মী শানবিবা ৱাবী ৱাতাই অদু লাইরিকসিদা মচা খায়না ইবি।

## *রাধাগী প্রেমদা* ঐনা ঙাওজবা

ঙাওবনি ঐহাক *রাধাগী প্রেম* দা। ঙাওজবনি ঙাওনীংনা। ঙাওবনি লৌশিংগী মঙাল ফংননবগীদমক্তা। ঙাঙনবদসু তায় ইরকপদসু থেংনৈ রাধাগী মরমদা থীনা ঙাঙনবা, কৃষ্ণগী মরমদা হুন্দুনা হায়নবা কনা কনাগুম্বনা। লাইরিক অমদা থেংনৈ 'নোংগা লম্বীদা অকাম্বা অপেৎনা শৈশকই' হায়দুনা হুন্দুনা ইবা। অতৈগীদা নত্তে শ্রাদ্ধ কর্মদা রাধা কৃষ্ণগী প্রেম লীলাগা মরী লৈননা ঈশৈ শকপা অদুগী মতাঙদনি। নুংশি মরীগী ঈশৈ শকপসি লান্ন থৌরমদদি হঙ্গোইনীংঙাইনি তাবা য়াবা নত্তে, চুম্না পঙতা তাবনি হায়বগী মওংদা ইবনি। ঙাঙনবদা কয়া অমসু তায়, রাধাগী লমচৎ শাজৎকী মতাঙদা। নট সংকীর্তনগী ঈশৈবু পামজরুবনা খাঙবা ঙমখিদে ঐগী থম্মোয় তারুবদা পারুবদা অসিগুম্বা হঙ্গোইবা ৱাফম কয়া। খল্লি পূক্লীংদদি শোযদনা লৈরমগনি কবিগুম্বা অমা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী রাস লীলাগী ৱাংখ্রবা ফজখ্রবা নুংগী ভাব, অমসুং রাধা কৃষ্ণগী লূখ্রবা প্রেম লীলা, ফজরবা ৱাহয়োক। অদুনবু শকনবনি সংকীর্তনদা। অদুবু খঙদবা মরমনা ঙাঙবা হৈরবশিং অদুগী মমাঙদা পাউখুম পীবদি ঙমখিদে, য়েৎনবসু ঙমখিদে, থম্মোয়দদি খাঙ ঙমখিদে, প্রোক প্রোক চাকখি। অসিগুম্বা ফিরম অসি য়ৌরকপদনি ঐহাক্না *রাধাগী প্রেম* পাবা ফংজখিবা। ঐনা খঙনীংলমবগা লাইরিক্কুদা য়াওরম্বগা ওহোক্না জুৎ চানখ্রে। হংনীংবা ৱাহংসু য়াওরম্রে, পামলিবা পাউখুমসু য়াওরম্রে। ঐনা হংনিংবা ৱাহং 'প্রেমদাস' না হংলম্রে,

ঐনা পাম্বা পাউখুম 'জ্ঞানদেব' না খুম্বীরম্রে। হংনীংবা ৱাহং প্রেমদাসনা হংলম্বা অদুদি অসিনি:

*প্রেমদাস :- স্বামীজী ! হৌজিক্কী মতমদা মী খরনা শ্রীকৃষ্ণগী রাস লীলা অসিগী মরীদা তাবদা নুংঙাইত্রবা হঙ্গোইনফম ওইরবা ৱাফম পুখোরকই, ননাই ঐদি ভগবানগী রাস লীলা অসিগী ৱাংখ্রবা ফজখ্রবা মনুংগী রস অমা লৈরমগনি হায়বা থাজজবি। অদুবু ঐনা সংকীর্তন শক্তুনা কোযনা চৎচবা মফম অয়াম্বদা রাস লীসাগী মরীদা ফৈ ফত্তে, চুম্মী চুমদে হায়দুনা ঙাঙবদা হৈশিংবগী মফমদা ঐনা মতীক চাবা পাউখুম পীবা ঙমজদে । মনুংদা থুপতুনা লৈবা তত্ত্ব (রহস্য) খরদং ননাইদা খঙহনবীরবদি মতম চুপ্পগী ওইনা তৌবীমল কাউজরোই। (রাধাগী প্রেম ,* রাস লীলাগী তত্ত্ব: লা:২)

মসিগা লোয়ননা মখা তাবা ৱাহং

*প্রেমদাস:- ধর্মগী নিয়ম মতুং ইন্না মীগী নুপী-নহাগা লোযননা লৈমিন্নবসি অমোৎপা লমচৎনি, মখোযবু থেমদুনা পুখোক্লগা অতোপ্পা মফমদা লোল্লা শান্নবা অমসুং জগোই শামিন্নৈ হায়বিবা রাস লীলা অসিগী মরীদা শ্রীকৃষ্ণগী লমচৎতা দোষ পীবকফম থোক্তব্রা ? ( বাধা প্রেম*: লা: ২)

ঐহাক্না অখণ্ড অহৈদা হংগে খঙ্গরম্বা নৎত্রগা হংনীংলিবা ৱাহং অসিগী পাউখুম ওইবা য়াবা লাইরিক পাগে খল্লকপা মতমদুদনি *বাধাগী প্রেম* থেংনরুবা অমসুং পাজরুবা। খঙনীংবা হংনীংবদি কুইরবনি, হোরেন হয়েং হায়দুনা অলে জালে তৌরিঙৈদা মতম শাংনা হৌখ্রবনি। কাইনথংদা থেংনবনি ফংবনি *রাধাগী প্রেম*। হংনীংবা ৱাহং হংদুনা য়াওরম্বা, অপাম্বা পাউখুম খুমদুনা য়াওরম্বা অদুদনি ঐহাক্না *রাধাগী প্রেম* দা ঙাওখিবা। মখা তানা খঙনীংবা কয়াসু য়াওরম্মী *রাধাগী প্রেম* দা। অসুম্না ঙাওখি ঐহাক *রাধাগী প্রেম* দা।

## *অমৃত বাণী (শিদ 'পাউ )* দা ঐনা থৱায় তাজবা

পিক্লবসু মরু হকপা মতীং লৈবা লাইরিক *অমৃত বাণী (শিদ'পাউ)*গী বাণী (message, maxim) বু ঐহাক্না থোইদোক্লা পামজরুই। মসিনা মরম ওইদুনা থৱায় তাজখি ঐহাক *অমৃত বাণী* দা। *অমৃত বাণী* অমৃত (nector) নি, দেবতাশিংগী চীঞ্জাক (ambrosia) নি, থাতুবু সনা ওলহনবা পুন্সিবু নুংশাংহনবা হিদাক্তি, শিদয়াইনি, শিদহিদাক (elixir) নি মাঙফদ্রবা পাউজেল (imperishable message) নি। শাস্ত্রগী মচং ওইবা মচি ওইবা কয়া য়াওরবা লাইরিক্তি। গীতাগী, পুরাণগী,

ভাগবতকী, মহাভারতকী, সংহিত্যগী অমসুং অতৈ লাইরিক কয়াগী শ্লোকশিং মতাঙ চানা খনগৎ খনগৎতুনা শিদ 'পাউ পীবা লাইরিক্তি। মণিপুরী বৈষ্ণব সমপ্রদায়না পামজবা খোয়দাজবা রাধাগী মরম খঙনীংদুনা লৈরিঙৈ, শ্রাদ্ধ কর্মদা রাধাগা মরী লৈননা শকপা ঈশৈ তারুবদগী করিগীদমক রাধাগা মবী লৈননা শকলিবনো হংনীংলিঙৈ মতমদা খেংনবনি *অমৃত বাণী (শিদ 'পাউ)* অহানবা শরুক। যাওরম্মী মদুদা *রাধা তত্ত্ব, রাধা তত্ত্বদা চিংনবা মতাং অমগী শেংদোকপা* অমসুং *ভগবান শ্রীকৃষ্ণ* হায়বা মতাঙ লোযননা অতৈ আধ্যাত্মিক্কা মরী লৈনবা বারেং কয়া। অনীশু বা শরুক্তসু য়াওবম্মী মখা তানা খঙনীংবা কয়া। অমৃত বাণী মৈরাসু ওইবে, খূৎলাইসু ওইরে। মৈরানি মূৎপা নাইররোইদবা, খূৎলাইনি তুম্বা নাইররোইদবা। য়াম্না কা হেন্না নত্তবা খজিক্তং খঙনীংবা বাধাগী মরম, শ্রীকৃষ্ণগী মরম খঙহনবী লাইরিক অসিনা। বাধা কৃষ্ণগী মরম যাম্না খঙলুগেদি খঞ্জদে ইতীক ইপা নত্তবনা। খজিক্তংদনি খঙনীংবা। খঙনীংবা খজিক্তুনি *অমৃত বাণী* দা য়াওরম্বা। পাক চাউখ্রবা সমুদ্র ঈপাকুম্বনি য়াওরমলিবদুদি য়াম্না পিকশিনবা মওংদা। *ঐহাক্না* পামজবদি মবীক অমখক্তনি। মরীক অমখক্তু লৌশিনবা ঙমদ্রবসু ফংদি ফংজৈ উজবা। মসিদনি ঐহাক্না খৱায তাজখিবা *অমৃত বাণী* দা।

## *রাধা হৃদয়* না হৃদিদা ঙানবা

ঐগী থম্মোযনা পামজখি খজিক্তং খঙজবা রাধাগী মরম। মতাঙ চানা ফংজখি *রাধা হৃদয়*। খোযবাঙ খোয়শাউননা খঙজনীংখিবনি। মীনা রাধাগী মরম থীনা ঙাঙনবা তাবদা খাঙঙমদবদগী খোয়রাঙ খোয়শাউনবনি ঐগী থম্মোয়না। নেমথবা ঙমখিদে ঐগী হৃদি (থম্মোয়)। খজিক্তং ওইরবসু খঙগে খঞ্জখি। *রাধাগী প্রেম* ফংজবদা নেমথখি ঈরাং হৌরম্বা ঐগী থম্মোয়। রাধা হৃদয়না হেন্না ঈংথহল্লি ঐগী থম্মোয়। ঙাল্লখি ঐগী হৃদিদা *বাধা হৃদয়* /যাওরি *রাধা হৃদয*দা প্রলয়নচিংবগী বারম, জগৎ শেম্বগী বারম, গোলোক বৃন্দবন্দা শান্নবা রাধা কৃষ্ণগী রাসলীলা, শ্রীমতী রাধিকা পোকপগী বারী, বাধাগী থৌনা ফবগী বারী, শ্রীরাধিকাগী লুহোংবগী মতাঙ, বৃন্দাবন্দা শান্নবা রাস লীলা, শ্রীমতী রাধিকাগী দুর্জয়মান ( **oversensitiveness, pique.দুর্জয়- difficult to subdue, invincible.মান- feigned resentment out of love**) শ্রীরাধিকাগী কলঙ্ক ভজন(**restoration of one's good name or honour, removal of stigma, vindication of one's good name, exoneration, removal of defamation**) অসিনচিংবা। ব্রজ বৃন্দাবন্দা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা রাস লীলা শান্নখিবদা নত্তনা মমাঙদা গোলোক বৃন্দাবন্দসু মখোয় রাস লীলা শান্নখি হায়বা

*রাধা হৃদয়* দা তাক্লি। অদুঙৈগী মহা প্রলয়গী ৱারম, জগৎ শেম্বগী ৱারমদগী মথং মথং তারকপনা অদুঙে শ্রীরাধা কৃষ্ণগী গোলোক বৃন্দাবন্দা শান্নখিবা লীলা অদু করম তৌনা মর্ত্ত্য বৃন্দাবন্দা অমুক হন্না শান্নখিবগে হায়বগী মরম *রাধা হৃদয়*দা ইরম্বা অসিনা মসিবু পারুরগা মন্নম্বা ঐগী থম্মোয়দা লংলবা মঙাল অমা পীববা হায়না খঙ্জে। লাইরিক অসি করিগুম্বা পারমদ্রবদি গোলোক বৃন্দাবনগী লীলা, জগৎ শেম্বগী ৱারম খঙলমদবা যাই। মরম অসিনা *রাধা হৃদয়* অসি ঐঙোন্দদি তশেং তশেংলবা লৌশিংগী মৈরানি। মৈরা অসিনা মরম ওইদুনা মন্নম্বা ঐগী থম্মোয়বু ঙানহলবনি। ঐগী থম্মোয় ঙাল্লে হায়বদি নৎচদে মঙাল অমা পীবী হায়বগী ৱাফমনি। থম্মোয় ঙাল্লবসু ঙান্দ্রবসু মঙাল অমা পীবীরে হায়বসিদি তশেংলবনি। মসিদগীনি ঐহাক্না থমজবা ৱাফম: *রাধা হৃদয়* না হৃদিদা ঙানবা।

## শুদ্ধদেহ, শুদ্ধজীব, সূক্ষ্মদেহ, শুদ্ধপ্রেম

মায়া( **illusion, unreal, deception, hypocrisy, fraud, vanity** ) হায়বদি অশেংবা নত্তবা, অশেংবা মালহনবা তাৎ তৌবা মতৌবু হায়বনি। তাইবঙ মীরমলেনগী ওইবা অমকপা অপাম্বা কাম ( **lust, passion, sexual desire** ) হায়বসিসু অমরোমদা মায়া হায়না কৌই। হায়নৈ মায়াগী সংসার: তাৎ পাৎ, তৌশিন্নবা, অশেংবা মালহনবা, নুংশিবা কাম অসিনচিংবা কয়ানা তিন্নবা তাইবঙপাল ওইবদগী। মায়া নৎত্রগা কাম অসি য়াওদবা কোনশেং ওইবা থৱায় পানবগী নুংগী হকচাং অমা লৈরি। অসিগুম্বা নুংগী হকচাং অসিবু শাস্ত্রনা শুদ্ধদেহ কৌই (শুদ্ধ- **pure, purified, faultless, holy, clean, genuine, unadulterated**, শুদ্ধদেহ- **purified body** )। অসিগুম্বা শুদ্ধদেহ অসিবু পুরিবা জীব অদুবু শুদ্ধজীব হায়না খঙনৈ। মায়াগী লৈখোম্না মকশিলহন্দ্রিবা অসিগুম্বা জীব- শুদ্ধজীব অসিনা মতম পূম্নমক্তা মাগী হৌরকফম ওইবা পরমাত্মা( **Highest Being, Supreme Being, God** ) ভগবানবু খিদুনা লৈ। মায়াগী অমকপা মরীক অমনা মঙোন্দা পকখ্রবদি ভগবানগী মায়কৈদা চঙশিনবা ঙমদে। শুদ্ধজীব অসিবু পুবা কূপখ্রবা হকচাং অমা লৈ, মদুবু সুক্ষ্মদেহ (সুক্ষ্ম- **minute, thin, fine, subtle, delicate, atomic** ) কৌই। তাইবঙ মীৎনা মসিবু উবা ঙমদে। মসিগী মপান্না জীবনা মফম খূদিং য়ৌনা চৎপা ঙম্মী থাজনৈ। মাযা পক্ত্রবা শুদ্ধী ( **purity, purification, cleanliness, purgation, sanctity** ) ওইরিবা আত্মা অদুনা মাগী হৌরকফম পরমাত্মা( অথোইবা আত্মা) অদুবু ফংজনীংবগী ঈখৌলাংবা অদুবু শুদ্ধপ্রেম হায়না কৌই।

তাইবঙ পানবদা লৈরিবা লেঙলি পাল্লিবা জীব খুদিংমক্না ইন্দ্রিয়শিংনা (organs of senses) ফংবদগী ওইরকপা মহাও মখল অমা নৎত্রগা অমদি ফংনীংই। ইন্দ্রিয়শিংগী নুংঙাইবশিং অসি রসনি। রসতা নুংঙাইবা লৈ, নুংঙাইবদা রস লৈ। ইন্দ্রিয়না পেল্লগা নুংঙাইবা ফংই। অদুবু ইন্দ্রিয়না পেনবা হায়বসি খক কুইদে অদুনা মসিবু চপল সুখ(চপল-unsteady, inconstant, fickle, momentary, temporary, wavering. সুখ-pleasure, delight, joy, happiness) হায়বদি মতম খরগীতা ওইবা পল্লেপফম লৈতবা নুংঙাইবা কৌই। পানগী ইন্দ্রিয়শিংনা পীরিবা ফংহল্লিবা ঙাইহাক্কী ওইবা নুংঙাইবা মখলশিং অসি জীবনা পাক থাদোকপদি ঙমদে। পানগী ইন্দ্রিয়শিংনা পীরিবা ফংহল্লিবা নুংঙাইবা অসি নত্তবা নুংনা থিরিবা অমৃতগী মশক ওইরবা নুংঙাইবা অমসু লৈরি। নুংগী পূক্নিংনদি ইন্দ্রিয়শিংগী অপাম্বশিং অদুদা খক পেনজবা ওইদে। মতম পূম্নক্তা করিনো অৱাৎপা অমা লৈবগুম ফংনীংবা করিগুম্বা অমবু তাম্দুনসু ফংদবগুম তৌদুনা নিংকোক নিংকোক তৌদুনতা অদুম লৈ। অদুগুম্বা অশেংবা নুংঙাইবা অদুবু শুদ্ধজীবনা কোয়না থিদুনা লৈ। অমকপা চেম্দ্রবা অশেংবা মাগী নুংগী নুং অদুনা লোইনাইদ্রবা নুংঙাইবা ঈচেল অদু খৌরাংদুনতা লৈ, মদুবু ফংননবা হোৎনজে। মায়া পকত্রবা শুদ্ধী ওইরিবা আত্মা অদুনা মাগী হৌরকফম পরমাত্মা অদুবু ফংজনীংবগী ঈখৌলাংবা অদুবু শুদ্ধপ্রেম কৌই। অসিগুম্বা শুদ্ধপ্রেম অসিবুনি শাস্ত্রনা 'রস' কৌই হায়রিবসি। অথুম্বা, অয়াকপা, অখাবা, অশিনবনচিংবা চারগা তংলগা ফংলিবা মহাউ অসি রসনি। অসিগুম্বা মহাউ তংবগী থবক অসি ঐখোয়গী নুংনসু তৌই। পানগী ইন্দ্রিয়শিংনা তংলিবা মহাউদি মাঙবা নাই অদুগা নুংনা থিরিবা অদুদি অমৃতগী ঈরেলনি, অশেংবা রসনি। অসিগুম্বা লেঙদবা, ময়েংতাবা নাইদবা, জীবনা (আত্মানা) মতম পূম্নমক্তা খৌরাংজরিবা নুংঙাইবা ঈরেল অসিদি তাইবঙ মপু (পরমাত্মা) অদু নত্তবা অমা খক ওইবা য়াদে। মহাকপু রসরাজ অসুম্না খোম্নে। নুংগী অপাম্বা অমসুং পানগী অপাম্বা অনীগী মনূংদা পানগীনা অমকপা অপাম্বনি। মসিবু 'কাম' হায়না খঙনৈ। নুংনা থিরিবা লেঙদ্রবা নুংঙাইবগী অপাম্বনা অশেংবনি। মসিবুনা 'প্রেম' কৌই। অসুম্না ওজা গুরুশিংনা তাকপীরম্বা লেপ্পীরম্বা ৱাফম লৈ। অশেংবা রস অসিদি শকনাইদবনি, অসিগুম্বা মশক উদবা রস অসিনা মশক য়ানা পান্দা উথোকপবু রাস কৌই (কীর্ত্তন ও সমাজ -কার্ত্তিকচন্দ্র রায়)। অদুনা রাসকী জগোইদা অমকপা মমি তাগদবা নত্তে, মসিদি আত্মা-পরমাত্মা নৎত্রগা ভক্ত-ভগবান অনীগী লৈপুল লীলানি। রাধা কৃষ্ণগী অমৃত লীলা, রাধানা কৃষ্ণবু খিজবা, অনীগী যুগল রূপ অমকপা য়াওদে হঙ্গোইনীংঙাই লৈতে নোংগা লম্বীগা মরী লৈনদবা নত্তে।

## স্বকীয়া অমসুং পরকীয়া রস

রসশিংগী মনূংদা শৃঙ্গার রস (শৃঙ্গার-erotic sentiment, amorous, passion, sentiment of love-প্রেমিক প্রেমিকাগী মওং) অসিসু রস অমনি। শ্রীকৃষ্ণবু প্রেমিক প্রেমিকাগী লৈনবা মওংদা নীংবা কাঙবুশিংবু শৃঙ্গার রসতা লৈবা কৌই। অসিগুম্বা শৃঙ্গার রসকী ভক্তশিং অসিবু স্বকীয়া (own, of one's own) অমসুং পরকীয়া (belonging to others, married to other, other's wife, illicit love, extra marital love) রসকী মনূংদা লৈ। শ্রীকৃষ্ণগী লীলাদা স্বকীয়ানা দ্বারকাদা, পরকীয়ানা বৃন্দাবন্দা উবা ফংই। মওং চুম্না লুহোংদুনা লৌবা নুপা নুপীগী মরক্তা লৈবা মরী স্বকীয়া রসনি। দ্বারকাদা শ্রীকৃষ্ণনা পানবা মতমদা লৈরিবা লৈমশিং অসি স্বকীয়া রসনি। বৃন্দাবন্দা শ্রীকৃষ্ণনা মীগী নুপী-নহা গোপীশিংগা লৈনবা মরী পরকীয়া রসনি। অসিগুম্বা পরকীয়া রস অসিদনি কনাগুম্বনা শ্রীকৃষ্ণ অমসুং রাধাগী লমচৎতা দোষ পীশিননবা অমসুং গ্রাম্ভ কর্মগী ঈশৈদা হঙ্গোইবা ৱাফম পুশিল্লকপা।

## লাইনীং লম্বীদা পরকীয়া রস

তাইবঙপানবদা নুপা নুপী অনীগী নুংশিনবা মতৌনা খ্বাইদগী থুম্বা হেন্নি হায়দুনা মীওইবা জীব অসি মশানা নুপী (প্রকৃতি) ওইরগা পরমব্রহ্ম ভগবানবু নুপা (পুরুষ) ওইনা নীংজবনা অথোইবনি হায়না বৈষ্ণব শাস্ত্রনা তাকপীরি। অসিগুম্বা নুপা নুপীগী মনুংশি অসিবু 'মধুর রস' নৎত্রগা 'কান্ত ভাব' (মধুর-sweet, কান্ত-lovely, beloved, aesthetic) হায়না খঙনৈ। অসিগুম্বা কান্ত ভাব অসিদা অমুক স্বকীয়া রসকী মনূং চন্না লৈবা হকপান্নবা নুপাদগীদি অরোনবা নুপা নুংশিবনা নুপী ওইবীশিংগী মফমদা হেনজিনবা ভাব লৈবনা ভগবানবু অতোপ্পা নুপা ওইনা ভাবনা খন্দুনা শরণী (ৱাখলনা ভাবনা শাবা) তৌজববু 'পরকীয়া ভাব' হায়না কৌই। হকপান্নবা নুপা নুপী অনীদি লৈরিবা খুন্নাইগী চৎন-লোনচৎনা পুল্লি। অবোনবা নুংশিনবা (illicit love) দি নায়ক নায়িকা অনীগী মফমদা ধর্ম ধর্মি, অফ-ফত্ত, অপন-অরাক করি অমত্তা যৌশারক্তে, পান্দমফম অদুদা চপয়ুংনা নীংই। পরকীয়া রস য়াম্না হঙ্গোইনীংঙাই ওইবা তুক্কচনফম ওইবা ৱাফমনি। অদুবু অসিগুম্বা পরকীয়া বসকী ভাব অসিনা লাইনীং লম্বীদদি অথোইবা ওইরকই থাজনৈ। পূম্নমকপু থাদোকপা গুম্রবতদা ভগবানগী কৃপানা মথনতা চঙজরক্লুনা জীববু লানবীরৈ হায়না থাজনৈ। অতোয়- অকায়বু খন্দুনা লৈরিবমখৈদি ভগবান ফংদে থাজনৈ। নুংগী ওইবা ৱাফম পান্দা পুথোক্লগা রাধানা শ্রীকৃষ্ণবু ফংজনীংবগী ঈখৌলাংবা অসি ঈশৈ ওইনা পুথোকপা অসিদা নুংগী ভাব

খঙলবদি হঙ্গোইনীংঙাই লৈতে। মসি ভাবকী ৱানি। নুপীনা অরোনবা নুপাগা মরী লৈনৌ হায়বগী ৱাফম নত্তে। পরকীয়া রসকী ভাব য়াম্না অর্থ লৈনা পুখোরকপা রসনি।

## লাইনীং লম্বীদা প্রকৃতি অমসুং পুরুষ

লাইনীং লম্বীদা পুরুষ অমসুং প্রকৃতিগী লৈনবা মরী অমুক খন্নবা য়াই। শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা রাধা ভাবতা শ্রীকৃষ্ণবু উপাসনা (pray, worship, adore) তৌজখি। সনাতন গোস্বামীনা ললিতা সখীগী মতৌ লৌখি। মসিগী মরমদা থাজনবী অমা লৈ। লাইনীং লম্বীদা ঐখোয়না নুপামক ওইজরবসু নুপীগী ভাবতা ইশামক নুপীনি হায়বগী ৱাখলদা ভগবানবু নায়ক (hero) ওইহল্লগা মশা মশাবুনা নায়িকা (heroine) নৎত্রগা নাযিকাগা লোয়নবী ওইরগা নীংজবনা হেন্না লায়বা লম্বী ওই হায়না থাজনবা য়াওরি। মসিগী মরমদি নুপানা থক নুপীনা তৌবগুম প্রেমদা হকচিনবা ঙমদে। অশেংবা পুরুষতি ভগবান শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙো মথন্তনি, অতৈদি প্রকৃতিনি। ৱারম অসি ভক্তি শাস্ত্রনা হায়বনি হায়নরিবনি। অদুম ওইনমক মসি চুম্নগী ভাব অদুতগী ৱানি ভক্ত মশামক নুপীনি হায়বগী ৱাখলদা লৈজরবসু নুপীগী ফিজেৎ শেৎতুনা নুপী শারুগদবা ওইরুগদবা নত্তে ভাবতা খনবগী ৱাতনি। শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা রাধা ভাবতা শ্রীকৃষ্ণবু উপাসনা তৌখিবগুম ঐখোয়সু বৈষ্ণব ভক্ত ওইরুবনা রাধাগী শক্তম (প্রকৃতি) লৌদুনা চঙজবগী ৱানি। প্রকৃতিগা পুরুষকা যুগল (union) ওইবগী ভাবতা হাযবদি রাধা কৃষ্ণ মশা অমত্তা ওইবগী ৱাখলদা ভগবান্দা চঙজবগী ঈখৌ লাংবা নুপা নুপী ওইরিবা মীওইবনা (নুপাসু নুপীসু) রাধা ভাবতা লৈবগী ৱানি। শ্রাদ্ধ কর্মগী সংকীর্তনগী ঈশৈদা আত্মা ওইবা মীওইবনা (নুপাসু নুপীসু) রাধা ওইজরগা (প্রকৃতি ওইরগা) শ্রীকৃষ্ণগী (ভগাবন পুরুষকী) মফমদা চঙজবনি হায়দুনা ভাবতা পুবা তারগদি লান্না থৌরম (নোংগা লম্বী) দা অকাম্না অপেৎনা ঈশৈ শকপসি হঙ্গোইনীংঙাইনি তুক্কচনীংঙাইনি নোংগা লম্বীগা মরী লৈনদে হায়বা ৱাফমদু মমি তাফম থোক্তে।

রস কয়াগী মনূংদা বৈষ্ণব সাহিত্যনা শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাসল্য অমসুং মধুর হায়বা রস মঙা অসিবু মরুওইনা লৌখৎলি। মখোয় অসিগী মনূংদা অমুক অকোনবা মধুর রস অসিদা মথক্কী অতোপ্পা রস মখল মরি অসি য়াওই হায়না খনবনা হায়রিবা মধুর রস অসিনা খ্বাইদগী থুহ্বা হেল্লি হায়না খন্দুনা অথোইবনি হায়না লৌনৈ। অসিগুম্বা অপাম নুংশিগী মওংদা নায়ক নায়িকাগী ভাব অসিদা অনীগী মরক্তা পরকীয়া প্রেমনা অমুক হেঞ্জিনবা মরমনা লাইনীং লম্বীদদি মসিনা অথোইবনি হায়না লৌনবনি। নূংগী ওইবা ফজবা কয়াবু থমদুনা পান্দা নুংশি নুংওনগী মওং মানবা

ঈশৈ শক্তুনা নট সংকীর্তনগী থৌরম পাঙথোকপা য়াম্না অর্থ লৈবা ৱাফমনি। মসিদা তুক্কচনীংঙাই হঙ্গোইনীংঙাইগী ৱাফম লৈতে।

## আয়ান অমসুং রাধা-কৃষ্ণগী শৈরেং ইনীংলকপা

পানগী মীৎয়েংদা পরকীয়া রসতা রাধা-কৃষ্ণ মরী লৈনবা অদুগা রাধা ভাবতা শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা শ্রীকৃষ্ণবু উপাসনা তৌজখিবা, শ্রীরাধিকাগী দুর্জয়মান (দুর্জয়- invincible, difficult to subdue, মান-sulk, with hold love, feign) গী ৱারী, প্রভাস মিলনগী ৱারী অসিনচিংবা কয়া পারুবদা তারুবদা খণ্ডই খণ্ডদে, খণ্ডদে খণ্ডদে ইনীংবগী ঈহৈ অমা লাক্তুনা ৱারেং খরা আধ্যাত্মিক্কা মরী লৈননা ইখ্রবা মতুংদা পূক্লিংদা মওল মওল খনবদি লেপ্পা নাইদে। রাধাগা আযানগা লৈনবা মরী, রাধাগা কৃষ্ণগা লৈনবা মরী খল্লুরগা হে খণ্ডদে হৈতে খণ্ডদে শৈবেং অনী: ১। *আয়ানুগী থাক* অমসুং ২। *রাধা কৃষ্ণ* ইজখি। শৈরেং অনী অদু ঐগী 'ঐগী থম্মোয কুরুক্ষেত্রদা' হায়বা শৈরেং লাইরিক অদুদা হাপচিন্দুনা খৃ: কুম ২০০২ দা ফোঙজখি। শৈরেং অনী অদু অমুক হন্না মখাদা থমজরি:

**আয়ানগী থাক**

নীংহৈদবা নীংবদৈ
হায়হৈদবা হায়বদৈ
ওইখি আয়ান নপুংশক

নীংহৈদবা নীংল'সু
নীংজমনগী মহয় ওই
ফংখি আয়ান রাধাবু

পেন্নবা ভক্তগী
পীখি রাধা আয়ানদা
জগৎ মপু হরিনা

পরকীয়াগী প্রেম রসপু
চুপচনীংবা কৃষ্ণনা
পীখিবনি রাধাবু

পান্দা গণিকা মানবী
নুংদনা সতী ওইবী
রাধিকানি আযানগী

কৃষ্ণ প্রেমনা লূমসু
আয়ান য়াখং যাওদনা
চৎতে রাধা প্রভাসতা

লৌনম তৌদে আযানদা
পীবী দর্শন মঙোন্দা
পোকহল্লি সাত্ত্বিকী ভাব

পী দিব্যজ্ঞান আযানদা
লৌই বিদায় মঙোন্দে
চৎলি রাধা প্রভাসতা

মপোক ফখি আয়ানদো
সেবা তৌখি রাধানা
মংগী ভার্য্যা ওইদুনা

রাধা বাণী সেবাদৈ
দিব্য চক্ষু ফংদুনা
ঙানখি আয়ান দিব্যজ্ঞান

শকহেনবী সত্যভামা
ফজববী রুক্মিণী
ফঙদে উবা রাধাবু

মপূং ফাববা দর্শন
শ্রীমতী রাধিকাগী
ফংজবনি আযাননা

ঙানখি থম্মোয় আয়ানগী
রাধা রাণী কৃপাদে
অমকপবু কোক্তুনা

মপোক থীর' আয়ানদো
রাধিকাগী থৌজান্দে
ওইখি মপোক ফরবা।

**রাধা-কৃষ্ণ**

শোল্লি ভক্ত পূম্বনা
রাধা-কৃষ্ণ হায়নদি
শোন্দে বৈষ্ণবশিংনদি
কৃষ্ণ-রাধা হায়নবু

শুদ্ধৎলবা মূর্তিনি
তাইবঙ পূম্বে কৃষ্ণদি
শুদ্ধৎলবা মূর্তিনি
রাধিকাদি কৃষ্ণগী

হেন্না থোইবী রাধানি
ভগবতী দেবীনি
অয়ৌ' থাক্কী প্রেম মূর্তি
শ্রীমতী রাধিকানি

মহাভাবকী মশক্তি
স্বরুপিনী ওইবীনি
কল্পলতা ওইবীনি
শ্রীমতী রাধিকাদি

মশায় স্বার্থ য়াওদবা
শুদ্ধপ্রেম অদুমক্না

পেলহনবীথি কৃষ্ণবু
শুক্ষৎপনি হরিবু

মায়া কামদি য়াওদবা
কোনশেংবুদি ওইরিবা
নুংগী হকচাং অদুবু
হায়নৈ শুদ্ধদেহনি

শুদ্ধদেহ পুরিবা
শুদ্ধজীব অদুগী
শুদ্ধি ওইবা আত্মানা
ফংজনীংই পরমাত্মা

পরমাত্মাবু ফংনীংবৈ
ঈখৌ লাংবা অদুবু
কৌই শুদ্ধিপ্রেমবুদি
শুদ্ধিজীব অদুগী

নুপী ভাবতা চঙদুনা
প্রকৃতি জীবশিংনা
ফংননবা হোৎনরি
পুরুষ ওইবা ভগবান

রাধা ভাবতা চঙদুনা
উপাসনা তৌজখি
ফংননবা কৃষ্ণবু
মহাপ্রভু গৌরাঙ্গ

মহাভাবনি রাধাই ভাব
খ্বাইদগী হেনবনি
পরাভক্তি ওইবনি

রাধাই ভক্তি অদুদি

পরাভক্তি ওইর'দি
অমত্তবু ওইবনি
ভক্ত-ভগবান অনী
যুগল রূপপু ওইনদি

রাধা কৃষ্ণ 'মত্তনি
অনী থোক্লা উবনি
মপালগীদি শক্তমদা
প্রেম লীলাগীদমক্তা

মশায় সার্থ য়াওখিদে
রাধাগী প্রেম অদুদি
পাপ্পু পুনি কিখিদে
কৃষ্ণে প্রেমনা কনবনা

নরক তানি থৌওইদে
কৃষ্ণেদমক বাবনা
পীখি চরণামৃতদি
কৃষ্ণে নাবা ফনবা

য়াওদে  নাপল অভিমান
কৃষ্ণগীদি সেবাদা
খন্দে মানা মহেল্লে
মশাগীদি থবক্তা

মসিননি শোন্নবা
রাধা-কৃষ্ণ হায়নদি
ভক্ত বৈষ্ণব খিবিক্লা
রাধাই গুণবু খঙবনা

খঙদবদি কয়ানা
থীনা শোন্নে রাধাবু
হুন্না ঙাঙনৈ কৃষ্ণবু
নুংগী ভাবতি খঙদনা

রাধা-কৃষ্ণে প্রেম লীলা
য়াওদবনি অমকপা
অমৃতগী মশাক্তি
প্রেমনা মপূং ফারবা

হে থম্মোয় ঐগী থম্মোয়
ওইয়ু নঙসু রাধা ভাব
চঙজনবা কৃষ্ণদা
ওইননবা শুদ্ধপ্রেম।

## *ঐ কনানো* ইনীংলকপা

শ্রাদ্ধ কর্মদা রাধা কৃষ্ণ অনীগী মরীদা শক্লরিবা ঈশৈ অসি মীনা হায়নীংবা হায়জরবসু ঐঙোন্দদি আত্মাগা পরমাত্মাগা লৈনবা মরী নত্তনা অতৈ করিসু নত্তে হায়না খঞ্জখি। আত্মানা পরমাত্মাদা চঙজনীংবগী ঈখৌ লাংজবনি। প্রকৃতি পুরুষকী ৱাফমনি।ওজা গুরু কয়ানা কয়াদা নিংথীনা শেম শাবীরমলিবা। ৱাফম অসিদা ঐহাকসু চপয়ুংনা লেপখিবা মরমনা 'ঐ' হায়বা আত্মাগী মরমদা পূক্নিং থিংজিলনীংলকই। *অমৃত বাণী* দা য়াওবা *ঐ কনানো* হায়বদু পারুবদগী মখাতাবা ওইনা *ঐ কনানো* হায়বা শৈরেং অমা ইদুনা মথক্তা পনজখিবা ঐগী শৈরেং লাইরিক *ঐগী থম্মোয় কুরুক্ষেত্রদা* হায়বা লাইরিক অদুদা য়াওহনজখি। শৈরেং অদুদি মখাগী অসিনি:

## ঐ কনানো

ঐগী য়ূম ঐগী লাইরিক
য়ূম্না অমনি ঐনা অমনি
লাইরিক্না অমনি ঐনা অমনি
তোঙান তোঙানবনি
ঐনা মপু ওইবনি।

ঐগী খূৎ ঐগী খোঙ
খূৎনা অমনি ঐনা অমনি
খোঙনা অমনি ঐনা অমনি
তোঙান তোঙানবনি
ঐনা মপু ওইবনি।

'ঐ-খূৎ' হায়রল্লবা
'ঐ-খোঙ' হায়রল্লবা
ঐসে খূৎ ওইরমগনি
খোঙসে ঐ ওইরমগনি
অদুবু হায়নদে 'ঐ-খূৎ', 'ঐ-খোঙ'
তোঙান তোঙানবা ওইবনা।

য়ূমগী মপু ঐনি
লাইরিক্কী মপু ঐনি
খূৎকী মপু ঐনি
খোঙগী মপু ঐনি
অতৈসু মপুনি
মশায় মশায় মপোৎকী
অদুবু তোঙান্নে পোৎকা মপুগদি।

ঐগী অৰাংবা ফূট মঙা মখাযনি
ঐগী অরুম্বা কিলো হুম্ফুনি

অঙ্গাংবদু ঐগী লেপনি
অরুম্বদু ঐগী খলনি।

অদুদি ঐ কনানো
কদায়দা লৈবগে ঐ
কদায়দগী লাকপনো ঐ
কদায়দা চৎখিনি ঐ
করম তৌবা জাৎনো ঐ
অমুক লাকখিদ্রা ঐ,
হে তাইবঙ মহৈকোলগী ওজাশিং
হে ফাওরবা সাইনটিস্টশিং
হে ফাওরবা দাক্তরশিং
হে ফাওরবা ইঞ্জিনিয়ারশিং
পাউখুম পীয়ু ঐ কনানো
কনানা ঐবু শেম্লকপনো ?

ঐবু পোকপা ইপানি
ইপাবু পোকপা ইপুনি
ইপুবু পোকপা ইধৌনি
লৈখি ইধৌ পরেং পরেং
অদুদি পোক্লেন পোকপা কনানো
শাৎলেন শাৎপা কনানো ?

ঙ্গাহংসিগী পাউখুমদি
ধ্যান তৌবা তাবনি
সংসারগী ওইবা পাম্বৈদে
ফংবা ঙম্লোই অশেংবা।

পুথোক্লে বৈজ্ঞানিকশিংনা
ষণনা চিংদবা গাড়ি: জীপ কার
মশানা পাইদবা উচেক: এরোপ্লেন

অমদি অতৈ জাৎ জাৎ:
-কেমেরা, কম্পুটর, রেদিও, টেলিভিজন
অদুবু লৈরমগনি শোয়দনা
মখোয়বু শাবা শেন্নবা মীদি।

শকফোঙবা জগৎকী পোৎলম
প্রকৃতি কৌবা অসিবু
লৈরমগনি শেন্নবসু
শকলোৎপা অমা ওইনা।

শেন্নরিবা মীশক্তো অথোইবা
পুরুষ হায়বা মহাক্তো শকলোৎপা
হায়নৈ কনানা কৃষ্ণ, কনানা অল্লাহ
কনানা শিদবা মপু
অসিদা নত্তনা অতৈ অতৈ।

ওইরবসু নক্লা হেণ্ডল পায়বা
ওইরবসু রিমোট কনট্রোল তৌবা
জগৎ প্রকৃতিগী মেছিন মরুমদা
মেছিন শেন্নরিবা শকলোৎপা পুরুষ
সৃষ্টি মপু ওইবা
ক্রম বিবর্তন ওইবা মহাকপু
মেটর হায়নসু খঙনবা
কৌজগে 'লাই লাই'
লাইবু 'ঈশ্বর' হায়না
ঈশ্বরবু 'পরমাত্মা' হায়না
শাৎলেন শাৎপা মাহাকপু
পোকলেন পোকপা মহাকপু
অদুগা য়ুমগী মপু, লাইরিক্কী মপু,
খূৎকী মপু, খোঙগী মপু, 'ঐ' বু
পরমাত্মাদগী হৌরকপা

পরমাত্মাদা তিনগদবা
আত্মা হায়না কৌজগে।
অদুগা পাউখুম্নি হায়না লৌজগে
হংলকপা ৱাহংগী:
'ঐ কনানো'।

## থম্মোয়বু ঙানহলবিবা মৈরা অহুম

অশেংবমক্কি *রাধাগী প্রেম, অমৃত বাণী (শিদ'পাউ)* অমসুং *রাধা হৃদয়* হায়বা লাইরিক অহুম অসি ঐঙোন্দদি লৌশিংগী মৈরানি, মঙাল পীবীবনি, মঙ্গৱা থম্মোয়বু ঙানহলবিবনি। লাইরিক অহুম অসি পাজরুবদগী ৱারেং খরা: ১। শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লৈবা রাধাগী প্রেমগী মহিমা, ২। সমাজিক, বৈজ্ঞানিক অমসুং দার্শনিকী মীৎয়েংদা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী যুগল রূপ, ৩। দার্শনিকী মীৎয়েংদা নুপী অমসুং ৪। মূর্তি পূজা অমসুং নুংগী ভাব অসি ইজদুনা পাউ-চে অমদি সাহিত্যগী চেফোঙশিংদা ফোঙজবা ঙমখি। লাল্লবা য়াই চুম্লবা য়াই মদুনা অতোপ্পা ৱাফম অমনি, ইনীংবগী থৌনা অমসুং ইথোকখিবা অদুদি লাইরিকশিং অসিগী মপান্ননি। হৌজিক্কী ৱারেং অসিমক লাইরিক অহুম অদু পাবা ফংজবা অমসুং অতৈ লাইরিকশিং অদু য়েংজবগী খুদোংচাবা লৈরমদ্রবা অমদি স্বামীশিং অমসুং ওজা গুরুশিংদুনা ইবীরমদ্রবদি তোল্লবনা করম্না ইবা ঙম্লমগনি ? অদুননি ঐহাক্না থমজরিবা ৱাফম: লৌশিংগী মৈরানি লাইরিক অহুম অদু ঐঙোন্দদি রাধা অমসুং রাধা তত্বগী মতাঙদা। নোংদম্লি ঐগী লাইবক্তা তম্লকপা পাবা ফংজবা লাইরিকশিং অসি। কাউবা ঙম্রোই লাইরিকশিং অসিবু ইবীরকপা স্বামীশিং ওজা গুরুশিং। খুরুমজরি অরোইবদা অমুক্কা হন্না শ্রীস্বামী শিবানন্দ মহারাজ, শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি, শ্রীস্বামী গুরুগোবিন্দানন্দ সরস্বতী, ওজা শ্রীহাওবম তোম্বা সিংহ অমদি অতৈ ওজা গুরুশিংবু হন্না হন্না। ভক্তি কৎচরি রাধা অমসুং রাধা তত্বগী মরমদা ইবীবা খ্বাই পূম্নমক্কী মফমদা।

**ওঁ শান্তি শান্তি শান্তি**

## সেক্রেটরীগী ৱারোল

মণিপুব সাহিত্য সমিতি, থৌবালনা সাহিত্যগী থৌরম কয়া পাঙথোকপগা লোয়ননা সমিতিগী থা তরুক/তরুককী চেফোঙ "য়েম্নীং" অমসুং লাইরিক ফোঙবগী থৌবমসু লেপ্লা লৈতনা চখরক্লি। সমিতিনা ফোঙগ্রবা লাইরিকশিংগী মনুংদা সমিতিগী হান্নগী প্রসিডেন্ট, শ্রী আই এস অকোইজমনা ইবা আধ্যাত্মিক্তা মরী লৈনবা লাইরিক খরসু য়াওরি। মখা তাবা ওইনা শ্রীমোইরাংথেম ইরাবোৎ সিংহগী **"শ্রীশ্রী জগন্নাথ পুরী দর্শন"** অমসুং সমিতিগী হান্নগী প্রসিডেন্ট শ্রীমোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ-না ইবা **"শ্রীমৎ পরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি– পুন্সি অমসুং থবক"** হায়না মিংথোনবা লাইরিকশিংসু পুথোকচগ্রে। হৌজিক অমুক শ্রী রাজেন্দ্র সিংহগী **"গীতাগী পাউজেল"** হায়বা লাইরিক অসি পুথোকচরি।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী অবতারবু পূর্ণ অবতাব হায়না খঙনৈ। পূর্ণ অবতারদা আধিভৌতিক, আধিদৈবিক অমসুং আধ্যাত্মিক হায়বা শক্তি অহুম অসি পূর্ণ ওইনা (মপূং ফানা) লৈ। ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা শক্তি পুম্নমকসি তিন্দুনা লৈবা মরমদগী মহাক পূর্ণ অবতারনি হায়নরিবনি। হায়রিবা শক্তিশিং অসি অতৈ অবতারশিংদা মপূং ফানা উবা ফংদে। অদুগা অমুক ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা কলা তরাতরুক শুনা ফোঙই, অতৈদদি কলা তরাতরুক শুনা ফোঙদে। মসিদগী "ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী ষোড়শ কলা" হায়নরিবনি। অসিগুম্লবা ভগবানগী পূর্ণ অবতার ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা অর্জুন্দা আধ্যাত্মিকী পাউতাক পীবিখি। মদুনি শ্রীমদ্ভগবদ গীতা হায়না খঙনরিবসি।

**"গীতাগী পাউজেল"** হায়বা লাইরিক অসিদা অইবনা শ্রীমদ্ভগবদ গীতাগী

উপদেশ খরা য়াম্না শন্না অচম্বা লোলদা পুথোক্লি। লোয়ননা গীতাগী অধ্যায় তরানিপানগী মচি (মচং) ওইবা শরুক খরা অমসুং অতৈ গীতাশিংগী মরমদসু য়াম্না তেন্না মচং খরা খরা লৌখত্নুনা থম্লীরি। **"গীতাগী পাউজেল"** হায়না মিংথোনবা লাইরিক অসি সমিতিনা পুথোকপা অইবগী অহুমশুবা লাইরিক্লি। মসিগী মমাঙদা অইবগী **"অনৌবা মণিপুরগী লময়ানবা অহম"** (২০০৬) অমসুং **"শ্রীমৎ পরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি— পুন্সি অমসুং থবক"** (২০০৮) হায়না মিংথোনবা লাইরিক অনী সমিতিনা পুথোকখ্রে। হন্দক পুথোক্লিবা লাইরিক অসি অইবনা দিবাইন লাইফ সোসাইটিগী সৎসঙ্গ অমসুং আধ্যাত্মিক্কী থৌরম কয়া য়াওরুবদা অখণ্ড-অহৈ, ওজা-গুরু কয়ানা গীতাগী মরমদা পীবা প্রবচনশিং অদুনা পীবা ঈথিল অমসুং অতৈ লাইরিক কয়া পারুবদা থম্মোয়দা তাবা মমি অদু ফোঙদোকপনি। অরোইবদা লাইরিক অসিবু ফোঙদবা য়াদে হায়দুনা চোংথোকপিরকপা ইনাও ইবুংঙো শ্রীমোইরাংথেম বিদ্যানন্দ সিংহবু সমিতিগী মায়কৈদগী থাগৎপা অমসুং নুংঙাইবা ফোঙদোকচরি। লাইরিক অসি পাবীনবা খ্বাই খিবিক্কী মফমদা শিন্নজরি।

ডা এন শরতচন্দ্র

*থৌবাল* *সেক্রেটরী*

*সেপ্টেম্বর ১৫, ২০০৮ ইং* *মণিপুর সাহিত্য সমিতি*

*থৌবাল, মণিপুর*

## অইবগী ৱারোল

**"গীতাগী পাউজেল"** হায়বা লাইরিক মচা অসি গীতাগী মরম খঙলে হৈরে হায়দুনা ইজবা নৎচদে। করিগুম্বা থৌইনশিন অমদগী ইতিক ইপা চাদনা ইজবনি। দিবাইন লাইফ সোসাইটিগী সৎসঙ্গগী থৌরম খরদা গীতাগী মতাঙদা শ্রীস্বামী গুরুগোবিন্দানন্দ সরস্বতী (ইম্ফাল), শ্রীস্বামী শিবচিদানন্দ (ওরিষা), শ্রীস্বামী পবিত্রানন্দ সরস্বতী (ঋষিকেশ), অতৈ গুরুভায়শিং— শ্রীমোইরাংথেম নিংথেমজাও সিংহ (থোংজু), শ্রীথোকচোম অমুবা সিংহ শাস্ত্রী (খাঙবোক), শ্রীককচিংতাবম ব্রজমণি শর্মা (ককচিং খুনৌ), শ্রীময়াংলম্বম মণি সিংহ (শুগ্নু), শ্রীযোগ চৈতন্য (পল্লেল), শ্রীপুখ্রম্বম কুঞ্জো সিংহ (ককচিং), শ্রীময়েংবম মণিহার সিংহ (ৱাবগাই), শ্রী আর. কে. রাধামোহন সিংহ (নিংথৌখোং) অমসুং অতৈ কয়াগী প্রবচন তাজবদা করিগুম্বা খরা থম্মোয়দা মমি তাখি। মসিগী মথক্তা অমুক জ্ঞান মন্দির, ইম্ফাল অমসুং মণিপুর গীতা মণ্ডল, ইম্ফালনা শ্রীমৎ পরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিগী জন্মতিথি অমসুং পুণ্যতিথিগী থৌরম পাঙথোকপদা লাইবক ফবদগী য়াওজবগী খুদোংচাবা ফংবা অহুম/মরিরক লৈখ্রে। মদুদা গীতাগী মরমদা শক্লাইরবা মীওইশিং— শ্রীঅরাম্বম নরহরি সিংহ, শ্রীতখেলচঙবম অমুসনা শর্মা শাস্ত্রী, শ্রীগুরুময়ুম মণিদেব শর্মা, শ্রীশামুরাইলাৎপম অপাবী শর্মা, শ্রীরাজকুমার মহাবীর সিংহ, শ্রীজানকীনাথ সিংহ-নচিংবা ওজা-গুরু কয়াগী প্রবচন তাজখি। মখোয়গী প্রবচনদা ঐগী থম্মোয় শুমহৎখি। মসিগা লোয়ননা শ্রীস্বামী শিবানন্দগী Sarva Gita Sara, Ethics of the Bhagavad Gita, The Bhagavad Gita Explained, Bhagavad Gita for busy people; শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিগী শ্রীমদ্ভগবদ

গীতা; শ্রীস্বামী প্রভুপাদকী Bhagavad Gita: As it is, মণিপুরীদা রাজকুমার শীতলজিৎ সিংহনা "শ্রীমদ্ভগবদগীতাগী অশেংবা মশক" হায়না হন্দোকপা; শ্রীহাওবম বারুণী সিংহগী "গীতা শক্তম", আই এস অকোইজমগী "গীতাগী ঈচেল" শ্রী এম নন্দকিশোর শর্মাগী "শ্রীগীতা মহিমা" নচিংবা লাইরিক খরা পাকবদা নুংঙাইমনখ্রদুনা যাম্না তেন্না কবিগুম্বা খবদং ফোঙদোকচদুনা ইজবনি। মতাঙ অসিদা অতোপ্পা রাফম অমসু থমজরি। মণিপুরগী মফম কযাদা পাঙথোকপা দিবাইন লাইফকী ষ্টেট সৎসঙ্গ, লোযননা মণিপুর গীতা মণ্ডল, ইম্ফাল অমসুং জ্ঞান মন্দির, ইম্ফালনা পাঙথোকপা শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিগী জন্মতিথি অমসুং পুণ্যতিথি পালনগী থৌরম খরা যাওজকরগী পাউদম "পোক্লফম" পাউ-চেদা হেক হেক হাপচৈ। মদুদা অখঙ-অহৈ ওজা-গুরু কযানা গীতাগী মরমদা ঙাঙরীখিবা প্রবচন অদুসু যাওনা শম্না ইজৈ। অসুম তৌরিঙৈদা নোংমা শ্রীব্রহ্মচারীমযূ্ইরুংঙো (ইঙোবী) শর্মা, তেন্থা হৈবূং লৈকাযদা লৈবনা ঐঙোন্দা মহাক্কী লৈখিদ্রবা অপোকপগী পুণ্যতিথি পালন প্রসাদী সেবাগা লোযননা পাঙথোক্কনি মদুদা গীতাগী মরমদা প্রবচন পীবীযু হাযরখি। "মদু ঐহাক্না খঙবা নত্তে, হৈনবসু নত্তে" হাযনা নাপ্থোক্লবা ফনা কন্না হোৎনজৈ অদুবু "শোযবীবা যাদে" হায়না হন্না হন্না হাযবৈ। তঙায ফদবদগী কবিগুম্বা খবা ইবগা পাথোক্লগে খনখি। অসুম্না নোংদম অমদগী "গীতাগী পাউজেল" হাযনা মিংথোনবা লাইরিক মচা অসি ইজবনি। শোয়খিবা লানাখবা পূম্নমক খ্বাযগী ঙাকপিহৈবা গুণনা ঙাকপনবা নোল্লুকচরি।

*তেন্থা, সেপ্টেম্বর, ১,২০০৮* | *মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ*

# থোইদোকপা পাউজেল অমখক্কী পাউদম

পাউদম অসি অকনবা লানফম ময়ায়দা লুরবা তানফমদা ঙাঙনখিবা থোইদোকপা অচেৎপা ৱাফম অমবু হৌজিক্কী চরাঙনরবা লাল্লক অসিদা পীরকপা পাউজেল অমখক্কীনি। পূন্নমক্না খঙন- তানরবা শ্রীমদ্ভগবদগীতাগী পাউজেলনি 'গীতাগী পাউজেল'। মসিবু বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী সৎসঙ্গদা অচঙবা সদস্য ওইনা যাওরিবা মশাগী কলমনা হরাউহনবা, নোকহনবা অমসুং শুমহৎপা ঙম্বা শ্রীমোইবাংথেম রাজেন্দ্র সিংহনা ইরগা মীয়ামদা পাউজেলগনি হায়না পুথোকপা লাইরিক্নি। সূপ্না লামায ৭৭ পানবা লাইরিক অসিদা ভগবদগীতাগী অধ্যায় ১৮গী অসূপ্পা ৱারোল পল্লি। থোইদোক্না কান্নবা ৱারোল ঙাক্তনি। লাইরিক অসিগী অহৌবদা গীতাগী থোইদোকপা শন্নপ্পা ই। থোইদোক্না নৈননীংঙাই ওই। মসিগী মমাঙদা 'গীতা জয়ন্তী' গী থোইদোকপা ৱারোল ইরি। মসিসু খঙবদা কান্নবা ৱাফম্নি, মসিদা গীতা পোক্লকখিবগী শেংলবা নুমিৎ ময়েক শেংনা পল্লি। ভগবদগীতা শাফোঙলকপা হায়বা মতাংদা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনদা কর্ত্তব্য কর্ম তৌনবগী থৌইনশিন মরু ওইনা পল্লদুনা নিষ্কাম কর্ম যোগী ওইনবগী পাউতাক পী। মসি মীপূম খূদিংমক্কী তঙাইফদবনি হায়বা খঙহল্লি। কান্নবা ৱাফম্নি হায়বা তাকই। গীতাগী থোইদোকপশিংগী মনুংদা মীওইবগী নুংগী শরূক শেংদোকপগী কান্নবা অমসুং জীবন- কর্ম চুম্না তৌনবগী ৱা য়াম্না মরু ওই। লোয়ননা যোগ সাধনাগী তঙাইফদববু মরু ওই হায়বগী অচেৎপা পাউতাক্না পুন্সিগী নিত্য সাধনদা পাপ কোকচদুনা পুণ্যগী লম্বীদা চচবা ফংই হায়বগী ৱাখল শেংনা পোকহল্লি। মসিবু নিষ্ঠা ওইনা খঙহন্নবা শ্লোক পদাবলীদা ঈচেল নাইনা চেষ্টে, মসিনা অমৃতগী মশক ওইবা জ্ঞানগী লল মরাং কায়না ফংহল্লি। সৎকর্ম সাধননা ভক্তি তাল্লি। ভক্তিনা ভগবৎজ্ঞান ফংজদুনা আত্মানা পরমাত্মাগী মায়গৈদা লায়না অমসুং চুম্না চঙশিঞ্জনবগী উপায় পী। থোইদোকপা কয়ামকম অসিনা তিল্লবা গীতাবু বেদ পূন্নমক্কী মশক ওইনা উক্তি তৌবিবনি। অসিগুম্বা পুন্সি লন ওইবা গীতাগী পাউজেল শ্রীবাজেন্দ্র সিংহনা লাইরিক ওইনা ইথোক্লগা পাউজেল পীবনি, মসিনা

কল্যাণ মার্গদা সম্পতি ফংনবগী উপায় ওইগনি হায়না ফোংদোকপনি। মহাপুণ্যগী পাউজেন্নি হায়না লৌই।

অইবা অসি জ্ঞান- ভক্তি- ধর্ম য়াম্না কন্না থিজিল্লি হায়না লৌই। প্রেমগী মহিমা নৈনবগী মতাং মাঙদা ফোঙখ্রবা লাইরিক খরদা থেংনজখ্রে। নামগী মহিমা, ঈশ্বরদগী হেনবা নামগী মহিমানচিংবা কয়া নৈনদুনা কান্নবা ব্রাফম কয়া পুথোকপিখ্রে। হন্দক্কী অসিদসু খঙবা ঙল্লে মদুদি গীতা মখল কয়ামুক্কী ব্রা লাইরিক অসিদা য়াওরে। তাঙনা ফংনবা স্বামী শিবানন্দগী 'সর্ব গীতা সার' কৌবা লাইরিক্কী মনুংদা য়াওবা গীতাশিংগী মখলশিং খবমখৈ ইদুনা পল্লি। থোইদোকপশিং নৈনরি। মসিদা আত্ম সম্বন্ধ জ্ঞান মরাং কায়না য়াওবদু শীংথাই। থাগৎচৈ শ্রীরাজেন্দ্র ভর্গভক্তেনি।

পাউজেলগী মশক ওইবা লাইরিক অসিগী অমুক্কা হেন্না থোইদোকপদি শ্রীমদ্ভগবদগীতা যোগ ময়ামগী মচং ওইবা ব্রাফমশিংনি। যোগ শাস্ত্র নৈনরগা মদুগী মচং পুথোরকপসি থোইদোকপা সাধনা অমগী পাম্বৈননি। মসি য়াম্নমক ফবা কর্মগী মনুং চল্লি। মসিনা মতম খজিক্তদা 'গীতা সার' নীংশিংনবগী পাম্বৈ ওইরে। মরম অসিনা হায়জনীংই 'গীতাগী পাউজেল' না ঐখোয়বু গীতাগী মায়গৈবোমদা মায় ওনশিল্লক্কবগী খঙহনবনি হায়না লৌই। মীপূম খূদিংমক গীতাগা সঙ্গ ওইবগী কান্নগদবদু তাকপিবনি। শ্রীকৃষ্ণমক্কা গীতাগী পাম্বৈনা পূম্নমক পাঙবনি হায়না পনবিরম্লগা মমল নাইদ্রবা গীতাগী পাউজেল অসি জগৎ কল্যাণগীদমক্তনি হাযবা ব্রাফম অসি থমজরি। গীতা জ্ঞান নত্তনা অতৈ পাম্বৈ লৈতে হাযবসি লান্দ্রে হায়না লৌনগদবনি। গীতাগী প্রবচন্না পুন্সিদা অমকপা কয়া কোকচবা ঙম্নবগী হীদাক্রি, গীতানা আত্মা শান্তি পী, পাপ কোকহল্লি অমসুং ধর্ম পূম্নমক থাদোকচরগা কর্ম সন্ন্যাস তৌজদুনা ভগবান ফংজৈ হায়ববু মরু ওই হায়বনি। লাইরিক অসিনা পূম্নমকপু গীতাগী মায়গৈদা চঙশিন্নবা ইঙ্গিৎ পী হায়না লৌই। মসিবু পাজরবা তুংদা ইশাগী মায়গৈদগীসু পাউথাং চেঞ্জরি ঐখোয় 'গীতা জ্ঞান ভবন' দা চঙশিন্দুনা পূক্লিং লূপসি। থাগৎচরি।

*সেপ্তেম্বর ১, ২০০৮ ইং* *নন্দকিশোর শর্মা*

# গীতা জয়ন্তী

কৌরব অমসুং পাণ্ডব পক্ষ অনীনা কুরুক্ষেত্রদা লানগীদমক থৌরাং তৌনরকপা মতমদা ঋষি বেদব্যাসনা মমীৎ অনীমক তাণ্ডলবা ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌগী নাক্তা চণ্ডশিল্লগা হায়খি : "হে নিংথৌ ! নহাক্না অকিবগী মশক ওইরবা হাৎনা- শুনবগী থবক অসি নহাক্কী মীৎমক্না য়েংনীংলবদি(উনীংলবদি) ঐহাক্না নণোন্দা উবা ওন্নগী শক্তি পীবা ওমগনি।" মদুদা ধৃতরাষ্ট্রনা খুমখি : "হে ব্রহ্মর্ষি অথোইবা ও ! ঐনা ইমীৎসিনা ঐগী ইমুং মনুংগী মীবু হাৎপা উনীংবগী অপাম্বা লৈজদে, অদুবু লানগী অকৃপ্পা পাউ পৃম্বদি তাজনীংই।" মদু তারবা তুংদা বেদব্যাসনা ধৃতরাষ্ট্রগী থাজরবা পারামর্শদাতা(কাউন্সেল্লর) সঞ্জয়দা দিব্য চক্ষু(দিবাইন ভিজন) পীবীখি। অদুগা হায়খি : "হে নিংথৌ ! সঞ্জয়না নণোন্দা লানগী থৌদোক পৃম্বা শুগায়না পীগনি, লানগী চৎথরকপা থৌওংদা থৌদোক পৃম্বা মহাক্না হকথেংননা উগনি, তাগনি, খণ্ডগনি। থৌদোক অমা অহিংদনি খণ্ডদে নুংথিলদনি খণ্ডদে মাগী মাণ্ডা নৎত্রগা তুংদা থোকপা ওইরবসু, লোম্না নৎত্রগা ফোংনা থোকপা ওইরবসু অদুগা থবক ওইনা পাণ্ডথোকপা নৎত্রগা চুম্নতা ব্রাখলদা খনবা ওইরবসু মদু মাগী মীৎতগী খক লোৎতুনা লৈবা য়ারোই, থোক্লিবা থৌদোক খুদিংমক লোইনা মহাক্না খণ্ডগনি, খুৎলায়না মাবু শোকহনবসু ওমলোই মহাক চোকথবসু তৌরোই ...।"

কৌরব পাণ্ডব অনীনা লেপ্তুনা নুমিৎ ১০নি লান শোক্লরবা মতুংদা মহারথী ভীষ্ম (কৌরবকী সেনাপতি) মাগী রথতগী অর্জুনগী তেন্না পান্দুনা তুগ্রে হায়বগী পাউ সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রদা খণ্ডহনখি। থম্মোয় শোক্লা ব্রারবা নিংথৌনা সঞ্জয়দা হৌখিবা নুমিৎ ১০গী লানগী অকৃপ্পা পাউ, থৌদোক পৃম্বা হেক হৌবদগী হৌনা মখা তানা লান লোইবা ফাওবা পীয়ু হায়খি। সঞ্জয়না লানগী থৌদোক পৃম্বা শুগায়না পাউদমখি। লান শোক্লরমদাইদা কৃষ্ণগা অর্জুনগা তেঙ্গোল অনীগী ময়ায়দা হায়নখিবা, ঙাণ্ডনখিবা অদুদগী হৌনা পাউদমখি। মদু ব্যাসদেবনা ইদুনা থম্বীরম্মী। অসুম্না মসিদগী গীতা থোরকখি।

গীতা জয়ন্তী(গীতাগী মপোক নুমিৎ, গীতা নুমিৎ) অসি ভারতকী মফম কয়াদা থোইদোক হেন্দোক্লবা, চাংদম্মনীংঙাই লৈত্রবা, মপা পাবীনবা লৈত্রবা ধর্মগ্রন্থ অমনি হায়নরিবা গীতা অসিবু লুনা নীংজবা, পামজবা অমসুং

নুংশিজবা মীওই কয়ানা পাঞ্জি খূৎপায় মতুংইন্না মাগশীর্ষ(মাগশির) থাগী শুক্ল পক্ষগী ১১নি পানবা(একাদশী) নুমীৎতা পালন তৌই। সংবৎ ১১ মাগশীর্ষ অসি গীতা জয়ন্তী নুমিৎনি। নুমিৎ অসি "মণিপুরী গৌড়ীয় ধর্মসভায় গীতা জয়ন্তী উপলক্ষ্যে একাদশীর উপবাস তিথিতে মহোৎসব(অসম)" হায়না মমিং চৎলবা পাঞ্জিকা অমদা ইরি। গীতা জয়ন্তী মণিপুরগী থাজৎতা পোইনুগী ১১নি পানবা নুমীৎতনি।

## গীতাগী অধ্যায় ১৮গী অসূপ্পা ৱারোল

অহানবা অধ্যায়গী "অর্জুন বিষাদ যোগ" দা অর্জুননা লাম্মী তেঙ্গোল অনীগী ময়ায়দগী য়েংলকপদা মহাক্না লুনা খঞ্জবা মীওইশিং, শাগে-নাতে, মরী- মতাশিং উবদা লান তৌনীংদবগী থম্মোয়দা মমি তারকপা লান তোক্লগে খল্লকপা মতাঙ ইরি।

অনীশুবা অধ্যায় "সাংখ্য যোগ" দা শ্রীকৃষ্ণনা লান শোক্লররোই হায়দুনা লৈখ্রবা অর্জুন্দা নুপা থোক্লা থবক তৌননবা হায়বা, ক্ষেত্রীগী মথৌ পাঙথোক্লবা লান শোক্লৌ হায়না, আত্মাদি শিদে শিবিবদি হকচাংসিনি হায়বা অসিনচিংবা কয়া য়াওরি। শ্রীকৃষ্ণনা অহানবদা, সাংখ্য যোগ আত্মাগী অশেংবা মতৌ- মগুণ অদুগা মথংদা কর্ম যোগ করিনো হায়বদু তাকপি।

অহুমশুবা অধ্যায়গী "কর্মযোগ" দা শ্রীকৃষ্ণনা কর্ম যোগগী মরম শন্দোক্লা তাকলি। ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিল্লগা থবক্কী মহে (ফল) বু পাম্মুবা তৌদনা, ঐনা তৌবনি হায়বা নাপল থাদোক্লগা মথৌ পাঙথোক্লবা পাউতাক পীবী।

মরিশুবা অধ্যায় "জ্ঞান যোগ" দা কর্ম যোগগী লম্বেল অসি শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না অহানবা সূর্য্যদেবদা তাকখি হায়বগা লোয়ননা ধর্মনা মরায় চায়থরক অধর্মনা মরায় হাইগৎলকপা অদুগুম্বা মতমদা সাধুশিংবু ঙাক্লনবা ফত্তবশিংবু মাঙহন্নবা অদুগা ধর্মবু অমুক লিংখৎনবা মহাক(কৃষ্ণ)না অবতার তৌই শঙহনবী। লোয়ননা তাইবঙ অসিদা জ্ঞানগা মান্ননা শেংবা অমত্তা লৈতে, কর্ম যোগদা মপূং ফায়বা মীদুদি মশানা অদুম জ্ঞান অসি ফংই, অজ্ঞান্না গ্রোকহনবা থম্মোয়গী চিংনবদু জ্ঞানগী থাঙনা ককথৎলগা যোগদা লৈনবা

তাকপি।

মঙাশুবা অধ্যায় "কর্ম সন্ন্যাস যোগ" দা শ্রীকৃষ্ণনা সন্ন্যাস অমসুং কর্ম যোগ অনীমক মোক্ষ পীবা ঙাক্তনি অদুম্নদি ওইরগা কর্ম যোগনা হেন্নি তাকপি। সাংখ্য যোগী(কর্ম সন্ন্যাসী) শিংনা ফংনবা খুবমদু কর্ম যোগীশিংনসু ফংই হায়বা তাকপি।

তরুকশুবা অধ্যায় "আত্মসংযম যোগ" দা মশানা মশাবু লাকশীঙরিবা মীদু মশানা মশাগী মরূপ্নি অদুগা মশাবু লাকশীনবা ঙমদ্রবদি মশানা মশাগী য়েক্লবনি হায়বগী ৱাফমগা লোয়ননা কনাগুম্বনা যোগদা মপূং ফাবা ঙমদ্রবসু মথংগী মপোক্তা মপূং ফাবা ঙমগনি হায়বগী ৱাফম য়াওরি।

তরেৎশুবা অধ্যায় "জ্ঞান বিজ্ঞান যোগ" দা শ্রীকৃষ্ণনা মহাকপু পূক্নিং লূপ্তুনা যোগ তৌরবদি মাবু খঙগনি, মাবু খঙলবদি খঙগদবা অতোপ্পা অমমুক লৈররোই খঙহনবী। লোয়ননা ব্রহ্ম খঙবা অসি কনাগুম্বা অমখক্তনগা খঙবনি, তাইবঙ পূম্বগী হৌরকফমদি ব্রহ্মনি, মঙোন্দা চঙজবশিংতনা মায়া লাহোকই, মাবু নীংজবশিং অফবা ঙাক্তনি মঙোন্দা ভক্তি তৌবা জ্ঞানী অদুনা অথোইবনি হায়বগী ৱাফমসু য়াওরি।

নিপালশুবা অধ্যায় "অক্ষব ব্রহ্ম যোগ" দা অর্জুনদা ব্রহ্ম, অধ্যাত্ম, কর্ম, অধিভুত, অধিদৈব, অধিযজ্ঞ করিনো হায়বা শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিবগা লোয়ননা অথোইবা মফম (পবমধাম) ফংনবা লম্বী তাকপি।

মপালশুবা অধ্যায় "বাজবিদ্যা রাজগুহ্য যোগ" দা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনদা বিজ্ঞানগা লোয়ননা থূপ্লবা জ্ঞান তাকপি, ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক ওইরবা জ্ঞান অসি বিদ্যা পূম্নমক্কী নিংথৌনি, অথূপ্পা পূম্নমক্তগী থোইনা থূপ্পনি তাকপি। মহাকতি পূম্নমক্কী মরূনি হৌরকফমনি তাকপি।

তরাশুবা অধ্যায় "বিভূতি যোগ" দা শ্রীকৃষ্ণনা মহাক অসি কনানো হায়বা খঙহনবী। চীং, পাৎ, তুরেল, পাম্বী, মী মখল অসিনচিংবা কয়াগী মনুংদা অথোইবদু অসি অসিনি, অথোইবদু মহাকনি, পূম্নমকসু মহাকনি হায়বা খঙহনবী।

তরামাথোইশুবা অধ্যায়না "বিশ্বরূপ দর্শন যোগ" দা অর্জুনা শ্রীকৃষ্ণদা ঈশ্বরগী ওইবা রূপ অদু য়েংজনীংই হায়জবদা ভগবাননা মাগী মক্তবা দিব্যরূপ

অদু উহল্লি। অকল অথৌ অমদি লাম্মী কয়া রূপ অদুগী খায়াংতা চঙশিনবসু উহনখি। বিশ্বরূপ দর্শন ফংজরবা তুংদা অর্জুন্না হায়জবদগী ভগবান্না হান্নগী মীগী শকফমদা হল্লিনখি।

তরানিথোইশুবা অধ্যায় "ভক্তি যোগ" দা ভক্তি করম্না তৌগনি তাকপগা লোয়নননা শক্লাইবা অমদি শক্লাইদবা মপুবু কনা কনানা নীংনবগে অনীসিগী মনুংদা করম্বনা হেন্না খুদোংচাবগে তাকই।

তরাহুমদোইশুবা অধ্যায় "ক্ষেত্র ক্ষেত্রজ্ঞ বিভাগ যোগ" দা ক্ষেত্র (হকচাং) হায়বনা করিনো, ক্ষেত্রজ্ঞ(জীবাত্মা) হায়বনা করিনো খণ্ডহনবীবগা লোয়নননা জ্ঞান করিনো, অজ্ঞাননা করিনো হায়বগী মতাঙসু য়াওরি। হকচাং অসিবুনা ক্ষেত্র কৌই অদুগা ক্ষেত্রবু খণ্ডলিবা মহাক অদুবুনা ক্ষেত্রজ্ঞ কৌই হায়বগী ৱাফমসু য়াওরি।

তরামরিশুবা অধ্যায় "গুণত্রয় বিভাগ যোগ" দা প্রকৃতিগী গুণ অহুম সত্ত্ব, রজঃ, তমঃ না ওইহনবা থৌওংশিং মচা তানা শ্রীকৃষ্ণনা তাকপি।

তরামঙাশুবা অধ্যায় "পুরুষোত্তম যোগ" দা মাঙবা নাইবা অমসুং মাঙবা নাইদবা পুরুষ অনী লৈ, হকচাংদি মাঙবা নাই জীবাত্মাদি মাঙবা নাইদে,অথোইবা পুরুষতি পরমাত্মানি, মাঙবা নাইদবশিংদগী হেনবনি, পুরুষোত্তম হায়না খণ্ডনৈ হায়না মচা তানা য়াওরি।

তরাতরুকশুবা অধ্যায় "দৈবাসুর সম্পৎ বিভাগ যোগ" দা লাইওইবা মীগী গুণ অমসুং লন, হিংচা য়াইতম্বা মীগী গুণ অমসুং লন মচা তানা য়াওরি।

তরাতরেৎশুবা অধ্যায় "শ্রদ্ধাত্রয় বিভাগ যোগ" দা সত্ত্ব, রজঃ, তমঃ গুণ চেনবা মীওইশিংগী তোঙান তোঙানবা থাজবা, খেননবা থম্মোয়, খেননবা চিঞ্জাক, খেননবা দান মচা তানা ইরি।

তরানিপালশুবা অধ্যায় "মোক্ষ সন্ন্যাস যোগ" দা করি করিবুনা থাদোক্কনি করি করিবুনা থাদোক্লোই, সত্ত্ব রজঃ তমঃ গুণ চেনবশিংগী খেননবা মনুংঙাইনাটিংবা মচা তানা ইবগা লোয়নননা অর্জুননা মহাক লৌশিং ফংজরে কৃষ্ণগী য়াথং পাঙথোকচরগনি হায়দুনা থবক্তা হৈনীংলকপা মথৌ তৌনীংলকপা, লান শোকননীংলকপগী ৱাফম য়াওরি। কৃষ্ণ অমসুং অর্জুন লৈবা মফমদা লক্ষ্মী লৈ, জয় ওই মথং মথং চাওখৎপা ওইরক্কনি হায়বগী ৱাফম য়াওরি।

# "মহাভারত" কী হান্নগী মিং

মহাভারতকী মিংগী মতাংদা মখাগী অসি নীংশিংবা য়াই:

শ্রীমৎ পরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা ইবা "শ্রীমদ্ভগবদ গীতা" গী ৱাহৌদোক্তা অসুম্না ইরি : "... *হৌজিক ঐখোয়না কংলিবা মহাভারতসিগী হ্বায়দগী অহানবা সংস্করণগী মমিং "জয়" হায়না কৌই। অধর্ম্মগী মথক্তা ধর্ম্মনা জয় তৌবগী মরমদগী ... বেদব্যাসনা মসিগী মমিং "জয়" থোল্লি। মসিবু মহাক্না মহাভারতকী লানগী চহী কুনমুক্কী মতুংদা ইদুনা ফোংদোকখি। ... ইগে হায়বসিদি ... লানগী মমাংদগী হৌনা লেপ্তুনা লৈরম্মী। লান হৌরমদাইগী মমাংদা মানা ... অসুম্না হায়রম্মী "... হে ধৃতরাষ্ট্র। ... কৌরব অমসুং ... পাণ্ডব মখোয় পূম্নমকসিগী মিংচৎ তুংদা ... লৈহৌনবগীদমক ঐনা তৌগনি, ... ৱাগনু"। ... অদুবু লান লোইরবা মতুংমক্তদা ... ইদুনা ফোংদোকখিদে। ... দুর্য্যোধননচিংবনা চৎখিবা ফত্তবা মরমচংশিংদু তারগা ধৃতরাষ্ট্রনচিংবগী মপূক্লিংদা থোইনা হেন্না ৱাখিগনি হায়না মানা খনখি। ... লানগী মতুংদা চহী ১৫ হৌখ্রবদা ... ধৃতরাষ্ট্র উমংদা চংলগে লেপ্লী। ... মতুংদা কোনুং থাদোক্লুনা চংখি। ধৃতরাষ্ট্রগা লোয়নননা বিদুর, সঞ্জয়, গন্ধারী অমসুং কুন্তীসু উমংদা চংখি। চহী অমগী মতুংদা যুধিষ্ঠিরনচিংবা পূম্নমক ধৃতরাষ্ট্র অমসুং মমা কুন্তীনচিংববু য়েংগে হায়বগীদমক উমংদা ... চংখিরম্মী। মখোয়না হল্লক্লুনা ... লৈরবা চহী অনীগী মতুংদা ... ধৃতরাষ্ট্রনাচিংবা পূম্নমকসি উমংদা হৌরকপা মৈনা (লম্মৈনা) চাক্লুনা শিখি। মতুংদা যুধিষ্ঠিরনচিংবা পূম্নমকসু নারদ মুনিদগী পাউ অসি তাখি। ... লান লোইরবা মতুং চহী কুনমুক শুরবদা ... বেদব্যাসনা "জয়" কৌবা ইতিহাস ইদুনা ফোংদোকখি ... । ... ইতিহাস অসিবু ... বৈশম্পায়ননা জনমেজয় নিংথৌবু ... তাহল্লি। ... জনমেজয়না মরক- মরক্তা হংবা মতুংইন্না পাউখুম য়াওনা মসিবু বৈশমপায়ন- না হায়বদগী অনীশুবা সংস্করণ ওইনা মসিগী মমিং*

*"ভারত" কৌখি। ...: মতুমদা ... উগ্রশ্রবা সৌতিনা ... শৌনক- নচিংবা ঋষি পূন্নমকপু বৈশম্পায়ননা হায়খিবা "ভারত" অসিবু অমুক তাহল্লি। মদুদা ... ৱাহং পাউখুম্নচিংবা ৱারী কয়ামুক হেনগৎখিদুনা "ভারত" অসিবু অহমশুবা সংস্করণ ওইনা "মহাভারত" হায়না কৌখি। ... মহাভারত অসিগী মনুংদা লাকইবা শ্রীমদ্ভগবদ গীতা অসিদি অহানবদগী হৌনা "জয়" কৌবা ইতিহাসকী মনুং চন্দুনা লৈবিবনি। ... বেদব্যাসনা ... অধ্যায় ১৮ গী মশক ওইনা শ্রীমদ্ভগবদ গীতা লেংখিবনি। শ্রীমদ্ভগবদ গীতাগী অর্থদি - "ঐশ্বর্য্য পূন্নমক্না তিন্দুনা লৈবিবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ঈশৈগুম্না শকখিবা" হায়বনি। মসি ... ভীষ্মপর্ববগী অধ্যায় ২৫ দগী ৪২ ফাওবগী অধ্যায় ১৮ নি। ভীষ্মপর্ববদগী তোপ্পা লৌথোকতুনা ইবা মতমদা মসিদা অধ্যায অমদগী হৌদুনা অধ্যায় ১৮ ইবনি।*

অসুম্না "মহাভাবত" কী মমিং অহানবদা "জয়" মথংদা "ভারত" অদুদগী "মহাভারত" হাযনা থোল্লি। ৱারী মরক মরক্তা হংবা মতুংইন্না ৱারী লীবনা পাউখুম ওইনা ৱাবী কযামরুম লীদুনা চাউবা হেনগৎখিবদগী মমৈদা "মহাভারত" হায়না কৌখিবনি। অহানবদা মহাভারত অসিগী মমিং "জয" কৌই হায়বসি বৈশম্পাযন্না জনমেজযগী মফমদা তাকপা ৱাদগী খঙবা ঙম্মী হাযবা স্বামী যোগেন্দ্রানন্দনা অসুম্না ইরি:

**জয়ো নামেতিহাসোহয়ং শ্রোতব্যো বিজিগীষুণ।।**

*"লান ঙম্না পাম্না মীনা "জয়" কৌবা ইতিহাসপু তাজগদবনি।"*

কুরুক্ষেত্রগী লান মতুং চহী ৩৬ লৈবগা শ্রীকৃষ্ণ মাগী মর্ত লীলা লোইরদুনা গোলোক ধামদা চৎখি। মতুংদা পাণ্ডবশিংসু হিমালয়গী লম্বীদা স্বর্গ কাখি। মতাং অসিসু য়াওনা অসুম্না মহাভারত মপূং ফানা চাউরবা মহাকব্য অমা ওইখি।

# পাণ্ডবশিংনা লাম্হোকখিবা কুরুক্ষেত্র লানগী তুরেল

কুরুক্ষেত্রগী লান অসি পাণ্ডবশিংনা অকিবগী মশক ওইরবা তুরেল অমা লানবগুম্বনি। কৌরবকী লাম্মী তেঙ্গোল অসি হায়রিবা অকিবগী মশক ওইরবা লাম্হোক্কদৌরিবা তুরেল অসিনি। কুরুক্ষেত্র ধর্মক্ষেত্রনি, ধর্মগা অধর্মগা লান থেংনবনি, ধর্মনা অধর্মবু মায়থীবা পীবনি। কুরুক্ষেত্রগী লান অসিদা পাণ্ডবনা লানগী তুরেল অমা লানবনি। মসিগী মরমদা অসুম্না ইরি: যুধিষ্ঠিরনচিংবা পাণ্ডবগী মচাশিংনা লানগী তুরেল অদুবু লেপ্পমক লাম্হোকখি। লানগী তুরেল অদুগী তোর্বাল অনীদি ভীষ্ম অমসুং দ্রোণনি (তুরেলগী ঈশিংবু চেকশিন্না ঙাকলিবনি), তুরেলদুগী ঈশিংদি জয়দ্রথনি (অরানবা পাম্বৈনা অভিমন্যু হাৎপদা মহাক্না চাউরবা থৌদাং লৌখিবনি, মদুনা মরম ওইদুনা লান অদু শাফ্ কনবা ওইখিবনি), গন্ধার দেশকী শকুনিনা তুরেলদুগী ঈমায়দা লৈবা শংবান্নবা থম্বালগী মশক্কি (লৌনম উপায় শীজিন্নদুনা মহাক্না পাণ্ডবপু ফত্তবদা অপাম্বা পোকহল্লগা চৌবরদা দুর্যোধন্না জয় তৌহনখিবনি), শল্যনা কল্লবা ঙা কোরিয়ানগী মশক্কি (মহাক্না লাম্বা পানবদা ব্রানা থোকপনি), কৃপাচার্য্যনা তুরেলদুগী অকনবা ঈচেলনি (মহাক্কী থৌনাদি শাফূ কল্লবা ঈচেলগুম্বনি), কর্ণনা তুরেলদুগী ঈশিংদা চাউনা কারিবা ঈথক্কি (লীসু তেনকাপকী থবক্তা লোইনা খণ্ডলবনি ঐ লৈরি হায়না চাউনা নাপল কারিবনি), অশ্বত্থামা অমসুং বিকর্ণনা ঈশিংদা লৈবা মখোয়গী শারাকপু য়োৎলিবা কুম্ভিরনি (মখোয়না নিয়ম্না য়াদবা পাম্বৈনা পাণ্ডব পক্ষগী লাম্মী হাৎপনি), দুর্যোধনদি তুরেলদুগী ঈশিংদা লৈবা অকিবগী মশক ওইবা ঈরৈনি (অপাম্বা, মীহৌবা শক্তি পায়নীংবা মশাগীতা খনবনা মরম ওইদুনা পাণ্ডবশিংবু লৌনম- নমথাক পাম্বৈনা মাঙহন্নবা হোৎনবনি) অদুগা তুরেলদুবু লানথোকপদা শ্রীকৃষ্ণনা পাণ্ডবশিংগী হিহোনবনি।

## গীতাগী মতীক মগুণগী মরমল্লা রা খরদং

মাগী লাইরিক "শ্রীমদ্ভগবদ গীতা" গী "শ্রীমদ্ভগবদ গীতাগী রা অনী- মরিদং" দা শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা অসুম্না ইরি:

"সংসার অসিগী মনুংদা শাস্ত্র অমত্তুংদা লৈ, মদুদি দেবকীগী মচানা (শ্রীকৃষ্ণনা) শকপা ঈশৈনি (গীতানি), লাইসু অমত্তুংদনি, মহাকসু দেবকীগী মচামক্তি (কৃষ্ণমক্তি অতোপ্পা অমা নত্তে), মস্ত্রসু অমখক্তনি, মদুদি মহাক্কী (দেবকীগী মচামক্কী) মমিংশিংনি, অদুগা কর্ম্মসু (থবকসু) অমখক্তনি, মদুদি দেব অদুগী (শ্রীকৃষ্ণদুগী) সেবা তৌজবনি।

শ্রীমদ্ভগবদ গীতা শ্লোক চাতরেংকী য়াম্না পীকপা লাইরিক অমনি। ... অপীকপা লাইরিক ... ওইজরবসু মতীক মগুণদা মসিগা মান্নবা লাইরিক অমা তাইবঙসিদা লৈতে। মসি মীওইনা পোকপা জীবশিংগীদমক কল্প বৃক্ষনি। মী খুদিংমক্না গীতা অসিদগী মা- মানা পাম্বা পোৎ অমসুং হীরম ফংবা ওম্মী ...। গীতাসিদা হৌজিক্কী মতমদা চংনরিবা ধর্ম্মশিং অসিগী য়েংথীনবা রা অমত্তা য়াওদে অমসুং হায়দে। ধর্ম্ম পূম্নমকপু খোমজিন্দুনা মঙোল্দা থম্লগা পূম্নমক্না লৌবা য়াবা রা ঙাক্তা মসিদা হায়। মরম অসিনা গীতাসিবু বিশ্ব ধর্ম্মগী ধর্ম্মগ্রন্থ ওইনা লৌবদা থোইনা কায়ফম থোক্তে ...। মসিগী মতীক মগুণবু থাগৎতুনা শ্রীভগবান মশামক্না হায়রি- "হে অর্জুন! গীতা অসি কৃষ্ণ ঐগী হৃদয়নি, গীতাসি ঐগী শ্বায়দগী অথোইবা মচিনি, গীতাসি ঐগী অমকপা লৈত্রবা জ্ঞান- নি, গীতা ঐগী অমাঙ- অতা লৈতবা জ্ঞান- নি, গীতাসি ঐগী ব্রহ্মগী মশক ওইবী অথোইবী বিদ্যানি ...।"

"... অসুম্না মসিগী মতীক- মগুণ য়াম্না লৈবা অসিদগী মীনা 'গীতা" হায়বা মিংদগী শ্রীমদ্ভগবদ গীতাদবু খঙনৈ, অতোপ- অতোপ্পা চামরোমদগী হেন্না লৈরিবা রামগীতা, অবধূতগীতা, পরাশরগীতা, অনুগীতা, শিবগীতা অসিনচিংববুদি খঙনদে। ... গীতা অসি ব্রহ্মবু ফংনবা বিদ্যানি। অদুগা মসি যোগ শাস্ত্রসুনি। ... গীতাগী উপদেশ পীরিবা শ্রীকৃষ্ণ সাক্ষাৎ নারায়ণগী অবতারনি, অদুগা উপদেশ লৌরিবা অর্জুন সাক্ষাৎ

নরগী অবতারনি। মখোয় অনীমক অচম্বা অমত্তা নত্তে। ... মখোয় অনীনা ঙাঙনরিবা ৱা অদু শোযদনা জীব পূম্নমক্কী য়াইফনবা ওইগনি ...। ... "নথৌ তৌবদা লায়থোক্কনু" হায়বসি গীতাগী অথোইবা উপদেশনি (পাউতাক্নি)। মসিদা নত্তনা যাম্না থূপ্পা তত্ত্ব অমগী মরমদসু গীতানা উপদেশ পীবি। তত্ত্বদুবু খঙলবদি ঐখোযনা অৱাবগী মশক ওইবা পোকপা-শিবা নাইবা সংসাবসিদা অমুক হন্না হল্লক্করোই। ... তত্ত্ব অদু ফংনবা হোৎনবদা কর্ম্ম, ভক্তি অমসুং জ্ঞান সাধন অহুম অসি চঙই, সাধন অহুম অসিনা মবম ওইদুনা তত্ত্ব অদু ফংলবদি পুন্সি মহৈ য়ানগনি।"

## শ্রীমদ্ভগবদ গীতা

ত্বমেব মাতা চ পিতা ত্বমেব।
ত্বমেব বন্ধুশ্চ সখা ত্বমেব ।।
ত্বমেব বিদ্যা দ্রবিণং ত্বমেব।
ত্বমেব সর্ব্বং মম দেবদেব ।।

# গীতাগী পাউজেল

শ্রীমদ্ভগবদ গীতাদি বেদশিংগী মচিনি
মসিদি উপনিষদশিংগী শেংলবা মচংনি
মসিদি মতম চুপ্পগী চাংদম্মনীংঙাই লৈত্রবা লাইরিক্নি
গীতানা তাকপীবিবসিদি য়াম্না পাক চাউই
মসিদি মীপুম খুদিংগীনি পূমহেন হেল্লবনি
মসিনা তন্নীরিবসি কাঙলুপ অমত্তগী নত্তে
জাতি অমত্তগী নত্তে, ধর্ম অমত্তগী নত্তে
লৈবাক অমত্তগী নত্তে, যুগ অমত্তগী নত্তে
মসিনা তন্নীরিবসিদি মতম পূম্বগীনি, মীপুম খুদিংগীনি
মসিদা থেমজিনবগী, শান্তিগী লাইপাউ য়াওরি
মীওইবা জীবনু মপুং ফাহনবগী পাউতাক য়াওরি
মসিনা মীপুম খুদিংনা খঙবা ঙম্নবা উপায়দা তন্নী
মসিদি জগৎ পূম্বগী ওইবা লাইগী লাইপাউনি
মসিদি মীওইবগী ময়ামগী ওইবা চন্নবা য়ারবনি
গীতাদি ঈশ্বরগী খোঞ্জেলনি, লাইপাউনি
মসিদি মমাঙঙৈগী জ্ঞানীগী ঈশৈনি
মসিদি আধ্যাত্মিক সংস্কৃতিগী খ্বাইদগী থোইদোক্লবা লাইরিক্নি
গীতাগী পাউজেলদি কর্মগী, দানগী, প্রেমগী, সেবাগীনি
মসিদি উপনিষদনি, ব্রহ্মবিদ্যানি, যোগ শাস্ত্রনি

*মসিদি সমবাদনি, আত্মাগী বিজ্ঞাননি*
*মসিদি মহাভাবতকী কোকতোনগী মণিনি*
*মসিদি তাইবঙগী অশোকপা মফমগী ফববা মলমনি*
*গীতানা তাইবঙ পুন্সি থাদোক্লগা উমংদা চীক্লা লৈয়ু পাউজেন্দে*
*লেঙদ্রবা শান্তি ফংনবা হিমালয়গী সুরুংদা লোৎলু পাউতাক্তে*
*গীতাদি তম্বীবদি অধর্ম খেংনৌ হায়বনি*
*দিব্যগুণ চাওখৎহন্দুনা আত্মতত্ত্ব ফংউ তাকপিবনি*
*গীতানা মথৌ তৌনবা লমচৎ ফনবা পারা তম্বীবনি*
*ওইরি তঙায় ফদবা গীতাগী পাউজেল মীওইবগী পুন্সিদা।*

**ভগবদ গীতা শাফোঙলকপাঃ**

কুরুক্ষেত্রগী লান হৌগদৌবে। পাণ্ডব অমসুং কৌরব মাগী মাগী লান্মী তেঙ্গোলগা লোয়ননা লানগী শেম শাবা লোইনরে। লান হৌননবগীদমক মোইবুং বেঙ্গুন, ঢোন, ঝান অমদি পেরেশিঙ্গানচিংবা খোংবা য়ৈবা হৌগৎনরক্লে। মতাঙ অসিদা অর্জুন্না শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লান শোক্লগদৌবিবশিং অদু কনা কনানো যেংজহৌনবা মাগী (অর্জুনগী) রথ অদু তেঙ্গোল অনীগী মবক্তা (ময়ায়দা) থাবিযু হাযজখি। অর্জুন্না হাযজবা অদু শ্রীকৃষ্ণনা পাঙথোক্লে। রথ অদু লান্মী তেঙ্গোল অনীগী মযাযদা থৌজিন্দুনা খামলে। লান্মী তেঙ্গোল অনীগী ময়াযদগী অর্জুন্না যেংলকপদা মায়োক্লগদৌরিবা তেঙ্গোলদুদা ভীষ্ম, দ্রোণ, কর্ণ, জয়দ্রথ, অতে নিংথৌশিং, মবী-মতা, শাগৈ-নাতৈগী মীওইশিং, মদ্রূপ মপাংশিং মথং মথং উবন্মী। মখোয়দুগা লান্না পানদুনা হাৎনবা অদুগা লানগী ফল ওইনা নুংশিববা ইকাযখুম্নরবা ওজা গুরু, অহল লমন অমদি অতৈ কয়াগা কায়নবা, শাগৈগী নুপী কয়া লুখ্রা ওইহৌগদবা, লমচৎ চুন্নক্রোইদবা, ইমুং-মনুং কয়া শেংন-কায়নবগী অবা চৈথেং ফংনহৌগদবা কয়া খল্লুবদা মায় পাক্লগা মরৈবাক ফংবা, লৈবাক শাসন তৌবা অর্জুন্না পাল্লকখিদে, মাগী রাখল শোড়্রকখি। লান তৌনীংখিদে, মথৌ অমদি অচুম্বা মশক খঙলকখিদে, নুপা থোকপা পাঙ্গল মাঙখি। মতৌ অদু উবদা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুন্দা মথৌ তৌনবা, লান শোক্লনবা রাফম কয়ামরুম হায়দুনা অর্জুনগী মথৌনা হাপখি, মথৌ শঙখি।

কৃষ্ণ অর্জুন ঙাঙনবা মতাঙ অসিনি মীয়াম্না গীতা হায়না খঙনবিবা। কৌরবশিংগী মপা ইবুংঙো ধৃতরাষ্ট্র পোকপদগী মমীৎ তাঙলকই। ব্যাসদেবনা মঙোন্দা কুরুক্ষেত্রগী লান উবা ঙম্মনবগীদমক উননবগী শক্তি পীগে হায়বদা মাগী মচাশিং অমদি মরী-মতাশিংনা শিবা-শোকপদু মশামক্তা য়েংনীংদে হায়বদগী ব্যাসদেবনা সঞ্জয়দা লান উনবা শক্তি পীবীখি। সঞ্জয়দা পীবীরিবা উননবা শক্তি চুম্নগী মপানগী শক্তমদুতবু উননবা নত্তে, মীগী নুংগী বাখলসু উননবনি। লানগী মাঙওইননা শ্রীকৃষ্ণগা অর্জুনগা হায়নবা ঙাঙনবা মতাঙ সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রদা অমত্তা চীথদনা পাউদমখি। কৃষ্ণ অর্জুন অনীগী ৱাবী শানবা মতাঙ (শ্রীকৃষ্ণ মশামক্তা হকথেংননা অর্জুন্দা তাকপিখিবা মতাঙ) অসিবুনি ময়াম্না খঙনবিবা ভগবদ গীতা। অসুম্না শাফোঙলকখি শ্রীমদ্ভগবদ গীতা।

**মীপূম খুদিংগা তঙায়ফদবা গীতাঃ**

হৌজিক্কী মতমদা মীওইবগী পুন্সি অসি হায়নীংঙাই লৈতনা চয়েৎনরে। হিংননবা হোৎনরিবা অসিসু ওম্থোক্তা কনম্রে। মী অযাম্বা মথৌ যাম্না চিল্লি। অদুনা অয়াম্বা মীনা চাউর-চাউরবা দর্শন শাস্ত্র অমসুং ধর্মগী লাইরিকশিং পাননবা অমসুং নৈননবা মতম লৈতে। গীতা লোইনমক নৈনবা ঙম্মদে। অদুবু মথৌ চিনবা ওইজদুনসু মীওইবশিং অসি গীতাগী মচি ওইবা শরুক খরদি খঙজীনবদা তঙায় ফদবা লৈ। গীতাগী শ্লোক খবদং নুমিৎ খুদিংগী নৈনবিবা মী মহাক অদুদা কর্মনা পাপ চুহন্দে হায়নৈ। মহাক অদু থম্মোয়দা শান্তি, আনন্দ অমসুং ঈশ্বর ফংই হাযবা য়াই। অদুনদি গীতানা তাকপা মতুংইন্না থবক তৌদুনা হিংলিবা মহাক অদুগী মফমদদি করি ওইফম থোকই হাযগনি। গীতাগী শ্লোক অমগী শরুক খরদং থম্মোয় শেংনা পাবিবা মহাক অদুসু চাউববা পাপ অমদি অশিববু কিবদগী খবমখৈদি নাম্থোক্লবনি হাযনবিবনি। গীতাদি ঐখোযগী তেংবাংবা-মীনি, তত্তনা লোয়নরিবা অশেংবা মরুপ্নি, ওজানি, গুরুনি। গীতাদি অশেংবা ইপা-ইমানি, গীতা ঐখোয়গী সান্ত্বনা (থৱায় নুংঙাইত্রবদা থেমজিনবীবা মী) নি, যোকখৎ শৌগৎপীবা মীনি, পাম্বৈনি উপাযনি। গীতাদি অমৃতগী রূপধারী (assuming a figure or body) নি। অমৃত অসিবু নুমিৎ খুদিংগী থকচববদি অমরত্ব ফংই। গীতানা ঐখোয়বু লমজিংবী। মীপূম খুদিংনা গীতা খঙবা তঙায় ফদে।

**মীপূম খুদিংদা কান্নবা গীতাঃ**

ভগবদ গীতাদি জগৎকী মপুনা জগৎকী মীওই পূম্নমক্তা পীবা বাণীনি, লাইপাউনি, তূমদুনা লৈরিবা আত্মজ্ঞানবু হৌদোকপিবনি, মিকপ থোকহনবনি। মসিদি হৌজিক মতমগী সমস্যা (প্রোব্লেম) শিং অসিগী মমাঙগৈগী সমাধান (সোলুসন) নি। হৌজিক্কী লুরবা থবক্কী বাফম মমাঙগৈগী বাখৈনবগী পাম্বৈনা লোইশিন্নবা খুৎলায়নি। মীওইবনা থেংনরিবা সমস্যাশিং মতম চুপ্পদা থাদোকপা য়াদনা ইমান মান্নে। হৌখিবা মতমদসু হৌজিকসু কোন্না লাক্কদবা মতমদসু অসিগুম্বা সমস্যাগী সমস্যা ওাক্তনি। তোঙান তোঙানবা মতমদা, থৌদোক্তা, মফমদা তোঙান তোঙানবা ফিজোন শেত্তুনা সমস্যাশিং লাকই। তোঙান তোঙানবা শকওংদা লৈরিবা সমস্যাশিং অসি গীতানা তাকপিবা সমাধান্না মতম পূম্নমক্তা, মফম পূম্নমক্তা, ফিবম পূম্নমক্তা অদুম থেংনরি। মসিদনি গীতাগী চাউববা মফম অমা লৈরিবা। গীতাদি অশেংবা পরমব্রহ্ম ওইবা অখণ্ড (unbroken; entire; integral; undisputed; unabated; supreme) পুরুষ শ্রীকৃষ্ণনা হায়বীবম্বনি। অর্জুনগীদমক পাউতাক্নি। শ্রীকৃষ্ণনা পরমব্রহ্মনি অদুগা অর্জুন্না মীওইবগী জীবগী মহুৎনি। অর্জুন্না থেংনরিবা সমস্যা অদুগুম্বশিং মীওইবনা থেংনরিবনি। মীপূম খুদিংদা গীতাগী তঙায় ফদবা ওইরি। গীতা মীপূম খুদিংগীনি। মীপূম খুদিংদা কান্নবা পীবনি।

**কুরুক্ষেত্রগী লান— অফবা ফত্তবা অনীগী লানঃ**

শ্রীকৃষ্ণগা অর্জুনগা কুরুক্ষেত্রগী লানগী মাঙওইননা শানখিবা বারী আত্মাগা পরমাত্মাগা হকথেংননা বারী শানবনি। অর্জুনগী থম্মোয়দা হঞ্জানরকপা, মথৌ পাঙথোকনীংলক্রবা, নুপা থোকপা বাৎলক্রবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুন্দা মথৌ তৌননবা তাকপিখিবদু মীওইবনা মথৌ পাঙথোকপদা হৈনীংবা পোক্লক্রবদা, পূক্লিং-বাখল ফকচিনবা পোক্লক্রবদা, নীংবা কায়রক্রবদা মখোয়শিংদুবু লাকহত্তুনা নমথৎতুনা মথৌ তৌনবা তাকপিবনি। কুরুক্ষেত্রগী লান অফবা অমসুং ফত্তবা অনীগী লাননি। ফত্তবা মী হায়বদি মীগী মাঙনবা শীনবা হোৎনবা মখোয়দুনি। মখোয়দি মাঙ-তাক্লবগী মশক্নি। মখোয়না মীবুসু মাঙহল্লি, মশাবুসু মাঙহল্লে। লেন তাবনা কনাবুসু কান্নহন্দে, মীবু বাহল্লি, মশাসু কোন্না তুম্মি। ফত্তবা মী লেনগা পাংথক্নি।

অফবা মীদি শেগায়রবা ফিবু য়েৎতুম্না লংগী মতেংগা লোয়ননা ফোংচিনবগুম্বনি। মখোয়না ফত্তবা কয়াবু অফবা পাম্নেনা ফনবা হোৎনৈ।

**কুরুক্ষেত্রগী লান— ধর্মগী লানঃ**

মহাভারতকী লান (কুরুক্ষেত্রগী লান) মীওইবগী থম্মোয়দা শোক্লবা লাননি। অফবগা ফত্তবগা শোক্লবনি, লাই হিংচাবা অনীগী লাননি। কুরুক্ষেত্র কর্মক্ষেত্রনি, ধর্মক্ষেত্র মীওইবগী হকচাং অসিনি। ধৃতরাষ্ট্র অপঙবা (উঙমদবা) মীনি, মীৎতাঙবনি। ধৃত হায়বদি মীগী মপোৎ মুন্দুনা লৌবা হায়বনি, হৃত হায়বনা মশাগী মুনবীববা হায়বনি। মীগী লৈবাক মুন্দুনা লৌবা মীগা মরৈবাক মুনবীরবা মীগা থেংনবা লাননি। কুরুক্ষেত্রগী লান ধর্মগী লাননি। মীওইবগী থম্মোয়দা অফ-ফত্তগী ব্রাখল লৈ। অনী অসি লান তত্তনা শোক্লরিবনি।

**কুরুক্ষেত্রগী লান— ধৃতরাষ্ট অমসুং হৃতরাষ্ট্র অনীগী লানঃ**

শ্রীমৎ পরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিবিগী "শ্রীমদ্ভগবদ গীতা" গী অহানবা অধ্যাযগী অহানবা শ্লোক্কী "অথূপ্না ব্বা" দা শ্রীস্বামীজীনা ধৃতরাষ্ট্রগী মরমদা অসুম্না ইরি, "অতোপ্পগী লৈবাক মুন্দুনা লৌরগা মদুদা লৈবা মীশিংবু ধৃতরাষ্ট্র কৌই, অদুগা অতোপ্পনা মখোয়দগী মুন্দুনা লৈবাক লৌথ্রবা মীওইশিংবু হৃতরাষ্ট্রনি। কাঙবু অনীসি লৈবাক্কীদমক কুরুক্ষেত্রদা লান শোক্লগদৌরিবনি। মকওইনা দুর্যোধনচিংবগী মপাবু ধৃতরাষ্ট্র কৌবগী মরমদি অহানবদগী হৌদুনা মনাও পাণ্ডুগী লৈবাকপু খুদুম চন্দুনা থম্লকই। মহাক অসি পোকপদগী হৌদুনা মমীৎ অনীমক তাঙদুনা লৈ, মপাম্ভোংগী পোৎ অমত্তা উবা ফংলমদে। মহাক মপাম্ভোংগী মীৎ অনী তাঙবতা নত্তনা মচাশিংগীদমক লৈবাক পাম্বনা শুমহৎতুনা নুংগী লৌশিং ওইবা মীৎসু তাঙদুনা লৈ।" মীগী লৈবাক মুন্দুনা লৌবা কৌরব ধৃতরাষ্ট্রগা মরৈবাক মুনবীরবা পাণ্ডব হৃতরাষ্ট্রগা কুরুক্ষেত্রদা লান শোক্লে। অফবা ফত্তবা অনীগী লান্দা ফত্তববু মাঙহন্নবা অফবনা থৌনা ফনা মায়রোং য়ানবা তাকপিবা লাইরিক্কি গীতা অসি।

**উপনিষদশিংগী মচি ওইবা গীতাঃ**

যঙ্গোমগী মচি ওইবা শরুক্তু যঙ্গোম মপালনা ওইবগুম লাইপাউ ওইরিবা বেদশিংগী মচি ওইবদি উপনিষদশিংনি। অদুগা উপনিষদশিংগী মচিনা গীতানি। গীতা

মহাভারতকী কোকতোনগী মণিনি। মসি বেদ পুস্তকগী মচিনি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মাগী গীতা অর্জুন্দা কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা পীবীখিবনি। অদুগা অর্জুন্দা পীবীখিবা অদু মীয়াম্না ফংনবনি। গীতা ব্রহ্মবিদ্যানি, যোগ শাস্ত্রনি। উপনিষদশিংনা ষণবীনি, কৃষ্ণনা ষঙোম শুম্বনি, অর্জুন্না ষঙোম থক্লিবা ষণনাওনি অদুগা অমৃতগুন্নবা গীতা অসি মতম চুপ্পগী ওইনা পংপা-পুন্না লৈত্রবা ষঙোমনি। ষঙোম অসিবু থক্লিবনা অর্জুন্নি। গীতানা তম্বীরিবা শিক্ষাদান অসি মতম চুপ্পদা অমসুং ধর্মগী পুক্নি খুদিংদা শিন্ধ ওইদুনতা লৈরিবনি। গীতানা তাক্লিবা অদু নুমিৎ খুদিংগী পুন্সিদা অভ্যাস তৌরিবা মহাক অদু মুক্তি ফংলবনি, অফা-অপুন্দগী নাম্থোক্লবনি। মহাক্তি কর্মনা শোকহন্দে। অমৃত ওইরবা গীতাগী মহাউ আধ্যাত্মিকী খৌরাংবা লৈরবা কালদতা খঙই। মসি চাক লাল্লগা পোংকী মহাউ খঙবগুম্বনি। গীতা উপনিষদশিংগী মচিনি।

**ভগবানগী লাইপাউ ওইবা গীতাঃ**

গীতা ভগবানগী লাইপাউনি। গীতা ফংলবদি অতৈ শাস্ত্র থোইদোক্লে হায়বা য়াই। ভগবদ গীতানা লান তৌ হায়না ইঙ্গিনবা নত্তে, নথৌ তৌ তাকপনি, লনগীদমক লান তৌগনু, লানগীদমক লান তৌ হায়বনি। অপোম্বদি থাগু থাদুনা লেনথংলগা ফংত্রবা ঈপুম-নাইপুম লৌথোক্কদবনি। তিংখং য়ুরবদি হন্দোক্কদবনি। অশোক-অপন লৈতবা তগং তগং তেকপা অতিংবা উনসাদি লেনথংলোইদবনি। করম্বা মতাঙদা হকচাংদা থাগু থাগদগে, করম্বা মতমদা কদায়দা তিংখং নংত্রগা য়েংতুম্না হকচাংদা হনগায়গদগে খ্বাইনা খঙনরিবনি। ফত্তবা তৌরকপশিংবু মাঙহন্নবা হোংনবা, লৈতনবা লৌথোক্লবা হোংনবসি ইথৌনি। গীতানা তম্বীরিবা তাকপীরিবসু ফত্তবা, মাঙ-তাক্লবা কয়াবু থেংনবা অসিনি। গীতা ভগবানগী লাইপাউনি।

**থাদোকপগী ব্রাফম য়াওরিবা গীতাঃ**

পৃথিবী জয় তৌনি থোরকপা আলেকজেন্দর কয়া চংখ্রে, অকবর কয়া চংখ্রে, নেপোলিয়ন কয়া চংখ্রে, চিংখীজ খান কয়াসু চংখ্রে। লিংথৌরেল কয়ানা লৈবাক কয়া জয় তৌরম্মী, লৌশিল্লম্মী। লন-থুম কয়া অমসু তানশিল্লম্মী। শেঙ্গাও পায়বা কয়ানা লুপা লাক্ষ লাক্ষ, কোটি কোটি তানশিল্লম্মী। অদুবু মথোয় করি অমত্তা পুখিদে। মীওইবগী অপাম্বা ঙমখৈ লৈতে, পংখৈ 'সিনি হায়বা অরেপ্পা লৈতে।

লৌবা য়াবা, তানবা য়াবা কয়া লৌশিল্লি, তানশিল্লি। অদুবু অমত্তা পুদুনা চৎথিবা ওমদে, থাদোক্লম্মী থনম্মী লৌশিল্লস্বা তানশিল্লস্বা কয়া। পুররোইদবা, থাদোক্লগদবা পোৎশিং হায়নবা থাদোকপা করি কায়বা লৈবগে? থাদোকপা (ত্যাগ) না লাইনীং পূন্নমক্তগী অথোইবা পাম্বেনি হায়নবসু য়াওরি। গীতাদা থাদোকপগী বাকমসু য়াওরি। গীতানা তাকপিরিবা ত্যাগীদি থবক তৌদনা (থবক থাদোক্লগা) লম্বোইবা নত্তে, অপাম্বা অমদি থবক্কী মহে থাদোকপনি। গীতাদা ত্যাগী লোয়নরি। গীতাবু গীতা-গীতা-গীতা হায়না হন্না হন্না থুনা হায়রবদি মকোক্কা মমৈগা শম্নখিদুনা তাগী তাগী ওইরকই। তাগী (ত্যাগী) হায়বদি থাদোকপা হায়বনি। মসিদা গীতাগী অর্থসু অদুম লোয়নরি।

**মীওইবা পূম্বদা কৃষ্ণনা তাকপীবা গীতাঃ**

পোকপা-শিবা, শিবা-পোকপগী চক্রদা জীবনা লৈদুনা লৈরি। চক্র অসিদগী নাম্থোক্লবা অদুগা অরান-খুবম ফংনবা পাম্বেসু শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুন্দা তাকপীখি। বাদবু অর্জুন্দা তাকপিখি হায়বগী বানি। শ্রীকৃষ্ণনা তাকপীরিবসি অর্জুনতদা নত্তে জগৎ পূন্নমক্তনি। ভগবদ গীতাসি উপনিষদ পূন্নমক্কী মচি ওইরবা উপনিষদনি। উপনিষদ ময়াম্না ষনবীনি, শ্রীকৃষ্ণনা ষঙ্গোম শুম্বনি, অর্জুন্না ষন্নাওনি। শ্রীকৃষ্ণনা উপনিষদশিংদগী শুমথরকপা ষঙ্গোমদু গীতানি। ষঙ্গোম থক্লিবনা জগৎকী জীব পূন্নমকসিনি। শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিবা মীওইবা পূম্বদনি।

**ভগবানগী কূংনফম ওইবা গীতাঃ**

ভগবান্দি বৈকুন্ঠদা লৈতে, ইবুংঙো মহাক্তি মাগী ভক্তশিংগী মফমদা লৈ, গীতা নৈনবশিংগী মফমদা লৈ, ভগবান্না "গীতা ঐগী য়ুম্নি" হায়বীরম্মী। বৈকুন্ঠ হায়বদু ভগবানগী লৈফম অসিনি। মতম চুপ্পদা ভগবান্না লৈবা মফমদি গীতানি। "ঐবু মতম চুপ্পদা উনগে খল্লবদি গীতাদা চঙু" তাকপিরম্মী। গীতাগী জ্ঞান খঙলগা তাইবঙ করিনো খঙই। বেদদা সংসার জ্ঞান শুনা লৈ। অদুবু মী খুদিংমক্না বেদ নৈনবা ওমদে, মসিদা ব্যাকরণনচিংবা চঙই। অদুনা বেদদগী কান্নবা লৌবা অমদি শীজিন্নবা ওন্নদে। বেদগী জ্ঞানদি সমুদ্রগা মান্নে। সমুদ্রদা ঈশিং লৈ, অদুবু সমুদ্রদগী ঈশিং থকপদি য়াদে, সমুদ্রগী ঈশিংনা মনিল ওল্লগা লোং ওল্লি, নোংদগী ঈশিং

ওইরকই, মদুগী ঈশিংদুনি ঐখোয়না থক্লিবা, শীজিন্নরিবা, কান্নবা লৌরিবা। অসুম্না বেদগী জ্ঞানসু ঐখোয়না লৌশিনবা ওন্নদে; শীজিন্নফম খণ্ডদে; কান্নফম খণ্ডনদে; বেদ য়াম্না লুই, গুরু য়াওদ্রবদি খণ্ডবা ওন্নদে। বেদগী অরুবনা ঋষি-যোগীশিংগী ওইগদবনি, অরায়বা শরুক্কা গীতানি, সমুদ্রগী ঈশিংদগী মনিল ওল্লক্লগা নোং ওইরক্লুনা ঈশিং ওল্লকপগুম গীতাসু অসুম্না বেদশিংগী মচিনি। মসি শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনদা তাকপীবনি, শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিবা গীতাদুনি ঐখোয়না শীজিন্নগদবা, কান্নবা লৌগদবা।

**তীর্থ পূম্নমক পূনবা গীতাঃ**

হায়নৈঃ "গীতা পারবদি তীর্থ চৎলুবগী থোইদোক্লে"। গীতা পাবা মফমদা তীর্থ পূম্নমক লাকই; গীতাদা তীর্থ পূম্নমক পূল্লি, যোগী ঋষি পুম্বা য়াওই, গীতা শোনবগা শ্রীকৃষ্ণ অমদি শ্রীরাম শোনবগা মান্নে। গীতা শোন্দুনা শিরবদি মহাক অদু অশেংবা য়ুম ফংবা ওম্মী। গীতা থন্না-থন্না শূরি-নোল্লিবা কর্মযোগী ওইবা মহাক অদু জীবন-মুক্তি ফংই।

**থম্মোয় শেংদোক্লবা ঈশিং ওইরিবা গীতাঃ**

মীওইবনা হকচাংবুদি ঈরুজথোকই, শেংদোকই। টি. ভি. দসু ঈরুজবা শেংদোকপা উৎলি, মথল মথলগী হকচাংসাবোন উৎলি— নুপী অঙাংশিংনা কেনা নৌনা তপ্পা, নুপাশিংনা ঈচং থৌনা। অদুবু থম্মোয় শেংদোকপদি উৎতে, শেংদোক্লবা মপোৎ মচৈসু উৎতে। গীতাদা ঈরুজরবদি থম্মোয় চামথোকই, থম্মোয়গী অমোংপা কোকহল্লি। গীতা থম্মোয় শেংদোক্লবা ঈশিংনি, সাবোন্নি। সাবোন্না ফি শূদোকপগুম থম্মোয়সু গীতানা শূদোকদবনি। গীতা মহাভারতকী মচিনি, গীতাদগী অমৃত থোকই, শ্রীকৃষ্ণনা অমৃত শুম্মী, অর্জুন্না থকই, অর্জুন মতোমতা থকপা নত্তে, ঐখোয় পুম্বনা থকপনি।

**শীতানা তাকপিবা মুক্তি ফংনবা উপদেশ খল্লাঃ**

গীতা জয়ন্তী কয়া লাকম্রে, হৌম্রে। জয়ন্তী (বার্থদে সেলেব্রেসন) অদুগী থৌরম কয়া পাঙথোক্লখ্রবনি। অদুবু অয়াম্বগী থম্মোয়গী অমকপা অমদি অমম্বদি কোক্ত্রি, কোকহনবা ওম্নদ্রি। মসিগী মরমদি অয়াম্বনা গীতানা হায়বা পুম্বা থবক্তা

ওন্থোক্তুনা উৎপা ওন্না মী ওইবা ওম্লম্রি; নুমিৎ খুদিংগী গীতানা তাকপিবা লীক্রমদা পুন্সি লেনবা ওম্লম্রি; গীতানা তাকপিবা পুন্সি মহিংদা হিংবা ওম্লম্রি। থম্মোয়গী অমকপা কোক্লবা পাপ-নুং চেন্দবা পুন্সিদা হিংবা; থম্মোয়গী ফৎত্রবা অপাম্বশিং চেকশিন্না শণ্ডবা, মখোয়বু খুমু হুন্নকপদা থদৎপা, মরু ফৃকতৎপা; মশাগী অশোয়বশিং য়েংশিনবা অদুগা মখোয়শিং অদু লৌথোকপা; অফবা অমসুং অৱাংবা ৱাখল চাওখৎনবা হোৎনবা; নুমিৎ খুদিংগী পূণ্য চেনবা থবক তৌবা; মশা মশাগী ওইজবা থিদবা ৱাখলগা লোয়ননা সেবা তৌবা; মশাগী ধর্ম অমসুং সত্যবাদ অদুদা থম্বা; মশা মশামক ঈশ্বরদা চণ্ডজবা; মায়থীবা-মায়পাকপা, ইকায়খুম্নবা-খুম্নবীদবা, অৱা-নুংঙাই, পেনবা-পেন্দবা অসিনচিংবা ওন্ন-তৈনবা জোড়া (পাবোৎ) অসিদা মান্নবা মীৎয়েং, চাং মান্নবা পূক্লিং থম্বা; পূক্লিংনা ঈশ্বরগী মফমদা থম্বা অদুগা খূৎনা মীওইবগী সেবাদা থম্বা; ব্রহ্মচর্য্যগী ৱাশক থম্বা; মশাগী ওইজবা, পূকচেল পীকপা, অপাম্বদা নপশিনবা (আসক্তি), মশাগী য়েংবা অসিনচিংবা থাদোকপা হায়রিবশিং অসিগী মতুংইন্না পুন্সি মহিংদা পুন্সি লেল্লবদি মী মহাক অদু পোকপা শিবা, শিবা পোকপা অমদি কর্মগী য়োম্লিং (অফা-অপুন) দগী নাম্বোক্কনি অদুগা মুক্তি, আনন্দ অমসুং অমরত্ব ফংগনি হায়না হায়রিবশিং অসি তৌননবা পাউতাক পীরি। মসি গীতাগী বাণীনি।

**গীতাগী মশেক-মঙাল ফংনবাঃ**

গীতা কনাগুম্বা অমনা লোইনা চীনফা পুবা ওম্বা য়াই, পূং কয়ামরুম গীতাগী মরমদা ভাষণ পীবা ওম্বা য়াই অদুবু গীতাগী লৌশিংগী মশেক-মঙালদি ফংদবা য়াই। তঙায় ফদনা গীতানা তম্বীবা মতুংইন্না থবক তৌরবদি অদুগা মদুগী পুন্সি মহিংদা লেল্লবদি (হিংলবদি) মহাক অদু গীতাগী মশেক মঙাল খরমখৈদি ফংলবনি হায়বা য়াই।

**তোয়না শোল্লনবা গীতানা পীবা মন্ত্র অনীঃ**

তোয়না তোয়না হুঞ্জিন হুঞ্জিন শোল্লনবা গীতানা মন্ত্র অনী পীরি। মখোয়দুদি নিপালশুবা অধ্যায়দা ওঁ অমসুং তরাতরেৎশুবা অধ্যায়দা ওঁ তৎ সৎ হায়বসিনি। ওঁ নৎত্রগা ওঁ তৎ সৎ তা হিংবসি পরব্রহ্মগী শক্তাক্নি নৎত্রগা মশামক্নি। কনাগুম্বা

অমনা মাগী পুন্সিদা মতম কয়ারক শোয়বা য়াই তুবা য়াই অদুম ওইনমক অথৌবা অমা ওইনা অমুক হন্না হোৎনবা হায়বসিদি তঙায়-ফন্দবনি। মন্ত্র অনী অসি তত্তনা নীংশিংগদবনি, মসি শোল্লগা পূক্লিংগী অমকপা কোকহল্লি য়াখল নুংঙাই, হৈনীংই, থবক্তা মায় ওনশিন্নীংই।

**ভগবান্না মতাঙ চারবদা তাকপিখিবা গীতাঃ**

গীতাদি মতাঙচানা থম্মোয়দা করিগুম্বা অমা ফাওরকপদা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুন্দা মরম চানা তাকপিখিবনি। মতাঙ চাদ্রবদি শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিখিদে। লানগী মাঙওইনবা মতাঙ ওইবনা তাকপিখিবা কয়া লৌশীনবা ঙমহৌদ্রে অমুক্তংগা তাকপিখো হায়না লান মতুংদা অর্জুন্না হায়জবদা শ্রীকৃষ্ণনা অমুক হনবা য়াবা নত্তে হায়খি, য়াদবগী মরমসু হায়বীখি। গীতাগী মহুত্তা হান্নগীদুগী মখা চখরকপা ওইনা গীতাগা হাইফেৎ মান্নবা পাউতাক ওইনা য়াফম খরা থন্নীখি। মদু অনুগীতানি।

**চয়াংনরবা মফমদগী ভগবদ গীতাঃ**

থায়নগী মুনি ঋষিশিংনা চীক্লবা জঙ্গলদা লৈরগা জীবগী, পুন্সিগী মরমদা কূপ্পা থিরম্মী। অসিগুম্বা চীক্লবা বনশিং (জঙ্গলশিং) অসিদগী উপনিষদশিং ওইরকপনি। অদুবু ভগবদ গীতাগী মতাঙদদি ইতোপ তোম্নী। মসিদি বনদগী পোক্লকপা নত্তে, লানযায়দগী পোকপনি। অচীকপদগী নত্তে চয়াঙনরবা মফমদগীনি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ওম্থোক্লা লাঙলবা মফম অমদগী পীবিরকপনি। করিগীদমক অসুক লুপ্লবা ফজপ্লবা, থাক য়াংলবা ধর্ম গ্রন্থ অসিগীদমক অরাঙবা মফম্সু খল্লুরিবা? হায়নরি খ্বায়না বেদান্ত অসি চীক্লবা বনদগী ওইরকপনি অদুবু ভগবদ গীতাদি মদুগী ওন্ন-তৈনবনি। চয়াঙনবা মফমদগী ভগবদ গীতা ওইরকখি।

**পুন্সিগী শান্নবুংদা, লানফমদা মীওইবাঃ**

জগৎ অসি ইবুংঙো মাগী চাউপ্লবা শান্নফম লম্পাক অমনি। পুন্সি অসি শান্নবা মখল অমনি, মী খুদিংমক শান্নরোইমক্তনি। শান্নরোই অমনা শান্ননবা শান্নবুংদা (লম্পাক্তা) চঙবগুম মীওইবা ঐখোয় পুন্সিগী লানফমদা শান্নবনবা চঙশিনগদৌবনি। পুন্সি লানফম হায়নরিবনি। পুন্সি লানফম অসিদ্দু হুরাওনা, মশানা য়ানীংনা শান্নবা চঙশিল্লিবা মহাক অদুগী মফমদদি পুন্সি অসি নুংঙাইরবা কুমহেগী মশক্কি। অদুগা

মসিগী ওন্ন-তৈনবদা মথৌ তৌনীংদবা, মীচেন ওইবা পান্না মীদুগী মফমদদি তইবঙ অসি অৱাবগী সমুদ্রনি। পুন্সিগী শান্নবুংদা ঐখোয় শান্নরোইদনি, পুন্সিগী লানফমদা ঐখোয় লাগ্নীনি।

**লান ওইরবা পুন্সিঃ**

পুন্সিদা হিংবা হায়বসিমক লান মখল অমনি। পুন্সিদা করিগুম্বা পোৎ অমত্তা মূক্লবা য়াওদনা ফংবা লৈতে। হিংবা হায়বসি লান মখল অমনি হায়বা খঙদবা মী মহাক অদুদি হিংলিঙৈদসু, শিরগসু করি অমত্তা তোংজদ্রবনি। পীক্লিবা অঙাংনা মমাদা ফংনীংবা পোৎ অমগীদমক নিংঙাই তৌই। নিংঙাই অদু করিগুম্বা অপাম্বা অমা ফংনবগী লাননি। করিগুম্বা থবক অমা কনাগুম্বা অমনা তৌবা মতমদা তৌগদৌরিবা থবক অদুগী হৈ-শিংবা উৎলি। মসি মহাক্কী লাল্লোং অমনি। মীবৈবাক জয় তৌবা, মরৈবাক্কীদমক লান্দারকপা য়েক্লববু থেংনবা অসি লাননি। সরকার পায়নবা, শাসন তৌনবা হোৎনবা অদুসু লাল্লোং মখল অমনি। লৈবাক ঙাকপা হায়বসিমক লান মখল অমনি। করিগুম্বা থবক অমগীদমক খোঙকাপ অমত্তং হেক থাংদোরকপা অসিমক লান মখল অমনি। লান শোক্লবা চঙলকপনি। শম্না হায়রবদা পুন্সি অসি লাননি। লুরবা লাননি।

**চপ-চারবা মতাঙদা, মীশক্তা তাকপিখিবা গীতাঃ**

করিগুম্বদা করি তৌগদগে খঙলক্তে, তুফক-তুফায় চল্লকই, হঞ্জানরকই, মথৌ মশক খঙলক্তে। পুন্সিগী কল্লবা লানফমসিদা করম্না থেংনগদগে হায়বদু ভগবদ গীতানা তাকপিরি। মসিদা মী চীকপা লাঙ-খোংপগী ৱাফম থোইদোক্তে। তঙায় ফদবা মতাঙদা, মফমদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুন্দা তাকপিবনি। মশা মশানবু শেম-শাদ্রবদা পুন্সি কৌবা লানফমসি করিগুম্বা মতমদা মায় পাক্লা থেংনবা ওল্লোই। কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা, লান শোক্লরমদাইদা মীয়াম ময়ায়দা, থৌনা হঞ্জানরবা অর্জুনদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিখিবা ভগবদ গীতা চপ-চারবা মফমদদি, চপ-চারবা মতমদদি, মতীক চারবা মীশক্তনি।

**পাপ কর্ম ওইরবা হিংসাঃ**

জীববু হাৎপা অমদি জীবদা অৱাবা পীবা অসি হিংসানি। হিংসা তৌবা

অসি পুণ্য কর্ম নত্তে, পাপ কর্মনি। হিংসা তৌদববু অহিংসা কৌই। হিংসা অসি মখল অহুম্না তৌই। মখোয় অদুদি (১) শারীরিক, (২) মানসিক অমসুং (৩) বাচিক হায়রবা অসিনি। হকচাং অসিনা খোঙনা, খুৎনা নৎত্রগা খুৎলাই পায়দুনা অতোপ্পগী মথ্বায় হাংপ, অতোপ্পগী হকচাংদা ফুবা-য়ৈবনচিংবা তৌদুনা অবাবা অনাবা পীবা অসিনচিংবা অসি শারীরিক হিংসা কৌই। পূক্লিং অসিনা অতোপ্পা মীবু হাৎননবা, মাঙননবা, ৱাননবা খনবা অসিনচিংবা অসিবু মানসিক হিংসা কৌই। অদুগা অতোপ্পা মীদা ফত্তবা, পূক্লিং নুংঙাইরোইদবা, ৱারৌবা পোকহনগদবা ৱাহৈশিং শীজিন্নদুনা চৈ-থাংবা অসি বাচিক হিংসাগী মনুং চল্লি। হায়রিবা হিংসা মখল অহুম অসি তৌরবদি থবক অদু পাপ কর্মনি, পুণ্য কর্ম নত্তে।

**আততায়ী থেংনবদা হিংসাঃ**

করি করিগুম্বা মতমদা অমসুং মফমদা হিংসা অসি তৌদবা য়াদবা মতাঙ লাকই। অদুগুম্বা মতাঙদদি হিংসা অদুদগী পাপ পোক্তে, পাপকী মহুত্তা পুণ্য পোকই। মীগী অপোম্বদা থাঙ থাদুনা ঈপুম-নাইপুম লৌথোকপা পাপ নত্তে পুণ্যনি। থাঙ থাবদা অবাবা পীবা অদু হিংসা নত্তে। তিংখৎ য়ূরবদা হন্দোক্লবা য়েত্তুম্না খোগায়দুনা অবাবা পীবা অদু হিংসা নত্তে, পুণ্যনি। য়েক্লবনা নৎত্রগা শানা নৎত্রগা লিন্না হাংকে চীকে, ৱাইগে তৌরক্লবদি তূমিন্না লৈথোকপা য়াদে। থবায় কন্ননবা মখোয়বু হাংফম থোকপদনা হাংকনি, ফূ-য়ৈদুনা তাম্থোকপা য়াবা মতাঙদনা য়ৈদুনা ফূদুনা কিহন্দুনা তাম্থোক্কনি। অসিগুম্বা য়েক্লবশিং অসি আততায়ী (assailant; enemy; assassin; aggressor) নি। আততায়ীশিংবু মরম অমদি মতাঙ চারবদি হাৎপদা পাপ (দোষ) লৈতে। য়ুম মৈ থাবা, হূ পীবা, খুজু-খুৎলাই পায়দুনা হাৎকে লাকপা, শেল থুম অমদি অতে মান চাং হূরানগে লাকপা, লৌ-ইংখোল অমদি অতে পোৎচৈ নমদুনা লৌগে হোৎনবা, মীগী নুপীবু নমদুনা লৌগে হোৎনবা অসিনচিংবা মীশকশিং অসি আততায়ীনি। মখোয়না মথক্তা পনখিবা থবকশিং অসি তৌগে হায়না লাক্লবদি মখোয়বু থেংনগদবনি, মায়োক্লগনি, লাম্বা পাগদৌবনি, মরম চারবদি হাৎকদবনি। অসিগুম্বা আততায়ীবু হাৎপদা হাৎলিবা মী অদু করিগুম্বা দোষ অমত্তা লৈতে। গুরুসু ওইসনু নৎত্রগা অঙাং-অহলসু ওইসনু নৎত্রগা বেদ শাস্ত্র খঙবা লাইরিক য়াম্না হৈবা

ব্রাহ্মণসু ওইসনু; আততায়ী ওইদুনা লাক্লিবা মখোয়বু অরাবা শীবদা দোষ লৈতে হায়নরিবনি। য়েক্লবনা লান্দারক্লবদা য়েক্লবশিং অদুবু থেংনদুনা লান শোক্লদুনা মখোয়বু হাৎপদা দোষ লৈতে, পাপ চেন্দে। মরম অসিদগী ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনগী মফমদা আততায়ী ওইদুনা লাক্লিবা শাগে-নাতৈ, অহল-লমন, গুরুনচিংববু হাৎলু, মখোয়বু হাৎপদা দোষ মচেৎ অমত্তং ফাওবা লৈতে হায়না তাকপিরিবনি। মরম অসিনা বেদনা জীবশিংবু হাৎকনু হায়রিবা অসিগী মরমদি ঐখোয়দা করি অমত্তা অমাঙ-অতা লৈতবা, অরাবা শীদবা জীব পুম্নমক্তা হিংসা তৌগনু হায়বনি। আততায়ী ওইবশিংগী মফমদদি হিংসা তৌবা অসি হিংসা নত্তে।

**থুন্নবা চিনিগী চীংজাওগুন্নবা গীতাঃ**

গীতাদি থুন্নবা চিনিগী চীংজাওগুন্বনি। ককচেং অমা নৎত্রগা হয়িং অমনা মানা পুবা ঙমগদবা খবদুতা লৌজবনি, লোইনা পুবা লৌবা ঙমগদবা নত্তে। খরা লৌখ্রে হায়দুনসু ময়েং তাগদবা নত্তে। সমুদ্রগী ঈশিং শীত্তোক্লগা কংহনবা ঙম্লোই। অসুম্না গীতাসু মী খুদিংমক্না লোইনা পুবা ঙমগদবা নত্তে, খবতং লৌজবতনি। গীতাগী অমৃতগী চীংদোম্দি লেঙদনা অদুম লৈহৌগনি।

**অধ্যায় খুদিংমক যোগ ওইরবা গীতাঃ**

গীতাগী অধ্যায় খুদিংমক্তা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুন্দা লৌশিংগী রাখল্লোল অমদি ধর্মগী হেন্না অশেংবদু তম্বী। বেদান্তগী লৌশিংগী রাখল্লোল পুম্বা গীতাদা য়াওরবনি। গীতাগী অধ্যায় খুদিংমকপু যোগ কৌই। যোগ হায়বা রাহে অসি তোঙান তোঙানবা মতাঙদা তোঙান তোঙানবা অর্থদা শীজিন্নে। তিনশিনবা, শম্নবা, য়ানশিন্নবা, তাইশিন্নবা, মবী লৈনবা, হাপচিনবা, ধর্মগী মরমদা মুন্না খম্বা নৈনবা, পূক্লিং ফাজীনবা, পাম্বে উপায, লম্বী, মতেং অসিনচিংববু যোগ হায়না খঙনৈ। ধর্মগী পম্বুং ফংনবা পাম্বেশিংবু যোগ হায়নসু কৌনৈ। অদুগা যোগগী খেন্ন-খেন্নবা মতাঙশিংসি মী মীগী খেন্ন-খেন্নবা মা মাগী মহৌশাগী শাজৎ অমদি রাখলগী মতুংইন্না লৌনৈ। ঈশ্বর ফংনবা যোগ কয়ামরুম লৈ। মরুওইবা যোগশিংদি কর্ম যোগ (থবক, মথৌ পাঙথোক্লবগী পাম্বে), জ্ঞান যোগ (লৌশিংগী পাম্বে), ভক্তি যোগ (নীংজবা, নুংশিবা, নোম্লুকপগী পাম্বে), রাজ যোগ (পূক্লিং লাকশিন্নবগী পাম্বে) শিং অসিনি।

মখোয় খুদিং অসি পম্বুংকম কংনবা খেন্ন-খেন্নবা পাম্বেশিংনি। গীতাগী অধ্যায় অমমমসি যোগ অমমমনি। গীতাগী অহানবা অধ্যায়সি অর্জুন বিষাদ যোগ কৌই। অর্জুনগী নীংবা কায়বনি, পূক্লিং হঞ্জানরকপনি, লান তৌরয়োই (মখৌ পাণ্ডথোক্লরোই) হায়বগী ফিরেপ লৌরকপনি। যোগগী অর্থ পাম্বে ওইবা তারবদি নীংবা কায়ববু করম্না যোগ অমা ওইগদৌরিবনো? মাগী নীংবা কায়বা অদুনা মাবু ঈশ্বরলোমদা চঙলক্লবা, মখৌ পাণ্ডথোক্লবা পাম্বে ওইরকখি। মরম অসিদগীমসিসু যোগ অমা ওইরি। নীংবা কায়ববু গীতানা লমজিংবিরী, লমতাকপিরী। পুন্সিদা নীংবা কায়বা, পূক্লিং হঞ্জানবা ফুম্বংনবসি অর্জুনতা নত্তে, মীওই খুদিংমক্তদনি। পুন্সিগী লম্বী লম্মুক্লরবা লম্মাঙনরবা মীওই কয়াবু গীতানা পুন্সি লম্বী তাকপিরী। অসুম্না অধ্যায় খুদিংমক যোগ ঙাক্তনি।

**শ্লোক ওইনা থম্বীরম্বগী মরমঃ**

গীত হায়বদি ঈশৈ হায়বনি। ঈশৈ অমসুং শৈরেং (শ্লোক) না মীওইবগী থম্মোয়দা হকথেংননা পূক্লিং চিংশিল্লি। মাম্নবা হীরমশিং, মাম্নবা অচুম্বশিং শ্লোক ওইনা পুথোরকপনা ঝারেং ওইনা থম্বদগীদি হেন্না পূক্লিং চিংশিল্লি, পাম্নে। শৈরেং শ্লোকতি অমুক হন্না থীবদা খুৎলোই, নীংশিংবদা লায়না থোকই (লায়)। শৈরেংদি পূক্লিং থৌগৎলি। মরম অসিনা ভারতকী মমাঙঙৈগী ঋষিশিংনা মখোয়গী থাক ঝাংলবা পূক্লিং শুমহৎনীংঙাই ওইরবা উপদেশ (advice; counsel; instruction; religious initiation; command; admonition) শিং ফজরবা শ্লোক ওইনা থম্বীরম্মী। অসিগুম্বা মখোয়গী শৈরেংগী কম্পোজিসনশিং অসিনা ইতিহাস, পুরাণ, যোগবসিষ্ঠনচিংবা ধর্মগ্রন্থ কয়া শেম্মী। মখোয়শিং অসিদা গীতাশিং য়াওরে। গীতাশিং অদুগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না লৌখৎলিবা চৎনরিবা অমসুং মমিং চৎলিবদি শ্রীমদভগবদ গীতানি।

**গীতাদা য়াওবা শ্লোক মশীংঃ**

গীতাদা অধ্যায় তরানিপাল, শ্লোক চাতরেৎ য়াওই। শ্লোক ৭০০ অসিদা ভগবান (কৃষ্ণ) না ঙাঙবা (হায়বা) না ৫৭৪, অর্জুনা হায়বনা ৮৪, সঞ্জয়না হায়বনা ৪১ অদুগা ধৃতরাষ্ট্রনা হায়বনা অমনি। অহানবা অধ্যায় (অর্জুন বিষাদ যোগ) গী

অহানবা শ্লোক অসি ধৃতরাষ্ট্রনা হায়বনি (সঞ্জয়দা হংবনি)। থৰগী মফম কুরুক্ষেত্ৰদা লান শোক্লনীংদুনা তিল্লিবা মাগী মচাশিং অমসুং পাণ্ডুগী মচাশিং করি করি তৌনগ্রবগে হংবনি। ৱাহংসিগী পাউখুম ওইনা সঞ্জয়না অসি অসি তৌরি, অর্জুন্না অসি অসি হায়, কৃষ্ণনা অসি অসি হায় হায়না পাউদম্বনি। ধৃতরাষ্ট্রনা হায়বা শ্লোক অমা অসিগী মথা তারকপদা সঞ্জয়না নাকল অনীমক লানগী শেম শাবা লোইনরদুনা লান শোক্লনবা থৌরাং তৌনরকপদা দুর্য্যোধন অমসুং অর্জুন অনীগী থম্মোয়দা তাবা থেন্নবা মমি ৱাখল্লোন খণ্ডহনবগা লোয়ননা কৃষ্ণ অর্জুন অনীনা হায়নবা ৱাণ্ডনবা অদু অসি অসিনি, অসি অসি থোকখি, মণ্ডোন্দসু (সঞ্জয়দসু) থম্মোয়দা অসি অসি ফাওরকই হায়না ধৃতরাষ্ট্রদা পাউদম্বনি। কৃষ্ণ অর্জুন অনীনা হায়নবা কয়া মরক মরক্তা অসি অসি হায়নরি হায়না সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রদা পাউদম্বনি। অহানবা অধ্যায়দা শ্লোক নিফুতরেৎ, অনীশুবদা হুম্ফুতরানিথোই, অহুমশুবদা নিফুহুমদোই, মরিশুবদা নিফুনিথোই, মঙাশুবদা কুনমাপল, তরুকশুবদা নিফুতরেৎ, তরেৎশুবদা কুল্লা, নিপালশুবদা কুননিপান, মাপলশুবদা কুল্লামরি, তরাশুবদা নিফুনিথোই, তরামাথোইশুবদা য়াম্খৈমঙা, তরানিথোইশুবদা কুন, তরাহুমদোইশুবদা কুল্লামরি, তরামরিশুবদা কুনতরেৎ, তরামঙাশুবদা কুন, তরাতরুকশুবদা কুনমরি, তরাতরেৎশুবদা কুননিপাল অমসুং তরানিপালশুবদা হুম্ফুতরানিপাল য়াওই। গীতাগী অহানবা অধ্যায়দগী তরুকশুবা অধ্যায় ফাওববু কর্মগী, তরেৎশুবদগী তরানিথোইশুবা ফাওববুনা ভক্তিগী অদুগা তরাহুমদোইশুবদগী তরানিপালশুবা ফাওববুনা জ্ঞানগী তাক্কক্লি হায়না খায়দোক্লে। বেদনা নৈনরিবসু কর্ম, ভক্তি (উপাসনা) অমসুং জ্ঞান অহুমসিগী মরমদনি।

**গীতা মখলশিংঃ**

মথক্তা নৈনখিবশিং অসি শ্রীমদভগবদ গীতাগী মরমদনি। মীয়াম্না গীতা হায়না খণ্ডনরিবা অসি ভগবদগীতাবুনি। কুরুক্ষেত্ৰগী লানফমদা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুন্দা তাকপিখিবা অদুনি গীতা হায়নরিবসি। মসিগী গীতাসি নত্তবা অতৈ গীতাময়াম অমসু লৈরি। স্বামী শিবানন্দনা মাগী "সর্ব গীতা সার" হায়বা লাইরিক্তা গীতা কয়ামুক্কী মচং ইবীরম্মী। মদুদা য়াওবা গীতাশিং মখাদা পীজরি। অতৈ গীতাসু লৈরি।

**স্বামী শিবানন্দগী "সর্ব গীতা সার":**

দিবাইন লাইফ সোসাইটি (দিব্য জীবন সঙ্ঘ) লিংখৎপিরম্বা স্বামী শিবানন্দনা মাগী Sarva Gita Sara (সর্ব গীতা সার) হায়বা লাইরিক্তা গীতা পুম্নগী (সর্ব গীতাগী) মচি ওইবা শরুকশিং খনগত্তুনা ইরি। সর্ব গীতা সার (সর্ব— whole; entire; all; complete; universal; every; each. সার — best part of anything; cream; essence; substance) দা গীতা খুদিংমক্কী মচং ওইবা শরুকশিং য়াওরি। স্বামীজীনা গীতাশিং অসি পন্দুপ মরি থোক্লা খায়দোক্তুনা ইবীরম্মী। শরুকশিং অদুদি মখাগী অসিনি—

অহানবা পন্দুপঃ অহানবা পন্দুপ (সেক্সন বান) দা গুরু গীতাগী মতাঙ ইরি। সেক্সন অসি গুরু গীতাদা ডিভোট তৌবনি। গুরুদি আধ্যাত্মিক্কী শিক্ষক (গুরু-perceptor) নি। মহাক্লা মাগী নুংশিজরবা শিষ্যগীদমক মীওইবনা খঙঙমদ্রবা পুক্নি অমসুং তত্ত্বগী অথুপ্পা খঙনবগী লমদা চঙননবগী থোঙ হাংদোকপি। অনীশুবা পন্দুপ (সেক্সন টু) দা অহানবদা অষ্টাবক্র গীতা অমসুং অবধুত গীতাগী মচং ওইবা শরুকশিং অদুগা মথংদা ভগবদ গীতাগী মচি ওইবা শরুকশিং ইরি। গীতা অহুম অসি মেজর (Major) গীতা হায়বা কাঙলূপকী মনুংদা থম্মী। অহুমশুবা পন্দুপ (সেক্সন থ্রী) দা গীতা মাপলগী মচি ওইবা শরুকশিং ইরি। মখোয়বু মাইনর (Minor) গীতাগী কাঙলূপকী মনুংদা থম্মী। গীতা মাপল অদুদি অনুগীতা, ব্রহ্মা গীতা, জনকগীতা, রামগীতা-অমা, রামগীতা-অনী, ঋভুগীতা, সিদ্ধগীতা, উত্তরগীতা অমসুং বসিষ্ঠ গীতা অসিনি। অদুগা মরিশুবা পন্দুপ (সেক্সন ফোর) দা মখল মখাগী গীতাশিং হায়দুনা গীতা তরাতরক্কী মচি (মচং) ওইবশিং পৌখত্তুনা ইরি। গীতা তরাতরক অদুদি বকগীতা, ভিক্ষুগীতা, গোপীগীতা, হংসগীতা, জীবন্মুক্তগীতা, কপিলগীতা, নাহুষগীতা, নারদগীতা, পাণ্ডবগীতা, ঋষভগীতা, শৌনক গীতা, শ্রুতি গীতা, বেনুগীতা, ব্যাধগীতা, যুধিষ্ঠির গীতা অমসুং মোক্ষগীতা অসিনি। সেক্সন টুদা য়াওরিবা গীতা অহুমগী মনুংদা অহানবগী অনীদা অদ্বৈতগী অরাংবা থাক্কী দর্শনশাস্ত্রগী ব্যাখ্যাশিং য়াওই অদুগা ভগবদ গীতাদনা অচুম্বা খঙনবগী ফংনবগী সাধনগী শক্তম তাকই। সেক্সন থ্রীদা য়াওবা মাইনর গীতাশিংদা অদ্বৈত বেদান্ত অমসুং পরা-বৈরাগ্য

য়াম্না শম্না অমদি ফজনা তাকই। অরোইবা শন্দুপ (সেক্সন মরি) দা য়াওরিবা গীতাশিংদা আধ্যাত্মিক্কী পুন্সি, সাধন অমসুং আত্মজ্ঞানগা মরী লৈনবা মরুওইবা ঈশ্বরগী মমল নাইদ্রবা উপদেশশিং য়াওই।

**গুরু গীতাঃ**

গুরু গীতা হায়বসি শিব মহাদেবগা পার্বতিগা তরোৎ-খদাননা ৱারী শানবনি। শিব-মহাদেবনা পার্বতিগী মফমদা তাকপিবনি, পার্বতিগী ৱাহং কয়া পাউখুম্বনি। গুরু কনাবুনো, গুরু করিনো, গুরুগী মহিমা করিনো, করিগীদমক গুরু তঙাইফদবা ওইরিবনো অসিনচিংবা কয়া য়াওবা গীতানি। গুরুদি পূম্নমক্কী পূমহেন হেনবনি, পূমথোই থোইবনি তাকপা গীতানি। মসিনা আধ্যাত্মিক্কী গুরু অমা তঙাইফদবা ওই, মরুওইবা অমা ওই হায়বসিদা শাফূ পীশিল্লি অদুগা গুরুগী মতীক ময়াইবু থৱায় য়াওনা থাগৎলি অমসুং থাক ৱাংনা থাংগৎলি। মসি আধ্যাত্মিক্কী জ্ঞান পীবীরিবা গুরুবু থাগৎপনি। মসিদা গুরুবু পরমব্রহ্মগা অমত্তনি হায়বা তাকই অদুগা ব্রহ্ম (পরমব্রহ্ম) অসিমক গুরুনি হায়না শীংথাই। গুরুগী মতেং য়াওদনা সাধন নৎত্রেগা আত্মজ্ঞান খঙবা অসি ওইবা য়াবা নত্তে। গুরুদি তাইবঙ অসিদা ঈশ্বরগী মীহুৎনি। মহাক্তি শিষ্য অমসুং ব্রহ্মগী মরক্তা লৈবা ৱা-তাইনবা (mediator) মীনি। মহাক্না সাধক্কী অমম্বা পুক্নিংবু কোকহল্লি অদুগা মাগী (শিষ্যগী) লৌশিংগী মীৎ পাঙহল্লি। মরম অসিদগী গুরুবু ঈশ্বর ওইনা পূজা তৌই। গুরুগা ঈশ্বরগা খেন্নহল্লোইদবনি। কনাগুম্বা অমনা অশেংবা গুরু অমা ফংজদুনা মঙোন্দা মপুংফানা ভক্তি লৈজরবদি সংসার সমুদ্র লাম্বোকপা ঙমজে অদুগা মাঙফদ্রবা ব্রহ্মগী ম্বাইদগী থোইদোক্নবা থাক অদু ফংবা ঙম্মী।

গুরুদি ব্রহ্মানি, গুরুদি বিষ্ণুনি, গুরুদি শিবনি, গুরুদি পরমব্রহ্মমক্নি, অদুগুম্বা গুরুবু দণ্ডবৎ তৌজে হায়না ভক্তি কৎনরিবনি।

*গুরুর্ব্রহ্মা গুরুর্বিষ্ণু গুরুর্দেব মহেশ্বর*

*গুরু সাক্ষাৎ পরব্রহ্ম তস্মৈ শ্রীগুরুবে নমঃ*

ব্রহ্মা, বিষ্ণু, শিব য়াওনা জগৎ পূম্বা অসি গুরু মতোমতনা ওইবীরি। গুরুদগী হেন্না চাউবা অমা লৈত্রে। "লাইনা শাউরবদি গুরুনা কনবীবা ঙম্মী, গুরুনা

শাউল্লবদি কনা'মতনা ফনবীবা গুমদে। মরম অসিনা শাগেগী চুনবা গুরু 'মূলগুরু' কংজনবা মহাক্কী মথাদা লৈজবা চগুজবগী তঞায় যদবা লৈ।" "গুরুদগী হেনবা তত্ব লৈতে, গুরুদগী হেনবা তপ লৈতে, গুরুদগী হেনবা জ্ঞান লৈতে, অদুগুম্বা গুরুবু খুরুমজে"; "গুরুদি শিবনি, গুরুদি ঈশ্বরনি, গুরুদি মীওইবা জীবগী মক্কপ্রি , গুরুদি আত্মানি, গুরুদি জীবনি, গুরুদগী হেনবা করি'মত্তা লৈতে"; "নহাক্তি বিষ্ণুনি, নহাক্তি ব্রহ্মানি, নহাক্তি মহেশ্বর হায়বা লাইদুনি, নহাক্তনা শক্তিগী স্বরূপনি, নহাক্তি নির্গুণ ওইরবা সনাতননি;" "মসিদি (গুরু গীতাদি) পাপ পুন্যবু মাগুহনবীবনি; ধর্ম, অর্থ, কর্ম অমসুং মোক্ষবু পীনবীবনি, কনাগুম্বা অমনা মানা পাল্লিবা পোৎ অমগী অপাম্বদু মসিদগী ফংবা গুম্মী, মসি তশেংলবনি" অসিনচিংবা শ্লোক কয়া য়াওরবা গীতানি।

**মেজর (হেন্না চাউবা) গীতাশিংঃ**

১। **অষ্টাবক্রগীতাঃ** গীতা অসি ঋষি অষ্টাবক্রগা জনক নিংথৌগা তরোৎ-খদাননা ৱারী শান্নবনি। গীতা অসি মপুং ফারবা অদ্বৈতগী মূলবচন (টেক্স) য়াওরবনি। হীরম কয়াদা মসি অবধুতগীতাগা মান্নে। মসি বুদ্ধিবাদগী লৈনবা লাইরিক (প্রবন্ধ) নত্তে, মশানা অদুম খগুজবা স্বতঃ লব্ধ জ্ঞানগীনি। মুক্তি পাম্নবদি তাইবগুগী অপাম্বা পুম্নমক হূনি খন্দুনা থাদোক্কদবনি। সংসারগী অফা-অপুনগী থৌরীদগী কাম্থোকপা গুম্নবদি মুক্তি ফংই, অপাম্বা থাদোকপা অসিতনা সংসারগী অৱা-অনাদগী লাম্থোক্লবা উপায়নি হায়বনচিংবা কয়া য়াওরবা গীতানি।

২। **অবধুতগীতাঃ** গীতা অসি ঋষি দত্তাত্রেয়গা স্কুগুগা ৱারী শানবনি।মসিনা জীবণমুক্ত ফংবা মায়কৈ সোমদা কম্না মায় ওজিল্লি। গীতা অসি যম (control over one's sensual appetites), নিয়ম (religious observance; self control; rule; law; vow; practice) অমসুং সাধন-চতুষ্টয় (সাধন– prayer; performance; expedient; চতুষ্টয়– four; aggregate of four) হায়বা নীতি শাস্ত্রগী উপদেশনা হান্নবা থম্মোয় শেংদোক্লবা অদুগুম্বা আধ্যাত্মিকী লম অসিবু পামজবশিং অদুগীদমক্লি। অনী শুদ্ধবা ব্রহ্ম অসিতনি অশেংবা লৈরিবদি। জগৎ পুম্বা অসি ব্রহ্মাতনি। ব্রহ্ম অসিদি অগুনবসু নত্তে গুন্দবসু নত্তে, মসিদি সৃষ্টিসু লৈতে প্রলয়সু

লৈতে। ব্রহ্ম অসিদি অদুম লৈরবনি, অদুম লৈরগদবনি, ব্রহ্মাতনি লেগুদনা লৈরিবসি অসিনচিংবা ৱাফম কয়া য়াওরবা গীতানি।

৩। ভগবদগীতাঃ গীতা অসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগা অর্জুনগা শানবা ৱারীনি। গীতা অসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনগী মফমদা তাকপিখিবা তশ্বীখিবা মতাঙনি। মহাভারতকী লান শোক্লরমদাইদা কৃষ্ণ-অর্জুন অনীনা কৌরব পাণ্ডব অনীগী লাম্মী তেঙ্কোল অনীগী ময়ায়দা ৱারী শানখি। অন্নায়-অখুম হংদোক হংজিন তৌনবা, অরুবা ৱাহংগী অচুম্বা পাউখুম য়াওরবা, পুন্সিগী তৌফম থোকপা ইথৌ পাণ্ডথোক্লবা পাউতাক কয়া য়াওরবা গীতানি। অর্জুননা লান শোক্লনীংলক্লবা অদুদা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুন্দা অহংকার য়াওদনা থবক তৌগদবনি, কর্ম য়াওদনা কনা অমত্তা হিংবা ঙমদে, কর্মগী মহয় (ফল) গী ৱাফম থাদোক্লগা তৌফম থোকপা তৌ ইথৌ তৌগদবনি, পাণ্ডথোক্লদবনি হায়বনচিংবা ৱাফম কয়া থশ্বীবগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণ অসি কনানো হায়বা খঙহনবা অধ্যায় তরানিপাল শ্লোক ৭০০ য়াওরবা গীতানি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হকথেংননা অর্জুনদা তাকপীবনি তশ্বীবনি, খঙহনবীবনি, অচম্বা গীতা নত্তে, ভগবদ গীতানি। ৱাদবু অর্জুনদা তাকপী তশ্বী খঙহনবী হায়বনি, অশেংবদি ভগবান্না তাইবঙ মীওইবা খুদিংদা তাকপীবনি, তশ্বীবনি, খঙহনবীবনি।

**মাইনর (খরা হন্থবা) গীতাশিংঃ**

১। অনুগীতাঃ গীতা অসি মহাভারতকী অশ্বমেধ পর্বগী শরুক অমনি। অর্জুন্না শ্রীকৃষ্ণদা অদুঙৈ কুরুক্ষেত্রগী লানফম ময়ায়দা হায়বীখিবা ভগবদ গীতা অদু লান মমাঙদা (লান শোক্লরমদাইদা) তাকপিখিবা মরমদগী কাউথোকখ্রে, নিংথীনা লৌশিনবা ঙমজদ্রৌদ্রে অদুনা অমুক্তা হন্না তাকপিয়ু হায়জখি। মদুগী পাউখুমদা শ্রীকৃষ্ণনা গীতাদি অমুক হনবা য়াবা নত্তে হায়বীবগা লোয়ননা হান্নগী গীতাদুগী মথা তাবা ওইনা নংত্রগা হাপচিল্লকপা ওইনা হান্নগীদুগা মান্নরপ তৌবা পাউতাক পীবিদুনা অর্জুন্দা তাকপিখিবা অদু অনুগীতানি। তংদু লৈতনা নুংঙাইনা মতম চুপ্পগী ওইনা লৈগদবা মফম লৈতে; ৱানা ফংলবা অৱাংবা ফমদগী হন্না হন্না তারকপা কয়ানি; হন্না হন্না শিগনি, হন্না হন্না পোক্লনি, চিঞ্জাক মখল কয়া চাগনি, মমা কয়াগী খোল্লাং থক্লনি, মমা মখল কয়াগী মচা ওইগনি, মপা মখল কয়াগী মচা ওইগনি তাকপিব্বগা

লোয়ননা পোকপা শিবা, অবাবা নুংঙাইবা, অতোংবা অমাঙবা, নুংশিবা তুক্কচবা খেন্নবা পাবোৎ (জোড়া) শিংবু চপ মান্নবা মীৎয়েংদা য়েংবা ঙক্নবা, মান্নবনি হায়না লৌরবা; অতোপ্পদগী করি'মত্তা হংদ্রবা; কনাবুসু অপমান (ইনসন্ট) পীদ্রবা; মথক্কী ওন্ন-ভৈনবা জোড়া (পাবোৎ) অনীগী ৱাংমদা লৈরবা; অপান্নবু থাদোক্লবা, য়েক্লবসু লৈত্রবা, মরূপসু লৈত্রবা; ধর্ম, অর্থ, কাম থাদোক্লবা মহাক অদু মোক্ষ ফংলবনি, মুক্তি ফংলবনি হায়বনচিংবা ৱাফম য়াওরবা গীতানি।

২। ব্রহ্মগীতাঃ গীতা অসি যোগ-বসিষ্ঠগী নির্বাণ প্রকারণগী শরুক অমনি। মসি ঋষি বসিষ্ঠগা শ্রীরামগা শানবা ৱারীনি। গীতা অসি য়াম্না ৱাংলবা থাক্কী দার্শনিক্কী ওইবা গীতানি। নৈনরিবনা তশেংনা লেঙদনা লৈবা হায়বসিদনি। ব্রহ্ম, জগৎ অমসুং আত্মা করিনো তাকপনি। লেঙদবা হায়বদুদি ব্রহ্ম অসিতনি, অতৈদি তশেংনা হায়রবদা লৈতবনি। জগৎ অসি ব্রহ্মগী শকওং শক্তম উৎপনি, জীব খুদিংমক ব্রহ্মগী সমুদ্রগী কোজোলনি, কোজোল ঈশিংগী শকওং অমনি, ঈশিংদগী তোপ্পা নত্তে; জগৎ পূম্বসি শাংলবা মঙগুম্বনি, মচি ওইদবনি; সৎচিদানন্দ ওইরবা ব্রহ্ম অসিতনি লেঙদনা লৈরিবদি, তত্ত্বগী মচি অসিবু খঙলবদি মুক্তি ফংলবনি অসিনচিংবা লুরবা ফজরবা ৱাফম কয়া য়াওরবা গীতানি।

৩। জনকগীতাঃ গীতা অসি যোগবসিষ্ঠগী উপশান্তি প্রকারণগী শরুক অমনি। মসি জনক নিংথৌনা মাগী কোনুং মনাক্তা সিদ্ধশিংনা শকপা ঈশৈ তারবা তুংদা মতোমদা ঙাঙজখিবা (soliloquy) অদুনি। পোৎ খুদিংমক মাঙখি (চৎখি), মতম চুপ্পগী ওইনা করি'মত্তা লৈহৌবা উদে; পুন্সি অসি অৱাবনা পীক থল্লি; চহী খুদিং, থা খুদিং, নুমিৎ খুদিং, মিকুপ খুদিং অৱা-অনাগী মপৈ মপৈ নুংঙাইবগী শকওং লৌদুনা লাকই অদুবু তশেংবদি মখোয়দু অৱাবনি; স্বর্গনি খঙদে, মর্তনি খঙদে, পাতালনি খঙদে, লাইবক থীবা থৌদোক্লা লাকহৎতবা মফম্ লৈত্রা হায়বনচিংবা ৱাফম কয়া য়াওরবা গীতানি। জগৎ অসি তুং কোইদবা অমসুং অশিবা (মাঙলগদবা) অসিনা শকওং ওইরবা করিসু লৈত্রবা মমিনি, পোৎ খুদিংমক লোইনা চৎখিনি, অমত্তা তুং কোইহৌরোই, জগৎ অসি ফৎত্রবা মঙনি, মীওইবগী পুন্সিদি য়াম্না লাইবক থীনীংঙাইনি, ঐদি মসিনি, মসিদি ঐগীনি হায়বা অসিনচিংবা তমথীবা

পূক্লিংগী য়েক্লববু হাত্তোক্লগা নণ্ডোন্দা চঙজরি ঐহাক শান্তি ফংগনি হায়বগী ৱাফমসু য়াওরবা গীতানি।

৪। ৱামগীতা-অমাঃ গীতা অসি অধ্যাত্ম-ৱামায়ণদা ফংই। মসি শ্রীরামগা মাগী মনাও লক্ষ্মণগা শানবা ৱারীনি। মসিনা অদ্বৈত-বেদান্তবু মসিগী তোঙান তোঙানবা জীব, অবিদ্যা, ঈশ্বর, মায়ানচিংবা মূল-তত্ত্ব (মরুদা মরুওইবা ৱারু) গা লোয়ননা মশক তাকই অমসুং মতম চুপ্পগী ওইনা লেঙদ্রবা ব্রহ্ম ফংনবগী থবক পরীংসু ফজনা তাকই। শ্রীমদ্ভগবদ গীতাদা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনদা ৱাফম কয়া থম্বীবগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণ কনানো তাকপিবগুম গীতা অসিদসু শ্রীরামনা লক্ষ্মণদা ৱাফম কয়া তাকপিবগা লোয়ননা মহাক (রাম) কনানো হায়বা খঙহনবী। শ্রীরাম্না হায়— "ইনাও ইবুংঙো! জগৎতা উরিবা পুম্নমকসি করিসু নত্তে, মায়ানি, মসিগী শাজিন্নবা (তৌশিন্নবা) মতৌ খঙদুনা মসিদগী নহাক্কী পূক্লিং লৈথোকউ; নহাক্কী পূক্লিং ঐতবু ধ্যান তৌদুনা শেংদোকউ; অসুম্না নহাক নুংঙাইগ্নু, অৱাবা পুম্বদগী নাম্থোকউ অদুগা আনন্দ ফংঙু" অসিগুম্বা শ্লোকশিং গীতা অসিদা য়াওরি।

৫। ৱামগীতা-অনীঃ গীতা অসি মমিং চংলবা তত্ত্ব-সারয়নগী শরুক অমনি। মসি শ্রীরামগা হনুমানগা ৱারী শানবনি। মসি অনুভবদ্বৈতশিং ধর্মগ্রন্থ অমনি। গীতা অসিনা জ্ঞান, ভক্তি, বৈরাগ্য অমসুং যোগবু আলোচনা তৌই, উপনিষদশিংদা ফংলিবা বেদান্তবু শীজিন্নে। মসিনা জ্ঞান ফংবদা হকচিন্না লৌই অদুগা জগৎ অসিদগী লৈথোকপদি নত্তে। খ্বাইদগী হেনবা জ্ঞানদি ব্রহ্ম খঙবা, জীবনমুক্তি অমসুং অরোইবদা বিদেহমুক্তিদনি হায়বা ৱাফম য়াওই। অশাউবা মী অমগা শাউনরোইদবনি, অশাউবনা লাকহৎতুনা ময়াই কারবসু নুংশিনা ঙাঙগদবনি, করিগুম্বা মখল অমগী চুমদবা ৱা ঙাঙলোইদবনি, হায়বগী ৱাফমগা লোয়ননা ইন্দ্রি খুদুম চন্দুনা, তুরুচবা মুখত্তুনা, জীব পুম্নমকপু চপ মান্নন নুংশিদুনা কনাগুম্বা মী অমনা মাঙফদ্রবা মী অমা ওইবদা মতীক চায় হায়বগী ৱাফম য়াওরবা গীতানি।

৬। ঋভুগীতাঃ গীতা অসি বিষ্ণুপুরাণগী শরুক অমনি। ঋষি ঋভুনা মাগী শিষ্য নিদাঘদা বেদান্ত দর্শনদা পাউতাক পীবনি। মসিদা নুংঙাইরবা ফজরবা শ্লোক কয়া য়াওরি। ঋভুনা হায়— হে ব্রাহ্মণ! চাক লাল্লবা মীদি চাক চারগা পেল্লি, ঐদি

কদৌনুংদা চাক সূকলাম লামদে অদুনা করম্না ঐনা চারগা পেনগদৌরিবনো? ঐগী চারা চারগা ঐহাক পেনত্রা হায়বা ৱাহংসি ঐগোন্দা করিগী হংলিবনো? হকচাংদা য়াওবা চাবা তুমহন্নবগী কায়াংনা (মৈনা) তুমহন্নবগী থবক তৌবদা হকচাং চোকথরে, চিঙ্গাকসু তুন্নে, হকচাং চোকথরবনিনা ফননবা চাক লাম্বা হৌরক্লে; ঈশিংগীসুনি, খৌরাংবা পোক্লে; চাক লাম্বা, খৌরাংবা হায়বসি হকচাংগী ধর্মনি মথৌনি, ঐগী নত্তে; অদুনা হে ব্রাহ্মণ! ঐ চাক লামদে, খৌরাংদে; মরমদি ঐদি পেন্দুনতা মতম চৃপ্পদা লৈরবনি; অহাউবনা করিনো, হাউতবনা করিনো, নুংঙাইবনা করিনো, নুংঙাইতবনা করিনো? হাউরম্বনা হাউরক্কবা য়াওরকই; নুংঙাইবসু তম্লকপা য়াওরকই; অরেপ্পা লৈতে, করিদা খেন্নরিবা? খেন্নরিবা ময়ামসি অমত্তনি; পুন্নমকসি বাসুদেব হায়না কৌনবা পরমব্রহ্মগী শক্তম ওাক্তনি।" অসিনচিংবা ৱাফম কয়া গীতা অসিদা য়াওরি।

৭। **সিদ্ধ গীতাঃ** গীতা অসি যোগবসিষ্ঠগী উপশান্তি প্রকারণগী শরুক অমনি। মসি বিদেহগী নিংথৌ জনককী কোনুং ময়াদা সিদ্ধশিংনা শকপা ঈশৈনি। সিদ্ধ পুরুষ (সিদ্ধ– expert; man of possessing esoteric powers. সিদ্ধ পুরুষ– saint; sage; man of religious austerity) শিং অদুগী ঈশৈনি। মসিদা ইন্দ্রি খুদুম চনবগী ৱাফম কয়া য়াওরি। পোৎশক্কা পূক্লিং-ৱাখলগা লৈনবা মরী কয়াসু য়াওরি। মশা মশাগী থম্মোয় লকানুংদা লৈবা ঈশ্বরবু থাদোক্লগা মপান্দা অতোপ্পা ঈশ্বর অমা থিবা চৎলিবা মখোয়দু তশেংনা হায়বা তারগদি মখূৎতা লৈবা কৌস্তুভ মণি হন্দোক্লগা মোইবুং মকু থিবা চৎপনি; ইন্দ্রিগী লিন অসি নুংদগী হন্না হন্না থোরকই, হন্না হন্না ফী ফী কাম্মী, মসিবু খুবম চেৎলবা অথৌবা বুদ্ধিনা ইন্দ্রনা ব্রজনা চীংজাও থুগায়বগুম হাত্তোক্কদবনি; অশেংবা শান্তিগী নুংঙাইবা (ট্রানকুইলিটি) থিগদবনি; থম্মোয় ঈংলবা মীনা য়াম্না লায়না পূক্লিং খুদুম চনবা ওন্মী; পূক্লিংবু থিংবা ওম্বা মীনা মতম চূপ্পগী ওইনা নুংঙাইবা ফংই পরমানন্দ ফংবা ওন্মী হায়বগী ৱাফম য়াওরবা গীতানি।

৮। **উত্তরগীতাঃ** গীতা অসি ব্রহ্মাণ্ড পুরাণগী শরুক অমনি। মসি মমিং চৎলবা ভগবদ গীতাদা হেন্না হাপচিল্লবা অমনি। মসিনা জ্ঞান অমসুং যোগ লোয়ননা

অতে মাল্লবা হীরমশিং লৌখংলি। শঙ্করগী মবুর্থৌ গুরু গৌড়পদনা মসিগী টিকা অমা ইরম্মী হায়না লৌনে। পুক্লিং খুদুম চনবা অসি ইন্দ্রি খুদুম চল্লগা অমসুং শোর চাং নাইহল্লগা তৌবা য়াই; চংশদনি খঙদে, লেপ্পদনি খঙদে শোর খুদুম চন্দুনা প্রাকটিস তৌবনা কুইনা পুন্সি; ঈশিংনা ঈশিংদা তিল্লগা, মজোম্মা মজোমদা তিল্লগা, ঘীনা ঘীদা তিল্লগা অমত্তা ওইবগুম জীবগী আত্মাসু পরমাত্মাদা করি অমত্তা থেন্নদনা তিল্লি; মণবীগী মচু তোঙান-তোঙাল্লবসু মজোমগী মচুদি মাল্লে অসুম্মা হকচাংদি তোঙান তোঙাঞ্জরবসু জ্ঞানদি অমত্তনি; জগৎ পুম্বসি ব্রহ্ম অসিতনি হায়বা ৱাফম কয়াগী শ্লোকশিং য়াওরবা গীতানি।

৯। **বসিষ্ঠ গীতাঃ** গীতা অসি যোগবসিষ্ঠগী নির্বাণ-প্রকারণগী শরুক অমনি। ঋষি বসিষ্ঠনা রামদা তত্ত্ব হায়বদু করিনো খঙহন্নবা পাউতাকই। সংসার অসিদি ওহ্বোক্লা মিথ্যা (untruth) ওইরবনি। মিকুপ অমা ফাওবা মসিদা থাজবা থম্বা য়াবা নত্তে। তাইবঙগী শকওং অসি অশেংবা নত্তে। জগৎকী খ্বাইদগী নুং ওইবা মচিদি মসিনি হায়বা অরেপ্পা লৈত্রবা ব্রহ্ম অসিনি। জগৎ অসি অৱাবনা শীক থল্লি, খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইবদি লেঙদনা লৈরিবা ব্রহ্মগী অওইবা খঙলগা ওইগদবনি, পুম্নমকসি ব্রহ্মনি, ব্রহ্মদগী ওইরকপনি, ব্রহ্মদা লৈবনি; ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং শিব মহাদেব মখোয় অসি মহাপ্রলয়গী মতমদা মমিংতা ওইনা লৈরবা মতম, মমিং অমসুং শকওং মাঙপ্রবা মতম অদুদা লৈহৌগদৌরিবা হায়ববু পরম ব্রহ্ম অশেংবা সত্য (pure truth) অসিতনি হায়বগী ৱাফম য়াওরবা গীতানি বসিষ্ঠ গীতা হায়বসি।

**অতে গীতা মখল খরাঃ**

১। **বকগীতাঃ** গীতা অসি দেবতাশিংগী নিংথৌ ইন্দ্রদেবগা ঋষি বককা বারী শানবনি। ঋষি বক কল্প কয়া হিংদুনা লৈরম্বনি। ইন্দ্রনা ঋষি অসিদা মাগী শাংলবা পুন্সি অসিদা করি করি থৌদোক চাংয়েং থেংনবগে, করি করিনো হংখি। ঋষিনা তাইবঙ অসিদা মতম শাংনা হিংদুনা লৈবা মী অমনা তাইবঙগী অৱাবা কয়া ফংবা অদুগী শক্তম তাকখি। হায়রিবা গীতা অসি মহাভারত্তা ফংঙি। মতম শাংনা পুন্সিরবা মী অমনা মাগী পুন্সিদা তুরুচবা পামদবা পোংকা শম্নবদগী অৱাবা ফংবা, নুংশিবা চান্নবা কয়াগা কায়নবা, ফত্তবগা তিন্নরকপা; মচাশিং অমদি নুপী অঙাং শিবা;

মরী-মতা অমদি মরূপ-মপাং মাওখিবা; য়েক্লবদগী অকিবগী মশক ওইবা অৱাবা ফংবা; মসিতসু নত্তনা লায়ৱ-চৈথেং ফংলবশিংবু অতোপ্পনা থীনা তৌবীবা উবদা খাওগুমদবা; মবূক ফত্তবা, ফত্তবা মীনা অৱাংবা ফম পায়ৱকপা; চীং লেপ্পবা অৱাংবা থাক্কী মীনা লায়রবা নেপ্পবা থাক্তা হূম্বরকপা; তিন্নবা কায়নবা; দেবতা, আসুর, গন্ধর্ব, তাইবঙ মী, লিন, হিংচাবশিং পুন্সিগী অৱা অনা কয়া ফংবা; অৱাংবা থাক্কী ইমুং মনুংসু অৱাবা ফংবা; ইনাকখুনবনা লাইরববু থীনা তৌবীবা; অজ্ঞানীশিংনা নুংঙাইথোকপা জ্ঞানীশিংনা হেন্না ৱাবা; অসুম্না মীওইবগী পুন্সিসি অৱা-অনানা শেত্তুৎপা অসিনচিংবা ৱাফম গীতা অসিদা য়াওই।

২। ভীক্ষুগীতাঃ গীতা অসি শ্রীমদ্ভাগবতকী তরামাথোইশুবা স্কন্ধদা ফংই। কল্লক মীহৌ চাউবা ব্রাহ্মণ অমা মমৈদা মুনি ওইখিবা অদুগা তাইবঙগী অপমান খুদিংবু অখাঙ কন্না খাঙখিবা ৱারীবু খুদম ওইরগা শ্রীকৃষ্ণনা উদ্ধবতা হায়খিবনি। ব্রাহ্মণদুনা হায়খি– "ঐগী নুংঙাইবা অমসুং অৱাবদি মীনসু নত্তে, লাইনসু নত্তে, আত্মানসু নত্তে, গ্রহনসু নত্তে, কর্মনসু নত্তে, কালনসু নত্তে; মসিবু ওইহল্লিবদি পূক্নিং অসিননি, মসিনা সংসারগী চক্রবু উংলি"। অসিনচিংবা য়াওবা পূক্নিংবু খুদুম চনবগী ৱাফম গীতা অসিদা য়াওরি।

৩। গোপী গীতাঃ গীতা অসি শ্রীমদ্ভাগবতকী তরাশুবা স্কন্ধগী শরুক অমনি। রাসলীলা শান্নরিঙৈদা শ্রীকৃষ্ণ গোপীশিংবু পাবা অমা তম্বীনবগীদমক মথোয়গী মীৎয়েংগী ৱাংমদা লৈখি (মাঙথোকখি)। ভগবানগা কায়নবদা গোপীশিং শেৎন-খায়নবগী চৈনা ফংখি। মথোয়গী থম্মোয়দগী চীং লেপ্পবা থম্মোয় শোক্লবা ৱাহৈশিং থোরকখি। মসি পরমব্রহ্মদা অৱাংবা থাক্কী ভক্তি মখলনা মপূং ফানা থল্লবা গীতানি।

৪। হংসগীতাঃ গীতা অসি ভগবান বিষ্ণুনা কাংঙগী শক্তমদা ব্রহ্মাগী মচাশিংগা ৱারী শান্নবনি। মসি শ্রীকৃষ্ণনা উদ্ধবতা পীবা পাউতাকশিংদা ফংবনি। গীতা অসিনা জগৎ অসি মায়ানি অদুগা আত্মা অসিতবু লেঙদ্রবা অশেংবনি হায়না লৌই।

৫। জীবনমুক্ত গীতাঃ গীতা অসিনা জীবন মুক্ত করিনো তাকই। মসিবু

ইন্নখ্রদি ঋষি দত্তত্রেয়নি হায়না লৌনৈ। কনা কনাবু জীবনমুক্ত কৌবগে হায়বগী শ্লোকশিং গীতা অসিদা য়াওরি।

**৬। কপিল গীতাঃ** গীতা অসি লাইগী অবতার কপিলনা ব্রহ্মবদিনী দেবহুতিদা মথং মথং তাকপিখিবশিং অদুনি। মসি শ্রীমদ্ভাগবতকী অহুমশুবা স্কন্ধদা ফংই। মসিদা পরমব্রহ্মগী ৱাফম য়াওরি।

**৭। নহুষগীতাঃ** যুধিষ্ঠিরগী মনাও ভীমবু নহুষ হায়বা চাউরবা লিন অমনা জঙ্গলদা কন্না য়েংখি। ভীমবু যুধিষ্ঠিরনা থিবা লাকপদা নহুষনা ৱাহং কয়ামরুম হংখি। যুধিষ্ঠিরনা ৱাহং খুদিংগী চপচাবা পাউখুম পীখি। অদুগা অমুক যুধিষ্ঠিরনা হায়জবদগী নহুষনা ধর্মগী ৱাফম কয়া হায়খি। গীতা অসি মহাভারততা ফংই। মীগী মপোক, লাইগী পুন্সি, শাগী মহিং হায়বা মপোক অহুম অসি জীবনা কর্মগী মতুংইন্না ফংই; দান অমসুং অহিংসানচিংবনা মীনা স্বর্গ (লাইগী ওইবা পুন্সি) ফংই; ধর্মগী ওইবা গুণশিংগী ওন্ন-তৈনবদা চংলবদি শা ওইনা পোকই হায়বনচিংবা শ্লোকশিং গীতা অসিদা য়াওরি।

**৮। নারদগীতাঃ** মসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগা নারদগা ৱারী শানবনি। মসিনা আধ্যাত্মিকী শিষ্য অমগী লৈফম থোকপা তঙায় ফদবশিং অদু পল্লি। মসিনা গুরু অমগী থোইদোকপসু লূন্না লৌই। কনাগুম্বা অমনা গুরু অমা য়াওদনদি মুক্তি ফংবা ঙম্লোই, অদুনা মহাক্না গুরু অমা থিগদবনি মবমদি গুরু য়াওদনদি য়ৌনা খঙবা ঙম্লোই; থাউমৈ য়াওদ্রবদি যুম অমা মম্বগুম গুরু অমা য়াওদ্রবদি শিষ্য অদু মন্নবনি; গুরু য়াওদবা মীদুদি থা থোক্রবা অহিংগুম্বনি, নুমিৎ মঙাল ফংদ্রবা নুংথিলগুম্বনি, সেনাপতি য়াওদ্রবা লান্মী তেঙ্গোলগুম্বনি হায়বা শ্লোক কয়ামরুম য়াওরবা গুরুগী মতিক মগুণ শীংথারবা গীতানি।

**৯। পাণ্ডব গীতাঃ** গীতা অসি ভক্ত কয়ানা পরমব্রহ্মদা শোঙবা লাইশোল কয়াগী অপূনবা অখোম্বনি। মসিদা অৱাংবা মথলগী ভক্তি অমসুং আত্মসমর্পনগী ৱাফম পল্লি। মসিগী শ্লোকশিংনা মহাভারত অমসুং পুরাণগী শরুকশিং লেন্মী। "ঐবু তত্তনা নীংশিংবা অদুগা কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোঙবা মহাকপু থম্বালবু ঈশিংদগী থাজংপগুম অম্না-অনা অমসুং নরকুগী থাংগৎপি", ওঁ নমঃ নারায়ণ" হায়বসিতনসু বিষ্ণু মন্ত্র

ওইবা য়াই, অতিয়াদগী তারকপা নোংনা সমুদ্র অমত্তুদা তিনবগুম দেবতা মন্নামদা খুরুম্বা অসি ভগবান বিষ্ণু হায়বা অমদা চংলি” হায়বা শ্লোকশিং গীতা অসিদা য়াওরি। “হরি” হায়বা ময়েক অনী অসি অমুত্তং শোল্লিবা মহাক অদু মুক্তি য়ৌনবা লম্বী চংপা হৌরবনি হায়বগী ৱাফমসু য়াওরি।

১০। ঋষভ গীতাঃ ঋষি ঋষভনা মচাশিংদা পীবা পাউতাক্নি। মসি শ্রীমদ্ভাগবতকী মঙাশুবা স্কন্ধদা ফংই। জীবদা মুক্তিগী লম্বী তাক্নবা মহাক অদু গুরু নত্তে, মরী মতা নত্তে, মপা নত্তে, মমা নত্তে, দেবতা নত্তে, ঈশ্বর নত্তে; ৱাংবদগী ৱাংলবা, স্বৰ্গগী মপু... অসি নত্তবা কনা লৈতে হায়বা শ্লোকশিং গীতা অসিদা য়াওরি।

১১। শৌনকগীতাঃ শৌনক মুনিনা যুধিষ্ঠিরদা জগৎতা লৈবা জীবশিংগী পুন্সিগী অথুপ্পা ৱাবোলগী অৱাবগী মরম লীশিং লীশিং লৈ, অকিবগী মরম চা কয়া লৈ অদুবু জ্ঞানী অমগী মফমদদি মখোয়শিং অসি লৈতে; হে যুধিষ্ঠির অসুম্না নহাক করিগুম্বা অমগী অপাম্বা লৈহনলোইদবনি, নহাক্না নুংঙাইবা পুন্সি মহিং পান্নবদি লন থুমগী অপাম্বা থাদোকউ হায়বা পাউতাক কয়া শ্লোক ওইনা পীরি।

১২। শ্রুতি গীতাঃ গীতা অসি শ্রীমদ্ভাগবতকী তরাশুবা স্কন্ধগী শরুক অমনি। মসি শ্রুতিশিংনা শ্বেত দ্বীপতা লৈবা ভগবান নারায়ণদা শোঙবা লাইশোন্নি। লাইশোনশিং অসিদা বেদান্তগী দর্শন, বেদ অমসুং উপনিষদশিংগী চংনরোল য়াওই।

১৩। বেনুগীতাঃ মসি শ্রীমদ্ভাগবতকী তরাশুবা স্কন্ধগী শরুক অমনি। শ্রীকৃষ্ণনা বনদা ষণ শেল্লিঙৈদা গোপীশিংনা মাগী মহিমাবু য়াম্না পূক্লিং হূনীংঙাই ওইবা সুবদা শৈথাজবকখি। গীতা অসিনা ভগবানগী বাঁশীগী সুবনা অতাবশিংদা মদুনা পীবা অঙকপা ঈথিল অদু তাকই। ব্রজগী গোপীশিংনা পূক্লিং অমসুং থম্মোয় ইবুংঙো মঙোন্দা থমজদুনা শ্রীকৃষ্ণগী মহিমাবু শৈশক্নুনা নুংঙাইনা মতম লেনবা অসিনচিংবা ৱাফম য়াওবা গীতানি।

১৪। ব্যাধগীতাঃ শা হাত্তুনা, শদুম য়োন্দুনা মথৌ তৌবা মমা মপাদা ভক্তি লৈনা সেবা তৌজবা শাদানবা অমগী লাইশোলনি গীতা অসি। কনাগুম্বা অমনা মশাগী ধর্মনা মপূংফানা নুংঙাইবা ফংবগী মরম ঋষি কৌষিক্তা খণ্ডহনবগী ৱাফমনি। গীতা অসিনা আধ্যাত্মিকী থবক ৱাংহন্নবা সধারণ ওইবা উপায়শিং তাকই। মঙাল

অমসুং লৌশিং লৈরবা, থৌনা ফয়বা, পামশিনবা লৈত্রবা, কল্লকপা য়াওদ্রবা, অশাউবা লৈত্রবা, য়াম্না জ্ঞান লৈরবা, পূক্লিং খুদুম চনবা ওল্লবা মী মহাক অদু সত্ত্ব গুণ লৈরবা মীনি হায়বগী ৱাফমসু য়াওরবা গীতানি। মসি মহাভারততা ফংই।

১৫। যুধিষ্ঠির গীতাঃ গীতা অসি মনাওশিং জ্ঞান মাওদুনা ৱাহ্নথ্রবা যুধিষ্ঠিরগা উথক্তা ফম্বা যক্ষ অমগা ৱারী শানবনি। মসি মহাভারততা ফংই। অরুবা ৱাহং কয়া যক্ষনা হংই। ৱাহং খুদিংমক যুধিষ্ঠিরনা হেক্তা খুমই, মতুংদা মনাওশিং অমুক হন্না জ্ঞান লাকখি। গীতা অসিনা পুণ্য অমসুং দিব্য জীবনগী য়ুম্ফম ওইরিবা নীতিতত্ত্ব শীজিন্নে। নুমিৎ খুদিংগী জীবশিং শিরি অদুগা যমগী লৈবাক্তা চংলি, মসি ফাওবদা মী অয়াম্বা অমরনি খল্লি, মসিদগী হেন্না ঙকল্লিংঙাই করি লৈরি হায়বা শ্লোক য়াওরবা গীতানি।

১৬। মোক্ষ গীতাঃ সৎচিৎ আনন্দ পরমব্রহ্মদা খুরুমজবা; ব্রহ্মাদি করিনো হায়না তাকপা য়াবা নত্তে, ব্রহ্মবু তাকপা হায়বদি ব্রহ্মবু য়াদে হায়বনি, ব্রহ্মবু তাক্কে হায়বা তারবদি "নত্তে-য়াদে" হায়বা ময়াম অমা মথং মথং হায়বা অসিনি, মরম অসিদগী উপনিষদশিংনা "নেতি নেতি"– not this, not this হায়বনি হায়বসিনি হায়না লাউনরিবসি; তৎত্বম অসি (তৎত্ব মাসি)– Thou art That হায়বসিগী অচুম্বা খঙঙু, মসিদগী আত্মাগা পরমাত্মাগা অমত্তনি হায়বগী ৱাফম লাকপা, মসিনা অরান খুবম ফংই হায়বগী শ্লোকশিং য়াওরবা মোক্ষ গীতানি। ওঁ হায়বসি ব্রহ্মাগী শক্তাক্লি, মসি শক্তিগী ৱাহৈনি, খোঙ্হোক অমত্তা ওইবা অশেংবা ৱাহৈনি, মসি বেদগী মচংনি, মসি অকি-তুজুং লৈত্রবা অমরগী তোর্বাল য়ৌনা লাঙ্হোক্লবা হিনি, ওঁদা ভাব অমসুং অর্থ খঙনা ধ্যান তৌ হায়বগী শ্লোকশিং য়াওরি। পরমব্রহ্মাদি অমরনি, মসি হৌরকফম নাইদে, পনথে লৈতে হায়বগী শ্লোকসু য়াওরি। মাঙ-তাকপা লৈররোইদবা পরমব্রহ্মগী ৱাফমসু য়াওরি।

গীতা খুদিংমক্লা মীওইবদা অফবা তৌনবা আত্মাগা মরী লৈনবা ৱাফম কয়ামরুম থম্মী। গীতাশিং অসিগী পাউজেল মীওইবা খুদিংনা তুংইন্না চংলবদি শোয়দনা বিশ্বশান্তি পুরক্কনি। বিশ্ব শান্তিগীদমক গীতাগী পাউজেল তঙায় ফদবা ওইরি মীওইবগী পুন্সিদা।

# ভগবদ গীতাগী মচং

মীপূম খুদিংমক থবক চিল্লি। হিংননবা হোৎনদবা যাদে। হিংননবগী লান অসি অকনবা লাননি। হিংননবগী লানফমদা লান শোক্লবা (হিংননবা হোৎনবা) অসি হায়নীংঙাই লৈতনা কল্লি। মরম অসিনা অয়াম্বা মীনা গীতানচিংবা ধর্মগ্রন্থ পাননবা অমসুং নৈননবা মতম ফংদে। কনাগুম্বা খবদি মথৌ চিনমনবনা পোখাবা সুকশং শংদে। অদুনা গীতা পানবা মতম লৈতে। অদুবু গীতাগী চন্নফমদি হিংননবা হোৎনরিবা মীপূম খুদিংদা তঙায় ফদবা ওইবি। মবম অদুনা পাবদা মতম চঙদনবা গীতাগী মচং ওইবা খরদং মথং মনাও নাইনা লৌখৎচরি।

# অহানবা অধ্যায়

# অর্জুন বিষাদ যোগ

## (মচং ওইবা খরদং লৌখৎচবা)

ধৃতরাষ্ট্রনা হায়খি : হে সঞ্জয় ! ধর্মগী মফম ওইবা কুরুক্ষেত্রদা লান শোক্লনীংদুনা তিল্লিবা ঐগী ইচাশিং অমসুং পাণ্ডুগী মচাশিংনা করি তৌনগ্রবগে(১) ?

সঞ্জয়না হায়খি : নিংথৌ দুর্য্যোধননা লানবন শাদুনা লৈরিবা পাণ্ডবকী লাম্মীশিং উরগা মাগী গুরু দ্রোণগী নাক্তা চঙশিল্লগা হায়খি (২)। হে গুরুদেব ! ইবুংঙো নহাক্কী লৌশিং চাউরবা শিষ্য দ্রুপদগী মচা (ধৃষ্টদ্যুম্ন) না লাম্বোং শীন্দুনা থমখ্রবা পাণ্ডবকী চাউরবা লাম্মী তেঙ্গোল অসি যেংবীয়ু(৩)। তেঙ্গোল অসিদা চাউর- চাউববা লীরুং পায়বা, লান্দা ভীম- অর্জুনগুম্না কন- থৌরবা সাত্যকি, বিরাট অদুগা মহারথী দ্রুপদ (৪), ধৃষ্টকেতু, কল্লবা কাশিবাজ চেকিতান, পুরুজিৎ, কুন্তিভোজ অদুগা মী মবক্তা অথোইবা শৈব্য (৫), কল্লবা যুধামন্যু, মথৌনা লৈববা উত্তমৌজা, সুভদ্রগী মচা অমসুং দ্রৌপদীগী মচাশিং- মখোয অসি লোইনা মহাবথী ঙাক্তনি(৬)। হে ব্রাহ্মণ অথোইবা ! ঐখোযগী মীচঙদা য়াওরিবা মকওইবা মীশিং মখোযবুসু খঙজীনবিয়ু, ইবুংঙো নহাক্লা খঙবীনবগীদমক ঐহাক্কী লাম্মীগী লুচিংবশিংগী মমিং হাযজগে(৭)। গু রুদেব নহাক্লে, ইবুধৌ ভীষ্মনে, কর্ণনে, লানঙম্বা কৃপাচার্য্যনে, অশ্বত্থামানে, বিকর্ণনে অদুগা সোমদত্তগী মচা ভুবিশ্রবনে(৮), অদুগা ঐগীদমক মপুন্সি কথোক্লগে হায়না লেপ্লবা থৌনা ফরবা মখল মখা য়াম্লবা খূৎজু খূৎলাই পায়রবা লান্দা হৈশিংলবশিং মশীং লাকঙমদনা লৈবি(৯)। লাম্বোং পুম্নমক্তা মখোয় পুম্নমক্লা মাগী মাগী মফমদা লৈবীদুনা ভীষ্মতবু মায়কৈ খুদিংদা ঙাকপিয়ু(১১)। কৌরবশিংগী মনুংদা অহল ওইরবা মতিক মগুণ চাউববা ভীষ্মনা দুর্য্যোধনগী মপূক্লিং হরাওনবগীদমক নোংশাগী

লানলাউ হৌনা লাউরগা মোইবুং খোংখি(১২) মদুগী তুংদা অতৈসু মোইবুং, বেঙ্গুন, ঢোন, ঝান অমদি পেরেশিঙ্গানচিংবা খুদক্তা অমুক্তা ওইনা খোং- য়ৈখি, মদুগী অপূনবা মখোলনা অকিবা ফংনা নিল- খোংখি(১৩)। অদুগী তুংদা অঙৌবা শগোলনা চিংবা রথতা তোংদুনা কৃষ্ণ অমসুং অর্জুননা লাইগী মগুণ চেনবা মোইবুং খোংখি(১৪)। হৃষীকেশ শ্রীকৃষ্ণনা পাঞ্চজন্য, অর্জুননা দেবদত্ত, অকিবগী থবক তৌবা ভীম্না পৌণ্ড্র কৌবা অচৌবা মোইবুং খোংখি(১৫)। কুন্তীগী মচা যুধিষ্ঠির নিংথৌনা অনন্তবিজয়, নকুলনা সুঘোষ অদুগা সহদেবনা মণিপুষ্পক কৌবা মোইবুং খোংখি(১৬)। অদুগী তুংদা, হে মহারাজ ! মহাক্কী ফিরান্দা য়োং য়েকপা অর্জুন্না মমাঙদা মহারাজগী নচাশিংনা শেমশাদুনা লৈবা উরদুনা খুৎলাই থারগে থৌরাংবা মতমদা লীকং থাঙ্গৎলদুনা অর্জুন্না কৃষ্ণদা অসুম্না হায়জখি(২০) :

অর্জুন্না হায়খি : হে অচ্যুত ! লান শোক্লনীংদুনা তিল্লিবা মখোয়বু চিংখদনা য়েংজগে, ঐহাক্না কনা কনাগা পানগদগে হায়বা খঙবা লোইদ্রিবা ফাওবা তেঙ্গোল অনীগী মযায়দা ঐগী বথ অসি থম্বীয়ু(২১-২২)। পূকচেন ফৎত্রবা দুর্য্যোধনগী ফননবা খন্দুনা লান শোক্লগে হায়দুনা লানফমদা লাকলিবা নিংথৌশিংবু মশক খঙজগে(২৩)।

সঞ্জয়না হায়খি : হে ধৃতরাষ্ট্র মহাবাজ ! অসুম্না হায়জবদগী তেঙ্গোল অনীগী ময়ায়দা ভীষ্ম, দ্রোণ অমসুং নিংথৌশিংগী মমাঙদা অথোইবা বথ থম্লগা কৃষ্ণনা হায়খি: হে পার্থ ! তিল্লরিবা কৌরবশিং অসি য়েংউ(২৪-২৫)। মতম অদুদা অর্জুন্না তেঙ্গোল অনীমক্তা য়াওরিবা মপা- মতোন, মপু- মবুধৌ, গুরু, মামা, মচীল- মনাও, মচা- মশু, মরূপ- মপাং, মকুবোক অমসুং চান্নবা মরূপশিং উখি(২৬)।

অর্জুন্না হায়খি : হে কৃষ্ণ ! ঐগী শাগৈ- নাতৈ মরূপ- মপাংনা লান শোক্লনীংদুনা মাঙদা লৈবা উরগা ঐগী হকচাং চোঁকথরে, চীলসু খ্রক খ্রক কংলে, ঐগী হকচাংসি থক থক নীক্লে, তু চুংলে, খূৎতগী গাণ্ডীব নাম্থরে, উনশাসু চাকথেকপগুম শারে, লেপ্পা ঙমশিল্লকত্রে অদুগা পূক্লিংসু লৈতাবা

ঙমদ্রে(২৮-২৯-৩০)। হে কেশব ! পুন্নমক ওন্ন-তৈননা উরে, লান্দা মরী-মতাসিং হাৎলগা অফবা ফংগনি হায়বা ঐ খঙদ্রে, লান্দা জয় ওইবসু পামজদ্রে, লৈবাক ঙাকপা অমসুং নুংঙাইবসু পামজদ্রে, হে গোবিন্দ ! নিংথৌ ওইবা, ভোগ চাবা অমসুং হিংবনা করি করি কান্নগদৌরিবা(৩১-৩২)? হে মধুসূদন ! মখোয়না ঐবু হাৎলরবা ফাওবদসু অমদি পৃথিবীগী মপু ওইবগী ৱাদি থম্নু থম্বীখো, মরোল অহুমমক্কী মপু ওইগনি হায়রবসু ঐনদি মখোয়বু হাৎনীংদে(৩৫)। হে জনার্দন ! ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংবু হাৎলগা ঐখোয়গী করি নুংঙাইগনি, আততায়ী ওইরবসু মখোয়বু হাৎলুরবদি শোয়দনা ঐখোয়দা পাপ চঙলক্কনি(৩৬)। অদুনা হে মাধব ! ঐখোয়গী শাগৈগী ওইরিবা ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিং হাৎফম থোকতে, মরমদি শাগৈ-নাতৈ হাৎলগা করম্না নুংঙাইগনি(৩৭)? শাগৈ মাঙলবদি থায়নদগী চৎনরকপা শাগৈগী ধর্ম মাঙগনি, ধর্ম মাঙলবদা লৈহৌরিবা শাগৈ পুন্বা অধর্মনা কৃপ্লকনি(৪০)। হে কৃষ্ণ ! অধর্মনা হাইগৎলকপগা লোয়ননা শাগৈগী মৌনা লমচৎ চুমলকলোই, হে বার্ষ্ণেয় ! মৌনবু লমচৎ চুমলকত্রবদি য়ান্নবা মচা পোল্লকই(৪১)। য়ান্নবা মচা পোল্লকপনা শাগৈ মাঙহনবগীসু অদুগা শাগৈসু নরক তাহল্লি, পিণ্ড অমসুং জলদান অমত্তা ফংদদুনা মপা মপুসু মখারোমদা তারকই(৪২)। য়ান্নবা মচা (মুকসন) পোকহল্লিবা দোষনা শাগৈ মাঙহল্লিবা মীশিং অদুগী থায়নদগী চৎনরকপা কুল ধর্মগা জাতিগী ধর্মগা পুম্মাঙ মাঙহল্লি(৪৩)। হে জনার্দন ! কুল ধর্ম মাঙখ্রবা মীওইশিং অদুদি শোয়দনা নরক তাই হায়বসি ঐনা তাজে(৪৪)। খুৎলাই পায়দনা ইশা ঙাকথোকচদনা লৈরিঙৈদা ঐবু করিগুম্বা ধ্রতরাষ্ট্রগী মচাশিংনা খুৎলাই পায়দুনা ঐবু হাৎখ্রবদি ঐগীদি মদুনদুম হেন্না ফৈ (৪৬)।

সঞ্জয়না হায়খি : অৱাবনা মপূক্লিং লাঙতক্লরবা অর্জুননা অসুম্না হায়রম্লগা লানফম ময়ায়দা লীরুং তেন থাদোক্লুনা রথ মথক্তা ফমফমদা ফমথখি(৪৭)।

(অধ্যায় অঁসিদগী মচং ওইবা খরদং লৌখৎচবা মতাঙ অসিদা লোইজরে)

# অনীশুবা অধ্যায়
# সাংখ্য যোগ
# (মচং ওইবা খরদং লৌখৎচবা)

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি : হে অর্জুন ! অসুক চিল্লবা তাঞ্জা অসিদা অতোনবা মীনা তৌগদবা স্বর্গ ফংলোইদবা অমসুং মিংচৎ থীনীংঙাই ওইরবা অয়ম্বা ৱাখল অসি নঙোন্দা কমদৌনা চঙলকলিবনো(২)। হে পার্থ ! নুপা থোক্তবা তৌগনু, মসি নঙোন্দা মতিক চাদে হে পারন্তপ ! অতোনবা থম্মোয়গী অশোনবা থাদোক্তুনা হৌগৎলো(৩)।

অর্জুননা হায়খি : হে মধুসূদন ! লানফম অসিদা ঐনা মতৌ করম্না ভীষ্ম অমদি দ্রোণগা তেন কাপ্পুনা লান থেংনগদগে? মরমদি হে অরিসূদন মখোয় অনীমক ঐগী পূজা তৌনফমনি(৪)। অসিগুম্বা চীংলেন্নবা গুরুজনশিংবু হাৎকদৌবগী শরুকপুদি মপোকসিমা ভীক্ষা তৌদুনা চাবনা থোইনদুম ফৈ মরমদি মখোয়বু হাৎলগা ফংগদবা লন অমসুং নীংবা থুংবগী নুংঙাইবদুদি গুরুগী ঈ তোৎলবা চীঞ্জাক চাবনি(৫)।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি : অর্জুন ! নহাক্না ৱাফম থোকতবশিং অদুগীদমক ৱারি, পণ্ডিতকী ৱাঙাঙসু ঙাঙলি, অদুবু পণ্ডিতশিংদি শিখ্রবা অমসুং হিংলিবশিংগীদমক ৱাবা তৌদে(১১)। আত্মা লৈরিবা হকচাং অসিনা অঙাং ওইবা, মীয়াম চনবা অমসুং অহল ওইবা মতৌ ওইবগুম্না আত্মানা অতোপ্পা হকচাং অমা হোংবদা পণ্ডিতশিংনা ঙকপা তৌদে(১৩)। আত্মাদি কদৌঙৈদসু পোক্তে অমসুং শিদে, হৌজিক ওইরিবা আত্মানা মাঙখ্রগা অমুক ওইরক্কদবা নত্তে, মহাক্তি পোক্তবনি, অরেপ্পনি, ময়েং তাদবনি অমসুং কুইরবনি, হকচাং হাৎলবসু আত্মাবুদি হাৎতে(২০)। হে পার্থ ! আত্মাদি অরেপ্পনি, পোক্তবনি, মশক হোংদবনি, মাঙদবনি, অসুম্না খঙলিবা মী মহাক অদুনা মতৌ করম্না কনাবু হাৎহনগনি নৎত্রগা কনাবু হাৎকনি(২১)। মী অমনা অমনবা ফিজোল হুন্দোক্লগা অতোপ্পা অহনবা হোংবগুম

জীবাত্মানা অমনবা হকচাং থাদোকলল্লগা অতোপ্পা অনৌবা হকচাংদা চঙই(২২)। আত্মাবু থৃংলাইনা ককপা ঙমদে, মৈনা পোকপা ঙমদে, ঈশিংনা চোংহনবা ঙমদে, নুংশিংনা কং হনবসু ঙমদে (২৩)। মরমদি আত্মাদি ককপা য়াদবনি, মৈদা চাক্তবনি, অরেপ্পনি, মফম পূম্নমক্তা শীনবা থুংবনি, মফম হোংদবনি, লেঙদবনি অমসুং অদুম লৈরক্লবনি(২৪)। আত্মাদি ফোংদোক্তে, ৱাখলনা লাম্বা ফংদে অমসুং হোংবা নাইদবনি হায়নৈ, অদুনা মসিবু খঙলবদি কায়নবগী ৱারুফম থোকতে(২৫)। মরমদি পোক্লবদি শিবা শোয়দ্রবনি, অদুগা শিরবদি অমুক পোকপা শোয়দ্রবনি, মরম অদুনা থিংবা ঙম্লোইদবা 'সিগীদমক ৱাফম থোক্তে(২৭)। হে ভারত ! থৱায় পানবা পূম্নমক্কী দেহদা লৈবা আত্মাবু কদৌঙৈদসু কনা অমত্তনা হাৎপা ঙমদে, মরম অদুনা মখোয় পূম্নমক শিরে হায়দুনা কায়নবগী ৱাগদবা নত্তে(৩০)। নশাগী নথৌ য়েংলগসু চিংনফম থোক্তে, ক্ষেত্রিয় মচাগীদি ধর্মযুদ্ধদগী হেন্না ফবা অতোপ্পা মথৌ অমমুক লৈত্রে(৩১)। ধর্মযুদ্ধ হাযবসি শিরবসু স্বর্গ ফংগনি, ঙল্লগনা পৃথিবীগী মপু ওইদুনা ভোগ চাগনি, মরম অসিনা হে কুন্তীগী মচা ! লানগীদমক পূক্নিং লেপ্পুনা হৌগৎলু (৩৭)। নুংঙাইবা- অৱাবা, তোংবা- তোংদবা, জয় ওইবা, ওইদবা চপ মান্ননা খন্দুনা লানগীদমক থৌরাং তৌরো, অসুম্না তৌরবদি নহাক পাপ পুরোই(৩৮)। হে পার্থ ! নঙোন্দা সাংখ্য (জ্ঞান মার্গ)গী ওইবা বুদ্ধি অদু তাকপ্রে, হৌজিক কর্মযোগগী মরমদা ওইগদবা বুদ্ধি হায়গে তাও, বুদ্ধি অদু লৈরবদি কর্মবন্ধন (থবক্কী অফা- অপুন) দগী কোক্কনি(৩৯)। হে কুরুনন্দন ! কর্মযোগদা বুদ্ধি অনী লোঙদে, পূক্নিং লেপ্পবা মীগী বুদ্ধিদি মশা মরেং য়াম্না লোইখ্রে, লোইবা নাইদে(৪১)। ভোগ (ইন্দ্রিয়গী নুংঙাইবা) অমদি ঐশ্বর্য্য(লন থুম)দা পূক্নিং লূপখ্রবা অমসুং মদুনা মখোয়গী মপূক্নিং শুমহৎখ্রবশিংগীদি পরমাত্মাদা পূক্নিং অনী লোঙদবা অরেপ্পা বুদ্ধি লৈতে(৪৪)। হে অর্জুন ! বেদগী কর্মকাণ্ড পূম্নমক গুণ অহুমগী বিষয় ঙাক্তনি, নহাক্তি গুণ অহুম অসিদা পূক্নিং লূপ্পা ওইগনু, অৱাবা নুংঙাইবনচিংবা জোড়াদগী লাহোক্লুনা সত্ত্বভাবতা লেঙদনা লৈয়ু, লৌশিনবা

অমসুং তূংশিনবা অনীমক্কী ব্রাখল লৈতবা ওইয়ু অমসুং পূক্লিংবু ফাজিন্দুনা পরমাত্মাদা থম্না ওইয়ু(৪৫)। ঈশিং মচা- মচাশিং (পুখ্রী, গুহ্নানচিংবা) দগী ঈশিংগী কান্নবা ফংবা পূম্নমক ঈপাক অচৌবা অমগী ঈশিংনা পীবা গুম্বগুম্না বেদদা তোঙান- তোঙান হায়রিবা কান্নবা পূম্নমক ব্রহ্মবু খঙলবা মীদদি পূম্না ফংই (বেদদগী কান্নবা ফংননবা হোৎনরুবগী তঙায় ফদবা লৈত্রে)(৪৬)। নহাক্কী হকতি থবক তৌবসিতনি, অদুবু থবক্কী মহৈদি নহাক্কী হক নত্তে, মহৈ ফংগে হায়না খন্দুনা থবক তৌগনু অদুগা থবক তৌরোই হায়নসু নীংগনু(৪৭)। হে ধনঞ্জয়! যোগদা লৈদুনা থবক্কী মহৈদা নপশিনবা থাদোক্লগা থবক্কী মহৈ য়ানবা য়ানদবা অনীমক্তা চপ মান্ননা থমদুনা থবক পাঙথোকউ, থবক্কী মহৈ য়ানবা য়ান্দবা অনীমক্তা পূক্লিংনা ঈং- তপ্না লৈবা অসিবু যোগ কৌই(৪৮)। বেদগী ব্রাহৈ লৈতেংনা নপূক্লিংবু চোইহন্দ্রবা মতমদা অদুগা সমাধিদা নপূক্লিং লূপ্তুনা লেঙদনা লৈরবদা নহাক্না যোগ ফংগনি(৫৩)।

অর্জুননা হায়খি : হে কেশব ! সমাধিদা লৈরবা স্থিতপ্রজ্ঞ ওইরবা (পূক্লিং লৈতারবা) মীগী লক্ষণ (মওং) করম তৌবগে? মহাক্না করম্না ব্রা ঙাঙই, করম্না ফম্মী, করম্না চৎলি(৫৪)।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি : হে পার্থ ! মী অমনা মপূক্লিংদা লাকপা অপাম্বা পূম্নমক থাদোকখিদুনা আত্মানা আত্মাদা (মশাতনা মশাতদা) পেঞ্জরবা মহাক অদু স্থিতপ্রজ্ঞ কৌই(৫৫)। অব্রাবা তারবদা থুক্কৎতবা, নুংঙাইবদসু হরাওদবা, অপাম্বা, অকিবা অমদি অশাউবা লৈত্রবা মুনি মহাক অদুবু স্থিতধী কৌনৈ(৫৬)। মী অদুনা পোৎ পূম্নমক্তা নপশিন্দ্রবা, অফববু ওইরবসু ফত্তববু ওইরবসু ফংলুবা পোৎতা পামবা অমসুং পামদবা লৈত্রবা মীগী বুদ্ধি অদু পরমাত্মাদা লেপ্লবনি(৫৭)। ঈশিং ঈমায় চোন্না লৈরবা সমুদ্রদা ঈশিং ময়াম অমুক চেনশিল্লবসু সমুদ্রগী হান্নগী মওং কায়দনা লৈবগুম, কাম পূম্নমক মঙোন্দা চঙলক্লবসু মহাক্কী হান্নগী মওং হোংবা লৈতবা জ্ঞানীতনা শান্তি ফংই অদুগা অপাম্বগী মখা পোল্লিবা মীনদি ফংবা ওমদ্দে (৭০)। অপাম্বা

পূন্নমক থাদোক্তুনা, আসক্তি থাদোক্তুনা ঐগীনি অমদি ঐ হায়বা ৱাখল থাদোক্তুনা চৎলিবা মহাক্তনা শান্তি ফংই(৭১)। হে পার্থ! মসি বন্ধ ফংলবা মীগী ফিবমনি, মসি ফংলবা যোগী অদুনা অমুক হন্না ঙক্করোই, শিরমদাইদা ফিবম অসিদা লৈদুনা শিববদি ব্রহ্মগা অমত্তা ওইদুনা নির্বাণ ফংই(অবান খুবম ফংই)(৭২)।

(অধ্যায় অসিদগী মচং ওইবা খরদং লৌখৎচবা মতাঙ অসিদা লোইজরে)

## অহুমগুবা অধ্যায়

## কর্ম যোগ

## (মচং ওইবা খরদং লৌখৎচবা)

অর্জুননা হংখি : হে জনার্দন ! কর্ম তৌববুদি কর্ম জ্ঞাননা হেল্লি হায়বসি নহাক্কী মত ওইরবদি হে কেশব ! করিগীদমক নহাক্কা ঐবু অকিবগী মশক ওইরবা কর্মদা ইনশিনবীরিবনো(১)? নহাক্কী চয়েৎনরবা ৱাহৈশিং অসিনা ঐগী বুদ্ধি চমম্নহল্লে, মরম অসিনা অনী অসিগী মনুংদা করম্বনা শ্বাইদগী হেন্না ফবা ওইগনি হায়বদু অরেপ্পা ওইনা হায়বীয়ু(২)।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা খুমখি : হে অনঘ ! তাইবঙ অসিদা (অরান খুবম ফংননবগী) লম্বী অনী লৈ : সাংখ্যাশিংগীনা জ্ঞান যোগনা (অদুগা) যোগীশিংগীনা কর্মযোগনা, মসি ঐনা হান্না হায়খ্রবনি(৩)। তশেংনমক কনাগুম্বা অমত্তা কদৌঙৈদসু থবক তৌদনা লৈবা ঙমদে, মরমদি মী পুম্নমকপু প্রকৃতিদগী পোক্লকপা গুণশিংনা নমদুনা থবক তৌহল্লি(৫)। থবক তৌনবা ইন্দ্রিয়শিংবু নমথদুনা থম্লগা ইন্দ্রিযশিংদুনা পান্বা পোৎশিংদুবু মপূক্লিংদা লূপশীনদুনা লৈরবদি মহাক অদু মিথ্যাচার (নমথাক্কী মী) হায়না কৌনৈ(৬)। হে অর্জুন ! মী মহাক অদুনা পূক্লিংনা ইন্দ্রিযশিংবু লাকশিল্লগা (থবক্কী) মহৈ পাম্মুদনা ইন্দ্রিয়শিংনা থবক তৌরিবা মীদু অথোইবনি(৭)। মরম অদুনা নথৌ পাঙথোকউ, মবমদি থবক তৌবনা তৌদবদগী হেন্না ফৈ, থবকপু তৌদ্রবদি নহাক্কী হকচাং অদু ফাওবা লৈবা য়ারোই(৮)। যজ্ঞ তৌদুনা দেবতাশিংবু পেলহল্লু, দেবতাশিং অদুনসু নখোয়গী পেন্নবা তৌসনু, অসুম্না মহৈ মহৈ (নখোয় মশেল) পেলহন্নদুনা থোইনা য়াইফবা ফংঙু(১১)। মরম অদুনা (বিষয়দা) নপশীনবা থাদোকতুনা মতম পূম্বদা তৌফম থোকপা নথৌ তৌ, নপশীনবা য়াওদনা কর্ম তৌরিবা মহাক অদু অথোইবা খুবম ফংঙি(১৯)। জনক অমদি অতৈ কয়ানা (অফবা) কর্মগী পাম্বৈতনা অরান খুবম (সিদ্ধি) ফংখি, অদুনা নহাকসু জীব পূম্নমক্কী য়াইফনবা য়েংদুনা থবক

তৌগদবা ওই(২০)। অথোইবা মীনা তৌবা থবক অতে অতোপ্পা মীনসু মতুং ইনবনি, অথোইবা মীনা প্রমাণ ওইনবা অদু মীয়াম্না মতুং ইল্লি(২১)। হে পার্থ ! মরোল অহুম্মকসিদা ঐনা তৌগদবা করিগুম্বা থবক অমত্তা লৈত্রবসু অদুগা ঐনা ফংখিদ্রিবা অদুগা ফংগে তানগদবা লৈত্রবসু ঐ থবক তৌদুনা লৈ(২২)। প্রকৃতিগী গুণ অহুম্না কর্ম পূম্বা পাঙথোকই অদুবু ঐ হায়বা নাপলনা শুমহৎলবা অপঙবা মীনা "ঐনা তৌবনি" হায়না খল্লি(২৭)। হে অর্জুন! গুণ অমসুং থবক্কী খাযদোকলিবা শরুকশিংগী অশেংবা মশক খঙলবা জ্ঞানীশিংনা গুণশিংনা গুণশিংদা লৈজবনি খন্দুনা থবক্কী মহৈদা মপূক্লিং লূপশীন্দে(২৮)। নহাক্কী থবক পূম্নমক ঐঙোন্দা কৎথোক্লগা ঐঙোন্দা পূক্লিং থিংজিল্লগা থবক্কী মহৈ অমসুং ঐগী হায়বা থাদোক্তুনা পূক্লিংগী অৱাবা থাদোক্তুনা লান তৌ(৩০)। অফবা গুণনা মপুংফাববা অতোপ্পগী ধর্মদগী ইশাগী ধর্মনা মপুং ফাদবা ওইরবসু ফবা হেল্লি, ইশাগী ধর্ম তৌদুনা শিবনা হেন্না ফৈ, অতোপ্পগী ধর্ম চৎপদি অকিবগী মশকি(৩৫)।

অর্জুননা হংখি : হে বার্ষ্ণেয ! মীওইবনা মশানা পাপ হাযবসি তৌনীংদ্রবসু কনানা মখোযবু নমদুনা পাপকী থবক তৌহনবগে(৩৬)?

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হাযখি : অপাম্বদগী ওইবা অশাউবা হাযবসি বজঃ গুণদগী পোকপনি, মসিদি পেন্নাইদবনি, অদুনা মীবু মহাপাপ তৌহল্লি, মসি মীওইবগী যেক্লবনি খঙঙু(৩৭)। মৈখুনা মৈবু, উফুন্না মিংশেনবু অদুগা নাওয়াম্না পূক্লুংগী অঙাংবু কূপশিনবগুম অপাম্বনা জ্ঞানবু কূপ্পুনা থম্মী(৩৮)। হে কুন্তীগী মপাবি ! জ্ঞানী পণ্ডিতশিংগী মতম পূম্নমক্তা য়েক্লবা ওইরিবা মবুক থনবা নাইদ্রবা মৈগুম্লবা অপাম্বা হায়বা অসিনা জ্ঞানবু কূপশিন্দুনা থম্মী(৩৯)। অপাম্বা কামগী কায়দোংফমদি ইন্দ্রিয়শিং, পূক্লিং অমসুং বুদ্ধিনি, মখোয়না মরম ওইদুনা অপাম্বনা জ্ঞানবু কূপশিন্দুনা জীবশিংবু শুমহৎলি(৪০)। হে অর্জুন ! মরম অসিনা নহাক্না অহানবদা ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশীল্লগা পাপ পূম্বগী হৌরকফম ওইবা, জ্ঞান বিজ্ঞানবু মাঙনবা অপাম্বা

অসিবু মাঙহল্লু(৪১)। হকচাংদগী ইন্দ্রিয়না হেল্লি, ইন্দ্রিয়দগী পূক্লিংনা হেল্লি, পূক্লিংদগীসু বুদ্ধিনা হেল্লি অদুগা বুদ্ধিদগী হেনবদি আত্মানি(৪২)। হে মহাবাহু! অসুম্না বুদ্ধিদগী হেনবা আত্মাবু মশক খঙলগা বুদ্ধিনা মরম ওইদুনা পূক্লিংবু লাকশিন্দুনা অপাম্বগী মশক ওইবা লাকণ্ডমদ্রবা যেক্লবা অসি মাঙহল্লু(৪৩)।

(অধ্যায় অসিদগী মচং ওইবা খবদং লৌখৎচবা মতাঙ অসিদা লোইজবে)

# মরিশুবা অধ্যায়

## জ্ঞান যোগ

## (মচং ওইবা খরদং লৌখৎচবা)

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি : অসুম্না অমাঙ অতা লৈত্রবা কর্ম যোগগী লম্বেল অসি ঐহাক্না সূর্য্যদেবদা তাকখি, সূর্য্যদেবনা মনুদা অদুগা মনুনা ইক্ষাকুদা তাকখি(১)। হে পরন্তপ ! অসুম্না মথং মথং ফংনরক্লবা কর্ম যোগ অসি বাজর্ষিশিংনা খঙনখি, অদুবু মতম কুইমনবদগী যোগ অসি তাইবঙ অসিদা মাঙনগুমলে(২)। মতম কুইখ্রবা হায়রিবা যোগ অদুমক ঙসি ঐহাক্না নঙোন্দা তাকখ্রিবসিনি মরমদি নহাক ঐগী ভক্তনি অমসুং চান্নবা মরূপ্নি, মসি লেপ্পুমক অথোইবনি অথূপ্পনি(৩)।

অর্জুননা হায়খি : ইবুংঙো নহাক্না পোকপদি কুইখ্রি অদুগা সূর্য্যদেবনা পোকপদি কুইখ্রবনি, মরম অদুনা মমাঙঙৈ নহাক্না সূর্য্যদেবদা তাকখি হায়বসি ঐনা করম্না খঙগনি(৪)।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি : হে অর্জুন ! ঐগা নহাক্কগী মপোক অসি কয়ারক ওইখ্রে, হে পরন্তপ ! ঐদি পূম্নমক অসি খঙঙী, অদুবু নহাক্তি খঙদে(৫)। হে ভাবত (হে অর্জুন) ! ধর্মনা মরায় চায়থরকপা অদুগা অধর্মনা মবায় হাইগৎলকপা মতম অদুদা ঐ ইশামক হেক হেক নোংগুম্মী (অবতার তৌই)(৭)। সাধূশিংবু (অফবা মীশিংবু) ঙাক্লনবগীদমক, ফত্তবশিংবু মাঙননবা, ধর্মবু অমুক লিংখৎনবগীদমক ঐনা যুগ যুগ খূদিংদা অবতার তৌই(৮)। হে অর্জুন ! মী মহাক অদুনা ঐগী লাইগী ওইবা মপোক অমদি থবকপু থাঙ্গৈশেংনা খঙলবদি মহাক্না শিরগা অমুক পোক্লরোই, ঐঙোন্দা তিনগনি(৯)। হে পার্থ ! মীওইবনা ঐবু নীংনীংবা মওংদা নীংই অদুগুম্না ঐনসু মখোয়বু নীংই মরমদি মওং পূম্নমক্তা মীওইবনা ঐগী লম্বী চৎপনি(১১)। কর্ম (থবক) হায়বনা করিনো, অকর্ম (থবক নত্তবা) হায়বনা

করিনো হায়বসিদা পণ্ডিতশিং ফাওবা চমম্লিরিবনি, ঐহাক নঙোন্দা কর্মগী অশেংবা তাক্কে, মদু খঙলগা নহাক অন্নাবদগী নাম্থোক্কনি(১৬)। তৌগদবা থবক্লা করিনো, তৌরোইদবা (তৌহৈদবা) থবক্লা করিনো, অদুগা থবক তৌদবনা করিনো খঙগদবনি, থবক্কী অশেংবা মশক খঙবা য়াম্লা লুই(১৭)। কর্মদা অকর্ম, অকর্মদা কর্ম উবা ঙম্লবা মহাক অদু মী মরক্তা অশিংবনি, মহাক যোগীনি, থবক পূম্বা পাঙথোক্কবনি(১৮)। অপাম্বা য়াওদনা থবক তৌরিবা, তৌরিবা থবক অদুবু জ্ঞানগী মৈনা চাকথেকহল্লিবা মহাক অদুবু জ্ঞানীশিংনা পণ্ডিত কৌনৈ(১৯)। যজ্ঞগী হোমগী পোৎচঙদু ব্রহ্মনি, কৎলিবদুসু ব্রহ্মনি, ব্রহ্মগী মশক ওইরবা মৈদা ব্রহ্মগী মশক ওইবা যজ্ঞ তৌরিবা মহাক্লা হোম তৌবগী থবক অদুসু ব্রহ্মনি, থবক্তা ব্রহ্মবু উববা মহাক অদু ব্রহ্ম লেপ্পমক ফংই(২৪)।

কনা কনাগুম্বা কর্মযোগীশিংনা দেবতাশিংদা হোম কৎলি, কনাগুম্বনা ব্রহ্মগী মশক ওইববা মৈদা যজ্ঞনা মরম ওইদুনা যজ্ঞগী হোম তৌই(২৫)। খরনা দান তৌদুনা, খবনা তপ তৌদুনা, অদুগা খবনা যোগ তৌদুনা অতোপ্পা খবনা অমুক অকনবা ৱাশক ঙাক্কুনা ধর্মগী ৱাফম নৈনদুনা জ্ঞানগী মতেংনা যজ্ঞ তৌই(২৮)। অসুম্না যজ্ঞ মখল মখাশিং অসি বেদশিংনা তাক্লি, মখোয পূম্নমক অসি থবক্তগী ওইবকপা ঙাক্তনি হাযবা খঙভু, অসুম্না খঙলবা নহাক অবান খুবম ফংগনি(৩২)। হে পবন্তপ ! জ্ঞানযজ্ঞ (লৌশিংনা তৌবা যজ্ঞ)না দ্রব্যযজ্ঞ (পোৎচৈনা তৌবা যজ্ঞ) দগী হেল্লি, থবক পূম্নমক মমৈদা জ্ঞানদা মতোল লোম্মী(৩৩)। তত্ত্ব খঙবা জ্ঞানী ওইবা গুরুদা খুরুমজদুনা সেবা তৌদুনা আত্মজ্ঞান খঙভু, মখোয়না নুংশিদুনা নঙোন্দা জ্ঞান অদু তাকপিরক্কনি(৩৪)। নহাক্লা পাপীশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না পাপ চেনবা ওইরবসু জ্ঞানগী হিনা পাপ পূম্নমক লাম্থোক্কনি(৩৬)। হে অর্জুন ! চাকখৎলবা মৈনা শীং পূম্নমকপু উৎ ওইহনবগুম জ্ঞানগী মৈবিনা কর্ম পূম্নমক উৎ ওইনা চাকথেকই(৩৭)। তশেংনমক তাইবঙ অসিদা জ্ঞানগা মান্ননা শেংবা অমত্তা লৈতে, কর্ম যোগদা মপূং ফারবা মহাক অদুদদি

তান্নরুবা তৌদনা মঙোন্দা অদুম লাকচরবা জ্ঞান অসি ফংই(৩৮)। গুরুনা তাকপদা থাজবা মদুদা পূক্লিং হাপ্লা অমসুং ইন্দ্রিয় লাকশিনবা মীনা জ্ঞান ফংই, জ্ঞান ফংলবদা মহাক্না থীন্দনা অথোইবা শান্তি ফংই(৩৯)। জ্ঞান লৈতবা, থাজবা লৈতবা, মবুক্লিংদা চিংনদুনতা লৈবা মীদি মাঙজরবনি, অসিগুম্বা মীদি তাইবঙ অসিদসু মথংগীদসু মফম লৈতে, নুংঙাইবসু লৈতে(৪০)। অদুনা হে ভারত ! অজ্ঞাননা থোকহনবা থম্মোয়দা লৈবা অসিগুম্বা নহাক্কী চিংনবসি জ্ঞাননা থাও ওইদুনা ককথৎলগা যোগদা লৈরো, হৌগৎলো(৪২)।

(অধ্যায় অসিদগী মচং ওইবা খবদং লৌখৎচবা মতাঙ অসিদা লোইজরে)

# মঙাশুবা অধ্যায়

# কর্ম সন্ন্যাস যোগ

## (মচং ওইবা খরদং লৌখৎচবা)

অর্জুননা হাযখি : হে কৃষ্ণ ! ইবুংঙো নহাক্না অমুক্না কর্মত্যাগ তৌবা সন্ন্যাসপু (থবক থাদোকপবু) ফৈ তাকপিবগা অমুক্না কর্মযোগ (থবক তৌবা) বু ফৈ হাযনা থাগৎলি, অনী অসিগী মনুংদা কবস্বনা ফবা হেনবগে হায়বদু হৌজিক অবেপ্পা অমা ওইনা তাকপিবো(১)।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হাযখি : সন্ন্যাস অমসুং কর্ম যোগ অনীমক মোক্ষ পীবা ঙাক্কনি অদুমদি ওইবগা অনীসিগী মনুংদা কর্ম সন্ন্যাসতগীদি কর্ম যোগনা হেল্লি(২)। অপঙবশিংনা সাংখ্য যোগ (জ্ঞান যোগ) গা কর্ম যোগগা অনীসি তোঙান তোঙানবনি হায, অদুবু পণ্ডিতশিংনদি হাযদে, অনীসিগী মনুংদা অমত্তংদবু চৎলবদি মহৈ অদুমক ফংই(৪)। সাংখ্য যোগী (কর্ম সন্ন্যাসী) শিংনা ফংবা খুবমদু কর্ম যোগীশিংনসু ফংই, অদুনা সাংখ্য (জ্ঞান) গা কর্মযোগগা অমত্তনি হায়না উবিবা মহাক অদু তশেংনা উববনি(৫)। তত্ত্ব খঙবা কর্মযোগীনা য়েংবা, তাবা, শোকপা, মনম নম্বা, চৎপা, তূম্বা, নুংশা স্বব হোনবা, ৱা ঙাঙবা, থাদোকপা, লৌবা, মীৎ পাঙবা অমসুং উইশিনবা পূম্নমক অসি ইন্দ্রিযশিংনা মখোযগী মথৌ তৌজবনি "ঐহাক কবি অমত্তা তৌবা নত্তে" অসুম্না নীংই (৮- ৯)। ঈশ্বরনা তাইবঙ অসিদা কনাবুসু থৌবু ওইনবা শেমখিদে থবকসু শেমদে, অদুগা থবক্কা মহৈগা পূনশিন্নবসু শেমদে, প্রকৃতিতনা তৌজবনি(১৪)। মফম পূম্নমক্তা শীনবা থুংনা লৈবা ঈশ্বরনা কনাগুম্বগী পাপ লৌদে অদুগা পুণ্যবুসু লৌদে, অজ্ঞাননা জ্ঞানবু কূপশীনবা মবম্না জীবশিংনা হেক হেক ঙকই(১৫)। ঈশ্বরতত্ত্বগী জ্ঞাননা অজ্ঞানবু মাঙহন্নখ্রবা মীশিং অদুগী মবীদা জ্ঞাননা নুমিৎকুম ঙান্দুনা ঈশ্বর উহল্লি(১৬)। ইশ্বরদা পূক্নিং লূপ্পবা, মঙোন্দা ৱাখল থম্লবা, মহাক্তনা

থবায় ওইরবা, মঙোন্দা মায় ওনশীল্লবা, জ্ঞাননা মরম ওইরদুনা পাপ কোক্লবা মীশিংনা অমুক হল্লক্ররোইদবা মফম ফংই(১৭)। পণ্ডিতশিংনা মহৈ হৈবা অমদি লমচৎ ফজবা, ব্রাহ্মণ, ষণ, শাম্মু, হূই অমসুং চণ্ডাল পূম্নমক্কী মফমদা চপ- মান্নবা উই(১৮)। মপালগী বিষয় ভোগ (ইন্দ্রিয় পেন্নবা পোৎশিং) তা অপান্বা লৈত্রবা, পরমাত্মাদতা নুংঙাইবা ফংজরিবা, ব্রহ্মদা অমত্তা ওইবগী রাখল লৈজরিবা মহাক অদু অমাঙ- অতা লৈত্রবা নুংঙাইবদু ফংঙি(২১)। ইন্দ্রিয়গা বিষয়গা তিন্নবদগী ফংলিবা নুংঙাইবা পূম্নমকসি অৱাবগী পোক্ন ফমনি, মসিদি হৌবা লোইবা নাই, মরম অসিনা হে কুন্তীগী মপারি ! মখোয়দুদা জ্ঞানীশিংনা মপূক্লিং চঙদে(২২)। তাইবঙসিদা হিংলিঙৈদা অপান্বা অশাউবদগী থোরকপা শাফূ অদুবু খাঙবা ঙম্লবা মী অদু যোগীনি অমসুং নুংঙাইরবা মীনি(২৩)। অপান্বা অমদি অশাউবা লৈত্রবা মপূক্লিং লাকশিল্লবা আত্মতত্ত্ব খঙলবা জ্ঞানীশিংদি হিংলিঙৈদসু শিরবা কান্দসু পরব্রহ্মগা অমত্তা ওই(২৬)। মপানগী পোৎকা ইন্দ্রিয়গা লৈনবা মরী অদু চঙহন্দনা পিশূম অনীগী মরক্তা মীংয়েং থল্লগা নাতোন মনুংদা হোন্দোক হোঞ্জিন তৌরিবা প্রাণ অমসুং অপান বায়ু অনীবু চপ মান্নবা থল্লগা ইন্দ্রিয়গা পূক্লিং- বুদ্ধিগা লাকশিল্লবা অপান্বনে- অকিবনে অশাউবনে লৈত্রবা অবান- খুবমদা মায় ওনশীল্লবা অদুগুম্বা মী মহাক অদু মতম পূম্নমক্তা মুক্ত ওই(২৭-২৮)।

(অধ্যায় অসিদগী মচং ওইবা খরদং লৌখৎচবা মতাঙ অসিদা লোইজরে)

# তরুকশুবা অধ্যায়

# আত্মা সংযম যোগ

# (মচং ওইবা খরদং লৌখৎচবা)

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি : কর্মগী মহৈগী অপাম্বা যাওদনা তৌগদৌরিবা মথৌ তৌরিবা মহাক অদু সন্ন্যাসীনি অমসুং যোগীনি, অদুগা যজ্ঞ তৌদবা অমসুং থবক তৌদবা মীদুদি সন্ন্যাসী যোগী অমত্তা নত্তে(১)। যোগদা মতোন য়ৌনা কাখৎপা পাম্লিবা মুনিদি অপাম্বা যাওদনা মথৌ তৌবতনা ওই, অদুগা যোগদা লৈরবা মহাক অদুগীদি পূক্লিংগী শান্তি অসিতনা পাম্বে ওই হায়নৈ(৩)। মী অমনা মশানা মশাবু থাঙ্গৎচগদবনি, মশানা মশাবু লৈথা তাহনফদে, মরমদি মশগী মরূপ মশানি অদুগা মশাগী যেক্লবসু মশামক্রি (৫)। মশানা মশাবু লাকশীঞ্জবিবা মহাক অদু মশানা মশাগী মকপ্পি অদুগা মশানা মশাবু লাকশিনবা ঙমদ্রবদি মশানা মশামক্কী য়েক্লবনি(৬)। অঙৎবা অশাবা, নুংঙাইবা অৱাবা, ইকায়খুম্নবা খুম্নদবা পুম্নমক্তা চপ মান্নবা পূক্লিং লোঙদনা শান্তি ওইনা লৈরবা মহাক্কী থম্মোয়দা পরমত্মানা লেঙদনা লৈ(৭)। পূক্লিং হকচাং লাকশীল্লবা অপাম্বা অমসুং ওইজবা লৈত্রবা যোগীনা অচিকপা মফমদা মথক্তা লৈদুনা যোগ অভ্যাস তৌগনি(১০)। অশেংবা মফমদা য়াম্লসু বাংদনা য়াম্লসু নেমদনা কুশ মনা থাদুনা মদুগী মথক্তা ফি থাদুনা লেঙদবা আসন শেম্লগা আসন অদুদা ফমদুনা পূক্লিং অনী লোঙদনা পূক্লিং অমসুং ইন্দ্রিয়গী থবক লাকশীন্দুনা আত্মাশুদ্ধিগীদমক যোগ তৌনবা হোৎনগদবা ওই (১১-১২)। হকচাংনে কোকনে ঙকশমনে চপ য়ুংনা হাইহ্মহন্দনা লেঙদনা ফম্লগা মায়কৈ অতৈদা য়েংলুদনা নাতোন নাচিদা মীৎযেং থম্লগা থম্মোয় ঈংলবা অকিবা লৈত্রবা যোগীনা ব্রহ্মচারী ব্রত তৌদুনা পবমেশ্বর ঐতবু নীংদুনা অমসুং ঐতবু অথোইবনি খন্দুনা নীংগদবা ওই(১৩-১৪)। পূক্লিং লাকশিল্লবা যোগীনা অসুম্না অতৎপা লৈতনা ঐঙোন্দা মপূক্লিং থমদুনা

প্রমেশ্বর ঐগোন্দা লৈবা, ঐগোন্দা তিনবা লেঙত্রবা শান্তি ফংবো ঙন্মী(১৫)। হে অর্জুন ! য়াম্না চাগনবা মীগীদি যোগ অসি ওইরোই, শূকচা চাদবা মীগীসু ওইরোই, য়াম্না তূমগনবা মীগীসু তূমদনা লৈবা মীগীসু যোগ অসি ওইরোই(১৬)। নিয়ম নাইনা চা- থকপা, নিয়ম নাইনা শান্নবা, নিয়ম নাইনা থবক তৌবা, তূম্বা অমদি য়াহৌবদা নিয়ম নাইবা মীগী অম্বাবা কোক্র বনি যোগ অসি(১৭)। যোগদা পূক্লিং লৈতারবা, পুম্নমক্কী মফমদা চপ মান্ননা খল্লবা যোগীনা মাগী আত্মানা জীব পুম্নমক্তা লৈবা অদুগা অতৈগী আত্মানা মাগীদা লৈবা উই(২৯)। পরমেশ্বর ঐবু পুম্নমক্তা উবা অদুগা ঐগোন্দা পুম্ন মকপু উবা মহাক অদুগী মরীদা ঐনা উদবা লৈতে অদুগা মানসু ঐগী মরীদা উদবা খঙদবা তৌদে(৩০)।

অর্জুননা হায়খি : হে মধুসূদন ! অসিগুম্বা পুম্নমকপু চপ মান্ননা উবগী মশক ওইবা যোগ অসি ইবুংঙো নহাক্না তাকপিরে অদুবু পূক্লিংসিদি লৈতাদবনিনা যোগ অসি তুংইকোইগদবা মওং ঐহাক্না উজদে(৩৩)। হে কৃষ্ণ ! পূক্লিং হায়বসি তয়াং- তথকই, মসিনা হৃকচাং অমসুং ইন্দ্রিয়শিংবু লাওহল্লি (লাকওম ফাওমদে) কল্লি অমদি হায়ন- তানবা য়াদে অদুনা মসিবু ফাজিনবদি নুংশিং ফাবগুম য়াম্না অরুবা ওইগনি(৩৪)।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি : হে মহাবাহু ! পূক্লিং হায়বস্রি লাকওম- ফাওমদে তথক- তয়াংই হায়বসিদা চিংননীংঙাই লৈতে, অদুবু হে কুন্তীগী মপারি ! হন্না হন্না হোৎনবা অমসুং অপাম্বা থাদোকপনা মসিবু লাকশিনবা ঙমগনি(৩৫)। পূক্লিং লাকশিনবা ঙমদ্রিবা মীনা যোগ ফংবা লুই, অদুগা পূক্লিং লাকশিল্লবা নীতি নিয়ম চুম্না চৎলবা মীনা যোগসি ফংবা ঙম্মী হায়বসি ঐগী অরেপ্পনি(৩৬)।

অর্জুননা হায়খি : হে কৃষ্ণ ! থাজবগা লোয়ননা যোগ সাধন তৌরুরগা মতুংদা যত্ন লৈতদুনা যোগদগী কায়রকুনা যোগ সিদ্ধি ফংদবা যোগীনা করি পল্লুংফম ফংবগে(৩৭)।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি : হে পার্থ ! তাইবঙ অসিদসু অদুগা

লাইরেবাক্তসু অমাঙবা লৈতে, মরমদি হে তাত ! অফবা তৌবা অমত্তনা কদৌঙেদসু ফত্তবা ফংবা হৌনদে(৪০)। যোগদা মহে য়ানখিদ্রবা মী অদুসু পুণ্য তৌবশিংনা ফংনবা মফম স্বর্গনচিংবদা মতম কুইনা লৈরুরগা মবুকচেল শেংবা, মরল লৈবশিংগী ইমুংদা পোকলে(৪১)। নৎত্রগা জ্ঞান লৈবা যোগীশিংগী ইমুংদা পোকলে তাইবঙপান অসিদা মসিগা মান্নবা মপোকতি অতাঙবনি(৪২)। হে কুরুনন্দন ! নহালমুক্কী মপোক্তা নিংথীনা তানশিনখিবা লৌশিং অমুক ফংদুনা অমুক হন্না যোগ সিদ্ধি ওইননবা কন্না হোৎলে(৪৩)। হৌখিবা মপোক্কী হৈনরকপা অদুনা মহাকপু থিংবা য়াদনা হুমদুনা যোগগী লম্বীদা চিংশিল্লি, যোগ অদুবু পামজরুবতনা বেদদগীসু লাম্থোকই(৪৪)। অদুগা নহালমুক্কী মপোকতগী হেন্না চেকশিন্না হোৎনদুনা যোগীনা মপোক কয়ামুক্কী মতুংদা পাপ কোক্লগা সিদ্ধ ফংই, অদুদগীদি মহাক অথোইবা পম্বুং ফংই (পরমাত্মাদা তিল্লি)(৪৫)। যোগীদি তপস্বীদগী হেল্লি, জ্ঞানীদগীসু হেল্লি, অদুগা কর্ম তৌবশিংদগীসু হেল্লি, মরম অসিনা হে অর্জুন ! নহাক যোগী ওইয়ু(৪৬)। থাজবগা লোয়ননা পরমেশ্বর ঐঙোন্দা পূক্রিং লূপ্পবা মহাক যোগী পুম্নমক্তগী অথোইবনি, মসি ঐগী মতনি(৪৭)।

(অধ্যায় অসিদগী মচং ওইবা খরদং লৌখৎচবা মতাঙ অসিদা লোইজরে)

# তরেৎশুবা অধ্যায়

# জ্ঞানবিজ্ঞান যোগ

## (মচং ওইবা খরদং লৌখৎচবা)

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি : হে পার্থ ! নহাক্না ঐঙোন্দা পূক্নিং লূপ্তুনা ঐঙোন্দা চঙজদুনা যোগ তৌরবদি ঐবু চিংনবা লৈতনা খঙগনি, মদু ঐ হায়গে তাও(১)। ঐহাক নঙোন্দা বিজ্ঞানগা লোয়ননা জ্ঞানবু চিথ্রবা লৈতনা হায়গে, মদু খঙলবদি তাইবঙ অসিদা খঙগদৌবা অতোপ্পা অমমুক লৈররোই(২)। মী লীশিং লীশিংগী মনুংদা কনাগুম্বা অমত্তংদনা মহৈ য়াম্নবা(ব্রহ্ম ফংনবা) হোৎনৈ, হোৎনরিবশিংদুগী মনুংদা কনাগুম্বা অমখক্তনা ঐবু শেংনা খঙঙী(৩)। লৈবাক, ঈশিং, মৈ, নুংশিৎ, অতিয়া, পূক্নিং, বুদ্ধি অমসুং অহঙ্কার (নাপল) অসুম্না মখল নিপাল থোক্না খায়দোকলিবসি ঐগী প্রকৃতিনি(৪)। হে মহাবাহু ! অসিগুম্বা মখল নিপালগী প্রকৃতি অসি হন্থবা মওংগী (অপরা) প্রকৃতিনি, মসি নত্তবা অথোইবী জীব কৌবী ঐগী প্রকৃতি অমা লৈবি, মসিনা জগৎ অসিবু পুরিবনি খঙঙু(৫)। হে কুন্তীগী মপারি ! ঈশিংদা লৈবা মহাও, নুমিৎ থাদা লৈবা মঙাল, বেদ পুম্বদা লৈবা ওঁকার, অতিয়াদা লৈবা খোঞ্জেল অদুগা মীওইবদা লৈবা নুপা থোকপা ঐহাক্নি(৮)। অদুগা লৈবাক্তা লৈবা অশেংবা মনম, মৈদা লৈবা মৈশা- মঙাল, অহিংবশিংগী পুন্সি, তপস্বীশিংগী তপস্ হায়বা অদুসু ঐনি(৯)। সত্ত্বগুণনা ওইবা, রজঃগুণনা ওইবা অমসুং তমঃগুণনা ওইবা পোৎ পুম্নমক ঐঙোন্দগী ওইখিবা ঙাক্তনি হায়বা খঙঙু, মখোয়শিং অদু ঐঙোন্দা লৈ, অদুবু ঐদি মখোয়দা লৈতে(১২)। গুণ অহুম্না ওইহল্লিবা ঐগী ঈশ্বরগী ওইবা মায়া কৌবী অসিদগী লাম্থোকপা লুই, ঐঙোন্দা চঙজরকপশিংতনা মায়া অসি লাম্থোকই(১৪)। ভরত শাগৈদা অথোইবা হে অর্জুন ! পুণ্য তৌবা মী মখল মরিনা ঐবু নীংই, মখোয় অদুদি হে অর্জুন ! অৱাবা তারবা অমা, লনথুম

নুংঙাইবা পাম্বা অমা, লৌশিং তাক্লিবা অমা, লৌশিং লৈবা মী অমা মরি অসিনি(১৬)। মখোয়দুগী মনুংদা নিত্তিগী ভক্তনা যোগ তৌবা, পূক্লিং অনী লোঙদনা ঐঙোন্দা ভক্তি তৌবা জ্ঞানী অদুনা অখোইবনি, মরমদি ঐহাক জ্ঞানীশিংগী চান্নখোইবনি, অদুগা মখোয়না ঐগী অচানবনি(১৭)। হায়ব্রিবা মখল মরিমক অফবা ওাক্তনি অদুবু জ্ঞানীনা ঐগী আত্মামকনি, মসিমক ঐগী মতনি, মরমদি মহাক্না মপূক্লিং লাকশিন্দুনা ঐতবু নীংদুনা লৈবনা পূন্নমক্তগী অখোইবা গতি ওইবা ঐঙোন্দা লেঙদনা লৈ(১৮)। জ্ঞানী ভক্তনা মপোক কয়ামরুম পোক্লুরগা অরোইবদা পূন্নমক অসি বাসুদেবনি হায়বগী জ্ঞান ফংদুনা ঐঙোন্দা চঙজে, অসিগুম্বা মহাত্মাদু অতাওবনি(১৯)। হে ভারত, হে পরন্তপ ! তাইবঙগী অপাম্বা অমসুং পামদবগী জুরানা ওইহনবা অবাবনা শুমহৎতুনা জীব পূম্বসি পংথদুনা জ্ঞান মাঙই(২৭)। অদুবু অফবা থবক তৌদুনা পাপ কোকখ্রবশিং অদুদি অপাম্বা অমসুং পামদবনা ওইহনবা শুমহৎপা অদুবু লাম্থোক্তুনা অচেৎপা ব্রাশক্তা লোয়ননা ঐবু নীংই(২৮)। অধিভূত (পোৎশিংগী শকউৎ), অধিদৈব (লাইশিংগী মনুংদা) অমসুং অধিযজ্ঞ (যজ্ঞ ঙাকপা) অসিগা লোয়ননা ঐবু খঙবা মখোয়না শিরমদাই ফাওবা ঐবু খঙই, নীংশিংবা ঙম্মী(৩০)।

(অধ্যায় অসিদগী মচং ওইবা খরদং লৌখৎচবা মতাঙ অসিদা লোইজরে)

# নিপালশুবা অখ্যায়
## অক্ষরব্রহ্ম যোগ
## (মচং ওইবা খয়দং লৌখৎচবা)

অর্জুননা হায়খি : হে পুরুষোত্তম ! ব্রহ্ম হায়বদু করিনো, অধ্যাত্ম হায়বনা করিনো, কর্ম হায়বনা করিনো, অধিভূত হায়বনা করিনো অমসুং অধিদৈব হায়বনা করিবু কৌবগে(১)। হে মধুসূদন ! অধিযজ্ঞ হায়বনা করিনো অদুগা মসিনা হকচাংদা করম্না লৈবগে, অদুগা পূক্নিং লাকশিল্লবশিংনা শিবমদাইদা ইবুংঙো নহাকপু কবম্না খঙবগে(২)?

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি : অমাঙ- অতা লৈতবা খ্বাই পূম্নমক্তগী অথোইবা অদু ব্রহ্মনি অদুগা মাগী স্বভাব অংশনা ওইবা জীবাত্মাবু অধ্যাত্ম কৌই অদুগা অচৎ- চত্ত জীব পূম্নমক ওইরক্নবগী মরম অমদি থোকহনবা অদুবু কর্ম কৌই(৩)। থব্বায় পানবশিংগী মনুংদা অথোইবা হে অর্জুন ! মাঙবা নাইবা পোৎ পূম্নমক অধিভূতনি, হকচাংগী মপু থব্বায়না অধিদৈবনি অদুগা হকচাং অসিদা লৈরিবা ঐনা অধিযজ্ঞনি(৪)। শিরমদাই মতমদা ঐবু নীংশিংদুনা হকচাং থাদোক্নুনা চৎপা মীনা শোয়দনমক ঐঙোন্দা তিল্লে হায়বসিদা চিংনমীংঙাই লৈতে(৫)। হে কুন্তীগী মপারি ! মী অদুনা হিংলিঙৈদা তত্তনা নীংজরকপা অদু মানা শিরমদাইদা নীংশিংই, তত্তনা খনবনা খল্লিবা অদুম অদুম্বদু ফংঙি(৬)। ইন্দ্রিয়গী মশক ওইবা থোঙ পূম্নমক থিংলগা থাম্মোয়দা পূক্নিং থমদুনা লব্বাই লেম্ফুদা থব্বায় থল্লগা (প্রান বায়ু হাপ্লগা) যোগদা লেঙদনা লৈরগা খোম্ছোক অমত্তা ওইবা ব্রহ্মগী মশক ওবিবা ওঁ হায়বসি শোন্দুনা অমদি ঐবু নীংশিংজরগা হকচাং থাদোক্লবদি মহাক অথোইবা খুবম ফংই(১২-১৩)। হে পার্থ ! মতম লৈবা খিবিক্তা পূক্নিং অনী লোঙদনা অতৎপা লৈতনা ঐবু নীংজরবা যোগী অদুগী মরীদদি ঐবু লায়না ফংনীংঙাইনি(১৪)। অথোইবা মহে য়ানবা ফংলবা থব্বায়শিং অদুনা

ঐবুংলবা তুংদদি অবাবগী তুংনফম ওইরিবা অরেম্বা লৈতবা হন্না হন্না পোকপা হায়বদু ওইররোই(১৫)। কুন্তীগী মচা অর্জুন ! ব্রহ্মলোকতগী হৌরদুনা মখারোমদা লৈরিবা লোক অপূম্বা পোকপা শিবা নাইবা গুাক্তনি, অদুবু ঐবু ফংজরবা মহাক অদুদি অমুক হন্না পোক্করোই(১৬)। মহাযুগ লীশিং অমনা ব্রহ্মাগী নুংথিল ওই, মহাযুগ লীশিং অমনা ব্রহ্মাগী অহিং ওই হায়বা খঙলবশিং অদুতনা অহিং নুংথিলগী অশেংবা তত্ব খঙই(১৭)। ব্রহ্মাগী নোংঙাল্লকপদা ফোংদনা লৈরম্বা (অব্যক্ত) অপূম্বা ফোংদোরকই (ব্যক্ত ওইরকই) অদুগা ব্রহ্মাগী অহিং চঙলকপদা "ফোংদবা কৌবা" অদুমক্তদা অমুক তিনখি(১৮)।

হে পার্থ ! মশীং লাকঙমদ্রবা জীবশিং অসিনা হন্না হন্না পোক্লগা হিকতোকপা য়াদনা ব্রহ্মাগী অহিং ওইরক্লবদা অব্যক্তদা তিল্লি অদুগা ব্রহ্মাগী নুংথিল অমুক ওইববদা অমুক থোরকই(১৯)। অদুবু হায়রিবা অব্যক্ত অসিদগী তোপতোপ্পা মশক নাইদ্রবা মাঙবা নাইদ্রবা অথোইবা অমসু লৈরি, অচৎ- চত্ত জীব পুম্নমক্লা মাঙখ্রবসু মহাকতি মাঙবা লৈত্রে অসিগুম্বা অথোইবা অব্যক্ত অসিবু অক্ষর (অমাঙ অতা লৈতবা) হায়নসু খঙনবা অদুমক পরমগতিনি হায়নৈ, কনাগুম্বনা মফম অসি ফংলবদি পোকপা শিবা নাইবা তাইবঙদা অমুক হল্লকত্রে মদু ঐগী অথোইবা মফমনি(২০-২১)। মৈ, মঙাল, নুংথিল, পানখৎলকপা থাখায়, নুমিৎনা অবাংলোমদা লৈবা থা তরুক্কী মতম হায়রিবা অসিদা চৎখিবা (শিবা) ব্রহ্ম খঙবা মীশিংদুনা ব্রহ্ম ফংলুই(২৪)। মৈখু, অহিং, শিথরকপা থাখায়, নুমিৎনা খারোমদা লৈবা থা তরুক্কী মতমদা চৎখিবা (শিবা) যোগীনা চন্দ্রলোক্কী মঙালদা লৈরুরগা তাইবঙদা অমুক হল্লকই(পোকলৈ)(২৫)। তাইবঙ অসিদা অঙানবা অমসুং অমম্বা হায়বা লম্বেল অনী লেঙদনা লৈ, অমনা (অহানবনা) মোক্ষ ফংদুনা অমুক হল্লক্তরোইদবা লম্বীনি, অতোপ্পা অমনা (অনীশুবনা) শিরগা অমুক হল্লক্কদবা লম্বীনি(২৬)। হে পার্থ ! লম্বেল অসি খঙলবা যোগীনা করিগুম্বদা ওকপা লৈতে, মরম অদুনা হে অর্জুন ! মতম

পূন্নমক্তা নহাক যোগদা লেঙদনা লৈয়্যু(২৭)। বজ্ঞ তৌবদগী, তপ তৌবদগী অমসু দান তৌবদগী ফংবা অফবা মহৈ পূন্নমক্তগী মথক্ত পনগ্রিবা লম্বী অসি খঙলবা যোগী অদুনা পূমহেন হেল্লি, মহাক্তি অহানবা অমসুং অথোইবা মফম (পরম ধাম) অদু ফংই(২৮)।

(অধ্যায় অসিদগী মচং ওইবা খরদং লৌখংচবা মতাঙ অসিদা লোইজরে)

# মাপনশুবা অধ্যায়
# রাজ বিদ্যা রাজ গুহ্য যোগ
## (মচং ওইবা খরদং লৌখৎচবা)

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি : মীগী ফত্তবা অরানবা খন্দ্রবা অর্জুন ! নঙোন্দা পূন্নমক্তগী হেন্না থূপ্পবা বিজ্ঞানগা লোয়নবা জ্ঞান অসি তাক্কে, মসিবু খঙলবদি নহাক সংসারগী অৱাবদগী কোক্কনি(১)। ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক ওইরবা হায়রিবা জ্ঞান অসি বিদ্যা পূন্নমক্কী নিংথৌনি, অথূপ্পা পূন্নমক্তগী থোইনা থূপ্পনি, থোইদোক্না শেংলবনি, শংশঙনা মসিগী মহে পীবনি, ধর্মগী মশক ওইবনি, লায়না পাঙথোকপা ঙম্বনি অমসুং অমাঙ- অতা লৈতবনি(২)। ফোংদোকতবা মওংদা ঐনা পূন্নমক্তা শীনথুংনা লৈ, জীব পূন্নমক ঐঙোন্দা লৈ, অদুবু ঐদি মখোয়দা লৈতে(৪)। ঐহাক্তি জগৎ অসিগী মপানি, মমানি, য়োকপিরিবদুনি, মপা পোকপা মপুনি, খ্বাইদগী শেংবা ওঁকারদু ঐনি, ঋগ, সাম অমসুং যজুর্দেব হায়বদুসু ঐনি(১৭)। ঐহাক্তি পূন্নমক্কী পঙ্ক্ষুংফমনি, য়োকথাকপিবনি, মপুনি,সাক্ষীনি, ময়ূম্নি, চঙজফমি, মরূপ্নি, হৌরকফমনি, মাঙনবনি, য়ূমফমনি, পূক্কে- লনগৈনি, অমাঙ- অতা লৈররোইদবা মরূনি(১৮)। অতোপ্পা অমবু খল্লুবা তৌদনা ঐতবু লাৎচরিবা মখোয়না মতম পুম্বদা ঐঙোন্দা মপূক্নিং লূপখ্রবা মখোয়গীদমক ফংদ্রিবা পোৎ ফংহনবা অমসুং ফংলবা পোৎপু ঙাকশেনবা ঐনা তৌবী(২২)। অদুগুম্বা ভক্ত অদুনা থম্মোয় শেংনা ভক্তিগা লোয়ননা উ- না অমত্তং ওইরবসু লৈ- না অমত্তং ওইরবসু, হৈ অমত্তং ওইরবসু নৎত্রগা ঈশিং খরতং ওইরবসু ঐঙোন্দা কৎচরিবদো ঐনা লৌবী(২৬)। হে কৌন্তেয় (কুন্তীগী মপারি) নহাক্না করিগুম্বা অমা তৌবা করিগুম্বা অমা চাবা, করিগুম্বা যজ্ঞ অমা তৌবা, করিগুম্বা অমা দান তৌবা, করিগুম্বা তপ অমা তৌবা খুদিংমক অদু ঐঙোন্দা কৎলু(২৭)। ফনমক পাপ চেনবা

ফত্তবা মী ওইরবসু মহাক অদুনা অতৈদা নত্তবিদা ঐঙোন্দা ভক্তিগা লোয়ননা নীংজরবদি মহাকপুসু অফবনি হায়না লৌগনি, মরমদি মহাক অচুম্বদা ৱাখল লেপ্পবনি(৩০)। মহাক থুনা ধর্ম চেনবা মী ওইরকই অমসুং তুংকোইরবা শান্তি ফংলকই, হে কুন্তীগী মপারি ! ঐগী ভক্তদি কদৌনুংদা লোম্না মাঙদে হায়বসি নহাক নিংথীনা খঙউ(৩১)। হে পার্থ ! নুপী ওইসনু, বৈশ্য ওইসনু, শূদ্র ওইসনু নৎত্রগা পাপ চেনবা গর্ভদগী পোকপসু ওইসনু ঐঙোন্দবু চঙজরবা মখোয়দু অথোইবা খুবম ফংই(৩২)। ঐঙোন্দা নপূক্নিং থম্মু, ভক্তি লৈয়ু, ঐবু পূজা তৌ, খুরুম্মু, অসুম তৌনা ঐঙোন্দা চঙজরবদি নহাক্না ঐবু শোয়দনা ফংগনি(৩৪)।

(অধ্যায় অসিদগী মচং ওইবা খরদং লৌখৎচবা মতাঙ অসিদা লোইজরে)

# তরাশুবা অধ্যায়
# বিভূতি যোগ
## (মচং ওইবা খরদং লৌখৎচবা)

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি : হে মহাবাহু ! ঐগী অথোইবা ৱাসি অমুক তারো, মসিদা পেল্লবা নহাক্কী য়াইফনবগীদমক ঐনা হায়গদৌরিবনি(১)। ঐ অসে পোকপা লৈতবা, অরোইবা লৈতবা, লেঙলি পাল্লিবা পূম্নমক্কী মপুনি হায়না ঐহাকপু খঙলিবা মহাক অদু মী মরক্তা চমম্নদ্রবনি অমসুং পাপ পূম্বা কোক্লবনি (৩)। ঐহাক্তিং পূম্নমক্কী হৌরকফমনি, পূম্নমক ঐঙোন্দগী থোকপনি। মসিবু খঙবদগী অশিংবশিংনা ভক্তিগা লোয়ননা ঐবু পূজা তৌই(৮)। মখোয়না ঐঙোন্দা পুক্লিং অমদি ৱাখল থমদুনা ঐগী মরমদা মখোয় মশেল অমগা অমগা নৈনদুনা অমদি ঙাঙনদুনা মতম চুপ্পা পেন্নরি অমসুং নুংঙাইনবি(৯)। অতৎ অখম লৈতনা (ঐবু) নীংলিবা অমসুং য়াম্না নুংশিনা শক শোল্লিবা মখোয় অদুদা ঐহাক্না বুদ্ধিযোগ পীবী, মদুনা মরম ওইদুনা মখোয়না ঐবু ফংই(১০)। মখোযবু থৌজালবীগে হায়দুনা ঐনা মখোয়গী থম্মোয়দা লৈবীদুনা অজ্ঞানগী ওইবা অমম্ববু জ্ঞানগী ঙাল্লবা থাউমৈনা মাঙহনবী(১১)।

অর্জুননা হায়খি : ইবুংঙো ! নহাক্কী অদুগুম্বা বিভূতিশিং অদুনা জগৎ পূম্বদা শবা শন্না লৈবি, অসিগুম্বা মকত্রবা বিভূতিশিংবু চিথদনা ঐঙোন্দা তাকপিগদবা মতিক ওই(১৬)।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি : হে গুড়াকেশ ! জীব পূম্নমক্কী থম্মোয়দা লৈবা আত্মা অদু ঐনি, জীবশিংগী অহৌবসু ঐহাক্নি, ময়ায়সু ঐনি, অদুগা অরোইবসু ঐনি(২০)। অদিত্তিগী মচাশিংগী মনুংদা বিষ্ণু হায়বদু ঐনি, মঙাল লৈবশিংগী মনুংদা মশেক মঙাল চাউরবা নুমিৎ অদুসু ঐনি, নুংশিৎশিংগী মনুংদা মরীচি হায়বদু ঐনি, থৱানমিচাকশিংগী মনুংদা থা

হায়বদু ঐনি(২১)। বেদশিংগী মনুংদা সামবেদ ঐনি, দেবতাশিংগী মনুংদা ইন্দ্র হায়বদু ঐনি, ইন্দ্রিয়শিংগী মনুংদা পুক্নিং হায়বদু ঐনি, থবায় পানবশিংগী খণ্ড- ওস্বগী পাঙ্গল হায়বদু ঐনি(২২)। রুদ্রশিংগী মনুংদা শঙ্কর হায়বদু ঐনি, যক্ষ রক্ষশিংগী মনুংদা লনগী মপু কুবের হায়বদু ঐনি, বসুশিংগী মনুংদা অগ্নি দেব হায়বদু ঐনি, চীংজাওশিংগী মনুংদা মেরু হায়বদু ঐনি(২৩)। হে পার্থ! পুরোহিতশিংগী মনুংদা অথোইবা বৃহস্পতি হায়বদু ঐনি খঙ্ডু, সেনাপতিশিংগী মনুংদা ঐহাক কার্তিকনি, পাৎশিংগী মনুংদা ঐহাক সমুদ্রনি(২৪)। মহর্ষিশিংগী মনুংদা ভৃগু হায়বদু ঐনি, ৱাহৈশিংগী মনুংদা খোঙ্থোক অমত্তনা ওইবা ওঁ হায়বদু ঐনি, যজ্ঞশিংগী মনুংদা জপ যজ্ঞ ঐনি, লেঙদনা লৈবশিংগী মনুংদা হিমালয় হায়বদু ঐনি(২৫)। উপাস্বীশিংগী মনুংদা সনাখোংনাং হায়বদু ঐনি, দেবর্ষিশিংগী মনুংদা নারদ কৌবদু ঐনি, গন্ধর্বশিংগী মনুংদা চিত্ররথ হায়বদু ঐনি অদুগা সিদ্ধশিংগী মনুংদা কপিল হায়বদু ঐনি(২৬)।

শেংদোকপশিংগী মনুংদা নুংশিৎ হায়বদু ঐনি, খূৎলাই পায়বশিংগী মনুংদা রাম হায়বদু ঐহাক্নি, ঙাশিংগী মনুংদা মকর ঙাকিহোম হায়বদু ঐনি, তুরেলশিংগী মনুংদা গঙ্গা তুরেলদু ঐনি(৩১)। ময়েকশিংগী মনুংদা অহানবা "অকার" হায়বদু ঐনি, সামাস (ৱাহৈ- পব্ধবা) শিংগী মনুংদা দ্বন্দ্ব সামাস হায়বদু ঐনি, লোইবা নাইদবা মতম কাল হায়বদু ঐনি, মায়কৈ পুম্নমক্তা মায়থোং লৈবা পুম্নমকপু য়োকপি থাকপিবা অদুসু ঐনি(৩৩)। বৃষ্ণি শাগৈগী মনুংদা বাসুদেব কৃষ্ণ ঐনি, পাণ্ডবশিংগী মনুংদা ধনঞ্জয় অর্জুন হায়বদু ঐনি, মুনিশিংগী মরক্তা ব্যাসদেব ঐনি,অদুগা কবিশিংগী মনুংদা শুক্রাচার্য্য ঐনি(৩৭)। হে পরন্তপ! ঐগী ঈশ্বরগী ওইবা গুণশিং (বিভূতিশিং) লোইবা খস্বা লৈতে, ঐগী শন্দোক্না লৈবা বিভূতিশিং অদু শূপচিন্না খরদং হায়গ্রিবসিনি(৪০)।

(অধ্যায় অসিদগী মচং ওইবা খরদং লৌখৎচবা মতাঙ অসিদা লোইজরে)

# তরামাথোইশুবা অধ্যায়
# বিশ্বরূপ দর্শন যোগ
## (মচং ওইবা খরদং লৌখৎচবা)

অর্জুননা হায়খি : ঐবু চানবীদুনা থোইদোক্লা থুপ্পবা অধ্যাত্ম জ্ঞান তাকপিরে মদুনা ঐগী খঙলম্দবদু (অমম্বদু) কোক্লে (১)। হে পরমেশ্বর ! ইবুংঙো নহাক্লা নহাক্কী মরমদা হায়খিবা পুম্নমক অচুম্বনি, হে পুরুষোত্তম! নহাক্কী ঈশ্বরগী ওইবা রূপ অদু য়েংজনীংই(৩)।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি : হে পার্থ ! মখল য়ামখ্রবা, মচু য়ামখ্রবা, চাম্মা চাম্মা লিশিং লিশিং ওইবা ঐগী মক্তুবা দিব্যরূপ অসি য়েংউ(৫)। হে ভারত ! ঐগী দিব্যরূপ অসিদা আদিতিগী মচাশিং, বসুশিং, রুদ্রশিং, অশ্বিনীকুমার অনী অমসুং মরুৎশিংসে য়েংউ, হান্না অমুক্তা মমাঙদা উখিদ্রিবা অঙকপা শকফম ময়ামসু য়েংউ(৬)। হে গুড়াকেশ ঐহাক্কী হকচাংসিদা অচং-চত্ত লোইনমক পুন্দুনা লৈরিবা জগৎ পুম্নমকসি হৌজিক য়েংলো অদুগা অতে য়েংনীংবা লৈরবসু য়েংলো(৭)। অদুবু নঙগী চুম্নগী মীৎ অদুনদি ঐবু উবা ঙম্লোই, অদুনা ঐহাক্লা নঙোন্দা লাইগী ওইবা মীৎ (দিব্যচক্ষু) পীরবনি, ঐহাক্কী ঈশ্বরগী ওইবা অঙকপশিংসি য়েংউ(৮)।

সঞ্জয়না হায়খি : হে ধৃতরাষ্ট্র মহারাজ ! অসুম্না হায়রবা তুংদা মহাযোগেশ্বর, হরি শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী অথোইবা বিশ্বরূপ অদু অর্জুন্দা উহনখি(৯)। বিশ্বরূপকী মশীং লাকঙমদ্রবা চীন, মশীং থীঙমদ্রবা মীৎ ময়াম অমসুং অঙকপগী মশক ওইবা পোৎশক ময়াম উখি, মদুদা লাইরৈবাক্কী সনা লুপানা লৈতেংলবা অমদি মশীং লাকঙমদ্রবা লাইগী খুৎলায়শিং থোক্লি, দিবমালা অমসুং মক্তুবা ফিজোল থোক্লি, মনম নুংশিবা চন্দন তৈ, অঙকপনা থক্লি, লোম্বা খম্বা নাইদে অমসুং মায়কৈ খুদিংমক্তা মমায় পাক্লি(১০-১১)।

অর্জুননা হায়খি : হে দেব ! নহাক্কী দেহসিদা লাইয়াম খিবিক অমসুং মখল মখলগী অচৎ- চৎত, লেগুলি- শাল্লিবশিংসু, থম্বালগী আসন্দা ফমলিবা ব্রহ্মা, ঋষিশিং অমসুং লাইগী লিনশিংসু লোইনা উজরে(১৫)। অহৌবা, ময়ায় অমসুং অরোইবা লৈতবা, শক্তিগী মপান নাইদবা মশীং লাকওমদ্রবা পাম্বোম পানবা, নুমীৎ থানা মীৎ ওইবা, অচাকপা মৈনা চীনবান ওইবা নহাক্কী তেজনা জগৎ চাকথেকলিবা নহাকপু ঐনা উজরে(১৯)। ধৃতরাষ্ট্রগী মচা পূম্নমক নিংথৌ ময়ামগা লোয়ননা ভীষ্ম, দ্রোণ, কর্ণ(সুতপুত্র) মখোয় মযামদু ঐখোয়গী মীচঙদা লৈরিবা লাল হৈবা লুচিংবশিংগা লোয়ননা নহাক্কী অকিবগী মশক ওইরবা য়ানুংদা মকোক য়ুংনা যাঙনা চেনশিল্লি, মখোয় খবনা য়ারক্তা পল্লি, খরনা মকোক মরূ পূমতোই তোইনা তকখাযবা ওইনা উরি(২৬- ২৭)। তুরেলগী ঈশিং ঈচেল পূম্নমক্না সমুদ্রদা চেনশিনবগুম তাইবঙগী অকল অথৌশিংসু নহাক্কী খায়াৎনুংদা চেনশিল্লি(২৮)। চাকলিবা মৈদা মৈরানবীনা থুনা যাংনা পাইশিল্লগা চাকথেকপগুম মী পূম্নমক মথৱাই মাঙনবগীদমক নহাক্কী খায়াৎতা য়াঙনা চেনশিল্লি(২৯)

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হাযখি : মীওইববু মাঙহল্লিবা তমথীরবা মহাকাল হায়বদু ঐহাক্নি, নহাক য়াওদ্রবসু ঐহাক্না মখোয়বু হাৎলগদবনি, য়েক্লবগী মায়কৈদা লৈবিবা পূম্বা অমত্তসু হিংলরোই(৩২)। মরম অদুনা নহাক হৌগৎলো, মিংচৎ লৌজৌ, য়েক্লবা জয় তৌদুনা চাওখৎলবা রাজ্য ফংজৌ, মখোয় পূম্নমক অসি ঐহাক্না হান্না হাৎলবনি, হে সব্যসাচী ! নহাক্না (হাৎলি হায়বা) চুম্নতগী মমিংতা লৌজৌ(৩৩)।

অর্জুননা হায়খি : নহাক্তি লাই অহানবনি, পুরাণ পুরুষনি, নহাক্তি তাইবঙপূম্বগী তূংনফম্নি, নহাক্তি অখঙবসুনি, খঙগদসুনি, পরমধামসু নহাক্নি, হে ওমথৈ লৈতবা শক্লোন পুরিবা ইবুংঙো ! নহাক্না জগৎ শীজুংনা শন্দোক্নুনা লৈরিবনি(৩৮)। মমাঙদা অমুক্তা উখিদ্রিবা শক্তম অসি উবদা নুংঙাইজে অদুবু ঐগী পূক্নিং অসিদি কিবনা থুক লাউরে, হে দেব ! হে

দেবশিংগী দেব ! হে জগৎকী ভুংনফম ওইবা ! নহাক্কী হান্নগী শকফম অদু উহনবীরো, ঐহাকপু থৌজালবীয়ু(৪৫)

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি : হে অর্জুন ! ঐনা নঙগী নফমদা পেল্লদুনা মঙালগী মশক ওইবা, ওমখৈ লৈতবা পূম্নমক্কী অহানবা ওইবা পূম্নমক্কী অথোইবা ঐগী শক্তম অসি ঐগী যোগ শক্তিনা নঙোন্দা উৎলবনি, মসি নহাক নত্তনা কনাগুম্বা অমত্তনসু মমাঙতৌদা উখিদ্রিবনি(৪৭)। অকিবগী মশক ওইরবা বিশ্ব মূর্ত্তি উবগা থবায় ব্লাকুবা পাঙথরুবা কোক্লো, অকিবা থাদোক্কুনা পূক্লিং নুংঙাইনা ঐহাক্কী হান্নগী শকফম অদু অমুক হন্না য়েংজরো(৪৯)। ভগবান বাসুদেবনা অর্জুনদা অসুম্না হায়বদুনা অমুক হন্না হান্নগী শকফম অদু উৎলদুনা কিববা অর্জুনবু তপথহনখি(৫০)।

অর্জুনহা হায়খি : হে জনার্দন ! হৌজিক নঙগী নিংথীরবা মেঙলবা মীওইবগী শকফম উবগা ঐগী পূক্লিং হান্নগী ফিবমদা হঞ্জিনজবে(৫১)।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হাযখি : নহাক্না উবিবা ঐহাক্কী শকফম অসি বেদ পাবনসু তপস্যা তৌবনসু, দান তৌবনসু নৎত্রগা যজ্ঞ তৌবনসু নহাক্ন া উবগুম উবা ঙম্বা নত্তে(৫৩)। অদুবু হে পবন্তপ অর্জুন ! ঐহাকপু মওং অসুম্না চপয়ুংনা নীংবনা ঐহাকপু শক্তম অসিদা তশেংনা উবা অমদি খঙবা ঙমগনি(৫৪)। হে পাণ্ডব ! কৃষ্ণ ঐগীদমক থবক তৌবা, ঐহাক্তবু মাগী অথোইবনি খনবা, ঐঙোন্দা ভক্তি লৈবা, নপশিনবদগী লানথোক্পা, জীব পূম্বদা যেক্লবা লৈতবা মী অদুতনা ঐবু ফংই(৫৫)।

(অধ্যায় অসিদগী মচং ওইবা খবদং লৌখৎচবা মতাঙ অসিদা লোইজরে)

# তরানিথোইশুবা অধ্যায়
# ভক্তি যোগ
## (মচং ওইবা খরদং লৌখৎচবা)

অর্জুননা হায়খি : অসুম্না ইবুংঙো নহাকপু অখাকপা য়াওদনা মপূক্লিং লূপচরবা ভক্তশিংনা নীংজৈ, অদুগা কনাগুম্বশিংনা অমাগুবা লৈত্রবা মশক মওং নাইদবা নিরাকার ব্রহ্মবু নীংজৈ, মখোয় অনী অসিগী মনুংদা কনানা হেন্না যোগ খঙবগে(১)?

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি : ঐঙোন্দা মপূক্লিং লূপ্তুনা মতম পূম্ন মক্তা থোইদোক্লা থাজবা অমগা লোয়নননা ঐবু নীংলিবা মখোয় অদু যোগীশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী অথোইবনি হায়বসি ঐগী মতনি(২)। নিরাকার (মশক মওং লৈতবা) ব্রহ্মদা মপূক্লিং লূপ্লবা মখোয়গী লাইনীং পাশ্বেদি য়াম্না ৱানীংঙাইনি, মরমদি মশক নাইদবগী লম্বীসি হকচাংগা শাগোন্নরিবা থৱায়না ফংবদা ৱায়(৫)। নহাক্কী পূক্লিং ঐঙোন্দা থম্মু, নহাক্কী বুদ্ধি ঐঙোন্দা থম্মু, অদুদগীদি নহাক ঐঙোন্দতা লৈরগনি, মসিদা চিংননীংঙাই করিসু লৈতে(৮)। হে ধনঞ্জয় ! নহাক্কী পূক্লিং অদু ঐঙোন্দা লেঙদনা থম্বা ঙমদ্রবা ফাওবদা ঐহাকপু ফংননবা হন্না হন্না হোৎনৌ(৯)। হায়রিবা অভ্যাস অসি ফাওবা করিগুম্বা তৌবা ঙমদ্রবদি ঐগীদমক থবক তৌ, ঐগীদমক থবক তৌবনসু নহাক সিদ্ধি ফংগনি(১০)। অদুগা হায়রিবা অসি ফাওবা নহাক্না তৌবা ঙমদ্রবা অদু ওইরবদি ঐঙোন্দা চঙজদুনা পূক্লিং অমসুং ইন্দ্রিয়শিংবু খুদুম চন্দুনা (লাকশিন্দুনা) কর্মগী মহৈ অপূম্বা থাদোকউ(১১)। মরমদি জ্ঞান (লৌশিং)না অভ্যাস (হোৎনবা) দগী হেল্লি, ধ্যাননা জ্ঞানদগী অমুক হেল্লি অদুগা ধ্যানদগীসু কর্মগী মহৈ থাদোকপনা ফবা হেল্লি, ত্যাগ (থাদোকপা) তৌরবা তুংদদি শান্তি অদুম লাকচরে(১২)। জীব পূম্নমক্কী মফমদা য়েক্লবা লৈতবা, মরূপ ওইবা, নুংশি হৈবা, ঐগী হায়বা

অমদি ঐ হায়বা নাপল য়াওদবা, অয়াবা অমসুং নুংঙাইহ্বদা চপ মান্নবা, ঙাকপিহৈবা, মতম চুন্নদা পেন্দুনত্তা লৈবা, ঐঙোন্দা পূক্লিং লূপ্পবা পূক্লিং ইন্দ্রিয় হকচাং খুদুম চনশিন্নবা, পূক্লিং চেৎনা থাজরবা, ঐঙোন্দা পূক্লিং অমসুং লৌশিং অনীমক কৎথোক্লবা, অদুগুম্বা ঐগী ভক্ত অদু ঐহাক্কী অচানবনি(১৩-১৪)। লৌনীং-চানীংবা অপাম্বা লৈত্রবা, মনুং মপাল শেংবা, হৈশিংবা, মীচঙ-মীখায় নাইদবা, অকিবা লৈতবা, মহৈ (ফল) গীদমক য়েংদুনা থবক তৌবা পুম্নমক থাদোক্লবা অদুগুম্বা ভক্ত অদু ঐগী অচানবনি(১৬)। থোইদোক্লা হরাওথোকতবা, নুংঙাইতবসু তৌদবা, অৱা য়াখলসু খন্দবা, অপাম্বা থৌরাংবা লৈতবা, মদুনা মরম ওইদুনা অফবা ফত্তবা লোইনা থাদোক্লবা অদুগুম্বা ঐবু ভক্তি তৌবা মহাক অদু ঐগী অচানবনি(১৭)। য়েক্লবদসু মরুপ্তসু, ইকায় খুম্নরকপদসু ইকায়বা পীরকপদসু, অঙীংবা-অশাবা, অৱাবা-নুংঙাইহ্বদসু চপ মান্ননা লৌবা অদুগা বিষয়দা আসক্তি লৈত্রবা, খীনা চৈবদসু থাগৎপদসু চপ মান্ননা লৌবা, কান্নদবদা য়া ঙাঙদবা, অফংবা খরদা পেম্থোকপা, য়ুম ইংখোলদা আসক্তি লৈতবা পূক্লিং লৈতারবা ঐঙোন্দা ভক্তি লৈবা মী অদু ঐগী নুংশিবনি(১৮-১৯)। অসুম্না মথক্তা হায়খ্রিবা অমৃতগী মশক ওইরবা ধর্ম অসিবু থাজবগা লোয়ননা ইঞ্জরিবা ঐবু নীংজরিবা ভক্তশিং অদু ঐহাক্কী থোইদোক্লা নুংশিথোইবা (অচানবা)নি(২০)।

(অধ্যায় অসিদগী মচং ওইবা খরদং লৌখৎচবা মতাঙ অসিদা লোইজরে)

# তরাহুমদোইশুবা অধ্যায়
## ক্ষেত্র ক্ষেত্রজ্ঞ বিভাগ যোগ
## (মচং ওইবা খরদং লৌখৎচবা)

অর্জুননা হায়খি : ঐহাক প্রকৃতি পুরুষ, ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞসু, জ্ঞান অমসুং জ্ঞেয় মখোয়শিং অসি খঙজনীংই হে কেশব !

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি : হে কুন্তীগী মপারি ! হকচাং অসিবু ক্ষেত্র কৌই অদুগা ক্ষেত্রবু খঙলিবা মহাক অদুবুনা ক্ষেত্রজ্ঞ কৌই হায়না পণ্ডিতশিংনা হায়নৈ (১)। ক্ষেত্র (হকচাং) পুম্নমক্তা লৈরিবা ক্ষেত্রজ্ঞ (জীবাত্মা) অদু ঐহাক ইশামক্তি খঙজু অদুগা ক্ষেত্রগা ক্ষেত্রজ্ঞগা অশেংবা মশক খঙবা অদু জ্ঞাননি হায়বসি ঐগী মতনি (২)। ক্ষেত্র হায়বসি করিনো, মতৌ করম তৌই, মওং কমদৌই, মদুদগী করি করি ওই অদুগা ক্ষেত্রজ্ঞনা করিনো অমসুং মহাক্কী শক্তি করি করিনো হায়বদু শমপৎনা হায়গে তারো (৩)। মহাভূত মঙা, অহঙ্কার, বুদ্ধি, অব্যক্ত, ইন্দ্রিয় তরা, মন, ইন্দ্রিয়গী বিষয় মঙা, অপাম্বা- পামদবা, নুংঙাইবা অৱাবা, হকচাং, চেতনা অমসুং ধৃতি মখোয় অসি ক্ষেত্র অমসুং মখা তারকপা মওংশিংনি (৫ - ৬)।

নাপল লৈতবা, চাউথোক্তবা, হিংসা তৌদবা, ঙাকপিহৈবা, পুকচেল শেংবা, গুরুসেবা তৌবা, পুক্লিং হকচাং শেংবা, খোয়জঙবা, মশাবু লাকশিঞ্জবা, ইন্দ্রিয়গী বিষয়শিংবু থাদোকপা, অহঙ্কার য়াওদবা, পোকপা- শিবা, অহল ওইরকপা অমদি নাব- য়েকপদা অৱাবগী দোষ উবা, নুপী, অঙাং, য়ুম ইংখোল্দা পুক্লিং লপ্তুবা, অফ- ফত্ত থোক্লা খুদিংদা পুক্লিং লেঙদনা লৈবা, মবুক্লিং অনী লোঙদনা ঐঙোন্দা অখাকপা লৈতনা নুংশিবা, লৌনীং চানীংবা মীওইশিংগা লোয়নবা থাদোকপা অদুগা অচিকপা মফমদা লৈবা, মীয়াম তিনবদা য়াওনীংদবা, অধ্যাত্মজ্ঞানবু অরেপ্পনি খঙবা, তত্ত্বজ্ঞানবু ফংনবা হোৎনবা অসিবু জ্ঞান কৌই, অদুগা মসি নত্তবা ওন্ন

তৌনবশিং অদু অজ্ঞান কৌই(৭-১১)।

মদু খঙলগা অয়ান খুবম ফংগদবা জ্ঞেয় (খঙগদবা) করিনো হায়বা ঐ নঙোন্দা তাক্কে, অনাদি (মঙোন্দগী হৌনবা লৈত্রবা) ওইরবা পরব্রহ্ম অদুমক সৎসু নত্তে অসৎসু নত্তে অসুম্মা হায়নৈ(১২)।

মফম পুম্বদা মাগী খোঙ-খুৎ, মফম পুম্বদা মাগী মীৎ-কোক-মায়, মফম খুদিংদা নাকোং য়াওনা মহাক্লা তাইবঙ অপুম্বদা শীন্থুংনা লৈ(১৩)। মহাক্তি জীব পুম্নমক্কী নুংদসু পান্দসু লৈ, অচৎপসু চৎতবসু মহাক্লি, কৃপমশ দুনা মাবু খঙবা ঙমদে, মহাক্তি লাপ্পসু লৈ নক্লসু লৈ(১৫)। মহাক্তি মঙালশিংগী মঙালনি, অমম্বা মায়াগী ৱাংমদা লৈবনি, জ্ঞান জ্ঞেয় অমসুং জ্ঞাননা খঙগদবদু মহাক্লি, মহাক্লা জীব পুম্নমক্কী থম্মোয়দা লৈবিবনি(১৭)।

প্রকৃতিনা থবক পুম্নমক তৌজবনি আত্মাদি থবক তৌদবনি (অসুম্মা) উরিবা মহাক অদু তশেংবা উরবনি(২১)। হে ভাবত ! অমত্তা ঙায়বা নুমিৎনা তাইবঙ পুম্বা শীনথুংনা ঙানবগুম ক্ষেত্রজ্ঞনা ক্ষেত্র পুম্বা ঙান্থোকই(৩৩)। জ্ঞানগী মীৎনা মরম ওইদুনা ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞগী খেন্নবা খঙলবা অমসুং জীবশিংনা প্রকৃতিদগী মোক্ষ ওইবগী মরম খঙলবা মখোয় অদু পরম ব্রহ্ম ফংই(৩৪)।

(অধ্যায় অসিদগী মচং ওইবা খরদং লৌখৎচবা মতাঙ অসিদা লোইজরে)

# তরামরিশুবা অধ্যায়
# গুণত্রয় বিভাগ যোগ
## (মচং ওইবা খয়দং লৌখৎচবা)

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি : ... হে ভারত ! জগৎ পুম্বগী পোক্লফম ওইবা ঐগী প্রকৃতিদা ঐনা গর্ভ পী, অদুদগী অচৎ- চত্ত জীব পুম্ন মক্কী পোক্লকপা হায়বদু ওই(৩)। হে কুন্তীগী মপারি ! তোঙান তোঙানবা গর্ভশিংদগী মশক মওং কয়াগী থরায় পানবা কয়া পোকই, মখোয় পুম্নমক্কী প্রকৃতিনা মমানি অদুগা ঐনা বীজ পীবা মপানি(৪)। হে মহাবাহু ! প্রকৃতিদগী থোরকপা সত্ত্ব রজঃ, তমঃ কৌবা গুণশিংনা অমাঙ- অতা লৈতবা জীবাত্মাবু হকচাংদা ফাজিন্দুনা থম্মী(৫)। হে অনঘ (পাপ লৈত্রবা) গুণশিংগী মনুংদা সত্ত্বগুণদি অমকপা লৈতবা মরম্না তরং তরংই অমকপা য়াওদে, মসিনা হকচাংদা জীবাত্মাবু নুংঙাইনা অমসুং জ্ঞানগা লোয়ননা শম্নদুনা ফাজিল্লি(৬)। হে কুন্তীগী মপারি! রজঃ গুণ হায়বসি অপাম্বগা লৌনীং- চানীংবা অরাম- খৌরাংবনচিংবদগী পোকপনি হায়বসি খঙঙু, মসিনা কর্মগী মহৈদা পুক্লিং চঙদুনা আত্মাবু চেৎনা ফাজিল্লি(৭)। হে ভারত ! তমঃ গুণ হায়বসি অজ্ঞানদগী থোকপনি, মসিনা জীব পুম্নমক্কীসু ঙাওহন্নবা মশক্তি হায়বা খঙঙু, মসিনা ঙাওচৎনবা, অতনবা অমসুং তুম্নীং- হৈনীংদবা মখোয় অসিনা মরম ওইদুনা জীববু ফাজিন্দুনা থম্মী(৮)। হে ভারত ! সত্ত্বনা নুংঙাইহল্লি, রজঃ না চিংশিল্লি, অদুগা তমঃ না জ্ঞানবু কুপশিন্দুনা চঙক্লবা পোকহল্লি(৯)।

হে ভারত ! রজঃ অমসুং তমঃ বু লাকহৎলগা সত্ত্বগুণ ওই, সত্ত্ব অমসুং তমঃ বু লাকহৎলগা রজঃ গুণ ওই, অদুগা সত্ত্ব অমসুং রজঃবু লাকহৎলগা তমঃ গুণ ওই(১০)। হকচাংদা লৈবা ইন্দ্রিয় পুম্নমক্তা জ্ঞানগী মঙাল ফাওরকপা মতমদা সত্ত্ব গুণ চাওখৎলক্লে হায়না খঙনগনি(১১)।

হে ভারত শাগেগী অথোইবা ! মিহৌবা, ওইজবা য়েংদুনা থবক শূনীংবা, মরম্নাইগী য়েংদুনা থবক পায়খৎপা, অয়েক্পা লৈতবা, অপাম্বগীদমক থৌরাংবা, পূম্নমকসি রজঃ গুণ হেনগৎলকপদগী ওইরকপনি(১২)। হে কুরু নন্দন ! ফকচিনবা, থবক শূনীংদবা, থৌওইদবা অমসুং শুমহৎপা পূম্নমকসি তমঃ গুণনা হোনগৎলকপদগী ওইরকপনি(১৩)।

(মী অদুদা) সত্ত্ব গুণনা হেল্লকপদা জীবনা শিরবদি অথোইবা জ্ঞানীশিংনা ফংবা মফম অদু ফংই(১৪)। রজঃ গুণনা হেন্না লৈরিঙৈদা শিরবদি থবক তৌবদা লৌনীং- চানীংবা ওইজ তানবা মীগী মপোক্তা পোকই, তমঃ গুণনা হেনগৎলকপদা শিববদি জ্ঞান য়াওদবা মপোক্তা পোকই(১৫)। অসুম্না হায়নৈ : অফবা থবক্কী মহৈদি সাত্ত্বিকনি, অশেংবা নুংঙাইবনি, রজঃ গী মহৈদি অৱাবনি অদুগা তমঃগী মহৈনা অজ্ঞাননি(১৬)। সত্ত্বদগী জ্ঞান অমসুং রজঃদগী মিহৌবা পোকই, অদুগা তমঃদগী ঙাওচৎনবা, শুমহৎপা অমসুং অজ্ঞান পোকই(১৭)। সত্ত্ব গুণদা লৈবশিংনা মথকলোমদা কায়, রজঃ গুণদা লৈবশিংনা ময়ায়দা অদুগা পূম্ন মকতগী নেম্বা তমঃ গুণদা লৈবশিংনা খারোমদা হায়থৈ(১৮)। অফ- ফত্ত খঙলি- উবিবা মী অদুনা গুণ অহুমদগী তোঙানবা অতোপ্পা থৌবু অমবু উদ্রবা অদুগা গুণশিংদগী তোপ্পা লৈবা আত্মাবু খঙলিবা মহাক অদুনা ঐগী স্বরূপ ফংই(১৯)। হকচাং ওইবকপগী মরম ওইহল্লিবা গুণ অহুমসিবু লাম্থোক্লবদা জীবনা পোকপা শিবা, অহল ওইবা অমদি অৱাবদগী লানথোক্লুনা অমৃত ফংই(২০)।

অর্জুননা হায়খি : হে প্রভু ! গুণ অহুমসিবু লাম্থোক্লবা মহাক অদুগী খুদম করি করিনো? মহাক্কী লমচৎ করম তৌই অদুগা মহাক্না করম্না অহুমসিবু লাম্থোকপগে(২১)?

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি : হে পাণ্ডব ! মহাক অদুনা (সত্ত্বগী), লৌশিং মঙাল, (রজঃগী) থবক তৌনীংবা অমসুং (তমঃগী) চমম্লবা মওংশিং অসি ওইরকপদা থোইনা নুংঙাইতবা তৌদবা অদুগা ওইদ্রগসু

পান্দুম্ব্রবা(২২), কনাগম্সু মরী লৈনদনা লৈরিবা গুণ অহুম্না মাবু লেঙহনবা ওমদ্রবা, গুণশিংনা মাগী মাগী মথৌ তৌজবনি খঙদুনা পরমাত্মাদা পুক্নিং চেংনা থম্লবা অমসুং মদুগী লেঙদ্রবা(২৩), মঙোন্দা অন্নাবা- নুংঙাইবা চপ মান্ননা খল্লবা, আত্মাদা লেঙদ্রবা, লৈতুম নুংলুম সনামতুম্সু মান্ননা খল্লবা, অচান মীরাই লৈতবা, থীনা হায়রকপদসু থাগৎপিরকপদসু মান্ননা লৌরবা, লৌশিং চাউবা, লুনা তৌরকপদসু থীনা তৌরকপদসু চপ মান্ননা লৌবা, মরূপকা য়েক্লবদসু চপ- মান্ননা লৌবা, লোইনমক থাদোক্লবা মহাক অদু প্রকৃতিগী গুণদগী লাম্থোক্লবা কৌই(২৪-২৫)। ঐবু অনী লোঙদ্রবা ভক্তি যোগনা মরম ওইদুনা সেবা তৌজরিবা মহাক অদু গুণ পুম্নমক লাম্থোক্লুনা ব্রহ্ম ফংবদা মতিক চায়(২৬)। মরমদি ঐহাক অসে অমাঙ- অতা লৈত্রবা অমসুং হোংবা লৈত্রবা ব্রহ্মগী, সনাতোন ধর্মগী অমসুং খমথেংনা নুংঙাইবগী তুংনফমনি(২৭)।

(অধ্যায় অসিদগী মচং ওইবা খরদং লৌখৎচবা মতাঙ অসিদা লোইজরে)

# তরামঙাশুবা অধ্যায়
# পুরুষোত্তম যোগ
## (মচং ওইবা খরদং লৌখৎচবা)

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি : থকলোমদা মরু লৈবা, খারোমদা মশা শন্দোকপা বেদ খিবিক্লা উ-না ওইবা, করিগুম্বদসু মাঙত্রাকপা লৈত্রবা অশ্বত্থ কৌবা উপাম্বী অমা লৈ হায়নৈ, উপাম্বী অসিবু খঙলবা মীদু বেদ খঙলবনি(১)। সত্ব রজঃ তমঃ গুণশিংনা য়োক থাক্তুনা মসিগী (উপাম্বীসিগী) মশা মরেং ময়াম্না মখারোমদসু মথকলোম্নদসু শন্দোকই, ইন্দ্রিয় বিষয়শিং অসিনা মসিগী মযোলনি(য়েন্নীংনি), অদুগা মরানা কর্মগী মশক ওইদুনা মীওইবগী তাইবঙ অসিদা মথক অমসুং মখাদা শাংনা শন্দে দাক্তুনা লৈরি(২)। অদুবু তাইবঙ অসিদা কনা অমত্তনা পাম্বীসিগী মশক মওং লেপ্পা ঙমদে, লোইফম খঙদে, হৌরকফম খঙদে, লেপফমসু খঙদে, মরু লুনা তাপ্লবা অশ্বত্থ পাম্বী অসিবু থাদোকপা হায়বা (অনাসক্তি) কল্লবা (থৌরবা) শীংজঙনা য়ানথৎলগা (ককথৎলগা) লোইবা খম্বা নাইদ্রবা খোঙচৎপু শেম্বিরিবা কুইরবা আদি পুরুষ নঙোন্দা চঙজরি হায়দুনা হায়জরগা মফমদু য়ৌগ্রবদি অমুক হল্লক্লরোইদবা অদুগুম্বা খুবম অদু থিগদবনি(৩-৪)। নাপল অমদি শুমহৎপা চঙদ্রবা, আসক্তি(নাপশিনবা) গী ফত্তববু লাকশিল্লবা পরমাত্মাগী ব্রাখলদা পুক্নিং লৈতারবা, অপাম্বা লৈত্রবা, হরাউবা অন্নাবগী জোড়াদগী লাখোক্লবা জ্ঞানীশিংনা অমাঙ-অতা লৈত্রবা অদুগুম্বা খুবমবু ফংই(৫)। নুমীৎনসু থানসু মৈনসু ঙালহনবা ঙমদ্রবা মফম, মফম অদু য়ৌপ্রগা তাইবঙদা অমুক হল্লক্লরোইদবা মফম অদু ঐগী পরমধাম(অথোইবা মফম) নি(৬)। জীবগী হকচাংদা ঐগী অমাঙ-অতা লৈত্রবা জীবাত্মা অসি ঐমক্কী অংশ অমা ওইদুনা প্রকৃতিদা লৈবা ইন্দ্রিয় মঙা পুক্নিংগা থারগা তরুকপু মঙোন্দা চিংশিল্লি(৭)। ঐনা

জীব পুম্নমক্কী হৃকচাং মনুংদা বৈশ্বনর্র কৌবা মৈ ওইনা লৈদুনা প্রাণ অমসুং অপান বায়ুগা তিন্নদুনা য়োৎতুনা, থক্কুনা, লেজ্জুনা অমদি শায়দুনা চাবা চীঞ্জাক মখল মরিবু ঐহাক্না তুমহল্লি(১৪)। ঐনা জীব পুম্নমক্কী থম্মোয়দা লৈ, নীংশিংবা,খঙবা অমদি কাউবা পুম্নমক ঐঙোন্দগী ওইবনি, বেদ পুম্ন মক্না খঙগদৌবসু ঐবুতনি, বেদান্ত পুথোকপা ঐনি অদুগা বেদ খঙবসু ঐনি(১৫)। তাইবঙদা ক্ষব (মাঙবা নাইবা) অমসুং অক্ষর (মাঙবা নাইদবা) পুরুষ অনী লৈ, জীবত্মানা লৈরিবা হৃকচাং অপুম্বা মাঙবা নাইবনি অদুগা জীবাত্মানা মাঙবা নাইদবনি(১৬)। অনী অসি নত্তবা অতোপ্পা অথোইবা পুরুষ অমা লৈবি, মদুবু পরমাত্মা হায়না কৌই, অসিগুম্বা অমাঙ- অতা লৈতবা ঈশ্বর মহাক্না মরোল অহুমমক্তা চঙদুনা পুম্ন মকপু য়োকপী- ঙাকপী(১৭)। ঐ অসি মাঙবা নাইবশিংদগী তোঙানবা অমসুং মাঙবা নাইদবা (জীবাত্মা)দগীসু হেনবা মরম্না ঐবু তাইবঙ অসিদা অমসুং বেদদা পুরুষোত্তম (খ্বাইদগী অথোইবা নুপা) হায়না খঙনৈ(১৮)। হে অর্জুন ! অজ্ঞানগী অমম্বনা কুপ্তবা মী অদুনা ঐবু মতৌ অসুম্না পুরুষোত্তমনি হায়বা খঙলবা মহাক অদু পুম্নমক খঙলবা ওইদুনা মওং পুম্বদা ঐবু শক- শোল্লি(১৯)। হে পাপ চেন্দবা অর্জুন ! অসুম্না থোইদোক্লা থুপত্রবা শাস্ত্র অসিবু ঐনা নঙোন্দা ঙাক্লবনি, মসিবু মনুংথীৎনা শেংনা খঙলবদি লৌশিং চাউবা হায়বদু ওইগনি অদুগা মথৌ অপুম্বা নিংথীনা মপুংফানা পাঙথোক্লবা হায়বদু ওইরবনি(২০)।

(অধ্যায় অসিদগী মচং ওইবা খরদং লৌখৎচবা মতাঙ অসিদা লোইজরে)

# তরাতরক্তুবা অধ্যায়

# দৈবাসুর- সম্পদ- বিভাগ যোগ

## (মচং ওইবা খরদং লৌখৎচবা)

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি : অকিবা লৈতবা, পূকচেল শেংবা, জ্ঞান যোগদা লেপ্পা, পীনহৈবা, ইন্দ্রিয় খুদুমচনবা, যজ্ঞ তৌবা, বেদ- শাস্ত্রনচিংবা নৈনবা, তপ তৌবা, পূকচেল তিংবা, হিংসা তৌদবা, অচুম্বা ঙাঙবা, শাউদবা, থবক্কী মহে থাদোকপা, শান্তি ওইবা, পূকচেল খোয়দবা, জীবশিংদা থৌজাল হৈবা, করামচাউদবা, থোংনৌবা, ইকায়বা খঙবা, তয়াং তশোয়দবা, লিংজেল ফবা, ঙাকপি হৈবা, অশ্বাং কনবা, নুংপান শেংবা, মীঙোন্দা য়েংথীদবা, চাউথোক্তবা হায়রিবশিং অসি হে ভারত ! লাইগী ওইবা মরলগা লোয়ননা পোকপা মীগী খুদমনি(১- ৩)। হে পার্থ ! তাং তৌবা, ঙক কনবা, চাউথোকপা, শাউগনবা, তমথীবাঅমসুং পঙবা হায়রিবশিং অসি হিংচা- য়াইতম্বগী মরলগা লোয়ননা পোকপা মীগী খুদমনি(৪)। লাইগী ওইবা মরলনা মোক্ষ ফংনবনি অদুগা হিংচা- য়াইতম্বগীনা পুন্দুনা থম্লবনি অসুম্না হায়রিবনি হে পাণ্ডব ! নহাক নুংনাংবা তৌগনু মরমদি নহাক লাইগী ওইবা মরলগা লোয়ননা পোক্লক্লবনি(৫)। হে পাণ্ডব ! তাইবঙ অসিদা মী মখল অনীনি অমনা দৈব (লাইগী ওইবা) অমনা আসুর (হিংচাবগী ওইবা) মপোক, লাইগী ওইবা মপোক্কী মরমদদি শন্দোক্লা হায়ব্রে, হৌজিক হিংচা- য়াইতম্বগী ওইবা মপোক্কী মরীদা হায়গে তাও(৬)। আসুরশিংনা মসিনা তৌগদবনি, মসিনা তৌরোইদবনি হায়বা খঙদে, মখোয়গী মফমদা অশেংবনা করিনো, অফবা লমচৎ- শাজৎনা করিনো অদুগা অচুম্বনা করিনো হায়বা লৈতে(৭)। মখোয়না হায়- জগৎ অসিদা অচুম্বা লৈতে, লেপ্লফম লৈতে, লাই লৈতে, জগৎ অসি নুপা নুপী তিন্নবদগী মশেন মথং মথং ওইরকপনি, কামনা

ওইহল্লকপনি, অতৈনা করিসু নত্তে(৮)। পেনবা নাইদ্রবা অপাম্বদা (কামদা) তোংদুনা ভাং, নাপল অমসুং শুক কনবনা ময়াই কারবা আসুরশিংনা বাথল লৈতবদগী অরানববু অচুম্বা ওইনা লৌদুনা শেংদবা চুমদবা থবক কয়া তৌই(১০)। অনীংবা অপাম্বগী যৌরী চাম- চামনা পুন্দুনা অপাম্বগা অশাউবগদা মপূক্লিং লুপ্তুনা ইন্দ্রিয় পেন্নবগীদমক অরানবা পাম্বেনা আসুরশিংনা লন থুম পৈশিন্নবা হোৎনৈ(১২)। মখোয়না হায়-ওসিদি ঐনা মসিমা ফংলে, অনীংবা অমসু ফংগনি, ঐগী লন অসি লৈরে, অমুকসু অসিগুম্বা লন লৈরকখিগনি(১৩)। য়েক্লবা অসি ঐনা হাৎলবনি, অতোপ্পা কয়া অমসু হাৎকনি, ঐনা মপুনি, ঐ নুংঙাইরবনি, ঐহাক ঝাংত- পাম্রবনি, শক্তি লৈরবনি, হরাওরবনি(১৪)। ঐহাক ইনাকখল্লবনি, শাগে জাং ফবদা পোক্লবনি, ঐগা মান্নবা কনা লৈগনি, ঐনা যজ্ঞ তৌগনি, দান তৌগনি, নুংঙাইথোক্কনি, অসুম্না অজ্ঞাননা শুমহৎতুনা লৈ(১৫)। অসিগুম্বা হিংসা তৌবা তমথীবা তাইবঙ মীওইশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী ফৎত্রবশিং অসি ঐনা তাইবঙদা অসুরগী মপোক্তা হন্না হন্না লংথৈ(পোকহল্লি)(১৯)। নরক তানবগী থোঙ্গাল অহুমনি- মখোয়দুদি কাম (অপাম্বা), ক্রোধ (অশাউবা) অমসুং লোভ (মিহৌবা) অসিনি মখোয় অহুমসি থাদোক্কদবনি(২১)। হে কুন্তীগী মপারি ! অমম্বা য়ৌনবা থোঙ্গাল অহুমসিদগী নাম্থোক্লবা মহাক অদু মশাগী য়াইফনবা তৌজরবনি অদুগা অথোইবা খুবম ফংই(২২)। শাস্ত্রনা তাকপা লম্বী থাদোক্তুনা মশানা পাম্বা অদুতা তৌরবা মী মহাক্তি সিদ্ধি ফংদে অদুগা অরান খুবমসু ফংলোই(২৩)। অদুনা করি করিবুনা তৌগদগে, করি করিবুনা তৌরোইদগে হায়বদু নহাক্কীদমক শাস্ত্রনা প্রমাণনি (তাকলি), শাস্ত্রনা তাক্লিবা হৌনবী পাথাপ অপূম্বা খঙলগা মদুগী মতুংইন্না কর্ম তৌগদবা মতীক ওই(২৪)।

(অধ্যায় অসিদগী মচং ওইবা খরদং লৌখৎচবা মতাঙ অসিদা লোইজরে)

## তরাতরেৎশুবা অধ্যায়
## শ্রদ্ধাত্রয় বিভাগ যোগ

অর্জুননা হায়খি : হে কৃষ্ণ ! শাস্ত্রনা তাকপা নিয়ম থাদোক্লগা য়ান্না থাজবগা লোয়ননা ঈরাৎ পূজা তৌরিবা মীশিং অদুগী ফিবম করিনো? মদু সত্ত্বরা, রজঃ রা নৎত্রগা তমঃ রা(১)?

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি : দেহ্ পানবশিংগী থাজবা হায়বসি মহৌশানা মখল অহুমনি- সত্ত্বগুণদগী ওইবা অমা, রজঃগুণদগী ওইবা অমা অমসুং তমঃগুণদগী ওইবা অমা, মসি হায়গে তারো(২)। হে ভারত! মী খুদিংগী থাজবা হায়বসি মাগী মাগী লোয়নরকপা হৌনশা অদুগী মতুং ইল্লি, মী হায়বসি মাগী থাজবদুগী মশকমক্লি, মহাক অদু মহাক্না থাজরিবা অদুমক্লি(৩)। সত্ত্বগুণ চেনবশিংনা লাই নীংই, রজঃগুণ চেনবশিংনা যক্ষ রক্ষশিং নীংই অদুগা তমঃগুণ চেনবশিংনা ভূত প্রেত নীংই(৪)। শাস্ত্রনা হায়বা থাদোক্লগা অকনবা তপ তৌরিবা মীশিং অদু তৌশিন্নবা অমদি মশাগী নাপলগা মিহৌবা অমদি অপাম্বগী শক্তিগা লোয়ননা মখোয়না মখোয়গী হকচাংগী পঞ্চভূত অমসুং হকচাং মনুংদা লৈবা ঐবুসু অব্রাবা পী, মখোয়দু লেপ্পমক হিংচা- য়াইতম্বগী লমচৎ চেনবনি খঙ্ভু(৫-৬)। পুন্সি, লৌশিং, পাঙ্গল, হকচাং ফবা, নুংঙাইবা অমসুং পেনবা পীবা ওম্বা চিঞ্জাকশিং অমদি মহাউ লৈবা, থোৎ-মেঙবা, মচি ওইবা অমসুং পূক্লিং নুংঙাইহনবা চিঞ্জাকশিং অসি সত্ত্বগুণ চেনবা মীনা পাম্বা চিঞ্জাক্লি(৮)। অথাবা, অশিনবা, অয়াকপা, মৈগুম্মা শাবা, মোরোক শাবা, থ্যাও-থ্যাও লাউবা, পূক চাকথেকপা হায়রিবশিং অসি চাবদা অব্রাবা নুংঙাইতবা অমসুং লায়না পোকপা চিঞ্জাকশিং রজঃগুণ চেনবা মীশিংনা পাম্মী(৯)। ঈংলবা (থোৎ কুইরবা), মহাও য়াওদ্রবা নমথীবা, নোংলেনবা (চজিক), লুখাক ওইরবা অমসুং অমাংবা চিঞ্জাকশিংদি তমঃগুণ চেনবা মীওইশিংনা পাম্মী(১০)। যজ্ঞ হায়বসি তৌফম থোকপনি হায়না পূক্লিং লেপ্পগা শাস্ত্রনা তাকপা নিয়ম

মতুংইন্না কর্মগী ফলগী অপাম্বা থাদোক্লগা যজ্ঞ তৌরিবা মহাক অদু সাত্ত্বিকনি(১১)। মহৈগীদমক খন্দুনা অমদি তৌবা ঙশ্মী হায়বা উংননবগীদমক যজ্ঞ তৌরিবা অদু হে ভারত! রাজসনি হায়না খঙ্ঙু(১২)। শাস্ত্রনা তাকপা পথাপ য়াওদবা, পীজ পীথক য়াওদবা, মন্ত্র থীদবা, দক্ষিণা তৌদবা, থাজবগা লোয়ননা তৌদবা অদুগুম্বা যজ্ঞ অদু তামস যজ্ঞনি হায়(১৩)।

লাই, ব্রাহ্মণ, গুরু অমসুং পণ্ডিতপু পূজা তৌবা, হকচাং- থম্মোয় শেংবা, পূকচেল তিংবা, ব্রহ্মচর্য্য ঙাকপা অমসুং মীঙোল্দা অৱাবা পীদবা মখোয়সি "হকচাংগী ওইবা তপ" কৌই(১৪)। মীগী পূক্লিং নুংঙাইতনবা তৌদবা, তাবদা নুংঙাইবা অমসুং কান্নগদবা ঙাঙবা অদুগা বেদ শাস্ত্র নৈনবা অসি "ৱাঙাঙগী মশক ওইবা তপ" কৌই(১৫)। পূক্লিং নুংঙাইনা লৈবা, ঈং- তপ্পা, কান্নদবা ৱা ঙাঙদবা, পূক্লিং লাকশিনবা অমসুং ৱাখল শেংবা অসি "পূক্লিংগী ওইবা তপ" কৌই(১৬)। মথক্কী তপ মখল অহুমসিবু মহৈগী অপাম্বা য়াওদনা পূক্লিং লেঙদবা মীশিংনা থোইদোক্লা থাজবগা লোযননা তৌববু সাত্ত্বিক তপস্যা কৌই(১৭)। মীনা থাগৎনবা ইকায়খুম্ম নবা অমসুং খুরুম্মনবা হাযদুনা নাপলগা লোয়ননা তৌরিবা অদুগুম্বা অরেপ্পা লৈতবা অমসুং কুইরোইদৌবা তপস্যাবু রাজসনি হায(১৮)। অপঙবা ৱ াখলনা মবম ওইদুনা মশাগী ৱাননবা ওইবা অমদি অতোপ্পগী মাঙননবগীদমক তৌবা তপস্যাবু তামসনি হায়(১৯)। দান তৌবা হায়বসি তৌফম থোকপনি হায়না খন্দুনা মফম চানা মতম চানা অমসুং পীফম চানা অমসুং অমুক লমন শিংলক্লরোইদবা মীশক্তা তৌরিবা দান অদুবু সাত্ত্বিকনি হায়(২০)। অমুক লমন শিংলক্লবগী ৱাখলদা নৎত্রগা মহৈ ফংগনি খন্দুনা পীনীংদনা(ৱানা) পীবা দানবু রাজসিক দাননি হায়না খঙনৈ(২১)। মফম চাদবদা, মতাঙ চাদবদা, পীফম চাদবদা নোল্লুকপা য়াওদনা অমসুং উশিংতনা তৌবা দানবু তামসিক দান কৌই(২২)।

ওঁ তৎ সৎ হায়বসি পরব্রহ্মগী মিং অহুমনি হায়না শাস্ত্রনা হায়,

হায়রিবা অহুম অসিনা মমাঙউঙেগী ব্রাহ্মণশিং, বেদশিং অমসুং যজ্ঞশিং শেমখি(২৩)। মরম অসিদগী বেদবু শক- শোল্লিবা মীশিংনা শাস্ত্রনা তাকপা পথাপকী মতুংইন্না যজ্ঞ, দান অমসুং তপস্যানচিংবা থবকশিং তৌবদা মতম পুম্বদা "ওঁ" হায়না হান্না হৌই(২৪)। অরান- খুবম পাম্বশিংনা থবক্কী মহৈ পাম্নদনা "তৎ" হায়বা অসি শোন্দুনা মখল মখা অয়াম্বা যজ্ঞ, তপস্যা অমসুং দান তৌই(২৫)। অওইবা অমসুং অফবা খঙনবদা "সৎ" হায়বা নাম অসি শীজিন্নৈ অদুগা হে পার্থ! অফবা থবক থৌরমগীদমক্তসু "সৎ" হায়বা ৱাহৈ অসি শীজিন্নৈ(২৬)। যজ্ঞ তৌবদা, তপস্যা তৌবদা অমসুং দান তৌবদা পুক্লিং চেৎপবু "সৎ" কৌই, অদুগা পরমাত্মাগীদমক তৌবা থবকপুসু সৎ কৌই(২৭)। শ্রদ্ধা য়াওদনা তৌবা হোম, দান তপস্যা অমসুং অতৈ থবকসু "অসৎ" কৌই হে পার্থ! অদুগুম্বা অসৎ কর্মদু মীরমলেন অমসুং লাইরমলেন অনীমক্তা কান্নবা ওইদে(২৮)।

(অধ্যায় অসিদগী মচং ওইবা থরদং লৌখৎচবা মতাঙ অসিদা লোইজরে)

# তরানিপালশুবা অধ্যায়
## মোক্ষ সন্ন্যাস যোগ
## (মচং ওইবা খরদং লৌখৎচবা)

অর্জুননা হায়খি : হে মহাবাহু ! সন্ন্যাসকী অশেংবা মশক অদু ঐহাক খঙজনীংই, হে হৃষীকেশ ! হে কেশিনিসূদন ! ত্যাগকীসু তোঙান্না খঙজনীংই(১)।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি : অপাম্বগী মখা পোন্না তৌবা কর্ম পুম্বা থাদোকপবু সন্ন্যাস কৌই হায়না পণ্ডিতশিংনা খঙনৈ অদুগা কর্মগী ফল থাদোকপবু অখঙ অহৈনা ত্যাগ কৌই(২)। যজ্ঞ, দান অমসুং তপস্যা তৌবনা পণ্ডিতশিংগী পূক্নিং শেংদোকই(৫)। তৌফম থোকপা মথৌ থাদোকফদে, মদু খঙদবদগী থাদোকপবু তমঃগুণগী ওইবা মথাদোক কৌই(৭)। কর্ম হায়বসি অন্নাকগী মশক্নি হায়দুনা মশা ৱাগনি কিবদগী কর্ম ত্যাগ তৌরিবা অদু রজঃগুণগী ওইবা মথাদোক্নি, অসিগুম্বা মথাদোক্না থাদোকপগী মহৈ করিসু ফংদে(৮)। হে অর্জুন ! তৌফম থোক্নবা থবক তৌবদি ইথৌমক্নি খন্দুনা নপশিনবা লৈতনা অমসুং মহৈগী অপাম্বা থাদোক্তুনা মথৌ তৌরিবা অদু সত্ত্বগুণগী ওইবা মথাদোকনি(৯)। থরায় পানবশিংনা থবকপু পূমথা থাদোকপা ঙম্বা হায়বসি ওইথোকতবনি, অদুনা তৌরিবা কর্মগী মহৈ থাদোকলিবা মহাক অদু ত্যাগী কৌই(১১)। হে মহাবাহু ! থবক পুম্নমক মতোল লোম্না পাঙথোকপদা মরম মঙা চঙভি হায়না সাংখ্য- শাস্ত্রদা তাকলিবা অদু ঐঙোন্দগী নহাক খঙু(১৩)। মখোয় অদুদি থবক তৌফম, থবক তৌবা মী, থবক তৌনবা পাম্বৈশিং, মখল মখা কয়াগী তোঙান- তোঙানবা থবক খুৎশু অমসুং মঙাশুবদা নোংদম্বা অসিনি(১৪)। "ঐনা তৌবনি" হায়বগী ৱাখল লৈতবা, মাগী বুদ্ধিনা তাইবঙগী পোৎ- চৈদা লুপত্রবা মী মহাক অদুনা তাইবঙ পুম্ববু হাৎলবসু মহাক্তি কনা অমত্তবু হাৎতে, কর্মনসু মহাকপু পুনবা ঙমদে(১৭)।

মহৈংগীদমক খন্দনা মশাগী তৌফম থোকপনি হায়না নপশীল্লুবা য়াওদনা হৈংনবা হৈংনদবা থিদনা থবক্কী মহৈং খন্দনা তৌবা থবক্তু সাত্ত্বিক কর্ম কৌই(২৩)। অদুগা মহৈং পাম্বা অমসুং নাপলগা লোয়নবা মীনা য়াম্না বানা পাওথোকলিবা থবকতু রাজস কর্ম কৌই(২৪)। তুংদা থোক্লগদবা, অমাঙবা ওইৎবক্কদৌবা, অতোপ্পদা অৱাবা পীগদবা অমদি মশাগী তৌবা ঙম্বা ঙমদবগী ৱাখল তৌদনা পঙবদগী তৌবা থবকপু তামস কর্ম কৌই(২৫)। মসিনা পাওথোক্কদবা থবক্কী লম্বীনি, মসিনা জ্ঞানগী লম্বীনি, মসিনা তৌবা হৌনবনি, মসিনা তৌবা হৌনদবনি, মসিনা কিগদবনি, মসিনা কিয়োইদবনি, মসিনা অফা- অপুন ফংগনি মসিনা অৱান- খুবম ফংগনি খঙলিবা ৱাখল অদু হে পার্থ! সাত্ত্বিকী বুদ্ধিনি(৩০)। ধর্ম অমসুং অধর্ম, তৌগদবা অমসুং তৌরোইদবা ফরি করিনো হায়বা ময়েক শেংদনা চিংননা খঙবা বুদ্ধি অদু হে পার্থ! রাজসকী বুদ্ধিনি(৩১)। অধর্মবু ধর্ম ওইনা খনবা অদুগা থবক পূম্নমক ওল্ল- তৈননা খঙবা অমম্বনা কৃপ্পবা বুদ্ধি অদু হে পার্থ! তামসকী বুদ্ধিনি(৩২)। অহানবদদি হূগী মতৌ ওইবা মমৈদনা অমৃতগুম্বা আত্মবুদ্ধি লূরকপদগী ফংবা নুংঙাইবা অদু সাত্ত্বিকী মনুংঙাইনি(৩৭)। ইন্দ্রিয়গা বিষয়গা তিন্নরগা থোকপা অহানবদা অমৃতগী মশক ওইবা অদুগা মমৈদনা হূগুম ওইবকপা নুংঙাইবা অদু বাজসকী মনুংঙাইনি হায় (৩৮)। অহৌবদসু অরোইবদসু মশাবু শুঙ্কৎপা ওইহনবা, অদুগা তুম্বনে, তনবনে, ঙাওচৎনবনে অসিদগী ওইরকপা নুংঙাইবা অদু তামসকী মনুংঙাইনি(৩৯)। অচিকপা মফমদা লৈদুনা, চাং তম্না ৱাংলপ্পা চাদুনা, ৱাঙাঙ পূক্লিং অমদি হকচাং লাকশীন্দুনা মতম পূম্বদা ধ্যান যোগদা লৈদুনা অমসুং বৈরাগ্য ওইদুনা ঐ হায়বা ৱাখলনে, পাঙ্গলনে, নাপলনে, অপাম্বনে, মিহৌবনে থাদোক্তুনা ঐগী হায়বা ৱাখল থাদোক্লবা, শান্তি ওইরবা মহাক অদু ব্রহ্মগা অমত্তা ওইখিবদা মতীক চায়(৫২- ৫৩)। ব্রহ্মদা তিল্লবা মহাক অদু পূক্লিং মকা লান্দী, মঙোন্দা অৱাবসু লৈত্রে, অপাম্বসু চঙত্রে, অদুগা জীব পূম্নমকপু চপ- মান্নবা ৱাখল থমদুনা ঐগী পরাভক্তি ফংই(৫৪)। ভক্তিনা মরম ওইদুনা মহাক্না ঐহাকপু চপ- মান্নবা

থাখল থমদুনা ঐগী পরাভক্তি ফংই(৫৪)। ভক্তিনা মরম ওইদুনা মহাক্না ঐহাকপু কনানো অমদি করিনো হায়বা অশেংবা খঙজী, অসুম্না ঐহাকপু তশেংনা খঙলবদা মহাক ঐঙোন্দা তিল্লে(৫৫)। হে অর্জুন ! ঈশ্বরদি থব য় পানবশিংগী থম্মোয়দা লৈ, মহাক্কী মায়ানা জীব পুম্নমকপু যন্ত্র (মরৈ) পান্দুনা উরু উরু উংদুনা লৈহল্লি(৬১)। হে ভারত ! থবায় হকচাং য়াওনা মঙোন্দা চঙজৌ, মহাক্কী থৌজালদগী নহাক্না অথোইবা শান্তি অমদি লেঙদ্রবা খুবম ফংগনি(৬২)। ঐঙোন্দা নপুক্লিং থিংজিল্লু, ঐবু নীংঙু, ঐবু লাংলু ঐবু খুরুম্মু, অদু ওইরবদি ঐবু শোয়দনা ফংগনি, ঐহাক্না নহাকপু নুংশিবদগী নঙোন্দা থাশক্তুনা তশেংনা হায়রবনি(৬৫)। নথৌ পুম্বা ঐঙোন্দা কংথোক্তুনা ঐঙোন্দদা চঙজৌ, ঐহাক্না নহাকপু পাপ পুম্নমক্তগী কোকপিগনি, থারুগনু(৬৬)। হে পার্থ ! হায়খ্রিবশিং অসি নহাক্না পুক্লিং অনী লোঙদনা তারব্রা? খঙদবদগী ওইরকপা নহাক্কী শেরান্ননা থাজবশিং অদু কোক্লব্রা হে ধনঞ্জয় !(৭২)?

**অর্জুননা হায়খি :** হে অচ্যুত ! নহাক্কী থৌজালদগী ঐহাক্কী শেরান্ননা থাজবা পুম্বা কোক্লে অদুনা জ্ঞান ফংজরে, ঐহাক থাখল লেপচরে, চিংনবসু লৈজদ্রে, নহাক্কী নয়াথং ঙাকচরগনি(৭৩)।

**সঞ্জয়না হায়খি :** অসুম্না বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণগা মহাত্মা অর্জুনগা অনীগী ঙাঙনবা অঙকপা তুজুংবা পোকপা থাশিং অদু ঐনা তাখি(৭৪)। হে ধৃতরাষ্ট্র মহারাজ ! কৃষ্ণ অর্জুন অনীগী অঙকপা অমসুং পুণ্যগী মশক ওইবা ঙাঙন- শানবা অদু হন্না হন্না নীংশিংঙুরগা ঐহাক নুংঙাইজে পেঞ্জে(৭৬)। যোগী মপু কৃষ্ণ অমদি লীরুং পায়বা অর্জুন্না লৈবা মফম অদুদা লক্ষ্মী লৈবা, জয় ওইবা, মথং মথং চাওখৎপা অমদি অচুম্বা নীতি লৈবা ওইগনি হায়বসি ঐহাক্কী (সঞ্জয়গী) থাজবনি(৭৮)।

(অধ্যায় অসিদগী মচং ওইবা খরদং লৌখৎচবা মতাঙ অসিদা লোইজরে)

হরি ওঁম তৎ সৎ

ওঁ শান্তি ! শান্তি ! শান্তি।

## মতেং লৌজখিবশিংঃ

| | | |
|---|---|---|
| Swami Sivananda | : | 1. Sarva Gita Sara<br>2. Ethics of Bhagavad Gita<br>3. The Bhagavad Gita Explained<br>4. Bhagavad Gita for busy people |
| Swami Prabhupada | : | Bhagavad Gita: As it is |
| Sir Edwin Arnold | : | The Song Celestial Bhagavad Gita |
| P. Lal | : | The Bhagavad Gita |
| I.S. Akoijam | : | The Bhagavad Gita |
| শ্রীস্বামী যেগেন্দ্রানন্দ গিরি | ঃ | শ্রীমদ্ভগবদ গীতা |
| শ্রীরাজকুমার শীতলজিৎ সিংহ | ঃ | শ্রীমদ্ভগবদগীতা: অশেংবা মশক (অনুবাদ) |
| শ্রীহাওবম বারুণী সিংহ | ঃ | গীতা শতকম |
| আই এস অকোইজম | ঃ | গীতাগী ঈচেল |
| শ্রী এম নন্দকিশোর শর্মা | ঃ | শ্রীগীতা মহিমা |
| মণিপুর গীতা মণ্ডল | ঃ | শ্রীমদ্ভগবদ গীতা |
| শ্রী এল নরায়ণ শর্মা | ঃ | শ্রীমদ্ভগবদ গীতা |
| শ্রীথোকচোম শিবদত্ত সিংহ | ঃ | গীতা |

প্রবচন পীবীখিবশিং ঃ ১। শ্রীস্বামী গুরুগোবিন্দানন্দ (ইম্ফাল), ২। শ্রীস্বামী শিবচিনানন্দ, ৩। শ্রীস্বামী পবিত্রানন্দ (ঋষিকেশ), ৪। শ্রীঅরাম্বম নরহরি সিংহ (কৈশামপাৎ, কাংঙবম লৈকায়), ৫। শ্রী অপাবী শর্মা (থাংমৈবন্দ), ৬। শ্রী আর কে মহাবীর সিংহ (থাংমৈবন্দ), ৭। শ্রীজানকীনাথ সিংহ (ইম্ফাল), ৮। শ্রী মণিদেব শর্মা (ইম্ফাল), ৯। শ্রীথোকচোম অমুবা সিংহ ... (খাঙবোক), ১০। মোইরাংথেম নিংথেমজাও সিংহ (...), ১১। ...তাবম ব্রজমণি শর্মা (ককচিং খুনৌ), ১২। শ্রীময়াংলম্বম মণি সিংহ (...), ১৩। শ্রীযোগ চৈতন্য (...), ১৪। শ্রী... মণি... সিংহ (বাবগাই), ১৫। শ্রীপুখ্রম্বম ...সিংহ (ককচিং) ১৬। চীংখাম ...শক সিংহ (থাংমৈবন্দ) অমসুং ১৭। শ্রীরাজকুমার ... সিংহ (নিংথৌখোং)



